সাহিত্য একাদমী মনা ফংলবা

আরঃ কেঃ নারায়ণগী

# দ গাইদ : লমজিংবা



ইংরাজীদগী মণিপুরীদা হন্দোকপা ঃ

আই. আর. বাবু সিংহ

ট্রাইমভরেৎ পব্লিশর্স, ইম্ফাল
২০০৩

R. K. Narayan's *The Guide*
a Manipuri translation by I. R. Babu Singh

ফোঙবা ঃ ট্রাইমভবেং পব্লিশর্স
নিংথেমকোল, কাকৈথেল
ইম্ফাল : ৭৯৫০০১, মণিপুর

অহানবা ফোঙবা ঃ মার্চ, ২০০৩






নম্ফম : ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স, মোইবাংখোম লোক্লাওবুং, ইম্ফাল।

# ১

**মানা** লৈবিবা মফম অদুগী অচিপকপদু থুগাইদুনা চঙশিল্লক্লিবা মতৌ অদু বাজুনা ওক্লম্মী। নোল্লুকপা ইকাইখুম্নবগা লোয়ননা নুপা অদু মাগী মমাযদা মুন্না যেংদুনা লেপ্তুনা লৈবে। বাজুদি নোক্লিংলে অমসুং তৌফমসু খঙদ্রে। 'ফমগে হাযবগা ফম্মু' ইপা পাখৎনবদু উংখৎনবদু থুগাইনবা বাজুনা হাযবকই। অতোপ্পা অমদুনা হাযবিবদু তৌবিমল খঙনা মকোক্তু হাইবদুনা যাবগা, তুবেলগী সিডিদুদা মখোঙ-মখুৎ হামদোক্লুবগা, মমায-মমিৎ তাথোক্লুবগা মবেংবান্দা যাল্লিবা হঙ্গামপাল মচুগী অবাংবা খুদৈদুনা অচোৎপদু কংনা তৈথোক্লগা অবিবা মন্দিব অমগী নাকন্দা বাজুনা মখোঙ কাবল চল্লদুনা সিংহাসন্দা ফম্বগুম ফল্লিবা নুংপাক অমগী মথক্তা মনাক্তা সিডি থাক অনী কুমথবৃগা ফল্লে। তুবেলগী ইমাইবু থাকনদৌনা খনর্জিল্লিবা উপালশিংগী মশাশিং অদু অতিং ওইবক্তুনা উচেক-ৱায়া, যোংশিংনা তোংলবা অদুদা কোযবাং লাঙলদুনা পুম্নোম নোল্লম্মী চাংদুগী ৱাংমদা ঈচেলদুগী মথক্লোমদা নুমিৎ তাখ্রি। অতোপ্পা অমদুনা কবিনো খবা হাযবকপা বাজুনা ঙাইবি। অদুবু মাদি ৱা ঙাঙনবদু হৌদোকপা ঙমদনা ওম্থোক্লা শোন্না লৈখ্রে।

বাজুনা হংলকই, 'নঙবু কদাইদগীনো ?' অমদুনা ওনশিল্লক্তুনা মঙোন্দা ৱাহংসিমক হংলক্কদ্রা হাযনা কিবদুনা। নুপাদুনা খুন্নকই, 'ঐ মঙ্গলদগীনি।' 'কদাইদা লৈ মঙ্গলদি ?'

অমদুনা তুবেল লাম্থোক্লগা, অঙম্বা তুবেল তোর্বানগী ৱাংমা অদোমদা মপাম্বোমদু থিল্লদুনা তাক্লকই। 'সিদগীদি পংলাপ লাপত্রে,' মানা হাযবকই। নুপা অদুনা মহাক মশাগী মবমদা অতৈ পাউ খবসু মশানা পীজবকই। 'ঐগী ইচানুপীদু মনাক স্বাইদা লৈ। ঐ মাগী মনাক্তা চৎলুবনি হৌজিক্তি যুমদা হল্লিবনি। চাক তোক্লগা মাগী মনাক্তগী লাকপনি, মানদি নুংদাংগী চাকসু চাখিনবা লৈখো হাযবদা ঐনা যাদবনি। অদুম তৌববদি যুম চৎপদা নোংযাইৱাই যৌবা তাবনি। ঐ কবিমতা কিদে, অদুবু মীনা ফমুংদা তূম্নবা মতমদুদা কৈদৌনবা চৎকদৌবিবনো ?

'নঙদি ভাব যাম্না তাই,' বাজুনা হাযখি।

যোংশিংনা খোংলিবদু মখোয অনী ঙাইহাক তাবগা নুপা অমদুনা বাতপ ওইনা মখা শমথবকই, 'ঐগী ইচানুপীদু ঐগা পোকমিন্নবা ইচলগী মচানুপাদা মযুম পাল্লি, অদুনা মদুগী ৱানিংঙাই কবিসু লৈতে। তোযনা ঐ ইচলনুপী অমসুং ইচানুপীগী মনাক্তা চৎলি, কনানসু মদুদা ৱাবৌদে।'

'নচানুপীগী মনাক্তা চৎপবু কনানা ৱাবৌগদৌরিবনো ?' খুঙ্গংগী নুপাদুনা হাযবকই 'ইচানুপী লৌবা ইমাক্কী মযুমদা তোয়না চৎপসিসু চুমদবনি হায়না লৌনৈ।'

ঙাঙনবিবা ৱাচোইসি বাজুদি পাম্মী। মফম অসিদা মহাক মতোমতা নোংমা হেন্না লৈরক্লবনি। মীগী খোঞ্জেল অমুকহন্না তাবসি অফবনি। মতুংসিদদি খুঙ্গংগী নুপাসিনা য়াম্না কনবা ব্যবহাবগা লোযননা মাগী মমাযদু কুপ্পা য়েংবা, নৈনবদু মখা চৎথবক্লে। অদুগা রাজুনা ৱাখল তৌনা মাগী মখদাং অদুদা সাধু-সন্যাসীগী ওইবা মকোইগগা ইখঙ খঙহৌদনা হৌদেকো হায়বসি খঙদোক্লবা মখুৎনা মাদুনা যেংলম্মী। মখদাংদু অদুম তনাল তনাল্লম্মী। জেল মনুংদা ৱানা তাঞবা পৈশাদু পীদুনা, নুমিৎ নিনিগী মমাংদা মকোই কোকখিবনি।

মহৌশানা খরা ঙাঙগনবা ওইনা তৌদুনা থৌরবা খুবগী মযা অদুনা সাবন অদুদা খেৎ খেৎ খেৎলদুনা নাপেৎ অদুনা হংখি, "হৌজিক্তা থোবকপা মাল্লিদা ?" বাজুনা মমিৎ অনি অদু গ্রোক গ্রোক ওল্লদুনা তুমিন্না লৈখি। ৱাহং অদুদা মহাক শাউনিংখি, অদুবু থাঙ পায়রিবা মী অদুগী মমাংদা শাউনিংবদু উৎনিংলমদে। "হৌজিক্তা থোরক্লিবা নৎত্রা ?" নাপেৎ অদুনা মঙক কন্না অমুকসু হংলক্লম্মী।

অসিগুম্বা মীতাগা শাউনরুবগী করিসু কান্নররোই হায়বা রাজু খঙলে। মফম অসিদা মহাক নীংথিনা খঙহৈরবা মীগী মমাংদা লৈরবনি। মহাক্না হংখি, "কমদৌনা খঙই নঙদি ?"

"মফম অসিদা মীগী কোই কোক্তুনা চহি কুন লেল্লক্লবনি। নঙনা জেলগী থোঙ্গাল হেক থাদোক্তুনা থোবকপদগী ঐগীসিনা ইহান হানবা দুকান্নি হায়বসি খঙদ্রা ? মিত্রং অসিগী তংখাই অমদি মতা চাবা মফমদা কারবার তৌবনিনে। অদুবু মসিনা মী অতৈগী কল্লকপদি পোকহল্লি !" মহাক্না কল্ল কল্লবা নাপেৎ কাংবু অমদা মখুৎ থিল্লদুনা হায়রকই।

"নহাক মনুং চঙদুনা জেলগী মীশিং অদুগীদি ককলুদ্রা ?"

"মখোয় মশানা থোরক্ত্রিবা ফাওবা ককলুদে। মফম অদুগী থবক্তি ঐগী ইনাত্তগী মচানুপানা তৌই। ঐদি মহাক্কা তান্নবসু অদুগা নুতিগী জেলগী থোঙ্গাল মনুং চংলুবদুসু পামদে।"

সাবন ঈতৈ তৈবগী মরক্তুদা হায়খি, "ফত্তবা মফমদি নত্তেদা।"

"অদুদি অমুক চৎলোদনা", নাপেৎ অদুনা হায়খি অমসুং হংলকখি, "করি মরমগীনো ? পুলিশনদি করি হায়খি ?"

"মদুগী ব্রাদু ঙাঙলনুদা", রাজুনা শৎ হায়খি, কোই কোকপা লোইবা ফাওবা শাউনিংবা ব্রা ঙাঙবা থিংদুনা লৈখি নাপেৎ অদুদি অদুক তরাই তরাইনা কিহনবা যাবা মীদি নৎলমদে। চগন্নবা মী কযাগা মপুন্সি চুপ্পা থেংনরকপসিনা মহাকপু চগন চগন্নহল্লবনি। মহাক্না হায়খি, "থা তরানিপাল্লা, থা কুনমরিরা ? অর্নিসিগী মরক্তগী অমা ওইবমগনি, শেল থানশি।"

রাজুনা নুপা অদুবু থাগৎখি। মহাক্তি পুংখঙ খঙবা মীনি। শাউরুবগী কবিসু কান্নবা লৈতে। "নঙসে ওহ্নোক্না শিংখ্রে, খঙসু খঙগনখ্রে। করিগীনো নঙনা হংলিবসিবু ?"

থাগৎপিবদুদা নাপেৎতু পেল্লে। মখুৎ খুৎশাশিংদু মথৌ তৌবা লেপখ্রে; রাজুগা মায়োক্লনবা নোম্বরক্লদুনা হায়রকই, "নঙোন্দগী মদুদা খঙদোক্কে তৌবনিদা, অদুগীনিদা। নমায়দুদা নহাক অসি চহি অনিতগী মিয়াদ তারুবা মীনি হায়না ইরিয়ে অদুনা তাকপদি নহাক মী হাৎলুর্বা মীদি নত্তে হায়বসিনি।"

"কমদৌনা মদু হায়বা ঙম্লিবনো ?" রাজুনা হায়রকই।

"নহাক চহি ৭ লৈরুরবা মী ওইরবদি নশকতু মওং অমা ওইনা উরমগনি, চহি তরেৎ হায়বসি কনাগুম্বনা মী হাৎলুবগী প্রমান মচেৎ খরতমক ফংলগা ফংবা দণ্ডিগী মতমদুনি।"

"ঐনা তৌখিদবা করি লৈবগে ?" রাজুনা হংখি। "নমথাকতুসু য়ামনা চাউনা তৌরুবা নত্তে; পিকতকপা করিসু লৈতবা মরমগী তৌরুবা জাৎনি।"

"হায়থৌ। মখা করি ?"

"নঙনা মী ফারু-পুললুবা নৎত্রগা মীগী সতীত্ব মাঙহল্লুবা নত্তে, নৎত্রগা য়ুম মৈ থারুবসু নত্তে।"

"করিগীদমক্তা ঐহাক চহি অনি জেলদা থম্লুরিবনো হায়বসি শেংনা হায়দ্রিবসি করিগীনো ? নঙনা চুম্লা হায়বা ঙল্লবদি শিকি অমা পীগনি।"

"শান্ননবা, ফাগি-জুগাই তৌননবা মতম লৈত্রে", হায়রদুনা নাপেৎ অদুনা মখা শমথরকই, "মথংদি নঙ কবি তৌগদৌরিবা ?"

"ঐ খঙদে। কদাইদনো মফম অমদা চৎপদি তাই হায়না খল্লি", বাজুনা ৱাখল মুন্না তৌরদুনা হায়রকই।

"নঙগী হান্নগী সঙ্গ অদু তিন্ননিংলগা কৈথেন্দা তিল্লিবা মী ময়াম অসিগী মবক্তগী অমগী ফুরিৎখাউ করিগী চপলুদে, নৎত্রগা থোঙ হাংদোক্লিবা ইমুং অমদা চংদুনা পোৎচৈ পোৎকুম খরা হুরান্দুনা মীয়াম্বু করিগীদমক পুলিশ কৌদুনা তান্নহন্দ্রিবনো ? মখোয়না নঙবু নঙনা পামজরিবা মফম অদুদা অমুক মরাইনা উবা ফংজরনি।"

জেলগী ফক্লাংগী মাইকৈ অদোমদা মকোক হাইফেৎ নোল্লদুনা রাজুনা খুল্লকই, "অদুক হাক্লা ফত্তবা মফমদি নত্তে।" লুনা চান্না তৌনবা খঙনবা মী ঙাক্তা মফম অদুদা লৈ অদুদা অয়ুক খুদিংগী পুং মঙাদা হৌদোবকপদুনিসে ঐনা হৈনদ্রিবা।"

"অহিং চাক্তারুবা কনাগুম্বনা তূম্ননবা হল্লকপা মতমদুনিনে" নাপেৎ অদুনা য়াম্না অর্থ লৈনা হায়রক্লম্মী। "ফরে, লোইরে। হৌগৎপা য়ারনি", থাঙ অদু থম্লদুনা হায়রকই। মাগী চৌকিদগী থাপলপনা রাজুবু য়েংলদুনা, "হৌজিক্তি নহাক মহারাজ মাল্লেহে" হায়রকই।

মখাগী সিড়িগী থাক্তা ফন্লিবা খুঙ্গংগী নুপা অদুনা মহাক্কী মমায়দা ব্যবহাব তৌনা মুন্না য়েংখৎলকপদুদা রাজুদু হৈনদ্রে। "অদুম হায়না ঐঙোন্দা করিগী য়েংলিবনো ?"

মহাক্লা শাউরপনা হংলকই। নুপা অদুনা খুল্লকই, "ঐ খঙজদে। ইবুঙো ঐ ইরাল লংজগে তৌবা নত্তে।" রাজুনা হায়নিংলম্মী, "ঐগী চৎফম অমতা লৈত্রদুনা মফম অসিদা লৈরিবনি। ঐবু ইশক খঙগদবা মীশিংদগী ঐহাক থাপ্লা লৈজনিংই।" অদুবু মহাক্লা মদুসু কমদৌনা হায়দোক্কদগে হায়বা চঙক্লদুনা লৈরম্মী। মহাক্কী মচিন্দগী 'জেল' হায়বা ৱাহৈসি হেক হায়রুবদা অতোপ্লা নুপা অমদুগী পুক্লিংদা চৈনাখোল পীরুগদবগুম মহাক্লা খনখি। মহাক্লা মসিতদি হায়গে হায়না খনখি, "ঐহাক্তি নহাক্লা খল্লিবা অদুম্লা অদুক চাউবা মী নত্তে,

চুন্নগী মীচমনি।" মহাক্না করি হায়সিগে হায়না খুন্নবা ৱাহৈ থিবা ফংদ্রিঙেদা অতোপ্পা নুপা অমদুনা হায়বকই, "ইবুংঙো, ননাইগী ৱাফম অমত্তং লৈজে।"

হান্নগী অতৈবু লমজিংখিবগী হৈনবিদু হঞ্জিল্লক্তুনা বাজুনা হাযরকই, "ঐঙোন্দা মদু হায়দোকউ।" মতম অমদদি মহাকপু লমজিংহল্লু হায়না থাগৎনবম্বা লম যেংবা চৎপা মীশিংনা মখোয় মশেল অমগা অমগা হায়নবম্বনি, "নরাইবক ফদুনা বাজুনা লমজিংবীবা ফংজববদি, নহাক লোইনমক খঙগনি। মহাক্না যেংবা যাবা মফম য়েংহনবতা নত্তনা, নঙবু হীরম খুদিংমক্তা মতেং পাংবিগনি।" মী অতৈগী পামজবা অমসুং মথৌদা মথ্বাই য়াওজবা হাযবসি মাগী মহৌশানি। "অদু নৎলমদ্রবদি", বাজুনা তোইনা হাযখি, "অতোপ্পা মীচম লিশিং লিশিংগুম্না ঐসু পুন্সিগী অৱা-অনা খঙদনা লেল্লমগদবনি।"

ঐগী অৱাবসি (বাজুনা বেলান কৌবা নুপা অসিদা মাগী পুন্সিগী ৱারী লিরকপগী অবোযবা মতাং অমদা হাযখি) রোজি য়াওবমদ্রবদি ফংলম্লোইদবনি। মহাক্না মশাবু কবিগীদমক্তা বোজি কৌকবিবনো ? মহাক্তি মীরৈবাক্তগী লাকপীসু নত্তে, চুন্নগী ভাবতকী নিংঙোলনি, দেবী, মিনা, ললিতা নৎত্রগা ঐখোয়গী লৈবাক্তা কৌনবিবা মিং লিশিং অসিগী মরক্তা অমনা হেক্তা য়াবম্বনি। মশাবু রোজি কৌনবা মহাক্না খঙ্খি। মহাক্কী মমিংসি তাবদা মহাক অসি অতেনবা স্কর্ট শেৎপী, মশম তেন্না ককথৎপী নুপীনি হায়না খনগনু। মহাক্তি মহাক্না ওইজবিবা খুন্নুং ওইবী জগোই শাবিদুমক্লি। মহাক অরংবা মচুগী সনানা মপান চনবা সাডী শেৎলি, খোইরপ তৌবা মশমদু শমজি পুন্দুনা লৈ থেৎলি, মণিমুক্তাগী নাইল য়াল্লি অমসুং লূম লূম লাউবা সনাগী নেকলেশ শি। ইহান হানবা খুদোং চাবা ফংবদা ঐনা মহাকপু য়ামনা চাউবী জগোই শাবীনি, ঐখোয়গী সংস্কৃতি চাউখৎহনবগী থবক কয়া তৌরি হায়খি অমসুং মসিদা মহাক য়াম্না পেঞ্জখি।

মসিদগী হৌনা ৱা অসিমক মঙোন্দা মী লিশিং লিশিংনা কয়ারক হন্না হায়রম্লগনি, অদুবু ৱাফম অসি ইহান হান্না হায়খিবসি ঐনি। মী পূম্নমক চিরোলগী ৱাহৈ তাবা ইপাম পাম্লে, অদুবু অতৈদগী ঐনা খঞ্জবদা জগোই শাবীশিংনা খরসু হেন্দোক্না তাজনিংঙি হায়বসিনি। নোংমগী মনুংদা পূংজা খুদিংগী মখোয়দি খোঙথাং-খুৎথেক শোয়দনা চুম্না থাংবা হৈ হায়বিবা মখোয় পাম্মী। মহাক্না মিৎকুপ অমতং লোন্না উনজবা ফংবদা ঐদি মহাক্কী বিদ্যাদু থাগৎলি অমসুং মর্নাকোংদা মহাক্কী মপুরোইবদু তাহন্দনা লোন্না লোন্না হায, ও ! করম্বা

নুপানোদা ! অসিগুম্বা অসুক মওং চাদবা নুপাদি ঐগী পুন্সিসিদা থেংনজখিদ্রি। মশাবু বোজি কৌজবগী মহুত্তা নুপাসিবু মানা মার্কো পোলো কৌবিবম্বনা হেন্না ন্যায়গী অচুম্বা ওইবমগদবনি। লানফম অমা চৎকদবা মীগুম থারবা মুশুক মুরবা আনোক উপ্লদুনা, অথাবা ফুরিৎ, অথাবা য়োৎকী টুপী মতোমতা মতম চুপ্পদা অশংবা, ইরংলংবা, রাটর প্রুফ অমনা কৃপশিল্লদুনা শুন্দ্রংদা কোইপাই পাইবা চৎকদবা মীগী মূর্তি মাল্লি মহাকসি। ঐহাক অশেংবা চানবা মার্কো পোলো নিংথিনা খঙলুদে, অদুবু ইহান হান্না হেক উরুবদগী নুপা অসিবু মার্কো পোলো কৌনিংখি অমসুং মহাকপু মতম অসিদগী হৌনা অতৈ মিং অমতগা পূনশিন্নবা পামখিদে।

ঐখোযগী বেলৱে ষ্টেশনদা অদুগুম্বা নিংশিংনিঙাই ওইববা নুমিৎ অদুদা ঐনা মহাকপু উখিবা মিকুপ অদুদগী মফম অসিদা ঐগী পুন্সিগী লোইনগদবা মী অমা লাক্লে হায়না খনখি। লমকোযবা লমজিংবা মী অমনা যাম্না খৌরাংনা পুন্সি চুপ্পগী ঙাইরিবদি মতম পূম্বদা লম কোয়বগী ফিজেৎ শেৎপা পাম্বা গীতাসিনি।

ঐহাক করিগী লমকোযবগী লমজিংবা ওইখিবা অমসুং করম্না মতমদা ওইখিবগে হায়বদু নখোয় খঙনিংলম্বা য়াই। ঐনা লমকোয়বগী লমজিংবা ওইখিবসি কনাগুম্বা মী অতৈনা সিগনেলব, পোৎ হোনবা মী নৎত্রগা গার্ড ওইখিবগুম্বনি। অসুম্না ওইয়ু হায়না ইরাইবক্তা তমখ্রবনি। ঐনা বেলৱেগী সঙ্গ তৌজবা অসিদা নোক্লবিগনু। পুন্সিগী যাম্না নৌরিঙৈ মতমদগী হৌনা রেলৱেসি ঐগী ঈ-তোংদা চংখ্রবনি। ইঞ্জিনশিংগী অকিবা ফংলবা খোল্লাউ অমসুং মৈখুনা ঐগী ইন্দ্রি পূম্বা পুমফা ফাজিনখ্রবনি। রেলগী প্লেটফোর্মদা লৈজবদু ঐঙোন্দা য়াম্না হৈনজে, মী মরক্তগী ষ্টেশন মাষ্টর অমসুং কুলিশিং অদুনা খ্বাইদগী ফবা তিন্নবা য়াবা সঙ্গনি খঞ্জখি, অদুগা মখোযনা রেলগী মবমদা শানবা ৱাবী-ৱাতাই অদুনা খ্বাইদগী চাউখৎপা ৱারী-ৱাতাইনি নীংখি। ঐহাক মখোযগী মরক্তা চাউবকপনি। ঐখোয়গী য়ুমদি মালগুডী ষ্টেশনগী মাযোক্তা লৈবা অপিকপা য়ুম অমনি। ট্রেনগী মরমদা খনবফাওবা খন্নদ্রিঙৈ আ মমাংদগী বাজীনা মখুৎমক্লা শাখিবা য়ুমনি। মফম অসি টাউন্দগীসু মতাই ওইরপনা তৌই অমসুং মমলসু হোংলপ ফংই হাযদুনা খনখিবনি। মশানা লৈপাক তৌরদুনা, পুথ্রিদগী ঈশিংনা থিৎলগা ফক্লাং অদু তাখৎখি অমসুং য়ুবী মনানা মথক কুপখিবনি। অকোয়বদা মহাক্লা অৱাথবী পাম্বী কয়া থাখি, মহৈসু য়াল্লি–

মহৈশিং অদু মচেৎ মচেৎ কক্তুনা য়োল্লি– মহৈ অমতনা হৈশিংনা কক্লবদি মখাই অমা ফাওবা শিংলি। বাজীনা উপাক অমসুং বোড়ানা খাজিন্দুনা দুকান মচা অমসু শাবন্মী, দুকান অসিদা নুমিৎ চূপ্পা ফমদুনা মহাক্লা পেপরমিন্ট উহৈ-ব্রাহৈ হিদাক মনা, পানা, চানা অঙৌবা (মদুদি মহাক্লা অপিকপা ব্রাগী উতোংদা ওল্লি) অমসুং ট্রঙ্ক রোড অদুদা লাকপা লম্বী চৎপশিংনা হেক হংলবমখৈ যোন্দুনা ফমদুনা লৈ। দুকান অসি খাংপোক-দুকান হায়না খঙনৈ। দুকান মমাংদুদা ইতত্তত্তনা লৌউবা অমসুং শনগাডী ব্রালা কাংবু কাংবু পূন্দুনা লৈ। তশেংনা যাম্না মথৌ চিনবা মীনি। নুমিৎ য়ুংবা মতমদা চাক চাবা চংলকপদা মহাক্লা ঐবু কৌবকই অদুগা মতম অদুমক্তদা নিতিগী ওইনা ব্রা কয়া শিন্নরম্মী। "বাজু, ঐনা ফল্লিবসিদা ফম্মু। নঙনা হেক য়োনখিবা পোৎশিংদুগী মমল লৌহৌবা কাউগনুকো। চাননবা পোৎশিংদু লোইনা চাথোক্কনুকো, যোন্নবা থম্মিবনি; চিংনবা য়াওববদি ঐবু কৌবকউ।" অদুগা ঐনা হৌনা হৌনা কৌদুনা হংখি, "বাজী অশংবা পেপবমিন্টসি পৈশা মরিগী কয়ানো ?" পোৎ লৈরিবদুনা যাম্না খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈবিঙৈদা। খৌবোম পিক থল্লবা মচিন্দগী য়ুমদগী মহাক্লা লাউরকই– "অহুম অদুগনে, পৈশা অনিগী লৈরবদি ..." হায়রদুনা ঐনা পাবা শীজিননবা ঙমদবা কনশেশন খবা মহাক্লা হায়রকই। ঐনা পোং লৈরিবদুদা হায়খি, "পৈশা অনি পীরক্লো।" অদুগা মঙোন্দা মদুগী মহুৎ পেপরমিন্ট অহুম পীখি। অচৌবা লীক্লি অদুগী মনুংদগী করিগুম্বা ঐনা অশংবা পেপরমিন্ট মরি লৌথোক্লুববদি, মবিশুবদুমা চয়েৎনব্দু কোক্লনবা ঐনা হেক্তা য়াদা হুকচিল্লি।

য়ুমলোন্নবদা লৈবা শাউগল্লবা য়েনবা নহা অমনা ঐখোয় কুইনা তূমমল্লে হায়না খল্লবদি নোংঙাল্লে হাযদুনা হেকহেক খোংলকই। মাগী মখোন অদু নাকোং য়ৈশিন্না হৌই। মদু তাবদা বাজীনা ফমুংদগী ফন চোংথোক্তুনা ঐবুসু হৌদোক্লকই।

গুহাদা চত্তুনা ইতোম্মতা ইরু-মাইথজৈ; লাইবক্তা চন্দন নমশিল্লে, ফক্লাং মথক্তা ব্রাংনা য়াল্লিবা লাইশিং অদুগী মমাংদা চপ লেপ্লদুনা হৌরবা ব্রা ব্রা লাউবা খোঞ্জেন্দা মখল খুদিংগী মন্ত্র ঐনা থি। ঐনা তৌবিবদু ঙাইহাক য়েংলম্লগা বাজীনা মনিংথোংদা তুমিন থোকখিদুনা ইরোই মখোম শুম্বা হৌখি। মতুংদা, শঙ্গোমগী পাত্র অদু পায়দুনা লাক্লগা মহাক্লা তত্তনা হায়রম্মী, "ইরোইসি হন্দক্তি কৈনো অমা তৌরে। ঙসিদি মখোমসি হান্নগী তংখাই অমা ফাওবা থোক্ত্রে।"

ইমানা হোংবা লৈতনা খুল্লকই, "খঙলে, খঙলে। ইরোইসি মকোক মঁমে ঙাওরে অদুননি। কমদৌরবদি ফরক্কদগে হায়বা ঐ খঙই।" মহাক্না অঙকপা, থাজদবা মওংদা শঙ্গোম পাত্র অদু চাকশংদা পুশিন পুশিন্না হায়রকই। মহাক্না মিকুপ অমগী মনুংদা ঐগীদমক অশাবা শঙ্গোম গ্লাস অমা পুরদুনা থোবকই।

চিনিদি অমনবা কোৎহিং কাবা মাল্লবা টিনগী পাত্র অমদা হাপচরবসু মনুংদদি হাওরবা চিনি য়াওই। মদুবু মৈখু চুরবা চাকশংগী ফক্লাংদা নপলিবা উগী থোলা অমদা ঐনা ফংদনবা থাঙ্গত্তুনা থনম্মী। ঐনা অসুম অসুম চহি য়ামশল্লকপগা লোইননা মদুগী লৈফম অদ্সু অসুম অসুম ৱাংখৎপরা হায়না ঐ চিংনরম্মী, মরমদি ঐনা কোৎহিং কারবা পাত্র অদু ঐঙোন্দগী হনবা মীশিংগী মতেং নত্তনা অমুক্তা লাম্বা ফংখিদে।

অতিয়া অসি মঙালনা শীল্লক্লবা মতম অদুদা বাজীনা পিয়োলদা ঐবু ঙাইরদুনা শেমশাদুনা লৈরম্মী। মফম অদুদা মহাক্না অপিকপা অতেকপা উশা অমা মনাক্তা থমদুনা ফম্লম্মী। মতম অদুদদি হৌজিক কালগী অঙাংগী মনোবিজ্ঞানগা হায়বসি খঙনরমদে; চৈ অদু লাইরিক তম্বীবা মী অমগী থাদোকপা য়াদ্রবা খুৎলাইনি। "চৈ চাদ্রবা অঙাংদুদি মঁহে হৈবোই", বাজীনা মমাংঙৈগী হায়নবা পাইরৌ অমা পন্দুনা হায়রম্মী। মহাক্না টামিল ময়েক তম্বীখি। মহাক্না অহানবদা ঐগী শ্লেটকী নাকন অনিমক্তা অমুক্তদা ময়েক অনি অনি ইবিখি। ঐনা ময়েক অদুগী মথক্তা অরোইবা লৈতনা কাংগ্রুনা মশক ফাওবা হেক খঙদবমঁখে ইখোৎ খোৎচিন্দুনা পুংহা হাজিন্দ্রি ফাওবা ইবা তাই। মরক মরক্তা ঐগী খুত্তগী বাজীনা শ্লেট অদু মুন্দুনা লৌখ্রগা য়েংলম্মী, ঐঙোন্দা অমুক য়েংলদুনা হায়রকই, "করিনো ইঁনৈ নৈশিল্লিবসিবো ! শেংখ্রবা লাইরিক ময়েকশিংসি ইঁনৈ নৈশিল্লবদি নঙ নপূন্সিদুদা কৈদৌঙৈদা চাউখৎপা ফংলোই।" অদুদগী মাগী অচোৎপা খুঁদেদুনা শ্লেটতু শেংদোক্লদুনা ময়েকশিং অদু অমুক হন্না ইরদুনা ঐঙোন্দা হুকুম অসিগা লোইননা পীরকই, "হন্দক্কীসিসু নৈশিন্দুনা মাঙহল্লবদি ঐ শাউরক্লগনি। ঐনা ইখ্রিবা অদুম হায়না চপ চানা ইনবা হোৎনৌ। নঙগী চলাক্তু অমতা শীজিন্নরুনুকো।" অদুগা শাউনা মাগী চৈ অদু থাঙ্গৎলকই। ঐনা ইশোন শোন্না খুমখি, "হোই বাজী," অমসুং অমুক হন্না ইবা হৌখি।

লৈ অসি ইতম তন্নদুনা হকচাং অসি নাকন অমদা চেপথরদুনা হকচাংগী অৱাম্বা পূন্নমক কাংগ্রু অদুদা নল্লদুনা কাংগ্রু অদুনা ইগে হোৎনবদা মখোল ক্রুক ক্রুক থোবকপদা বাজীনা হুকুম তৌরকপা, "তমথিরবা কাংগ্রুদুনা মখোলদু

থোকহনগনুনে। নঙবু কৈদৌববগে ?" হাযখিবা অদু ইতোম্মতা নিংথিনা নিংশিংবা ঙম্মী। অদুদগীদি মখাদি অঙ্কনি। অনিগা অনীগা মবি-মবিগা অহুমগা অতৈ অতোপ্পা খবসু। কবিগুম্বা অমগা কবিগুম্বা অমা পুবিনবদা খবা হেনবা; খবা চাউবদগী মচাদা হাপচিনবা। ও ! হে-ঈশ্বব, অঙ্ক মশিংশিংসিনা ঐবু কোক চিকহল্লি। উচেকশিংনা অইংবা নুংশিৎ মবক্তা কোইপাই পাইদুনা খোংদুনা শান্নবিঙে মতম অসিদা, ঐবু ইপাগী মনাক্তা পুন্দুনা থমজিনবিবিবা ইবাইবক অসিগীদমক্তা ঐনা শাপ তৌজৈ। মহাক্কী অশাউবদি সেকগু খুদিংগী হেংগৎলকই। ঐনা লোন্না খুকমজবা অদুগী পাউখুম ওইনা ঙস্তানা পোৎ লৈবা লাকপা অমা অনী থোঙ্গান্দা লেপ্পা উই অমসুং ঐগী পাডাসু মতাং অদুৱাইদা মফম মবাং খঙদনা অদুম লোইশিল্লে। বাজীনা ৱা অসি হাযবগা থাদোবকই, "শষ্টি হাববা কোকপু লাইপোক ওলহন্নবা শেম্বদগী হেন্না অকুবা অযুক্কী তৌগদবা ইথৌ লৈবি।"

পাডাশিং অদু ঙমখৈ নাইদবগুম ঐঙোন্দা থোক্লবসু, ইমানা ঐবু হেক উবা মিকুপ্তা হাযবকই, "ফবে, নহাক থাদোকপীবক্লবোবে ! পুংখাই অদুদবু কবিবু তম্লমগদবনো ঙকইদা।" এনা খুমখি, "এ চৎলগে, শান্নকগনি, নঙোন্দা যেৎলবোই। ঙসিগীদি পাডা অনুক তৌহনবিবনু।" শোবোক্কী ৱাংমদা হৌবা মঙ্গে পাম্বী অমগী মকমদা মদু হাযবল্লগা ঐ চৎলে। লিববা, মশা ইফন যন্দোকপা, মনানা ইশুক শুকপা, মবক অদুদা যোং অমসুং উচেকশিংনা মকোন শাদুনা মচা যোক্তুনা, মনা অমসুং মহৈ চাদুনা লেপ্পা লৈতনা খোংদুনা লৈবা মঙ্গে পাম্বীনি। ওকপী অমসুং ওকনাওশিংসু কদাই কদাইদগীনো লাক্লদুনা উপালদগী বেল্লকপা উনানা ইকুপ কুপশিল্লবা লৈবাক মনুংদা মনাতোন্না হন হন্দুনা কবি কাবনো থিাব, মফম অদুদা নুমিৎ চুপ্পা শান্নদুনা লৈ ঐসু। ভাবনা শাজিনবা কবিগুম্না শান্নবা মওং খবদা ওকশিং অদুগা পূন্না যাওমিন্নে অমসুং মখোযগী মথক্তা তোংদুনা চৎলি হাযনা খঞ্জে। বাজীগীদা পোৎ লৈবিবশিংদনা লম্বী অদু লান্না চৎখিবদা ঐঙোন্দা তবাম তবাম কৌবিবস্মী। ঐগী মার্বল, লৈননবা যোৎকী কালোক অমা, ববগী বোলসু লৈ, মদুগী মতেংনা ঐনা থবক চিলহঞ্জদুনা মতম লেল্লি। নুমিৎ কযা থেংগ্রবা নক্তগা ইনাক্তা কবি কবি থোকখ্রবগে হাযবদু ঐদি খঙদে।

কবিগুম্বা মতমদা বাজীনা টাউন্দা পোৎচৈ লৈবা চৎপদা ঐবুসু পুবি কনাগুম্বা লম্বীদা থেংনবা শন গাডী অমা মহাক্না থাম্লুই। মিৎ অসিদা তোংনিংবগী

ইঙ্গিৎ উৎলদুনা ঐনা যাম্না কল্লক্লা মঙোন্দা যান্দুনা (ঐঙোন্দা খবা পুবিযু হাযগনু হাযনা তাকপিখি) বাজীনা ঐঙোন্দা, "কাখৎলো, মী মচা" হাযব্রিফাওবা লেপ্তুনা লৈ। মহাক্লা ৱাহৈসি হাযবা লোইফাৎত্রিঙৈদা ঐদি হান্ননা কাখৎলে। শনশিং অদুগী মঙক্তা যাল্লিবা শবিকশিং অদুনা শ্রিং শ্রিং লাউবা মখোল থোকই, উগী চাকাদুনা ক্রক ক্রক তক্লদুনা যুগোৎ চাদ্রবা লম্বীদুগী উফুল হৌহল্লকই; নাকন্দা থিঙ্গৎলিবা চৈ অদুদা ঐনা কন্না পায অমসুং ঐগী হকচাংগী শরুশিংসি ক্রোক ক্রোক লাউনা নিকপদু তাই। অদুবু, গাডী মনুংদা যাওবিবা চরুগী মনম অদু ঐদি যাম্না হৈনজখি অমসুং অসুম্না ঐখোযনা থেংনবিবা দৃশ্যশিং অদুসু যামনা পামজৈ। মীনে, গাডীনে, ওক্লে, অঙাংশিংনে– অসিগুম্বা পুন্সিগী দৃশ্য অসিনা ঐবুদি ইশুম শুমহৎলম্মী।

কৈথেলদা বাজীনা ঐবু মাগা খঙনবা দুকান অমগী মমাংদা মহাক্লা উবা যাবা উপাক্কী প্লেটফোর্ম অমগী মথক্তা ফমহল্লি অদুগা পোৎচৈ লৈবা কোইচৎ চৎলি। ঐগী ফুবিৎখাউ অসি লৈপাক হৱাই অঙৌবা অমসুং মিঠাইনা পিক থল্লি; মদু শাযবদুনা ঐনা বাজাবগী মীশিং অদুগী মথৌ, লৈনবিবা, যোন্নবিবা, মবৈ যেৎনবিবা, নোক্লবিবা, ৱাশক্লবিবা অমসুং লাউনবিবা পুম্নমক্ত যেংদুনা লৈখি। বাজীনা পোৎ লৈবা চৎখ্রবা মতমদা ঐগী কোক্তা ৱাহং অমখক ঙংদুনা লৈবম্মী, "বাজী, নহাক নশামক দুকান্দাব অমনি। নঙনা কর্বিগী অতোপ্পগী দুকান্দগী পোৎ লৈবা কোযচৎ চৎলিবনো ?" ঐ পাউখুম অমতা ফংখিদে। নুমিদাংৱাইবমগী মৈশাগী অমম্বা মবক অদুদা ঐনা মুন্না যেংদুনা লৈর্বিঙৈদা, বাজাবগী অবেপ্পা লৈতবা অবাংবগী খোঞ্জেল অদুনা ঐগী ইন্দ্রিশিং অসি ইশি শিথহল্লে, উফুল থাংলবা মঙালদুনা ঐবু উইনিংহল্লে, বাজীনা ঐবু থনম্বা মশক খঙনদবা মফম অদুগী ফক্লাং অদুদা ঙাথবদুনা ঐ নুঙাইনা তুমথোক্লে।

"ইবুংঙো, ননাইগী ৱা অমখক্তং লৈজে" নুপা অদুনা হাযবকই। বাজুনা মঙক নোম্লদুনা, ইখং খঙহৌদনা সাধুগুম্না হাযবকই, "অদুম হাযনা মী পুম্নমক্কীসু লৈ।" নুপা অসি লাক্তুনা মমাংদা ফম্লদুনা মঙোন্দা মুন্না যেংদুনা লৈবা হৌবকপদগী মহাক মশাসি মকওইবা অমা ওইবগী ভাব অমা মঙোন্দা পোকপা হৌখ্রে। চপ চপ চাবা ৱাহৈ ঙাঙথোবক্কদবা এক্টবগুম্না মহাক খনখ্রে। চপচাবা ৱাহৈদুদি মসিনি, "নঙনা ঐঙোন্দা নুংঙাইতবা ৱা লৈতবা মী অমতং উৎপা ঙম্লবদি, নঙোন্দা মপুং ফাববা অৱা অনা লৈত্রবা পৃথিবী অমা উহনগনি।

বুদ্ধনা করি হায়খি নহাক খঙলবরা ?” অমদু হেন্না মনাক নকশিল্লক্লে। “মতম অমদা নুপী অমনা কপ্লদুনা মথাদা অশিবা মচাগী মশাদু কোন্দুনা পুরগা বুদ্ধগী মনাক্তা লাকখি। বুদ্ধনা হায়খি, “সহর অসিগী য়ুম খুদিংদা চৎলু অদুগা অশিবা য়াওদবা ইমুং অমতং পুথোরকউ; নঙনা অসিগুম্বা ইমুং অমতং থেংনরবদি, মফম অদুদগী ঐগী ইনাক্তা হঙ্গাম মরু খুয়া অমতং পুরকউ অদু ওইববদি ঐনা নঙোন্দা কমদৌনা অশিবা জয় তৌগদগে হায়বদু তম্বীগনি।” থাগৎপগী মওংদা নুপা অদুনা মবৈ চিক্লগা হংলকই, “ইবুংঙো, অদুদগীদি অশিবা অঙাং অদু কমদৌখ্রে ?”

“মহাক্লা অঙাংদু ফুমজিনখিবা তাবেদনা” রাজুনা হায়বম্মী। মাগী মপুক্লিংদা চাংদম্ন্নবিবা অনিদুগী মবি অদু চিংনবপ্পা লোইশিল্লকই, “অসুম হায়না, নঙনসু ঐঙোন্দা অকুবা ৱা লৈতবা ইমুং অমতং তাকপা ঙম্লবদি, নঙোন্দা সংসার পুম্বগী অকুবা কয়াসি পাঙথোক্লবা লম্বীদু তাক্কনি।” নুপা অদু ঙাংথোবক্লিবা ৱাফম অসিগী মতৌ অদুদা ইশুম শুমহৎখ্রে। য়াম্না ইকাই খুম্নবা উৎলগা হায়রকই, “ঐগী ইমিং তাকচখিদ্রি, ঐ বেলান কৌই। ঐগী ইপাদু হিংলিঙৈদা অহুম্লক লুহোংখি। মাগী নুপী অহনগী ঐসি মচানুপা অহন্নি। মাগী নুপী ইতোন তোনবীদুগী ইতোন তোনবী মচা নুপীদুসু ঐখোয়গা লৈমিন্নে। ইমুং অদুগী খ্বাইদগী অহল ওইরুরবনিনা, য়ুমদা ঐনা মাবু মখল খুদিংগী য়েংনবা হোৎনজে, নুপী অমনা দরকার ওইবা লীক্কোল অমসুং ফীরোল লৈবী অদুবু ...।” চাউরবা অঙকপা ৱাদু হায়দোক্ত্রিঙৈদা মহাক হায়ফেত্তং লেপখি। অদুবু রাজুনা মাগী মহুত্তা ৱাহৈদু মখা শমথরকই, “নুপীমচা অদুনা তৌবীমল খঙদে।”

“শোয়দ্রবনি, ইবুঙো মদুমকনি !” নুপা অদুনা হায়রকই।

“অদুগা মহাক্লা নঙনা শীনবা থাজ-য়োঞ্জবদুসু য়াদে।”

“ও ! মানি ইবুঙো,” ঙকপনা থল্লদুনা বেলান্না হায়রকই। “ঐগী ইশেলগী মচানুপাদু ফনা ফবা অঙাংনি। লুহোংবগী তারিখ ফাওবা লেপ্পরবনি, অদুবু নুপীমচাদুনা করি তৌখি ইবুংঙো নহাক খঙবিব্রা ?”

“পুম্নমক্তুদগী চেনখ্রে,” রাজুনা হায়রকই অমসুং হংলকই,

“নখোয়না কমদৌনা মাবু অমুক পুরকই ?”

"ঐনা মাবু অহিং অহুম, নুংথিল অহুম থিবদা অবাপ্পা খুঙ্গং অমদা মেলা অমগী মবক্তা লৈবল্বা থেংনকই। মফম অদুগী মীশিং অদুনা মন্দিরগী কাং অদু লল্বীদা কোইচিং চিংলম্মী অদুগা খুঙ্গং যাংখৈগী মীয়াম্না অমতা ওইনা পূন্না তিন্দুনা মীয়াম মবক অদুদা মী খুদিংমক কোইযেং যেংদুনা থিকবগা মহাক মমৈথংদা লাইফদবী জগোই শাবা অমখক যেংদুনা লৈবল্বা থেংনখি। হৌজিক, মহাক্না কবি তৌই খঙবিব্রা ?" বাজুনা নুপাদুদা মতোমতা হাযবগী অপেনবা অদু ফংহল্লগে খল্লম্মী, অমসুং বেলান্না মাগী ৱাবী লোইশিল্লকই, "মহাক কা অমদা নুমিৎ চূপ্পা তুমিন্না ফমদুনা লৈ। ঐ কবি তৌগদবনো খঙদ্রে। মহাকসি লাই ওক্লবল্বস্ু ওইথোকপা যাই। ইবুংঙো, মহাক্কীদমক্তা কবিনো ঐ॥ তৌগদবসি খঙবা ঙম্লবদি ওহ্লোক্লা নুংঙাইখ্রবা মতেং অমা ওইজগনি।"

দর্শনগী লূম্লবা খোম্বাংদা বাজুনা হাযবকই, "পুন্সিদদি অসিগুম্বা ৱাসিদি যাম্না তোযনা থোকই। তান চাদনা অবেম্বদা কবিগুম্বদসু পংখন খল্লোইদবনি।"

"মহাক্কীদমক্তা ঐহাক কবি তৌজবা তাবগে, ইবুংঙো ?"

"মহাকপু পুবকউ, ঐহাক মঙোন্দা ৱা খবা হাযগে," বাজুনা চিংলেম্না হাযবকই। বেলান্না হৌগৎলদুনা খুকল্লে অমসুং বাজুগী মখোং শোক্কে হোৎনবে। মদুদা বাজুনা হাযবকই, "কনাগুম্বা অমত্তা অসিগুম্বা থবকসি তৌবা যাহল্লোই। ঈশ্বরদনি মসিগুম্বা দণ্ডবৎ অসি মতিক চাবদি। মাগী অধিকারদু ঐখোযনা মুনগে হাযব্ববদি মহাক্লা ঐখোযবু মাঙহনগনি।" মহাক অসি সাধু অমগী থাক অদু যৌবকপগুম মতোম্মতা খঞ্জবম্মী। বেলান সিডিদা তপ্পা তপ্পা কুমথখ্রে, তুবেল লাম্থোকখ্রে, তোর্বান অমদুদা কাখৎখিদুনা থুনমক মশক উখিদ্রে। বাজুনা তুমিন্না মুন্না খল্লম্মী, "মঙোন্দা নুপীমচা অদু চহি কযামুক শুববগে হাযবদংগা হংহৌবল্লবদি। মহাক অদু কযা নুংঙাইবমগদবা মীতা মান্দে। ইপুন্সিদা মতিক চানা খুদোং থীবা থেংনবক্লে।"

অহিং অদুদা তুবেলগী ইচেল অদু যেংদুনা মফম অদুদা মহাক মতম কুইনা ফমদুনা লৈবে, সনাখোংনাং পাম্বী অমসুং লফু পাম্বীগী শ্রোৎ শ্রোৎ লাউবা মখোলদু মবক মবক্তা যাম্না হৌবম্মী অমসুং অকিবা পোক্লম্মী। অতিযা পুমশেং শেংই। কবিসু তৌনিঙাই লৈত্রদুনা মহাক থৱানমিচাক মশিং থিবা হৌগৎলে। মতোম্মতা হাযজখি, "অসিগুম্বা চাউববা থবক অমা মীওইবগীদমক্তা তৌবীবা অসিগীদমক্তা ঐহাক মনা ফংগনি। মীনা হাযনগনি,

"মফম অসিদা অতিয়াদা থব্রানমিচাক কয়া থোকপগে হায়বা চপচানা খঙবা নুপা অমা লৈরে। নখোয়গী করিগুম্বা হিরম অসিদা খুদোংথিবা লৈরবদি মহাক তান্নরুবা ফগনি। মহাক্না নখোয়গী নুমিদাংগী অতিয়াগী লমজিংবা ওইগনি।" মতোম্মতা হায়জখি, "তৌগদবদি কাচিন অমদগী হৌরগা মচেৎ মচেৎ থিদোকপনি। মতোন্দগী হৌরগা মখোঙদা শক লোইশিনগনু, মদুগী মহুত্তা ওন্নতৈনবা মাইকৈদগী থিবা হৌ। মহাক্না থিয়োরি অমা পুথোক্লি। মশিং থিবা অদু মাগী ওইথংবদা তুরেলগী ইচেল মথক্তা অতোপ্পা তোর্বান্দা হৌরিবা কোনা পাঙ্গী অমগী মতোন্দগী থিবা হৌরে। অমা-অনি-য়াংখৈ মঙা। মহাক্না মুন্না য়েংশিল্লুরবদি অনৌবা থব্রানমিচাক চনুন অমসু উবা ফংলকই হায়বসি মহাক খঙলে; মদু মহাক্কী মশিং থিবা মরক অদুদা হেক হাপচিল্লুবা মতমদা, মহাক্না থিবা হৌখিবা মফম অদু হেক্তা কাউথোকখি হায়বসি মহাক খঙলম্মী অমসুং মতোম্মতা মফম মরাং খঙদ্রবা মশিং মরক্তা চয়েৎ খোয়েৎনবদুনা লৈরম্মী। মহাক চোকথরক্লে। নুংপাক অদুগী মথক্তা শাংনা তিংথোক্লে অমসুং ইহাং হাংবা অতিয়াগী মখাদা নুঙাইনা তৃমখুন তাল্লক্লে।

পুং নিপাল তাবগী নুংশানা মহাক্কী মমায়দা মপুং ফানা য়ৈরম্লে। মমিৎ পাঙথোবকপদা বেলান য়াম্না ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা সিড়িগী মখা থাক অমদা লেপ্তুনা লৈরম্বা উরুরে। "ঐগী ইচন নুপীদু পুজবক্লে" হায়রদুনা মশম পুনবী, মনি মুক্তাগী লৈতেং শিবি চহি তরামরি শুরবী নুপীমচা অমা মমাঙদা পুশিল্লকই। বেলান্না হায়রকই, "ঐগী পৈশানা লৈজদুনা মঙোন্দা পীবা মনি মুক্তা ঙাক্তনি, ফবসু ফৎত্রবসু মহাক ঐগী ইচলনি।" মমিৎ নোইর নোইবদুনা রাজু হৌগৎলক্লে। পৃথিবীগী থৌয়াম অসিগী ভাব লৌননবা মহাক হৌজিক ফাওবা শেম শাদ্রি। মহাক্কী হৌজিকমক্কী দরকারদি অয়ুক অঙনবগী ধর্ম কর্ম তৌনবা মতোম্মতা থাদোকপীবনি। মহাক্না মখোয়দা হায়রকই, "নখোয় মনুং চঙলগা ঐবু ঙাইরম্মু।"

মহাক্না মখোয়না মহাকপু মল্লবা হোল অদুদা ঙাইদুনা লৈরমবা থেংনরে। হোল অদুগী ময়াইদা খরদং ব্রাংখৎপা প্লেটফোর্ম অমদা ফমথরে। বেলান্না মহাক্কী মমাঙদা লফোই, থবী, চু মতেক মতেক, অঙৌবা নৎ অমসুং শঙ্গোম্না পিকথনবা কোরীগী পাত্র হাপ্পা খাউ অমা থম্লম্মী।

রাজুনা হংলকই, "কৈদৌনবনো পূম্নমকসিদি ?"

"মখোয়সি লৌশিনবিরবদি ঐখোয় য়াম্না পেঞ্জগনি, ইংঙো।"

রাজুনা খাউ অদুদা য়েংদুনা লৈরে। মদু কান্নদবদি নত্তে। মহাক খাউদুদা য়াওরিবদু অমা লৌখত্তুনা হেক চাথোক্লগা মদু তুমহনবসু ঙমগনি। মহাক লাঙদবা, তুমিন্না লৈবা তন্নবনি। মমাংঙৈদা ওইবন্নবদি মহাক্না হায়রমগনি, "মসিবু কনানা চাই হায়বনো ? অয়ুক ঙন্তাদদি ঐগীদি কোফিগা, ইদলিগা পীয়ু। মখোযসিদি কোন্না চাবা হাওবা ঙাক্তনি। অদুবু জেলগী পুন্সি লেল্লুবদগী মহাক হেক অফংবা মখৈ মতম নাইদনা চাবা হৈনরে। করিগুম্বা মতমদা জেলদা লৈমিন্নবা মরূপ অমনা ব্রার্ডরনা চানবিবদগী চাবা হাওত্রবা নুমিৎ তরুকনিগী মমাংদা শাথ্রবা খাউ চজিক্তুনা ওরো ওরো তারবা ওক মচেৎ অমা লোম্না হুরাল্লক্তুনা মহাক্না অয়ুক ঙন্তা পুং অহুম তাবা মী অতৈ য়াহৌরক্তুনা চাগে হায়রদনবা খনবা মতমদা কয়াদা মথ্বাই য়াওনা হরাওনা চাখিবগে হায়বদু নীংশিংলকই। হৌজিক্তি পোৎ অমা হেক্তা য়ারে। মহাক্না হংলকই, "করিগীনো নঙনা অসুক য়াম্বসি ঐগীদমক্তা পুরক্লিবসিবো ?"

"ঐখোয়গী ইংখোলদা পানবনি অমসুং মসি কৎচবদা ঐখোয় চাউথোকপা পোকচৈ।"

রাজুগী মখা ব্রাহং অমুক হংথনিংঙাই লৈত্রে। থৌদোকশিং অসিগী তপ্পা তপ্পা মহাক মপু ওইরক্লে হায়বদু খঙলকই। হান্ননা মঙোন্দা তৌরক্লিবা চিরোল অদু তঙাইফদনা তৌদবা য়াদ্রবনি হায়না মহাক খঙথ্রবনি। খুদোলপোত্তু ঙাইহাক্তং তুমিন্না য়েংদুনা ফমদুনা লৈরে। থুনমক খাউ অদু পায়খৎলদুনা মনুংগী কা অমদা মহাক চঙখ্রে। অতৈদুসু মহাক্কী মতুং ইল্লকই। অমম্বা কা অদুগী নৃংগী মূর্তি অমগী মমাঙদা রাজু লেপ্লম্মী। গদা অমসুং চক্র পায়বা, মকোক অদু ফজনা শেনীনা চাথোক্লবা ব্রাংলবা মখুৎ মরি পানবা মূর্তি অদু চহি ১০০ গী মমাঙদা হুন্দোকপীরম্নবা লাই অমনি। মূর্তি অদুগী মখোংদা নোঞ্জনা রাজুনা হৌনবী মতুংইন্না চাননবা হাপ্পা খাউ অদু থম্নগা হায়রকই, "অহানবদা মসি মাগীনি। কৎলিবসি অহানবদা মহাক্কী মনাক য়ৌসনু অদুগা ঐখোয়না প্রসাদীদু ফংগদবনি। ঈশ্বরদা কৎপনা ময়েং তাথরকপগী মহুত্তা কমদৌনা মশিং হেঙ্গৎলকই হায়বদু নখোয় খঙব্রা ? মদুগী ব্রারীদুমা নখোয় খঙব্রা ?" মহাক্না থাইনগী দেবকা কৌবা নুপা অমনা মন্দিরগী থোঙান্দা নুমিৎ খুদিংগী ভিক্ষা নিরুরগা ঈশ্বরদা হেক কৎত্রিবমখৈ মচেৎ অমা ফাওবা চাদবগী ব্রারীদু লিবা হৌরক্লে। ব্রারী অদু তংখাই চল্লকপদা মহাক মশামক ব্রারীদুগী হৌফম অমসুং

অর্থ অমতা খঙখিদে। মহাক তুমিন লৈথোকখ্রে। বেলান্না খৌবাংনা মখা চথবকপা ঙাইহি। মহাক অসি শিষ্যদা শিষ্য হায়বা মীতা অদুনি; লোইশিন্দ্রিবা ব্রাবী নৎত্রগা পাউতাক্লা মাবু থোইদোকপা নুংঙাইহন্দবা তৌবমদে; পূম্নমকসি পুন্সিগী থৌওংদা যাওখ্রবনি। বাজুনা হৌগত্তুনা চিংলেম্না তুবেলগী সিডিদা কূমখ্রবদা, বেলান অমসুং মহাক্কী মচন নুপীসু ব্রা ঙাঙদনা তুমিন মাগী মতুং ইল্লম্মী।

মতম অসুক কুইববগী মমাঙদগী ইমাদগী তাখিবা ব্রাবীদু ঐনা কবম্না নিংশিংবা ঙমগনি ? বাজুনা দুকান থোঙ লোনশিন্দুনা য়ুমদা লাকপা ঙাইবিঙেদা মহাক্না নিতিগী নুমিদাংব্রাই খুদিংগী ব্রাবী অমমম লিবিখি। দুকান অদুদি নোংযাই ফাওবা হেক হেক হাংই।

নুমিদাং খবা থেংলপ্লা কৈথেন্দা য়োন্নবগীদমক্তা য়ুবী, ফৌ অমসুং অতৈ অতৈ মালচাং হাপ্লদুনা অথাপ অথাপ্পা খুঙ্গংদগী শনগাড়ী পবেং পবেং থুংলৈ। অহিংদা চাউববা মঙ্গৈ পাম্বী অদুগী মখাদা শনশিং অদু পোৎপু থাদোক্তুনা থম্মী অদুগা শন গাড়ী ব্রালাশিংদুনা অনি অনি, অহুম অহুম দুকান অদুদা ব্রারী শানবা চানবা নক্তগা চুকট হংবা লাকই। বাজীনা মখোয়গা লোয়ননা চেং-ফৌগী মমল, নোং তাবগী মবম, ফৌ-চেং লোকপগী ব্রা অমসুং লৌখোং তৌথোক-তৌশিনগী মরমদা নৈনবদু য়াম্না নুঙাইজখি। নৎত্রগা মখোয়না থাইনগী লৌ-ইংখোল খৎনবগী মবমদসু নৈনৈ। তোয়না তোয়না মেজিষ্ট্রেটশিংগী মবমদা পনবা, এফিদবিট, কেশ অদুগী সাক্ষীগী মতাং, আপিলনচিংবগী মবমদা হৌনা হৌনা নোকপনা মবক থৎলদুনা তাবা ফংই— অদুগা ওইথোক্রবা আইনগী ব্রা নৎত্রগা অশোয়বনা মখোয়গী নোক্লিংবদু পোকহল্লম্বসু য়াই। বাজীদি সঙ্গ লৈববদি চাবা, তূম্বা কাউথোকই। ইমানা ঐবু কয়ারক হন্না মহাকপু মনুংদা পুশিল্লকপা যাত্রা য়েংলুনবা মপান্দা থাদোকই। মহাক্তি শাউনি শাউবোই খঙবা মী নত্তে, মহাক্কী থবক মবক থৎলুরগা মহাক কমদৌরক্কদগে হায়বা কনানসু হায়বা ঙমদে, অদুনা ইমানা ঐবু চৎলগা মহাক্কী মতৌ-মওং য়েংলগা তপ্পা চাক লোইহৌরে তাকলুনবা অমসুং য়ুমগী মরমদা হায়রুনবা লোন্না তম্বী। ঐনা দুকনাগী মাঙ্গোন অদুদা লোক খূবদুনা, খৌনাউসি শেংদোক্লদুনা মহাক্কী মমিৎনা উননবা লেপ্তুনা লৈ। অদুবু ব্রারীদুদি পূম্নমক পুমকাউ কাউহনবা ঙম্বা ওইখিবনা ঐনা লৈবিবা মাইকৈ অদোমদা য়েংথোরক্তে অদুগা ব্রাহে অমা ফাওবা খঙবা

ঙমদ্রবসু ঐসু মখোযগী ৱাবী অদুদা মুন্দুনা লৈখি। ঙাইহাক লৈবগা নুমিদাংগী অচিকপা মবক্তুদা ইমানা নুংশিনা কৌবকউ, "বাজু, বাজু". বাজীনা মহাক্কী মথৌ অদু মবক থক্তুনা ঐঙোন্দা যেংলদুনা হায়বকই, "নমাদু ঐবু ঙাইবনু হায়কচো। চাক খুবাম অমতংগা, মাখন্দু খবা তেঙ্গোত্তা চমপ্রা মচেৎ অমতংগা লৈবংদা থাঙ্গৎতুনা থনম্মু হায়কচো। ঐ হাইহাক লৈবগা চঙলক্কে।" চযোল অমগী মনুংদা নুমিৎ মঙানিদি মসিনা মাগী ফোবমুলানি। মহাক্না ইতত্ত্তনসু হায়থবকই, 'ঙসি নুংদাংদি ঐ চাক ইবাম লামদ্রে।" অদুদগী মহাক্কী সঙ্গশিং অদুগা হকচ ংগী মবমদা নৈনবা হৌখি হায়না ঐ থাজি। অদুবু ঐদি মখা অমুক তাথনবা পম্বদ্রে। ঐ থুনা যুমদা হঞ্জিল্লে। দুকানগী মৈঙাল অদুগা ঐখোযগী মাঙ্গোন্দা থাল্লিবা লেন্টর্ন অদুগী মঙাল অদুর্গী মবক্তা গজ তবাবোমগী ৱাদান অমম্বা লম মচেৎ অমা লৈ, অদুবু লম মচেৎ অদু লানবদা ঐসি হুমাং অনপ্পা কায। লন্নক্কী শা-কৈ নৎত্রগা ভূত-প্রেত থোবক্কুনা ঐবু শৌবি মেৎলগদবেন্ট নিংই। ইমানা ঐবু ওক্লবা থোঙজিন্দা লেপ্লদুনা হায়বকই, "চাক লামদে হায়বকইনি! মদুতনা অহিং চুপ্পা লেবাই নুপাশিংদুগা ফম্মিন্নদুনা বারেম্ ঙাংননবগী মবমনি; অদুদগীদি পুং অমতং তুম্নবা চঙলক্নগ কদাই কদাইদ্রগীমে অমং দ যেন খবা খোংলকপদা হৌগত্তুনা চৎখিনি। মশাবু পম্মাং মাঙলনিনে।" চাকশঙদা মাগীগা ঐগীগা নাকন নাকন্দা পুখম থল্লদুনা লাম্বা ফংনবা চফুদু থল্লে অদুগা মথং মথং ইবানীমক্কী শরুক যেল্লকই; ঐখোয ফক্লাংগী যোৎপীদা থেৎলিবা তেঙ্গালি কাববা টিনগী থাউমৈ মৈবিদুদা চাবথকপা লোইশিল্লে। মমাঙগী কাদা ঐনা হিপ্পনবা ফক অমা থাবিবদুদা ঐ তুম্মনবা হিপথবে। ইমানা ইনাক্তা ফল্লদুনা বাজী লাকপা ঙাইবি। ইনাক্তা ইমানা ফমদুনা লৈবিবদুনা ঐঙোন্দা ফোংদোকপা ঙমদবা নুঙাইজবগী ভাব অমা পোক্লম্মী। ইমানা ইনাক্তা নক্না লৈবদু থবক কান্নহল্লগে নীংলদুনা হায়বম্মী, "শমদা কৈনো অমা লৈবে," অদুগা ইমানা মহাক্কী খুৎশাশিং অদু ঐগী শম মনুংদা থিংজিল্লদুনা ঐগী লুখমদা মাবম্মী। অদদগীদি ঐনা হায়থখি, "বাবী অমতা।" থুনমক মহাক্না হৌবকই, "থাইনা মমাংঙৈদা দেবকা কৌবা নুপা অমা লৈবম্মী ...।" মহাক্কী মমিংসি পনবা অহিং খুদিংগী ঐনা তাখি। মহাক্তি অকনবা, সাধু নৎত্রগা অদুগুম্বা মখলগী মীতা অমনি। ইমানা বাবীদুগী হৌবকপা ফাওবা লোইফাৎত্রিঙৈনা তুম্মিংলকপনা হেক হান্দুনা ঐদি কৈর্দৌঙৈদা ৱাবীদু দেবকানা কবি তৌখিবা নৎত্রগা কবি থোকখিবা হাযবদু শঙবা ঙমখিদে।

রাজুনা সিড়ি অদুদা ফম্লদুনা অয়ুক্কী নুংগী মঙাল অদুদা থক থক নিক্লিবা তুবেল অদু য়েংদুনা লৈরম্মী। নুংশিৎ অদুসু হাই অদুগা মতম অদুদা মহাক্না মতোম্মতা ঙাইজরম্লবদিকো হায়না খনখি। ডাক্তরগী কাদা ঙাইরিবা অনাবগুম মহাক্কী মতুং ইল্লক্লিবা মীশিং অদুনা মবাগী সিড়িদা ফম্লদুনা মখোয়বু হংবিরক্লবা ঙাইদুনা লৈবি। রাজু মশাগীসু খঞ্জগদবা ৱাফম কয়ামুক লৈরিবনি। খুদক্তা মঙোন্দা বেলাম্না হাপচিনবিরক্লিবা দায়ীত্ব অদুগীদমক্তা খংশাউ শাউনিংলুবে অমসুং ইশেং শেংনা হাযরকই, "বেলান ঐ হৌজিক নঙগী ৱা খনবা ঙমখিরোই।"

"মরমদু খঙজবা য়াগদ্রা?" মহাক্না নোল্লুক্না হংলকই।

"মবম হায়ববু হায়রিবসিনি।" রাজুনা শুপচিন্না লোইশিল্লকপগী শক্তমদা হায়রকই।

"কৈদৌঙে ইবুংঙোবু অমুক অৱাবসি পীজববা যাগদগে?" মহাক্না হংলকই। বাজুনা চিংলেম্না খুম্লকই, "মদুগী মতম চাববা কান্দা।" ৱাফম অসি মতাং অসিদদি ঙমখৈ নাইবা মতমগী পংখৈদগী ঙমখৈ নাইদ্রবা মতাং য়ৌখ্রে। বেলাম্না পাউখুম অদু য়ানিংদনা লৌরদুনা চৎননবা হৌগৎলক্লে। যেংবদদি ফনা নুংঙাইত্রবা ফিবমনি। মহাক্না পুবক্লিবা চান-থক্লবা অদুগী রাজু লমন তোল্লবনি অদুনা মহাক্না ফাথরদুনা হায়রকই, "নঙনা ঐঙোন্দা হায়খিবা নচন নুপীদু মসিরা?"

"হোই ইবুংঙো, মান্নি।"

"নঙগী নুঙাইত্রিবা ৱাদু ঐ খঙলে। অদুবু ৱাফম অদু ঐ খবা মুন্না খনবা পাম্মী। অরু অরুবা ৱাফমদি হেক্তা তৌশিনবা য়াদে। ৱাহং খুদিংমক মদুগী মতম চাবা হেক হেক যেংগদবনি। ভাব তারবরা?"

"অহোই, ইবুংঙো," মহাক্না হায়রকই। মবাইবক্তা মখুৎ শৌবদুনা মহাক্না হায়বকই, "মসিদা ইদুনা লৈগ্রবদুদি শোয়দনা থোক্লগদবনি। কমদৌনা মদুবু ঐখোয়না ককলুবা ঙমগনি?"

"মদু ওহ্নোক্লুদ্রবসু ঐখোয় খঙবা ফাওবদি য়াইদনা", বাজুনা চিংলেম্না খুম্লকই। "অদুগা চপচানা নিংথিনা খঙননবগীদমক্তদি মতম হায়বসি দবকাব ওই।" বাজুনা মাগী মশাসি মশা পাল্লকপগুম খঞ্জরম্মী। ইকুই কুইদনা, অতিয়াদা কোপাই পাইশিদুনা মমাংঙৈগী মল্লবা কবিগুম্না মন্দিব অমগী মতোন্দা

তোংলুবা ঙমগদবোই খল্লম্মী। মাবু ঙকহন্নবা কবিগুম্বা অমতা লৈত্রে। মশা মতোম্মতা হংজবম্মী, "ঐহাকপু জেলদা নৎত্রগা অতোপ্পা জগৎ অমদা লৈববা ?" বেলানদি মহাক্কী মবুংঙোগী মচিন্দগী অসুক যাম্বা ৱাশিং অসি তাবদা নুংসু নুংঙাইবে, চাউথোকপসু পোকচবে। মহাক্কী ফিবম লুববী মচন নুপীদুদা অর্থ লৈনা যেংলম্মী অদুগা মহাক ইকাইনা মকোক অদু নোল্লম্মী। বাজুনা নুপীমচা অদুদা মুন্না যেংলদুনা হাযবকই, "থোকপা তাববা অদুদি শোযদনা থোক্লগদবনি; তুবেল অসিগী ঈচেল অসি কনানসু হোংদোকপা ঙমদবগুম পৃথিবীগী নত্ত্রগা লাইবৈপাক্কী কবিগুম্বা শক্তি অমতনা থোক্লগদবা ঈচেল অদুদি ওনবা ঙম্লবোইদবনি।" নখোযগী ৱাফম অদুগী লংলা-লংজিন অদু তুবেল অদুগী ঈশিং মনুংদা লোইনা লৈববগুম মখোযনা তুবেল অদুদা মুন্না যেংদুনা লৈকবগা চৎননবা লৈথোক্লবক্লে। মখোযনা তুবেল অদু লানখিদুনা অতোপ্পা তোর্বান কাখৎখিবদু বাজুনা উবম্মী। থুনমক মখোয মিংযেংগী ৱাংমা লানখ্রে।

# ২

**ঐখোয়গী** য়ুমগী মমাঙদা লৈবা লৌবুক অদুদা মী য়াম্না থবক কন্না শুবা ঐখোয়না উই। অয়ুক খুদিংগী টাউনদগী মী কাংবু অমা লাক্তুনা নুমিৎ চুপ্পা থবক কন্না শুরে। মখোয় রেলবেগী লম্বী শেম্লিবনি হায়বসি ঐখোয় খঙঙি। মখোয়না বাজীগী দুকান্দা অথুম-অহাও চাবা লাকই। বাজীনা খঙনীংনা হংলম্মী, "কেদৌঙে মফম অসিদা ট্রেন য়ৌরকপা উবা ফংগদগে ?" মখোয়না মথ্বাই নুংঙাইবা মতাংদদি খুম্নকই, "থা তকক নৎত্রগা নিপালগী মনুংদা ওইবসু য়াই, কনানা হায়বা ঙমগনি ?" নৎত্রগা মখোয়না শাউনিংলুবা মতমদনা হায়রকই, "ঐখোয়দা হংলক্কনু। মথংদদি নঙগী দুকান অসিদা লোকোমোটিভ ইঞ্জিন অমা থৌজিল্লকউ হায়রক্কনিকো।" অদুগা মখোয় য়াম্না লেম্না নোক্লম্মী।

থবকসু কন্না শুবম্মী। মঙ্গে পাম্বীগী উরুমদা হব্রাগাড়ী থাজিল্লবনা মফম অদুদা ঐনা ফংজরম্বা নিংতম্বা অদু খরদি মাঙখ্রে। ঐনা গাড়ীদুদা কাখত্তুনা শাম্নে। কনানসু ঐনা তৌরিবদু শাউদে। নুমিৎ চুপ্পা হাব্রাগাড়ীদা কাখৎ-কুমথ তৌদুনা লৈবনা ঐগী ইফি-ইরোলশিং অদু লৈখোম্না পুংঙাং ঙাংই। গাড়ী অয়াম্বনা লৈবাক অঙাংবা পুরক্তুনা লৌবুক অদুদা পৈদুনা থমলে। মতম খরতগী মনুংদা ঐখোয়গী য়ুমগী মমাঙদা চীংদুম মচা অমা পৈখৎলক্লে। মদু য়েংবদা শুমহৎনিঙাইনি। অসিগুম্বা চীংদুম অসিগী মতোম্দা লেপ্পদা ঐনা অথাপপা মফম কয়ামরুম অমসুং লৈচিন্না কৃপশিল্লবা মেমপী চীংশাংগী মপান্দু উবা ফংই। মী অতৈ ময়াম অদুগুম্না ঐসু ইথৌ চিনবা হৌরে। ঐগী মতম পূম্নমক লম্বী শেম্লিবশিং অদুগী মরক্তা মখোয়গী ব্রারী-ব্রাতাই অমসুং ফাগি-জুগাইশিং অদুদা শরুক য়ারদুনা লেল্লে। উ অমসুং য়োৎ পুরদুনা গাড়ী মশিং হেন্না হেন্না থুংলরে। পোৎ মখল কয়া কয়া মাইকৈ খুদিংমক্তা পৈখৎপা হৌরক্লে। থুনমক ঐনা ককথৎলবা য়োৎতেক, নৎ অমসুং য়োৎকুপ য়ামনা খূনবা হৌগৎলে, অদুগা মখোয়শিং অদু ঐনা ইমানা ঐগীদমক পীবিবা মাগী শিক্ককী শেত্তি শেৎনদবা সাড়ি হাপ্পা অচৌবা ট্রঙ্ক মনুংদা হাপচিন্দুনা থনম্মী।

ইতোম্মতা শান্নরিবা লৈতোং অদুগী মখাদা শনশেনবা নুপামচা অমা লাক্লম্মী। নুপাশিং অদুনা লৈতোং অদুগী মখাদা থবক শুরিবা মফম অদুমক্তদা শনশিং অদু শজিক পীজরগা নুপামচা অদুনা ঐনা শান্নরিবা অঙম্বা অদুদা

কাখৎলকই। বেলরেদুগী মপু ওইবগী রাখল অমা ঐঙোন্দা খনবা হৌরক্লম্মী অমসুং মফম অদুদা মীতোপ চংহন্নিংলমদে। অঙাং অদুদা শুক্তোক্লদুনা ঐনা লাউবম্মী, "কাখৎলক্কনু, চৎথোকউ।" "করিগীনো ?" মহাক্লা হংলকই, "ঐগী শন ময়াম অসিদা শজিক চাবি অদুনা ঐ য়েংবা লাক্লিবনি।"

"নঙগী শনশিং অদু হোইদোকখো, নৎত্রবদি ইকুই কুইদনা য়ৌবক্লগদবা ট্রেন্দুনা তকখাইদুনা শিজনি," ঐনা হায়খি।

"তকনিং তকচসনু। নঙনা করিগী রাবিরি ?" মহাক্লা হাযবকই। মদু হেক তাবদা ঐ শাউনিংমনখ্রদুনা লাউরদুনা "আ অদুগী মচা ..." হায়বদুনা অমসুং হন্দক্তা খঙলকপা অনৌবা লোন কয়ামুক শীজিন্নবদুনা মঙোন্দা চোংশিল্লম্মী। অঙাং অদুনা ঐবু ফুবদি লাইরদুনা, লাউরদুনা বাজীগী মনাকতা চেনখিদুনা তাক্লুই, "নঙগী নচাসি মচিন থিবে।" বাজীনা মসি তাবদা ফুক হৌগৎলকই। ঐগীদি ইরাইবক থিবনি। ঐগী শান্নবা অদু অমুক হৌগৎলবা মতমদা প্রপ প্রপ চেনশিল্লক্লুনা মহাক্লা ঐঙোন্দা হংলম্মী, "নঙনা অঙাং অসিদা করি হায়না চৈবিরুরে ?" মদু অমুক হন্না হায়দনবগী ভাবতি ঐসু তারম্মী। রা ঙাঙদনা ঐ মিৎ কুপ্তনা লৈরম্মী, মতম অদুদা অঙাং অদুনা ঐনা হায়খিবা রা অদুমক অমুক হন্না হায়রকই। মসি তাবদা বাজীদদি শাথিনা শাউহল্লে। মানা মখুৎনা ঐগী খৌরিসি পায়রদুনা হংলকই, "নঙনা মদুবু কদাইদগী তম্লুরিবনো ?" লম্বী শেন্নিবা কাংবু অদুদা ঐনা খুৎ থিল্লম্মী। মহাক য়েংখৎলকই, সেকুণ্ড অমরোম তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "ও, অদু ওইরে, নৎত্রা ? নঙ ফত্তবা রা তমদুনা অমুক মতম ম্যাঙহনবা য়াদ্রে। ঐ তৌগে হৌজিক। নঙবু হয়েংদগী নুমিৎ খুদিংগী স্কুল কাহনবা তারে।" "বাজী ! ..." ঐনা কপখি। মহাক্লা কল্লবা রায় অমা ঐগী ইথক্তা তাবিখ্রে। ঐনা পামজবা মফম অমদগী ঐনা হৃক্ষোইবা মফম অমদা চৎপা তারে।

নুমিৎ খুদিংগী ঐনা স্কুল চৎত্রিঙৈদা লাউখোংবা কয়া থোকখি। ইমানা ঐবু চাক ঙন্তা পীজরদুনা এলুমিনিয়মগী পাত্র অমদা নুংথিল চরা রান্নবা পোৎচৈ হাপ্পী। মহাক্লা ঐগী প্লেট অমসুং লাইরিক অদু চেকশিন্না খাউ অমদা হাপচিনবিরদুনা, খাউ অদু ঐগী লেংবান্দা য়ানশিনবী। ঐহাক তনান তনানবা খোংগ্রাউ অককপা শেৎলি অমসুং ফুরিৎ লিৎলি; ঐগী শম অখোইবা অদুনা লুখমদা লোইনা তারদুনা লাইবকলোমদগী লোইনা হুথরকই। নুমিৎ খরনিদি অসুম্না থরাই য়াওবিবসিদা ঐহাক নুংঙাইজরম্মী, অদুদগী ইকুই কুইদনা

মহৌশাগী হৈনদবদু অমুক হৌবক্লে; ঐহাক থৌওইবিদনা যুমদা অসুম লৈজবনা লাউ-খোংলদুনা স্কুলদা চৎহনবদগী হেন্না পামজৈ। অদুবু ঐগী বাজী অকনবা দিসিপ্লিন লৈবা মীনি; মহাক অতৈগী মমাংদা মহাক্কী মচানুপা স্কুল করি হায়দুনা চাউথোকচবা মীওই অমা ফাওবা ওইবম্বা যাই। অযুক খুদিংগী ঐনা সড়ক্তা নিংথিনা য়ৌদুনা চৎখিদ্রি ফাওবা মহাক য়েংদুনা লৈরম্মী। মহাক্না দুকান্দা ফল্লদুনা মিনিট খবদি কৌর কৌরদুনা হায়রকই, "নুপামচা, নহাক চৎলবরা ?"

লেপপা নাইদনা স্কুল য়ৌনবা ঐ চৎলি। ঐনা চৎপা মাইকৈ অদুদা নুপামচা অতৈ অমতা চত্তে। লম্বীদা ইতোম্মতা মুরুম মুরুম শোন্দুনা চৎলি, লম্বী চৎলিবা মীশিংদু য়েংনবা নৎত্রগা লব্রাইদগী কাবকপা শন গাডীনা পোৎ লূম্না হাপ্লদুনা চৎপা নৎত্রগা কৌজেংনা উকু মনুং চংখিবদু লেপ্তুনা য়েংদুনা লৈ। ঐনা চৎপদু লেপ-লেপ্তুনা যাম্না তপ্না চৎমনখ্রদুনা মার্কেট ষ্ট্রিট য়ৌরকপা মতমদা ঐগী ক্লাসকী ইমান্নবশিংনা পূন্না লাউনা পাড়া পাবগী খোঞ্জেন্দু ঐহাক তাবম্মী, মবমদি ঐখোযগী ওঝা হনুবদুনা মাগী ছাত্রশিংদগী য়াম্না হৌবা খোঞ্জেল পাম্লম্মী। মতমগী ইরাংগা চূনরবা এলবার্ট মিসন স্কুল হায়বদু ইনক নকপদা লৈববসু, ঐবু লাইরিক তমহন্নবগীদমক্তা মফম অসিদা কনাগী পাউতাক মতুংইন্না থারিবনো হাযবা ঐ খঙদে। ঐহাক ইশাসি এলবার্ট মিশন স্কুলগী ছাত্রনি হায়জবদা চাউথোকচবা পোকচরমগনি। অদুবু বাজীনা তোয়না হায়বা ঐনা তাখি, "ঐগী অঙাংসি মফম অদুদা থানিংদে; মখোয়দি ঐখোয়গী অঙাং পূন্নমক খৃষ্টান ওন্থোকপিগদবগুম অমসুং ঐখোয়গী লাইশিং অসি চৈদুনা থাদবগুম তৌই।" মহাক্না ভাব অসি কমদৌনা ফংলকলিবনো হায়বা ঐ খঙদে; অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু থারিবা স্কুল অদুনা নুমিৎকী মখাদা হেক লৈরিবা স্কুলশিং অসিদগী খ্বাইদগী হেন্না ফবা স্কুলনি হায়বসি মহাক চেৎনা থাজখ্রে। মহাক্না চাউথোক্লা হায়বা তাই, "থাইনগী স্কুল মাষ্টর অসিগী মখুত্তগী পাশ তৌখিবা ছাত্র কয়ামুক হৌজিক মাদ্রাজদা অচৌ অচৌবা ওফিসার ওইরি, অদুম অদুম্বা মীতানা কলেক্টর ওইরি ...।" ব্রাফমসি তশেংনা মহাক্না মতোম্মতা ভাবনা পংশা শাজিনবনি নৎত্রগা ঐবু তম্বীরিবা হনুবদুনা হেক্তা হায়জিনবা জাৎনি। শিংথানবা য়াবা স্কুল ওইবদি থম্বু থমখো, কনানসু করিগুম্বা ভাবতা মফম অসি স্কুল অমনি হায়বা মঙবু মঙলোই। মসিদি চুম্নগী মাঙ্গোল স্কুল কৌনবা জাৎতুনি, মরমদি ক্লাসশিং অদু ভদ্রলোক অসিগী মাঙ্গোন্দা তৌরম্মী। মহাক অসি কবির লেনদা মমাঙদা বিলাটিমাটিগী মাঙ্গোল লৈবা হেক মখাদনা

সড়ক্কী নালা চেনবা অপিকপা, অমনবা য়ুম অমদা লৈ। ঐগা লেঙ্গা ওইনা তৌবা অঙাং ময়াম খোমজিন্দুনা অয়ুক খুদিংগী মাঙ্গোল অদুদা, কাচিন্দা থারিবা অমোনবা অমদা ঙাথরদুনা মতম পূম্নমক্তা লিচৈ অমা থাঙ্গৎলদুনা অপিকপা অঙাংশিং অদুদা লাউরম্মী। মতম অমতদা ক্লাস পূম্নমক মফম অদুদা তৌরম্মী অদুগা মহাক্লা পালী নাইনা কাংবু কাংবুশিং অদুদসু য়েংশিল্লি। ঐদি লাইরিক ময়েক অমসুং অঙ্ক ময়েক তম্বদা হৌগৎলক্লিবা য়াম্না হৈত্রিবা নৌরিবা কাংবু অদুদা য়াওরম্মী। মহাক্লা ঐখোযবু ঐখোয় ঐখোয়গী লাইরিক্তগী লাউনা পাহল্লি, ময়েকশিং অদু ঐখোয়গী শ্লেটতা শিন্দোকহল্লি, খুদিংমক্কী য়েংলদুনা অরানবা চুমথোকপী অমসুং অরানবদু হন্না হন্না লালহনবা কাঙবুদু চৈনা ফৎ ফৎ কল্লম্মী। মহাক্তি মচিন য়াম্না থিগনবা নুপানি। রেলৱেগী লম্বী শেম্বা কাংবুদগী ঐবু কন্নিংবা বাজীনা ঐবু হনুবা মহাক্কী ছাত্রশিংবু হৈনবী ওইনা গধা হায়না চৈগনবা নৎত্রগা মখোযগী মপা মপুগী হৌরকফম পুরান শিংশিংনা থিগৎপা অসিগী মনাক্তা, থানবা খল্লুবসি তশেংনা অচুম্বা ৱাখল অমা নৎত্রে।

মহাক্লা শাউনিংলিবদি ঐখোয়না তৌকবা অরানবা অদু নত্তে— ঐখোয় লাকপসিনি। মথিক নেম্বা, বিভুলা চুরবা মতম পুম্বদা লাঙদুনা, লাউদুনতা লৈরবা মী মচা মচাশিং ঐখোয়বু উবদা মহাক্কী শাউনিংবগী শিংলিদু হেক্তা হৌগৎলকই হায়না ঐনা খনখি। তশেংবসু মহাক্কী মাঙ্গোলদা ঐখোয় য়াম্না নিলখোংই। মহাক্লা ইমুংদা ঙাইহাক্তং উইবা করি করি চাবা নৎত্রগা ইমুং-মনুংগী লৈরিবা থবক কয়ামুক্কীদমক হেক চঙখিবদা ঐখোয় অমগা অমগা য়ৈনৈ, শিকনৈ, কপ্পে অমসুং লাউনৈ। নৎত্রগা মহাক্কী অবোনবদু থুগাইদুনা ঐখোয়না লোন্না মুনা মুনা য়েংলুই। অমুকখক্তি ঐখোয় মনুংদা লোন্না লিৎশিন্দুনা কা কা ফাওদুনা চৎপদা চাকশং য়ৌরে অমসুং মহাক্লা লৈরংদা ফম্লদুনা তল হৌরদুনা লৈরম্বা উরুরে। থোঙজিন্দা লেপ্লদুনা ঐখোয়না, "এ ! ওজা, নঙ চাক থোংবসু হৈবোইরে !" হায়রদুনা ইখি খিগৎনা নোক্লুরে, মদুদা মনাক্তা লেপ্লম্বী নুপী অমসু ঐখোয়না হায়বদু তাবদা ইখি খিগৎনা নোক্লুম্মী। মহাক্লা ঐখোয়দা শাউনা ওনশিল্লক্লদুনা হায়রকই, "চৎলো,অঙাংশা, মফম অসিদা লাক্কনু; মসি নখোয়গী ক্লাসকী কা নত্তেকো।" ঐখোয়গী হান্নগী মফম অদুদা থুনা চেল্লক্লে ঐখোয়, মহাক লাক্লদুনা ঐখোয় কপত্রিফাওবা না অসি লৈবম্মী। "সয়তান নখোয ময়াম্বু ঐনা মসিদা তমহল্লিবসি নখোয়বু চাউখৎনবা হায়দুনা তৌবিবনি অদুবু নখোয়না তৌরিবা অসিদি ..." হায়বদুনা মহাক্লা ঐখোয়না

তৌখিবা পাপ অমসুং ফত্তবা থবক কযাদুগী পরেং পরেং লেংদুনা হায়থরক্লে। ঐখোয় ময়াম ইরাললনা ইপোৎ ফারদুনা অনুতাপ তৌরে, মতম অদুদা মহাক্না থোৎনা নৌনা হায়রকই, "মসিগী মতুংদগীদি নখোয় ময়াম আ শুমাংসিদগী হেঞ্জিনবা যাদ্রে। নখোয় হেক চংশিল্লকপদা পুলিসতা পিথোকখিগদবনি।" মদুম তৌদুনা ব্রাফমদু লোইশিল্লে। অমুকহন্না ঐখোয় ইমুংদা য়েংশিল্লুদ্রে; অদুবু মহাক্না মনঙ্গল হেক ওন্থোকখিবদা ঐখোয়না মাঙ্গোলগী মখাদা চেল্লিবা নালা অদুদা মুন্না য়েংদুনা লৈনখি। ঐখোয়গী নোটবুক্কুগী চেনা শেগায়দুনা হি শাই, মদু নালা অদুদা তাউথহল্লি অমসুং ইকুই কুইদনা থবক অসি হৈনবী অমা ওইরক্লে; মদুদগী হি তান্নবগী মওং অমা হৌগৎলে, ঐখোয়না পুক্না হিপ্পদুনা নালাগী ঈশিং অদুদা হিশিং অদু তাউথবা য়েংদুনা লৈবস্মী। মহাক্না ঐখোয়দা ব্রার্নিং পীখি, "নালাগী খোংলম অদুদা তাপ্রবদি সরযু তুরেলদা যৌজনি খংঙুকো, অদুগা নখোয়গী নমা-নপাদা চত্তুনা ঐনা থিরুচো হায়বিরুনি!" অমসুং খুদোংথীবদু উবদা মহাক নোক্লম্মী। মহাক্না ঐখোয়দগী পাম্বদি থা অমদা লুপা অমা অমসুং অতৈ অতৈ ঐখোযনা মাগীদমক্তা পুবিরকপদুতনি। ঐগী বাজীনা মঙোন্দা থা খুদিংগী চিনি অঙাংবা মতুম অনি অনি হেক হেক পী, অদুগা অতৈনা চেং, মনা মশীং অমসুং মরক মরক্তা মহাক্না পুরকউ হায়বা পোৎশিংদু পুই। মহাক্কী ময়ুমগী চেংফু অদু ময়েং তারকপা মতমদা মহাক্না অঙাং অমা নৎত্রগা অমা মহাক্কী মনাক্তা কৌশিন্দুনা হায়রকই, "য়েংঙোই, নহাক অফবা অঙাং ওইরবদিনে নয়ুমদগী ঙাইহাক্তং চেন্দুনা চিনি খজিক্তা অসুক খক্তা লৌরুচো, খঙলবরা। লাউসে নহাক নশা খিংবা অঙাংলা য়েংগে!" অসিগুম্বা মতাংদদি মহাক য়াম্না থৌজাল হৈবা, হায়জবগী খোম্থাং অমা হেক শিজিন্নে, অদুগা মতাং অসিদা মহাক্কী সেবা ফংজবা ঙন্নবদি ঐখোয় চাউথোকপা পোকচৈ অদুগা ইমা-ইপাদা মহাক্না হায়রিবদু পীযু হায়দুনা নৈদুনা ঙংলুই অমসুং মহাক্কী সেবা ফংননবা ঐখোয় তান্নে। ঐখোয়গী ইমা-ইপানসু অসিগুম্না ওঝা অসিনা হায়রকপসি পেলহন্নবা কন্না হোৎনৈ, অয়ুক ঙন্তাদগীনা নুমিদাংব্রাই পুং মরি তারদুনা নোংমগী অয়াম্বা মতমসি মহাক্কী মনাকতা মহাক্না ছুটি থাবিরদুনা ঐখোয় যুম যুমদা হন্নরকপা ফাওবা থম্বীবগীদমক্তা তৌবিমল খঙবা উৎপা ওইরম্বসু য়াই।

মপান্দা পংলাংদা লাংবা অমসুং অকক্লবা পান্দম য়াওদবগুম ওইরবসু, ঐনা খনবদা ঐখোয়গী ওঝা অসিগী মখাদা ঐখোয় ফগৎলকই হায়বসিনি,

মরমদি চহি অমগী মনুংদা ঐহাক বোর্ড হাই স্কুলগী অহানবা ষ্টেণ্ডার্ড অদুগী মতিকপু চামন্না থোকখি; ঐহাক অরূম অরূম্বা লাইরিক পাবা ঙম্লে অমসুং ইতোম্মতগী কোক্তুগী কুন ফাওবা পুরিনবগী অঙ্ক তৌজবা ঙমলে। লিংখৎলকপদা ঙাইরিবা বোর্ড স্কুল তান্না অহল ওইরবা ওঝা অদুনা ঐবু ঙাকশেন্দুনা থিনবিরদুনা মফম অদুদা মিং চনবিরে; মহাক্না ঐগা ইমান্নবা অতোপ্পা অনিগা ক্লাসতা চঙদুনা ফমহল্লে অমসুং ঐখোয়বু থাদোক্তুনা চৎত্রিঙৈদা আশীর্বাদ পীবীরম্মী। মহাক অসি অসুক য়াম্না থৌজাল হৈরমগনি হায়বসি খল্লুবদা ঐখোয়দদি ঙক্না নুঙাইবা অমা ওইনা থোকখি। বেলান্না অঙকপা থৌদোক অমগী পাউ পীরম্মী। রাজুগী মমাংদা মখুৎ অনি লোন্নরদুনা লেপ্লদুনা হায়রকই, "ইবুংঙো, পুংফ ফরে থবক খুদিংমক।"

"ঐ য়াম্না নুংঙাইরে,— কমদৌননো ?"

"ঐগী ইচন নুপীদু ইমুংগী মী ময়াম তিল্লিঙৈদা চঙলক্তুনা মশাগী অপংবা মরালদু য়াজররে মহাক য়ারে।" মহাক্না মখা হায়থরক্লম্মী। নুপীমচা অদু ইখঙ খঙহৌদনা মদুগী অয়ুক অদুদা ইমুং অদুগী মীয়াম তিল্লিবা অদুদা চঙলকই। মী খুদিংমক ইতিং তিংনা মায়োক্নরদুনা মহাক্না হায়খি, "নহালমখে ঐহাক য়াম্না পঙনা চৎলুরে। ঐহাক ইবুং অমসুং অহল লমন ময়াম্না তৌ হায়বদু হেক্তা তৌজরগে। ঐখোয়গী করিনা খ্বাইদগী হেন্না ফগদগে হায়বদু মখোয়না খঙই।" "ঐগী না অসিনা তারিবদু ইতোম্মতা থাজবা ঙম্লুদ্রে", বেলান্না হায়থরকই, "ঐ ইতোম্মতা মঙ মঙলিবরা নৎত্রগা মিকপ থোক্লিবরা য়েংনবা খুজিন্না শিকচৈ। নুপীমচা অদুগী ৱাফম অসিনা ঐখোয়গী মনুংদা অমম্বা অমা ওইহল্লম্লবনি। নহাক্না করিগুম্বা ঐখোয়গী লমতু য়েন্নবগী মোকদ্দমা অমসুং মদুদগী থোক্লকপা চয়েৎনবা ময়ামদু পাঙথোকপিদনা থম্বীরবসু মসিগা মান্নবা ঐখোয়গী অৱাবা লৈতবনি। ঐখোয়দি নুপীমচা অসি য়াম্না লুনা তৌই অদুনা মহাক্না অমম্বা কা অমগী মনুংদা ইতু তুথরদুনা মমায়-মমিৎ তাদনা, মফী-মরোলগী মরমদা থৌওইদনা অমসুং চাগনি থক্কনি হায়বা খন্দনা লৈবদু উবদা ঐখোয়দা ওম্থোক্না অৱাবা ওইখ্রে। মহাকপু মথ্বাই নুংঙাইহন্নবা ঐখোয়না হেক অঙম্বমখৈদি ঐখোয়সু হোৎনবনি অদুদগীদি উপায লৈত্রদুনা মতোম্মতা থাদোক্লবনি। মাগী মরমগীদমক্তা ঐখোয় পুন্নমক লোইনা ৱানকবনি অদুনা ঙসি অয়ুক্তি মশম থাউ তৈরদুনা, শমজি পুল্লদুনা লৈশুনা শমজিদু লৈতেংলদুনা ঐখোয় ময়ামগী মাঙদা লাকপা উবদা ঐখোয় পূন্নমক পুমঙক ঙকলুববনি। মথ্বাই নুঙাইনা উরদুনা

মহাক্না হায়রকই, "অসুক কুইবা অসি নখোয়দা ঐহাকসি অৱাবা অমা ওইরক্নি। নখোয় পূম্নমক্না ঐবু ঙাকপীয়ু। অহল-লমননা অসুম তৌ হায়বদু ঐহাক হেক্তা তৌজবগে।" মহৌশানা অঙকপা অদু লোইখ্রদুনা ঐখোয়না হংখি, "নহাক নঙগী নতৈগা লুহোংবা য়ারেদনা ?" থুনমক মহাক্না পাউখুম পীরক্তে, মকোকতু নোম্বরদুনা লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঐগী নুপীনা মহাকপু নাকল ওইরপ্না পুথোক্লদুনা ঐখোয় অতোপ্পা ইমুং অদুদা পাউ থাখ্রগে হায়বদা মহাকসু য়ারে। নুঙাইরবা পাউ অদু ঐখোয়না কোইচেন চেম্ব্রোক্লে, অমসুং ইকুই কুইদনা ঐখোয়গী ইমুংদা লুহোংবা অমা থোক্লগনি। ঐহাক মদুগীদমক্তা শেম্ভুম, লৈতেংনচিংবা পূম্নমক শেম শাদুনা থল্লবনি। বাঁশী খোংবা, বেন্দ খোংবা অমসুং ধোল য়ৈবা হয়েংমক কৌরুদুনা ঔরাইহল্লগনি। ঐহাক নহান্না পাঞ্জিগা তান্নরুরবনি অমসুং মহাক্না অফবা নুমিৎসু পীরক্লবনি। নুংঙাইরবা থৌদোক অসি ঐহাক সেকণ্ড অমা ফাওবা থিম্বনিংদ্রে।

"হায়বদি মহাক অমুক মপুক্লিং ওল্লকপা য়াই হায়বগী কিবনরা ?" রাজুনা হংলকই। অসিগুম্বা অথুবা খোংথাংদা থবক অসি বেলান্না করিগীদমক্তা চৎনিংলিবনো হায়বদু মহাক খঙলম্মী। করিগীনো হায়বদু খনবদা ইরাই লাইবা ৱানি। অদুবু মহাক্কী ৱাতা অদুনা অমদুগী মপুক্লিংদা থাগৎনিংবা পোক্লদুনা হংলকই, "ঐগী পূক্লিংদা করি খনবগে হায়বসি নহাক কমদৌনা খঙবিবগে ইবুংঙো ?" রাজু তুমিন লৈখ্রে। থাগৎপা পোক্তুনা মহাক ময়া কাথোক্তুনা ৱা ঙাঙবা ঙমদ্রে। ফিবম অসিদি খুদোংথীনিংঙাইনি। মহাক মশাগী খঙহৈবগী ৱাখল অদু থাদোক্লগে হায়না মহাক খল্লম্মী। বেলানদা মহাক্না থুনা হায়রক্লম্মী, "ঐনা শারিবা ভাব অসিদা করিসু থোইদোক হেন্দোকপা লৈতে," অদুগা থুনমক মদুগী পাউখুম পীরক্লম্মী, "নঙগুম্বা মীনা মদু হায়বিগদবা নত্তে, ইবুংঙো। হিংচাবগী মমিত্তদি পোৎশিং অসি ইরাই লাইনা উরম্বা য়াই, অদুবু ঐখোয়গুম্বা মীচমদদি মী অতোপ্পগী পুক্লিংদা করি খল্লিবগে হায়বসি খঙবা ঙমদে।" পুক্লিং অদু চিংথোক্লবগীদমক্তা রাজুনা ইচম চম্না হংলম্মী, "বর অদুগী মরমদদি নহাক খঙলাকপ্রা ? নহাক্না হায়রিবসি মহাক্তি য়ানিংলবরা ? মহাক্না য়ারুদবদুদদি মহাক্তি করি খনখি ?"

"নুপীমচা অসিনা য়ারক্লবা মতুংদা ঐখোয়গী পুরোহিৎ অদু মহাক্কা ৱা তান্নরুনবা ঐনা থারুই, মহাক য়ানিংলে হায়দুনা পাউ হন্দোক্লরে। হৌখিবা থৌদোক্কীদমক্তা মহাক্তি থোইদোক্লা খনবা পামদে। হৌখ্রবদি হৌখ্রেদনা।"

"অচুম্বনি, অচুম্বনি," করিসু হাযনিংঙাই লৈত্রদুনা অমসুং য়ামনা কা হেন্না হৈশিংবা মানগদবা ৱা অমতা ঙাঙনিংদ্রদুনা রাজুনা হাযরকই। মহাক মশাগী হৈশিংবা মতৌ অসিদা মতোম্মতা ফাওবা কিজবা হৌরক্লে। ময়া কাথোকপা ফাওবা কিরবনি। ৱা ঙাঙদবগী মওং অমা উৎলে অদুবু ৱা ঙাঙদবদনা হেন্না খুদোংথীবা লৈরি। অসিগুম্বা হৈশিংবসিনা মহাকপু কনবিরমদে। বেলানগী ৱা অদুদি নুংঙাইনা অদুম লোইশিল্লে। নোংমা মহাক মচননুপীগী লুহোংবা য়াওবিয়ু হায়জবা রাজুগী মনাক্তা লাকখি; মহাকপু মতোমতা থম্বীরম্লবা হায়জবদা কুইনা চঙখ্রে। অদুম ওইনমক শিক্ষনা কৃপশিল্লবা অচৌবা লম্পাক অমদা উঁহে-ৱাহৈ ময়াম হাপ্লদুনা বাজুনা মহাক্কী টুরিষ্ট কয়াবু অমনবা কোনুং নৎত্রগা হোল ফাওদুনা পুদুনা চৎপা মতমদা থেংনখিবা অদুগুম্বা অথেন পোৎতুগুম্বা কয়া পুরক্লুনা কৎলম্মী। চীংলেম্না কৎলরিবা অদু মহাক্লা লৌবম্মী।

নুপীমচা অদুগী লুহোংবদি মহাক য়াওরুদ্রে। মীয়াম মরক্তা মহাকপু মীনা উখিবসু পাল্লুদে অমসুং মঙক কল্লবী নুপীমচা অমবু মপুক্লিং ওলহনখিবা মী অমনি হায়দুনা মহাক্কী অকোয়বদা মীয়াম কোয়শিনহনবসু মহাক পাল্লমদে। অদুবু মতোম্মতা তোখাইনা তাবসিনা মহাকপু কনবিরমদে। মহাক্লা লুহোংফম চৎত্রবসু, লুহোংবা অদু মহাক্কী মনাক্তা শোইদনা য়ৌরক্কনি। য়াম্না থুনা বেলান্না নুপীমচা অদুনে মপুরোইবনে চরাংনরবা মরী মতা ময়ামনে পুরদুনা মন্দির অদুদা লাক্লম্মী। নুপীমচা মশামক্লা রাজুবু মহাকপু কনবিখিবা মীনি হায়না হায়বা তানখি। মী খুদিংমক্তা মহাক্লা হায়খি, "মহাক্তি মীঙোন্দা ৱা ঙাঙদে, অদুবু মহাক্লা নঙোন্দা মুন্না হেক য়েংলকপদা নহাক নপুক্লিং ওনগনি।"

মহাক্কী সঙ্গ অসি অসুম অসুম পাকথোক্লক্লে। বেলান্না নোংমগী মহাক্কী লৌ ইখোল শুরুবা অদু লোইরদুনা লাক্লগা মখাগী সিড়িদা ফমলে। রাজুনা করিগুম্বা ৱা ঙাঙলক্লবদি মহাক মুন্না তারম্মী; নৎত্রগনা তুমিন্না লৈবদু চপ চানা তৌবিমল খঙবগা লোইননা খাঙলম্মী, মমশিল্লক্লগা ৱা ঙাঙদনা তুমিন্না হৌগৎলদুনা চৎখি। অসুম অসুম তপ্না তপ্না অতোপ্পা মী খরসু মশক্তি খঙদনা চাংনাইনা লাকপা হৌরক্লে। মখোয় অদু কনা কনানো হায়না রাজুনা নিংথিনা হংবা ঙল্লমদে: তুরেলগী তোর্বান অদুদি মীয়াম পূম্নমক্কীনি অমসুং মশামকসু লোন্না লাক্লিবনি। মখোয়না মখাগী সিড়িদা ফম্লদুনা রাজুদা মুন্না য়েংলদুনা লৈরম্মী। কনাদসু মহাক্কী ৱা অমফাওবা ঙাঙফম লৈতে: মহাকসু মফম অদুমক্তদা ফম্লদুনা তুরেল অদুদা অমসুং তোর্বান্দা কোইয়েং য়েংলদুনা মহাক মথংদা

কদাইদা চৎপা অমসুং করি তৌবা হায়বগী মরমদা কন্না খনবা লাক্লরি। মখোয়না মহাক্কী অচিকপা অদু থুগাইরুগদ্রা হায়বগী কিবনা লোন্নফাওবা ব্রা মচেৎ অমতা ঙাঙনখিদে। থৌদোকশিং অদুদা রাজুদু হৈনদবা হৌগৎলক্লে অমসুং মখোয়গী সঙ্গ অদুদগী নাম্থোক্লবা উপায় লৈরমখিগদ্রা ফাওবা চিংনরক্লে। নুংথিল চুপ্পদি মহাকপু মতোম্মতা থম্বীরম্মী, অদুবু নুমিদাংব্রাই অথেঙবদদি মখোয়গী নুংথিলগী থবক-ইনখাং লোইরদুনা খুঙ্গংগী মীশিং অদু হেক্তা লাক্লম্মী।

নোংমা নুমিদাংব্রাই অমদি ময়াম অদু থুংলদ্রিঙৈদা, মন্দির অদুগী মনিংলোমদা চৎলদুনা অঙাংবা লৈনা থন্না শাৎলবা গুলাপকী লৈকোন অমগী মনুংদা মহাক লোত্তুনা লৈবম্মী। মখোয়দু থুংলবগী মখোল অদু মহাক তারম্মী, মখোযনা তুবেলগী সিড়ি যৌরকপগী খোঞ্জেলদু তারে। মখোয় তপ্পা, ইঙলবা খোঞ্জেলদা ব্রারী শারম্মী। মন্দির অদু কোয়না চৎলদুনা শুলাপকী মোংশোং অদু লান্দুনা চৎখি। কোইতান তান্নরিবা শাগুম্না মফম অদুদা হিপ্তুনা লৈবদু বাজুগী থম্মোই অসি তিং তিং চোংখ্রে। স্বব থিংলদুনা মহাক ঙাইদুনা লৈরে। মখোযনা কবিগুম্বা মহাকপু মফম অদুদা লৈবম্বা থেংনখ্রবদি করি খুমগদগে হাযবদু মহাক হান্ননা শেমশাদুনা লৈখ্রবনি। মহাক অরুবা ব্রাখল খল্লুদুনা গুলাপকী মকম অসিদা অদুগুম্বা ব্রাখল খন্নবগী খ্বাইদগী অফবা মফমনি খন্দুনা লৈরম্বনি হায়গনি। অদুবু লাইবক ফবনা মফম অদুদা মখোয়না মহাকপু থিরক্লে। মোংশোং অদুগী মনাক্তা লেপ্লদুনা মখোয়না লোন্না অব্রাবা খোম্থাংদা ব্রারী শানরম্মী, অমনা হাযখি, "মহাকপু কদাইদা চৎলমগদগে ?"

"মহাক্তি অচৌবা মীনি, চৎনিংবা মফম অমদা চৎলম্বা য়াই; মহাক্কীদি তৌগদবা থবক লিশিং লিশিং লৈখ্রবনি।"

"ও ! নঙনা খঙদ্রে। মহাক্তি সংসার অসি পুমথা থাদোক্লবনি, ধ্যান নত্তনা মহাক্তি করিমতা তৌদে। মহাক মফম অসিদা ঙসি লৈরমদবসি কয়াদা নুঙাইখিদ্রবনো !"

"মহাক্কা পূন্না মিনিট অমা অনিদং ফম্মিন্নরুবদা ও ! মদুনা ঐখোয়গী ইমুং-মনুংদা কয়া য়াম্না অওনবা থোকহনখ্রবা ! নখোয় খঙদ্রা, ঐগী ইন্দোলগী মচানুপাদু ঙবাং নুংদাং ভাব তারক্তুনা ঐগী নোটতু পীথোরক্লে। মহাক্লা মদু হেক পায়দুনা লৈবিমখৈদি, মহাক্কী মখুত্তা ঐখোয়বু থিন্ননবা থাঙ অমা পাইশিন্দুনা থম্বগুম থোকখ্রবনি ঐঙোন্দা।"

"ঐখোযগী অতে কবিসু কিনিঙাই লৈববোই; অসিগুম্বা ধর্ম লৈববা পুকচেল চাউববা নুপা অসিনা ঐখোযগী ইবক্তা লৈবিগনি হাযনা লাকপীবিবা অসি ঐখোযগী ইবাইবক ফবনি।"

"অদুবু ঙসিদি মহাক মাঙথোকখ্রে। পুন্সি চুপ্পগী ওইনা ঐখোযবু মহাক্না হুন্দোকপীবন্নববা কবিনো খঙদ্রেদা ?"

"মহাক শোযদনা চৎখ্রবদি ঐখোযগী লাইবক থিবনি।"

"মহাক্কী মফি-মবোল পূন্নমক্তি হৌজিক ফাওবা হোলদা লৈবি।"

"মহাক্তি অকিবা পোক্তে।"

"ঐনা ঙবাং পুবকপা অচা-অথকতৃদি চাখ্রে।"

"নঙনা হৌজিক পুবকপদু মফম অদুদা থনম্মো; মহাক শোযদনা কোযথোক্লুবদগী হল্লকপদা চাক লান্নগনি।" নুপা অসিদা মহাক্কী পূক্লিং খঙবিবগীদমক্তা বাজুনা তৌবিমল খঙবা উৎলম্মী।

"কবি কবিগুম্বা মতমদা যোগীশিং অসিদি ব্রাখলতনা হিমালয ফাওবা কোযকুবা ঙম্মী হাযবসি নখোয খঙদ্রা ?"

"মহাক্তি অদুগুম্বা মখলগী যোগী নত্তে হাযনা ঐনা খল্লি।" অতোপ্পা অমনা হাযবকই।

"কনানা হাযবা ঙমগনি ? মপাম্বোংগী শক্তম হাযবসি কবি কবিগুম্বা মতমদা ওন্নতৈনবসু যাওই।" কনাগুম্বা অমনা হাযবকই। অদুদগীদি মখোয হান্নগী মখোয মখোযগী ফমফম অদুদা হঞ্জিনদুনা ফম্লখ্রে। মতম ফনা কুইনা মখোল মশেল ব্রাবী শানবদু বাজুনা তাবম্মী। ঙাইহাক লৈবন্নগা মখোয হুন্নখ্রে। মখোযগী মখোঙশিং অদুনা ঈশিংদা জম জম লান্দুনা চৎখিবদু বাজুনা তাবম্মী। "যাম্না মমশিনখিদ্রিঙৈদা ঐখোয চৎহৌসি। মীনা তুবেল অসিগী সোম থংবা শরুকসিদা হনুবা গুমভীব অমা লৈ হাযনৈ।"

"মফম অসিমক্তদা ঐনা খঙবা অঙাং অমা মখোঙ খুজেংদা অমুকখক লাকখি।"

"অদুদগীদি কমদৌখ্রে ?"

"মথংগী নুমিত্তা মহাকপু তুবেল মনুংদা চিংথখ্রে ...।"

মখোযগী খোঞ্জেল অদু থাপ্পা বাজুনা তারম্মী। মহাক্না চেকশিন্না মহাক্কী লোৎফমদগী য়েংথোক্লক্লম্মী। নাকল অমগী তুরেল মপাল অদুদা মখোয়গী অমুবা মমিশিং অদু মহাক উবা ফংলম্মী। মখোয় পূন্নমক মিৎলমগী ৱাংদা পুংউ উখিদবা ফাওবা মহাক ঙাইরম্মী। মনুং চঙদুনা মহাক থার্উমৈ অমা থাঙ্গৎলে। অবাম-খৌরাংবা য়াম্না পোকলে। লিববা নূংগী মূর্তি অদুগী মখোঙ ময়াদা মখোয়না মহাক্কী চাননবা খরা লাদা য়োমশিল্লদুনা থল্লম্মী। রাজুগী মপুক্লিংদা তৌবিমল খঙবগী ৱাখলনা পিক থনখ্রে অমসুং বেলান্না মহাক্তি চাক ঈশিং চাদ্রবা যাবা য়াম্না ফখ্রবা অমসুং নুংশিত্তগী ফংবা এটোম চাবগা হিংবা য়াবা মীওইনি হাযনা খল্লকপগী থাক অদুদা য়ৌহনবিবক্কনু হাযনা মহাক ঈশ্নবদা খুকুমজবি।

মথংগী অয়ুক্তা ঙন্না হৌগৎলদুনা মহাক্কী অয়ুক্কী তৌগদবা ইক-মাইথজবা লোইবদুনা তুবেলদা মফি মবোল শুদোক্লে; ষ্টোভ থাগৎলদুনা কোফী শেল্লদুনা সংসাব অসিগী অৱা-অনা করিমতা খন্দনা লৈথোকলে। ঙসিদি মহাক মহাক্কী তুংগী পুন্সিগী লম্বী লেপ্পা তারি। মহাক মহাক্কী পোক্লফম চৎতুনা মীয়াম্না তমথিনা য়েংশিল্লকপদু মতম খবা খাঙলুবা অমা নৎত্রগা অতোপ্পা মফম অমদা চৎপা তাই। মহাক মফম কদাইদা চৎকনি ? থবক কন্না শুদুনা হিংননবা তানবসু মহাকপুদি তম্বীবক্ত্রে। হৌজিক্তি হায়জকবা তৌদনা মহাক চাননবা ফংই। মহাক্না হৌজিক অতোপ্পা মফম অমদা চৎলবদি চুম্না পংঙাইদা ঙাইদুনা লৈজববসু কনানসু মঙোনদা চাননবা পুবিরক্লবগী অৱাবদু লৌর্বিবোই। মদু ওইবা য়াবা মফমদি জেলদদি ওইবা যাই। মহাক হৌজিক কদাইদা চৎকনি ? মফম কদাইদসু চৎফম লৈতে। অথাপ্পা চীংগী অঙন্বদা শজিক চারিবা শনশিংনা মফম অদু মপা লৈতনা চীকপগী মতৌ উৎলি। মহাক্কী অতোপ্পা পাম্বৈ লৈতে হায়বদু মহাক খঙজরম্মী: বেলান্না মঙোন্দা পীরিবা পার্ট অসি মহাক লৌবা তাই।

মপুক্লিংদা লেপ্লদুনা নুমিদাংৱাই অদু বেলানগা মহাক্কী মরুপ-মপাংশিংগা লাকপদু থেংনরগে হায়দুনা শেমশাদুনা মহাক লৈরে। হান্নগুম্না নুংপাক মথক অদুদা মায়থোংদা আশীর্বাদ অমসুং অচিকপগী মমি তারদুনা মহাক ফমদুনা লৈরে। মহাক্না য়াম্না ৱাজবিবদি মহাক্না ঙাঙথোক্লুবা খুদিংমক্তা মহাক য়ামনা কা হেন্না হৈশিংনা থোকখিগনি হায়বসিনি। মদুগী চেকশিনবা অমা ওইনা মহাক মৌনব্রত তৌই। অদুবু মদুগী অকিবদুসু হৌজিক্তি চেনখ্রে। মহাক্না হেক ঙমজবমখৈ মহাক মশাবু য়াম্না খঙহৈবা ওইনা উহল্লগে খল্লে, মহাক্কী মচিন্দগী

ব্রাখলগী মনিমুক্তা মতুম মতুম তাহল্লকই, অফংবা মঙাল মখে মশাদা লৌশিল্লি অমসুং অহনবা নাইদনা মখোয়না পাল্লিবা লমজিং অদু পীননবা লাক্লে। খরগা হেন্না মপুং ফানা উৎননবগীদমক্তা মহাক শেমশারগে হায়না লেপখ্রে। ব্রাখল অসি খল্লদুনা মহাক্কী ফমফম অদু মন্দিরগী মনুংথংবা হোলদা হোংজিল্লে। মসিনা হেন্না ফবা মফম অমা ওইরে। বেলান অমসুং মী অতৈসু লাক্লগনি হায়না খনবা মতম অদুদা মফম অসিদা মহাক ফল্লম্মী। মখোয় ময়াম অদু থুংলবগী ব্রাখল অদু মহাক্লা মফম খঙদনা চবাংনবা নুঙাইবা অমগা লোইননা হান্ননা খন্দুনা লৈখি। মশাগী ফিবম, মূর্তি শেন্নদুনা মখোয়বু ওক্লনবা লৈখি। নুমিৎ তাশিল্লকলে। মদুগী মচুনা ফক্লাংদা নাপু মচু মান্না তারক্লে। অকোয়বদা হৌরিবা য়ুবী পাম্বীগী মতোলশিং অদু পুন্নং লংখ্রে। অহিং ওইশিল্লকপদগী পোত্থাখিদ্রিঙৈদা উচেকশিংনা খোংলকপা খোঞ্জেল অদু অসুম অসুম হৌবা হেঙ্গৎলক্লে। অমম্বনা কুপশিল্লক্লে। অদুবু হৌজিক ফাওবা বেলান নৎত্রগা অতোপ্পা মী অমতা লাকপগী খুদম ফংদে। অহিং অদুদি মখোয় লাক্ত্রে। মহাক করিমতা চাদনা লেল্লে; মরু ওইবা অব্রাবদি মদু নত্তে, মহাক্কী হৌজিকসু লফোই খরা লৈরি। মখোয় তুংদা অমুক শুকলাক লাক্ত্রে হায়না খল্লো ? করিনো থোক্লগদৌরিবসি ? মহাক ব্রাখল লৈতাবা ঙমদ্রে। অহিং চুপ্পা মহাক ব্রানা লেল্লে। মহাক্কী হান্নগী অকিবা পূন্নমক্তু অমুক হন্না লাক্লে। মহাক্লা টাউন্দা হন্দুনা চৎপা তারবদি বন্ধপ থল্লম্বা নুপা অদুদগী মাগী ময়ুমদু হন্দোক্লুবা তাই। মশাগী ময়ুম অদুদা লৈফম মচেৎ অমতং ফংননবা মহাক কন্না খৎনরুবা তাই নৎত্রগা মদু কোক্লনবা পৈশা থিরুবা তাই।

তুরেল অদু লান্দুনা, খুঙ্গং তান্না চত্তুনা বেলানবু থিরুসিরা থিরুরোইসিরা হায়না মতোম্মতা কন্না মরৈ য়েৎনবা হৌরে। মদুমক তৌরবদি ইজ্জৎ লৈবা থবক্তি মান্দে। মখোয়গী মমিত্তা মহাকপু মমল য়াওদবগুম উহনখিদুনা মখোয়না মহাকপু শুকথৌ থওইবিখিদবসু য়াই।

অতোপ্পা তুরেল মপান অদুদা নুপা মচা অমা য়াউ শেন্দুনা লৈবা উরম্মী। খুবাক খূরদুনা মহাক্লা কৌরগা হায়রকই, "মফম অসিদা লাউ।" সিড়ি অদুদা কূমথরদুনা তুরেল ব্রাংমা অদোমদা লাউরকই, "নুপামচা ঐহাক মন্দির অসিগী অনৌবা পুরোহিৎনি, 'সিদা লাউ। নঙোন্দা পীজগে হায়দুনা ঐনা লফোই অমা থমলি। লাউ, লৌরু লাউ।" জুব্রার শান্নবগুম্বনি হায়না খল্লদুনা মহাক্লা মদু থাঙ্গৎলকই; মহাক্কী লৈজরিবা হায়ববু মসিতা মঙাইরবনি, মসিমকসু অঙাং

অদুগুম্না খুদক্তা চৎখিবা য়ারবনি অমসুং মহাক্না কয়া য়াম্না খৌরাংনা ঙাইরিবগে হায়বদু বেলাননা শুকখঙ খঙদবসু যাই, অদুগা রাজুনা মফম অদুদা চরা হেন্দুনা হিপ্তুনা লৈরদুনা মখোয়না মমৈদা মহাক্কী ঙৌরোক ঙৌরবা শরুশিং অদুতা থেংনরদুনা অকোয়বদা লৈরিবা ফত্তহৌদি মরক অদুদা মদুসু হুন্দোকখিবা য়াই। ৱাখলশিং অসি খল্লদুনা মহাক্না লফোই অদু থাঙ্গৎলকই। অঙাং অদু মদু পাম্লদুনা থুনমক তুরেল লান্দুনা লাকলে। মহাক মথিক নেম্বা অঙাংনি অদুনা মনা য়ৌনবা চোৎলে ঈশিংনা। রাজুনা হায়রম্মী, "নঙগী কোয়েৎতু লৌথোক্তুনা তৈথোকলগা কংহল্লু, ইবুংঙো।" "ঐদি ঈশিং কিদে," মহাক্না খুন্নকই।

"অসুক য়াম্না চোৎহনবদি ফত্তেদনা।"

লফোই অদু লৌগে হায়না মখুৎ তিংথোক্লক্লদুনা মহাক্না হায়রকই, "ঐদি ইবোইবা হে। ঐ ইতত্তত্তনা ইবোই।"

"অদুবু ঐদি নঙবু মফম অসিদা মমাংঙৈদা অমুক্তা উখিদ্রি," রাজুনা হায়খি।

"ঐদি অসিদা লাক্তে। মখা খবা চত্থবগা ইরোই।"

"নঙ মফম অসিদা করিগী লাক্লিবনো ?"

"মফম অসিদি গুমভীর লৈ," মহাক্না হায়খি।

"অদুবু ঐদি গুমভীর অমতসু অমুক্তা উখিদ্রি।"

"মরক মরকতা উরক্কনি," মহাক্না হায়রকই। "ঐগী য়াউশিংসিদি আদগী অসিদা হেক হেক শজিক চাই। ঐ মফম অস্বাইদা মী লৈবরা য়েংগে লাকপনি।"

"করিগী ?"

"ঐগী খুরানা য়েংলকউ হায়।" মহাক্না হায়রকই, "মন্দির অদুগী মমাংদা নঙগী য়াউশিংদু হোইজিল্লগা মফম অদুদা মী অমা লৈবরা য়েংলকউ। অদুননি মফম অসিদা ঙসি ঐ লাক্লিবসি।"

রাজুনা নুপামচা অদুদা লফোই অদু পীরদুনা হায়রকই, "নঙগী খুরাদা নুপা অদু হল্লক্লে ঙসি নুমিদাংৱাই মফম অসিদা লাউ হায়য়ু।"

মখুরা অদু কনানো হংননবা মহাক ঙাইদ্রে। ওইনিংবা অমা ওইজসনু, মহাকপুদি তরাম তরম ওক্লিবনি। অঙাং অদুনা লফোই অদু মকু খোক্লদুনা পূম্না

য়োৎখ্রে অদুগা মকু অদুসু চাবা হৌরক্লে। "কবিগীনো নঙ মকু চাবিবদি ? মদু চাববদি নাবগনি," রাজুনা হায়খি।

"নত্তে, নারোই," অঙাং অদুনা খুম্নকই। মশাগী মপুক্লিং চপ চানা খঙজবা অঙাং মাল্লি মহাক।

বাজুনা শেংফাত্তনা তাকখি, "অফবা অঙাং ওইগদবনি। হৌজিক্তি চৎলো। নঙগী খুবাদা হায়যুকো ...।"

মঙোন্দা চেকশিন্না যাউশিংদু যেংবিনবা হায়রম্লগা মহাক চৎখ্রে। "ঐ হল্লক্ত্রি ফাওবা মখোয়শিং অসি খরা যেংবিবম্মু।" নাকল অমগী অঙম্বদা শজিক চাবিবা মহাক্কী য়াউ শঙ্গু অদু মহাক্না তাক্লম্মী।

# ৩

**নোংমা** নুংশা-চিংশা ফববা নুমিৎ অমদা মঙ্গে পাম্বীদুদগী খরা থাপ্পা ষ্টেশনগী বিলডিং অদু শাগৎলক্লে। নুমিৎকী মঙাল অদুদা ইস্পাৎকী রেল মখোঙশিং অদু ইরং লংলম্মী; সিগনেল পীননবা য়ুম্বীশিং অদুনা অঙাংবা অশংবনা মরাং মরাংলদুনা মচু মখলগী থাৰ্উমৈ থাল্লদুনা লৈরম্মী অমসুং ঐখোয়না লৈজরিবা পৃথিবী অদু রেলৱেগী অসোমথংবা নাকনগা সোমথংবা নাকনগা অনি থোক্লা মচা তানা খায়দোক্লে। পোৎ খুদিংমক শেমশারে। ঐখোযগী অহাংবা পুংজা খুদিংমক মাইল মখাই অমা থাপ্পদা লৈরিবা উকু অদু ফাওবা থারিবা রেলগী লম্বী অদু য়েংদুনা লেল্লে। প্লেটফোর্ম অদুদা হঙ্গৎহন্দা চত্তুনা ঐখোয় শান্নে। রেলৱেগী শুমাং অদুদা গোল্ড মোহর পাম্বী মচা অমা থাই। ষ্টেশন মাষ্টরগীদমক্তা থল্লিবা কা অদুদা মূনা মূনা য়েংদুনা ঐখোয়না মাঙ্গোল অদুদা কোয়চৎ চৎলি।

নোংমদি ঐখোয় পূম্নমক ছুটি পীরে। "ঙসি ঐখোয়গী টাউন্দা ট্রেন থুংলরগনি," মী পূম্নমক্লা হরাউনা লাউনরম্মী। ষ্টেশন অদু লৈ পরেং, চে পরেং অমসুং ফিরালনা লৈতেংলে। বাঁশী খোংবা অমনা বাঁশী খোংলম্মী, বেন্দ থাপ্পা খোংলি। রেল লম্বীদা য়ুবী থুগাইনরে অমসুং ইঞ্জিন অমনা গাড়ী অনিখক চিংলদুনা য়ৌরক্লে। টাউন অদুগী মরু ওইবা মীওই অয়াম্বা মফম অদুদা তিল্লম্মী। কলেক্টর, পুলিস সুপরিন্টেণ্ডেন্ট, মিয়ুনিসিপাল চেয়রমেন অমসুং লম অদুগী ললোন ইতিক তৌবা মীওই কয়াসু মখুত্তা অশংবা বাৰ্ত্তনগী কাৰ্ড পায়রদুনা ষ্টেশন অদুদা তিল্লম্মী। পুলিশনা প্লেটফোর্ম অদু ঙাকশেন্দুনা মীয়াম অদু চংহল্লমদে। ঐসি মদি নমথাক ওইরবোই খল্লুরে। ঐনা প্লেটফোর্ম চঙবদা থিংগনি হায়বসি ঐদি থওইনা খল্লুদে। অথাপ্পদা লৈরিবা চৈ খারিবা মফম অদুদা ইশাসি ইথুপ থুপচিল্লদুনা লৈরে অমসুং ইঞ্জিন অদুনা মফম অদুদা থুংলবা মতমদা ঐহাক মদুবু ওক্লনবা শেমশারে। ঐহাক্তি য়াম্না পিকপনা কনানসু ঐ লৈবদু উদে। টেবল কয়া থারি, ওফিসকী ভদ্রলোক কয়ানা পোত্থারদুনা অকোয়বদা ফল্লি অমসুং মী কয়ানা হৌগৎলদুনা ৱা ঙাঙলি। মখোয়গী ৱাদা য়াওবা "মালগুডী" হায়বা ৱাহৈ অদুতনি ঐনা খঙবা। খুবাকসু খূনৈ। বেন্দ খোঙ্গৎলক্লে, ইঞ্জিনসু মখোল থোরক্লে, শরিক খিংলক্লে, গার্ডনা মহাক্কী হুইশল

খোংলক্লে অমসুং অথুম-অহাউ চারম্বা মীয়ামদু ট্রেন মনুংদা কাখৎনরক্লে। ঐসু মখোয়গী মতৌ অদু ইনগে হায়না ফনা কন্না নিংলে অদুবু ঐবুদি থিংবিনবা পুলিস য়াম্না লৈ। ট্রেনদু খরা খরা চৎপা হৌরক্তুনা থুনমক মশক উখিদ্রে। হৌজিক্তি প্লেটফোর্ম মথক অদুদা মীয়াম তিনবা যারে। নুমিৎ অদুদা বাজীগী দুকানগী পোৎশিত্তি রেকোর্ডনি।

ষ্টেশন মাষ্টর অমগা মহাক্কী পোৎ পুথোক-পুশিন তৌবা নুপা অমগা ঐখোয়গী য়ুমগী মায়োক্লবদা লৈবা ষ্টেশনগীনা মনিংদা লৈবা অপিকপা নুংনা শাবা য়ুম অদুদা হেক লৈরবদগীদি বাজীগী কারবারদা য়াম্না চাউখৎলকলে অমসুং টাউন্দা চখোক-চৎশিন তৌদুনা পোৎচৈ লৈরুনবগীদমক শগোল অমগা গাড়ী অমগা লৈরে। ইমাদি কয়া য়ানিংদে: "করিগীনো নঙনা ইমুং অসিদা ইরোই অনিখক লৌরিবা অসিগীদমকসু খনবা ঙমদ্রিঙেদা হা শগোল, শগোলগী চানবা হৱাইবু হাযবনে অমুক অনৌবা পোৎলুম অমা করিগীদমক্তা হাপচিনগদৌরিবনো ?" মহাক্লা হায়বদু মপুংফানা পাউখুম পীদে; মহাক্লা য়ানিংদ্রবসু ৱা অসি হায়রদুনা লোইশিনখি, "ৱাশিং অসিগী মবমদা নহাক করিসু খঙপোৎ নত্তে। নুংতিগী সহরদা তৌগদবা থবক য়াম্ন লৈ। বেঙ্কতসু ঐদি য়ামনা তোয়না চৎপা তাই।" "বেঙ্ক" হাযবা ৱাহৈ অসি মহাক্লা য়াম্না অকনবা চাউথোকপা খোঙ্হোংদা হায়খি, অদুবু ইমাবুদি মদুনা করিসু ভাব তাহনখিদে।

অদুনা ঐখোয়গী শুমাংদা ইনা কুপ্পা শগোলশঙ অমা অমুক শাগৎলদুনা মনুং অদুদা উৎ মানবা মচুগী শগোল অমা পুন্দুনা থম্লে, অমসুং বাজীনা মদু য়েংশিন-খোৎচিন্নবা মী অমসু থিরুরে। ঐখোয়গী শগোল অমসুং গাড়ী অসিগা লোয়ননা ঐখোয়গী ইমুং অসি টাউনগী ৱারীনফম ওইখ্রে, অদুবু ইমাদদি ৱাফম অদু য়ানিংবা পোকখিদে। মঙোন্দদি মসি বাজীগী মফমদা কান্নদব্রা অরেম্বা চাউথোকপনি হায়না লৌখি অমসুং বাজীদগী লাকপা ব্যাখা কয়ানা মহাকপু মদু নত্তে হায়না ভাব তাহনবা ঙমখিদে। মহাক্কী ৱাখলদি বাজীনা মহাক্কী কারবার অদু হেঞ্জিন্না খল্লে হায়বসিনি অমসুং মহাকপু য়ুমদা হেক লৈবা উবদা মরাল কয়া শিজিন্নদুনা শগোল অমসুং শগোল গাড়ী অদু নিংথিনা শিজিন্নদ্রে হায়দুনা হেক হেক ঙাংই। শগোল গাড়ীদুদা তোংদুনা মতম পূম্নমক্তা লম্বীদা কোইচৎ চত্তুনা লৈগনি হায়না মহাক্লা লৌই। নোংমগী মনুংদা মহাক্কীদি টাউন্দা পুং অমদগী হেন্না থবক লৈতে অদুনা মহাক্লা পুং খরদং মরুপ অমবু য়েংবিরম্মু

হায়দুনা থাদোক্লল্লিবা দুকান অদু য়েংশিন্নবা মহাক মতম পূম্বদা মতম চানা হল্লকই। ঐনা খনবদা ইমাসি ফনা নিংথিনা জয় ওইরবী মীগী মরাল পুথোকপী হৈবীনি হায়না খল্লি মরমদি বাজীসি মহাক্কী কাহেনবা ৱাখল অয়ামবা থাদোকখ্রে অমসুং মহাক্না য়ুমদা শগোল অমসুং গাড়ী অনিদু মঙ্গে পাম্বী মখাদা ইশি শিজিন্নদনা পুন্দুনা থম্নুরগা হল্লকপদা য়াম্না নোঞ্জবগী মওং উই। "চৎনিংলগা শগোল গাড়ীদু পুদুনা বাজারদা চৎলু," মহাক্না ইতত্তনা হায়, অদুবু বাজীনা হায়রিবদু ইমানা করেম্নবোইনা খুল্লকই. "নুতিগী ঐহাক কদাইদা চৎলুগদৌবিবনো ? কঁরিগুম্বা নোংমা ফাদোক ইবাইগুম্বা নুমিত্তা মন্দির চৎলুনবা কান্নবসু য়াই। অদুবু মন্দির অদু চৎলুনবগীদমক্তা চহি চূপ্পা নহাক কায়দবা পোৎলম থাক্কুনা থমগদ্রা ? শগোলনা চানবা হৱাইনে, শজিকনে অসিগা খবচ কয়া য়াম্না চংই নহাক খঙব্রা ?" অদুবু লাইবক ফবদগী মদুনা শেল পংচং চংহনবা নৎলমদে। ইমানা লেপ্পা লৈতনা য়ানিংদ্রবদুদদি বাজীনা শগোল অদু যোম্ফোকখিদুনা বো স্প্রিং পানবা শন গাড়ী অমতমক ওম্ফোক্লগে (অঙকপা ৱাখলনি) হায়দুনা কয়া খনখ্রবনি। বাজারগী থোঙান্দা লৈবা য়োৎশুবা নুপা অমনা মদুসু মাগীদমক্তা শোয়দনা তৌবিরগে হায়না য়ারবনি।

বাজীগী ৱাখল অদুদা শগোল অদু শেন্নরিবা নুপা অদুদি নোকনিংলম্মী অমসুং বাজীদা জ্ঞান তানা য়োৎশুবা নুপা অদুনা গাড়ী অদু চুম্নগী মঙ্গে মখোং অদুদা থেন্দুনা থম্নবা পোৎ অমা ওম্ফোকহল্লগে হোৎনরবনি ওইথোক্তবা ৱাফমনি হায়বম্মী। "নঙবু শগোলবু শন ওম্ফোকহনবীগে হায়বা ৱাশক ফাওবা তাশিল্লক্লবরা !" মহাক্না হায়খি, অমসুং অদুদগী বাজীগী কারবার তৌনিংবগী ভাবতা থং পানবা ৱাফম অমা হৌদোক্লকই। "বাজারদা শান্দোক্লুনবা ঐ মসি থৌরগে। মাগী হৱাই, শজিক পূম্বা ঐগী দায়ীত্বনি– নঙগী শগোলসিতা শিজিন্নগে। ঐনা নঙোন্দা নোংমদা লুপা অনি অদুগা শগোল শঙ অসি শিজিন্নবগী থাদা লুপা অমা পীগনি, অদুগা লুপা অনিগী মথক্তা হেক তাঞ্জবমখে ঐগী ওইজগে।" মসিদি য়াম্না নুংঙাইবা ৱাতানি। বাজীনা মহাক্না পাল্লকপা মতমদসু গাড়ীদু শিজিন্নজবা ফংগনি অদুগা নুমিৎ খুদিংগী মসিনা পৈশাসু তাল্লি অঁতে দাই করিমতা লৌরুদনা। নুমিৎ অসুম অসুম হৌখিবগা লোয়ননা গাড়ীৱালাদু লাক্কুনা ইৱাই ৱাইবিরদ্রে হায়না ৱাকৎলরে। ঐখোয়গী য়ুমগী মমাংদা মমশুক মমশুক তৌবা মতমদা বাজীগা গাড়ীৱালাদুগা বাজীনা মহাক্কী নোংমগী লুপা অনিদু লৌথোক্লবা হোৎনবদা মরৈ য়াম্না য়েৎনরে৷ মমৈথংদা

ইমাসু ঙাঙবদু য়াওরকই, "অসিগুম্বা মীতাশিং অসি থাজরুনু। ঙসি উৎসব মেলাগী মী অদুক য়াম্না তিনখ্রবদা পৈশা অমতা ফংলক্তে হায়রিবসিনি। করম হায়না মহাকপু থাজগদৌরিবনো ? ইমাদি গাড়ীবালাদুনা মহাক্কী ফংলকপা শেল মখৈ য়ু থকতোকখ্রে হায়বসি ভাব তাই। বাজীনা খুন্নকই, "মহাক্না য়ু থক্লগা করি তৌরবগে ? মদুদি ঐখোয়গী ইথৌ নত্তে।" নুমিৎ খুদিংগী অসুম্না চৎথৈ। নুমিদাং খুদিংগী নুপা অদুনা উখাদা লেপ্লদুনা খুরুম্লদুনা ভারা তাবিয়ু হায়জরম্মী। ঐখোয়গী পৈশা অদু মহাক্না চাথোকইবনি হায়বসিদি শোয়দ্রবনি। মরমদি চয়োল খরনিগী মতুংদা নুপা অদু লাক্লগা হায়রম্মী, "শগোল অসি ময়াং কংবনা শরু ঙাক্তা ঙাইরে। মসি য়োম্থোক্লগা থুনমক অতোপ্পা অমা লৈবনা ফরে, মরমদি গাড়ী অসিদা তোংবা মী পূম্নমক তোংবা নুংঙাইতে হায়দুনা মফম মফম য়ৌবগা পৈশা হেক হেক তানা পী। অদুগা চাকা মথক্কী স্প্রিং অসিসু অমা শিনবা তারে।" নুপা অদুনা তত্তনা গাড়ী অদু য়োম্থোকখ্রসি অনৌবা অমা লৈরসি হায়না হৌদোক্লম্মী। মহাক্না মসি করিগুম্বা ইমাগী মমাঙদা ইমা তানবা হায়বা থোক্লবদি ইমানা শাউনা শগোল গাড়ী অমদগী ফংবা মহৈ অসিনা ওকচরে হায়না লাউরকই। অসুম তৌবসিনা বাজীনা তৌরিবা পূম্নমকসি কান্নদ্রবা শেল মাঙবা কারবারনি হায়না খল্লে, মমৈথংদা নুপা অদুনা পূম্না শগোলগা গাড়ীগা কোন্ননা লুপা ৭০ পীরগে হায়রে। বাজীনা মদু লুপা ৭৫ ওইহল্লদুনা মমৈদা নুপা অদুনা শেল অদু পুরক্লগা গাড়ীদু থৌদুনা চৎখ্রে। ঐখোয়গী ওইহল্লদুনা মমৈদা নুপা অদুনা শেল অদু পুরক্লগা গাড়ীদু থৌদুনা চৎখ্রে। ঐখোয়গী শেল অয়াম্বা থবক অসিগীদমক্তা মহাক্না তুংশিন্দুনা থনম্বনি হায়বসি শোয়দ্রবনি। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মসিদগী নাম্থোকপসিদা ঐখোয়দি নুংঙাইরে। থৌদৌ অসি নিংথিনা ভাব অমা শাগৎতুনা শেম্বা কারবার অমা ওইখ্রে মরমদি ঐখোয়গী ষ্টেশন অদুদা চাং নাইনা ট্রেন থুংলবদগীদি ঐখোয়গী গাড়ী অদু টাউন্দা, পেসেঞ্জর পুথোক-পুশিন তৌবগী কল্লবা কারবার অমা পায়খৎখ্রে।

রেলবে ষ্টেশন অদুদা দুকান অমা ফম্নবগী খুদোংচাবদু বাজীদা পীবীরম্মী। কয়াদা ঙকখ্রবা দুকান্নো ! মনুংদা কা কা খায়দোক্লদুনা লৈমাই অদু অষ্টর তৌই। দুকান অদুদি অসুক্কী মতিক চাউখ্রে বাজীনা মহাক্কী খাংপোক-দুকান্দুদগী পোংচৈ পূম্নমক অদু মফম অদুদা হোঞ্জিনবদা, মফম অদুগী শরুক মরি থোকপগী অমতমক কল্লি; ফক্লাং অদুগী মফম অয়াম্বদা অহাঙবা মফম য়াম্না লৈমনখ্রদুনা মদু উরুবদা মহাক মথ্বাই নুংঙাইতবা পোকলে। ইহান হানবা ওইনা মহাক

কারবার চাউনা তৌরমদে হায়বসি খঙবা ঙল্লকলে। ইমানা তৌরিবদু য়েংননবা থোরক্লগা করেম্নদুনা হায়রকই, "পৈরিবা পোত্তাসিনসু মোটোর কার হা অদু অদা লৈগে খঞ্জবা শারিয়ে।" মহাক্লদি করিগুম্বা তাঞ্জাদা কার লৈসি হায়বসি হায়খিবা নত্তে অদুবু ইমানা মহাকপু মরাল শিজিনবনি। বাজীনা শোয়াংননা হায়রকই, "হৌজিকপু পূম্নমক অদু অমুক পুশিল্লক্লিবদু করিগীনো ?" মহাক্লা উমশাইনবদুনা হায়রকই, "মফমশিং অসি পিক থলহন্নবা ঐ য়ামদ্রবদা লুপা লিশিং মঙাগী পোৎচৈদি দবকাব ওই"। অহল ওইরবা ষ্টেশন মাষ্টর অদুনা অশংবা কোয়েৎ অমা য়েৎলদুনা সিলভরনা মপাল চেনবা আনোক উপ্লদুনা দুকান অদু য়েংবা লাক্লম্মী। মহাকপু উবদা বাজীদি কিনা লুনা তৌজবে। শংবানবা ফুবিৎ অমসুং কোয়েৎ যেৎলদুনা পোৎ হোনবা কেবিযবদু মহাক্কী মতুংদা লেপ্লম্মী। ইমানা লেপ্লম লাক্লমদনা অদুম য়ুমদা চৎখ্রে। মকোক অদু নাকল অমদা পৈথবদুনা ষ্টেশন মাষ্টব অদুনা লাইয়েকপা মীনা অয়েকপা লাই য়েংবগুম খরা থাপ্পা মফমদগী দুকান অদু য়েংদুনা লৈরম্মী। পোৎ হোনবদুসু হায়বা ইনবগী মওংদা মহাক্লা তৌরিবা পূম্নমক্তু মতৌ তন্নম্মী অমসুং মহাক্লা হায়বকপা য়াবা ৱাদা চুম্মী হায়গে হায়না মশাবু শেমশাদুনা লৈরম্মী। ষ্টেশন মাষ্টরদুনা হায়রক্লম্মী, "অহাঙবা মফমশিং অসি ফুলহল্লু ... নৎত্রবদি এ. টি. এস. লাক্তুনা ঐখোয়গী ইথৌদা খুৎ থিংজিল্লদুনা হা অদু অদা ৱা য়াম্না হংল্লরনি। নঙোন্দা দুকান অসি পীবসি অরায়বা থবক নৎখিদে ...।" বাজীনা ঐবু দুকান্দা ফমহল্লগা টাউন্দা মশানা পোৎচৈ লৈবা চৎখ্রে। "চেংগা অতৈ অতৈ চানবা পোৎচৈগদি মপান্দা উত্তুনা পংথম থমগনু ... অসিগুম্বা পোৎচৈসি দুকান অমদুদা থম্মু," ষ্টেশন মাষ্টরদুনা পাউতাক পীরম্মী। "রেল তোংলিবা মীশিংনা গাড়ী তোংলিঙৈদদি মঙ্গে অমসুং হৱাই অশাংবীদি পীয়ু হায়রক্লোই।" মহাক্কী পাউতাক অদু বাজীনা পুক্লুংদা তুমিন্না লৌরম্মী। হৌজিক্তি ষ্টেশন মাষ্টর অদুনা মহাক্কী লায়না ফংবা য়াবা ঈশ্বর ওইখ্রে অমসুং মহাক্লা পীবা হুকুম পূম্নমক মহাক হরাও হরাও ইনখি। অদুনা থুনমক বাজীগী অতোপ্পা দুকান অদুদা য়োৎপীদা অচৌ অচৌবা লফোই চরোং চবোং, মেমপীগী কমলা শম শম, অকংবা উহৈ হাপ্পা অচৌ অচৌবা উপু কয়া, মচু মচুগী পেপরমিন্ট অমসুং মিঠাইনা লিক্লিদা হাপ্লদুনা, লোব কয়া কয়াসু থমল্লে। উৎলিবশিং অদু যেংবদা য়াম্না চানিং থকনিংবা পোকপা জাৎনি, অদুগা রেক কয়াসু চুরুট উপু উপুনা থন্না পৈশিল্লে। মখল খুদিংগী লংফৈ চৎপা মীগী অপাম্বশিং অদু মহাক হান্না

খঙদোক্নুনা মখোযনা পামলিবশিং অদু পীবা তাবস্মী। মহাক্না ঐবু খাংপোক-দুকান অদুগী থবক শিন্নবে। মখোযগী হান্নগী হৈনবী মতুংইন্না মহাক্কী মমাংঙৈগী সঙ্গ মযাম অদু ৱাবেম ঙাঙনবা অদুগা পোৎসু লৈবা লাক্লম্মী। অদুবু মখোযনা ঐবুদি ইমান মান্ননা লৌবমদে। মখোযগী লৌ-ইঙ্খোলগী খৎনবা অমসুং লৌখোংগী মবমদা নিংঙাই তৌনবগী ৱাবী ৱাতাইশিং অদু ঐঙোন্দা যান্না হৈনদনা থোকই। মখোযগী ৱাফম অমসুং কাববাবগী মকুপ মতা মযামদু ভাব তানা খঙননবা ঐহাক অহল ওইদ্রি। মখোযনা ঙাঙলিবশিং অদু কবিস্ খুমদনা ঐহাক তুমিন্না তাবস্মী অমসুং থুনমক মখোযনা ঐসি অফবা সঙ্গ ওইবা যাবা নত্তে হাযবা খঙখি। ঐবু চিক্না শান্তিদা থম্বীবমদুনা বাজীবু উনবা অতোপ্পা দুকান অদুদা চৎখি। অদুবু মদুসু মখোযনা নিংবা অদুম্মক যৌবা যাবা নৎলমদ্রে। মফম অদুদা মখোয মশক খঙদবা মীনৌ ওইকবে। মফম অদু মখোযগীদমক্তদি কা হেন্না কালগী ইবাংদা লৃপ্লবা মফম অমা ওইখ্রে।

থুনমক লেপলাক্তনা ঐবু অনৌবা দুকান অদুগী থবক শিন্নবম্লগা খাংপোক দুকানগী মাগী ফমফম অদুদা বাজী হল্লক্তুনা ফম্লবে। মালগুডীগী মনাক্তা লৈবা থোং অমখক শাবা লোইববদা, লেপ্তুনা ট্রেন চেনবা হৌবক্লে; ষ্টেশন মাষ্টব অমসুং ফুবিৎ শংবানবা লিৎপা পোৎ হোনবা নুপা অদুগনা নুমিৎ খুদিংগী নুমিৎ যুংবগীনা মাদ্রাজদগী অমসুং নুমিদাংৱাইগীনা ত্রিচিদগী লাকপা ট্রেন অনিখক ওকপা অমসুং লাইন শেংদোক্তুনা থাদোকখিবা যেংবদি পুক্লিং অসি মবাং হৌবা নুংঙাইবা অমা পোকই। তশেংনমক দুকান অদুদা ঐহাক থবক যান্না কন্না নোমলে। নখোয পুম্নমকসু খল্লমগনি অসুম হাযনা ঐখোযগী ইমুং মনুংগী কাববাব অসি পাকথোক চাউথোবক্তুনা শন্দোবকপা অসিনা ঐঙোন্দা যান্না খৌবাংনা ঙাইজবা অপাম্বা অমখক কংহনবদা মতেং পাংই ঐগী স্কুল কাবা অপনবা লৈতনা তোকহনবীবে।

# ৪

**লফোই** অদুনা মিত্রংগী থবক অমা তৌকবে। অঙাং অদুনা যুম যুন খুদিংগী চৎলদুনা সাধু অদু অমুক হল্লকহৌবে হায়না কোইতাক তাকলুই। নুপা, নুপী অমসুং অঙাং মযাম থুংলবে। মখোয়না পামজবদি মহাক্কী মায়থোংদা যেংজদুনা মদুদা তাবিবা অবংবা মঙাল অদু উজবনি। অঙাংশিংনা কোযনা লেপ্লদুনা ঙক্লা যেংদুনা লৈবম্মী। বাজুনা ইবাং অদু নেমথহন্নবা কনাগুম্বগী মখজাইদা খুপাক্ল পোপ পোপ থাবদুনা, ভাব তাদ্রবা বা কযা ঙাঙলদুনা অমসুং অঙাংমচাগুম্না চবেং চবেং লোন্দুনা মতম খবা হোৎনখি। অঙাং মচা মচাশিংগী মনাক্তা চংশিনদুনা মহাক্লা সহবদা উখিবা অচৌ অচৌবা মীগী মতৌগুম্না হংখি, “নঙ কবি তমলি ?” অদুবু বাহং অদুমক্তি মফম অসিদা মতৌ তমদুনা হংবদি অপঙবগী থবকনি, মবর্মদি অঙাংশিং অদুনা মখোয মশেল অমগা অমগা যেংনদুনা ইখি খিগৎলদুনা হাযবকই, “ঐখোযদি স্কুল তমদে।”

“নুমিৎ চূপ্পা নখোযদি কবি তৌদুনা লৈ ?” মখোযগী ব্রাফম অসিদা কাবগুম্ব তশেংনা অপাম্বা অমতা য়াওদনা মহাক্লা হংলকই। অহল অমনা মবক থত্তুনা হাযবকই, “টাউন্দা তৌবগুম্না ঐখোয়গী অঙাংশিংসি স্কুলদা থাবা ঙমদে; মখোযদি শন-ওক শেনবা তাই।” যানিংদনা বাজুনা মবৈদু চিক্লম্মী। মহাক মকোক হাইবম্মী। মীযাম অদু মথ্বাই ব্রানা অমসুং লাংতক্লনা যেংদুনা লৈবম্মী। বাজুনা চিংলেম্না হাযবকই, “অঙাংশিংদি অহানবদা ইবা পাবা তমগদবনি। মখোযগী মমা মপাবুসু মতেং পাংগদবনি, চুম্মী, অদুবু লাইবিক-লাইশু তম্নবা মতমসু ফংনবা হোৎনগদবনি ...।” মপুক্লিংগী থৌইনশিন অমগা লোযননা হাযবকই, “নুংথিলগী মতমদা লাইবিক-লাইশু পাননবা মতম ফংদ্রবসু, নুমিদাংব্রাই মযাম পূন্দুনা কবিগী তমদ্রিবনো ?”

“কদাইদা ?” কনাগুম্বা অমনা হংলকই।

“মফম অসিদা ওইবসু যাই,” বাজুনা মখা শমথবকই পাক চাউববা হোল অদুদা মখুৎনা থিল্লদুনা: নখোযগী ওঝাশিং অদুগী মবক্তগী অমবু হাযজদুনা পুবকপসু যাই। নখোযগী মবক্তা স্কুল ওঝা ওইবা মী অমত্তা যাওদ্রা ?”

“হোয, হোয,” পূন্না খোঞ্জেন **কয়ামুক** লাউবকই।

"মহাক ঐগা উননবা খবা হাযযু," বাজুনা কাবক্রবা এসিষ্টেন্ট মাষ্টব অমবু কৌবগুম্না ওথোবিটি লৈনা হুকুম তৌবকই।

মথংগী নুমিৎ যুংবা মতুংদা যাম্না কিগন্না উবা মকোক্তা লং মযাম থবাক থবাক যাম্বদুনা মদুগী মথক্তা টুপী অমা উপ্পা নুপা অমা মন্দিবগী হোল অদুদা লাক্তুনা থুংলবে। বাজুদি চাক তোকপদা ঙাযদুনা হোল অদুগী ইঙলবা নুংগী লৈমাই মথক অদুদা শাংনা তিংথোক্লদুনা উইদুনা লৈবম্মী। কিজববা নুপা অদুনা অমনবা যুম্বী অমগী নাকন্দা লেপ্পদুনা মখৌনাউ অদু শেংদোক্লদুনা লৈবম্মী। বাজুনা মমিৎ পাঙথোকলক্তুনা ইহাং হাংনা মঙোন্দা যেংলক্লম্মী। মী অসুক যাম্না লাকথোক-লাকশিন চৎথোক-চৎশিন তৌখ্রবা মফম অসিদা লাকলিবা মীদু কনানো নৎত্রগা কবিগীনো হাযনা হংবা অসি চৎনবী নত্তে। বাজুনা মপাম্বোম অমা থাঙ্গৎলদুনা নুপা অদুদা ফম্মু হাযনা তাক্লগা অমুক হন্না তূমথখবে। মহাক্না ঙাইহাক লৈবগা মিকপ থোবকপদদি, নুপা অদু মহাক্কী মনাক্তা নক্না ফমদুনা লৈবম্মী। "ঐহাক ওঝা হাযবদুনি," নুপা অদুনা হাযবকই, অদুবু তূমলি তূমলি তৌবগী চমন্নববা ভাব অদুদা মহাক্কী মমাংঙৈগী ওঝাগী অকিবা মযামদু লোইনা হন্নক্লে: অদুগুম্বা মতম অদু থাপ্পা থনমদুনা মহাক লাক্লবনি হাযবসি সেকণ্ড মখাই অমা ফাওবা কাউথোকলুবা ঙমদ্রে। মহাক হৌগত্তুনা ফন্নকলে। ওঝা অদুদি হাযফেৎ ঙকপা পোকখ্রে।

মহাক্না হাযবকই, "থোইনা তহা তহাবিগনু। ঐ ঙাইজগে।"

"ফবে, ফবে," মশাগী ফিবম অমসুং মহাক্কী অকোযবদা লৈবিবদু হেন্না ভাব তাবদুনা বাজুনা হাযবকই। "নহাক স্কুল মাষ্টবনি হাযবা ?" মহাক্না পুক্লিং থৌগৎপীদুনা হংলকই। মিকুপ অমতং বাখল তৌকবগা লোইশিনবগী মওংদা হংলকই, "কবি কমদৌবিবগে ?" অতোপ্পা অমদুনা খুন্নকই, "হান্না ওইবম্বা ফিবমদগী থোইনা খেন্নবা লৈত্তে।"

"নঙদি মদুদি পাম্ব্রা ?"

"কৈদৌকগনি ?" অতোপ্পা অদুনা হাযবকই। "ঐদি ঐগী হেক ঙমজবমখৈ হোৎনজবনি অদুগা থব্রাইসু যাওনা।"

"অদু নৎত্রবদি, থবক তৌবগী কবি কান্নবা লৈবগে ?" বাজুনা হংলকই। মহাক মতমদু যেংলম্মী। হৌজিক ফাওবা কুইনা, নুংঙাইনা তূম্লুববা মতুংদা মমিৎ-মমায ইশিং শিংদ্রি, অদুনা অঙাংশিং লাইবিক-লাইশু তম্বগী ব্রাফম অদু

মিকুপ অদুদা মহাক্কী পুক্লিংদা হৌজিকসু ফাওরক্তি। মহাক্কা চাউরাক্কা হায়রকই, "অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু মশা মশাগী মথৌদি ... ।"

"ঐসু ঐগী ঙমজবমখোঁদি তৌরি," অতোপ্পদুনা মায়থিরে হায়বা য়ানিংদবা ঙাকথোক্লুনা খুম্নকই। পুংখাই অমরোম অসুম্না ঙাঙনরবা মতুংদা, ওঝা অদুনা মশামক্কা ফিবম অদু শেংদোক্লককলে। "ইবুংঙোনা অঙাংশিং অসি নুমিদাংদা মফম অসিদা পূলহল্লগা লাইরিক তম্বীয়ু হায়বিবগুম তৌব্রা ?"

"ও ! এ !" বাজুনা হাযখি, "হোয়নে ঐ হাযখিনে, অদুবু ব্রাফম অসিদি নঙনা হেক্তা লেপ্পগা লোইবা ব্রানি। যেশা ওইববসু, ইশা ইতোম্মতনা ইতেং পাংজবা হাযবসিনা খাইদগী ফবা তেংবাংনি; ঐহাক ঙসি মফম অসিদা লৈবল্লগা হযেং চৎখিবা যাই। মসি শিন্দোক শিঞ্জিন তৌগদবদি নহাকনি। নহাক কবিগুম্বা মফমগা পাম্মী হাযখিবগুম তৌব্রা– মফমদি মসিদা ওইববসু যাগনি," মী কাংবু অমদা দান অমা পীবগুম্না মহাক্কা মখুৎ থাঙ্গৎলদুনা হাযবকই।

ওঝা অদু মতম খবদং ব্রাখল খল্লুবগুম তৌবগা হাযবকই, "ঐ অশেংবদি হাযজবা ঙমদ্রে, অদুমকপু ..."

অদুবু থুনমক বাজুদি মবৈগী মওংদা চপচানা লেঙদবীদা হাযবক্লে। যাম্না ওথোবিথি অমগুম্না মহাক্কা হাযবকই, "ঐহাক পিক্লিবা অঙাংশিং অসি ইবা পাবা হৈদুনা জ্ঞান লৈবা হায়বদু ওইরকপা য়েংনিংই।" তাবদা ফজবা, নুংঙাইজবা ওইবনা মথাই যাওনা মখাগী অসি হায়বকই, "মী খুদিংমক নুংঙাইহন্নবা অমসুং শিংহন্নবা হোৎনবসি ঐখোয়গী ইথৌনি।"

অসিগুম্বা পাক চাউখ্রবা মীয়াম পূম্নমকপু নুংঙাইহন্নিংবগী ভাব অসিদি ওঝা অদুদদি যাম্মন্না থোকখ্রে। "নঙগী লমজিং মখাদা ঐহাক তৌ হায়বতা তৌজরগনি," মহাক্কা হায়খি। ফিবম অদু রাজুনা "অদুবু ঐদি চুম্নগী ইশানা লমজিংবগী থবক তৌগে হায়না য়াবা খুৎলাই অমতনি," হায়রদুনা য়ানিংবা পোকখ্রে।

মদুগী ফলনা ওঝা অদু খুঙ্গং অদুদা পুংওল ওল্লবা মী অমা ওইনা চৎখ্রে। মথংগী নুমিত্তা খুঙ্গংগী অঙাং দজন অমা পুরদুনা মহাক হোল অদুদা লাক্লে। মখোয় অদু মরাইবক্তা চন্দন থিল্লি, মখোয়গী শ্লেটশিং অদুনা চিক্লবা নুমিদাং অদুদা ক্রিক ক্রিক লাউবা মখোল থোকই অদুগা ওঝা অদুনা মখোয়দা লেকচর পীরি, অমসুং রাজুনা প্লেটফোর্ম মথক অদুদা ফম্নদুনা নুংশিনা য়েংদুনা লৈরম্মী।

অঙাং মশিং য়ামদ্রে, অঙাং তরানিথোইখক্তা লাকহল্লে হায়রদুনা মহাক্না হায়রকই, "অতৈদি অমম্বদা তুরেল লানবা কিরে হায়রে; মফম অস্বাইদা গুম্ভীর অমা লৈ হায়না মখোয় তামাল্লে।"

"মশাগী পুক্নিং তরু তরুরবা অমসুং মশাগী বুদ্ধিনা অৱাবা লৈত্রবদবু গুম্ভীরনা করি তৌবা ঙমগদবগে ?" রাজুনা চিংলেম্না হায়বকই। মদুমক্তি হায়দোকপদা ঙকপা ৱাফমনি। মহাক মশাদগী থোরক্লিবা জ্ঞানগী চাং অদুদা ইঙক ঙকচরম্মী। ওঝা অদুদা মহাক্না হায়রকই, "অঙাং তরানিথোইখক্তা লাকই হায়দুনা নপুক্নিং হনগনু। মী তরানিথোই অসিগা লোয়ননা নহাক্না নশাগী থবক অদু নপুক্নিং শেংনা হোৎনরবদি মদুনা থাঙ্গৈশেংনা মশিং অদুগী শরুক চামরক সেবা তৌবগা মান্নগনি।" ওঝা অদুনা হৌদোক্লকই, "ঐবু লান্নদি খনবিগনু, খনবিগদ্রা ?" মসিনা রাজুদা মহাক্না পুন্সি অমসুং মপাল নাইদ্রবা জগৎ অসিগী মরমদা খল্লিবশিং অদু অঙাংশিং অদুগী মমাঙদা উৎথোক্লবা খুদোংচাবা অমা পীবীরে। মখোয়শিং অদুদা লাইগী ওইবা মীশিংগী মবমদা ৱা ঙাঙদুনা তাহল্লম্মী, মখল খুদিংগী মরমদা মহাক্না মখোয়দা তাকখি। মশা মতোম্মতগী খোঞ্জেল অদু তাজবদা মহাক ইশুম শুমহৎখ্রে; মহাক্না ৱা ঙাঙলিঙৈ অদুদা য়েংখৎলক্লিবা অঙাংশিং অদুগী মমায়শিং অদু মমলি মমলিবা মরক্তুদা উরুবদা মহাক মশামক অসুম অসুম চাউবা হেঙ্গৎলকপগুম খল্লুরে। রাজু মশা নত্তনা অতৈ অতোপ্পা মীতোপ অমতা থোকলিবা থৌদোক অদুগী অঙকপা মওং অদুদা হেন্না নুংঙাইবা পোকপা য়াওখিদ্রে।

হৌজিক মসিগী ৱা অসি নিংশিংলুবদা, ঐহাক অসি মীরেম অমদি নত্তে হায়বসি ভাব তারে। ঐঙোন্দদি ঐখোয় ইশা ইশাগী অশিংবগী মওং অসিগী চপচাবা নাপ অমা মহৌশানা লৈতবগুম তৌই। মতম পূন্নমক্তা ঐগী পুক্নিং অসি শেমশাদুনতা লৈখি হায়বদু ঐ নিংশিংই। ঐগী রেলৱেগী দুকানদা ফমলিঙৈ মতমদা ফনা য়াম্না ঐহাক অফ অফবা লাইরিক পাখি। দুকান অদুদা ঐহাক তল অমসুং সোডা য়োন্দুনা ফমখি। মরক মরক্তসু স্কুল তম্বা ছাত্রশিংনা ঐঙোন্দা লাইরিক হেক হেক য়োম্থোক্লম্বসু য়াওই। বাজীনদি দুকান অসিগী মরমদা য়াম্না ৱাংনা, ফনা খল্লবসু, ঐদি মহাক্না খল্লিবা অদুদি য়ানিংদে। তল অমসুং বিস্কুট য়োল্লগা মদুগী মহুত্তা পৈশা লৌশিনবদু ঐঙোন্দদি য়াম্না হৈনিংদবা থবক অমগুম থোকখি। মতম পূন্নমক্তা ঐহাক ইশাসি থবক অদুগীদমক্তদি ফমনখ্রবনি হায়না ঐনা খনখি ...।

চহি অদুগী নোংজু থাদা বাজী লৈখিদ্রে। মহাক লৈখিদবসি ওম্বোক্লা থুনা থোকখ্রে। নুমিদাং অথেংবা ফাওবা খাংপোক দুকান অদুদা পোৎচৈ যোল্লদুনা মহাক্কী সঙ্গ মযামদুগা ব্রাবী ব্রাতাই শানবদুনা লৈবন্মী, অদুদগী শেল অশিৎপদু মশিং থিবদুনা ইমুং চংলক্তুনা চাক ঈশিং চাবগা তূম্নবা হিপখিবদগী অমুক হন্না মিকপ থোকলকখিদ্রে।

ইমাসু লুখ্রাবী অমগী পুনসিদা চূশিন্ননবা হোৎনখ্রে। বাজীনা মহাক্কীদমক্তা নুংঙাইনা লেনবা ওক্লনবা মতিক চানা থম্বীবন্মী। ঐসু হেক যাবমখৈ ঐগী অযাম্বা মতমসি ইমাদা শিন্নে। মহাক্লা যাবিদুনা বাজীনা থনম্না দুকান মচা অদু তোকথোক্তুনা বেলব্রে ষ্টেশন্দা দুকান অমা খুলিবে। মতম অদুদগীনিসে ঐনা স্মনৌবা লম্বী অমদা চৎপা হৌবক্লিব্রসি। অমনবা, অবিবা মেগাজিন অমসুং খবব পৈদুনা থল্লগা স্কুলগী লাইবিকশিংদু লৈসু লৈ, যোনসু যোল্লি। তশেংনদি পোৎচৈ লৈবা মী মশিংদি পংযাম যামদে, অদুবু ট্রেন অদুনা লাকপদগীদি স্কুল কাবা লাকপা ছাত্র মযাম পুশিল্লকলে, অদুগা পুং ১০.৩০ গী ট্রেন অদুদি হন্দক্তা নৌনা মালগুডীদা লিংখৎলকখিবা এলবার্ট মিশন স্কুল কাবা ছাত্রশিংনা পিক থল্লি। ঐদি মীগী ব্রাবী শাবা পাম্মী। মী অতৈনসু ব্রাবী-ব্রাতাই শানবসু তাবা পাম্মী। পোৎ লৈবা লাকপা মীশিং অদুনা চুম্না লফোই অমা চানবা মযা কাথোকপদা নত্তনা, মহৈমবোং, পোৎচৈগী মমল অমসুং লৌ-ইংখোল খৎনবগী মবম নত্তনা অতৈ হিবমদা ব্রা ঙাঙলকপদি ঐহাক পাম্মী। বাজী লৈখিদ্রবা মতুংদগীদি মহাক্কী হান্নগী সঙ্গশিং অদুসু অমমম ওইনা অসুম অসুম মকওইনা তাবিনবা ভাব্রোক ব্রাৎপদগী কাযখ্রমাল্লে হাযনা ঐহাক চিংনবন্মী।

ট্রেন ঙাইবিঙৈদা ঐগী দুকান মমাঙদা ছাত্রশিং অদু পূল্লি। অসুম অসুম মমাংঙৈদা যুবী পৈবম্বা মফম অদুদা লাইবিক পৈখৎলকলে। মীশিংনা ঐঙোন্দা অমনবা, হুবাল্লকপা লাইবিক কযা কযা অমসুং অনম্বা পোৎ কযা পীশিল্লে। ঐসু ফনা কন্না লৈবন্মী; লৈবমদাইদদি থওইনা তৌশিন্নদে অদুগা যোল্লমদাইদা যাম্না যোন্নিংনা উৎলি। চপচানা হাযববদি, তৌবিবদুদি চাং নাইদবা থবকনি। অদুবু ষ্টেশন মাষ্টব অদুদি মকপ ওইনা তৌবা, মহাকতা নত্তনা মহাক্কী অঙাংশিংনা ফাওবা ঐগী দুকান অদুদগী ঙমখৈ লৈতনা বাকীগী খুদোংচাবা ফংবতা নত্তনা, ঐগী দুকান মমাংদা পৈখৎলক্লিবা মযাম অদুগী মবক্তগী মহাক্লা পানিংবতা লৌখৎতুনা পাবা যাবগী খুদোংচাবা ফংবা মী অমনি। ঐগী লাইবিক যোনবগী কাববাব অসিদি ইথা থাজদনা পোৎচৈ যোম্নবা অমনবা চে-নুং থিবদগী

হৌগৎলকপা মশানি। মীনা করিগুম্বা পোৎ অমা লৈখিবদা চন্না মখুত্তা মদু পায়দুনা পুদুনা চৎখিবদু য়েংবদা ঐদি নুংঙাইজদে। ঐদি মদু ঐনা হেক ঙম্বমখৈদি চেনা ফজনা য়োমশিন্নিংই, অদুবু বাজীনা খুদুম চন্দুনা হেক লৈরিবমখৈদি মহাক্না হায়রম্মী, "মী অমনা চে মচেৎ অমা পুদুনা লাক্লবদি মদুনা পোৎ য়োমজবা য়াই; অদুবু ঐহাক্না মাগীদমক্তা পুথোক্তুনা য়োম্বিবদি ঙমদে। শেন্দোং হায়ববু মদুনা ওইরিবনি, ঐদি মদু য়োম্লনবা চে লৈথোক্লবা চাদিং তৌথোকপদি ঙমলোই। মী অমনা থাউ লৈবা লাক্লবদি, থাউ অদু হাপ্লনবা পাত্র অমা পুরকপা তাই। মদুদসু ঐখোয়না পাত্র পুথোক্তুনা পীগদ্রা ?" মহাক্কী অসিগুম্বা দর্শন অসি লৈরিঙৈদদি ঐখোয়গী দুকান্দগী চে মচেৎ অমা ফাওবা মী অমতনা ফংবা অসি ওইথোক্লমদে। মহাক শিববা মতুংদা ঐনা অনৌবা পোলিসি অমা পাইখৎখি। ঐহাক অমনবা খবর অমসুং লাইরিক থিজিন-খোর্মজিল্লি হায়বসি মফম শিনবা থুংনা খঙহল্লদুনা থুনমক চে, লাইরিক চবুন চবুন ফংলম্মী। ঐগী অহাঙবা পুংজাদদি মখোয় অদু খন্দোক-খঞ্জিল তৌরম্মী। ট্রেন অনি লাক্লিঙৈ মবক অদুদা প্লেটফোর্ম অদু ইহাং হাংলবা মতমদা, খন্দোক্লবা, লাইরিক চবুন অমগী মরক্তগী লাইরিক অমা পায়খত্তুনা ফমফমদা নুঙাইনা পোত্থাবদুনা মরক মবক্তা লৌবুক্তা হৌরিবা মঙ্গে পাম্বী ময়ামদু থোঙদগী য়েংননবা হেক হেক লেপ্তুনা লাইরিক পাবমুক নুংঙাইবসিদগী হেনবা অতৈ অমা লৈরমদে। ঐঙোন্দা নুংঙাইবা পীবা, ইতল তম্বহনবা, নিংবা কায়হনবা অমসুং ফমফমদা উইহন্নিংবা লাইরিক ময়াম পারম্মী। অৱাংবা ৱাখল পোকহনবা লাইরিকসু, পুক্লিংদা হেক পানবা দর্শনগী লাইরিকসু পারুরে, মল্লবা মন্দির, ফুরা দলালগী নিংখাইবদগী লেমহৌবা শরুক, অনৌবা দলান কয়া, লানগী জহাজ কয়া, সিফাই কয়া অমসুং ঐগী ৱাখলনা ইথা থাদোকপা ঙমদ্রবা নুপীমচা কয়াগী অয়েকপা লাই য়েংলুরে। চেজেত্তগী ঐহাক য়াম্না তমশিনবা খঙজিনবা ঙমলে।

মখোয়গী ক্লাস মনুংদা রাজুনা ঙাঙবদু তারগা অঙাংশিং অদু ইশুম শুমহৎলম্মী (মখোয়গী ওঝা ফাওবা ময়া ইকা কাদুনা ঙক্লা মুন্দুনা ফম্লম্মী।) ময়ুমদা হনখ্রগা মখোয়দা তাক্লকলিবা অঙকপশিং অদুগী মরমদা শন্দোকনা তাক্লকই। মথংগী নুমিদাংৱাইদা অমুক হল্লক্তুনা খরা হেন্না খঙনিংবগী অপাম্বনা ঙাইঙমদবা উৎখি। থুনমক মপা-মমাশিং লাক্তুনা মচাশিংগী মরক্তা য়াওররে। চংজবগী মওংদা মখোয়না হায়রকই, "ওঝা ইবুংঙোনা খঙবিরিবদুনি, অঙাংশিং অসি য়ুমদা থেঙনা থেঙনা হল্লকপসি য়াম্না কিবা পোকই মরুওইনা নুমিদাংদা তুরেল লানবসি।

"মানি, মানি," বাজুনা হাযখি। "ব্রাফম অদুমক ঐ ইশানা হৌদোকনিংলম্বনি। নখোযনা মসি হান্না খল্লম্বসিদা ঐহাক নুংঙাইবে। মদুদা কবিসু অমাঙবা লৈতে। তশেংনসু, নখোযসু ননাদু ব্রাংনা থাঙ্গৎতুনা, নমিত্তু লাউনা পাঙথোক্তুনা নচিন্দি কাংথোক্তনা তাববদি মদুনসু নখোযবু যাম্না শিংবা হেঙ্গৎহনগনি." ফজববা প্রমান অমা ওইনা হাযবকই।

মহাক্কী অকোযবদা মীনা ইকোই কোযশিনখ্রে। মুন্না যেংলদুনা মফম অদুদা মখোয অদু ফল্লম্মী। অঙাংশিংদু মুন্না যেংদুনা ফমদুনা লৈবম্মী। ওঝা অদুসু মুন্না যেংদুনা ফমদুনা লৈবে। মীশিং অদুনা পুবকপা থাউমৈ লালটেনগী মৈঙান্দা হোল অদু ইঙান ঙাল্লম্মী। মফম অদু চাউববা এসেমব্লি অমা হৌগদবগী থৌবাং তৌবিবা মফম অমগুমখ্রে। বাজুদু ভাবক্লা থল্লবা ষ্টেজদা থোকলুবগা ঙাঙনবা ব্রাইপবেং অমা ফাওবা লৈত্রবা নৎত্রগা একটিং তৌফম খঙদ্রবা এক্টব অমগুমখ্রে। মাষ্টব অদুদা যেংলদুনা মহাক্লা, "অঙাংশিং অসি মখোযগী মহৌশাগী পাড়াশিং অদু তম্বীকনবা হান্নগী মফম অদুদা পুদুনা চৎখ্রো, লালটেন অমসু পাযখো ..." মশাগী নত্তবা অঙাংশিংদা কমদৌনা হুকুম তৌখ্রিবনো, মহাক্লা হাযবা ইনবা দবকাব লৈতবা ওঝা অদুদা অমসুং মহাক্কী নত্তবা থাউমৈ অমদা থিল্লদুনা হাযবকই। ওঝা অদুদি মহাক্লা হাযবদু ইনবা হৌখ্রে অদুবু অঙাংশং অদুদি তন্দে-মান্দে তৌদুনা লৈবে। মহাক্লা হাযবকই, "নখোয অহানবদা নশা নশাগী পাডাশিং অদু পাবম্মু অদুগা ঐ লাক্লগা নখোযদা ব্রা খবা হাযগে। হৌজিক্তি ঐ অহানবদা অহলশিংদা ব্রা খবা হাযকখিগে, ঐনা মখোযদা হাযগদবা ব্রাশিং অসিদি নখোযদদি থোইনা নুংঙাইবোই।" অদুগা ছাত্রশিং অদুনা ওঝা অদুগা পূন্না হৌগৎমিন্নবদুনা হোল অদুগী অথাপ্পা কাচিল অমা তান্না চৎখ্রে। বেলান্না হাযবকই, "ইবুংঙো, ঐখোযদা শাংলবা পাউতাক খবা তাকপীযু।" অদুগা বাজুনা মঙোন্দা থোইনা যেংশিল্লুদনা যাম্না লুনা অকুবা ব্রাখল তৌবগুম লৈবিঙৈদা বেলান্না মখা শমথবকই, "ঐখোযসু নঙগী জ্ঞানগী কান্নবদু ফংজনবা।" মযাম অদু যানবগী মওংদা মবাং মবাং তৌনবক্লে। বাজুদু তৌফম খঙদ্রে। "নাষ্ট্রোকফম লৈত্রবনিনা ঐসু হাযবিবা পার্ট অসি লৌবা তাবে।" লোন্না কদাইদগী হৌগদবনো খঙদ্রদুনা মকোক অদু হাইবম্মী। মালগুডীগী টুবিষ্ট কযাগী শুমহৎনফম ওইববা অদুগী মবমদা ঙাঙবনা পাউতাক পীবা যাবা পাডা ওইগদ্রা ? মতম অমদা অসুক যাম্না ফবা নৎত্রগা অসুক যাম্না ফৎত্রবা অসি অসিগুম্বা মীতা অমা লৈবম্বদুনা অসিগুম্বা থবক অমা তৌগে

হায়দুনা থোরকপা মতমদা অসুক য়াম্না নিংবা কায়খিদনা মহাক্না অসি অসিগুম্বা ঈশ্বরদা খুরুমজখি অমসুং অসিনচিংবা হায়গদ্রা ? মহাক ইহৈ-হৈনদ্রে। মহাক্না ওথোরিটিগা লোয়ননা ঙাঙবা ঙম্বা হিবম অসি হৌজিক্তি জেলগী পুন্সি অমসুং মদুগী কান্নবা হায়বসিতা ওইবগুম তৌরে মরুওইনা মহাকপু সাধু সন্যাসী অমনি হায়না লান্না লৌবিরবা মতম অসিদদি। মখোয়না ইকাই খুম্নবগা লোযননা মহাক্কী ব্রাখল ফোঙদোকলকপা ঙাইদুনা লৈরে। "ও ! অপঙবা নখোযবুনে," মহাক্না লাউনিংলম্মী, "করিদগীনো নখোয়না ঐবু ইতোম্মতা থাদোকপীদ্রিবসিবু ? নখোয়না ঐগী চাননবা পুবিবক্লবদি, ভুমিন্না থম্বীবম্মু, ঐবুসু ইতোম্মতা শান্তি ওইনা থম্বীবম্মু, নখোযবু থাগৎচবি।" ফনা কুইনা ব্রাখলনা ইথল থল্লদুনা লৈকুরগা মখাগী ব্রাশিং অসি মহাক্না হাযবকই, "পোৎ খুদিংমক মশা মশাগী মতম চাবা ঙাইবা তাই।" মমাঙদা ফল্লিবা বেলান অমসুং মহাক্কী মকুপমপাংশিং অদুদি ঙাইহাক্তংদি ব্রাকুরে; হায়বিবা অদুদা মখোয যানিংই হায়বসিদা থোইনা চিংনফম লৈতে, অদুবু মহাক্না হায়নিংলিবদু কবিনো হাযবদুদি মখোয় চপচানা ভাব তাদ্রে। ঙাইহাক অমুক লেপলুবগা মহাক্না য়াম্না চিংলেম্না হায়রকই, "অতোপ্পা নুমিৎ অমদা নখোয়দা ঐ ব্রা হাযগে।" কনাগুম্বা অমনা হংলকই, "করিগীনো অতোপ্পা নুমিৎ অমা হায়রিবদু ইবুংঙো ?"

"মরমদি চুম্না অসুম হায়বনি," রাজুনা ইঙক ঙক্না হায়বকই। "নখোয়না অঙাংশিং অসি লাইরিক তম্বা লোইবা ঙাইরিঁঙৈদা, নখোয়না অযুক ঙস্তাদগীনা হৌজিক ফাওবা তৌরকপা থবক অমসুং ঙাঙলকপা ব্রাশিং অদুগী মরমদা অমুক হন্না মুন্না নিংশিংদুনা মতম অসি লেল্লু।"

"করম্বা থবক, কবম্বা ব্রানো ?" কনাগুম্বা অমনা পাউতাক অদুদা তশেং তশেংনা চমম্নরদুনা হংলকই।

"নশানা তৌকবদু," বাজুনা হাযখি। "নোং হেক ঙানবদগী নঙনা ঙাঙখিবা ব্রা খুদিংমক নিংশিংদুনা খন্দুনা শান্নৌ।"

"ঐদি চপচানা নিংশিংদ্রে ...।"

"ফরে, অদুননি ঐনা খল্লু, নিংশিংউ হায়রিবসি। নশানা ঙাঙখিবা ব্রা ফাওবা নিংথিনা নিংশিংদ্রবদি, মী অতৈগী ব্রা কমদৌনা নিংশিংগনি ?" অসিগুম্বা অশিংবা ব্রাঙাং অসিনা মীয়াম অদু নুংঙাইবা পোকহল্লে। মখোল থোক্তনা লোম্না লোম্না নোক্লবগী মখোল তারক্লে। নোকপা অদু নেমথরক্লগা রাজুনা

হায়রকই, "ঐদি নখোয় নশানা ঙমজবা অদুগী মখৈদা ননিংতম্না নশা নশাগী মরমদা খষ্থহন্নিংই, নখোয়বু শা শনগুম্না ননাতোন লাক্নুনা কোইচিং চিংহনবা পামদে।" পাউতাক অসিদা নোঙ্জবা য়ানিংদবগী মুরুম মুরুম শোল্লকপা খরসু য়াওরকই। বেলান্না হংলকই, "ঐখোয়না মদু কমদৌনা তৌবা ঙমগদগে ইবুংঙো ? ঐখোযদি লৈবাক তৌই, শন সেবা তৌই, অসি ফাওবদি ফরি, অদুবু কমদৌনা ঐখোয়না দর্শনগী মরমদা খঙগদৌরিবনো ? ইবুংঙো, মদু ননাই ঐখোয়গী লম্বী নত্তে। মসি ওইথোকপা য়াবা পোৎ নত্তে। ঐখোয়গীদমক্তা খনবিগদবদি অশিংবা মী নঙগুম্বা জাৎতননি।"

"অদুগা কবিগীনো ইবুংঙোনা ঐখোয়বু নোংঙানবদগী ঙাঙখিবা পূম্নমক অদু নিংশিংঙু হায়বিবসিনা ?" অদুম হাযনা করিগীদমক্তা পাউতাক পীরুবিবনো হায়বদুদি রাজু মশাসু শেঙনা খঙদে, অদুনা মহাক্না মখা তাথবকই, "নখোয়না তৌবু তৌরবদি করি মরমগীনো হায়বদু খঙলক্কনি ? সাধু সন্যাসী ওইবগী মনুংগী মরুদি কনাগুম্বা মী অমগী অঙক অঙকপা ব্রা ঙাঙথোবকপা ঙম্বগী শক্তিদা লৈবগুম্বনি। নখোয়না হোৎনদ্রিঙৈনা করম হায়না তৌবা ঙমগনি, ঙম্মোই হায়বসি খঙগনি ?" মহাক্না হংলকই। মহাক্না ইপঙ পঙজরবা, মরাল লৈজদ্রবা মীশিং অদুবু চমন্নরবা ব্রাখলগী খোঙনুংদা অসুম অসুম চিংথবিরক্নে।

"মিকুপ খরতগী মমাঙদা ঐনা করি হায়খিবগে হায়বা ঐ নিংশিংবা ঙমদ্রে; অতৈ অতৈ ওম্ভোক্না য়াম্না ব্রাখল অসিদা লাকখ্রে," মহাক্কী দগুি অদু ফংলবা অমখক্না ব্রানা হায়রকই।

"অশেংবমক্নি। মসিবুনি ঐনা নখোয়দা লাম্ভোকপা ঙমহন্নিংলিবসি," রাজুনা হায়রকই। "নখোয়না মদু তৌদ্রবদি, মদুগী নুংঙাইবা অদু ফংবা ঙল্লোই।" মীয়াম মরক্তুদগী নুপা অহুমখক খন্দোক্লদুনা, "নখোয়না ঐগী ইনাক্তা হয়েং নৎত্রগা অতোপ্পা নুমিৎ অমদা লাকপা মতমদা, অয়ুক্তগী হৌনা নখোয় নখোয়না ঙাঙলকপা ব্রাশিং অদুগী মনুংদগী য়ামদ্রবদা তরুকখক্তংদি হন্না হায়গদবনি। ব্রাহে তারুকখক্তনি ঐনা নখোয়দা নিংশিংউ হায়রিবসি," কনসেশন য়াম্না পীরবা মী অমগুম্না মহাক্না খঙহন্নিংনা হায়রকই, "চাতরুকখক নত্তেকো।"

"চাতরুক ! চাতরুকখকপু নিংশিংবা ঙম্বা মী লৈব্রা ইবুংঙো ?" কনাগুম্বা অমনা ঙক্না হংলকই।

"ফরে, ঐদি ঙম্মী," রাজুনা হায়রকই। অদুগা মহাক্না হায়রিবা অদু য়ানিংবগী মওংদা মরৈ চিকনৈ ময়ামদু মদুমক ফংফম থোকই হায়না খনবদুমক

মহাক্লা ফংলে। অঙাংশিং অদুসু মফম অদুদা লৈরে, মখোয় অদুদি ৱাজুদদি ওহোক্লা চাউখ্রবা মনা অমনি, থুনমক ফমফমদগী হৌগত্তুনা হায়রকই, "ঙসিগীদি মসি মঙাইবে," অমসুং অতৈনা মতুং ইল্লদুনা তুরেল্লোমদা চৎলকলে। "অঙাংশিং অসি তৃমনিংলমলগনি। যুম যৌনবা নিংথিনা পুবিখ্রো, অদুগা অমুক লাকউ।"

মীয়াম অদু মথংদা অমুক উনবদদি মহাক্লা অকক্লবা থৌরম পবেং পাঙথোক্লক্লবা শীনখ্রে। মখুৎনা তপ্পা তান থারদুনা লাইশোল ঈশৈ অমা মবক মরক্তা মযাম অদুনা খুম্বা ঙম্নবা লেপ্লদুনা শক্লক্লে। ধর্মগী লাইবিক্তগী লৌথোরকপা নুপা, নুপী অমসুং অঙাংশিং পূম্নমক্লা অমতা ওইনা শক্লকপা ঈশৈ অদুগী খোম্বাংনা মতম কুইনদগী লৈবক্লবা শিলিং অদু পুমনিন নিনখ্রে। কনাগুম্বা অমনা, ৱাংলবা পিথ্রাইগী থাউমৈ পুবক্তুনা থাঙ্গৎলরে। অতৈনা থাউ হাপ্পী; কনাগুম্বা খরনা থাউমৈ অদুগী লশিংগী দোশি মচা মচা শাবদা নুমিৎ চৃপ্পা অমা হৌখ্রে। মীশিং অদুনা মশা মশানা ফ্রেম মচা মচা চল্লবা লাইশিংগী ফোটো পুরক্তুনা য়ুম্বীশিংদুদা য়ান্দুনা থেৎলবে। থুনমক নুপী কাংবু কাংবু নুংথিলগী মতমদা লৈমাই অদু ৱাই তৈবা অমসুং লৈমাই অদু মচু মচুগী য়ামনা য়েকখোত্তুনা লৈতেংনবা লাকলে; মখোয় মফম খুদিংমক্তা লৈ, উনা-ৱানা অশংবা অমসুং ফিরাল মচা মচানা য়ান্দুনা লৈতেংলকলে। হোল অদু মশক পুমওল ওল্লে। কনাগুম্বা অমনসু হোল অদুগী ময়ায়গী প্লেটফোর্ম অদু ইমোল মোল্লবা, মচু মরাংগী কাপের্ট পুরক্তুনা থারবে; মীয়াম ফম্নবা ফক তিংথোক্লকলে।

ৱাজুনা থুনমক মহাক্কী আধ্যাত্মিক পুন্সিগী থাক অসি মকোই খাক্তুনা মশম শাংহন্দুনা মরেংজুমদা জম জম তাহল্লবদি হেন্না ৱাংবা হেঙ্গৎকনি হায়বসি মহাক খঙলম্মী। মকোই মরাং নান্না ককপা, মশম তেন্না ককপা সাধুদি ওইদবনি। মহাক্কী মশক মমাই শেমশাবগী থাকশিং অদু চপচানা মপুং ফারবা কোইনা মমাই অদু পুমকৃপ কৃপশিনখিদুনা মখজাই অনিদা হায়থরক্তুনা তারক্ত্রিবা ফাওবদা লৈরিবা হৈনদ্রবা কয়াদু করিসু থওইদনা অখাঙ কনবগা লোয়ননা খাঙখি। ৱাখল খনবগা লোয়ননা মহাক্লা মহাক্কী কোই অদু নানবা য়াবগী মতাং অদু য়ৌরকপদা মহাক্লা খল্লুদ্রবা মঙহাগুম মহাক্কী ইজ্জৎ অদু হেঙ্গৎখ্রে। মহাক্কী পুন্সি অদুদগী মশাগী ওইবা অৱাৎ অপা অশোই-অঙাম পূম্বা মাঙখ্রে; মহাক্কী মনাক্তা তিল্লিবা মীয়াম অদু অসুক্কী মতিক য়ামখ্রে মপানগী মাঙ্গোল অদু পিক থনখিদুনা, তুরেল হেক মপান ফাওবা মী ফম্নখ্রে। বেলান অমসুং অতোপ্পা মী

খরা নত্তনা রাজুনা করিগুম্বদসু মশক মমিং নিংশিংননবা নৎত্রগা মহাক্না ঙাঙলিবদু কনাদনো হায়বা ফাওবা খঙননবা হোৎনরুদে, খল্লুদে। হৌজিক্তি মহাক সংসার অসিদা লৈরবগুম খনখ্রে। মহাক্কী শক্তিদি ঙমখৈ লৈখিদ্রে। মহাক্না ধর্ম শাস্ত্রদগী ঈশে শকপা নৎত্রগা দর্শনগী মরমদা ৱা ঙাঙবদা নত্তনা, হিদাক-লাংথক ফাওবা তাকপী-তিকপীবগী থাক অদু য়ৌরক্লে; অহিং নিংথিনা তুম্মু য়াদবা অঙাংশিং অদু মমানা মহাক্কী মনাক্তা পুরক্লে; মহাক্না মখোয়গী মপুক নম্লদুনা নাপী অমগী মমিং পল্লদুনা হায়রকই, "অসিদগীসু ইপোৎ পোখাদ্রবদি অমুক হন্না ঐগী ইনাক্তা পুরকউ।" মহাক্না অঙাং অমগী মকোক্তা মখুৎনা নানবিবদা, অঙাং অদু মাইকৈ কয়াদা চাওখৎপা ফংই হায়না থাজনখ্রে। তশেংনা, মী কয়ানা মখোয়গী মপা মপুনা থম্বীরম্বা মাল চাং য়েন্নবগী খৎনবগী ৱাফমসু মঙোন্দা পুরক্লে। থবকশিং অসিগীদমক্তা নুংথিলগী পুংজা কয়া মহাক কাইথোক্তুনা থম্বা তারম্মী। মহাক হৌজিক্তি মতোম্মতা চিক্লা মপুন্সি লেনবা ঙমদ্রে মীশিং অদুনা থুংলদ্রিঙৈদা ঙন্তা হৌগত্তুনা মশাগী থবক কয়ামুক পাঙথোক্কদবা মতম অমা য়ৌরক্লে। মসিগী অৱাবদগী পোৎথাবগী শোর শাংনা হোল্লদুনা মশাগী মরমদা মহাক খঞ্জরকলে, মীচম অমগুম চারে, মী অমগুম্না লাউখোংলগা তুরেলদুদা তারম্বা মখোলশিং অদু অহিং ওইরক্তুনা লেপখ্রবদা মহাক তূমলে।

# ৫

ঐহাক রেলবেগী রাজু হায়না ময়াম্না কৌনরক্লে। মশক শুকখণ্ড খণ্ডনদবা লল্লানবা মীতোপশিংদু মালগুডী বেলবে ষ্টেশন্দা ট্রেন হেক থুংলবগা ঐগী মিং তারদুনা ঐবু কোইহং হংনরকই। পুল্সি অসিদা কনা কনাগুম্বা খরগী মরাইবক্তা মতোম্মতা তুমিন্না লৈগনু হায়না ইবিরম্মী। ঐহাকসু ঐনা নিংজবদা, অসিগুম্বা মীতা অমনি। ঐনা তিন্ননবা মী অমুক্তা থিরুদ্রবসু, মখোয়না উপায় অমা তৌদুনা ঐবু কোইথি থিরকই। হৌজিক্তা থুংলবদা ঙাইরিবা মী কয়ানা ইতত্তত্তনা ঐগী দুকান্দা সোডা থক্লনবা, চুরুপ লৈননবা অমসুং লাইরিক মঁপে অদুদগী লাইরিক পাননবা লাকই, অদুগা ইতত্তত্তনসু হংই, "কয়া যাম্না-থাপলি ... ? নংত্রগা ... অদু য়ৌননবা কদোমদা চংকনি ? নংত্রগা "মফম অসিদা ঐতিহাসিক ওইবা মফম লৈব্রা ?" নংত্রগা, "ঐনা তাবদা নখোয়গী সরযু তুরেলসিগী মরুদি চীংদা লৈ হায় অদুগা মফম অদুসু য়াম্না ফজবা মফমনি হায়।" অসিগুম্বা মওংগী মহং-মরাক অসিদা থুনমক ঐহাক হিবম অসিদা নিংথিনা বাখল চংলুদ্রে হায়বদু খল্লকই। ঐদি করিগুম্বদসু "ঐহাক খণ্ডে" হায়বসি হায়দে। অসুম্না খুম্বসি ঐনা খনবদা ঐগী মহৌশাগা চূনর্দে। ঐহাক্না "নখোয়না হায়রিবদু করিনো ঐ খণ্ডে," হায়না খুমদোক্লল্লবদি ঐগী পুল্সিগী লম্বী অসি অতোপ্পা অমরোমদা চংলমগনি। মদুগী মহুত্তা ঐহাক্না হায়খি, "ও, হোয়, ফজবা মফমনি। উবিদ্রিবরা ? মফম অদু য়েংলুনবা মতম থম্বীয়ু, নংত্রবদি নঙনা মফম অসিদা লাকলিবা পুম্বসে অরেম্বনি। মদুগীদমক্তা ঐহাক নুঙাইতে।" মসিমক ঐনা য়াম্না মিনম্বগী মওংদা হায়খি। ঐহাক ওইদবা ঙাঙনিংদুনা ঙাঙবা নত্তে, অদুবু ঐহাক নুংঙাইনিংলুবদগীনি। মশানা, মথংদদি মখোয়না ঐঙোন্দা লম্বী হংলক্লে। ঐনা হায়খি, "মার্কেট স্কোৱারলোমদা লম্বী অসিগী মতুংইন্না অসুম চত্থপ্রগা টেক্সি থৌবা অমদা হংলবদি ... ।" মসিমক্তি য়াম্না পেন্নিংঙাই ওইবা লম্বী মতাকতি নত্তে। কনাগুম্বনা ঐঙোন্দা মার্কেট স্কোৱারগী লম্বী অমসুং টেকসিদু তাকপীয়ু হায়জরম্মী। কুনী পোংহোনবা অদুগী ট্রেন থুংঙরমদাইদা পোইন্ট সিগনেল্লিংগী থবক তৌবা অতৈ মতমদদি করিসু তৌনিঙাই লৈতবা মচানুপা নহা অমা লৈরম্মী। ঐনা কনাগুম্বা লমকোয়বা লাকপা মীগী টেক্সি কোইথি থিবিরিঙৈদা নহা অসিদা দুকান অদু খরা য়েংথোক-

য়েংশিন তৌহল্লম্মী। বাজাবগী ঈশিং চাইবী মনাক অদুদা ব্রাংচাউরবা অহল ওইরবা গফরনা মী কোইয়েং য়েংলদুনা লেপ্লদুনা লৈরম্মী। লবাই থবাইদা হুন্দোক্তুনা তারবা গাড়ী অতেকপশিং অদু খোমজিন্দুনা নৌনা শেমজিন-শাজিনবগী থোইদোকপা হৈনজবী অমা মহাক্কী লৈ; গাড়ীশিং অদুদা অনৌবা মপুন্সি হাপ্পীদুনা চীংলম্বী কয়াদা, উমং কয়াদা ফাওদুনা থৌরুই। মহাক্তি ইফুৎ অদুবু কোয়শিল্লিবা লৈপল মথক্তা মহৌশানা ফমগল্লি অদুগা মহাক্কী কার অদুনা নালাগী নাকন্দা লম্বীদা ফৌদুনা থল্লম্মী। "গফর" ঐনা কৌখি। "য়াম্না ফত্রবা ভদ্রলোক ঐগী মরুপ অমনিনে। মহাক ... য়েংনিংমাল্লে। নঙ খরা পুবিরু অদুগা তেক্ত কাইদনা হল্লকউ ... অদুননি হৌজিক দুকান থাদোকপা য়াবা পুংজা নৎত্রবসু মহাকপু ঈশামক্লা ননাক্তা পুবক্লিবসি।" ঐখোয়না মমলদু লেপ্লবে; লাকলিবা মী অদুদা মতম লৈবা পূম্নমক্তা মানা পীবা ঙমগদবা মমলদু হায়হল্লি অদুগা অয়াম্বা মতমদা গফবনা মদুদা তাথরক্তুনা য়ানবা হায়রম্মী। মহাক্লা গাড়ী অদু উবদা য়ানিংদবা পোক্লবদি, ঐনা গফরগী মহুত্তা শন্নপ্পা হায়বম্মী, "অসিগুম্বা মখলগী কাব লোইরিবসি গফর অপঙবা নত্তে। মসিগী মোডেল অসিতবু মফম কয়াদা কোইথি থিরুববনি; মসিগী কাব অসিতনি করি কবিগুম্বা মফমদদি লম্বীকা ইঁরে লৈতবা অদুগুম্বা মফমশিং অদুদা চৎপা ঙম্বসি, অদুবু গফবনা নঙবু মফম অদু তান্না পুবিরুরগা নুমিদাংগী চাক চাবা নংনবা মতম চানা মবাইনা অমুক হঞ্জরক্কনি। ঙমলোইদ্রনে গফর ?"

"ফবে," মহাক্লা হায়থরকই, "অমুক চৎখিবদা মাইল ৭০ নি; হৌজিক পুং অমা তাশিনখ্রে। ঐখোযনা থুনা প্রপ প্রপ চৎলবা অদুগা লম্বীদা নুংশিৎকা থোইদোকপা তাবিরক্ত্রবদি ... ।" অদুবু ঐনা তহা তহা তৌমন্দুনা গফরনা অমুক্তা মহাক্লা হায়নিংলিবদু মপুং ফানা হায়দোকপা ঙমহৌদে। নোংয়াইদা মতম অসি কাইথোকখ্রবদি মখোয়না হল্লকপসি তশেংনা নুমিদাংগী চাক চাবা মতম কৌবদি য়াদ্রে অদুবু গফরনা মাবুদি নিংথিনা পুবিরকই, ঐবু হৌদোক্লবা মাগী কারগী হোর্নদু খোংলকই, মাগী পৈশাদু লৌরগা চৎখি। নুপা অদুনা চৎখিগদবনা মথংগী নুমিৎকী অয়ুক পুং ৮ গী ট্রেন্নি। প্লেটফোর্মদা লৈবা ঐগী দুকানগী দম্বুরনা কৃপ্পা মমাঙ অদুদা মপোৎ-মচৈ তিংথোক্তুনা অসুম্না অহিং অদু লেল্লি। মহাক্লা চানিং থকনিংলবদি ঐনা দুকান হাংদোক্তুনা মঙোন্দা উহৈ-বাহৈনচিংবা য়োল্লি। লংফৈ চৎপা হায়বশিং অসিদি ওম্ভোক্লা মপুক্লিং চাউখ্রবা মী ঙাক্তনি। য়েংনিংঙাই পোৎ হেক লৈরিবমখেদি মখোয়দা থেংনবা খুদোংচাদবা

কয়া করিসু থওইদে। কবিগীদমক্তা মী অমনা চাবা থকপা নুঙাইবা কাউথোক্তুনা, যুগোৎ চাদ্রবা মাইল ১০০/১০০ গ্রুক গ্রাক লাউবা লম্বীদা করিগুম্বা মফম অমখক য়েংননবগীদমক্তা চৎলিবনো হাযবদু ঐহাক কৈদৌনুংদা মরম খঙদে অদুগা মরম খঙননবা হংবসু ঐগী ইথৌ নত্তে, ঐগী দুকান্দা লাক্তুনা মীশিংনা করিগী চারিবনো, করিগী থকলিবনো হায়বগী মরম খঙলুদনা ঐগী ইথৌদি মখোয়না পীয়ু পীয়ু হায়বদুদমক পীবা নত্তনা অতৈ করিসু লৈতবগুম। সরযু তুরেলনা চীংগী অঙম্বা কয়া খুদি থীবগুম ওম্থরক্তুনা ঐখোয়গী থোংজিন মনাক য়ৌবক্লবদা মহাক্কী মরু য়েংননবগীদমক্তা মাইল ১০০ চৎলুবদু ঐঙোন্দদি অপঙগী থবকনি হায়না খনখি। মতাং অদুৱাই ফাওবা ঐদি মদুগী মরুগী মরমদা তাবফাউবা তাখিদ্রি; অদুবু মফম অদুদা চৎলুরবা নিপা অদুনদি মফম অদুগী মরমদা পংথাদ থাগৎলম্মী। মহাক্না হায়খি, "ইমাগা ঐগী নুপীগা মফম অসি য়েংহন্নবা পুবিরক্ত্রে হায়বসিদা ঐ ওম্থোক্লা নুংঙাইখিদ্রে।" মমৈথংদা পুন্সি অসিদা ঐনা কনাগুম্বা নুপা অমনা য়াম্না নুংঙাইবা মফম অমা উরুবদা মহাক্কী নুপী নৎত্রগা মচানুপীদি য়াওরক্ত্রে হায়বগী নুংঙাইতবদু হেক হেক ফোঙদোক্লকই অমসুং মহাক্না কনাগুম্বা অমবু পুন্সি অসিদা লৈরিবা ফজরবা, নিংথিজরবা পোৎ অমগী নমথাক তৌবিবগুম হেক হেক ঙাংই হায়বসি ঐহাক খঙলকই। মমৈথংদা ঐহাক্না চপ চারবা টুরিষ্টকী লমজিংবা অমা ওইরক্লবা মতমদা, ঐঙোন্দা চঙলকপা মীশিংদা "মসিদি ইমুংমনুং হুপ্না য়েংদুনা নুংঙাইমিন্নগদবা পোৎনি," হায়জিন্দুনা মওং অমদা অৱাবগী ৱাখল পোকহনবা ঙমখি, অমসুং নুপা অদুনা মথংগী লাকলিবা খ্বতুদদি ইমুংমনুং হুপ্না লাক্কনি হায়না ৱাশক্লম্মী।

তুরেলগী মরুদা চৎলুবা নুপা অদুনা অহিং চুপ্না মদুগী মরমদা ঙাওলম্মী; পুখ্রি অদুগী ময়ায়মক্তদা চীংদোল মথক্তা অপিকপা মন্দির অমা লৈ। "ধর্ম শাস্ত্রশিংদা হায়রিবা পার্ব্বতীনা মৈনুংদা চোংশিনখিবদগী থোরকপা সরযুগী মরু অদু শোয়দনা ওইরমগনি; মন্দির অদুগী উখোং অমদা য়েক্লিবা অদুনা তশেংনা লাইরেম্বী অসিনা মৈনুংদা চোংশিনখিবা অমসুং মফম অদুদগী ঈশিং থোরকপা অদুমক উৎলি," অসিনচিংবা। করি করিগুম্বা মতমদা য়াম্না পণ্ডিতকী ৱাখল লৈবা মী লাক্লগা মন্দির অদুগী চোংঙা বোন অদু খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈ চহি ৩০০ গী মমাঙদা শাখিবা ওইগনি, নৎত্রগা ফীরোল্ল য়েকখোৎলিবা অদুগী ষ্টাইল য়েংলবদি খৃষ্টনা শিগ্রবা মতুং চহি ৩০০ গী মওংনি হায়বনচিংবা ৱা কয়া হাপচিল্লকই। অদুবু ঐঙোন্দদি পূম্নমক অন্দানি, অমসুং করিগুম্বা মফম অমগী

যুগ মতম হায়বসি ঐঙোন্দদি পুংজা অদুদা লৈরিবা ঐগী পুক্লিংগী মওং অমসুং ঐনা পুরিবা মীতা অদুগী মতুং ইন্না হায়। মহাক অদুনা পণ্ডিত্বগী মওং লৈবা মী মান্দ্রবদি, ঐহাক্না অচুম্বা চপ চপ চাবা প্রমান, মশিং পীবসি তোকথোক্তুনা নুপা অদুবু চুম্না পংঙাংতা ঙাঙহন্দুনা অপূনবগী ওইবা ৱাফম তাক্তুনা লৈথোকই। খুদোংচাবদু ফংজবদা মহাক্তি নুংঙাইঁজে হায়বসিমদি নখোয়সু শোইদনা খঙলমগনি। অমবোমদনা, ইখঙ খঙজদবা মী অমা ঐনা থেংনরুবদদি, ঐনা ইশানা ঙাঙনিংবদা পংঙাংতা ঙাঙই। মঙোন্দা মসিনা খ্বাইদগী চাউবনি, খ্বাইদগী ৱাংবনি, পৃথিবীগী মনুংদা মসিতনি হায়জিল্লি। ঐগী কোক্তগী থোকপা মশিং খরা ঐনা পীশিল্লি। পুংজা অদুগী পুক্লিংগী মওং মতুংইন্না করিগুম্বা অতেক-অকাই অমবু ঐনা খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈ চহি ১৩০০ গী মমাঙগীনি নৎত্রগা মতুংগীনি হাযজিল্লি। ঐনা শেন্নবিবা মী অদুদা ঐহাক চোকথরক্লবা নৎত্রগা তন্থরক্লবদি, ফজবা, নুঙাইবা পূম্বদু "হৌখিবা চহি ২০ মুকসিগী মনুংদা শারগা মন্থহনবা জাৎনি," হায়জিন্দুনা পুম্মাং মাঙহল্লি। "মফম পূম্নমক্তা অসিগুম্বা মফমসিদি পংলৈ লৈবা জাৎনি।" অদুবু ঐগী ইশাদা অদুগুম্বা থাজবা অমসুং ইথৌ থওইদবগী থাক অসি য়ৌরকপদুদি চহি কয়াগী মমাঙদা ওইখ্রবনি।

কুলী পোৎহোনবদুগী মচা নুপাদু নুমিৎ চূপ্পা দুকান্দা ফমদুনা লৈ। নুমিদাংদা শেল অমসুং অরৈবা পোৎ য়েংশিন-খোৎচিন্নবগী মতম খরা চংই। মহাক্না ৱারিবা অদুগী চপচানা করি পীগদগে হায়বদুগী অকক্লবা থোইদোকপা শিল্লাকপা লৈতে। মরক মরক্তা ঐনা মঙোন্দা পৈশা খরা খরা পীবি। ইমাতনা য়েৎলি, "নঙগী নহুত্তা মহাকপু করিগীদমক্তা থবক তৌহনগদৌরিবনো রাজু ? মঙোন্দা অরেপ্পা কমিশন খরা পীখিবা অমা নৎত্রগা লৱাই-থৱাইদা কোইচৎ চত্তুনা লৈগদবগী মহুত্তা নশানা হেক্তা তৌ। করম্বা হিরমদা মসিনা নঙগী কান্ননবা তৌরকপগে ?"

"ইমা ! নঙনা খঙপোৎ নত্তেদা," ঐনা নুংদাংগী চাক্তু থেংনা চানা চানা হায়রম্মী। "ঐনা হৌজিক তৌরিবা থবক অসিনা অতোপ্পা থবক অমদুদগী য়াম্না হেন্না ফবা জাৎনি। ঐহাক্তি লমসু য়াম্না য়েংবা ফংই অদুগা মদুগীদমক্তসু পৈশাসু ফংই; মখোয়গা লোয়ননা কারদা নৎত্রগা বসতা চৎলি, মখোয়গা ৱারী শাই, করি করিগুম্বা মতমদসু মখোয়না চারিবদু পীজে অদুগা পৈশাসু ফংই। ঐসি মীনা কয়া য়াম্না মশক খঙনরে নহাক খঙলবরা ? মী কয়ানা ঐবু বোম্বেদগী, মাদ্রাজদগী অমসুং মাইল ১০০/১০০ থাপগ্রবা মফমদগী ফাওবা

হংনদুনা থিরকইবনি। মখোয়না ঐবু রেলৱেগী রাজু কৌই অদুগা লক্লৌদা ফাওবা ঐগী মিং অসি খঙবা মী লৈ হায়রি। মৈখেৎ অমসুং হিদাক তমখোক তমশিন তৌবদগীদি মসিনা হেন্না ফাওনিংঙাই ওইবা পোৎনি, নৎত্রনে ?"

"ফরে, অদুবু মদুদি নঙগী বাজীগী পামজরব্রা নৎত্রা ?" "মদুগী মাযয়োক্তা ঐহাক করিমত্তা হায়জদে। ঐহাক দুকান অসিবুসু অদুম য়েংশিন-খোৎচিন তৌগনি।" ৱাঙাং অসিদা হনুবী অদু পেল্লে। করিগুম্বদা খুঙ্গংদা লৈরিবা মহাক্কী মৌপ্বাগী মচানুপী অদুগী মরমদা থাউমৈ মুৎথৎত্রেঙেদা ৱা অমনিসু মহায়রকই। মহাক্না মসি থং হেক হায়দ্রবসু নোংমদি ঐহাক নুপীমচা অদু লুহোংলগে হায়না য়ারক্কনি হায়বসি মহাক্না মতম চূপ্পদা আশা তৌরম্মী। "মখোয়গী স্কুলদা ললিতাদু মনা অমা ফংই হায়বা তাদ্রা নঙবু ? মদুগী মরমদা নঙগী মামদগী চিঠি অমা ঙসি ফংই।"

ট্রেন অদুনা থুংলগদবগী মপানগী সিগনেল পীরক্তুনা ইঞ্জিনগী মখোল তাবদা ঐহাক্না কষ্টমর লাকপগী মওং উরম্মী। ঐহাক্তি ঈশিংগী মহৈ হৈরবা মীগুম্না পুক্লিংদা মশানা খঙহঞ্জরকপা শক্তি অদুগুম্বা অমা ঐগী লৈরম্মী। কারবার অদু ফগদবা নুমিত্তুদি লাকলিবা ট্রেনগী মাইকৈদা ঐহাক চেনশিল্লি; আশা লৈরিবা টুরিষ্ট অমনা কুমথরক্তুনা ঐবু য়েংলক্কদবা মফম অদুমক্তদা ঐহাক চপ লেপ্তুনা লৈবা ঙম্লম্মী; ঐনা কষ্টমর লাক্লে হায়বা খঙবসি মরেংবান্দা অমসুং নাকন্দা কেমেরা অমসুং দুরবিন য়ানবদুতনা নত্তে, মখোয়শিং অসি অমত্তা য়াওদ্রবসু ঐহাক হেক্তা মশক খন্দোকপা ঙম্মী। শম্বল খারিবা অদুগী মাইকৈরোমদা ট্রেন অদুনা প্লেটফোর্ম য়ৌননবা লাইন্দা চেপ্লিঙেদা ফাওবা ঐহাক চৎপা উরবদি, ট্রেন অদুদা ঐগী কষ্টমর য়াওদ্রে হায়বসি নখোয় খঙগনি। থা খরগী মনুংদা ঐহাক মতিক চানা খঙহৈরবা গাইদ অমা ওইরে। ঐহাক ঈশানা ইশাবু লমজিংবগী মাইকৈদনা তমখৎলকলিবা অদুগা দুকানগী হিরমদনা ইথৌ ওইনা হৈরবা মী অমগুম য়েংজরম্মী; অদুবু হৌজিক্তি অসুম অসুম ঐহাক ইশাবু দুকান ফম্বনা মশা ওইবা অদুগা টুরিষ্টকী লমজিংবনা মরু ওইনা তৌবা মী অমনি হায়না খঞ্জবা হৌরক্লে। ঐনা লমজিংনবা টুরিষ্ট অমতা লৈত্রবসু ঐহাক ঐগী দুকান্দদি চত্তদুনা ঈশিং চাইবীগী লৈপল মথক্তা ফমলিবা গফরগী মনাক্তা চত্তুনা গাড়ী অতেক-অকাই হুন্দোক্লম্লবশিংগী মরমদা মহাক্না ঙাঙবা ৱাশিং অদু তারুই।

ঐগী পেট্রোন পূম্নমক ঐনা কাংবু কাংবু খায়দোকই। মখোয় অদুদি মখল য়াম্মী হায়বসি ঐনা হায়বা ওন্মী। মী খরনা ফোটো নম্বা ওনথোকনা পার্মজে; মীশিং অসিদি মখোয়গী কেমেরাগী মিংশেন্দা উবা নত্তনা অতৈ পোৎচৈ অমতা য়েংদে। মখোয়গী মালচাং মপোৎমচৈ ট্রেন্দগী ফাওবা থাংথদ্রিঙৈদা হেক কুমথরকপগা মখোয়না হংলকই, "ফোটো বিল, ডিভেলব তৌফম মফম লৈব্রা ?"

"শোয়দনা লৈ, মালগুডী ফোটো বিয়ুরোদা। স্বাইদগী চাউবা ...।"

"অদুগা বোল ফিল্ম লৈগে হাযববদি — ঐগী ইশাগী কোন্নবদি যাওজবকই, অদুবু ওক্ত-খোত্তবা থোক্লবদি—। সুপব প্লেংকোগী মচু অহুম নম্বা যাবা নৎত্রগা অদুগুম্বা মখলগী বোল ফিল্মবু মফম অদুদা ফংব্রা ?"

"শোয়দনা ফংই। মদুমকনি দুকান অদুগী থোইদোকপদি।"

"ঙাইরিঙৈদা প্রিন্ট অমতং ডিভেলব তৌদুনা যেংহল্লু যাবক্কদ্রা ?"

"শোয়দনা য়ানি, নঙনা মশিং থিবা কুন শুদ্রিঙৈদবু লোইরককনি— মহাক্তি মপা লৈতনা হৈখ্রপোৎনি।"

"ফরে। হৌজিক অহানবদা ঐবু পুগদৌরিবসি কদাইদনো ?"

মসিদি তোযনা থোক্লবা অকক্লবীদা চৎলবা মী অমদগী থোরকপা ব্রাহংনি। চপচাবা পাউখুম পূম্নমক ঐহাক শেমশাদুনা থনম্মী। ব্রাহং অসিগী অরোইবা শরুক ঐনা মহাকপু মফম কদাইদা পুগদৌরিবনো হায়বসি খুম্বসি মহৌশানা মতম চংই। অসুম অসুম লুশিল্লকই। পাউখুম পীননবা হোৎনদ্রিঙৈদা ঐনা অকক্লবা দাটা খরা ফংনবা হোৎনৈ। দাটা অদুদি মহাক্লা মতম অমসুং শেল কয়া য়াম্না চাদিং তৌবা ঙমগদগে হায়বসিনি। মালগুডী অমসুং অকোয়বদা লৈরিবা লমশিং অদুনা ঐগী থোইদোক্লা উৎফমনি। ঐনা মী অমবু মদুগী মচেৎ অমতং য়েংহনবা নৎত্রগা মপুং ওইনা য়েংদুনা খঙহনবা ওন্মী। মসিদি থৈদোক থৈজিন য়াবা জাৎনি। ঐনা মখোয়দা পুংজা খরদা য়েংবা য়াবা চাউরাকপা অমসু উৎপা ওন্মী নৎত্রগা মখোয়বু চীং তুরেল কয়াগী দৃশ্যদা লূপহন্দুনা নৎত্রগা অতেক-অকাই কয়াগী দৃশ্যগী ফজবা ময়ামদু চয়োল অমা চঙনা য়েংহনবা ওন্মী। নুপা অদুগী মশাদা শেঙ্গং ওইনা পৈশা কয়া য়াম্না য়াওরকপা হায়বদু খঙদ্রিবমখৈ ঐহাক তশেংনা শেন কয়া য়াম্না পীরকপা য়াবা নৎত্রগা কয়া য়াম্না খামহৌগদগে হায়বদু লেপ্পা ঙমদে; অদুগা করিগুম্বা চেক বুক য়াওরম্নবদি কয়াদা ফগ্রবনো !

মসিসু অতোপ্পা অনৌবা অশোনবা ৱাফম অমনি। করি করিগুম্বা মতমদসু কোয়বা চৎলিবা মী অমনসু হেক্তা মী অমগীবু ওইরবসু অমগীবু ওইরবসু চেক ইগে হায়, অদুগা তশেংনদি ঐখোয়গী গফর, ফোটোগী দুকান, নৎত্রগা মেমপী চীংগী মথক্তা উমংগী বাংলো শারিবা মপু অদুসু মশক খঙনদবা মী অমনা চেক ইদুনা পীবসি অদুক য়ৌনা থাজরুদে। অসুম্বা মতাংসিদা ঐনা ওম্ভোক্লা হৈনদনা ঙাকথোক্লবা লাকনৈ, "ও, ঐখোযগী টাউন অসিগী বেঙ্ককী চৎনবী অসিদি খ্বাইদগী ফত্তবা জাৎনি। করিগুম্বা মতমদা চেক অমা কায়নবা হোৎনবদা নুমিৎ কুন্নি চংই, অদুবু লাইরবা মীশিং অসিদি মদুদি কদাইদগী ঙাইবা ঙমগদগে ?" হায়বসিদি ফনদি ঙকফম থোকপা ৱানি, অদুবু ঐদি ঐখোয়গী টাউনগী বেঙ্ককী চৎনবী মদুগী মগুণ অদু হয়হনরা হায়বদা থোইনা খল্লুদে।

টুরিষ্ট অমা হেক থুংলবদা, কুলি অমা নেকপা নৎত্রগা মখুৎ লোনশিন্দুনা মশানা পুজবা পামদুনা মপোৎ মচৈশিং অদু কোইশেন শেন্নবদু ঐনা উরম্মী। পূন্নমক অসি ঐনা সেকণ্ড মখাই অমদা খঙজিনবা তাই, অদুদগীদি মপান্দা হোটেল য়ৌননবা মখোঙনা চৎপ্রা, টেক্সি ৱায়ব্রা নৎত্রগা শগোলগাড়ী তোংদুনা শুপতেক নাতেক চৎপ্রা হেক্তা য়ৌখি। তশেংনদি পূন্নমক অসি ঐনা মহাক্কী মহুত্তা তৌবিবা তারম্মী অদুবু থোইনা অপাম্বদি য়াওরুদে। মহাক্কীদমক ঐনা পূন্নমক অসি তৌরিবসি মহাক্লা প্লেটফোর্ম মথক্তা হেক কুমথরকপগা রেলৱে রাজুবু হংলকই অমসুং মহাক অসি খাদগী, ৱাংদগী, অনকপা, অরাপপদগী লাকপা মীওই ওইরবসু য়াম্না মরী মখোং খঙনা লাকই হায়বা ইচম চম্বা মরম অসিগীদমক্তনি। অদুগা হোটেলদা ঐগী ইথৌদি মহাক্লা পাম্বা মতুংইন্না খ্বাইদগী ফবা নৎত্রগা ফত্তবা কা পীবসিনি। খ্বাইদগী অহোঙবা মমল তূম্ফম কা ৱাইবা কাংবুদুনা হায়রকই, "নুমিৎ চূপ্পা মপান্দা কোইচৎ চত্তুনা লৈগদৌরিবনি, মসিদি চুম্না ঙাইহাক তূম্ননবনি। নুমিৎ চূপ্পা শো লোনশিন্দুনা থমগদৌরিবা কাদা করিগী পৈশা মাঙহনগনি ? য়ানিংদ্রা ?"

"মানি, হোয় হোয়" ঐনা ঙক নোম্নদুনা হায়রম্মী, মহাক্লা হংলিবা, "নঙ ঐবু অহানবদা কদাইদা পুগনি ?" হায়বসিগী পাউখুম ফাওবা পীদনা। হৌজিক ফাওবা নুপা অদুবু চাংয়েংদুনা, কূপ্পা য়েংশিন্দুনা থন্নি হায়বা য়াই। মতম অসি ফাওবা ঐনা ৱা অমতা হৌদোক্তে। ট্রেনগী খোংচত্তগী থুংলবদা ঙায়রিবা মী অমদগী ঙাঙনবা য়াবা অশেংবা ৱা থোরক্কনি নিংবসি কান্নদবনি। ইরুজথোক্তুনা মফি মরোল হোংদোক্তুনা ইদলি অমসুং কোফি থক্তুনা মশা

তেকখৎহনখিগদবনি অমসুং মতম অদুতদা ঐখোয়না খা ভারত্তা লাকপা কনাগুম্বা অমবু পৃথিবী অসিগী হিরম পূন্নমক অমসুং মথংগী মপোক্কী মরমদসু ভাব তানা ৱাখল খনবা ঙমগনি হায়না লৌবা য়াই। মহাক্না ঐঙোন্দা করিগুম্বা অচা-অথক পীববদি, মহাক অসি ফনা পৌরপ তৌবা মীনি হায়না খল্লি, অদুবু খঙনবদু খরগা হেন্না য়ৌশিন্নদ্রি ফাওবদি মদু ঐ চাদে। মতমগী মতুং ইন্না ঐনা খঙহং হংই, "টাউন অসিদা নুমিৎ কয়ানি লৈবিগে খল্লি ?"

"য়াম্লবদা নুমিৎ হুমনিদং। হায়রিবা নুমিৎশিং অসিদা পোৎ খুদিংমক লোইনা পাঙথোকপা ঙমগদ্রা ?"

"তশেংনদি মদুদি নহাক্না য়েংগে হায়না নিংবদুগী মখা পোল্লে।" অদুদগীদি ঐনা মাবু ৱা ঙাঙলক্নবা মবাল য়াজরবা মী অমগী মফমদা থম্বগুম থমলে। ঐদি মহাক্কী অপাম্বা অদু চিংথোক্কদবগী লাক্নৈ। ঐনা হায়খি— মালগুউীদি য়েংফম য়াম্না লৈ, ইতিহাসকী ওইনসু, দৃশ্যগী মাইকৈদসু, মতমগী শেমগৎ-শাগৎপগী হিরমলোমদসু অসিনচিংবা কয়া কয়া; অদুগা কনাগুম্বা অমনা যাত্রীক অমা ওইনা লাক্লবসু মাইল ৫০ গী মনুংদা লৈবা জিলা অদুগী মনুংদা লৈবা মন্দির পূন্নমক্তা কোইপু পুদুনা য়েংহনবা ঙমগনি; সরযু তুরেলগী ঈচেলদা লৈবা শেংলবা তীর্থ মফম কয়া উহন্দুনা লূপ্পা য়াবা মফম তৌবতদি মাগী মরু মেমপীদগী হৌনা উৎপা ঙমগনি হায়রম্মী।

৯ টুরিষ্টকী লমজিংবা অমা ওইনা লৈরিঙৈদা ঐনা খঙখিবসি কনাগুম্বা নুপা অনিগী চপ মান্নবা পোত্তা অপাম্বা লৈতে হায়বসিনি। চাবদা মহাওগী অপাম্বা খেন্নবগুম মিৎনা য়েংলিবা দৃশ্য অসিদসু খেন্নে। কনানা ঈশিং চাইবী য়েংবা পাম্মী, কনানা অতেক-অকাই ফুরাদলান (ও মখোয়দি চেকখাইরবা ফক্লাং, থুদেকপীরবা মূর্তি অমসুং নিংখাইরক্নবা চেকশিং অদু য়েংবদা মপা লৈতনা নুংঙাইবা পোকই) কনানা লাই খুরুম্বা পাম্মী, কনানা হাইড্রো-ইলেকট্রিক থোকফম য়েংই, অদুগা কনানা মেমপীগী চীংদোন্দা লৈরিবা মিংশেলগী থোঙনাউ পানবা মফম অদুগী মাইল ১০০/১০০ লাপ্পা লৈগ্রবা অতিয়াগী ঙমখৈ অমসুং লম্নক্কী শাউচেকশিংনা কোইচৎ চৎলিবা পূন্নমক উবা ফংবা বাংলা লৈরিবা মফম অদুগুম্বা ফজরবা মফমদমক পাম্মী। ময়াম অসিগী মরক্তগীসু অমুক মখল অনিখক লৈরি— অমনা চুম্না য়েংলুরগা হল্লকপদা মপাম্বা কবিগী জাৎনি, অতোপ্পা অমনা প্রকৃতিবু থাগৎচদুনা, প্রকৃতিগী ফজবদা লূপ্তুনা ঙাওজবনি। মতৌ অসি করম্না ওইরিনো হায়বদুদি ঐদি খঙদেঃ মেমপী পিক হাউসকুম্বা

ফরবা কবিগী পুক্লিং শুমহৎহনবা মফমশিং অসিনা ইথা থাজদনা করিগুম্বা মওং খরদদি নুংঙাইবা পোকহল্লি: মফম অদুদা নুপী লোয়নদুনা লাকপা মী কয়াসু ঐহাক খঙই: ইংনা চিক্লবা উ-ৱানা শূক্লবা লৈতেম মান্ননা লৈরিবা মফমদু ধ্যান তৌফম নৎত্রগা কবিতাগী হৌরকফম মতিক চাবা মফম ওইগনি, অদুবু, মসিদি চুম্নগী মপাম্থোংগী ইন্দ্রিতদা অপাম্বমা পোকহনবা পোৎ অমগুম থোকখি। ফরে, অফ-ফত্তা মরম তাক্তুনা টিকা পীবসি ঐগী ইথৌ নত্তে। ঐগী ইথৌদি মখোয়বু মফম অদু তান্না পুবিবা, অমসুং গফরনা মখোয়বু মফম অদুদগী মতম চানা লৌবিবা চৎলুবা অসিতনি।

ঐবু পরীক্ষা লৌবগুম তৌরিবা মখুত্তা য়েংবা য়াবা মফম খুদিংমক্কী লিষ্ট পায়রিবা অমসুং মহাক্কী পৈশা অদুগী মতিক চানা য়েংগেতা হায়বিবা নুপা অদুগী শাউনিংবা অদুদগীদি ঐহাক নাম্থোকপা ঙম্মী। "টাউন অসিগী মীশিং কযানো ? লমদম অসি কবিনো ? ব্লফ তৌগনু। মসি করম্বা মতমদা শাখিবগে হাযবদু ঐ চপচানা খঙই ... অনিশুবা শতাব্দীদা নত্তে, তরানিথোইশুবদনি।" নৎত্রগা মহাক্লা ঐঙোন্দা ৱাহৈগী চপচাবা খোম্থোক তাকপি। "রা- উ-ট হায়বা নত্তে ...।" মহাক্কী চুমথোকপীবদু থাগৎচবগা লোয়ননা লৌজে অমসুং মহাক্লা মতম পূম্নমক্তা, "নহাক নশানা খঙদ্রবদি করিগী নশাবু গাইদ কৌজবগী কান্নবা লৈবগে ?" অসিনচিংবা হায়দুনা লোইশিনখি।

পূম্নমক অসিদগী ঐহাক করি খঙলকপগে হায়না য়াম্না খঙনিংদ্রা ? ফরে, অদুবু মদুগীদি অকক্লবা পাউখুম লৈতে। মসিদি ফিবম অমসুং ঐনা লোয়নরুরিবা মীতাশিং অদুগী মখা পোল্লে। ঐনা মহৌশানা ঐগা লোয়ননা চৎপগীদমক্তা য়ামদ্রবদা লুপা ১০ লৌই; পূম্নমক অসিগী মথক্তা গফরনে, ফোটো ষ্টোরনে, হোটেল মেনেজরনে অমসুং ঐনা মশক খঙনহন্নবা মীওইশিং পূম্নমক মখোয়গী অকক্লবা দাগ অমগী মতুংইন্না অপাম্বা উৎলি। ঐদি তম্না তম্না ইশাসু তমশিল্লি, তম্না তম্না শেল তাল্লি অমসুং তৌরিবা পূম্নমক অদু খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইনিঙাইনি।

শামু শরুপ লাংনা কোয়শিন্দুনা ফাবগুম্না থোইদোক হেন্দোকপা থৌদোকশিংসু য়াওরকই। নিংথমথাগী মনুংদা ফোরেষ্ট ডিপার্টমেন্টকী মীশিংনা শামু ফাননবা পাকচাউরবা থৌরাং অমা শীন্দুনা থম্মী। মখোয়না কোইয়েং য়েংলদুনা কোয়শিল্লদুনা শরুপ অদু উচুক্লা খাজিল্লবা মফম অদুদা হোইজিল্লি, অদুগা মী মশিং য়াম্না থৌদোক অদু য়েংননবা তিল্লে। শামু তানগদবা নুমিৎ

অদুদা লৱাইথৱাই মফম পূন্নমক্তগী মী ময়াম য়ৌনরক্তুনা মেমপীগী ৱাগী উমং মনুংদা লৈবা পাকচাউরবা মফম অদুদা ফম্ফম অমতং কোইশিল্লিবা অদুগী মনুংদা ফংননবা ৱানোম্নরে। তান্নবগী থবক তৌরিবা মীশিং অদুদা ঐহাক্কী থোইদোকপা তৌবা ঙম্বা শক্তি খরা লৈ হায়না খন্নে: হায়বদি উমংগী কেম্প অদুদা কয়ারক হন্না ঙন্না চৎতুনা, টাউন্দগী দরকার ওইবা পোৎশিং অদু ওফিসারশিং অদুগীদমক্তা লৌথোক-লৌশিন তৌবিদুনা, মতম চারক্নবা মতমদা শামু তানবদু য়েংবা উননবা শিন্দুনা লৈবনি অমসুং ঐতগা লাকমিন্নবা মীশিং অদুতমক খাজিল্লিবা মফম অদুগী গেট অদু লান্না চৎপা য়াই। থবক অসিনা ঐখোয় পূন্নমক নুংঙাইহল্লি, থবক চিলহল্লি অমসুং শেলসু নিংথিনা ফংহল্লি। য়েংবা লাক্লিবা মীশিং অদু কাংবু কাংবু তির্ল্লি অমসুং "অঙাওবা শামুশিং অসি থা কয়ামুক চংনা থিরক্লিবনি খঙলব্রা" অসিনচিংবা হায়রদুনা তহা তহানা চৎলি। ঐ ইশাগী ওইনদি শামুবু থোইদোক্না লুনা চেকশিন্না তৌই হায়না খনগনু; ঐনা পুরক্লিবা টুরিষ্টপু নুংঙাইবা পোকহনবা পোৎ অদু ঐগীসু অপাম্বনি। ঐ ইশানা পাম্বগী ৱাফম অসিদি মশানি। কনাগুম্বা মী অমনা কৈ য়েংনিংলবা নৎত্রগা কাপনিংলবদি মফম কদাইদা মদুগীদমক্তা শেমশাগদগে হায়বদু ঐহাক খঙই: য়াউ মচা অমা কৈ অদুগী মচিঞ্জাক ওইনা থাক্তুনা থম্লগা ৱাংনা প্লেটফোর্ম অমা মথৌনা লৈরবা শাদানবশিং অদুনা মরাইবক থীরবা শা অদুনা য়াউ অদু চাগে হায়দুনা লাকপা মতমদা ইখঙ খঙহৌদনা নোংমৈনা কাপ্পা য়াননবা ঐহাক্তি য়াউ নৎত্রগা কৈ অমতসু শিবদু য়েংনিংলুদ্রবসু শের্মদুনা থম্মী। কনাগুম্বা অমনা চাউরবা খারৌ অমনা পাক্লবা মকোক্তু ফন্দোকপা য়েংনিংলবদি, অদুগুম্বা কুম্মে অদু উৎপা ঙমগদবা মী অদু ঐহাক মশক খঙই।

মাদ্রাজদগী চুমদ্রিং হেক্তা য়ৌরকপা নুপীমচা অমা লৈরম্মী; মহাক্না মালগুডীদা মখোঙ হেক থাংথবগা হংলকই, "বাঁশীগী ঈশৈদা জগোই শাবা হৈবা অচৌবা খারৌ, য়াম্না চাউবা জাৎনিকো অমতং উহনবা ঙম্ব্রা ?"

"করিগীনো ?" ঐনা হংখি।

"ঐ অমতং য়েংনিংই। মদুতগীনি।" মহাক্না হায়খি। মহাক্কী মপুরোইবনা হায়খি, "ঐখোয়গী খনগদবা অতৈ য়াম্না লৈরি, রোজি। মসিদি ঙাইবা য়ারি খরা।"

"ভদ্রলোক অসিদা মদু খুদক্তা পুথোক্তুনা উৎলু হায়বা নত্তে। ঐনা মদু পীদবা য়াদে হায়দুনা তান্নবদি নত্তেদনা। ঐদি চুন্নদা হংজবনি, অদুতনি।"

"মদুনা নঙোন্দা নুংঙাইগদবা ওইববদি, নঙ নশা নতোম্মতগী নুংঙাইনবা শিঞ্জবা য়ানি। ঐবু নঙগা লোয়ননা চৎকনি হায়নগদি আশা তৌরুনু। ঐদি লিল হায়বসি শুকয়েং যেংবা ঙমজদে। নঙগী অপাম্বসিদি অকিবা অনাবগুম্বা জাৎনি।" নুপা অসি ঐহাক হৈনদে। মহাক্তি অসিগুম্বা লাইনা শেম্বা জীব অমবু তথি তথি হায়বি। ঐগী নুংশিবগী ভাব পুম্নমক নুপী অদুদা লৈখ্রে– মহাক ওনথোক্লা ফজখ্রে; ওন্থোক্লা মতৌ লৈখ্রে। মহাক হেক য়ৌবকপদগী হৌরদুনা ঐনা ঐগী খাকীগী বুশ কোট অমসুং ফৈজোম অদু থাপ্পা লংথোকখ্রে অদুগা ঈশাবু যেংবদা তনান তনান উনবা, নুংঙাইনবা শেম শাবগী অৱাবদু লৌখৎলে।

ঐহাক শিক্ষকী জিব্বা অমসুং সেল ধোটি শেৎলদুনা ইশম-ইনা অসুক্কী মতিক তনান তনান হাৎলম্মী, ইমানা ঐবু যুমদগী থোকখিবা উবদা হাযবকই, "ও ! বব মাল্লেদা !" অমসুং গফবনা মমিৎ কূপ্লদুনা ঐনা মখোয়বু হোটেলদা উনবা চৎপা মতমদা ইঙ্গিৎনা থল্লবা ৱা কয়ামুক হাযখি।

মহাক্লা থুংলবদুদি ঐঙোন্দদি অঙকপা অমগুম থোকখ্রে। ইহান হানবা উনবদি নুপা অদুনি। মহাকপু ঐনা আনন্দ ভবন হোটেলদা থম্বীবে। নোংমা লমতু যেংবা চৎলুববা মতুংদা মহাক্লা নুংথিলদা ইখঙ খঙহৌদনা হাযবকখি, "মাদ্রাজগী ট্রেন থেংননবা হোৎনদবা য়াদে। অতোপ্পা মী অমসু লাক্কনি।" মহাক্লা ঐঙোন্দা ট্রেন অদু করম্বা মতমদা থুংলগদগে হায়না হংননবগী ফাওবা লেপ লাক্তে। পোৎ খুদিংমক মহাক হান্ননা খঙবা মাল্লি। মহাক অসি য়াম্না ঙকখ্রবা মহাক করি তৌগদৌরিবনো হায়বা ৱাসি মতম পূম্নমক্তা শুকহায় হায়দোক্তবা মীনি। ষ্টেশন অদুদা অসুক য়াম্না মতৌ লৈ মী অমা উনগনি হায়না ঐঙোন্দা হান্না খঙহনবিবম্লবদি ঐহাকসু মতিক চানা লৈতেংজদুনা শেম শাজরমগদবনি। অসুম থোকউ হায়বদুনা ঐহাক ঐগী মহৌশাগী খাকি বুশ কোট অমসুং ফৈজোম শেৎলম্মী, মসিদি মতম পূম্নমক্তা ওনথোক্লা লুদ্রবা ফীজেৎনি অদুবু ঐগী থবক মখল অসিগীদমক্তদি খ্বাইদগী জুৎ চানা খুদোংচাবা ফীজেৎনি। মহাক্লা ট্রেন্দগী কুমথরকপা মিকুপ অদুমক্তদা ঐহাক কদাইদনো লোৎচরম্লবদিকো হায়না খনখি। মহাক অসি নখোয়না হেক যেংবদা পূক্লিং শুমহৎপী নুপী পাম্লবদি মদুমক্তি নত্তে, অদুবু মহাকতি তবা তবা তোঙ্গানবী মূর্তিনি, নিংথিনা শেম শারবা শক্তা, তরং তরংবী মিৎস্না, পুংঙৌ ঙৌবা নত্তবা অমম অঙান শিন্নবগী তবা তবাবা কুচুনা লৈতেংদুনা মহাকপু অৱাবা য়ুবী মহীগী মরক্তা উবগুম মমি শামিতমক উবা ফংই। ঐবু ঙাকপীয়ু, করিগুম্বা

নখোয়না ঐঙোন্দা কবিগী মগুণ হেঙ্গৎনা লৈবা উবিরবদি। ঐনা ব্রা খরা হাযজিন্দুনা মখোয়বু হোটেলদা চৎহনখ্রগা লৈহৌদুনা য়ুমদা চেন্দুনা ইশক-ইতৌ অসি শেম শারুই।

গফরগী মতেংনা ঐনা তেনতক তৌবা থিজিনবগী থবক অমদি লোইশিল্লে। মিয়ুনিসিপাল ওফিস্তা মযাম্বা অমা থবক তৌরিবা লিল লোইবা খাবৌ অচৌবা অমা লৈবা নুপা অমগা খঙনবা ইলামান ষ্ট্রীত্তা লৈবা ঈশ্বব মন্দিবগী নুংগী ফল্লাংদা য়েক্লিবা রামায়ণগী থৌদোকশিং অদু অর্থ হন্দোক্লুনা পাননবা থনম্নগা ফল্লাং অদুর্দদি অকুপ-অকুপ্পা হক্লুনা য়েকপসি ১০০/১০০ লৈ ঐহাক্লা মথক্কী ব্রাফম অসিদা অসুম থিজিনবা চৎলি। নুপা অদুনা নোম্বরদুনা মচেৎ খুদিংমক মুন্না খঙননবা হোৎনবদুনা মহাকপু মপুং ফানা থবক চিলহল্লে। ঐহাক্তি ইবিবা য়েক্লিবা পরেং ময়াম অদু লোইনা খঙই অমসুং মিৎ উইশিন উইশিন্না মথং মনাউ শুনা থিবা ঙম্মী অদুবু মহাক্লা মদুগী মরম পূম্নমক খঙলর্বনিনা ঐবু থবক অদুদগী থাদোকপীরে।

ঐনা শম্নপ্পা থিজিল্লুবা অদুদগী হল্লকপা মতমদদি মাগী মায়থোংদা ইহে হৈনিংদনা ইতন তনবগী মমি তাবদুনা থাপ্পা নুপী অদু লেপ্পুনা লৈরম্বা থেংনরুরে। ঐনা হৌদোক্লুই, "নঙ পুং অমতং মপান্দা কোয়থোক্লুবা য়ারবদি, ঐনা নঙোন্দা অচৌবা খাবৌ অমা উহনবা ঙমগনি।" মহাক মথ্বাই নুংঙাইনা উরে। ফল্লাংদা য়েকলিবদু নোনথরগা য়েংদুনা লৈরিবা নুপা অদুগী মরেংবান্দা মখুৎনা পোপ পোপ থারদুনা হংলকই, "নঙ মফম অসিদা কয়া কুইনা লৈগদৌরিনো?"

"য়ামদ্রবদা পুং অনিদি," মহাক্লা মমায়দি লৈথোকলক্তনা খুম্নকই।

"ঐ ঙাইহাক্তা মপান্দা কোয়থোক্লুখিগে," মহাক্লা হায়খি।

"নঙনা নুংঙাইগদবা তৌ", মহাক্লা হায়খি। অদুদগী ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্তুনা, "হোটেলদা চুমদ্রিং চৎখ্রো। ঐ ইতোম্মতা হঙবক্কে" হায়রকই।

মিয়ুনিসিপাল ওফিসতগী ঐখোয়গী লমজিংবদু লৌরুরে। কার অদু লৈঙোইগী লম অদুদা থৌরম্মী। নালাপপাগী লৈকোনগী লমহাং অদু লাম্ভোকলে অমসুং নাকল অমগী তোর্বান্দা কাখত্তুনা, শন গাড়ীগী চাকানা শেন্নবা গাড়ী লীকলম অদুদা চৎলে। মহাক্কী নাকন্দা ফমলিবা মী অদুদা গফরনা শাউনিংনা য়েংলম্মী। "ঐখোয়বু মফমশিং অসিদা কোইচিং চিংদুনা পুহল্লিবসিবু মসিবু

শন গাডী ওম্থোক্লো হাযব্রা ? ঐঙোন্দা চৎলিবসিবু কদাইদনো ? মফম অদুদদি অশিবা পোৎলোইফম মোংফম নত্তনা অতৈ মফম অমতসু উদেনা," তুবেল অদুগী অতোপ্পা নাকন অমদা লৈবিবা মী তাদ্রবা চেকপলনা ইখা খাজিল্লবা লমদম অমদগী মৈখু থোবক্লিবা অদুদা থিল্লদুনা মহাক্না হাযবকই। তুংদা ফমলিবী হেল্লোই অদুগী মমাংদা অসিগুম্বা অমঙ্গলগী ৱাহৈশিং অসি মহাক্না হায়বকহন্নিংলমদে । কবিগুম্বা খবা লাউনা ঙাঙথোক্লুনা ৱাশিং অদু শুনা তাহনখিদনবা ঐনা হোৎনখি ।

তুবেল অদুগী বাংমদা লৈবা খাংপোক মযাম লৈবা মফম অমদা ঐখোয থুংলে। ঐখোযগী কাব অদুনা হেক থুংবগা খাংপোক মনুংদগী মঙক লিৎথোক্লুনা মী মযাম যেংথোবকই, কাব মনুংদা তোংলিবশিং অদুদা মযা কাথোক্লুনা ঙক্লা যেংলদুনা, মফী মবোল যাওদ্রবা অঙাং খবসু কাব অদুগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লুনা ইকোয কোযশিল্লে । ঐখোযগী লমজিংলিবা নুপা অদু কুমথখিদুনা মখোঙ কুপথাং থাংনা চৎখিদুনা খুঙ্গং অদুগী লম্বীগী ইবোয লোইবা অদু ফাওবা চৎলুবগা মকোক্তা অঙাংবা কোৎযেৎ যেৎপা অতৈনা অন্দবপেন্ট অমতমক পকপা নুপা অমগা লোযননা হল্লক্লে । "নুপা অসিগী অচৌবা খাবৌ অমা লৈ ।" ঐনা মঙোন্দা হঙ্গৎহন্দা যেংলগা চিংনবপ তৌনা হাযখি, "অমুক্তা যেংজগে ।" মদু তাবদা অঙাং নুপামচাশিংদুনা হাযবকই, "মযুমদা মাগীদি যাম্না চাউবা অমা লৈবনি, অশেংবনি ।" অদুগা ঐনা নুপী অদুদা হাযখি, "চত্তুনা যেংলুসি হাযব্রা ?" ঐখোয কুমথদুনা চৎলে। গফবনা হাযবকই, "ঐদি মসিদা লৈহৌগে, নৎত্রবদি যোংশিং অসিনা গাডী অসি উজাব-মেলা শাহনবা তাবে।" মী অনিদু মাঙদা চৎহনখ্রগা ঐনা গফবদা তুমিন্না হাযখি, "কবিগী নঙনা ঙসি অসুক শাউবিবনো গফব ? নঙ ফনসু ফত্তবা লম্বীদগসু চৎলক্লবনি অদুবু অমুক্তা আপত্তি তৌখিদবনি ।"

"ঐগী গাডীসি অনৌবা স্প্রিং অমসুং শোক এবজোর্বব পাল্লকই। মখোয়দু মমল কযা পী খঙব্রা ?"

"মদুগী মমলদি থুনা হঞ্জিল্লগনি; শাউগনুনে ।"

"ঐখোযগী কনা কনাগুম্বা পেসেঞ্জব খবনা দবকাব ওইবদি মোটোব কাব নত্তে, ট্রেক্তবনি । নুপা শক্তা অসি ।" মহাক্না ভাব তাদনা পেন্দবা অমা পোকলে। মহাক্না শাউবিবদু ঐখোযদা নত্তে, লমজিংলিবা নুপা অদুদনি হাযবসি

ঐ খঙই, মরমদি মহাক্না হায়খি, "মহাক টাউন য়ৌনবা মখোঙনা চৎহনখিবনা ফরনি খল্লি। করিগীদমক্তা অসুক থাপ্পা লিল অমা য়েংনবগীদমক্তা লাক্লিংগদৌরিবনো ?" ঐনা মহাকপু মতোম্মতা থগ্নীরম্লে; মহাকপু মপুক্লিং নুংঙাইহন্নবা হোৎনবসি কবিসু কান্নপোৎ নত্তে। মহাক্না যাত্রা তৌরকপদা মাগী নুপীনা চৈবিরক্লম্বসু য়াই।

নুপা অদুনা লিল অমা থুম্মোক মনুংদগী থোরক্লবা চৈনা কোইথিন থিন্দুনা হোৎনরিঁঙেদুদা নুপী অদু উপাল অমগী মরুমদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। মদু ফনা চাউরে, জ্রিজ্রি চৎলদুনা মকোক অদু ফন্দোরকই অদুগা অঙাংশিংনা লাউরদুনা চেম্বোবক্লগা অমুক হঞ্জিন্নরকই। নুপা অদুনা মখোয়দা লাউরকই, "অদুম হায়না নখোয়না লকনরবদি নখোয় পৃম্বা তান্নজগনি।" ঐনা অঙাংশিং অদুদা লাওগনু হায়বগা নুপা অদুদা হংলম্মী, "নাম্দি নাম্বোক্তুনা চৎখিরোই হায়বসি নঙ শোয়দ্রবরা ?" নুপী অদুনা হৌদোরকই, "বাঁশীদু খোংলো, মকোক ফন্দোকহন্দুনা জগোই শাহল্লু।" নুপা অদুনা মহাক্কী তুম্বানা শাবা খোংনবা অদু পুথোবক্লদুনা মখোল য়াক্লা খোঙ্গৎলকলে অদুগা খাবৌ অদুনা মশা অদু লেংলকতুনা মফম অমা অমদা কোইচৎ চত্তুনা ফেৎ ফেৎ হাইবা হৌরক্লে। তৌবিবা পৃম্নমক অদু ঐঙোন্দদি ইঁহে হৈনদে অদুবু নুপী অদুদদি শুমহৎপগুম তৌই। লিল অদুনা নোমদুনা চৎপদু মথ্বাই য়াম্না য়াওনা মুন্না য়েংলম্মী। মহাক্না মহাক্কী মপাম্বোম অদু খরা তিংথোক্লক্তুনা, লিল অদুনা লেংলিবা অদুগী মতৌ তমদুনা লেংলম্মী; তাল অদুদা মহাক্কী মশা পৃম্নমক অদু লেংলম্মী সেকগুমক্তনি, অদুবু ঐঙোন্দা মহাক অসি কনানো হায়না খঙজনবা মসিতনা হেন্না মতিক চারে মতম অদুগী খ্বাইদগী চাউবী জগোই শাবীনি মহাক।

ঐখোয়না হোটেলদা হনবদা নুমিদাংবাইগী পুং তরেৎলোম তাবে। মহাক্না কারদগী হেক কুমথবগা কনাগুম্বা অমতদসু অপানন্নদি নত্তনা "থাগৎচরি" হায়রম্লগা সিডি অদু কাখৎখ্রে। মাঙ্গোলদা ঙাইরমলিবা মহাক্কী মপুবোইবনা হায়রকই, "ঙসিগীদি মসিনা ওক্লে। মতুংদা, চপচাবা হিসাব অমতং ঐঙোন্দা নঙনা পীবা ঙমগনি হায়না নিংই। হয়েং অয়ুক পুং তবা তাবদা কাব অদু ঐ পাম্মী।" মমায় লৈদুনা মাগী কা মনুংদা চঙখ্রে। মতাং অসি য়ৌবকপদা ঐ মঙোন্দা নুংঙাইতবা পোক্লক্লে। মহাক্না ঐবু করিনি হায়না লৌবিবনো ? কার অদু পুং অসুক অসুক্তা পাম্মী হায়রিবা মী অসিবু মানা ঐবু পোৎ হাদুনা য়োনবা নপচবা মী অমগুম খল্লব্রা ? বাখল অসিনা ঐবু য়াম্না শাউহল্লে, অদুবু অচুম্বা

ৱাফমদি ঐ অসি গফর অমসুং অতৈ ময়ামগী মরক্তা লিল পুবা অমসুং টুরিষ্ট অমগগী মরক্তা মখল খুদিংগী থবক তৌদুনা মসিদগী হেন্না ফবা তৌনিঙাই থবক লৈত্রবা মী পেলহন্নবা হোৎনরিবা মীশক অমনি। নুপা অদুনা ঐঙোন্দা মহাক্কী মরমদা নৎত্রগা মথংগী নুমিত্তা কদাইদা চৎকদৌরি অসিনচিংবা করিমত্তা হান্নগা খঙহন্নবগী থোইনা থৌশারুদে ওহ্নোক্লা থোইদোক হেন্দোক্লা ঙকখ্রবা মীনি।

মহাক অসি তুক্কচনিংঙাই ওইবা মীনি। মমাংদদি অসুক য়াম্না অমুক্তসু ঐনা কষ্টমববু হঙ্গোইবা তৌখিদে। ঐখোয়না গাড়ী তোংদুনা হল্লকপদা ঐনা গফবদা হায়খি, "হয়েং অমুকসু ! মাগী মবুধৌগী মরলদৌনা কাব পীযু হায়বশারিয়ে ! মহাক্লা চৎনিংলিবসি কদাইদনো খঙলাকপ্রা ?" "ঐনা মদুগী মরমদা করিগীদমক্তা খঞ্জরুগনি ? কাব অসি পাম্লবদি পৈশা পীবগা অদুম ৱায়বা য়াগনি। মদুনা লোইবে। মখোযনা হেক নেক্লিবমখৈ কনানা করি পোৎকী মমল পীবগে হায়বদু ঐদি করিসু থৌশাদে ...।" মশাগী ওইবা দর্শনগী ৱাফম অমদা মহাক লূপখ্রে অদুগা ঐসু মদু খঙলুগে হায়না থোইনা থৌশারুদ্রে।

মহৌশাগুম্না ইমানা ঐবু ঙাইবম্মী। ঐঙোন্দা চাক পীজ পীজনা মহাক্লা হায়রকই, "ঙসিবু নহাক কদাইদা চৎলুবগে ? নঙ ঙসি করি করি থবক তৌরম্নে ?" ঐনা মঙোন্দা লিল লোইবা নুপা অদুগী ময়ুমদা চৎলুবদু তমলে। "মখোয়দু লিল নিংবা বরমাদগী মী ওইরম্বা য়াই," মহাক্লা হায়রকই। "ঐগী ইবুং অমা মতম অমদা বরমাদা লৈরুই, মহাক্লা মফম অদুদা লৈবা লিল-নুপীগী মরমদা ৱারী কয়া লী।"

"অপঙবা ৱা ঙাংগনুদা ইমা। মহাক্তি লিল নীংবী খুকম্বী নুপী নত্তে, য়াম্না ফবী নুপীনি। ঐনা খনবদা মহাকসি জগোই শাবী ওইরমাল্লে।"

"ও জগোই শাবী ! ওইরমগনি; অদুবুনে জগোই শাবী নুপীশিং অসিগদি থোইনা থবক পংতৌ তৌমিন্নরুনু। মখোয়দিনে লোইনা ফত্তবনি।" তুমিন্না ৱা ঙাঙদনা ঐগী পুক্লিংদা নুপী অদুগী মনম নুংশিবনা হারবা মশাদুমক ইনাক্তা লৈরে হায়বা নিংশিংনবা হোৎনরদুনা চাক অদু চারম্মী।

মথং নুমিৎকী অয়ুক পুং তরা তাবদা ঐহাক হোটেল অদুদা য়ৌরে। গফরগী কারদুদি হান্নগা য়ৌরমলে; মহাক্লা ঐবু উবদা লাউরকই, "আহ ! অমুকসু হন্না। ভদ্রলোক, ঐহাকসু খরা হেন্না ফগৎনবা হোৎনরি !" মহাক্লা

ঐঙোন্দা মমিৎ খৎলকই । ঐনা পোৎ খুদিংমক করিমতা থৌওইশিন্নদনা কারবারগী মওংদা হংই, "মখোয়বু মনুংদা লৈব্রা ?" "লৈরমগনি হায়না খল্লি, মখোয় হৌজিক ফাওবা মপাল থোক্লক্ত্রি, ঐনা খঙবদি মসিতনি," গফরনা হায়রকই । ব্রাহে অমখক্তনা লোইশিনবা য়ারবা মফমদুদা ব্রাহে কুন । মঙোন্দা অরানবা খরা লৈরে । মহাক চবেং চবেং ঙাঙবা য়াম্না হেল্লক্লে । লাইবেন্থী অদু লৈবদগী মাসু মহাক্কী মমাঙদা মশক-মতৌদু উৎনিংলিবনি ঐঙোন্দা থোক্লিবা, নাহল্লিবা অসুম্বা কল্লকপগী থাঙ অমনা ঐঙোন্দা থিল্লকপগুম ঐগী ইশাদা ফাওখি । ঐহাক কল্লকপগী অমসুং নুংঙাইতবগী ব্রাখল অসুম অসুম হেঙ্গৎলকলে অমসুং ইতোম্মতা হায়জখি, "মতুংদসু গফরনা অসুম তৌগদবা ওইরবদি, মাগী মহুত্তা মী অতোপ্পা অমা থিরগা হেক লোইরেদনা । ব্রায়াম ঙাঙবা মীগী খোইদৌ শাউগৎহনবা টেক্সি ড্রাইভরগী করিসু দরকাব লৈতে ঐঙোন্দা ।"

ঐহাক অনিশুবা মথোলগী কা নম্বর ২৮ শুবদা কাখৎতুনা মপুগুম্না থোঙ অদুদা থীল্লুরে । "ঙাইখো" হায়বা মনুংদগী খোঞ্জেল অমা তারকই । খোঞ্জেল অদুদি নুপা অদুগীনি । ঐনা খনবদা নুপী অদুগী নত্তে । মিনিট খরদং ঙাইবদুদা পুক্লিং অসি ইরাং লাঙখ্রে । ঐগী ঘড়ীদা অমুক য়েংলে । পুং তরা তারে । অদুগা নুপা অদুনদি হায়রি, "ঙাইখো ।" হৌজিক ফাওবা মহাকপু নুপী অদুগা ফমুংদা হিপমিন্নরিবরা ? থোঙ অদু থুদেক্তুনা মনুংদা হেক চংশিনবা য়ারবনি খল্লি । থোঙ অদু হাংদোক্লক্তুনা মফী মরোল শেৎলদুনা, শেমশারদুনা মহাক থোরকলে । থোঙ অদুদি থিংজিল্লিমলে । ঐহাক ঙকপনা পুমথন থনখ্রে । ঐহাক হংগে ফাওবা তৌরুরে, "মহাক্তি কমদৌরবা ?" অদুবু ঐগী ব্রাখল অদু ইতোম্মতা থিংজরে । ঐহাক তুশোন-মানশোন্না মহাক্কা মখাদা কৃমথরে । মহাকপু পেলহন্নবা মতিক চানা ফীজেৎ লৈতেংলকলে হায়দুনা ঐবু য়ানিংবগী মিৎয়েং অমা মহাক্লা য়েংলকই । কার মনুংদা চঙদ্রিঁঙৈদা মহাক্লা হায়রকই, "ঙসিসু ঐহাক মতম খরদং য়েকখোৎলিবশিং অদু অমুক হন্না য়েংনিংই ।"

"ফরে, ফরে," ঐনা খনখি, "য়েক-খোৎলিবদুরা নৎত্রগা নঙনা হেক পাম্বা অতৈসু কৃপ্পা নৈনৌ । মদুগীদমক্তা নঙনা ঐবু করিগী দরকার ওইগদৌরিবনো ?" ঐগী পুক্লিংগী ব্রাখল অদুগী পাউখুমগুম্না মহাক্লা হায়রকই, "মদুগী মতুংদা ... ।" মহাক্কী ফুবিৎখাউদগী চে মচেৎ অমা লৌথোরক্লদুনা পাবা হৌরকই ।

নুপা অসিনা মহাক্কী মপুন্সি চূপ্পা ফক্লাংদা কোইযেং যেংদুনা লেল্লগদবনি অদুগা মহাকপুনা হোটেলগী কা অদুদা মপুক্লিং লৈতাদনা হুন্দোক্তুনা থম্বিবগদবনি। ঙকখ্রবা নুপানি ' কবিগীনো মহাকপু মহাক্কা লোযননা পুবিবক্তিবসিবু ? মহাক হিবম অসিদা থোইনা পুক্লিং চঙলমদবসু যাই। ঐনা হংখি, "মী অতৈ অতোপ্পা অমতা লাক্লবোইদরা ?" "লাক্লবোই," মহাক্লা ঐগী পুক্লিং খঙবগুম্না শম্না খুন্নকই। মখুত্তা পাযবিবা চে অদুদা য়েংলদুনা হাযবকই, "মসোমগী শরুক অসিদা চীংদা হক্তুনা যেকখোৎপা লৈ হায়বসি খঙলাকপ্রা ?" ব্রাহং অদু ঐদি খুমদনা নোক্তুনা তোকথোকলে। "অশেংবদি অদুগুম্বা মফমশিং অদু চৎনিংবগী মী খুদিংগী অপাম্বা লৈতে, অদুবু মান্নদবা মী খবদি মফম অদুতদা চৎকে হাযনা শিখাং খাঙই। অদুবু– অদুবু ... মদু য়ৌবদি নোংমা পুবা চঙগনি, অমসুং ঐখোয ঙসি অহিংসি হল্লকপসু ঙমলোই।" মমায অদু লুকথবদুনা কা অদুদা চঙলুবগা মিনিট খবগী মতুংদা হল্লক্লে। খুদক অদুদা, ঐনা গফবগী মতেংনা খোংচৎ অদুদা চংগদবা খবচ অদুগী হিসাব তৌহৌবে। পিক হাউসকী উমংদা লৈবা বাংলাগী মনাক্তা লম্বী অদু লৈ হাযবসু ঐখোয খঙই। অহিংসু মফম অদুদা লেকপা তাই অদুদগী খোঙনা মাইল অনি অমুক চৎপা তাই। শুকং অদু ঐ খঙই, অদুবু হন্দক্কীসিনা ইহান হান্না উকগদৌবিবনি। মতম খুদিংমক্তা মালগুডীনা অনৌবা যেংননবা মফম উৎলকপগুম তৌবে।

কাব অদুগী মনিংদা ফন্নদুনা নুপা অদুনা হাযবকই, "নহাক কমদৌনা নুপী লোইনগদবগে হাযবদু খঙলমদবা যাই, খঙলববা ?" মহাক্কী মবোইনা অসিদা মহাক হেন্না মীওইবগী চৎনবী যাওবক্ত্রে হাযবসিদা ঐহাক পেল্লে। ঐনা হাযখি, "ঐদি খঙদ্রি," মহাক্কী ফাগী অদু ঐহাক নুংঙাইবা পোকই হাযবা খঙলবদি মদুনা মহাকপু পেলহনবসু যাই খল্লদুনা ঐনা নোক্লম্মী। অদুদগীদি ঐহাক হংলগে হাযনা থৌনা ফবে, "কবি নুংঙাইতবা লৈববগে ?" ঐগী অনৌবা ফীজোল অমসুং লমচৎ অদুনা ঐঙোন্দা অনৌবা থৌনা অমা হাপ্পীবে। ঐগী খাকিগী বুশ কোট অদু লিৎলন্নবদি ঐহাক মহাক্কী নাকন্দা ফমগে হাযবসু নৎত্রগা মওং অসুম্না মঙোন্দা ব্রাবী শাবসু হৌবা ঙমলমলোই। মকপ চান্নবগী মিনোক নোক্লদুনা মহাক্লা ঐঙোন্দা য়েংলকই। মহাক্লা ঙাথবদুনা হায়বকই, "নুপা অমনা কবিগুম্বা পুক্লিংগী শান্তি পাল্লবদি নুপী হাযবা জাৎ অসি পুমকাউ হেক কাউথোকপনা খ্বাইদগী ফৈ।" ঐখোয অসি নুমিৎ হুম্নি তিন্নবক্লবা অসিগী

মনুংদা ইকোম কোম্না ৱারী শাবকপসি মসিনা ইহান হানবনি। মহাক্তি মতম পূম্নমক্তা ৱা তেন্না ঙাওগল্লি অমসুং তুমিন লৈগল্লি। ফিবম অদু ফনা নিংথিনা মহাক্না ফাওবা অসি য়ৌনা হায়দোরক্কবা অসিদদি শাথিরক্কগনি হায়না ঐনা খনখি। গফরনা মখুৎনা মখদাং শৌরদুনা মাগী ফমফমদা ফমলি। মহাক্তি ঐখোয়দগী থাপ্পা য়েংদুনা লৈরম্মী। মহাক্কী মতৌ অদুনা হায়রম্মী, "নখোয় অনি অসুম্বসিনা মতম হাৎপা মীশিং অসিগা অয়ুক চূপ্পসি অবেম্বদা মাঙহনবসিদা ঐহাক নুংঙাইত্রে।" থৌনা ফববা ৱাখল অমা ঐগী পুক্নিংদা ফাওরক্লে। মসিনা মঙ্গল ওইরবদি অরোইবা ফাওবা জয় মঙ্গল ফংগনি, মসিনা শোয়রবদি নুপা অসিনা ঐবু খোঙপাক্না কাউথোরক্কনি নৎত্রগা পুলিস কৌরক্কনি। ঐনা হায়খি, "নঙগী মহুক্তা ঐ অমুকতং চঙদুনা য়েংলুরা ?"

মমায অদু ইবং লংখৎলদুনা মহাক্না হংলকই, "য়েংলুগেবনে ? নথৌনা লৈববদি চৎলো যেংলুবো।" ৱা মখা অমুক তাথনবা ঐহাক ঙাইদ্রে। কার মনুংদগী ফন চোংথোক্তুনা থাক অদু অমুক্তদা মরি মরি কান্দুনা কাখৎলে। নম্বব ২৮ শুবা অদুদা ঐগী শ্বব অসি মহৌশাগুম হোন্ননবা লেপ্লদুনা থোঙদা থীল্লুবে। "ঐবু ৱাহনবিরনু, ঐ নঙগা লোয়ননা চৎচনিংদ্রে। ঐবু ইতোম্মতা থম্বীরমলো।" মনুং অদুদগী নুপী অদুগী খোঞ্জেল অসি তারকই। ঐহাক কমদৌনা ৱা ঙাঙগদগে খঙদ্রদুনা চিংনবা পোকলে। লাইগুম্বী জীব অদুগা ঐনা নিংতম্না ইহান হানবা ৱা ঙাঙনবনি মসিনা। ঐহাক ইশাবু কমদৌনা হায়দোকসিগে ? মহাক্না ঐগী ফাওরবা মিং অসি খঙলমগদ্রা ? ঐনা হায়খি, "মহাক নত্তে, ঐনি।"

"করি হায়বা ?" মেঙলবী খোঞ্জেল অদুনা ইঙক ঙক্না শাউনিংনা হংলকই। ঐনা হন্না হায়রম্মী, "মহাক নত্তে, ঐনি। ঐগী খোঞ্জেল অসি খঙবিদ্রা ? খাবৌ লোইবা নুপা অদুগী মনাক্তা ঙরাং নঙগা লোইননা ঐবু লাকখিদব্রা ? অহিং চূপ্পা ঐদি তূমদ্রে," ঐনা খোঞ্জেল অসি নেমথহল্লদুনা থোঙগী মখুল অহোবা মচা অমদা লোল্লপ হায়খি, "নঙনা শাখিবা জগোই মওং, নঙগী শাওং-শাবান অমসুং মূর্তি অদুনা অহিং চূপ্পা ঐগা ইরোইদা লোয়নদুনা লৈপ্রে।"

ঐগী ৱা অদু লোইফাৎত্রিঙৈনা মহাক্না থোঙ অদু তংখাই অমা হাংদোক্লদুনা ঐঙোনদা য়েংদুনা লৈবম্মী। "ও, নঙ ওইবে !" ভাব তারদুনা মমিৎ অদু ইরং লংখৎলদুনা মহাক্না হাযরকই। "ঐগী ইমিং বাজু কৌই," ঐনা খুমখি। ঐবু

মূন্না কূপ্পা য়েংলদুনা মহাক্না হায়রকই, "অং ঐসু নঙবু খঙই।" ফোটোগ্রাফরনা মোমোন নোকউ হায়বদা মোমোন নোকপগুম ঐসু ঐগী খ্বাইদগী ফজববা মিনোক অদুদা ব্যবহার ফজনা উৎলদুনা নোক্লম্মী। মহাক্না হায়বকই, "মহাক্তি কদাইদা লৈখ্রে ?"

"কার মনুংদা নঙবু ঙাইবি। নহাক শেমশাবদুনা মপাল থোক্লবোইদ্রা ?" মহাক্কী মশম অদু ইফা ফারে, ইকুই কুইদনা কপলুবগী মমিত্তু ইঙাং ঙাঙলে, মচু ইশি শিথরবা লংজমগী সাডি অমা শেৎলি, মশাদা থোইনা যেকখোৎত্রে থোইনা মনম নুংশিবা চাইদ্রে, অদুবু মহাকপুদি মহাক্কী ওইবিবা ফিবম অসিদা ঐহাক অদুম লৌশিন্নিংই। ঐনা মঙোন্দা হায়খি, "নঙগী ফিবম মওং অসিদা থোক্লবসু কনানসু নঙবু থীনা খল্লোইদা।" অদুগা ঐনা মখা তাথখি, "কনানসু চুমথাংবু অমুক লৈতেংলুগদগে ?" মহাক্না হায়বকই, "মসি পূন্নমক হাযদুনা ঐবু পেলহনগে খল্লিববা ? ঐগী পুক্লিং অসি ওলহনবা ঙমগনি নিংলিববা ?"

"হোয়," ঐনা হাযখি। "কবিগী ঙমলোই ?"

"ঐবু মহাক্কা লোয়ননা কবিগীনো নঙনা চৎহন্নিংলিবসি ? ঐবু শান্তি ওইনা থম্বীরম্মু," মমিৎ অদু লাওনা পাঙথোক্লদুনা মহাক্না হায়রকই, মদুনা মহাক্কী মায়থোং নক্না লোন্না ঙাঙজনবগী তাঞ্জা অমা ঐঙোন্দা পীখি, "মরমদি নহাক য়াওদ্রবদি পুন্সি অসি অসুক্কী মতিক ইহাং হাঙখ্রে।"

ঐগী মায় অসি "নঙ অসুম্না কয়াদা থৌনা ফনা ঙাঙলিবনো !" হায়দুনা ইঙ্খোরক্তুনা থোঙ অদু থিংজিনখিবা য়াবনি। অদুবু মহাক অদুম তৌদ্রে। মহাক্না চুম্নতা শোল্লকই, "নঙসি অসুক খুদোংথিখ্রবা মীতানি হায়বা ঐহাক খঙলমদে। অদু ওইববদি ঙাইহাক্তা ঙাইখো।" কা মনুংদা মহাক চঙখ্রে। ঐগী লৈজবা শক্তি পুথোক্তুনা "ঐসু মনুং চঙলক্কে", হায়না লাউদুনা থোঙ অদু থিন্নিংলম্মী, অদুবু ঐহাক ইশাবু খামজবা ঙম্বগী অফবা ৱাখল অদুদি লৈখি। ঐহাক খোঙথাংগী মখোল তারক্লে অমসুং মহাক্কী মপুরোইবা অদু করি ফল তাববগে য়েংগদবগী লাকপদু উরক্লে।

"ফরে, মহাকপু লাক্কদৌরিব্রা, লাক্লোইদৌরিববরা ? ঐহাক পূন্নমক পুম্নাং মাঙহন্নিংদে ... ।"

"তুমিন লৈয়ু," ঐনা হায়খি। "মিকুপ অমগী মনুংদা মহাক থোরক্লগনি। কার অদুদা চত্তুনা ফম্বীরুরো।" "অওইবরনে !" মহাক্না ঙক্না হায়রকই,

"নঙসিদি মহা যাদুগরনিকো" কার তান্না তুমিন্না মখোল থোকহন্দনা হন্না চৎখ্রে। মূর্তি অমগুম থুনা থোরক্লুনা নুপী অদুনা হায়রকই, "চৎলসি। নঙ নৎলমদ্রদি নখোয পূন্নমক্তা ঐহাক অঙকপা থৌদোক খরা উৎলমগদবনি।"

"করি হাযবা ?"

"ঐহাক মথংগী ট্রেন তোংদুনা য়ুমদা চৎলমগদবনি।"

"ঐখোয় অঙকপা মফম অমদা চৎকদৌরিবনি। ঐগী যেংবিদুনা নঙগী হান্নগী মওং অদুম্না অদুম তৌবিয়ু।"

"ফবে," হাযবদুনা থাক অদু কুমথরক্লে; ঐসু মতুং ইল্লম্মী। কাবগী থোঙদু মতোম্মতা হাংদোকচবদুনা মহাক্কী মপুবোইবনা মহাক্কীদমক্তা হায়দুনা চৎথোক্লুনা থাকলিবা মফম অদুদা চুমদ্রিং চঙদুনা ফমখ্রে। নাকল অমরোমদা লাক্লুনা ঐনা নুপা অদুগী নাকলদা ফমলে। মতাং অসিদদি ঐহাক গফরগী মনাক্তা চত্তুনা ফমগে নিংলুদ্রে। ঐখোয় চৎপা য়ারগদ্রা হায়না গফরনা মঙক লৈথোক্লুনা হংলকই। "পিক হাউসতা চৎলবদি ঐখোয় ঙসি অহিং হল্লকপা ঙমলোই।"

"ঐখোয় ঙম্বা ময়েংসি" নুপা অদুনা হায়জবকই।

"ঐখোয় হোৎনদুনদি ময়েংগনি, অদুবু দরকার ওইরবদি মফম অদুদা লৈথোক্লবগী শেম শাখিবসু থোইনা অমাঙবদি লৈতে। ফীরোল হোংদোকপীরু। মদুদা করিসু অমাঙবা লৈতে। ঐহাক গফববু ঐগী য়ুমদা লৈরম্মু হায়রিবনি।"

নুপী অদুনা হায়রকই, "মিনিট অমতা ঙাইরিবমখো।" মথক্তা থুনা কাখৎখিদুনা অপিকপা সুটকেশ অমা পায়রদুনা হল্লক্লে। মহাক্না নুপা অদুদা হায়রকই, "মসিদা নঙগী ফীসু পুরক্লে।" নুপা অদুনা "য়াম্না ফবে" হায়রদুনা নোক্লকই অমসুং মহাকসু নোক্লমমী; নোক্লবা অদুদা অয়ুক্কী শাউগৎনবদু মচেৎ খরদি মাঙখ্রে। অদুবু হৌজিকসু মায়থোংশিং অদুদা নুঙাইনদবা খবদি লৈরি। কার অদু ঐগী য়ুমদগী মমায় ওন্থোক্লুনা ষ্টেশনদসু মিকুপ অমতং থাউ হায়না ঐনা গফরদা হায়রম্মী। মখোয়বু ঐগী য়ুম অদু উহন্নিংদে। "মিকুপ অমতকো !" ঐনা থুনা হায়রম্মী। দুকান ফম্বা অঙাং অদুনা ঐবু হেক উখিবদা কবিগুম্বা খরা হায়গে হায়দুনা ময়া অদু কাথোরকই। ঐনা মহাকপু থৌওইশিন্নরুদে, য়ুমদা প্রপ প্রপ চঙলে, খাউ অমা পায়খৎলদুনা "ঐ ঙসি অহিংদি লেক্লকপা য়াই। ঐবু ঙাইরুরনু," হায়দুনা চাকশঙদা লৈরিবী ইমাদা লাউরম্নগা চেন্থোরক্লে।

নুমিদাংবাইগী পুং মরিগা তাবা মতম অদুদা ঐখোয় পিক হাউসতা থুংলে। সেবারী অদু ঐখোয়বু উবদা হরাওরে। মহাকপু অখাকপা লৈতনা তোয়না ঐগী লোয়নরক্লিবা মী অদুগী পৈশাদগী শেল হেক হেক পীবী। ঐগা লোয়নরক্লিবশিং অদুদা মতম পূম্নমক্তা মাঙজৌননা কাউদনা হায়রম্মী, "সেবারী অসি মথৱাই হরাওহল্লু, অদু ওইরবদি নখোয়বু সেবা নিংথিনা তৌবিদুনা ওইথোক্তবা পোৎ ফাওবা মরাইনা লৈরক্কনি।"

ঐনা ফোর্মুলা অদু হৌজিকসু হন্না হায়বম্মী অমসুং মপুরোইবা অদুনা (মহাক অসি অসিদগীদি মার্কো হায়না কৌরগনি) হায়রকই, "চৎলো, মদুম তৌরুরো। ঐখোয়বু মতেং পাংবিনবা নঙোন্দা শিন্নরবনি। ঐগীদি পুনিসদা চৎকদবা নিয়ম অমতমক লৈ খঙঙু। পোৎ মচা মচাশিংগী মবমদা ঐহাক ৱাখল খনবা পামদে। খরচকীদমক্তদি ঐহাক করিসু নাচুংদে।" সেবারী জোসেফতা ঐনা মাইল অনি থাপ্লা লৈবা মখোয়গী মখুঙ্গং অদুদগী চান-থক্লনবা পোৎচৈ পুরকউ হায়খ্রে। ঐনা মার্কোদা হায়খি, "ঐঙোন্দা পৈশা খরা পীবিবা য়াব্রা ? হিসাবতি কোন্না উৎকে। খরচ মচা-মশুগীদমক্তসু নঙোন্দা অমুক ওৎলবা পামদে।" অসুন্না হায়বা অসিদা মহাক কমদৌবক্কনি কনা অমতা খঙবা ঙমদে। মহাকতি মপুক্লিং তং তাদে– করিগুম্বা মতমদনা শেল থওইদবা মীনি হায়না মশা মতোম্মতবু ৱা ৱা হেক হায়দোরকই, থংনবা মিকুপ্তনা য়াম্না লীকপা মীগী মতৌ পূম্নমক উৎলদুনা ওডিটরগুম হেক মতৌই; অদুবু অরোইবদদি ঐনা খঙলকপদা খরচকী ভাউচরদু পীরুরবদি শেলদি হেক্তা পীরকই। ভাউচর য়াওদনা পৈশা মরি ফাওবা পীরক্রোই, অদুগা করিগুম্বদা নঙনা মঙোন্দা চে মচেৎ অমতংগা পীশিল্লুরবদি মহাক্কী মরাইবক্তা তন্নম্বা পূম্বা লোইনা ইথোবকউ হায়বা য়াগনি। হৌজিক্তি ঐহাক মিত্রং অদু খঙলে। মহাক্না ৱা ঙাঙথোক্লবা লৎ লৎ লাউনা হোৎনরিঙৈদা ঐনা হায়খি, "খরচ পূম্নমক্কী চপ চপ চাবা রসিদ পীনবা হোৎনগনি।" মসিদা মহাক পেল্লদুনা, মাগী শেল হাপ্লা বেগতু হাংদোক্লকই। ঐহাক টেক্সি থাদোকখিবা তারি। মথংগী নুমিদাংৱাইদা গফর অমুক হল্লকদবনি। গফরদা রসিদ অমগী সহি তৌহল্লে অমসুং খুঙ্গং অদুগী হোটেলদগী চানথক্লবা খরা পুরক্লবা জোসেফতা শেল খরা পীখ্রে। হৌজিক্তি ঐঙোন্দা শীন্দোক-শীঞ্জিন পূম্নমক্কী থবক শিন্নরবনিনা মহাক্কী মাইকৈরোমদা লোন্না লোন্না য়েংলবসু ঐগী নুংশিবী অদুগী মাযথোং অদুদা মুন্না য়েংজনবগী মতম শাংনা ফংদ্রে।

"শুকং অদুদি লম্বী অসোমদা চৎলগা মাইল অমা থাপ্পা লৈ," জোসেফনা হায়বকই। "ঐখোয় হৌজিক মফম অদুদা চৎপা ঙম্লবোই। হয়েং অয়ুক চৎপা তারে। নখোয়না অয়ুক্কী ব্রেকফাষ্ট চারগা চৎগ্রবদি অয়ুক্কী চাবা নংনবা হল্লকপা ঙমগনি।"

পিক হাউস অদুদি মেমপী চীংগী খ্বাইদগী ৱাংবা মতোন্দা শাবনি– লম্বীসু য়ুম অদুদা অদুম লোইবে; অৱাংথংবা মাঙ্গোল অদু গ্লাশনা ইখা খাজিল্লি– মদুগী মনুংদগী নখোয়না মাইল ১০/১০ থাপ্পা অতিয়াগী মখোঙ অদু উবা ফংগনি। ঐখোয়না লৈবিবা অসিগী মখাদনা তম্পাক য়ৌনা জঙ্গলনা শন্দোক্লুনা লৈখ্রি, অমসুং নোংচিং থাংদবা তশেং তশেংবা নুমিত্তদি সরয়ু তুরেলনা নুমিৎকী মঙালদা তবং তবংলদুনা থাপ্পা চেষ্টবিবদু উবা ফংবা য়াই। মফম অসিদি লম্লক্কী অকোয়বা অমসুং নুমিদাংদা গ্লাশকী মপান্দা কোইচৎ চৎতুনা লৈরিবা লম্লক্কী শাশিং য়েংজবা পাম্বা মীশিংদদি স্বর্গগুম্বনি। নুপী অদু মপুক্লিং য়াম্না নুংঙাইরে। ঐখোযনা লৈবিবা য়ুম অদুগী অকোযবদা উ ৱা, নাপী শিংবী য়াম্না হৌরম্মী। মহাক্না অঙাংমচাগুম্না নুঙাইনা কোইলাউ লাউরদুনা উপাল অমদগী উপাল অমদা চেল্লম্মী অদুগা নুপা অদুনা করিগুম্বা অপাম্বগী ৱাখল অমতা খন্দনা য়েংদুনা লৈরম্মী। নুপী অসিদা হেক নুংঙাইনা থোকচবা পোৎ খুদিংমক অসি মঙোন্দদি শাউনিংবগুম তৌবম্মী। ফুট লিশিং থাপ্পা মখাদা লৈগ্রবা নুমিৎকী মঙালনা চামথোক্লবা তম্পাক্কী লমদম অদু উরুবদা মহাক খংলেপ লেপখ্রে। অহিং ওইবক্লগা মহাক অকিবা পোক্কদ্রা হায়না ঐদি কিবা পোকলুরে। লমহুই খোংবা তারক্লে, মখল খুদিংগী অঙংবা অমসুং খোংবগী খোঞ্জেলসু তারক্লে। জোসেফনা থুম্মোক অমদা ঐখোয়গী চানথক্লবা পুরক্লদুনা টেবলদা থনমলে। মহাক্না অয়ুক্কীদমক শঙ্গোম, কোফি, অমসুং চিনি পুরকই অদুগা কযলাগী ষ্টোভ অদুগী লৈফমসু তাক্লম্মী। নুপী অদুনা হায়রকই, "ঐনা হৌদোবক্ত্রি ফাওবা কনামত্তা হৌগৎলকপা য়াদে। মী খুদিংমক্কী ঐনা কোফি শেমদুনা থনমগনি।" জোসেফনা হায়রকই, "থোঙদু মনুংলোমদগী শো লোনশিনবিয়ু," অমসুং মখা হায়থরকই, "মাঙ্গোন অসিদা ফমদুনা লৈরবদি কৈ অমসুং অতোপ্পা শা কয়ামুক কোয়চৎ চৎথোরকপা উবা ফংবিগনি। অদুবু লাঙদি লাঙবিগনু; অরোনবা হাযববু অসিতনি।" জোসেফনা লালটেন অমা পায়খৎলদুনা থাক অদোমদা কুমথখিবদু উরম্মী, লালটেন অদুনা লম্বী মযাদা হৌবিবা উ-ৱাশিং

অদু মমলি মমলি ঙালহল্লম্লগা মশক উখিদ্রে। "মরাইবক থিরবা জোসেফনিদকো, মতোম্মতা মখাদা কূমথগ্রিবসি কয়াদা মথৌনা লৈগ্রবনো!" নুপী অদুনা হায়বকই, মদু তাবদা মহাক্কী মপুবোইবদুনা খুমলকই, "করিসু ঙকনিংঙাই লৈতে। মহাক মফম অসিদা পোক্কুনা অস্বাইদা চাউরক্লম্বা য়াই। নহাক মহাকপু মশক খঙব্রা?" মহাক্কা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা হংলকই। "হোই; মহাক খুল অসিদা পোকপনি অমসুং মফম অসিবু অঙাং অমনা খঙবগুম খনবনি। মহাক য়ামদ্রবদা চহি হুস্ফুদি শুরম্লগনি।"

"মহাক কমদৌদুনা খৃষ্টান ওইগ্রিবনো?"

"মফম অস্বাইদা মিশনগী কাংবু অমা লৈবম্মী; মিশনগী মীশিং অসিদি চৎ চত্তুনা মখল খুদিংগী মফম পৃন্নমক্তা খুন্দাদুনা লৈ হায়বা নঙসু খঙলিবদুনি," ঐনা হাযরম্মী।

জোসেফনা ঐখোয়দা শেঞ্জেংনা শাবা কেবোসিন পিক থন্না হাপ্পা থাউমে অনিখক পীরম্মী। অমনা ঐনা চাকশঙগী টেবল মথক্তা থমলে অতোপ্পা অমনা নুপা অদুদা মাগী কাদা শিজিন্নবা পীগ্রে, য়ুম অদুগী অতৈ কাশিং অদুদি ইমম মমলে। মপান্দা মিংশেল ফাওনা অতিয়াদা থব্রানমিচাকশিং থোকলিবদু ঐখোয় উরম্মী। টেবল, অদুগী অকোয়বদা ঐখোয় ফমলে। প্লেট কদাই কদাইদা লৈবগে হায়বদু ঐখোয় খঙই। ঐনা প্লেটশিং অদু টেবলদা য়েম্থোক্লদুনা চানবা য়েল্লম্মী। হায়বদি য়েনগে তৌরম্মী। মতম অদু পুং ৭ বোম তাবম্লগনি। ঐখোয়না তরং তরংনা নুমিৎ তাখিবদু উহৌই। অদুগী মতুংদা অব্রাংথংবা অতিয়াদা লৈতেংলকপা ঙাংলৈনবা মচুদু উরম্মী, মদুবুসু থাগৎনরম্মী; নুমিৎ অদু মশক উখিদ্রফাওবা মঙালগী মশেক অমা অনিনা য়ৈবদা তরং তরংহল্লবা উপালগী মতোলশিং অদু উবম্মী; মদুবু থাগৎনবা ময়াম পূন্না খঙমিন্নবা য়াবা লোন্দাদা থাগৎনরম্মী। নুপা অদুনা চুম্না ঐখোয়গী ইতুং ইল্লকই। ঐহাক পুক্লিং অসি অসুক্কী মতিক নৌগ্রে ঈশেগী সুবনা থনগ্রে, মহাক্কা খুদক্তা "হে, বাজু, নহাক কবিসু ওইরেদনা," হায়রকপা থাগৎপগী ব্রাঙাং অদু ঐহাক অনৌবা ইকাই থীবগী ভাব অমগা লোয়ননা তাশিল্লী। নুমিদাংগী চাক চাবা মতমদা, ঐনা পুখম অমা পায়খৎলদুনা য়েনগে তৌরুরে। নুপী অদুনা হাযবকই, "নত্তে, নত্তে। নখোয অনিমক্কী ঐ হাপকে, ঐহাক লমচৎ খঙবী ইমুংগী মৌ অমগুম্না ইকোন কোনবদা চাগে।"

"আহ, মদুদি অফবা ৱানিনা," নুপা অদুনা ফাগী তৌদুনা হায়রকই। মহাক্না মখুৎ অদু ঐঙোন্দা পুখম অদু লাল্লক্নবা তিংথোরকই। অদুবু নুপী অদুনা মহাক মশানা অদুম তৌরগে হায়না শিখাং খাঙলম্মী। মহাক তনহৌ হৌগৎলক্তুনা ঐগী ইখুত্তগী পুখমদু নমজা-হাজানদুনা মুনখ্রে। ও! মহাক্না শোক্লকপা অদুনা ঐগী কোক অসি ঙাইহাক্তং হুরু হুরু লৈতল্লম্মী। কবিগুম্বা পোৎ অমতা ঐহাক তশেং তশেংনা উদ্রে। পোৎ খুদিংমক নুংশিরবা, মমলি মমলিবা লৈচিল্লক্তা ক্লোরোফোর্ম থারগা তৌবগুম পুম্মাং মাঙখ্রে। চাক চারিঙৈ মনুং অদুদা মহাক্না শোক্লকপা অদুতদা ঐগী নিংশিংবা ওইনা লৈখ্রে; ঐহাক করি চাবিবগে নৎত্রগা মখোয়না কবি হায়রিবগে হায়বা করিমতা ভাব তাখিদ্রে। ঐহাক কোক নোম্ভরদুনা ফল্লম্মী। মহাক্কী মায়থোং অদু উরুবদা অমসুং মহাক্কী মিৎয়েং অদু থেংনরুবদা ইপা পাখৎলি। করম্বা মতমদা চাবা লোইশিনখিবা অমসুং মহাক্না করম্বা মতমদা পুখম অদু ঐগী ইমাঙদগী লৌথোকখিবগে হায়বা নিংশিংদ্রে। ঐহাক মহাক্কী থোৎ নৌরবা শাজৎ অদুদা মউখ্রে। ঐগী ৱাখল অসি মহাক্না থোৎ নৌনা শোকলকপা অদুতা খন্দুনা লৈখ্রে। ঐগী পুক্নিংগী মচেৎ অমদি হায়বু হায়খ্রে, "নত্তে, নত্তে। মসি অচুম্বা নত্তে। মার্কো অসি মহাক্কী মপুরোইবনি, কাউগনু। ৱাফম অসি খনবা ফাওবা খল্লোইদবনি।" অদুবু ৱাখলশিং অসি অমুক হন্না কাউথোকপা হায়বসি ওইথোক্তবনি। "মহাক্না নোংমৈনা কাপ্লকপা য়াই," ঐগী চেকশিল্লবা বুদ্ধিনা হায়রকই, "মাগীবু নোংমৈ লৈববনে?" ঐগী পুক্নিংগী অতোপ্পা শরুক অমনা হংলকই।

চাক তোক্লবা মতুংদা মহাক্না হায়রকই, "মিংশেল চনবা মাঙ্গোল অদুদা থোকলুসি। ঐদি শা শোয়দনা য়েংগনি। পুংজা অসিদা মখোয় থোরক্লম্লগদ্রা নঙ খঙব্রা?"

"হোয়; ঐখোয় খাঙবা কল্লবা অমসুং লাইবক ফরবদি," ঐনা হায়বম্মী। "অদুবু নঙবু কিরোইদ্রনে? অমম্বদা ঙাইবা তারিবনি।" মহাক্না ঐগী অকিবদুদা নোক্লরম্মী অমসুং মার্কোদা চৎলুসি হায়না হৌরে। অদুবু মহাক্না মাবু মতোম্মতা থম্বীরম্মু হায়রে। মহাক্না থাউমৈ মনাক অদুদা চৌকি অমা চিংশিল্লদুনা মহাক্কী চে হাপ্পবা খাউ অদু লৌথোরক্লদুনা থুনমক চেশিং অদু পাবদা লূপখ্রে। মহাক্না হাযরকই, "নঙগী থাউমৈদু খনজিল্লু। ঐগী শাশিং অদু শাউহন্দুনা চৎথোকহন্নিংদে।" মাঙ্গোল অদুদা মখোঙ তপ্না তপ্না থাংদুনা চৎপ্রগা চৌকি

অমা চিংথোক্তুনা ফমখ্রে। চৎনা চৎনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী, "নঙগীসু পাননবা চেজেৎ লৈরিবা জাৎলা ?"

"লৈতে, লৈতে," ঐনা লৈরিবা কা অমসুং মহাক্কী কা অদুগী মরক্তুদা ঐনা চিংননা হায়রম্মী।

"অদু ওইরবদি লাকলোদনা। নঙদি ঐবু কোযচৎ চৎলিবা শাশিংগী নুংশিবা খঙবা ৱাখল মরক্তা হুন্দোকপীরোই হায়না থাজে।" ঐনা নুপা অদুদা মহাক্লা করি হায়রক্কদগে হায়না য়েংলম্মী, অদুবু মহাক মহাক্কী চেশিং অদুদা অদুম মপুক্লিং লুপখ্রে। ঐনা হংখি, "নঙগী করিগুম্বা অপাম্বা লৈবরা ?"

"করিসু লৈতে।"

"ঐসু মাঙ্গোলদুদা চৎলুখিগে।"

"থুনা চৎলো," মহাক্লা য়েংলিবা চে অদুদগী ইয়েং য়েংখৎলক্তুনা হায়রকই। মহাক্তি মিংশেলগী থোঙনাউ মনাক অদুদা মপুক্লিং চঙনা য়েংলদুনা ফল্লম্মী। ঐনা মাগী নাকন্দা চৌকি অমা তপ্পা থারদুনা ফমথরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা মহাক্লা হংলকই, "করিসু উদে, জীব অমতসু উদে। মফম অসিদবু শা লাক্লমগদ্রনে ঐদি ঙকই, নৎত্রগা মসিসু মহৌশাগী ৱারীগুম্বা জাৎলা ?"

"নত্তেদা, মী কয়ানা মসিদা উরপোৎনি।"

"করম্বা শানো ?"

"নোংশা।"

"সিদবু নোংশা ?" হায়রদুনা মহাক নোকপা হৌরক্লে। "নোংশাদি আফ্রিকাদদমক লৈ হায়না ঐনা লাইরিক্তা পাখি। অদুবু মসিসু থাঙ্গৈশেংনা —।"

"নত্তে, ঐবু ঙাকপীয়ু" ঐনা হায়বদা ওন্নখ্রে। "ঐনা হায়বদি কৈনে, কবোকৈনে, শওমনে, অমসুং মরক মরক্তা শামুসু তম্পাক চৎপা নৎত্রগা পুম্রিদা ঈশিং থকপা লাকই হায়বনি।"

"অহিং চুপ্পা মফম অসিদা লেনবা তারে ঐদি," মহাক্লা হায়খি।

"মহাক্তি তশেংনা মতোম্মতা থাদোকপীবনা হেন্না নুংঙাইজগনি। মফম অসিদা ঐখোয় অচিকপা, অমম্বা ফংই, পোৎ খুদিংমক তরাম তরাম তৌই, অদুগা অমম্বা মরকসিদগী করিগুম্বা খরসু ঙাইরিদনা।"

পাউখুম ওইনা ঐগী করিগুম্বা হায়নিংঙাই ব্রা অমতা লৈরমদে। ঐহাক্তি মঙোন্দগী থোরকপা নুংশিবা মনম অদুদা চমমনখ্রে। মিংশেল অদুগী ব্রাংমদা অতিয়াদা থব্রানমিচাকশিংনা ঙাল্লম্মী।

"শামুনা মিংশেল অসি থুগাইদুনা চঙলকপা ঙমগদ্রা ?" মহাক্লা হকাম চন্না চন্না হংলক্লম্মী।

"ঙমলোই; অসোমথংবা মাইকৈদা থাঙ্গপাৎ অমা লৈ। মখোয়দি ঐখোয়গী ইনাক য়ৌরকপা ঙমলোই।" ইরং লংলবা মমিৎ অনিখক উ ব্রা মরক অদুদা ঙান্না উরকলে। মহাক্লা ঐগী ফুরিৎ চিংলদুনা ইপা পাখৎনা লোন্না হায়রকই, "করিনো অমা করি ওইরমগনি ?"

"কবোকৈ ওইরম্বা য়াই," ব্রারী অদু অদুম মখা চখনবা ঐনা হায়রম্মী। ও লোন্না মুরুম মুরুম শোল্লকপদু, থব্রানমিচাকশিংদুনে, অমসুং অমম্বদুনে ঐহাক ইপা পাখত্তুনা স্বর চাউনা চাউনা হোনবা হৌরক্লে। "নঙবু লোক থুংলববা ?" মহাক্লা হংলকই। ঐনা হায়খি, "থুংদে।"

"নহাক করিগী মখোল অদুক হৌনা স্বর হোল্লিবনো ?" ঐনা ঐগী মায় অসি মহাক্কী মমায় ময়াদা নক্লা চঙশিন্দুনা লোন্না হায়নিংলম্মী, "নঙগী জগোইদুদি মপা লৈতনা ফজখ্রে। নহাক অসি লাইপোকনি। মতম অসিদা মদু অমুক্তংগা শাখো, ঈশ্বরনা নঙবু চানবিসনু। নহাক ঐগী থম্মোইগী মবেম্মা ওইরোইদ্রা ?" অদুবু লাইবক ফবনা ঐহাক ঈশাবু থিংজরে। হন্না য়েংথোকখিবদা খোঙথাং তপ্না তপ্না থাংলদুনা মার্কো লাক্লম্বা উরে। "নরাইবকতা করি তন্নন্নবগে ?" মহাক্লা লোল্লপ হংলকই।

"কবিনো অমা লাক্লন্নগা অমুক চৎখ্রে। ফম্বীয়ু, ফম্বীররোইদ্রা ?" ঐনা চৌকি অদু মঙোন্দা পীরদুনা হায়রম্মী। মহাক্লা মিংশেল অদুদা মুন্না য়েংথোক্লদুনা ফমথবক্লে।

মথংগী অয়ুক অদুদি অমুক হন্না হব্রা পানী অদু কয়া নুংঙাইত্রে, নোংচিং ইমং মংলে মমাঙগী নুমিদাংব্রাইগী তনৌ তনৌবা ফজবশিংদু মাঙখ্রে। মখোয়গী কা অদু থোঙ হাংদোক্লক্লগা মফী মরোল শেৎলদুনা চৎননবগী শেম শাবদুনা নুপা অদুতমক থোরক্লে। ঐনা মৈতালগী ষ্টোভতা কোফি শেমলে। মহাক লাক্লদুনা মেছিনগুম্না মখুত্তু ঐঙোন্দা ঐবু কোফি য়োনবা দুকানগী অসোমথংদা নাকন্দা লৈরিবা মীদা তৌবগুম তিংথোক্লকই। কোফি কপ অমা হৈদুনা মঙোন্দা পীবে। "জোসেফনা ব্রেকফাষ্ট পুবক্কনি। নঙ মদু মহাউগা তংলবোইদ্রা ?"

"চাররোই, ঐখোয় চৎলসি। শুরুং অদু য়ৌনিংবনা ঐ মতা অমা তৌরে।"

"ইবেম্মদি কমদৌবা ?" ঐনা হংলম্মী।

"মতোম্মতা লৈজহৌরসনু," মহাক্না শাউরংননা হায়রকই। "ঐগী মতম মাঙহন্দুনা অরেম্বতা অপংবা শিবসি ঐহাক ঙম্নরোই" ঙরাংগুম্না চপ মান্নবা ফিবমদা। নুমিৎ খুদিংগী মখোয়গী অয়ুক্কী মতৌ ওইরমাল্লে মসিনা। ঙবাং অহিংদি কয়াদা চান্ননা মহাক্না মহাক্কী মনাক্তা চঙলক্কুনা ফম্লখি! অহিং অদুদা মখোয় অনি কয়াদা চান্ননা হোটেল অদুদা চঙমিন্নখি! অয়ুকতা হেক্তা মখোয় অনি অমগা অমগা শেগাইনগদবগুম তৌনরিবসু নুমিদাংদা কবি তৌনরবা জাৎনো ? মখোয় অনি ফমুংদা ফমদুনা ফূনরবা জাৎলা নৎত্রগা মহাক্না মাবু কাংখন মনুংদা ব্রা কয়া হায়জিন্দুনা চোকথহল্লবা জাৎলা ? ঐহাক লাউনিংলম্মী, "ও, হিংচাবা নঙনা মঙোন্দা করি তৌবিরুদুনা মহাক্না হৌগৎলকপগা অসুক থীনা শাউরিবসিবু ? নখুত্তা মমল কয়া য়ামখ্রবা পোৎ অমা লৈরবদা, নঙনা মদুগী মমল খঙদনা য়োংনা গুলাপকী লৈপরেং পায়বগুম পায়রিবা!" অদুদগীদি ঐঙোন্দা থুক লাউবা ব্রাখল অমা পোক্লকলে— মহাক ঐহাক চঙলক্কুনা থেম্নবা হায়দুনা শাউশিন্নরম্বসু য়াই! মহাককী কপ অদু থম্লদুনা হায়রকই, "হৌজিক ঐখোয় চৎলসি।" মহাক্কী নুপী অদুগী মরম অমুক মঙোন্দা হংবদু ঐ কিরে। অপিকপা লিঁচে অমসু খাংঙমদনা ফর ফর হাইরদুনা পায়রি। মদুনা অহিংদা মহাক্কী মশাদা ফুবিরুরবা জাৎলা ? ঐগী ঙাওরবা ফিবম অদুদা ফাওবা ঐহাক মঙোন্দা, "ঐহাক মহাকপু কৌরুসিরা ?" হায়দুনা অরানবা অমুক তৌরুদ্রে মরমদি মদুনা শাথিরবা ফিবম ওইরকপা য়াবা মরম্না। ঐনা চুম্নতা হংলুই, "মহাক কোফি লৈরে হায়বসি খঙলম্লগদ্রা ?"

"হোয়, হোয়" মহাক্না ঙাইঙমদনা লাউরকই। "অদুব্রাইদা অদুম থম্বীরম্মু, মহাক মরাইনা থকচরগনি। মশাবু য়েংশিঞ্জনবা ভাব নিংথিনা তারিপোৎনি মহাকসু।" মহাক্না স্বিচ অদু হাংলদুনা ঐখোয় চৎলে। অমুকখকতং মহাক্না থোঙনাওদা থোরক্কুনা ঐখোয়বু হন্না কৌরকপা য়াই হায়বগী আশাদা ঙক ঙসি লৈশিন্দুনা য়েংলুই। "হিংচাবা অসিতগা লম্বী পূম্বসি লোয়ননবগীদমক্তরা ঐনা লাক্লিবসি ?" চীংগী অঙম্বা অদুদা মহাক্কী মতুং ইন্দুনা চৎপদা ঐনা ইতোম্মতা হংজখি। মহাক খুদি থিজিন্দুনা চীংখা অসিদা থরো থরো ওম্বত্রবদি কয়াগী মতিক চূনগবা! ফত্তবা ব্রাখলনি, ফত্তবা ব্রাখল। মহাক ঐগী মাঙদা চৎলি।

ঐখোয়গী মতৌ অদু আফ্রিকাগী শাদানবা চৎপা মী অনিদুম মাল্লে তশেংনসু ঐনা হান্না হায়খিবগুম্না মহাক্কী য়োংকী টুপী অমসুং অথাবা ফুরিৎ অদুগী ফীজোল অদুদি ইঙাও ঙাওরবা আফ্রিকাগী শিকারীগুম্বনি। নাপী-শিংবি তিংখংগী মরক্তা চৎলিবা লম্বী অদু তম্পাক তারকই। শুরুং অদুদি মদু লাম্বোকলগা তংখাইগুম্বদা লৈ। মহাক্লা লম্বী অদু ইখঙ খঙবদৌনা লিচৈ অদু হাইর হাইরদুনা খাউ অদুসু নোমহৌ নোমহৌ তৌবদুনা খোঙথাং কন্না চৎলকপা মতৌ অদু উবদা ঐহাক খঙশাউ শাউনিংলক্কে। মহাক্লা পামজনা খাউ কোল্লিবা অদুগী মচেৎ অমতং অতোপ্পা মফমদা উৎলন্নবদি কযাদা ফরমগবা ! ঐনা তহা তহানা হংলম্মী, "নহাক লম্বী খঙবরা ?" "ও, খঙদে," মহাক্লা খুন্নকই। "নহাক্লদুম ঐবু লমজিংদুনা চৎলেনে !" ঐহাকনা হেক খঙজবা কবেম্নবগী ভাব পূন্নমক মদুদা হাপচিন্দুনা ঐনা হায়খি। মহাক্লা লাউবকই, "ওহ !", তৌফম খঙদনা উরে, নাকন্দা লৈথোক্লুনা হাযরকই, "ফরে, ঐহাকপু লমজিংবিয়ু," অমসুং মবি লৈনদবা ভাব অমদগী মখা তাথবকই, "চানর্বিহৈববা মঙাল।"

শুকং অদুগী চঙফমদি লেন্টানা মোংশোং অমদগী খরা থাপ্লপ লৈ। চাউরবা থোঙ অমা কোৎহিং কারবা কবচদা য়ান্দুনা ইহাং হাংদোক্লুনা লৈ। অদুগা, তশেংনা, কিহুবক্লবা চেক অমসুং লৈপাকসু মফম অদুদা পৈদুনা লৈ। মথক্কী যুমথক পূন্নমক্তু চীংদুম অমখক্তনা পুংকুপ কৃপশিনবা শুরুং অমনি; থাপ্লবা মফম অমদা কনাগুম্বা মী অমনা অসিগুম্বা পোৎ অমা করিগীদমক্তা শাননবগী অৱাবদু লৌদুনা হোৎনরমলিবনো হায়বদু ঐগী খঙবা ঙম্বা শক্তিগী ৱাংমদনি। মহাক্লা মপান্দা লেপ্লদুনা চঙফম অদু কোয়েং য়েংলম্মী, "খঙলবরা, চঙফম অসিদি মতুংদা হাপচিনখিবা শোয়দনা ওইরমগনি; শুরুং অসিমকসু খৃষ্টনা শিগ্রবা মতুংগী অহানবা শতাব্দীগী শোয়দনা ওইরমগনি, ঐ খঙই। চঙফম অমসুং থোঙ অসিদি মতুংগী মতমগীনি। মসিগুম্বা মখলগী অৱাংবা চঙফম অমসুং য়েকখোৎপা থোঙ সিদি ৭ শুবা নৎত্রগা ৮ শুবা খা ভারতকী নিংথৌশিংগী কন্না পামজবা চৎনবী অমা ওইরম্মী।" মহাক অদুম ৱা মখা ঙাঙথবক্লম্মী। হিংলিবা, কোইচৎ চৎলিবা অমদি মশা-মউ লেংওৎপা ঙমলিবা পোৎচৈশিংদগী হেন্না শিগ্রবা অমসুং শিথরক্লবা পোৎশিংতনা মহাক্কী মরৈ অদু ফাজিনবা ঙমদনা লেংহনবগুম তৌরম্মী, মহাক্কী পুক্লিংগী ৱাখলদা মৈ চূবগুম থোকহল্লম্মী। লমজিংবা অমা ওইনা ঐগী তৌনিংঙাই ইরৈ লৈত্রে; মহাক্লা পোৎ খুদিংমক্কী মরমদা অদুক য়াম্না হেন্না খঙগ্রে ! মহাক্লা মনুং চঙখ্রবদি মপালগী

পৃথিবী অমসুং মদুদা লৈহৌরিবা মী পুম্নমকসু পুমকাউ কাউথোকখ্রে। য়ুম অদুদি ইনেম নেম্মী, অদুবু ফক্লাংগী মফম খুদিংমক য়েকখোৎলবা মূর্তিনা লৈতেংই। টোর্চ লাইট অমা ফক্লাংদা কাপ্লম্মী। মহাক্কী ফুরিৎখাউদগী মিংশেল অমা পুথোরক্তুনা নুংশা মঙান্দা য়ৈহল্লগা ফক্লাংদা মঙাল তারক্লবা নুংশা অদুদা থল্লম্মী। শেকপীশিংসু কোইপাই পাইরম্মী; লৈমাই অদুসু ইকায় কায়রে অমসুং অহোবা মখুলনা পিক থল্লে। অদুবু মহাক্তি করিসু নাচুংলুদে। অতেন-অশাং ওল্লদুনা, ইশিল্লদুনা, ফোটো লৌরদুনা, মতম পুম্নমক্তা চবেং চবেং ঐনা তাবিরিবরা তাবিদবরা হায়বা খজিক্তা ফাওবা খল্লুদনা ঙাঙলদুনা থবক চিনবা উৎলকলে। মহাক্কী অতেক-অকাই খোমজিনবগী থবক অদুদা ঐহাক হৈনরক্তে। ফক্লাংদা য়েক্লিবা অদুদা কাব্যশিং অমসুং ব্বারী-লাইরিক্তগী থৌদোক মতেক মতেক উৎলি, মখল খুদিংগী নমুনা অমসুং মওং উৎলি, নুপা, নুপী নিংথৌ, শা কয়া কয়াসু অঙকপা মওং কয়াদা মখোয় মখোয়গী মূর্তি ক্লুয়াদা য়েকই। মখোয় অসিগুম্বা ১০০/১০০ ঐ উপ্রে, অমসুং মদুদগী হেন্না উনিংবগী মতম অমতসু লৈখিদে। মহাক্লা পোৎ অতে অতোপ্পগী মহাউ খঙদবগুম ঐসু মদুগী মহাউ থোইনা খঙলুদে। "চেকশিল্লুকো" ঐনা হায়খি। "অহোবদুদা লিন্নচিংবা লৈরম্বা য়াই।" "ও, লৈরমলোইদা," মহাক্লা থওইদনা হায়রকই; "লিননচিংবসি অসিগুমবা নুঙাইবা মফমদা কয়া লাক্কন্দে; অদুবু ঐগী মসি য়াওরি", মহাক্কী চৈ অদু থাঙ্গৎলকই। "ঐহাক লাক্লবা ঙমগনি, করিসু কিদে।" ঐনা থুনা হায়রম্মী, "কারগী মখোলগুম্বা অমা তায়দা। গফর ওইরল্লবদি, ঐহাক বাংলা অদুদা অমুক্তা চৎনিংই নহাক শাউনিংবরা ? ঐহাক হল্লক্কনি।" মহাক্লা হায়রকই, "মহাকপুদি থনম্মু। মহাক চৎহনখিগনু।"

"নহাক্লা হল্লকপদা ঙসাইগী লম্বী অদু চপ মান্ননা লাকউ- ঐখোয় অমগা অমগা মাঙনদনবা।" মহাক খুমদি খুম্লক্তনা মহাক্কী মথৌ অদু অদুম তৌথখ্রে।

য়ুম অদু চেন্ন চেন্না য়ৌরে– স্বর হঞ্জিন্নবা মনিংগী মাঙ্গোল অদুদা ঙাইহাক পোত্থারে। শম অসি খুৎনা নাম্বুরদুনা, ফিবম অসি শেমজিল্লদুনা মনুংদা চঙলে। মনুংদা চঙলকপদা "ঐবু থিরিবরা ?" হায়বা মহাক্কী খোঞ্জেল অদু তারম্মী। উপাল অমগী মরুমদা নুংপাক অমগী মথক্তা মহাক ফল্লম্মী। ঐহাক্লা লাকপদু মহাক শোয়দনা উরমগনি। "মাইল মখাই অমা ফাওবা ব্বাৎলিঙেদগী ঐদি নঙবু উখি– অদুবু নঙদি ঐবু উদে," মরাল শীরকলিবা মী অমগুম্না মহাক্লা হায়রকই।

"হোয়" ঐনা শন্না খুল্লম্মী।

"মফম খুদিংমক্তা মহাক্তি অদুম তৌই।"

"ফরে, ঐনা খনবদা মহাক মদুদা পামজদুনা তৌরিবনি, মদুতননি।"

"ঐদি কমদৌবা, অতোপ্পা পোৎ অমদা অপাম্বা লৈত্রবরা ?"

"নঙগী অপাম্বদি করিনো ?"

"তইং তইংলবা, মল্লবা নূংগী ফক্লাং নত্তবা পোৎ অমদা হেক্তা" মহাক্না হাযরকই। ঐগী ঘড়ীদা মতম য়েংই। মহাক্কী মনাক্তগী হান্ননা পুং অমরোম থাদোক্তুনা লাক্লবনি। ঐহাক মতম মাঙহল্লে। মতমদি পাইদুনা চৎথ্রি। মাঙহনখিবশিংদু তানখৎপা তারবদি, তাঞ্জা অসি শিজিন্নহৌবা তাই। ঐনা থৌনা ফনা হংলম্মী, "অহিং খুদিংমক্কী নখোয় অনি হৌগত্তুনা হেক হেক খৎনবরা ?"

"ঐখোয়তা মঙাইরবা মতমদা, ব্নারী শাবা হৌই, মরৈ য়েৎনৈ অমসুং হিবম খুদিংমক্তা খৎনৈ। মতম অয়াম্বদা ঐখোয় অনি য়ানদে, অদুদগীদি মহাক্না ঐবু ইতোম্মতা হুন্দোক্তুনা থম্বীরন্নগা অমুক হল্লকই, অদুদগীদি ঐখোয় পুংফ ফনৈ অসিতনি।"

"অহিং অমুক ওইরক্লিফাওবা," ঐনা হায়খি।

"হোয়, হোয়।"

"নঙগা লৈমিন্নবসি অসুক নুংঙাইথ্রবদা কনাগুম্বা মী অমনা নঙগা খৎনবা নৎত্রগা মরৈ য়েৎনবা হায়বসি ওইথোক্কনি হায়বসি খনববু ঙমদে।"

মহাক্না খঙহং হংলকই, "করিনো নঙনা হায়রিবদুবু ?" ঐগী অনিংবদু ইশানা তশেং তশেংনা হায়দোক্লে। দরকার ওইরবদি ঙসি ঐহাক ইশাসি মাঙহল্লগে হায়না শেমশারবনি, অদুবু মহাক্কী ব্নারী শানদুনা মঙোম্দদি হায়দোক্লমগনি। মহাক্না ঐবু খোঙপাক্না কাওথোক্লে হায়রবসু, ঐনা হায়রিবসি তারগা কাওথোকপসু য়াই। ঐগী পুক্লিংগী ব্না অদু হায়দোকলে। মহাক্না শাবা জগোই অদুবু থাগৎলম্মী। ঐনা মহাকপু নুংশিজবা অদুসু হায়দোকলে অদুবু মদুগী ব্নাখল অদুদি ঐনা মহাক্কী কলা অদু পামজবগী ভাবতা তাঞ্জা অমা য়েপশিনখি। স্বর অমত্তদা মহাক অসি কলাকার অমনি হায়দোক্লে অমসুং মথংদা মহাক অসি ঐগী নুংশিবীনি হায়খরে। অসিগুম্বা খরসু, "কয়াদা ফজথ্রবা

লিন জগোইনো ! অহিং চুপ্পা নওতা খন্দুনা লৈরে। পৃথিবীগী কলাকাব নম্বর ৱান্নি ! পূংজা খুদিংগী নওবুতা খল্লি হায়বসি নহাক খওদ্রা ?"

মদুগী মথৌ পাঙথোক্লে। মহাক্না হায়রকই, "নওদি ঐগী ইবুংনি," (ও, নত্তেদা হাযনা লাউনিংলম্মী) "অমসুং থোকখিবা থৌদোক্তু ঐ নঙোন্দা লীগে" মহাক্না ঐঙোন্দা মখোয়গী নুমিৎ খুদিংগী খৎনবা অদুগী শন্নপ্পা ৱারম অমা লীরে।

"নহাক করিগী লুহোংলুরি অদুদি ?" ঐনা ঙাইঙমদনা হংলম্মী। মহাক ৱাখল খল্লুরগা হায়রকই, "ঐহাক খঙদে। অদুম থোকখিবা হায়বদুনি।"

"মহাক্কী মরল-মথুমসি পাম্বদগী লুহোংলুবা নৎত্রদো," ঐনা হায়খি, "অমসুং নঙগী নখুৱাগা অতোপ্পা মীশিংগনসু হায়জিনবনিনে।"

"য়েংঙু", মহাক্না ঐগী ফুরিৎ খুদাংদু পায়রদুনা হৌরকই, "ঐহাক কবম্বা জাত্তা পোকই নহাক খঙবা ঙম্রা ?" ঐনা মহাকপু হঙ্গৎহন্দা য়েংলুরগা হাযরুই, "ওইনিংবা ওইজরসনু খ্বাইদগী ফবা জাৎনি অদুগা ঐদি কাংবু অমসুং জাৎতা থাজবা পোত্তে। ওইনিংবা ওইজববসু নহাক অসি নঙগী জাৎকী চাউথোক্লজফমনি।"

"ঐহাক্তি ইপা-ইপু হাক্তক্তগী লাইশংদা জগোই শারকপা ইমুং অমগী নিঙোলনি; ঐগী ইমা, অবোক, অমসুং মহাক্কী মমাঙদনা মাগী মমাসু পূন্নমক জগোই শাবী ঙাক্তনি। পিক্লিবী নুপীমচা অমা ওইনা ঐখোয়গী খুঙ্গংগী লাইশংদা জগোই শারকই। ঐখোয়গী শাগেজাৎ অসি কমদৌনা ময়াম্না খন্নরকই নহাক খঙলবরা ?"

"পৃথিবীদা লৈরিবা শাগেজাৎশিং অসিগী মবক্তগী খ্বাইদগী ফবা জাৎনি।" ঐনা হায়খি।

"ঐখোয় অসি ময়ামগীদমক্তা লৈবা নুপী ওইনা খন্নে," মহাক্না শেংনা হেক্তা হায়রকই, মহাক্কী খোঞ্জেল অদু তাবদা ঐহাক তু খ্যাও চুংখ্রে। "ঐখোয় অসিদি কয়া ইকাই খুম্নবা মতিক চাদবা মীগুম খন্নে; ঐখোয় অসি চাউখৎলি হায়না খন্নদে।"

"অদুগুম্বা অপঙবা ৱাখল অদু থাইনঙৈদদি চুন্নম্বা য়াই, অদুবু হৌজিক্তি খেন্নরে। পোৎ পূন্নমক হোংলকলে। হৌজিক্তি জাৎ নৎত্রগা কাংবু হায়বা অমতা লৈত্রে।"

"ঐগীদমক্তদি ইমানা তোঙানবা পুন্সি অমা লেন্নবা থৌরাং তৌবী। নহা ওইরিঙৈদা মহাক্না ঐবু লাইরিক তমহল্লি, ঐসু নিংথিনা তমখি। ঐহাক ইকোনোমিক্সতা এম. এ. পাশ তৌরে। অদুবু কলেজ তম্বা লোইরগা থোরকপা ৱাহংসি ঐহাক জগোই শাবী ওইগদ্রা নৎত্রগা করিগুম্বা অতোপ্পা থবক অমা তৌগদ্রা হায়বসিনি। নোংমদি খববদা এডভরটিজমেন্ট অমা উখি– নহাক্নসু তোয়না থেংনরম্বা যারবা মখলনি– লাইবিক-লাইশুদা মথ্বাই য়াওবা ইনাক-কৈবাক খুনবা পাখং অমগী মহৈমশিং হৈবী, মশক-মতৌ ফজবী, লৈশাবী অমা লুহোংনবগীদমক্তা পাম্মী। শাগৈজাৎকী থোইদোকপা অপনবা লৈতে; মশক মতৌ ফজবা অমসুং বিশ্ববিদ্যালয়গী দিগ্রি ফংবনা মরু ওইবনি।" ঐনা ইতোম্মতা হংজে, "ঐবু ইশক ইতৌ ফজবরা ?"

"ও ! মদুদা কনানা চিংনবা পোক্কদগে ?"

"বিশ্ববিদ্যালয়গী সার্টিফিকেট অদু খুৎ নামনা পায়বদুনা ইশামক্কী ফোটো নম্নদুনা, মদু এডভরটাইজর অদুদা থাখ্রে। ফরে, ঐখোয় অনি উনরে, মহাক্না ঐহাক ইশা অমসুং সার্টিফিকেট অদুসু য়েংলে, ঐখোয়নী রেজিষ্টার অমগী মনাক্তা চত্তুনা অদুদগীদি লুহোংলুবে।"

"নহাক্না মহাকপু উবা খুদক অদুদা নহাক মহাকপু পামখিবরা ?"

"মদু পুন্নমক হৌজিক্তি হংলগনু," মহাক্না থওইদনা হায়রকই, "অরোইবা ফল অমা তারক্ত্রিঙৈদা ঐখোয় কয়াবক হন্না নৈনখ্রবনি। ৱাফমদি, ঐখোয়গী লছুম অমসুং শাগৈ-জাৎ যেংদনা হেক্তা লুহোংবসি অফবা ওইগদ্রা হায়বসিনি। অদুবু ঐখোয়গী ইমুং মনুংগী নুপী পুন্নমক্না অপাম্বা অদু পোকলে, মহাককুম্বা নুপা অমনা ঐখোয়গী জাৎকী নুপী লুহোংবিগে হায়বসিদা মথুমমরাং হৌনখ্রে, অমসুং দরকার ওইরবদি ইপা-ইপু হাক্তক্তগী তৌরক্লিবা কলাবিদ্যা অদুমক ত্যাগ তৌথোকপমকসু মতিক চারে লেপ্পখরে। মহাক্কী চাউরবা ময়ুম অমা লৈ, মোটোর কার অমা লৈ, সমাজদা থাক ৱাংনা লৈবা মীনি; মাদ্রাজগী মপান্দসু ময়ুম অমা লৈ, মদুদা ইমুংমনুংগা কনামতা য়াওদনা মতোম্মতা মরৈ; মহাক্কী লাইরিক অমসুং চেশিংগা লৈমিন্নে।"

"অদুদি নঙগী ননেম্বোক লৈত্রেদনা।" ঐনা হায়বম্মী।

"ঐহাক তশেংবা, তাইবংগী ওইবা চং চং লাউবা ইপুবোইবা অমতং ফংজববদি, মখল অমগী ইনেম্বোক হেক্তা লৈমিন্নজবা ঙমগদবনি' মহাক্না

হাযবকই। মহাক্না হায়রিবদুগী অর্থ অদু খঙগে হাযদুনা ঐহাক মঙোন্দা য়েংখৎলম্মী অদুবু মহাক্কী মমিৎ অদু ইতুক তুকথখ্রে। ঐহাক চুম্নতা পুক্লিংদা পংখল খল্লে। মহাক্না হায়বকই, "মহাক্তি লাই অয়েকপা অবিবা লাই যেকখোৎপা অমসুং মদুগুম্বা পোত্তাদা অপাম্বা পোকই।"

"অদুবু মশামবেং কাযাৎশিংদি লেঙহনবা ঙম্বা মী নত্তমাল্লে হাযনিংই," ঐনা হাযখি।

মহাক্কী মপুন্সিগী অৱাবা অদুনা মায়থিবা পীদুনা ঐহাক স্বব শাংনা হোল্লম্মী। ঐগী খুৎ অসি মহাক্কী মবেংবান্দা থম্লদুনা তপ্না তপ্না পোপ পোপ থাবম্মী। "অসিগুম্বা মণিমুক্তাগী মশক ওইববা নহাক অমা সংসাব অসিদা মাঙদুনা তোকলেকো খল্লুবদা ঐহাক যাম্না নুঙাইত্রে। মহাক্কী মহুত্তা ঐহাক ওইবল্লবদি নহাকপু পৃথিবী অসিগী মহারানী ওইহল্লমগনি।" মহাক্না ঐগী খুৎ অদু ইশ্বোরক্ত্রে। ঐগী খুৎ অসি অসুম অসুম চংশিনহনখিদুনা মহাক্কী মনাকোংগী অথোৎপা অদু থেংনকবে অমসুং খুৎশাশিং অসি মহাক্কী শমজিদা থিংজিল্লুবে।

গফরগী কার য়ৌরক্লবদা মার্কোনা হাযখি, "ঐদি মফম অসিদা লৈহৌনিংলে; ঐনা খল্লম্বদগী হেন্না মতম চঙগদৌরি। হোটেলদা ঐনা লৈবম্বা কা অদুদগী অমুবা ট্রঙ্ক অদু খরা পুবিরকপা ঙমগদ্রা ? মদুগী মনুংদা চে খবা য়াওখ্রে। নঙোন্দা কাযরোইদবা ওইববদি নহাকসু মফম অসিদা লৈবা পার্মজে।"

ঐহাক ইচিং চিংনরদুনা, মিকুপ অমতং নুপী অদুদা য়েংখত্তুনা লৈরে। মহাক্কী মমিৎ অদুদা মরোলদি থোক্তবা আপিল অমা তৌরি। ঐনা হায়রে, "ফরে।"

"নহাক্কী থবক অসিগী শরুক অমনি হায়না খন্দোকপসু য়াই," মহাক্না হায়রকই, "নহাক্কী মসিনা থবক অতৈদা মাঙহনবা ওইনা থোক্কনি নিংদ্রবদি।"

"ফরে," ঐনা চিংননা হায়খি। "মদুসু অচুম্বনি, অদুদা নঙগী কান্ননবা খরসু ঐহাক তৌনিংই। ঐনা কনাগুম্বগী চার্জ হেক লৌরুবদগী ঐদি মতম পুম্নমক্তা মহাকপু অমুক হন্না তেক্তকায়দনা থিন্দোকখিদ্রি ফাওবা ঐগী দায়ীত্বনি হায়না খল্লি। ঐনা কার মনুং চঙখিবদুদা মহাক্না মপুবোইবদা হায়রকই, "ঐসু টাউন্দা চৎলুগে; ঐগী উপুদগী পোৎচৈ খরা লৌথোকনিংই।" ঐনা হায়রম্মী, "ঐখোয় ঙসি অহিংদি হল্লকপা ঙমদবসু য়াই।"

"হোয়" মহাক্না হায়রম্মী।

ঐখোয়না চীংগী লম্বী অদু হেক অসুম কুমথরকপদা, ঐনা ইতত্তনা গফরনা গাড়ীগী মিংশেলদা ঐখোয়রোমদা হেক হেক য়েংলকপদু উরম্মী, অমসুং ঐখোয়না মহাক্কী মিৎয়েংগী ব্রাংমদা লৈনবা হেক হেক থৈদোকই। নুমিদাংব্রাইদা হোটেলদা থুংলে। ঐনা কা তান্না মহাক্কী মতুং ইন্নে। "নুমিদাংব্রাইসিদা অসুম হনথ্রসিরা ঐখোয়বু ?" ঐনা মঙোন্দা হংলম্মী।

"কবিগীনো ?" মহাক্না হংলকই। 'গফরগী কার অসি লম্বীদা হেক লেপথোকখ্রে হায়না খল্লো ? লম্বী মতা অদুদা খুদোংথিবা পুদুনা চৎলুদবনা হেন্না ফৈদা। ঐ ঙসি অহিং মফম অসিদা লৈবগে।"

ঐহাক য়ুমদা ফীরোল হোংদোকলুনবা চৎলে। ঐবু উবা মিকুপ অদুদা ইমাদি পাউ লোইনা খঙলমলে অমসুং ব্রা কয়ামুক হংলকলে। ঐনা পোৎ খুদিংমক থৈদোক্লবা হোৎনবে। ঐগী ইকুজফম অমসুং ফীবোল শেৎফম চঙদুনা অতোপ্পা ফীবোল মরোল অমা লৌথোক্লুবে। হান্নগী ফীশিং অদু ইমাদা ময়োম অমা ওইনা য়োমশিন্দুনা পীকরে। "দুকানগী অঙাং অদুদা ধোবীদা খরা পীরু অদুগা শুদোক্তুনা নিংথিনা ইস্ত্রি খবা তকহল্লকউ হায়বিরু। ঐ হয়েং অমুক পান্নকপা যাই।"

"ফীজেত্তা ঙাওবা মী ওইবক্লববা ?" মহাক্না ঐবু কোইয়েং য়েংলদুনা হায়রকই। "হন্দক মরকসি তহা তহানা লমজেলগী ভাবতদা তৌরিবসিবু নঙবু কৈদৌরিবগে ?" ঐনা মঙোন্দা মরাল অমা অনি পীশিল্লম্নগা অমুক যাত্রা তৌরক্লে।

নুমিৎ অদু ঐনা কোয়ননবা গফরদু নেকলে। ঐহাক অশেংবা লমজিংবা ওইরে। অসিগী মমাঙদা অমুক্তসু কনাদসু ঐহাক টাউন অসি অসুক থব্রাই য়াওনা য়েংহনখিদ্রি। ঐনা রোজিবু মফম পুম্নমক্তা পুদুনা চৎলে। মঙোন্দা টাউন হোল টাব্বর, সবযু যেংহল্লে অমসুং লৈঙোই মথক্তা ফন্নদুনা থুম থাকপা বাদাম ময়োম অমা খোক্তুনা চাবে। মহাক্তি অঙাং মচাগুম তৌই— পাখৎকল্লি, তুচুংবা পোক্কল্লি, পোৎ খুদিংমকপু অপাম্বা পোকল্লি। ঐনা মহাকপু সববন স্টোরদা পুশিন্দুনা মহাক্না অপাম্বা পোৎ লৈয়ু হায়রম্মী। মহাকনা পৃথিবী অসি উবা মসিনা ইহান হানবা নুমিৎ ওইবম্বা য়াই। মহাক্তি পংনুংদা নুংঙাইখ্রে। দুকান অদুগী মপান্দা ঐবু ইতোম্মতা মিকুপ অমতং ফংবদা গফরনা ঐঙোন্দা ব্রার্নিং পীরকই, "মহাক লুহোংলবা নুপীনিকো, নিংশিংঙু।"

"অদুনা কৈদৌরবগে ?" ঐনা হায়খি। "নঙনা মসি ঐঙোন্দা হায়বিবসি করিগীনো ?"

"ইবুংঙো, শাউবিগনু," মহাক্লা হায়রকই। "তপ্না তপ্না চৎথবিয়ু, মসিতনি ঐনা হায়জবা ওম্বা।"

"নহাক ভাব ফৎত্রে, গফর। ঐঙোন্দদি মহাক অসি ইচলগুম্বনি।" ঐনা মসি হায়রদুনা মহাকপু ৱা মখা তারক্তনবা হোৎনরম্মী। মহাক্লা হায়বিবা পূন্নমক্তি, "নঙনা হায়রিবদু চুম্মী। মদুনা ঐঙোন্দা করি তৌগনি ? অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু মহাকপু লুহোংদুনা লৌরিবা নুপাদু লৈরি। ঐগীসু ইশাগী নুপী অদুম মবৈজে।" ঐনা মাবু থাদোক্লমদুনা দুকান অদুদা অমুক চঙলে। মহাক্লা য়েকখোৎলবা, ৱাহোংগুম্না লৈরোং শারবা লুপাগী শমফাবী অমা পায়খৎলকলে। ঐনা মদুগী মমল পীরদুনা মহাক্কী সাড়ীদা মদু থেৎচিনবিরে। সরযু তুরেলনা থেক্লা খোয়না চেনবদুগী দৃশ্য উরিবা তাজগী অহাংবা লৈতোং মথক অদুদা ফমদুনা চাক চামিন্নরে। ঐনা মদু মঙোন্দা তাকপা মতমদা মহাক্লা হায়রকই, "মসিদি ফৈ। অদুবু তম্পাক্কী, উপালগী অমসুং তুরেল কয়াগী পুন্সি অসি কাউঙন্নরোইদবা দৃশ্য কয়া উরে।" ঐখোয় অনি পূন্না নোক্লম্মী। ঐখোয় অনি মতম চৃপ্পদা লোইবা নাইররোইদবা মওং অমদা ভাব তাদনা পংনোক্তা নোকলে।

মহাক্তি কৈথেলদা থবক লৈতনা পংচৎ চৎপা পাম্মী, মীয়াম তিনবা হোটেলদা চাক চাবা পাম্মী, কোইচৎ চৎতুনা সিনেমা য়েংবসু পাম্মী– অসিগুম্বা তোয়না ফংলবা নুংঙাইবশিং অসি চহি অসুক কুইবা অসি মহাক ফংলক্তবগুম লাকই। সিনেমা মফম য়ৌরগা কার অদু চৎহনখ্রে। ঐনা চৎলিবদু গফরবু উহন্নিংদ্রে। সিনেমা লোইরগা হোটেলদা চঙলে। মদু করিনো হায়বা ঐখোয় খওবু ইখও খওলুদে। ঐনা উপু অমা পায়খৎলুরে। পংয়াক য়াক্তবা নাপু মচুগী ক্রেপ সাড়ী অমা মহাক শেৎলম্মী অমসুং মহাক অসি অসুক্কী মতিক ফজনা উখ্রে মী খুদিংমক মঙোন্দা য়েংনখ্রে।

মহাক্কী মমিৎ অদু হরাউ হরাউনা অমসুং তৌবিমল খওনা ইরং লংখৎলক্লম্মী। ঐনা মহাকপু ঐগী লমন তোনশিনহল্লে হায়বসি ঐহাক খওলম্মী।

নোংয়াই য়ৌশিল্লক্কদৌরে। হোটেলগী টেবলদা লৈরিবা নুপা অদুনা ঐখোয়দা থোইনা পুক্লিং চঙদনা হেন্দোক্তুনা চৎখি। হোটেলগী টেবলদা ফমলিবা

মীশিং অসিদি ঐঙোন্দা খঙনিংনা, হংনিংনা যেংদবগী মহৈ তম্মী। নম্বব ২৮ শুবগী থোঙ অদুদদি ঐহাক চিংনবা পোকলে। মহাক থোঙ অদু হাংদোক্লদুনা মনুং চঙখ্রে অমসুং থোঙ অদু তংখাই অমতমক হাংদোক্লম্লগা চিংননা চঙখ্রে। অহানবা নুমিত্তা তৌখিবগুম ঐঙোন্দা মিকুপ অমতং মুন্না যেংদুনা লেপ্লুনা লৈবে। "ঐহাক চৎলোবা ?" ঐনা লোন্না হংলম্মী। "হোয, গুড নাইট," মহাক্না তনিক তনিক্না হায়বকই।

"ঐহাক মনুং চঙলকপা যাবোইদ্রা ?" ঐনা যাম্না ৱাবা মতৌ উৎতুনা হংলম্মী।

"যাবোই. যাবোই। চৎশ্লো," মহাক্না হায়বকই। অদুবু ৱাখল অমদগী ঐনা মহাকপু লম্বী অদুদগী ইম্ফোকলে অমসুং কা মনুংদা চঙশিন্দুনা পৃথিবী পুম্নমক খঙহন-উহন্দনা পৌবোন লোনশিল্লে।

# ৬

**থবক** মতা অসিদা রাজুনা মতম কয়া হৌগ্রবগে হায়বা মশিং থিবদি কাউহৌরে— নোংমা নোংমা হায়দুনা অতৈ নুমিৎকুম্না অসুম অসুম য়ামশিল্লকলে। থা কয়া (চহি ফাওবা) হৌখ্রে। ঋতুগী মশক্তি জানুবারী থাদা লৌশিং লোক্লদুনা মহাক্কী শিষ্যশিংনা চু অমসুং ক্ষির হৌরদুনা পুরকপদা খঙলম্মী; অথুম-অহাউ অমসুং উঁহৈবাহৈ পুরক্কুনা কৎলবদা মহাক্না তামিলগী অনৌবা চহি হৌরে হায়না খঙলম্মী; দশেরাগী নুমিত্তনা মখোয়না থাউমৈ মশিং হেন্না পুরক্কুনা থাল্লে, অদুগা নুপীশিংনা হোল অদু মচু মচুগী চে অমসুং অতৈ লৈরোং কয়ানা লৈতেংনবা হোৎনবদা নুমিৎ মাপন্নি অদু পূরা থবক চিল্লম্মী; অদুগা দিবালীগীদমক্তদি মখোয়না মাগীদমক্তা ফী অহনবা লৈবকই, বোম্বুলা লৈবকই, মহাক্না অঙাংশিংবু বৈঠক অমদা কৌদুনা বোম্বুলাশিং অদু থাবম্মী। চহি হৌবদগী অরোইবা ফাওবা, নুংশা শাবা, নোং তাবা অমসুং লৈচিন থাবা মতমদসু মহাক্না অসুম্না মতমগী চাউরাকপা হিসাব অমা থম্লম্মী। ঋতু অহুমগী মশিং থিরগা লোইরে। কেলেণ্ডব থম্বসি করিসু দরকাব নত্তে হায়না মহাক্না খঙলকই।

মকোইনা হৌজিক্তি মথবাক শোকলকলে, মশম্না মনংগলদা জুম জুম তারক্লে অমসুং মঙকশমদা মালা পরেং অমসু শিবি। মমিৎ অদুনা অথোৎপা অমেঙবা অমসুং মীনুংশি খঙবগী মঙালনা তরং তরংই, স্তান লৈবগী মঙাল মদুদগী থোরকই। খুঙ্গংগী মীশিং অদুনা মহাক্কীদমক্তা পোৎচৈ য়াম্না পুরকপনা মহাক তূংশিন্দুনা থম্বগী ভাব থোইনা লৈকদ্রে। তিল্লিবা মীয়াম অদুদা নুমিৎ অদুগী অরোইবদা মহাক্কী লৈজবমখৈ য়েহ্পোকই। মখোয়না মহাক্কীদমক্তা সনারৈ পরেং অচৌ অচৌবা লেংদুনা পুরকই, মালিকা মালতী অমসুং গুলাপকী লৈ কয়াসু য়েন্দাইদা হাপ্তুনা পুরকই। মহাক্না পুম্নমক অদু নুপী-অঙাংশিংদা লোইনা পীথোকই। নোংমদি বেলান্দা মরৈ তৌদুনা হায়রকই, "ঐসু লাইরবা মীনি, নখোয়সু লাইরবা মীনি; করিগীনো নখোয়না ঐঙোন্দা অসুক য়াম্না পীরিবসিবু? মসি তোকলো।" অদুবু চৎনবী অদু তোকপদি ওইথোক্তে; মখোয়না মহাক্কীদমক্তা খুদোলপোৎ পুরকপসি পামজে। মহাকপু তিল্লিবা মীযাম অদুনা স্বামী হায়না কৌনখ্রে অমসুং মহাক্না লৈরিবা মফম অদুবু মন্দির হায়না খঙনখ্রে। বাফম অসি ময়ামগী চৎনবী খঙনবী অমা ওইখ্রে। "স্বামীনা অসুম অসুম

হায়বকই নৎত্রগা ঐহাক মন্দিবদা চৎলিবনি।" মীশিং অদুনা মফম অসি অসুক্কী মতিক পান্নবক্কে মফম অসিগী ফক্লাং অদু শুনু হাইখ্রে অমসুং অঙাঙবা লংনা পুনখ্রে।

চহি অদুগী অহানবা হৌগৎলকপা তংখাইদা অকিবগী মশক ফংলবা বজ্রগা লোযননা নুমিদাংৱাইবম নুমিৎ খুদিংগী পুং অনি অনি নোং কন্না চুবম্মী; চহি অদুগী মমৈদদি পংকন কন্দনা নোং অসি মোল্লি মোল্লি, তপ তপ তাবম্মী। অদুবু চুবদুনা মযাম তিনবা অদুদি কবিসু অকাযবা পীবমদে। মীশিং অদু অচৌ অচৌবা যেম্পাক, ছাতিন অমসুং যুবী মনা তৃপ্পদুনা লাক্লম্মী। মপান্দা ফম্বা যাদবনিনা নোং তাববা মতমদনা হোল মনুংদা মীনা পিক থল্লম্মী। অদুবু নোং অদুনা মীযাম অদুবু নুংঙাইহল্লম্মী হবাউহল্লম্মী অমসুং মশা ইংহল্লম্মী; নোংনা উপালশিংদা পোপ পোপ তাবকপা অমসুং ইমাই হাইগৎলকলিবা তুবেলগী ঈচেলদা শৎ শৎ তাবকপদা (মদুনা মখোযনা মখোযগী অঙাংশিং অদু মবেংবান্দা পুখৎতুনা তুবেলদু খবা থেনবা মফমদদা লান্নবা হোৎননৈ) অদুদা তিল্লিবা কাঙবু অদুদা মওং অমগী ফজবা পোকহনখ্রে। মফম খুদিংমক ইশং শংনা তনৌ তনৌবগীদমক অমসুং মীযাম তিনফম হোল অদুগী উখোংশিংগী মবক্তগী উবা ফংবা লৈচিলনা অতিযাদা কোইপাই পাইদুনা শান্নবিবদুগীদমক বাজুনা নুংঙাইজখি।

অদুবু চহি অদুগী অবোইবদা অতিযা অসি নোংনা অমুক হন্না মমশিলহনদ্রে হায়বসি মহাক খঙলকই। কালেস্থা অসি অসুম অসুম শাংথবকপগুম তৌখ্রে। বাজুনা হংলকই, "নোংদি কদাইদা চৎখ্রে।"

বেলানদু মথৱাই ৱাবে। "অহানবগী নোং মযামদু পুম্মাং মাঙখ্রে, স্বামীজী; অদুগা হৌজিককাদি খাওবা যাবগদবা গেহ অদুসু পাম্বী ওইনা অদুম কংদুনা মাঙপ্রবনি। ওছোক্লা শাথিপ্রবা অৱাবনি।"

"লফু পাম্বী মচা লিশিং অমা কংদুনা শিপ্রে," অতোপ্পা অমনা হায়বকই।

"অসুম হায়না অসুম চথববদি কনানা খঙগনি – ?" মখোয মশেল লাংতক্লননা যেংনৈ। তুংগী ৱা হাযবা ঙম্বা তুংদা থোক্লগদবা খঙবা ঙম্বা বাজুনা থেমজিন্দুনা হায়বকই, "অসিগুম্বা থৌদোক অসি তোযনা থোকই; মদুগীদমক্তা কা হেন্না কবিসু ৱাকনু। অফবা ওইবক্কনি হায়না ঐখোয নিংসি।" মখোয অদু মবৈ যেৎনিংবগী ভাব তৌবকলে, "স্বামীজী শজিক চাবা চৎখিবা শলশিং অদু

মনাতোন্দা লৈখোম মনম নল্লগা অমোৎ-অকাই খবা চাবগা শজিক চানিঙাই লৈতদুনা হল্লকলে হাযবসি খঙবিদ্রিববা ?” নুঙাইতবা বাকৎ পূম্নমক্কী বাজুদি পুকনিং থেমজিনবা ব্রা খবা খবা ঙাংই। মখোয পেল্লদুনা মযুমদা হনগ্রে। “নঙনা খ্বাইদগী ইহেন হেন্না খঙই, ইবুংঙো,” হাযবল্লগা মখোয চৎগ্রে। হন্দক মবক্তি ইকজনবগীদমক্তা ঈশিং ফংননবা মহাক থাক অহুম কৃমথবা তাবে হাযবদু বাজুনা নিংশিংলকই। কৃমথবদুনা তুবেলগী ঈচেল মবিল অদুদা মুন্না যেংদুনা লেপ্তুনা লৈবে। মহাক্কী ওইদা যেংথোক্লুবদা তুবেল অদুগী মক মেমপী চীংশাং মফম অদুদা মহাক্না তোযনা টুবিষ্ট কযাবু পুখিবা যৌনা খোইদ্রিং লৈবা উবে। অসিগুম্বা ঈশিং তুংফম মচা অসিদা মন্দিব অসি যাওনা ফুট ১০০ ফাওবা মফম অসিদা কবিননো তুবেল অসি অসুক যাম্না ঈচেল কংথখ্রিবসিবু ? মহাক্না মপাল অদু পাকই হাযবা উবক্লে, লৈতোং কযামুক ফাওগৎলক্লে, অমসুং নাকল অমগী অঙম্বা অদু হেন্না হেন্না ব্রাংখৎখিবগুম উবে। অতৈ অতৈ থুনমক উবগনি। লৌ লোকপগী কুম্মে নুমিত্তা মমাংঙৈদা লৈবম্বা নুংঙাইবা অদু মাঙখ্রে। “চৃ পূম্নমক পুমকং কংদুনা মাঙগ্রে; যাম্না ব্রানা মচেৎ খবসি পুজবকইবনি। মসি লৌবিযু।”

“মদু অঙাংশিংদা পীজথোকখ্রো,” বাজুনা হাযবম্মী। মখোযনা কৎলবা পোৎশিং অদু মশিংসু হুত্থবক্লে, যামসু যামলক্লে। “পাঞ্জিনা মথংগী চহিদদি নোং ঙন্না তাগনি হাযবি” কনাগুমবা অমনা হাযবকই। ব্রাবীদি মতম পূম্নমক্তা নোংগী মবমদা ঙাক্তনি। অশাং অশাংবা অমসুং দর্শনগী মবমদা ঙাঙনবদদি মীশিং অদু পুক্লিং ইচং চঙনদ্রে। মখোযগী অকিবা অমসুং আশাশিং অদু ফোঙদোক্লদুনা কোয়না ফমলবে। “এবোপ্লেন্না কোইপাই পাইবসিনা লৈচিন অসি লেংহন্দুনা নোং তাহল্লিবনি হাযবসিবু চুম্বা স্বামীজী ? অতিয়াসিদা এবোপ্লেন মশিং যাম্না পাইমনখ্রমাল্লেনে।” নোংশিং অসি ইকং কংশিনহল্লিবসি এটোম বোমননি হাযববু চুম্বা স্বামীজী ?” বিজ্ঞান, ব্রাবী-লাইবিক, নোং-চীংগী পাউ, অফবা ফত্তবা অমসুং মখল খুদিংগী ওইবা যাবশিং অসিগা নোংগা মবি লৈনৈ। বাজুনা খুদিংমক্কী ব্যাখ্যা অমমম মহাক্না ঙমজবা মওংদা পীবে, অদুবু পাউখুম অদুনা মখোযগী মপুক্লিং অদু ওলহনখিবদি ঙমদ্রে হাযবসি মহাক খঙলে। মহাক্না হাযথবকই, “নখোয মদুগী মবমদা কা হেন্না খক খল্লোইদবনি। নোংগী লাইনা কবিগুম্বা মতমদা মহাক্কী ব্রাখলতনা চাকথেকলবা মীশিংদা ওৎনৈবা পী। কনাগুম্বা অমনা নহাক্কী নমিং অসি অহিং নুংথিল চৃপ্পগী লেপ্পা

খল্বা নাইদনা অসুম শোল্লবদি নহাক কমদৌগনি ?" প্রমান অসিদা যাওবিবা ফাগী অদুদা মখোয নুংঙাইবা পোকলে চৎনখ্রে। অদুবু কবিগুম্বা নুঙাইননবা ব্রাহ্মে নৎত্রগা ব্রাখলগী পবিংনা মতেং পাংবা ঙম্লবোইদবা ফিবম অমা হৌগৎলকলে। ইতোন তোঙানবা মফম অমদা কনা অমতগী অথিংবা নৎত্রগা অপাম্না লৈত্রবা অমসুং দার্শনিক্কী ওইবা ব্রাখলনা কবিসু খেন্নবা পোকহন্দ্রবা থৌদোক অমা থোবক্লে। শলশিং অদু মখোম থোক্ত্রে; মখোযনা লাঙ্গোল যোৎলমদা লাঙ্গোল চিংবা ঙম্বগী পাঙ্গল অদু মাঙখ্রে; যাও কাংবু কাংবুসু মযাং ইকং কংশিল্লে অমসুং শক মবি মবি উবে অমসুং মপুক্কী শকশিং অদু যাম্না তুমথোবক্লে।

খুঙ্গংশিং অদুদা লৈবিবা গুহাশিং অদুসু কংশিল্লকলে। যাম্না থুনা কংশিল্লকলিবা তুবেল অদুদা পুল পাযবদুনা নুপী পবেং পবেং থুংলবে। অযুক্কগীনা নুমিদাং ফাওবা মখোয অসি ঈথক্কী মতৌগুম্না লাক্তুনা ঈশিং শোকলৈ। মখোযনা পবেং পবেং যেংবদা শুমহৎনিঙাই ওইবদুনা মাযযোক্লবা লৈমাই মথক্তা লাকপসু চৎখিবসু বাজুনা যেংদুনা লৈবম্মী, অদুবু মদুমক্তি অযেকপা লাইদা মশানা যাওজববা অচিকপদুদি যাওদে। ঈশিং শোকফম অদুদা মখোয হানবা তান্নদুনা খৎনৈ, অমসুং মখোযগী খোঞ্জেল অদুদা অকিবা, নিংবা কাযবা অমসুং তেংথাবগী সুব যাওবি।

লৈবাক অসি থুনা কংশিল্লকলে। ইবোই অমসু খোঙলম্বীদা শিদুনা লৈবমলে। পাউ অসি নোংমা অযুক ঙন্তা স্বামীদা বেলান্না তাকলৈ। মহাক্না তূমলিবা স্বামী অদুগী মনাক্তা লেপ্লা লেপ্লা হাযবকই, "স্বামীজী, ঐখোযগী ইনাক্তা লাকপীবা পামজৈ।"

"কবিগীনো ?"

"শাশল মযাম শিনবা হৌবক্লে," মহাক্না মপুংফানা চঙজবগী মওংদা হাযবকই।

"ঐনা মদুদা কবি তৌবা ঙমগনি ?" মহাক্কী ফমুংদগী হৌগৎতুনা বাজুনা হংগে নিংলম্মী। অদুবু মসিগুম্বা ব্রাসি মহাক হাযবা ঙমদে। মহাক্না থেমজিন্দুনা হাযবকই, "ও, নত্তেদা, মদুদি ওইবা যাবোই।"

"ঐখোযগী খুঙ্গংদগী খবা চৎলগা উমংগী লম্বীদা ইবোই অমা শিদুনা লৈবমলে।"

"নহাক নশামক্লা উরক্লবরা ?"

"হোই, স্বামী, ঐহাক মফম অদুদগী লাকচরিবনি ।"

"অদুক য়াম্নদি ফৎতবা ওইরল্লোইদা বেলান । অতৈ অতোপ্পা লাইনা অমনা নাদুনা শিবা ওইবমগনি ।"

"নশানা লেঙবিদুনা য়েংবিবগা কবিদগী শিবিবনো হায়বদু ঐখোয়দা তাকপীরবদি, ঐখোয়গী পুক্লিং অসি ইযাং য়াংগনি । মহৈহৈবা নঙগুম্বা মীনা য়েংলগা মরম হায়বিগদবনি ।"

মখোয় অসি তশেং তশেংনা ইঙাও ঙাওববনি । মখোযগী পুনসিসি অহিং মঙগী ফিবমদা তাববনি । স্বামী অসিদি শাশল অহিংবা অশিবগী মবমদা ইখঙ খঙদবনি, মহাক্লা চত্তুনা অশিবা অদুমখক যেংলুবগীসু থোইনা কান্নবা লৈবা পোৎ নত্তে অদুবু মখোযগী অপাম্বা মতুং ইন্না মহাক্লা বেলানবু ঙাইহাক্তং ফন্নম্মু হায়রগা হল্লক্তুনা মখোয় অনি চৎমিন্নরে । খুঙ্গংগী লম্বী অদু পুমহাং হাংখরে । খাজনাগী লোয়শংদা অৱাবা অদুদগী কনবিনবা হাযজবগী দবখাস্থ থাননবগীদমক্তা ওজা অদু চৎখিবনা স্কুল অদু থোঙ থিংলে অমসুং অঙাংশিংনা লম্বীগী উফুল মরক্তা কোইশান শান্নদুনা লৈবে । নুপীশিংনা মকোক্তা ঈশিং শোক্লবা পুল পুরদুনা কোইচৎ চৎলি । চৎনা চৎনা, "ঙর্সিদি পুল তংখাই ফাওবা ফংলক্লে" হায়না কনাগুম্বা অমনা হাযরকই । "পৃথিবী অসিবু কবি ওইদৌরিবনো ? ঐখোয়দা লম্বী তাকপীবা তাই, স্বামীজী ।" রাজুনা চুম্নগী মখুৎ নামতমক থাঙ্গৎলদুনা "শান্তি ওইয়ু; মবম পূম্নমক ফরকখিগনি; ঐনা ৱাফম অসি ঈশ্বরগা লেপ্পবগনি," হাযগে তৌবম্মী । মহাক্না বেলানগা চৎলিবা অদুগী মতুংদা মী কাংবু অমা ইন্নরক্লে, অমসুং বেলাননা উমংগী লম্বী অদোমদা চৎনা চৎনা ঙাঙখিবা ৱা অদুমক হন্না হন্না ঙাঙলদুনা লাকলে । কনাগুম্বা অমনা থংনবা খুঙ্গংদা হেন্না শাথিবা থৌদোক থোকলে হাযনা তন্নবে; কোলেবা তৌনরে মী লিশিং শিনরে; মহাক অসিবু মীনম্বা ৱা ঙাঙবা মীনি হায়না মযাম্না তথি তথি হায়বিরে । রাজুদি চবেং চবেং ঙাঙনবদু করিমতা নাচুংলুদে ।

খুঙ্গং অদুগী মপান্দা উমং তাবা যুগোৎ চাদ্রবা খোঙলম্বী অমদা ইরোই অমখক শরুশিং অদু চৈগুম্না তোঙনা উরদুনা শিদুনা লৈরমলে । মী লাকপদু উবদা কোইপাই পাইদুনা শান্নরম্বা ক্বাক অমসুং উমাইবিশিং অদু থাপ্পা পাইথোকখ্রে । নমথিরবা মনম অমা নল্লে অমসুং মদুদগী রাজুনা শ্বতু অদুগী মওং মতৌসু মদুগা মান্না খনখ্রে । ৱা খরা লাইফাউ ওইনা হায়দোক্লগা মদুবু

নেমথনবা যাবা নত্তে। মহাক্কী মফিগী ফিজিল অদু মখুৎনা পাইখত্তুনা মনাতোন মেল্লগা অশিবা মশা অদুদা ঙাইহাক্তং যেংদুনা লৈবে। "কনাগী ইবোইনো মসিদি ?" মহাক্কা হংলকই। মখোয অমগা অমগা যেংনদুনা লৈবে। "ঐখোযগী নত্তে," কনাগুম্বা অমনা হাযবকই। "মসি মথংগী খুল অসিগী ওইবমাল্লে।" বাফম অসিদা অবাবা খবদি কোকলে। মথংগী খুল অসিগী ওইববদি খবগা হেন্না অৱাবদু কোকলে। কবিগুম্বা অমনা, কবিগুম্বা ৱাফম অমনা, কবিগুম্বা তাৎ অমনসু মীশিং অদু পুক্লিং নেমথহনবা যাবে। "কনাগীসু নত্তে," অতোপ্পা অমনা হাযবকই। "মসি লমলকতা পংলৈ লৈবা অঙাওবা ইবোই মাল্লি।" মসিনা খবগা হেন্না ফগ্রে। বাজুনা অতৈ অতোপ্পা ৱাফম অমসুং ব্যাখ্যা লৈবম্বা যাবগী ওইথোকনিঙাই অদুদা অবাবা কোকলে। মদুদা মুন্না যেংদুনা মহাক্না হাযবকই, "মহু পানবা তীলকাঙ অমনা শোযদনা চিক্লমগনি মসি।" মসিদি নুঙাইবা পীবা ব্যাখ্যা মতৌ অমনি, অমসুং মহাক্না ইহাঙ হাঙলবা, ইকোক কোক্লবা উপালশিংগী মশা অমসুং কাহৎলবা লৈবাক্না কৃপশিল্লবা, অশংবগী খুদম অমত্তা যাওদ্রবা দৃশ্য অদুদা মমিৎতি যেংলুদনা লৈথোবকই।

স্বামীজীনা অসুম্না মতেক অমতং মবক থৎতুনা হাযবকপসিনা মীযাম অদু পেলহল্লে। মদুনা মখোযদা হাযফম খঙদ্রবা নুংঙাইবা পীবিবে। ইপা পাখৎনবম্বদু থুনমক হম্ববক্লে। শল ইবোইশিং অদু নুমিদাং মকোন্দা পুন্দুনা থল্লবা মতমদা থোইনা লাংতক্লনা যেংলুদ্রে। "শল ইবোইশিং অসি পীজননবা ওক্লবা লৈবে" মখোযনা হাযবকই। "ইবোই অদু মহু পানবা অমনা চিকপদগী শিবনি হাযনা স্বামীনা হাযবি। মহাক্তি পুমখঙ খঙবনি।" মদুগী ৱাপাং ওইনা অঙক অঙকপা মবমদগী শিখিবা থৌদোক কযাসু হাযনবক্লে। "মখোযগী মখোঙগী লোংখুমদা হেক্তা চিকপা লিনসু লৈবি। ককচেং জাৎ অমসু মখোযনা চিকপদা শাশলশিংদদি খুদোংথিনিঙাই ওইবা লৈ।"

শাশল কযা কযা মফম মফম খুদিংমক্তা শিদুনা লৈবম্বা থেংনবে। লৈবাক অসি তৌথোক্তুনা যেংলুবদা অকুপ্পা উফুল মক্তা মবৈবমলে। হৌখিবা চহিগী মহৈমবোং পৈফম পূম্নমক যুম অযাম্বদা অমুক অনৌবা হাপচিনবা ঙমদনা লৈনদুনা অসুম অসুম মযেং তাথনবক্লে। খুঙ্গংগী দুকান ফম্বশিংনা মমল হেন্না হাযগৎলক্লে। মীশিংনা চেঙ চাং অমতং ওনবিযু হাযকবদা মমল আনা তবামবি হাযবক্লে। চেঙ ৱানগে লাকপা মীদু শাউনিংমনগ্রদুনা মমাযদা খুৎপাক্লা থাবে। দুকান ফমলিবা নুপা অদুনা চৈ অমা পাযদুনা থোবক্লগা পোৎ লৈবিবা নুপা

অদুবু ফুররে; অদুগা নুপা অদুবু নুংশিবীবা কাংবুনা অমুক নৌনা লাক্লগা দুকান অদুদা লান তৌররে। দুকান ফমলিবা নুপা অদুগী মরুপ মপাং অমসুং মবিমতা ময়াম হৌদুনা নুমিদাং মচিল তুম্বা য়োৎতেক অমসুং থাঙ পাযরদুনা লাক্লগা অতোপ্পা কাংবু অদুবু ফুচৈবা হৌরক্লে।

বেলানগা মহাক্কী মীশিংগসু শিংজং অমসুং থাঙ পায়খৎলদুনা ফুনচৈনবা অদু য়াওবা থোরক্লে। লাউনবগী অহৌবা, কপ্পবগী খোঞ্জেল অমসুং শাপতনা অতিয়া অসি ইথন থনখরে। শজিক খরদং লেমহৌবদু মৈ থাদোকখ্রে, অমম্বা অহিংদু পুমলং লংনা চাকখ্রে নুমিদাংগী অতিয়া অদুদা থোরক্লিবা খোঞ্জেল অদু রাজুনা তারম্মী চীংদোং অদুগী ৰাংমদা মৈনা ইঙান ঙান্না চাকখৎলকপদু মহাক উরে। পুং খরগী মমাঙদদি শান্তি ওইনা, চিক্লা উরম্বনি। মঙক হাইরদুনা মতোম্মতা হায়জরম্মী, "খুঙ্গংগী মীশিং অসি কমদৌনা শান্তি ওইনা লৈগদগে খঙজদে। মখোয় অসি ইরাং কনবা অসুম অসুম হেঙ্গৎলকলে। অসুম তৌরবদি ঐহাক অনৌবা মফম অমা য়ৌহৌবনা ফরগব্রা নিংলে।" মখোয়গী থবক অদুদা মখা অমুক য়াওনিংদ্রদুনা মহাক তূম্বা চঙলে।

অদুবু অয়ুক ঙস্তা মঙোম্দা পাউ য়ৌরক্লে। বেলানগী মনাউনিপানা মহাক তূমলি তূমলি তৌরিঙৈদা পাউ পীররে, বেলানদু মকোকসু কায়রে মৈনসু পোকলে অমসুং খৎনবা অদুদা শোকখিবা নুপী অঙাংশিংগী লিষ্ট অমসু পীররে। ঙসি অহিং অতোপ্পা কাংবুদুদা অমুক মখোয়না লান তৌরুনবা শেম শারি। চথনরিবা মওং অদুদা রাজু ইঙক ঙকখরে। মহাকপু করি তৌ হায়রিবনো, ইরাং অদু থিংঙু হায়রিবরা নৎত্রগা মদুগী মঙ্গল ওইননবা আশীর্বাদ তৌ হায়রিবরা তৌফম খঙদ্রে। মহাক মশামক্কী ওইনা হায়বা তারবদি মখোয় মশেল অমগা অমগগী মকোক অদু থুগাইনহনবনা খ্বাইদগী ফরবনি। মদুতনা মখোয়বু নোং তাদবা অদুগী মরমদা কা হেন্না খল্লিবদুগী থিংবা ঙমগনি। বেলানগী ফিবম অদুগীদমক্তসু মহাক নুংশিবীবা পোকলে। "মহাকপু শাথিনা শোক্লবরা ?" মহাক্লা হংলকই। মহাক্কী মনাউনুপানা "ও, থোইদোক্লা শাথিবা নত্তে। মফম খরা খরদা অদুক খোবাৎ লাকফাৎপতনি," হায়না অশোকপশিং অদুতনা পেন্দ্রবদৌনা হায়রকই। ঙাইহাক্তং বেলানবু য়েংবিরুসিরা খল্লম্মী অদুবু চৎকদবদু য়াম্না শাথিনা হৈনদবা অমা পোকলে। বেলানদু খরা শোক্লবসু মহাক্কী অশোকপদু ফরক্কনি, অদুদগীদি লোইরে। অদুগা হৌজিকমক্কীদি মনাউনুপা অদুনা লানবু লাল্লবসু, চুম্বু চুন্নবসু অশোকপদুগী মরমদা হায়রিবা অদুনা মহাক্কী প্রোগ্রাম অদু

অদুম চানবে। তহা তহা চৎতুনা মহাকপু যেংলুবগী থোইদোক্না হোবে হোবে তৌকুবগী দবকাব লৈতে। মহাক্না কিবিবদি মখোযনা মদু হৈনবী ওইখ্রবদি মীশিং অদুনা ঙাইহাক লৈতনা মহাকপু কৌথোক্লবনা মহাক শাস্তি ফংবা ঙমলোই হাযবর্সিনি। বেলানগী মনাউনুপাদা মহাক্না হাযবকই, "নঙ নশাদি কমদৌনা শোকহৌদবগে ?"

"ও, ঐসু মদুদা যাওকই, অদুবু ঐঙোন্দদি ফুবক্তে। মখোযনা ঐঙোন্দা যুবু ফুবক্লম্লবদি মখোয তবাদি হন্দুনা ফুদৎলমগদবনি। অদুবু ঐগী ইযাম্বদি চের্কাশিন্দদুনা তৌবিবনি।"

"মশাদি শুর্মজিৎকুম্না ইপা পাবদুনা ঙাঙথোবকপদি হিংচাবগুম্মী," বাজুনা খল্লম্মা অমসুং হাযথবকই, "নযাম্বদা মহাক্কী অশোকপদুদা যাইঙংতৈযু হাযযু।" নুপা অসিগী ইথৌ থওইদনা ঙাঙবা খোন্দা অসিদগী মহাক্লদুম বেলানবু মতুংদগী যুবিকুববা হাযনা বাজুনা চিংনবম্মী; খুঙ্গং অসির্দদি ওইথোক্তবা হাযবদু কবিসু লৈতে। মচিন মনাউ পূম্নমক অসিদদি অমগা অমগা লৌইংখোল খৎনবগী মোকদ্দমা তৌনৈ; অমসুং মতম অসিগী ইশাউ শাউগৎনববা ইবাং অসিদদি কনাগুম্বা অমনা কবিগুম্বা অমা হেক্তা তৌবকপা যাই। বেলানগী মনাউনুপা অদু চৎননবা হৌগৎলক্লে। বাজুনা হাযবকই, "বেলান্দা ফমুংদা কবিমতা চৎথোক্তনা মপুংফানা পোত্থাদুনা লৈযু হাযবকই হাযযু।"

"ও, কদাইদগীনো ইবুংঙো। মহাক কমদৌনা পোত্থাদুনা লৈগদৌবিবনো ? ঙসি অহিং মহাকসু পার্টি অদুদা যাওগদৌবিবনি অমসুং মখোযগী মযুম অদু মৈ থাদ্রিবমখৈ মহাক পোত্থাবোইদৌবিবনি।"

"মদুদি চুমদে," খৎনগনবগী মতৌ অসিদা হাযফেৎ শাউনিংলদুনা বাজুনা হাযবকই।

বেলানগী মনাউনুপা অদু খুঙ্গং অদুগী কযা শিংফাত্তবা মীশিংগী মনুংদা অমনি। মহাক অসি চহি কুনমাথোই শুবে, খবসু পংদানৈ, বেলানগী মখাপোন্না চাউবাকপা মীনি অদুগী বেলান্দা অৱাবা অমসু ওইববনি। মহাক্তি খুঙ্গং অদুগী শাশলশিং অদু হোইদোক্তুনা চীংদা শাজিক পীজবা চৎলি, অযুক নুমিদাংৱাইদা অমুক হোইগৎলকই। নুমিৎ চূপ্পা মহাক্তি উপাল অমগী মকমদা পোত্থাবদুনা নুমিৎনা কোকতোন লোম্লকপা মতমদা গেহুগী তল চাবদুনা নুমিৎনা নোংচুপলোমদা পৈথবক্তুনা শাশলশিং অদু মযুমলোমদা হোইগৎকদবগী ঙাইদুনা

লৈবনি। মহাক্কী শাশলশিং অদুগদা নত্তনা অতৈ কনাদসু নুমিৎ চূপ্পা ব্রারী শানফম লৈতে, অমসুং মহাক্লা মখোয়শিং অদুদা চপমান্নবা লোন্দাদা ব্রাবী শাবম্মী; চৈথাংলম্মী অমসুং পাবোন-পুরোন চিংথোক্তুনা অখাকপা লৈতনা ঙাঙলম্মী। করিগুম্বা নুমিদাংব্রাই অমদা কনাগুম্বা মী অমগী চিক্লবা উমং মবক অদুদা করিগুম্বা খোঙ্ঘাং তাববদি মহাক্লা চৈ অমা পায়দুনা মখোয়গী মতুং ইন্না খঙ্গৎলবা, অথিবা মীঁচৈ চৈদুনা লাকপা উগনি। অসিগুম্বা অমতা ঙাইববা থবক অসিগীদমক মহাক নিংথিনা মপুং ফানা শেম শাববা মীনি হায়না লৌনৈ, অমসুং থা খুদিংগী যুম খুদিংমক্লা মদুগীদমক্তা আনা মবি মবি পী। অসি নত্তবা অতৈ দাযীত্ত্ব লৈবা থবক অমতা মখোয়না মঙোন্দা শিন্নরমদে। মহাক অসি খুঙ্গং অদুগী মনুংদা অয়ুক নুংথিলগী থবক ইংখাং লোইকবগা যুমদা নুঙাইনা তূম্বা পাম্বা স্বামীজীগী মনাক্তা ইলাক লাক্কন্দবা মীশিং অদুগী মবক্তগী অমনি। অদুবু হৌজিক্তি মহাক ইহান হানবদৌনা লাকলে। অতৈ মীশিং অদুদি শেমশাবগী ব্রাখলদা থবক শংখিদ্রে। নোং তাদনা নুংশাতা পংশাদ শাবদুনা মহাক্কী মথৌদা অকাইবা পীবিবে; কনানসু শাশলশিং অদু অকংবা লৈঙোই মবক অদুদা মনাতোন্না হোৎলুনবগীদমক্তা থাদোরক্তুনা অপঙবা অদুদা থাগী আনা মবি মরি পীনিংবা অমতা য়াওরমদে।

মহাক মফম অসিদা ঙসি অয়ুক পাউ অসি স্বামীজীদা তাকলুচো হাযদুনা কনানসু থারকপা নত্তে, অদুবু মহাকসু ব্রাখল ইচোই চোইবদুনা স্বামীজীগী মনাক্তা মন্দিবদা চৎলুদুনা মহাক্কী আশীর্বাদ ফংলুগে খন্দুনা হেক্তা লাকপনি। স্বামী অদুদা খঙহনবা য়াবা ব্রাসি থৌদোক অসি লোইশিনখ্রগা য়াম্না শাথিবা মওংদা শোয়দনা তম্নবসু খুঙ্গংগী মীশিংদুনা য়ৈনশুনবগী ব্রা অসি অরোইবা ওইগদবনি। অদুবু অঙাং অসিনা মতোম্মতা হোৎনজদুনা পাউ অসি পুরকলে অমসুং মখোযগী থবক অদুসু অমুক চুম্মী হায়ররি। "অদুবু, স্বামী, মখোয়না ঐগী ইয়াম্বগী মমায়দা য়াল্লকইবদু করিগীনো ?" মহাক্লা ব্রাবৌনা মখা শমথবকই, "মসি পুম্মক তৌহন্দুনা মখোয়বু লেম্না অসুম তোক্লগদ্রা ?" খাঙবা কন্না রাজুনা মহাক্তা মরৈ য়েৎনরে। "দুকান ফম্বা নুপা অদু নখোয়না হান্না ফুরুবা নৎত্রা ?" অঙাং অদুনা মদু ইচম চম্না লৌরদুনা হায়রকই, "ঐনদি দুকান ফম্বদু ফুরুদে। মহাকপু ফুবা মীদি –।" মহাক্লা লম অদুগী মী মমিং পরেং অমা পীরকলে। মহাকপু চুমথোক্লবা হোৎনবসি অমসুং মহাক্কী বুদ্ধি অসি খবা হেন্না শিংগৎহন্নবা হোৎনবসি রাজুদা ওঙ্খোক্লা ব্রানা থোকলে। মহাক্লা ইচম চম্না

হাযবকই, “মসি অফবা নত্তে, কনাসু যৈনশুনবা তৌবোইদবনি।” মঙোন্দা শান্তিগী নীতি শাস্ত্রগী মবমদা ব্রা ঙাঙলুবসু ওইথোক্কে হাযবা খঙলদুনা চুম্না ইচম চম্না হাযবকই, “কনাসু যৈনশুনবোইদবনি।” “অদুবু মখোযদি যৈনবিবসিদি!” অঙাং অদুনা যেৎলকই। “মখোয লাক্কুনা ঐখোযবু ফুববনি।” হাযবিবা ব্রা অদু শাই শাইদুনা ঙাঙলগা মখা হায়থবকই, “অদুগা মখোযনা ঐখোযবুদি যাম্না থুনা হাৎলবগনি।” বাজুদা হৈনদবা পোকলে। অসুক যাম্না ইবাং থোকহনবগী ব্রাখল অসিদি মহাকতি পাম্লমদে। মসিনা মফম অসিগী ইংনা চিক্লা শান্তি ওইনা লৈজবা থুগাইবিদুনা পুলিশপু পুশিললকপা যাই। খুঙ্গং অদুদা কনাগুম্বা মী অমতা লাকহন্নিংলমদে। হাযবিবসি শোযদনা ওইবা যাবগী ভাবতা বাজুদু খল্লুবে। অমদুগী খুজেং মথক্তা কন্না পাযশিল্লদুনা মহাক্না হাযবকই, “চৎলো বেলানদসু অতৈদসু ঐহাক অসুম তৌনা যৈনশুনবদি পামদে হাযবকই হাযযু ... মমৈদা কবি তৌগদগে হাযবদু ঐনা মখোযদা তাক্কনি।” মহাক্কী হান্নগী মবৈ অদু অমুক হন্না যেৎকে তৌবকই অঙাং অদু। অদুবু বাজুনা ঙাইঙমদনা হাযবকই, “ব্রা ঙাঙগনু। ঐনা হাযবিবসিদা মুন্না তাও।”

“হোই, ইবুংঙো,” অঙাং অদুনা ইখঙ খঙহৌদনা হেক শাউগৎলকপদুদা কিবদুনা হাযবকই।

“নযাম্বনা লৈবম্বা মফমদা থুনমক মখোয মশেল অমগা অমগা যৈনশুনবা তোক্ত্রিবমখৈ ঐহাক কবিমতা চাববোই হাযকুচো থুনমক।”

“কবিনো চাবা হাইবু ?” অঙাংদুনা হাইফেৎ চমম্লবদুনা হংলকই।

“ঐহাক চাববোইতা মহাযক। কবিনো অমুক হংলক্কনু। মখোয ফনদ্রিফাওবা ঐহাক কবিমতা চাববোইদবনি।”

“ফবে, কদাইদনো ?”

“মসিমক্তি ইশেং শেংনা হাযববদা অঙাং অদুগী খঙবা ঙম্বা শক্তিগী ব্রাংমদা লৈখ্রে। মহাক অমুক হন্না “কবিনো চাগদৌবিববু” হাযনা হংনিংলম্মী অদুবু কিবদগী অদুম থিংখ্রে। মহাক্কী মমিৎ অদু লাওনা পাঙথোক্লক্লে। মহাক্তি যৈনশুনবা অদুগা নুপা অসিনা চাবগা অনি অসিগী মবক্তা লৈবিবা মবী অদু শমজিন্নহনবা ঙমদ্রে। মহাক্তি মখুৎ ওইগী খুজেং মথক্তা আকবা ফংনা পাযবিবা অদুদগী থাদোকপিবদা মপামলে। মহাক মতোম্মতা নুপা অসিগী মনাক্তা লাকপসি অবানবনি হাযনা খনখ্রে মহাক্কী মকোই-মবাং ইচোম চোম্লবা মমায

অদুনা নকশিল্লকপদুদা অকিবা পোকলে। নুপা অসিনা মহাকপু চাথোকখিবসু য়াই। মফম অদুদগী নাম্থোকনিংবনা মহাক পুমঙাও ঙাওখ্রে। মহাক্না হায়বকই, “ফরে, ইবুংঙো, ঐহাক মদু তৌজরগে,” অমসুং রাজুনা মহাক্কী খুৎপায় অদু হেক থাদোকপদা মিৎনা কৃপ্পদা মহাক মফম অদুদগী পাইদুনা চেনখ্রে, লৈঙোইলম অদু লাম্থোকখ্রে অমসুং মশক উখিদ্রে।

খুঙ্গং অদুগী অহলশিং অদুনা তিল্লমলিবা মফম অদুদা মহাকনা চেনশিল্লকপা মতমদা মহাক স্নর মপি হোল্লম্মী। মখোয় ময়াম চিংলেম্না খুল অদুগী মযাইদা অৱাংবা মফম অমদা ফম্লদুনা নোংগী ৱা ঙাঙনদুনা লৈবম্মী। অবিবা সনাখোংনাং পাম্বী অমা অকোযবদু চেক্লা মখোঙদু ইকোই কোযশিন্দুনা হৌগৎলম্মী, মদুগী মখোঙদা নৃংগী মূর্তি কয়ামুকসু যুংলম্মী, মখোযশিং অদু থাউ তৈবদুনা খুসু খুরুম্নরম্মী। মঙ্গলাগীদি মসি টাউন হোলগী প্লেটফোর্ম মখল অমনি। মফম অসি ইংই, উকম লাংই, পাক চাউই; নাকন অমদা মতম পূম্নমক্তা লম অদুগী ৱাফম খন্নরদুনা মী ময়াম পূন্দুনা লৈ, অতোপ্পা নাকল অমদনা মকোক্তা অকাম্বা থুম্মোক পুবিবী নুপী মযাম পোখাদুনা লৈবম্মী; অঙাংশিংনা অমগা অমগা তান্নবি; খুলগী হুইশিং অদুনা মফম অদুদা তূম্লম্মী। মফম অসিদা খুলগী অহলশিং অদু নোংগী ৱা, ঙসি অহিং য়ৈনশুনবগী অমসুং মদুগা মবি লৈনবা অতৈ লানওংগী মরমদসু খন্নরদুনা ফমদুনা লৈবম্মী। চঙগদৌবিবা লান অদুগী মরমদা হৌজিকসু মখোয়গী চিংনবা কয়ামুক লৈবম্মী। স্বামী অদুনা থৌদোক পূম্নমক অসি কমদৌনা খনখিগদগে হায়বা ৱাসিদি কোন্না খঙনরক্কদবা ৱানি। মহাক্না য়াবক্তবসু য়াই। মখোয় মশানা করিনো তৌগদবসি হায়বদু শেংনা হেক্তা খঙদ্রিবমখৈ মাগী মনাক্তা চৎলুদবনা খ্বাইদগী ফৈ। অতোপ্পা কাংবু অমদু দণ্ডি পীবা মতিক চারে হাযবসিদি চিংননিঙাই কবিসু লৈতে। ৱা ঙাঙনরিবা ময়াম অদুগী মরক্তা মশা অদু ইখোৎ খোতৎলবা শোক্লবা কযাসু য়াওরি। অদুবু মখোয়সু পুলিশপুদি অকিবা অমা পোকলি; মমাংঙৈদা থোকখিবা কাংবু অমনা য়ৈনশুনরুবদগী সরকারনা মতম চৃপ্পগী ওইনা পুলিশ কাংবু অমা থমদুনা খুঙ্গংগী মীশিংনা মখোয়গী চাবা থকপা অমসুং থম্বগী শেল পীখিবগী থৌদোক অমা নিংশিংলি। লানগী অসিগুম্বা কাউন্সিল অসিগী মরক্তা বেলানগী মনাউনুপাদু ফাওরক্লে। ইরাং অদু হেন্না হেন্না কনশিল্লকলে। “ইবুংঙো, করি তৌরে ?” বেলান্না হংলকই। অঙাং অদুনা ৱা ঙাঙবা ঙমদ্রিঙৈদা স্বব হোন্নবা

হোৎনবম্মী। মখোয মযাম্না মহাকপু মবেংজুম পাইদুনা নিকপীবে, মদুদা মহাক অমুককা হেন্না জ্ঞান মাঙখিদুনা চোইঙাং পংঙাঙ ঙাঙলে অমসুং অবোইবদা হাযবকই, "স্বামীদু, স্বামীদু, অমুক হন্না চাববোই হাযবে। মঙোন্দা চানবা পুদুনা চৎলুবনু।"

"কবিগীনো ? কবিগীনো ?"

"মবমদি, মবমদি, ... নোং চুদ্রে।" মহাক্না যৈনশুনবা অদুসু খঙনিং নিংশিংলক্তুনা হাযবকই, "যৈনশুনগনু হায মহাক্না।"

"নঙবু মফম অদুদা কনানা চৎলু হায ?" মযাম্বনা শক্তিগা লোইননা হংলকই।

"ঐনা– ঐনা হাযকবা নত্তে, অদুবু ঐহাক মফম অদু যৌববদা মহাক্না ঐঙোন্দা হংলক্তুনা ঐনা মঙোন্দা হাযখিবনি।"

"নঙনা মঙোন্দা কবি হাযকই ?" অঙাং অদু থুনমক খংচেক চেকশিল্লকলে। যৈনশুনবা অদু মহাক্না হাযদোক্লুই হাযববদি মহাকপু যৈবিবগনি হাযবসি মহাক খঙলম্মী। তশেংনা মহাকপু মবেংজুম পাযদুনা নিকপদু মহাক পাল্লমদে– কবিগুম্বা মওংদা মহাক্কী মশাদা পাযবদু মহাক পাল্লমদে, অদুবু মফম অদুদনা স্বামী অদুনা মহাক্কী মখুদাং পাযদুনা নিকখ্রে, মমাযদা মকোইনা তকখ্রে অমসুং মফম অসিদনা মীশিং অসিনা অমুক হন্না মহাক্কী মবেংজুম পাযবীবে। কৈদৌদুনা মহাক যাউশিল্লুববনো হাযদুনা নুংঙাইতবা পোকলে। মখোয অসিগা কবিমতা হেক তৌনদবনা খ্বাইদগী ফবনি। স্বামী অদুদা যৈনশুনবগী ব্রা অদু মানা হাযকবনি হাযবা মখোযনা খঙলবদি মাগী মপাম্বোম থুদেকপিবগনি। অদুনা মহাক্না খঞ্জবা ঙম্বা খ্বাইদগী ফবা মওংদা মহাক্না থৌদোক পূন্নমক অদু কূপশিঞ্জবে। মহাক মমিৎ কূপ্লকলে। মখোযনা অমুক হন্না মঙোন্দগী হংলকই, "নঙনা মঙোন্দা কবি হাযকই ?"

"নোং তাদ্রে," মঙোন্দা খ্বাইদগী লাইনা থোকপা বিষযদা মহাক্না হাযবকই। মকোক্তা মখোয়না মহাকপু নানবিবে অমসুং যেংনিংদনা হাযবকই, "পাউ তাক্লুবিবা অচৌবা প্রোফেৎনিনে ! মতম অদু ফাওবা মহাক কবিমতা খঙলমলিবোই খল্লি।" অদুদগী মযাম হৌদুনা নোক্লকলে। অঙাং অদুসু নোকশিন্নবে অমসুং কাউথোকখিনবা হোৎনবে।

অদুদগী মঙোন্দা শিন্নরক্লিবা পাউ অদু নিংশিংলকলে, অমসুং মদুগী মরমদা করিগুম্বা খরা হায়হৌবনা ফরে খল্লে, নৎত্রগদি অচৌবা মী অদুনা মদুগী মরমদা অমুক খঙলক্কুনা মঙোন্দা শাপ তৌবিরকপসু যাই। অদুনা হান্নগী হৌখিবা মতাং অদুদা অমুক হল্লক্কুনা মহাক্না হাযবকই, "মহাকতি মসি পূন্নমক অসি ফৎত্রিবখৈ চাননবা করিমতা পামদ্রে হায়রকই।" ব্রা অসি অসুক চীংলেন্না অমসুং মথ্বাই য়াওনা হায়বকই মসিদা মখোয়না হংলকই, "মহাক্না করি হায়রকপগে ? ঐখোয়দা চপ চানা হাযযু।" মিকুপ অমতং খল্লুবগা অঙাং অদুনা হায়বকই, "নয়াম্বদা ঐগী চাননবা অমুক পুরক্লুগনু হায়য়ু। ঐহাক চাররোই। ঐনা করিমত্তা চাদ্রবদি পূন্নমক পুংফ ফবগনি; অদুদগীদি কবিসু অকাইবা লৈরবোই।" মখোযনা মঙোন্দা ইঙক ঙক্না য়েংদুনা লৈবে। মহাকনা ফংজরিবা মরু ওইবগী মতৌ অদুদা নুংঙাইজরদুনা মহাক নোক্লককলে। মখোয ময়ামদি ঙাইহাক্তং ব্রাখল খন্নদুনা লৈনরে।

অদুগীদি মখোয়গী মরক্তগী অমনা হায়রকই, "ঐখোয়গী ইরক্তা স্বামী অসিগুম্বা মী অমা লৈজবা ফংলিবা মঙ্গলা হায়বা লম অসি পূণ্যগী লমদমনি। মহাক্না ঐখোয়গী ইরক্তা হেক লৈরিবমখৈ ঐখোয়দা কবিগুম্বা ফত্তবা থবক অমতা থোক্লোই। মহাক্তি মহাত্মাগুম্বনি। মহাত্মা গান্ধীনা চরা হেনখিবা মতমদা ভারত্তা থৌদোক কয়ামুক থোকখি ! মহাকসিসু মহাক্না মান্নবা মীওই অমনি। মহাক্লবু চরা হেনবিরবদি নোং শোয়দনা তারগনি। ঐখোয়বু নুংশিবিবদগী মহাক্না থবক অসি পাইখৎপীগদৌরিবনি। মসিনা শোয়দনা নোং তাহল্লগনি অমসুং ঐখোয়গী ইতেং পাংবীরগনি। মতম অমদা নুপা অমখক্লা নুমিৎ ২১ নি পুরা চরা হেনবদগী ঈশিং ঈচাউ অমা থোকহনখি। অচৌ অচৌবা মহাপুরুষতনা মশা মশানা অসিগুম্বা থবক অসি তৌগে হায়দুনা য়াজে।" ইরাং অদু ইলেকত্রিক্কী মতৌগুমখ্রে। মখোয় পূন্নমক য়েনশুনবা, অব্বাবা অমসুং নুঙাইনব্বা পূন্নমক পূমকাউ কাউনখ্রে।

খুঙ্গং অদু মথুম মরাং হৌরে। অতৈ অতোপ্পা পূন্নমক হৌজিক্তি ফল তাদ্রবগুম থোকলে। কনাগুম্বা অমনা তুরেল অদুদা ঈশিং তুংবা লোৎফম লৈত্রদুনা অমসুং নুংশাগী মৈশানা চাকথেক্লদুনা গুম্ভীর অমা লৈঙোই মথক্তা শিদুনা লৈরমলে হায়বা পাউ পুরক্লে। অতোপ্পা কনাগুম্বা অমনা থুনা কংথরক্লিবা মনাক অদুবাইদগী খুঙ্গং মনাক্তা লৈবা অচৌবা পাৎ অদুগী মখাদা পাৎ অদু ওইখিবা মতম শতাব্দী অমরোমগী মমাঙদা নমথখিবা থাইনগী মন্দির অমা

ফাওগৎলকলে হাযববে। মন্দিব মনুং অদুদা লৈবিবা লাইগী মূর্তি অদু ঈশিং মনুংদা অদুক কুইনা লৈকববসু কবিমত্তা অতেক-অকাই লৈতনা হৌজিকসু লৈবি– মন্দিব অদুগী অকোযবদা হৌনিবা যুবী পাম্বী মবি অদু হৌজিকসু হৌবি– অসিনচিংবা, অসিনচিংবা। পুংজা খুদিংগী হেন্না হেন্না শুগাইবা পাউ লাকলি। মী চাম চামনা পাৎ অদুগী মখাদা কূমদুনা মন্দিব অদু যেংনবা চৎনবি, অমসুং কনাগুম্বা চেকশিন্দবা খবসু লৈখোম মনুংদা পুখদুনা মথব্রাই মাঙখ্রে। পূন্নমক অসিনা হৌজিক্তি মযামগী ওইবা নুংঙাইবা অমা পোকহল্লে অদুবু অকিবদি নত্তে। পোৎ লৈবা লাকপা মী ফূখিবা দুকান ফম্বা নুপা অদুগী ব্রাফম অদু ফাওবা খবা যাংনা খনবা ঙম্নবে। "অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু অসুম্না মীনা মহাকপু ওক্তবীগী মচা হাযনা চৈবোইদবনি। মদুদি মতিক চাবা ব্রাহে নত্তে।"

"তশেংনসু মাগী মবীমতা হাযবসির্দি মী অদুগী মতেং পাংফম থোকই। অদু নৎত্রবদি মখোযগী মমলদু কবিনো ? বেলান্না মহাক্কী মবাইবক্তা শোক্লিবা অদুগী মবমদা খল্লম্মী অমসুং অতৈ অতোপ্পা খবসু থুনমক মখোযগী অশোকপশিং অদু নিংশিংনবকই। কদাই ফাওবা ব্রাফম অসি ঙাকপীবা যাববগে হাযবদু মখোয লেপ্পবা ঙমদ্রে। অতোপ্পা কাংবু অদুগী মী কযাসু মতম অদুমক্তদা অশোকপা মফম কয়া হিদাক-লাংথক তৌদুনা লৈনবমগনি হাযনা খন্দুনা মখোয মশা মশাবু থেমজিঞ্জবম্মী; মসিদি যাম্না পেনবা পোকহনবা ব্রাখলনি। খৎনবা অদু কাউথোক্লখিবা যানবা অহুমশুবা অতোপপা কাংবু অমা থোবক্তুনা, হান্নগী অতোপ্পা কাংবু অদুনা মৈ থাদোকখিবা শজিক মপৈ অদুগী মমল পীযু যাববা অমসুং কাংবু অসিগী খ্বাইগী অহল অসিবু চাক কৌদুনা পীজৌ হাযবা যাববদি ব্রাফম অসি তাইশিন্নবা যাবনি হাযদুনা থুনা লেপ্পবে অমসুং শান্তি ওইননবগী ফিবম অদু তান্নদুনা মতম ফনা কুইনা লেল্লুবগা মতুংদা "ঐখোয পূন্নমক পূন্না চত্তুনা ঐখোয়বু কনবিবিবা স্বামীদা ইকাই খুম্নবা উৎলুবসি" হাযনবদুনা হৌগৎলক্লে।

বাজুদি মহাকক্কী মহৌশাগী খুদোলপোৎ অমসুং চিঞ্জাক ঙাইদুনা লৈবম্মী। মহাক্কী চাননবা উঁহেব্রাহে অমসুং অঁতে অঁতৈসু অদুম মবৈবম্মী অদুবু মখোযনা মহাক্কী অঁতৈসু পুবক্কনি হাযনা নিংলম্মী। মহাক্লা মখোযদা মহাক্কীদমক্তা গেহুগী যাম, চেংগী যাম অমসুং মকমবাং পুবকউ হাযবম্মী। অওনবগীদমক মহাক অনৌবা মথোং অমসু যেংনিংলম্মী। মহাক্কী থোইদোক্লা দবকাব ওইবশিং অদু যাম্না হৈশিংনা হাযখিনবসু মহাক হৈশিংলম্মী। মহাক্লা মহৌশানা বেলানবু

নাকন্দা কৌথোক্তুনা হায়বা হৌরকই, “চেংগী য়াম খরগা মোরোক খরতংগা ফংহনবা ঙম্নবদি অতৈ অতৈ পোৎসু খরদি ময়াওহনবা অদু ওইরবদি ঐহাক্না ইনৌ নৌবা পোৎ অমা পুথোকপা ঙমগনি হায়বসি নখোয় খঙগদবনি। য়ুমশকৈশা নুমিত্তদি – ।” মহাক্না অকক্নবা য়ুমশকৈশা খরদদি চেংগী য়ামগা অদু অদুগুম্বা মখলগী মরু মরাংগা লোইননা মহাক্কী চিঞ্জাক ওইনা চানিংই হায়দুনা হিংদুনা লৈননবগী নীতি অমা হায়রম্মী অমসুং ৱাফম অসি মহাক্না অসুক য়াম্না থৱাই যাওনা হায়খি তারিবা মীশিং অদুনা মদুমক্তি মহাক্কী আধ্যাত্মিক পুন্সিদা চংদ্রবা য়াদ্রবা পোৎচং অমগুম অমসুং নুপা অসিগী আত্মাবু মওং চানা থম্নবা অমসুং মহাক্না ঈশ্বরগা লৈনরিবা মরি অদুসু নিংথিনা থম্নবা পোৎশক অমনি হায়না খন্নখি। মহাক্তি বেলৱে ষ্টেশন্দা লংফে চৎপশিংদা উগী খুদেংদা হাপ্তুনা য়োল্লবা বোন্দা হায়বদু চানিংবগী অপাম্বা অমা পোক্লম্মী। মদু য়ামনে, আলুনে, তিলহৌ মচেৎ অমনে, ফদিগোম অমসুং মোরোক অতেকপা অমগনা পূন্না শাবনি অমসুং ও! কয়াদা হাউখ্রবা! মদু অতোপ্পা করিনো অমদা ঙৌরদুনা, হোংবু হোংলবদি পোৎয়োনবা নুপা অসিদি কেরোসিন থাউদা ঙৌবদা কবিসু চিংনবা পোক্তবা মীনি। মদু পুম্নমক্কা লোইননা মহাক্না হাউর হাউরবা পোৎ কয়ামুক শারম্মী, রাজুনা পোৎয়োনবা নুপা অদুদা কমদৌদনা শাবগে হায়না হংবা মতমদা মহাক্না “শিং মচেৎ অমতনা শাবনি,” হায়না হৌরদুনা অদুদগী মখা চত্থরকই। নহান নোংমা নুমিদাংৱাইরম ভাগবত গীতাগী মরমদা ঙাঙলিঁঙেদা, রাজুনা মতোম্মতা খনখি মসি হৌনবা খাং অমসু লৈরে অমসুং লোক লোক শৌরবা থাউদা নিংথিনা নোইরবা তল থাদদুনা হৌবদগী হেন্না মখোল নুংশিনা থোকপসিবু অতৈ করি লৈরিবগে? মহাক্কী অপাম্বা অদু বেলান্দা য়াম্না হৈশিংনা তাকখ্রে।

*চীংদুম অদুগী ৱাংমদা খোঞ্জেল তারকপদা মহাক অৱাবা পোখোকলে।* মশাগী ফিবম অদু মহাক্না মায়োক্লগদৌরিবা মতৌ অদুগীদমক্তা শেমজিল্লদুনা, মকোই অমসুং মশম নাল্লদুনা মখুত্তা লাইরিক অমা পায়রগা মহাক্কী ফমফম অদুদা ফমথখ্রে। খোঞ্জেল অদু অসুম অসুম নকশিল্লকপগা লোয়ননা মহাক্না য়েংথোক্লবদা মহৌশাদগী মশিং হেন্না মী কাংবু অমা লৈঙোইলম অদু লান্দুনা লাকপা উরে। মিকুপ অমতংদি মহাক চমমনরুরে, অদুবু মখোয় ময়াম অসি মহাক্না য়ৈনশুনবা থোক্কদবদগী থিংবিদুনা নুংঙাইবা পোক্লবনি খল্লম্মী। অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু মহাক করিগুম্বা খরদি ফংবা ঙমলে অমসুং খুঙ্গং

অদুবু কনবা ঙমলে। বেলানগী অপঙবা মনাও অদু অদুক হাক্লদি ফত্তবা নত্তে। মখোয়না বেগতা য়াম হাপ্তুনা পুরক্কনি হায়না মহাক্লা খল্লম্মী। মখোয় য়ৌরকপগা খুদক্তা মদু পীবো হায়করবদি কয়া চুনফাত্তে মখোয় মশানা শোযদনা চাকশংদা মদু থনম্বা তাববনি।

হোল অদুগী মনাক অসুম অসুম নকশিল্লকপগা লোযননা মখোয়গী খোঙথাং অমসুং খোঞ্জেল অদু অসুম অসুম তপথবক্লম্মী। অঙাংশিং অদু ফাওবা চীংলেন্নবা নুপা অদুগী মনাক নকশিল্লকপদা মখোয়গী মখোঞ্জেল অদু নেমথবকই।

মী খুদিংমক হান্নগুম্লা ব্রা ঙাঙদনা থা মচেৎ শানা মশা মশাগী ফমফমদা ফম্লদুনা লৈনবম্মী। নুপীশিং অদুনা থুনমক লৈমাইদু ব্রাই শিৎপা অমসুং কম্বীশিং থাউ হাপ্লবা হোৎনবদা মথৌ চিন্নখ্রে। মিনিট তরাদি রাজুনা মখোযদা য়েংসু য়েংলুদে, ব্রাসু ঙাঙলুদে লাইবিক্কী চেনাশিং অদু ফাক্তুনা লৈরম্মী। বেলানগী মীশিং অদু কযামুক শোকপন তৌদবগে হায়বদু মহাক খঙনিংলম্মী। মহাক্লা মিৎযেং অদু হুবান্দুনা অমুক্তং য়েংথোক্লুবদা মহাক্কী মরাইবক্তা লৈবিবা অকায়বগী খুদম অদু উরুরে অমসুং মপুক্লিংদা নিংলম্বা অদুদগী চাং তানা অশোকপদু কোইয়েং য়েংলুবদা থেংনরম্মী। লাইরিক পাবা অদু অমুক হৌগৎখ্রে অমসুং মিনিট তরা পাকববা মতুংদা হান্নগুম্লা মীয়াম তিল্লিবা অদুদা কোইয়েং য়েংলক্লম্মী। মীয়াম অদুদা য়েংলে, মরু ওইনা বেলান্দা মুন্না য়েংলদুনা হায়রকই, “ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মতাং অসিদা হায়বি–।” মৈঙাল অদুদা লামাই অদু পুশিল্লগা মতাং অমা পাবকই। “মসিনা হায়রিবসি করিনো নঙ খঙব্রা ?” মহাক্লা মচোই মচোইববা হিরম কয়ামুক্তা অফবা চিঞাক চাবদগী হৌরদুনা ঈশ্বরগী অফবা মগুন্দা অমতা ওইনা থাজবা ফাওবগী মরমদা দর্শনগী ওইবা ব্রা মচেৎ মচেৎ ঙাঙবা হৌরক্লে। মহাকপু করিগুম্বা মওংদা মরক থৎপা তৌদনা হায়রিবা অদু মখোয়না মুন্না তারে, পুং অমরোম হৌখ্রবা মতুংদা মহাক্লা স্বর হোনগে হায়দুনা লেপ্পক্লবা মতম অদুদা বেলান্না হায়রকই, “নঙগী লাইশোন ময়াম অসিগী শোয়দনা পাউখুম ফংদুনা ঐখোয়গী খুঙ্গং অসি কনবিগনি। খুঙ্গং অসিদা লৈরিবা ঐখোয় খুদিংমক্লা নহাক মঙ্গল ওইরকসনু হায়না অহিং নুংথিল অনিমক্তা ঈশ্বরদা খুরুমলি।” মহাক্লা হায়রিবা অদু তাবদা রাজুদু ইখঙ খঙখ্রে। অদুবু অসিগুম্বা তাবদা নুঙাইবা ব্রাজাওশিং অসিদি মহাক্লা মখোয়গী হৈনজবীনি নিংলম্মী অমসুং মখোয়না চুম্লগী মহাকপু খৎন-চৈনবা অদু মখা চত্থহন্দনবা ভাব তাহনবিবগীদমক্তা

থাগৎলিবনি হায়না নিংলম্মী। মীয়াম অদু মরাঙ মরাঙ তৌনরক্লে অমসুং মাইকে খুদিংদগী মহাকপু থাগৎনরক্লে। নুপী অমা চঙলক্তুনা মহাক্কী মখোঙ শোক্লরে। অতোপ্পা অমসু চঙলক্লে। রাজুনা লাউরকই, "ঐনা নখোয়দা অসিগুম্বা থবক অসি ঐঙোন্দা তৌবা শুকয়া য়ারোই হায়খিদ্রা ? মী অমনা কনাগুম্বা মী অমগী মমাঙদা তুদুনা শুকখু খুরুম্লোইদবনি।" নুপা অনি অহমখক চঙলক্লে, অমনা হায়রকই, "নঙদি অতোপ্পা মীচম অমা নত্তে। নঙদি মহাত্মানি। নঙগী খুয়াগী উফুল শোকচবা ফংলবদি ঐখোয় ইশা ইশাবু আশীর্বাদ ফংলবনি নিংজগনি।"

"ও, নত্তে– মদুম্মা হায়গনু – ।" রাজুনা মখোঙ অদু চিংথোক্কদবগী হোৎনরম্মী। অদুবু মখোয়না মহাকপু ইকোই কোইশিনখ্রে। মখোঙ অদু কৃপশিনগদবগী লাক্লরম্মী। মখোঙ অদু কেকুলোৎপী শান্নবগুম তৌবদু মহাক হৈনরক্রে।

মখোঙ অদু লোত্তুনা থম্লনবা মফম লৈত্রে। মাইকে পূম্লমক্তগী মখোয়না মহাকপু কোয়শিল্লক্লে অমসুং মখোঙ অদু শোক্লবা পীরক্লবদি তিকি তিকি হোৎকদবগী মওং ফাওবা তৌরক্লে। থৌদোক অসিদগী নাম্থোক্লবা উপায় অমতা লৈত্রে হায়বদু মহাক খঙলম্মী অমসুং মখোয়না পামলিবা অদু হেক তৌহনবনা খ্বাইদগী ফবা ওইরগনি হায়না নিংলম্মী। মীয়াম অদুগী মরক্তগী অয়াম্বনা মহাক্কী মখোঙ অদু শোক্লদুনা হন্দোক্লখ্রে অদুবু পংথাপ থাপ্লদি নত্তে; মখোয়না মহাকপু ইকোই কোইশিল্লদুনা চখোকখিগদবগী মওং অমতা তৌদ্রে। মহাক্কী মমায় অদুদা য়েংখৎনরক্লে অমসুং অনৌবা মওংদা মুন্না য়েংদুনা লৈনরে; মহাক্কী শকফম অদুদা মমাংঙৈদা অমুক্তা উৎখিদ্রিবা হেন্না চিংলেম্বা খুদম খবা উরক্লে। বেলান্না হায়রকই, "নঙগী তপস্যা অসিদি মহাত্মা গান্ধীগী তপস্যাগা অম্মানি। মহাক্না ঐখোয়বু– কনবিনবা নঙগুম্বা শিষ্য অমা থম্বীবম্লবনি।" মখোয়না খঙজবা খ্বাইদগী ফজবা মখোয়গী অদুক হাক্লা চাউখৎচদ্রবা লোন্দা মহাকপু থাগৎনরকই। করিগুম্বা মতমদনা মখোয় ময়াম পূন্না ব্রা ঙাঙলক্তুনা চরাং চরাংবা মখোলসু থোকহল্লকই। করিগুম্বা মতমদনা মখোয়না ব্রাহৈ পরেং অমা হায়বা, হৌরুরগা মদু লোইশিনফম খঙদনা অদুম মতোকখি। মখোয় মথ্বাইমক য়াওনা মপুক্লিংগী ভাব চপচানা ফোঙদোক্তুনা ঙাঙলিবনি হায়বদু মহাক খঙলম্মী। মখোয়গী লোন্দা অদু ব্রাজাউ ওইনা তারবসু মখোয় তৌবিমল খঙনদি ঙাঙলিবনি। চরাং চরাংনবদুদি তৌফম খঙদে। অদুবু মখোয়গী মঙোন্দা

লৈবিবা শ্রদ্ধাদি চিংননিংঙাই কবিসু লৈতে। মখোয়গী চঙজবক্কিবা মওং অদুদা অসুক যাম্না মথম্মোই শেংনা উখ্রে মখোযনা মহাক্কী মখোঙ অদু শোকপদু চুম্বু চুম্মল্লবনি হাযনা মহাক খনবা হৌবক্লে; থাঙ্গৈশেংনসু মহাক মকোক নোঞ্জদুনা মশাগী মখোঙগী উফুল লৌজদুনা মনিত্তা হাপচবা ফাওবা চুন্নবনি নিংখ্রে। মহাক্কী মশাগী মতৌ অদুদা অবংবা মঙাল অমা থোবক্লে হাযবসি মহাক খনবা হৌখ্রে ...। মীযাম অদু মহৌশাগী চৎনবা মতম অদুদা চৎখিদ্রে, অসুম ফমথদুনা লৈনবে।

বেলান্না মহাক মশামক ঙসিদি চবা হেনবগী মওং উৎলে অমসুং থা কয়ানিমুকসিগী মনুংদা মহাক ঙসিতদি চানথক্লবা পুবকপা ঙমদ্রে হাযবদুসু উৎলে। হান্ন হান্নগীদুনি। মহাক্লা চবা হেনবদুদা মখোযনা অসুক যাম্না মমল লৈনা খন্নপ্রবদুদা মহাক নিংথিনা হংবা ঙমখিদ্রে, "ঐগী বোন্দা হৌনবা মপোৎমচৈদি কদাইদা লৈখ্রে ?" হংলুববদি কয়া লূদনা থোক্লনি। খবা তপ্না থিখোৎলবসু থোইনা অমাঙবা লৈতে। মখোযনদি মহাক মখোযগী যৈনশুনবা অদু তোকহন্নবগীদমক্তা চবা হেল্লিবনি হাযনা খন্নখ্রে, অমসুং নুমিৎ অদুদা হান্না চবা অনিবক চাথোকখ্রে হাযদোকপদু মহাক যানিংদ্রে। মতাং অদুদা মদু অদুম মবৈহনবা যাবে, অমসুং মহাক্কী মমিৎ অনিদু চোকথবদগী খজিক্তং তুথনা উববসু থোইনা পংকাই কাযগদবদি নৎতে। হৌজিক্তি থবকসু ইরোঘ লোইশল্লকলে, মখোয়মনা হেক চৎখিদ্রিবসিবু কবিগীনো ? বেলান্দা মনাক্তা চঙলকউ হাযনা খুদম তৌবকই, "কবিগীনো নুপী অঙাংশিং অসি থাদোকখিদ্রিবা ? থেংজিল্লক্লিববা ?" মীযাম অদু নোংযাই যৌবমদাইদা চৎনখ্রে, অদুবু বেলান্দি নুমিদাংবাই চুপ্পা মহাক্লা ফমলিবা মফম অদুদা উখোং অমদা ঙবদুনা ফমদুনা লৈবে। "নঙবু তূমনিংদ্রিববা ?" বাজুনা হংলকই।

"তূম্নিংদ্রি ইবুংঙো। নঙনা ঐখোযগীদক্তা তৌবিবিবা অসিগা যেংনকুববদি তূমদনা লৈবসিদি কবিসু লৈতবা স্বার্থত্যাগ অমনি।"

"মদুদা থোইনা মমল পংলৈ লৈনা খল্লুনু। মসিদি চুম্নদা ইথৌ হাযবা অদুতনি, অমসুং ঐনা তৌফম থোকপদগী থোইনা হেনবা কবিসু ঐহাক তৌদ্রি। চৎনিংলগা নযুমদা চৎলো।"

"চৎচখিবোই, ইবুংঙো। হযেং খুঙ্গংগী লুচিংবা অদুনা ঐগী ইহুৎশিনবা লাক্লবা মতমদা য়ুমদা চৎচগনি। মহাক মফম অসিদা অযুক্কী পুং ৫ তাবদা

লাকপদুনা নুংথিল ফাওবা লৈগনি। ঐহাক যুমদা চৎলুদুনা থবক ইংখাং খরা য়েংশিন খোৎচিন তৌরুরগা অমুক হঞ্জরকনি, ইবুংঙো।"

"ও! মী অমা ইতত্তত্তনা মফমসিদা থাদোক্তুনা শেন্নদুনা লৈরুবগী থোইনা দরকার করিসু লৈতে। ঐহাক ইতোম্মতা অদুম য়েংশিঞ্জবা ঙমগনি।"

"মদুগী থবক্তুদি চানবিদুনা ঐখোয়দা শিন্নবিগনি নিংজৈ, ইবুংঙো। ঐখোয়দি চুম্না ইথৌতা তৌজবনি। ইবুংঙো, নহাক্তি চাউরবা স্বার্থত্যাগ অমা তৌবিরিবনি, অমসুং মদুগীদমক্তা ঐখোয়না তৌজবা ঙম্বসি ননাক্তা লৈজবসিতনি। নঙগী মায়থোং য়েংজবদগী জ্ঞান ফংজৈ, ইবুংঙো।"

অসিগুম্বা মতৌ অসিদা রাজুদু তশেংনা মথাই শোকলে। অদুবু হিরম অদুগী মখা য়ৌনা চত্থনবগী মতম য়ৌরক্লে হায়না মহাক্না খল্লকই। অদুনা মহাক্না হায়রকই, "নঙনা হায়বিবদু চুম্মী। যক্ত তৌরিবা মী অদুগী সেবা চঙলিবা মী অদুসু ফলদি চপ চানা ফংই" হায়না শান্ত্বনা হায়রি, অদুনা নঙনা হায়রিবসি লাম্দে। ঐনা হোৎনজবসি জয় ওইরে হায়বগীদমক্তা ঐনা ঈশ্বরদা খুরুমজরি, অমসুং নখোয় পূম্নমক অমগা অমগা শান্তি ওইনা লৈনরে, মসিনি ঐগী মরু ওইবা ব্রাফমদি। হৌজিক্তি মদুসু লোইখ্রে, পূম্নমক্তা অকায়বা করিসু লৈত্রে। নঙ নয়ুমদা চৎপা য়ারগনি। হয়েংদগী ঐগী হান্নগী চাবদু অদুম চারগনি অমসুং ঐসু করিসু তৌররোই। ঐগীদমক্তা চেংগী য়ামগা, মোরোক অতেকপা অতৈ অতৈসু পুরকপদি নিংশিংগনিদনা।" ব্রাসি তাবদা বেলান্না মহাককী অঙকপা মতৌ অদু হায়দোক্কদবদু ইকাই খুম্নবগী ব্রাখলনা লাকহৎখ্রে। অদুবু অমুক হন্না মশাবু খামদুনা থম্বা ঙমদ্রে। "ইবুঙো, হয়েংমক নোং তারগনি নিংবিব্রা ?" "ফরে ...," রাজুনা মিকুপ অমতং খল্লম্মী। খন্নরিবা হিরম অসিদা হাপচিল্লকখিবা অনৌবা হিরম অসিনা করিনো ? "কনানবু হায়বা ঙম্বগে ? পূম্নমক ঈশ্বরগী অনিংবমক্তনি। তারকপসু য়াই।" মতম অদুদদি বেলান্না মনাক নকশিল্লক্তুনা মহাক্কী মনাওনুপানা মখোয়দা তন্নবা ব্রা ময়াম অদু হায়থরক্লে অমসুং অকোয়বদা লৈরিবা মীশিং অদুদা পোকহল্লিবা ইরাং অদুসু খঙহল্লক্লে। মখোয়বু কনবিগদৌরিবা নুপা অসিনা তৌগদৌরিবসি করিনো হায়বদুগী তাংদাংবা অকূপ্পদু বেলান্না হায়থরক্লে খুকউ য়ৌবা ঈশিংদা লেপ্তুনা, অতিয়াদা য়েংখত্তুনা, চয়োল অনি পূরা চরা হেন্দুনা লাই শোনগনি অমসুং য়েংউ, মদু পাঙথোকলিবা মী অদুগী অশেংবা আত্মা লৈরম্লবা, অচৌবা মী ওইরম্লবদি নোং শোয়দনা চুরক্কনি। লৈবাক পূম্নমক অদু হৌজিক্তি পুকচেল

চাউববা মহাত্মা অদুনা কল্লবা পরীক্ষা অসি তৌবগে হায়দুনা যাবীবে হায়দনা পুম্নমক লাঙনখ্রবনি।

মহাক্কা ৱা অসি মথ্বাই যাওনা হায়মনবদু উকৈবদা বাজুগী মমিত্তগী মপি তাবক্লে। মহাক্কা ইকুই কুইদ্রিত্তৈগী মমাংদা মখোয়দা অসিগুম্বা তপস্যা, মসিগী কাল্লবা অমসুং পাঙথোক্কদবা মওংগী মবমদা হায়খি হায়বদু মহাক নিংশিংলকলে। বা অদুদি মচেৎ অমনা মশাগী ৱাখলদগী অমসুং মচেৎ খবনা অসুম চৎনবকপগী ওইনা মমানা মঙোন্দা লিরিখিবা বাবীদগী খঙহৌদুনা নিংশিংদুনা হায়খিবনি। মদুনা নুমিদাংবাই অমগী প্রোগ্রাম ওইদুনা ভাবকশিং অদুগী মপুক্লিং অদু নোং তাদবদুগী বাখলদগী থৈদোকহনবা ঙমখি। মহাক্কা মখোয়দা হায়খি, "মতম অদু ওইবক্লগা পুম্নমক ফবর্কনি। নোং পুথবিবক্কদবা মী অদু যাওবা নখোয়গী নমাঙদা ইখঙ খঙহৌদনা মবাইনা থোকচবর্কনি।" মহাক্কী বাহৈশিং অদুগী অর্থ লৌনদুনা হৌজিক্কী দিবস অসিদা মদুমক পানশিল্লকপনি। মশানা পাম্লোকচবা ঙমলবোইদবা ফিবম অমদা মশাবু তাহঞ্জকবে হায়বদু মহাক খঙলকই। মহাক্কী অঙকপা ভাব অদু নমথাক তৌবা ঙমদ্রে। অমবু ওইববসু, অমবু ওইববসু মহাক ৱাখল খনবা মতম অদু যৌবক্লে মশানা হায়দোকখিবা বাদা লেপ্পগী মমল লৈহনবগী তাঞ্জা অদু যৌবক্লে হায়বা মহাক খঙলম্মী। মতমদি খবা দবকাব ওই মহাক্কী — অমসুং থৌদোক অদুদা মুম্না খন্নবগী অচিকপদু পাম্মী। মহাক্কী অৱাংবা ফমফম অদুদগী কুমথবক্লে মদুনা ইহান হানবা খোঙথাংনি। ফমফম অসিদি মণ্ডাল অমা যাওজববনি, মহাক্কা মফম অসিদা ফমদুনা হেক লৈবিবমখৈ মীশিংনা মহাক্কা হায়বদু চুম্নগী মীচমশিংনা হায়বগুম কবিসু লৌবিবোই। মশানা শেমজকবা অদুগী পাকচাউবা মতিক্কু মহাক হৌজিক্তা খঙজবক্লে। মহাক্কী পিক্লবা, কবিসু লৈতবা মশাদুনা চাউববা হিংচাবা অমা শাকবে, নুংপাক অদুনা শক্তি লৈববা সিংহাসন অমা ওইহল্লুবে। খোইনা চিকপদা তৌবগুম ফমফম অদু মহাক খংথা থাদোকখ্রে অমসুং বেলানগী মনাক্তা চঙলকলে। মহাক্কী খোঞ্জেল অদু চপচানা নোঞ্জবা অমসুং কিবনবা ইফা ফাজিনখ্রে; মহাক্কী মতৌ অদু চপচানা চপযুংবা অমা যাওখ্রে। নুং ওল্লবা শস্ত্রিগুম্না বেলানদু চপ লেপ্তুনা লেঙদনা ফমদুনা লৈখ্রে। "বেলান ঐনা হায়বিবসি মুন্না তাও; ঙসি অহিংদি ঐবু ইতোম্মতা লৈহনবসি যাম্না দবকাবনি। হয়েংসু নুমিৎচুপ্পা ঐবু ইতোম্মতা লৈহনবিবা দবকাবনি। অদুনা হয়েং নুমিদাং লাকউ ঐগা উনসি। হয়েং নুমিদাং নঙগা ৱা ঙাঙনসি।

মতম অদু য়ৌদ্রিফাওবদি নঙ নৎত্রবসু অতৈ অতোপ্পা মী অমতগা ঐ উনবা য়াদে।" ৱাফম অসি য়াম্না ঙক্না অমসুং মরুওইনা থোকখ্রে, বেলান্দু ৱা অমতা ঙাঙদনা হৌগৎলকলে, "হয়েং নুমিদাং ইবুংঙোবু উনবা লাকচগনি। ইতোম্মতা লাকচৌরা ?"

"হোয়, হোয়, নঙ নতোম্মতা।"

"য়াম্না ফরে, ইবুংঙো; নঙগীসু নশাগী মরম লৈজে। কবিনো অমসুং করিগীনো হায়না অমুক মরম হংলুবসু ঐখোযগী ইথৌ নত্তে। মী কয়াসু হৌজিকসু লাকখিগনি। তুরেলদগী মখোয়বু হলহনখিনবা মী থমগনি। মসিদি খুদোংদি থিবা পোৎনি, অদুবু নঙগী হুকুম ওইববদি পাঙথোকপা তাই।" য়াম্না লুনা খুরুম্লম্লগা মহাক চৎখ্রে। ঙাইহাক্তং মহাক্না চৎখিবদু বাজুনা লেপ্তুনা য়েংদুনা লৈরে। মহাক্না তুমফম ওইনা শিজিন্নবা মনুংগী কা অমদা চঙখ্রগা হিপলুরে। নুমিৎ চূপপা অদু ফমদুনতা লৈনবদগী মশা অদু ইচিক চিকলে; অমসুং খুদোংথীবা ময়ামদু মায়োক্নবদসু মহাক মশা অদু পুমচোক চোকথবে। অদুগুম্বা মমলবা কা অদুদা শেকপীশিংনা কোইপাই পাইবা অমসুং অথাপপদা খুঙ্গংগী মরাং মরাংবা মখোলসিং অদু শিথরকপগা লোইননা অচিকপা হায়বদু লাকলে। মহাক্কী ৱাখল অদু পোত্থাবা ফংদ্রবা পুক্নিংদু পুং অহুমদি মঙলাক হারাক্লবগুম ৱাখলগী মরাঙ মরাঙবা কয়ানা থল্লম্মী।

নুমিৎ ১৫ নি মহাকপু চরা হেলহন্দুনা পুং ৮/৮ খুকউ য়ৌবা ঈশিংদা লেপ্তুনা লৈয়ু হায়রিবরা ? মহাক হৌগত্তুনা ফমলে। মখোয়দা মদুগী ভাব অদু তাকথোকলুবগীদমক্তা নুংঙাইতবা পোক্লক্লে। তাবদদি ওহ্বোক্না ফজনা থোকখ্রে। অদুবু ৱাফম অদুমক মহাক মশামক্তা থোক্লক্লনি হায়বা খঙলম্লবদি ইতোপ তোপ্পা মওং অমদা হায়রমগদবনি। খুঙ্গং পূম্নমক হুপতুনা মহাকপু অরেপপা লৈহন্দনা বোন্দা পীজগদবনি হায়জরমগদবনি। মখোয়গী মথৌদি চিঞ্জাক হুনবদু লেপহন্দবা হায়বসি ওইহল্লমগদবনি। অদুদগী সাধুগুম্লবা নুপা অদুনা নোংমদা ঈশিং মনুংদা মিনিট ২/২ লেপ্তুনা নোংদু থুনবু ওইরবসু তাহল্লক্কনি হায়রমগদবনি। মহাক্কী মমানা তামিলগী শৈরেং অমদগী লৌথোরক্তুনা তোয়না হায়খি, "করিগুম্বা মফম অমদা অফবা মী অমবু লৈরবদি মহাক্কীদমক্তা নোং তারক্তুনা পৃথিবী অসি কান্নবা ফংহল্লি।" মহাক্কী খ্বাইদগী ফবা লম্বীদি পূম্নমক অসিদগী নাহ্বোক্তুনা থাপ্পা চেনখিবনি হায়না মহাক্না খল্লকই। মহাক মখোঙনা চৎখিদুনা মফম

অমদগী বস তোংদুনা মীশিংনা মহাক্কীদমক থোইনা পংখন খনবিররোইদবা, চুন্নগী মকোইমবাং চোম্বা অতোপ্পা সাধু অমনি হায়বদগী হেল্লরোইদবা সহর য়ৌনা চৎখিবা ঙম্মী। বেলান অমসুং মী অতৈশিং অদুনা মহাকপু কোইথিথিরগা মমৈদা হিমালয়দা চঙদুনা মাঙখ্রবনি হায়না লৌনগনি। অদুবু মসিবু করম্না পাংথোকপা তাবগে ? মহাক কয়া থাপ্পা চৎপা ঙমগনি ? পুংখাই অমগী মনুংদা মী অমনা হেক্তা মহাকপু মশক খঙলক্কনি। মসিদি চৎনবা য়াবা ৱাফম নত্তে। মখোয়না মফম অদুদা মহাকপু হন্না ফাদুনা চিংলগা মখোয়বু অপংবা শিরম্বগীদমক্তা দণ্ডি তৌগনি। মসিগী অকিবা অসিতসু নত্তে; নাম্ভোকখিনবা উপায মচেৎ অমতংবু লৈববদি মহাক খুদোংথিবা অদুসু মায়োক্লরগে হায়না লেপ্পবনি। অদুবু নুপী অঙাং মীয়াম অদুনা মহাক্কী মখোঙ শোকখিবদু নিংশিংলুবদা মথ্বাই শোকখ্রে। মখোযগী ভৌবিমল অদুগী মরমদা নিংশিংলুবদা মথ্বাই শোকখ্রে। মৈ হৌগৎভুনা মহাক্কী চাননবা থোংলে, ভুরেল অদুদা ইরু-মাইথঙকবে (মহাক্কী খুজাই অদু থন্ননবা ইফুৎ অদুগী লৈঙোই অদু খোত্তোক্কুনা মিনিট মঙা ঙাইরম্মী) অমসুং মী অমতসু খুজিন-খুনানথোক্তগী থুংলিদ্রিঙৈগী মমাংদা তহা তহা চাক খরা যোৎহৌরে। নুংদাংদা অনিশুবা চরা অমা চাননবা মনুংগী কা অমদা চাননবা খরসু খাক্কুনা লোত্তুনা থনম্মী। মখোয়না মহাকপু চাংয়েং অদু খাঙদুনা হিংবা ঙমগনি হায়না থুনমক খল্লকই। অদু ওইববদি চাংয়েং অদু চুন্নগী লাইশোন অদু পুং নিপানখক্তমক শোন্দুনা খুকউ য়ৌবা ঈশিংদা লেপ্পুনা লৈরমগদবনি (ঈশিং অদু লৈরম্লবদি মসিমকসু তশেংনা পাংথোকপা তাবক্লবদি মহাক্লা শেমদোক শেমজিন ভৌবসু য়ারম্বনি)। মদুনা মহাকপু মউন ইখুই খুইজিলহল্লকপদি য়াই, অদুবু মতম খরা খাঙলগা থুনবু ওইরবসু তপ্পবু ওইরবসু নোংসু মশাগী হৌনবী মতুংইন্না অদুম মবাইনা তাজরক্লমগদবনি হায়না মহাক থাজবা পোক্লম্মী। মহাক্লা করিগুম্বা ঙম্লবদি মখোযদা চরা হেনবদুগী ৱা অদু মিনমদুনা হায়জিনবা পাম্লমদে।

নুমিদাংদা বেলান য়ৌরক্লবা মতমদা, মহাকপু লোন্না, থাজনা তৌরে। মহাক্লা হায়রকই, "বেলান, নঙদি ঐগী মরুপ ওইরবনি। ঐনা হায়রিবসি নহাক হৌজিক মুন্না তাউ। ঐনা নোং তাহনবা ঙমগনি হায়না নখোয়না খল্লুরিবসিবু কদাইদগীনো ?"

"অঙাং অদুনা ঐখোয়দা অদুম্না হায়রবদগীনি। নহাক্লা মঙোন্দা অদুম্না হায়বিরুববা ?" চপচাবা পাউখুম অমা পীদনা রাজুদু চিংননা লৈরে। মতাং

অসি ফাওবদা মহাক থৌদোক পূন্নমক অদু তশেং তশেং হায়দোক্তুনা শেমদোক শেমজিন য়ারম্বনি। রাজুদু মিকুপ খরা চিংননা লৈরে। চিংনখিবদগী মহাক্কি মতাং অসি ফাওবদা চপ চপ চানা তিঙ্গাকোক অশেংবা হায়দোকপসি হৈনদ্রে। মহাক্না শোষ্টাংননা হায়রকই, "ঐনা হংলিবদি মদু নত্তে। ঐনা খঙনিংলিবদি ঐহাকপু অদুম হায়না নখোয়না কমদৌদুনা খললিবনো হায়বসিনি ?" তৌফম খঙদ্রদুনা বেলান্দু মমিৎ কূপলকলে। মহাকপুরুষ অদুনা হায়রিবা অদুগী মনুংগী অর্থ অদু করিনো হায়বদু মহাক চপ চানা খঙদ্রে। তশেংনা হায়বিবসিনা করিগুম্বা ওষ্টোক্লা পুকচেল চাউখ্রবা ৱা অমা ওইরম্বসু য়াই হায়না মহাক্না খনখি, অদুবু ৱাহং অদুগী পাউখুমদি মহাক পীবা ঙমদ্রে। মহাক্না হায়বকই, "ঐখোয়না তৌগদবসি অতৈ অতৈ করিনো ?"

"খরা নকশিল্লকউ। ফম্মু, ঐনা হায়রিবসি মুন্না তাও। নঙসু মফম অসিদা তূমলো। নখোয়গী মীয়াম অসিগীদমক্তা অমসুং ঐনা লৈবাক অসিবু মতেং পাংবা ঙম্লবদি ঐহাক চবা হেল্লগে হায়না য়ারে অদুবু মসিদি সাধুতনা তৌগদবা থবক্নি। ঐদি সাধু নত্তে।" বেলান্না য়ানিংদবগী ৱা খরা হায়রকই।

তশেংনা নুংঙাইতবা পোক্লক্লে; অদুবু চাংয়েং অদুদগী নাম্থোক্লবা উপায়দি মাসিভনি। অইংবা অহিংনি। রাজুনা বেলান্দা তুরেলগী সিডি অদু তান্না চৎলুসি হায়রে। মফম অদুদা লতাক ফম্নথরে, বেলান্না মখাগী সিড়ি অদুদা ফমলে। রাজু মহাক্কী মনাক তান্না কুমথরকই। "নহাক ঐনা হায়রিবসি তাবা তাই, অদুনা থাপনা চৎথোকখিনু বেলান। নঙগী ননাকোংদা হায়গে। ঐনা হায়বক্কদৌরিবা অসি নপুক্লিং চঙনা তাও ঐহাক সাধু নত্তে, বেলান, মী অতৈগুম্না ইচম চম্বা মীনি ঐসু। ঐগী ৱারী অসি নথাই য়াওনা তাও। অদুদগী অদুম নঙসু খঙলক্কনি।" ত্রোং ত্রোং লাউনা ঈচেল পিক্লা চেল্লিবা তুরেল অদু খোঞ্জেল থোকখিদ্রে। সনা খোঙনাং পাম্বীগী অকংবা মনাশিং শ্রোৎ শ্রোৎ লাউবা মখোল থোকলকই। মফম অমদনা লমহুই অমনা খোংগৎলকই। অহিং অদুদা রাজুগী খোঞ্জেল্তনা পিক থনখ্রে। বেলান্না য়াম্না নোঞ্জনা করিগুম্বা অঙকপা, তুজুংবা ৱা অমতা হায়দনা তুমিন্না মহাক্না হায়রিবদু তারম্মী। হান্নদগী খরদং হেন্না মহাক চীংলেম্না উই অমসুং মহাক্কী মায়থোংদা নুংনাংবগী মমি তারকই

# ৭

**ঐহাকপু** মার্কোনা মখোয়গী ইমুংগী মী অমনি হায়না লৌবে। লমতু য়েংবা লাকপা মী ময়াম লমজিংলম্বদগী ঐহাক ইমুং অমখক্তমক পূন্না লমজিংনবগী মওং অমদা চথবক্লে। মার্কো হায়বা অসিদি থবক হৈবা মী নত্তে, পূবা-পূবী কবিমতা কান্নদ্রবা মীনি। মহাক্না তৌবা ঙম্বা হায়ববু অবি অবিবা পোৎ শিন্দোক্তুনা মদুগী মবমদা ইবাখোংপতনি। মহাক্কী মপুক্লিং অসি মদুদা পুংলুপ লুপ্তুনা লৈ। পুন্সিদা চঙলিবা থবক হায়বসিতবু মঙোন্দদি ওইথোক্তনা থোকই: কবিসু লৈত্রবা লাযখ্রবা চাফম লৈফম, লৈনবা গিবা নৎত্রগা বেল্লগী টিকেৎ অমা লৈবনচিংবা থবকশিং অসি মঙোন্দদি চাউখ্রবা অকুবা অৱাবা থবককুম খোর্কাখ। মহাক্কী থবক্কী পুন্সিদা য়েংশিন-খোৎচিন তৌবীনবা মী অমা ওইবিনবা মহাক নুপী থিক্কবনি, অদুবু মবাইবক থিবদগী মহাক্না খল্লুরিবা অসিসু অৱানবা ওইখ্রে, নুপী অসিসু মহাক মশামক মঙদা মঙদুনা লৈবী খুৎতি যাওদবী অমা ওইবম্মী। মহাকসু মহাক্কী মশিন অদু য়েংশিন-খোৎচিন তৌবিবা মপুবোইবা অমতং লৈজরম্লবদি ওহ্নোক্লা কাননরমগদবনি; মতাং অসিদনি ঐগুম্বা খুৎচাবা নুপা অমা ফংলুবনা মমল নাইখিদ্রিবসি। মখোয়গী থবক কান্নবগীদমক্তা ঐহাকসু ঐগী থবক অয়াম্বা থাদোক্লবনি।

পিক হাউসতা মহাক থা অমা খরা হেন্না লৈবম্মী অমসুং ঐনা মহাক্কী হীরম খুদিংমক্কী চার্জ লৌবে। ভাউচরবু হেক ফংলিবমখে মহাক খবচ অমত্তা যানিংদবা তৌদে। হোটেল অদুগী কা অদুসু অদুম ভারা পীরগা থম্মী। মার্কোনা মশানা লৈববগুম্না, গফরগী কাব অদু মতম পূম্নমক্তা শিজিন্নদুনা থমখ্রে। পিক হাউস অমসুং টাউন অনি অদুগী মবক্তা কার অদু নোংমদা যামদ্রবা অমুক্তি মচৎলে। জোসেফনা মার্কোবু অসুক নিংথিনা য়েংশিন-খোৎচিন তৌবিখিবদগী মহাক্কীদমক্তা থোইনা অমুক য়েংথোক-য়েংশিন তৌকবগী দরকার লৈত্রে। ঐঙোন্দা লাকপা যাবা অতৈ অতোপ্পা থবক্তা থোইনা অকাইবা পীরুদনা, মহাক্না মহাক্কী নুপীগা শেন্নবা, য়েংশিন-খোৎচিন তৌবা হায়বসি ঐগী শরুকনি হায়বসি খঙনরম্মী। মহাক্নদা ঐগী নিতিগী হৌনবী চাংদা পৈশা অদুম মপী অমসুং ঐগী তৌবা হৌনবা থবক অতৈসু অদুম তৌহল্লি। ঐগী নোংম তৌফম থোকপা থবক হায়বিবসি হৌজিক্তি ওহ্নোক্লা চাউনা থোক্লরে, তৈ

তশেংনদি রোজিগা লোয়নদুনা চৎপা অমসুং মহাকপু নুংঙাইহনবা নত্তনা অতৈ থোইদোকপা নত্তে। নুমিৎ নিনিগী মনুংদা অমুক মহাক্কী মপুরোইবা উনবা চৎলি মহাক। হন্দক মরক্তি মহাক্কী মরমদা কা হেন্না মপুক্লিং লাঙতক্লনা উই। মহাক্কী মবমদা কা হেন্না ইরাং তৌই। অদুবু মঙোন্দদি অক্মাগী অক্মানি। মহাক্কী টেবল অদু অইবা চেজেৎ অমসুং তারিখনা পিকথল্লদুনা মহাক্লা হায়রকই, "রোজি, মদুগী মনাক্তা চংলুনু। নঙনা মদু মথোং খঙদনা ইনৈ নৌশিনহনবা পামদে। হৌজিক্তা খরা খরা চাংনাইনা লৈবা হৌরক্লবনি।" মহাক্লা তৌরিবদু অশেংবা কবিনো হায়বদু ঐহাক্তি ইখঙ খঙনিংলুদে। মদুদি ঐগী ইথৌ নত্তে। মহাক্কী নুপীনসু মহাক্লা তৌরিবা থবক অদুদা থোইনা চেকশিনবগী মতৌসু উদে। মহাক্লা হংলকই, "চাবা থকপদি কমদৌবি ?" ঐখোয় অনি লুনা নকশিন্নরক্লবা মতুংদগী মহাক অনৌবা নিয়ম অমা শিজিন্নবা হৌখ্রে। মহাক্কী কা অদু মশামক্লা শেমজিন-শাজিনবিরম্মী। জোসেফতা মহাক্কী চানথক্লবগী মরমদা ব্রা কয়া শিন্নরম্মী। করিগুম্বা মতমদনা মহাক্লা হায়খি, "ঐহাক মফম অসিদা নঙগী ননাক্তা লৈবা তারে।" অদুগা ব্রাফম অসি মার্কোনা পুকনিং ইচং চংদনা থোকউ থোকউবা মওংদা য়ারে হায়না উৎলম্মী। "ফরে, নঙনবু পাম্লবদি। ফরে, রাজু নঙবু লৈগদৌরিবরা নৎত্রগা হনগদৌরিবরা ?" ঐহাক্কী লৈনিংবা ব্রাখল অদু ইতোম্মতা থিংজরে, মরমদি চীংখাদা মপুংফানা মহাক্কা লোয়নদুনা লাক্লবনি হায়বসি ঐহাক খঙই। মহাক মতোম্মতা মহাক্কা লোয়ননা গম্বীরম্বনা লৈবাকমচা তাবা ওইগনি। অদুনা মঙোন্দদি য়েংলুদনা ঐনা হায়রম্মী, "ঐহাক্তি হনখিবা তাই। মী অতৈ খরা ঙসি থুংলগদবা উনরুগদবা লৈ। নঙ নুঙাইতবা তৌদে হায়না ঐ নিংই।" "করিগী তৌরুগদগে, তৌদেদা। নঙসু নথৌ তৌরিবা মীনি। ঐতনা নঙবু অসুক য়াম্না ইতোম্মতগী ওইশিনবা য়াব্রা ?"

"হয়েংদি কারসি করম্বা মতমদা দরকার ওইবিগদগে ?" মহাক্লা মাগী নুপাদা য়েংলকই অমসুং মহাক্কী নুপীনা খুম্লকই, "হয়েংদি হেক য়ারিবমখৈ ঙন্না।" মহাক্তি চুম্নতা হায়রকই, "কার্বন পাং খরতা লৈবিরকউ ঐগী, লৈবিরক্কদ্রা ?"

কার অদুনা চীংখাদা কূমথরকপদগী, গফরনা ঐঙোন্দা মিংশেল অদুদা মুন্না মুন্না য়েংবা হৌরকই। ঙসি ঙরাং অসিদি মহাক্কা চৎমিন্নবদা ঐহাক ব্রা ইঙাং ঙাঙদবা য়াম্না তন্নবনি। করিগুম্বা পোৎ অমগী মরমদা মহাক্লা ব্রাচোই কা হেন্না ঙাঙবসি ঐহাক পাম্লমদে। ঐহাক ব্রাচোই ঙাঙবসি কিজে। অসিগুম্বা

ৱাফম অসিদা ঐহাক হৌজিকসু ওম্থোক্লা তিং তিং পানগল্লি, গফবগতা ইতোম্মতা লৈবাসি ঐহাক ইপা পাখৎলি অমসুং মহাক্কী ঙাঙননবগী হিবম অসি গাড়ীগী মবমদদা ওইবিবমখৈ ইশাসি কোম্মী; অদুবু হিবম অসিদদা ঙাঙদুনা লৈবা হাযবসিসু মহাক্কী হৈনবী নত্তে। ৱাবী শাবদি গাড়ীদগী হৌবক্লগা থুনা হেক্তমক ইযান যানশিন্নবকই; "হযেংদি ব্রেক শেমজিন্নবা পুং অমতগী মতম পীযু। যেশা ওইববসু মোছিনগী ব্রেকনি, খঙলিবদুনি: হৌজিকসু ব্রেকশিং অসিনা হাইড্রোওলিক্তগীদি হেন্না ফৈ হাযবিবনি। অনৌবা যুগকী নুপীদগী মহৈ মশিং হৈজদবী নুপীনা হেন্না ফবগুম্বনি। ও, হৌজিক কালগী নুপাশিং অসিদি যাম্না থৌনা ফখ্রেদা। ঐনা কবিগুম্বা খবক লৈদুনা চাংদগা লৈথোকপা তাববদি ঐগী নুপীদদি মতোম্মতা হোটেলগী কাদাদি লৈহল্লমলোই।" মসিনা ঐবু নুংঙাইতবা পোকহল্লি অমসুং ৱাফম অদু ঐনা হৈশিংনা, "কাব শাবকইবা মীশিং অসিনা নঙোন্দগী হেন্না হৈতে হাযনা নহাক খনব্রা ?" হাযদুনা থৈদোক্লম্মী।

"ও, নঙনা খাল্লবদু ইঙ্গ্লিনিযাবশিং অসিনা হেন্না খঙই অসিবা ?" কাব অসি কাওদুনা, থীন্দুনা লম্বাদা চেলহন্নবা তৌবিবা মী অমনা নহাক শোযদনা খঙলমগনি –।" ইশাবু কঞ্জহৌবে, মহাক্কী ৱাখল অদু ঐনা বোজিদগী লৈথোকহললে। ঐহাক পুক্লিং অসি ইবাং লাঙদুনা ফমদুনা লৈবে। ঐহাক্কী ৱাখল অসি চাং কাযবা মওং অমদা লৈবে। অসিনসু গফবগী মপুক্লিংগী অপাম্বা অদুদি নাম্থোকহনবা ঙমদ্রে। চীংখাদা ঐবু পুবদুনা গাড়ী থৌনা থৌনা মহাক্না তোযনা মুকম মুকম শোনখি, "হন্দক মবক্তি বাজু নঙসি হাযবপ চাউথোকপগুম তৌবে। নহাক অসি হান্নগী মকপ অদু নৎত্রে।" হাযবিবসি অচুম্বনি। ঐগী পুক্লিংগী ইচম চমজবা মওং অদু চাং যাম্না মাঙজববনি ঐহাক। বোজিগী ৱাখলনা ঐহাকপু ওম্থোক্লা অৱাবা পীববনি। মহাক্না লোযননা লেল্লুবা হৌখ্রবা পূংজা কযাগী নিংশিংবদা ঐহাকতি তাউদুনা চৎলবনি নৎত্রগা মথংদা ঐহাক কবি তৌসিগে হাযবগী নুংঙাইবা ৱাখলদা লৃপ্তুনা লৈববনি। ঐগীসু থেংনগদবা ৱাফম কযামুক লৈজবিবনি। মখোয অসিগী মবক্তা মহাক্কী মপুবোইবসিদি কবিসু লৈতবনি। মহাক অসি অফবা মীনি, থবক্তা পংচিন্তা চিঞ্জবা, খ্বাইগা মান্নদবা থাজগনবগী পুকনিং অমসু লৈবা মীনি। অদুবু ঐহাক্তি ইপা পাখৎলে, খজিক্তদা থুক লাউগল্লে অমসুং লম কযামুক্তা খঙনিংবগী ৱাখলনা ইথন থনখ্রে। খন্দুনা যেংউ, খন্দুনা যেংউ, খন্দুনা যেংউ ? কবিনো ? ঐহাক ইশা ইতোম্মতা খাযদোকচবা ঙমদে। ঐহাক অকিবনা খুদুম চনখ্রে।

ঐহাক্কী অৱাবসি করিনো হায়বা ফাওবা খন্দোকপা ঙমজদ্রে ঐহাক। ঐহাক চমম্নবা মরক্তা লৈরে। ঐহাকপু খঙহৌদনা অকিবনা খুদুম চনখ্রে, করি করিগুম্বা মতমদনা ঐহাক্কী নুংশিবী অদুগী মতিকচানা ঐহাক ইশক ইতৌ ফজদে খল্লে ! ঐগী খদাং কোই অসি নিংথিনা নান্না কোকথোক্লে অমসুং মহাক্না মাগী খুৎশাশিং অদুনা ঐগী চিনবান মথক অসিদা নাল্লদুনা ঐবু ইত্থোরক্কনি হায়বগী ৱাখল অসিনা ঐবু ওত্থোক্লা অৱাবা পীরে। করিগুম্বা মতমদনা ঐহাক ফী শেগাই-তুগাই শেৎপগুম খঞ্জে। শিক্ষকী জিববা অমসুং মপাল চনবা ফৈজোম অদুগী মতমদি হৌখ্রে অমসুং চৎনদ্রে। ঐহাক হৌজিক ইবাং চপচানা খঙদে হায়দুনা ঐহাকপু উবদা মহাক্না থোঙ লোনশিন্দুনা লৈখিবা য়াই। মসিগী ৱাখল অসিনা ঐহাক ফুরিৎতুফমদা চেন্দুনা তহা তহানা বুশ শার্ট তূকুবে, অথাবা খোংগ্রাও তূকুবে, শম অমসুং মায তৈনবা অমসুং মখল খুদিংগী মনমমহা লৈবদা শেল য়াম্না থাদবে। ঐগী খবচতি অসুম অসুম যামখৎলকই। দুকান অদুনা ঐগী আয় মরুওইবা লাকফমনি, মার্কোনা ঐগী নিতিগী তলব ওইনা খরা খরা পীরিবা অদুগা পূনশিল্লগা। দুকান অদুগী হিসাব অদু ঐহাক খবা মুন্না কূপশিন্না য়েংশিনবা চুম্মী হায়বসি ঐহাক খঙলম্মী। নুপামচা অদুদা শীল্লাংননবা ঐহাক কা হেন্না থাদোকমনখ্রে। ঐবু হেক থেংনবদা ইমানা ঐঙোন্দা তোয়না হায়রম্মী, "অঙাং অদুসু খরা খরদি চেকশিন্না য়েংবা তাই। ঐহাক ওত্থোক্লা চিংনৈকো। মহাক্না শেল কয়া য়াম্না তূংশিল্লবা অমসুং থোকলিবিসিনা মহৌশানা করিনো হায়বদু নহাক খঙলাকপ্রা ?" ঐনা হৌনবীদা মঙোন্দা খুম্মী, "মখোয় অসি করম হায়না শীল্লাংগদগে হায়বদু ঐহাক খঙফম থোকপনি। ঐহাক করিসু ইচেক চেকশিন্দবা মীনি হায়নদি খনগনু।" অদুগা ইমানা ঐবু ইতোম্মতা থাদোক্লমদুনা চৎখি। অদুদগীদি ঐনা দুকান অদু তান্না চত্তুনা, য়াম্না কা হেনবা খোনফমদা ৱা ঙাঙলদুনা হিসাব অদুগী অচুম-অরান য়েংলম্মী। অঙাং অদুনা হিসাব খরা, শেল ওইনা খরা, লৈরিবা পোৎকী লিষ্ট অমা, দুকান অদু ফম্নবগী দরকার ওইবদা চঙখিবা অতৈ খরা অমসুং মশাগী মতাং খরসু পুথোক্তুনা উৎলকই। মহাক মশাগী ৱাফম অদুদি ঐহাক তানিংলমদে। ঐহাক্তি ইথৌ চিনগল্লি অমসুং ৱাখলসু য়াম্না খল্লিবনি, অদুনা মঙোন্দা হিসাবকী মবমদদি হিংচাবগুম্মী হায়বগী ভাব অমতংগা পোকহল্লম্লগা থনমলে (চুম্নগী খলহনবতনি, অতৈ করিসু নত্তে)। মহাক্না ইতত্তত্তনা হায়রকই, "পেসেঞ্জর অনিখক নহাকপু থিবা লাক্লম্মী, ইবুংঙো।" "ও, খাঙবা ঙমদ্রেদা ওৎ নৈবসিদা, মখোয়বু

কনানা পাশ্বীগদৌবিবনো ? মখোয়দি কবি পান্মী হাযবন্মী ?” ঐহাক্লা অপাম্বা খবতং পোকহন্দুনা হংলন্মী। “নুমিৎ হুমনি লমকোযবনি হায়মাল্লে, ইবুংঙো। মখোয নীংবা কাযনা হনখ্রে।” মফম অদুদা মতম পূম্নমক্তা মখোয়দি অদুম মবাকই। ঐগী ইমিং অদুতনা থাক অদুদা ঐগী অপাম্বা অদু যোক্তুনা থম্বিবম্বনি। বেলব্রে- বাজু হাযবসিদি লেঙদ্রবা মিংনি অমসুং যাত্রীক, লংফৈ চৎপশিংনা মহাক্কী মতেং কোইথি থিনবির্বনি। অঙাং অদুনা মখা হাযথবকই, “নঙ কদাইদা লৈবগে হাযবা মখোয খঙনিংই।” মসিনা ঐঙোন্দা ব্রাখল খন্নবা মচাক পীবীবে। অপঙবা অসিগুম্বা মী অসিনা মখোযবু হোটেলগী কা ২৮ শুবদুদা থাজিল্লকপসি ঐহাক পামদে। লাইবক ফবদগী মহাক খঙবদি খঙখিদে। খঙলম্নবদি থাজিল্লক্লমগনি। “ঐবু মখোযদা কবি হাযজখো হাযবগে বাজু ইবুংঙো ?” মসিদি মহাক্কী ব্যবহাব তোবোৎ- খদানবগা পূনশিন্নবগী ভাবনি। ঐনা চুম্নতা খূর্মখি, “মখোযদা ঐহাক থবক চিল্লি হাযযু; মদুনা লোইবে। ঐগী মতম লৈতে। ঐহাক থবক যাম্না চিল্লি।”

“ঐনা মখোযগী লমজিংবা শাকবদি যাগদ্রা ইবুংঙো ?” মহাক্লা লাঙতক্লনা হংলকই। মসিগী মী অসিনা ঐগী থবক খুদিংমক্তা অমমমতা ওইনা ঐগী ইহুৎ শিনবা ওইনা তৌবক্লি। মথংদদি, মহাক্লা নুপী অসিগা লোইনগে ফাওবা হাযবকপা যাবি ! মহাক্কী ব্রাহং অসিদা ঐহাক নুংঙাইতবা পোক্লদুনা মঙোন্দা হাযবন্মী, “দুকান্দি কনানা ফমগনি ?”

“ঐগী ইপলনা পোকপা ইনাউ অমা লৈ। ঐনা চখোকপ্রিঙৈদা পুং ১/২ দি মহাক্লা যেংথোক-যেংশিন তৌবিবম্বসু ঙমগনি।” মখা পাউখুম অমুক পীথনবা ঐহাক খনবা ঙমদ্রে। মহাক অসিনা ওম্বোক্লা কোক শাহনমনখ্রে। ঐহাক্লা কবিমতা পামলুদ্রবদা ঐগী হান্নগী পুন্সি অদুনা ঐবু খোঙথাং খুদিংগী তান্নবি; ইমানা ঐঙোন্দা ওম্বোক ওম্বোকপা ব্রাযাম হাযজিল্লকই। মিযুনিসিপাল টেক্স, চাকশংগী মনা শিন্দোক-শিঞ্জিন, দুকান, হিসাব, লব্রাইদগী চিঠি, ঐগী হকচাংগী মবম অসিনচিংবা, ঐঙোন্দদি মহাক অসি মঙদা উবা শেংফাত্তবা খোঞ্জেলনা মুকম মুকম শোনবা মূর্তিগুম থোকখ্রে; অদুগা অঙাং অসিসু ঐহাকপু অচেংবদা ফাগদবগী অমসুং থিনা হাযননবগী মহাক্কী মবম অদুমা মবৈজে। অদুদগীদি অমুক গফবসু মহাকক্কী কোচি থাংবা ব্রাঙাঙ অমসুং শক্তানে, অসুম অসুম ব্রাচোই ঙাঙগদবগী হোৎনবক্লিবা— ও ! ঐহাক পূম্নমক অসি ইপাম পামজদ্রে। ঐহাক কবিগুম্না অমতা তৌনিংবগী ব্রাখল লৈত্রে। ঐগী পুক্লিং অসিদি অতোপ্পা

হিরমদা লৈখ্রে। ঐগী শেন্থুম অদু ফাওবা ঐঙোন্দদি ওইদবগুম থোকখ্রে, ঐগী সেভিংস বুক্তা য়েংলুববসু ঐহাক অমুক্তং য়েংবদা ঐগী তুংশিঞ্জবা শেলশিং অদু অসুম অসুম ময়েং তাথবক্লে হায়বা খঙবা ঙমলে। শেল পীফম কাওন্টরদা ফমলিবা নুপা অদুনা হেক অপান্থমখৈ পীবা ঙমলিবা অদুক্কী মখৈ ঐহাক মদুগী মরমদা মুন্না, কৃপ্না য়েংশিল্লুনিংদে। বাজীগী লিকচবা মতৌ অদুগী মচেৎ অমত্তনা ঐগী বেঙ্কতা একাউন্ট অমা লৈজহৌবা ঙম্বনি- অদুগীদমক্তা থাগৎলি। ঐগী পুন্সি অমসুং ব্রাখল অসিদা অমতা ঙাইববা অওইবদি রোজি মতোম্মতনি। ঐগী পুক্লিংগী শক্তি পূন্নমক অসি হৌজিক মহাকপু ঐগী ইনাক্তা থম্বা অমসুং মহাকপু মতম পূন্নমক্তা নোকহন্দুনা থম্নবগী মাইকৈদা চঙখ্রে– অদুবু অনীমক অসিদি তরাই তরাইবদি নত্তে। উতাংবীগুম্না মহাক্কী মনাক্তা মতম পূন্নমক্তা ঐহাক লৈজৌ হায়ববসু হরাও হরাও যাগনি; অদুবু হোটেল অদুদদি মসিদি অরায়বা থবক নত্তে। হোটেল শিন্দোক-শিঞ্জিন তৌদুনা দেস্কতা ফমলিবা নুপা অদুগী অমসুং হোটেল অদুদা লৈরিবা অঙাংশিং অদুনা ঐবু কোইয়েং য়েংদুনা ঐগী ইতুংদা ব্রা ঙাঙনরমগনি হায়বগী ব্রাখল অসিনা ঐহাকপু ইতত্তনা ওৎলম্মী।

২৮ শুবা কাদা ঐহাক্না চৎপতু মীবু ইউ উহন্নিংদে। মদুগী মরম ঐহাক ইতোম্মতা অসুম অসুম ভাব তারকই। দেস্কতা ফমলিবা নুপা অদুনা ঐনা চঙখিবা উদনবা হোটেল অদুগী শারিবা মশা অদু ওহোকপা য়ারবদিকো হায়না ঐহাক কন্না আশা তৌরম্মী। রোজিগী মনাক্তা ঐহাক্না চঙখিবা অমসুং মাগী মনাক্তগী থোকখিবগী পুংশিংশিং অদু মহাক্না ইশিন্দুনা থম্মী হায়বসি ঐহাক শেংনা খঙলম্মী। মহাক্কী লায়না চেল্লবা, থিজিনবা কল্লবা ব্রাখল অদুনা থোঙ থিংজিল্লবা ২৮শুবা কাগী মনুংদা ওইরিবা ঐগী পুন্সিগী অকৃপপা ব্রারোল পূন্নমক কুপনা পাশিল্লমগনি হায়বসি ঐহাক শোয়দনা খঙই। ঐনা মহাক্না ফমলিবা মপাদু লান্দুনা লাকপা মতমদা মহাক্না ঐঙোন্দা য়েংলকপা মীৎয়েং অদু ঐহাক পামদে; মহাক্কী মচিন খোইরপ তৌবদু ঐহাক পামদে– ঐবু লঙনদুনা মপুক্লিংদা মতোম্মতা নোক্লিবনি হায়বা ঐহাক খঙই। ঐহাক মহাকপু থওইনা তৌরুদবা ঙমগদবোই খল্লম্মী, অদুবু মতম শাংনা খঙনরক্লবা মীনি মঙোন্দগী খ্বাইগী ওইবা ব্রা অমা অনিসু তাবা ফৈ। মহাক ফমলিবদু লাম্বোক্লবা হোৎনবদা ঐহাক ইথৌ থৌশাদনা উহন্নবা লাক্লে, “নেহরু লগুন চৎকদৌরি হায়বা খঙলবরা ?” নৎত্রগা “অনৌবা খাজনা অসিনা থবক তৌনিংবগী হৈনিংবা

পূন্নমক পূমহাৎ হাৎলগনি," হায়ননবগীদমক্তা মমাঙদা লেপলুই, অমসুং মহাকসু ঐনা হায়রিবদু য়ানিংবা উত্তুনা করিগুম্বা খরা শন্দোক্লা হায়রকই, মদুনা অদুম লোইরে। নৎত্রগনা ঐখোয় অনিনা ভারত সরকারগী তুরিজমগী থৌরাং, হোটেল চাওখৎনবগী হোৎনরিবা কয়াগী লমদা নৈনৈ অমসুং ঐহাক্লা মহাকপু ব্রাসি ঙাঙহল্লি– করিসু খঙজদ্রবা নুপা অসিনা ঐহাক্লা তুরিজম টেক্সকী মরমদা নৎত্রগা অতৈ অতৈ হিরমদা কয়ামুক পুক্লিং চঙদবগে হায়বদু করিমতা চিংনবা পোক্তে। ঐনা করিগুম্বদসু হোটেল অদু হোংদোক্লবগী ব্রাসু খল্লুই। অদুবু অবায়বা থবক্তি নত্তে। রোজিনা মাগী মপুরোইবগা অনীমকসি হোটেল অসিদা পুমকৎ কৎথোকখ্রবগুম তৌবে। মহাক অব্রাংবা চীংদোন অদুদগী অমুক্তা কুমথরক্রুবসু অতোপপা মফম অমা ওনবা হায়বসিদি ইয়া য়ানিংদে, অদুগা নুপী অসিনসু মপান্দা যুবীগী হৈকোল অমদা মীশিংনা কুহাদগী ঈশিং শোক্কৎতুনা চাইবা উবা ফংলিবা কা অসিদা অসুম হৈনখ্রবগুম তৌরে। ঐহাক্লা ইরায় লাযনা খঙবা অমসুং হাযদোকপা ঙমদবসিসু নুংঙাইবা অমনি। অতৈ হিরমদসু নুপী অসিবু মশক খঙবসি ঐঙোন্দা লুনা থোকখি। অসুম অসুম লেইনবকপদগী ঐহাক মহাক্কী হান্নগী মনিংতম্বা ইচম চম্বগী মওং অদু অসুম অসুম মাঙশিল্লকলে হায়বসি খঙলকই। ঐহাক্লা মহাকপু নুংশিরিবসিসু অদুম যাই, অদুবু চীংদা লৈহৌরিবা মহাক্কী মপুবোইবা অদুবুসু কা হেন্না খল্লকপগী মতৌসু উৎলকই। ঐনা কয়ারক মাবু কোল্লিঙৈদা মহাক্লা ঐবু খংথা থাদোক্লদুনা হায়রকই, "গফরদা কার অদু পুরকউ হায়খো। ঐহাক মফম অদুদা চত্তুনা মহাক্কা উননিংলে।" ঐহাক হৌজিক ফাওবা মঙোর্ন্দা শাউবগী অমসুং অকনবা ব্রা ঙাঙবা ঙম্বগী থাক অদু য়ৌদ্রি। অদুনা ঐনা হননা খুন্নম্মী, "হয়েংগী অসুঙৈ য়ৌদ্রিফাওবা গফরদি লাকখিরোই। নঙ ঙরাংতসু চৎলুরিবনি। করিগীনো অমুক হন্না চৎনিংলকলিববু ? মহাক্লা নঙবু হয়েং লাক্কনি নিংলমগনি।"

"হোয়," হায়রগা ব্রাখলনা নুংবংনবা লৈখি। মশমমনা ইফাফাদুনা মফী মবোলদু ইঁনৈনৈশিল্লদুনা মহাক্লা মতৌ অসুম্না ফমুং মথক্তা ফমদুনা ব্রাখলনা নুংবংননা লৈবদু ঐহাক্তি য়েংনিংদে। মখুৎ অনীনা মখুউদু কোনশিল্লি। "করিনো নঙনা ব্রারিববু ?" ঐনা মঙোন্দা হংলম্মী। "নঙ ঐঙোন্দা হায়বরোইদ্রা। ঐহাক মতম পূন্নমক্তা নঙগী মতেং পাংগে।" মহাকনা মঙক হাইরদুনা হায়রকই, "অমা অমা ওইদুনসু মহাক ঐগী ইপুরোইবনি। ঐহাক মহাকপু ব্যবহাব তৌবা তাই। মহাকপু মতোম্মতা মফম অদুদা থাদোক্তুনা থম্বসি ঐ ঙম্লোই।" নুপীগী

মরমদা লৈজবা ঐগী জ্ঞান অসিদি য়াম্না য়ামজদবা অমসুং অমখক্তগীদা ওইনা তৌবনা, মহাক্না হায়রিবা অদু কবম্না লৌশিনগদগে হাযবা ঐহাক লেপ্পা ঙমদ্রে। তৌশিন্নরিব্রা মহাকসিবু মহাক্না হৌজিকমক হায়বিবসিবু ওইদবরা নৎত্রগা মহাক্না মপুরোইবগী মবমদা হায়খিবা অশোয়বশিংদু ঐবু চুম্না ফাননবগীদমক্তরা ঐহাক করিমতা খঙবা ঙমদ্রে। চমম্নরে অমসুং চরাংনরে। ঐহাক্না মঙোন্দা হায়বা তারম্মী, "রোজি, গফরদু লাক্লবসু মতম অসিদদি মহাক চীংথক্তা গাডী থৌ হায়বা য়াবক্লোই হায়বা নঙসু নিংথিনা খঙলিবদুনি।"

"হোয়, হোয়, ঐসু খঙই," অসুম খুম্লম্লগা খঙহৌদনা অমুক হন্না মহাক অচিকপদা তাউদুনা লৈখি।

"নঙবু ৱাহল্লিবসি কবিনো ?"

মহাক কপপা হৌরকলে, "অমা অমা, ওইববসু ...। ঐহাক্না তৌরিবসিবু চুল্লিবরা ? অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু মহাক ঐঙোন্দদি ওম্বোক্না ফঞ্ব্রে, ঐঙোন্দা নুংঙাইবা অমসুং নিংতম্বা পীবীরি। কবম্বা মপুরোইবনবু সংসার অসিগী মনুংদা মহাক্কী নুপীবু মাইল ১০০ থাপ্পা মফমদা মতোম্মতা থাদোক্তুনা হোটেলগী কাদা লৈহল্লমগদগে ?"

"মাইল ১০০ দি নত্তে, ৫৮ তনি," ঐনা চুমথোক্লম্মী। "থক্লনবা কোফি নৎত্রগা চাননবা করিনো হায়খো হায়বরা ?"

"হায়রুনু" মহাক্না শৎ হেক্তা হায়রকই অদুগা হান্নগী ৱাখল পরিং অদুদা অদুম খম্থখি। "অফবা মী অমা ওইনা মহাক্লদি করিসু খল্লমদবা য়াই, অদুবু মপুরোইবনা মঙোন্দা তৌনিংবা মওংদা তৌজরবসু মপুরোইবদু ঙাকশেনবা অমসুং মতেং পাংবা হায়বসি মহাক্কী নুপীগী মথৌ নৎত্রা ?" অকোনবগী ৱাহৈশিং অসি হান্ননা মপুরোইবনা মহাকপু থওইনা তৌবিদে হায়রকনি হায়বগী মাঙজিন থানা খন্দোকহৌরিবনি। চমম্নরবা ফিবমনি। মহৌশানা ঐহাক্তি অসিগুম্বা হীরমদদি খন্নবা য়াওবা হৈতে: মহাক্না হায়রিবসিদা ঐহাক্কী হাপচিন্নিঙাই নৎত্রগা লৌথোকনিংঙাই করিসু লৈতে। থাপ্পরকপসিনা হৌজিক মহাক্কী ৱাখলদা অনৌবা শুমহৎয়াই অমা হাপচিল্লকপগুম তৌরে। অদুবু মহাক চীংথক অদুদা মহাক্না ঙাইহাক্তমক লৈমিন্নরগা মহাকপু শাউরদুনা, ওম্বোক ওম্বোকপা অথি অথিবা ৱা ঙাঙলুদনা কুমথরক্কনি হায়বসি ঐ খঙই। করি করিগুম্বা মতমদনা ঐহাক নুপা অদুনা মহাক্কী অৱাংবা মফম অদুদগী

কুমথবিবক্তুনা মহাকপু পুবিখিদুনা মফম অসিতা থাদোকপিববদিকো হায়না থৰাই যাওনা আশা তৌখি। অদুতনা পল্লেপফম খঙদ্রবা কাববাব অসিবু অমুক্তংগী ওইনা পুমলোই লোইশিনখিদুনা ঐস্ ঐগী প্লেটফোর্মগী ইথৌ অদুদা হঞ্জিন্দুনা থবক তৌজকববা মতেং ওইগনি। হৌজিকসু ঐহাক মদু তৌবা যাবিনা। নুপী অসিবু মতোম্মতা থাদোক্তুনা থনম্বদা ঐঙোন্দা কবিনা থিংলিবগে ? মার্কোনা মহাক্কী মথৌ অদু তৌথদুনা অসুম হেক লৈবিবমখে অসিগুম্বা অৱাবা অসি হেন্না হেন্না অসুম অসুম শাংদোক্লকই। অদুবু মহাক্তি অচিকপা মবম অসিদা হেন্নদুম চাওখৎলকপগুম তৌবি মহাক্কী মপুন্সি চূপপা থিজবক্লিবাস মাসমক ওইবম্বসু যাই। অদুবু মহাক্কী নুপীগীদমক্তা মহাক্লা কবিমতা তৌবা ঙম্মদ্রবাস কবিগীনো ? মমিৎ তাংবা মী হায়বদুনি। কবিগুম্বা মতমদা মহাক্কী মবমদা খল্লুবদা ঐহাক শাউনিংবা পোক্লকই। মহাক্লা ঐবু আশা লৈত্রবা অকবা ফিবম অসিদা লংথদুনা থম্বীববনি। ঐহাক মঙোন্দা হংবা তাখি, "অদু ওইববদি নহাক মহাক্কী মনাক্তা চত্তুনা কবিগী লৈকদ্রিবনো ?" মহাক্লা ইবায লায়না খুমদোবকই, "মহাক্তি অহিং চূপপা লাইবিক ইদুনা ফমদুনা লৈথোকই অদুগা —।"

"মহাক্লা অহিং চূপপা লাইবিক ইদুনা লৈববদি, নুংথিলদা নঙ মঙোন্দা বাৰী-বাতাই শাউদনা," ঐহাক্লা মবাল লৈত্রবা শকফমদা হায়বম্মী।

"অদুবু নুমিৎ চূপপা মহাক্তি শুকুংদদা মবৈ।"

"ফৈনা, নঙসু চত্তুনা মদু যেংলুবা যাইনা। কবিগী যেংদ্রিবনো ? মদুনা নঙগী অপাম্বা ওইহনগদবনি।"

"মহাক্লা লাইবিক ইর্বিঙৈদা কনাগুম্বা অমতা মঙোন্দা ৱা ঙাঙলুবা যাপোৎ নত্তেদা।"

"মঙোন্দা ৱালান ঙাঙলুদনা লৈবমলিবা পোৎশিং অদু নতোম্মতা নৈনজৌ। অফবা নুপী হায়বসিদি মপুবোইবগী থবক খুদিংমক্তা অপাম্বা উৎফম থোকই।"

'অচুম্বনি," মহাক্লা হায়বকই অমসুং স্বব শাংনতা হোল্লকই। ঐনা লৌখৎলুবিবা থবক মতাসি শিল্লম ৱাৎপা অমসুং অহেনবা থবকনি; মসিনা ঐখোযবু কদাইদসু পুবিদে, মহাকপুদি অৱাশকলোন পুহল্লি।

জগোইগী ব্রা ঐনা পল্লুবদা মহাক্কী মমিৎ অনি অদু অনৌবা আশাগী মঙাল অমনা ইরং লংখৎলকই। মহাক্কী কলা অসিনি ঐনা ইহান হান্না থাগৎখিবসি; হন্দক মরক ঐখোয় অনিনা নুংশিনবগী পুন্সি লেন্নবা হোৎনলকপদগীদি য়াম্না মরু ওইরবা ব্রাহং অসি থৈদোক্তুনা থমখ্রবনি। পোৎ লৈফম দুকান, সিনেমা অমসুং ইশা ইশা থেংনবদগী ফংলকপা নুঙাইবা অসিনা ঙাইহাক ঙাইহাক্তংদি মহাক্কী ইহান হানবা লূপ্পফম ওইরিবসিদগী কাউহনবগুম তৌখি। অদুবু কুইনদি নত্তে। নোংমা নুমিদাংব্রাই মহাক্না ঐঙোন্দা শৎ হেক্তা হংলকই, "নঙসু মহাক্কুম্বা মীরা ?"

"করি মতাংদা ?"

"নঙসু ঐনা জগোই শাবা উবদা তুক্কচবা পোকপরা ?"

"শুকপোক পোক্তে। করিগীনো নঙনা অদুম্না খল্লিবদি ?"

"মতাং অমদদি নহাক নশাসি কলাবু য়াম্না পামজখ্রবা মী অমনি হায়খি, অদুবু হৌজিক নহাক মদুগী ব্রাখল খজিক্তা ফাওবা খনখিদ্রে।"

মসি অচুম্বনি। মসিগী মরম অমা পীশিন্দুনা ঐনা কবিগুম্বা খরা হায়খি, মহাক্কী মখুৎ অদু ঐগী খুৎ মনুংদা চেৎনা পায়শিন্দুনা ঐনা থব্রাই শোক্না ব্রাশক্তুনা হায়খি, "নঙগীদমক্তা ঐহাক তৌ হায়বদু তৌগে। নহাক্না জগোই শানবগীদমক ঐহাক পুন্সি অসি পীরবনি। করি তৌসিগে হায়য়ু ঐঙোন্দা। নঙগীদমক্তা ঐহাক তৌগে মদু।"

মহাক ইরং লংখৎলকলে। জগোইগী মমিং পল্লুবদতা মহাক্কী মমিৎ অনিদু অনৌবা আশানা লংখৎলকলে। অদুনা ঐহাকসু মহাক্কা লোইননা হৌগত্তুনা ফম্মিন্নরে, মহাক্কী মিৎ পাঙনা পাঙনা মঙ মঙবদুদা মতেং পাংবিরম্মী। মহাক্না পামজবা নুংশিজবা পোৎকী লংলা-লংজিন, ঐহাক খঙলে, অমসুং মদু খ্বাইদগী য়াম্বা মওংদা শিজিন্নরে। মৃতম অমত্তদা মহাক্কী কলা অমসুং ম্রপুরোইবা অনিসি মহাক্কী ব্রাখলগী ফমফমদা পূন্না লৈমিন্নৌ য়াদে; অমনা অমবু হেক্তা তাম্ভোকখি।

মহাক্তি প্লান্না পিক থল্লি। অয়ুক্কী পুং ৫ দগী প্রাকটিস হৌবদুনা পুং অষ্টম পুরা চৎথগনি। তোঙানবা মহাক্না চৎথোক-চৎশিন তৌবদা মতিক চানা পাকপা শাংবা হোল অমা শাগনি। হোল অদুদা অথাবা মখোঙনা নেৎপদা কাহেন্নসু মোন্দবা কা হেন্নসু কন্দবা অমসুং জগোই ঔরাইবগী খোঙনা নেৎপদসু কোনসু কোনখৎলোইদবা গালিচা থাগনি। কা অদুগী কাচিন অমদনা জগোইগী মপু,

মহাক্না ইহান হান্না শাখিবা জগোই অদুদগী পৃথিবী অসি পোকহনখিবা জগোই শাবশিংগী নিংজবা লাই নটরাজগী পিথ্রাইগী মূর্তি অমা থমগনি। ধুপ থাউমে থাননবা অশাংবা কণ্বী অমদা মতম পূন্নমক্তা মনম নুংশিরবা ধুপ থাদুনা থমগনি। মহাক্কী অয়ুক্কী প্রাকটিসতু লোইবগা গাড়ী থৌবদু কৌরুগনি। "নহাকপু কার লৈবগে থল্লবরা ?" ঐনা হংখি। "মশানা তাবনি। অদু নৎত্রবদি ঐহাক কমদৌনা কোইচৎ চৎপা ঙমগনি ? এংগেজমেন্ত অসুক য়াম্না লৈরবদা কার অমা লৈবসি দরকার ওইরক্কনি। মসিদি থানবা য়াদ্রবা পোৎ ওইরক্কদৌরিবনি, নৎত্রনে ?"

"অওইবনি। ঐহাক মদু নিংশিংগনি।"

অদুদগীদি নুমিৎ য়ুংদ্রিঙৈ মমাঙদা পুং অমা অনি চহি লিশিং কয়াগী মমাঙদা লেংলন্নবা ভবত মুনিগী "নাট্য শাস্ত্র" জগোইগী কলা অসিগী অরিবা লাইবিক অমসুং অতৈ অতৈ লাইরিক কয়াসু নৈনদুনা লৈনগনি, মরমদি থাইনগী মুওংশিং অদু চপচানা মুন্না নৈনদ্রবদি, শাস্ত্রীয়গী মওং অদু শেংনা থম্বসি ওইথোকলোই। লাইবিকশিং অদুদি মহাক্কী মখুরাগী ময়ুমদা লৈ, মঙোন্দা চিঠি ইদুনা খবা খবা অসুম অসুম থাহল্লক্কনি। থাইনগী অবিবা, শুপচিনবা মওংদা লাইরিকশিং অদু ইবম্বনা ইরমলিবশিং অদু মঙোন্দা খঙহনবিনবা পণ্ডিত অমগী মতেংসু দবকার ওই। "সংস্কৃত পণ্ডিত অমতা ফংহনবিবা ঙমগদ্রা ?" মহাক্না হংলকই।

"শোয়দনা ঙমগনি। মদুদি ডজন ডজন লৈদা।"

"রামায়ণ অমসুং মহাভারতগী থৌদোক মতেক মতেকসু ঐঙোন্দা মানা পাবিবা পামজে, মরমদি অনি অসি পুককৈনি, অমসুং মখোয়দগী অনৌবা জগোই পুথোক্লবা ভাব কয়ামুক ঐখোয়না ফংবা ঙমগনি।"

অয়ুক্কী চাক-ঈশিং চাথোক্লগা ঙাইহাক্তং পোত্থারগা পুং অহুম তাবদা গাড়ী তোংদুনা চৎলগা ফীরোল, পোৎচৈ খরা লৈরগা মহাক নুমিদাংব্রাইদা য়ুমদা হল্লকনি, নৎত্রগা সিনেমা য়েংগনি, নুমিদাংব্রাই অদুদা জগোই উৎকদবা প্রোগ্রাম লৈত্রবদি। জগোই উৎকদবা লৈরবদি মহাক পুং অহুম ফাওবা পোত্থাগনি অমসুং শো হৌগদবা পুংখাই অমা ব্রাৎলিঙৈদা হোল য়ৌগনি। "য়ুমদা মেকঅপ অমদি ফিরোল শেৎপা পুন্নমক তৌগদবনিনা মসিনা য়ারনিদা।"

মাদি হীরম খুদিংমক কৃপ্পা খনগল্লি অমসুং মদুগী মরমদা অহিং-নুংথিল চূপ্পা মমঙ মঙদুনতা লৈ। মহাক্কী অয়ুক্কী ঔবাইবা অদু মতেং পাংননবা পুংয়ৈবা

অমসুং ঈশৈ শকপা কাংবু অমসু থুনমক দরকার ওইরক্রে। মীয়াম মমাংদা থোকপা তারক্লবদি ঐঙোন্দা হায়রকই অমসুং ঐনা মদুগী ৱা অদু লেপ্নে। মহাক্কী আশা অদুদা ঐহাক হায়রপ মাইথিবা অম্রবু প্লোকলুরে। য়ামদ্রবদা মহাক্কী লোনচৎ ৱাঙাং শাঙাং অসিতগা চান্ননা চৎনবা যাদ্রু তম্বা দরকার ওইরে হায়বসি ঐহাক খঙখি। ৱা মচেৎ অমতা ঙাঙদনা মহাকপু অসুম য়েংদুনা লৈবা অমসুং মহাক্না হায়বদুদা তাদুনা লৈবসি ইতোম্মতা অপঙবনি খল্লকলে। তশেংনদি লম্বী অনিখক্তি হাংদুনা লৈবি: নমথাক তৌদুনা হেক্তা ফুজিনখিদুনা ইরাইবক্তা থাজবা অমা, নৎত্রগা পূম্নমক অদু তশেং তশেংনা হেক্তা লাল্লে হায়দুনা য়াথোকচবা অমা। নুমিৎ নিনিদি মহাক্না হায়বিবদু ঐহাক মুন্না তারম্মী অমসুং মমৈদদি মঙোন্দা য়াদুনা হায়দোকপ্রে, "ঐদি ইচম চম্বা মীনি, জগোইগী মনুংগী অকুবশিংদুদি মুন্না খঙদে নঙনা মদুগী মবমদা খরদং ঐঙোন্দা ত্রাকপী-তম্বিবা পাম্মী।" ঐনা হায়রিবসিদা ঐহাক কলা অসিবু হৈনদে হায়না মহাক্না লৌহনখিবদি পামদে। অদু ওইরবদি মহাক অমুক হন্না মহাক্কী মপূরোইবগী প্যাস্প্রোম মনুংদা তাখিগনি। অদুনা ঐহাক্কী কলা অদুদা লৈর্জরিবা অপাম্বা অদু তশেং তশেং খঙহন্নবা ঐহাক চেকশিনখি। মসিনা ঐখোয়দা অনৌবা লুনা-চান্নবগী তাঞ্জা অমা পীরে। অপূনবা অপাম্বা অসিনা ঐখোয়বু হেন্না নকশিন্নহল্লক্লে। ঐখোয়না হেক লৈকুবা অমসুং য়ৌরুবা মফম খুদিংমক্তা মহাক্না ঐঙোন্দা কলা অসিগী তোঙান তোঙানবা কৃপশ্রবা মহৈ, মসিগী হৈশিংবগী মওংগী মরমদা ৱারী শাবম্মী অসুং অঙাং অমদা তাকপগুম্না মসিগী চৎনবী লোন-নুংদু তাক্লম্মী। ঐখোয়গী অকোইবদা লৈরিবদু মহাক অসুম অসুম কাউশিল্লকপগুম তৌরম্মী। গফবগী কার মনুংদা ফম্মিন্নরিঙৈদা মহাক্না হায়রকই, "নহাক পল্লবী হায়বসি করিনো খঙলব্রা ? মসিদদি মতমগী তাল অসিনি য়াম্না মরু ওইরিবদি। মসিদি ইচম চম্বা অমা অনি, অমা অনি হায়বা মওং অসিদা চৎতে; মরক্তা যুগোৎ চাদ্রবা কয়াসু হাপচিল্লকই অদুগা মওং চাং অমদনা —।" মহাক্না মদুগী ময়েকশিং অদু হায়থরকই, "টা-কা-টা-কি-টা-টা-কা।" মসি ঐঙোন্দদি নুঙাইবদুম পোকলে। "তাল মঙা নৎত্রগা তরেৎ অদুদা খোঙথাং অসি চপ চান্নবা হোৎনবা হায়বসি থওইনা ঔরাইবা চংই হায়বসি খঙঙু অদুগা চাং অদুনা ওল্লকুবা মতমদনা — ।" মসিমদি গফরনা নিংথিনা তাবা ফংলবা ৱানি: চীং মথক কাখৎলবসু, দুকান্দগী থোরকপদসু, সিনেমা হোলদা ফমলিঙৈদসু। সিনেমা য়েংলিঙৈদসু মহাক্না ইখঙ খঙহৌদনা হায়দোরকই,

"ঐগী খুরাগী কোনা মনাদা ইবা অরিবা ঈশৈ অমা লৈ। মদু কনামতসু উদ্রি। লৈবাক অসিগী মনুংদা লৈরিবা মীশিং অসিগী মরক্তা ইমা মতোম্মতনি ঈশৈ অদু খঙবা অমসুং মদুগী মতুংইন্না জগোই শাবা ঙম্বসু ঈশৈ অদুসু খুরাদগী লৌবগে। মদু কমদৌবগে হায়বদু নঙোন্দা উহনগনি। ঐখোযগী কাদা হল্লসিবা ? সিনেমা অসি অম্বাইদগী থোইনা হেন্না ঐহাক য়েংনিংদ্রে। অপঙবা মাল্লিদা।"

নম্বব ২৮শুবদা ঐখোয় থুনা হন্দুনা চৎলে, মফম অদুদা মহাক্না ঐবু ফমদুনা লৈবম্মু হাযরল্লগা নাকলগী কা অমদা চংখিদুনা মফী মবোল অদু যেৎশিল্লদুনা মখুৎনা শুপচিন্না পাযশিল্লদুনা জগোই শাননবগীদমক্তা থোবকই। মহাক্না হায়রকই, "মদু কমদৌনা তৌবগে হায়বদু নঙোন্দা য়েংহনগে। তশেংনদি খ্বাইদগী ফবা চানবা ফিবমগী মখাদদি তৌদ্রেকো। যামদ্রবদা পুং যৈবা অমতংদি পাম্মীদা। চৌকি অদু লৌথোকউ, ফমুং মথক্তা ফম্মু। মফম অসিদা অহাংবা মফম খরা দবকার ওই।" হোল অদুগী মতাই অমদা লেপ্পদুনা ঈশৈ অদু তপ্পা, মেঙনা ঙংলকই– ঈশৈ অদুদি থাইনগী সংস্কৃতকী লাইবিক অমদগী নুংশিনবা নুপামচা অমগা নুপীমচা অমগা যমুনা তুবেল মপান্দা শকমিন্নবদগী লৌথোক্লকপনি; অমসুং ঈশৈ অসি মহাক্না ওন্থোক্না পুক্লিং থৌগৎপগা লোইননা মখোঙ অদু তপলপ থাঙ্গৎলগা অমুক থাদবদুনা খোঙজিশিং অদুনা শ্রিং শ্রিং লাউবা মখোল থোকহল্লদুনা হৌরকই, ঐহাক তুচুংবা পোকখ্রে। ঐহাক্তি মূর্খ ওইরবসু, শাথেক, তাল, অমসুং মাত্রা অদুনা তশেংনা ঐহাক ৰাহৈশিং অস্রিগী অর্থ খঙলুদ্রবসু ইশুম শুমহৎখ্রে। মরক মরক্তা মহাক তাক্লনবা লোল্লকই: "নারি হায়বদি নুপী হায়বনি– অমসুং মনি হায়বনা মনিমুক্তা হায়বা ... পরেং পূম্নমক অসিনা হায়রিবদি: নঙনা ঐঙোন্দা থোঙ্গৎপিরিবা নুংশিবগী পোৎলুম অসি পুজবা ঙম্বা ওইথোক্তে ঐনা।" তাক্লা তাক্লা মহাক স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লম্মী। মহাক্কী মরাইবক অমসুং মচিম্বান্দা হুমাং মরিক মরিক কাবক্লে। খোঙথাং অমা অনি অমুক শারে, ঙাইহাক অমুক লেপপী অমসুং হায়থরকই, "নুংশিবা হায়বদি মতম পূম্নমক্তা ঈশ্বরবুনি," অমসুং ঐঙোন্দা তাল অদুগী অকৃপপা মরোল ময়াম অদু শুগাইনা মখা তাকথনবগী অৱাবদু অমুক লৌবকই। কা অসিগী মখাদা লৈরিবা মীশিং অদুনা তোকলো হায়রক্কদ্রা হায়দুনা ঐদি ইপা পাখৎখ্রে, অদুবু মহাক্তি করিসু থৌশাবিদে, করিগুম্বা অমতগী মবমদা ৱাবিরুদে। মহাক্না হোৎনবা অদুগী মতেংনা ঐহাক্না লেংলমলিবা অদুগী অচৌবা মগুন, মদুগী খুদম, য়াম্না নহা ওইরিবা লাই অমগী অঙাং ওইবিঙৈগী পুন্সি, মহাক্কী

লুহোংবদা নিংবা থুংখিবা, নহা ওইবিঁগুদগীনা হনুবকপা ফাউবগী চহি মশিং, অদুবু থম্মোইদি পুখ্রিদা শাৎলিবী থম্বালগুম্না মতম লৈবা খিবিক্তা তদেক তদেক্লা তনৌ তনৌনা অদুম লৈবিবা পূম্নমক অদু ঐহাক উবা ফংলে।

মহাক্কী মখুৎকী খুৎশাশিং অদুনা থম্বালগী মওং উৎলকপদু উববদি নখোয শোইদনা অকোইবদুদা ত্রোং ত্রোং লাউবা ঈশিংগী খোঞ্জেল তাবা ফংগনি। জগোই অদু পুং অমবোম শাবে; মসিনা ঐঙোন্দদি পৃথিবী অসিগী মনুংদা লৈবিবা খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইবা হাযবদুনা পিক থনখ্রে। ঐহাক পুকচেল শেংনা হাযবা ঙম্মী মহাক্লা শাবা জগোইদু যেংলিঙৈদা ঐগী পুক্লিং অসি অমুক্তগী ওইনা সংসাবগী অপাম্বা মিহৌবনচিংবসিদগী নাম্থোক্তুনা লৈ; ঐনা মগাকপু শেংখ্রবা শক্তমদি ওইদবা ভাবতনা শাবা যাবা মূর্তিগুম খনখি। ঐগী অকোইবদা কবি কবি লৈবগে হাযবদু মহাক্লা ঐবু ইকাউ কাউইহল্লে। মহাকপু মুন্না যেংলদুনা যা কাথোক্তুনা ঙক্লা ফমদুনা লৈবে। খঙহৌদনা মহাক্লা খঙলেপ লেপখিদুনা মহাক্কী মশাগী অকুম্বা পূম্নমক অদুনা ঐগী ইথক্তা নল্লদুনা হাযবকই, "কযাদা নুংশিখ্রবা। নঙনা ঐঙোন্দা অনৌবা পুন্সি অমা পীবীবে।"

মথুংদুদি চীংথক্তা অমুক চৎতুনা ঐখোযগী তৌগদবদু কাযদনবা মওং অদু শীর্ল্লে। ঐহাক মহাকপু মফম অদুদা থনল্লগা টাউন্দা অমুক হল্লকই। মহাক নুমিৎ নিনিদি মতোম্মতা লৈবগী অচিকপা অমসুং শাউনিংবা মবক্তা খাঙদুনা লৈবগা মহাক্কী মপুবোইবগা ব্রাবী শাদুনা লেনগনি। লম্বেল অদোমদা ঐখোযনা মখা হেন্না শাংথনা চৎত্রিঙৈদা হিবম পূম্নমক অদু মহাক্কী মপুবোইবগা নিংথিনা শেংদোক্লবসি তৌদবা যাদ্রবনি। নুমিৎ নিনিদি মপুবোইবগা মহাক ব্রা ঙাঙনগনি। অদুদগী ঐহাক অমুক চৎতুনা মখোযগা উনবগা ইবানী তান্নদনা মহাক্কী মপুন্সিগী মশিল অদুগী মবমদা খবা হেন্না অমুক মখা চখনবা থৌবাং তৌবম্মী। মপুবোইবনা যাদবা তৌবক্লোই হাযনা থুনা মহাক খনবা হৌবকই, অমসুং তোযনা ঙাথবদুনা শোল্লপ হায়বকই, "ঐখোযনা হাযবিবসি মহাক যাবক্কনি হাযনা ঐদি নিংই," গফবনা খঙদননবা নৎত্রগা ভাবনা শাদুনা নুংঙাইবা ব্রাখলদা তাউদুনা লৈখিদনবা মহাক্লা মখা তাবকই, "মহাকতি ফত্তবা মীদি নত্তে। পূম্নমক অসি মপাম্থোংদা অদুক পংউৎ উৎপা হায়বদুনি খঙলেদনা। মহাক্তি মথ্বাই তাদবা পামদবা অদুক শাশিন্নবিবা হাযবদুনি। নঙদা মঙোন্দা ব্রা শুকঙাং ঙাঙলুনু। ব্রা ঙাঙনবদুদি ঐ তৌবগে। মহাকসি কবম হাযনা লোইনগদগে হাযবা ঐদি খঙই। ঐঙোন্দা শিন্নবিযুদা মহাক্তি।" অদুনা চীংদোল যৌদ্রিফাওবা

মহাক্না ব্না অসুম ঙাঙদুনা চৎলে। "ও, আদগী উচেকশিং অসি যেংউ ! মচুশিং অসি কযাদা ফজগ্রবনো ! কনাগুম্বী নুপী অমগী শেগাদা লৈজবম্বী তেনবা অমগী মবমদা লেংবা অতেনবা ঈশৈ মতেক অমখক লৈ। নঙনা যেংনবা কবিগুম্বা মতমদা মদুসু জগোই শাদুনা উৎকে।"

মহাক্তি ইথা থাজদনা নুংঙাইববা শকফমদা লৈবমলে। মমাংঙৈগা ইমান মান্নদনা খবা হেন্না লুনা চান্না তৌদুনা মহাক্না মহাক্কী নুপীবু ওক্লমলে। "অহুমশুবা শুকং অমসু লৈবমলে, খঙলববা, ইকোন কোম্বা যুম্থকুম্বা অমসু মদু যৌননবা লৈ। ঐনা শুনু পকলিবদু কম্থোক্তুনা যেংলুবদা, খুদমগী মশক ওইববা মূর্তি কযা কযা ঈশৈগী খুদমদা যেক্লদুনা ফক্লাংদা পবেং পবেং লৈবম্মী। ষ্টাইল অদুদি মঙাশুবা শতাব্দীগীনি। কবম হাযনা মতম অসি অসুক যাম্না খেন্নদা থোক্লবিবনো হাযবা ঐহাক ভাব তাদ্রিবনি") মাঙ্গোল অদুমক্তদা ঐখোযবু ওক্লদুনা মহাক্না হাযবকই। মহাক্না চৌকি অমা চিংশিল্লদুনা মতম্বাক্তা চেশিং অদু থম্লগা তম্পাক্কী লমদম অদু যেংদুনা লৈবম্মী। মহাক্কী খ্বাইদগী ইনৌ নৌবা থেংনবকপদু উৎলকই। মহাক্কী নুপীনা মদুদা হবাওনা যেংলদুনা লাউবকই, ("ঈশৈগী খুদম হাযবা ! কযাদা ঙকগ্রবা পোৎনো ! ঐবু খবা যেংহন্নবা পুবিযু, পুবিগদ্রা ?"

"হোই, হযেং অযুক ঐগা লোইননা চৎসি। ঐ নঙোন্দা মদু শুগাইনা তাক্কে।"

"ও, অঙকপনিদা !" অমসুং যাম্না তৌশিন্নবা খোঞ্জেন্দা মহাক্না লাউবকই, "ঐহাক হোৎনগে অদুগা মখোযশিং অদু নঙনা তাননবা ঈশৈ ওইনা শক্কে।"

"নহাক শকপা ঙমগনি হাযবসি ঐহাক চিংনৈ। নঙনা নিংবদুদগী হেননা লুবা জাৎনি।"

মহাক নুংঙাইতনা উবে অমসুং মহাকপু পেলহন্নিংবনা লাংতক্লবগুম তৌবে। মদুদি অফবগী খুদম মান্দে। মবম পূম্নমক্তা নুংঙাইনা উবা মতৌ অসিনা ঐবুদি পেলহল্লমদে। মহাক্না লৈশিল্লক্তুনা হংলকই, "নঙদি কমদৌবা বাজু ? নঙসু ঐনা পুথোক্লিবসি যেংনিংদ্রা ?")

"যেংনিংই, অদুবু যাবিবমখৈ হেক থুনা ঐহাক টাউন্দা চৎখিবা তাবি। যাম্না লাংতক্লববদুদা ইবেম্মবু মফম অসিদা থিল্লমগে হাযদুনা লাকপনি; অদুগা নঙগীসু কবি কবি অরাৎপা লৈবমগদবা পূম্বসু খঙগে হাযদুনা লাকপতনি।"

"ও, শোইদ্রে, শোইদ্রে !" মহাক্না লাউরকই। "জোসেফ হায়বা নুপা অসি অঙকপা মীনি। মহাকপু মশকসু উদে, মখোলসু তাদে, অদুবু থবক খুদিংমক মতম চপ চপ চানা হেক্তা লৈরম্মী। মদুনি ঐনা পাম্বা ওইহন্নিংবসু খঙলেদনা। মহাক অসিদি বোল বিযাবিংদা পান্দুনা উঙবরা হায়না ঐদি খল্লে।"

রোজিনা মহাক্কী হোটেলগী কা মনুংদা মহাক্কী শাথেক পূম্নমক অদু শরু অমসুং তোংশাগী নপ্পবা ফাজিন্নবা অমদি ফক্লাং অমসুং লৈমাইগী নপ্পবা ফাজিন্নবা যাওদ্রবা পান্দ্রবদৌনা উৎখিবদা ঐনা ইহান হান্না খনখিবসি মসিনি।

মার্কোনা জোসেফপু থাগৎপদু অসুম অসুম মখা চথবকই, "অসিগুম্বা মফম অমা অমসুং জোসেফকুম্বা মী অমা থেংনহনবিবগীদমক্তা ঐনা নঙবু মতিক চপ চানা থাগৎপা ঙমজদে। মহাক অসিদি থাঙ্গৈশেংনা অঙকপনি। চীংথক অসিদা মহাক্না মহাক্কী মগুনশিং অসি মাঙহন্দুনা লৈবির্বসি কয়াদা নুঙাইতবগী মশকনো !"

"নঙদি গুন য়াম্না খঙগল্লি," ঐনা হাযখি। "নঙগী মত অসি খঙলবদি মহাক শোইদনা চাউথোকচগনি হায়বা ঐ খঙই।"

"ও, মদুদি ঐহাক মঙোন্দা অখাকপা লৈতনা হায়গ্রবনি। ঐদি মহাকপু ঐখোয়গী ইমুং মনুংগী মী অমা ওইবো, তম্পাক্তা লৈরুবসি হাযনসু হায়গ্রবনি।"

(মহাক অসি মহৌশাগা মান্নদনা ব্রায়াম ঙাংই অমসুং লুনা তৌই। মহাক্কী হৈনজবী মহৌশাদি অচিকপদা, শুরুংগী ফক্লাংদা য়েকখোৎপদা লৈবনি। করিগুম্বা জোসেফ অসিনা মহাক্কী নুপী ওইনা ফংজরম্লবদি মহাক কয়াদা নুঙাইরমগদবনো হায়না ঐহাক খনখি ! মহাক্না ব্রা ঙাঙলিঙৈদা ঐগী পুক্লিং অসি মসিগী ব্রাখলনা পিক থনখ্রে। ফগুবী যুমগী নুপী অমগুম্না রোজিনা মখা হায়থরকই, "চানথক্লবা লৈরি হায়না খল্লি, পোৎ খুদিংমক অদুম মফরি। শঙ্গোম লৈরবদি নখোয় ময়াম পীথক্লবা কোফি লোনগে ঐহাক ?" মনুংদা চেনশিল্লুরগা, "হোই, শঙ্গোম লৈরমলে। নখোয় লোইনমক্কী কোফি শেমলুগে, মিনিট মঙাদগী হেন্না চংলোইদা," হায়রদুনা অমুক থোরক্লে)

ঐহাক ঙসিদি করিননো ইহৈ হৈনদবগুম্বা অমা পোকই। ঐগী পুক্লিং অসিদা ইপা পাখৎপগুম্বা অমসুং লাংতক্লবগুম্বা কয়া কয়া লৈরে। মহাক্না রোজিদা হায়রক্কদবদু খল্লুবদা ঙ্গান মমখ্রে অমসুং মহাক্না তথি তথি হায়বিদুনা মহাক্কী মথ্বাই শোকহনবিদনবা ঐহাক তশেংনা লাংতক্লরে। তাঞ্জা অসিমক্তদা

মহাক্না মঙোন্দা যাম্না ফজথোক্লকপবদি, মহাক্না ঐবু কবিসু থওইবক্তবসু যাই। ঐহাক্তি মহাকপু লুনা তৌবিবা, মহাক্না হাযজবদা মহাক্না তাব্রিবা অদুমকপু মহাকপুদি ঐঙোন্দা শিন্নবিবা পাম্মী। নিংলিবা খল্লিবা অসি কযাদা ওইথোকনিঙাই ওইদ্রবা, ভাবনা পংশা শাজিনবা কযাগী অপুনবনো। বোজিনা মনুংদা কোফি লোন্দুনা শ্রু শ্রু নৈদুনা লৈবিঙেদা, মহাক্না ঐগীদমক্তা অতোপ্পা চৌকি অমা পুবক্লে। "ঐদি ঐগী থবকসি মতম পূম্নমক্তা মফম অসিদা তৌই," মহাক্না হাযবকই। তম্পাক্কী লমদম অদু মহাক্না শৌগৎপিদুনা ইকাইখুম্নজবা ফংলিবনি হাযনা ঐনা খনখি। মহাক্না এলবম অমদগী চে মচেৎ খবগা ফোটো খবগা পুথোবক্লে। শুকং অদুদা যেক্লমলিবা লাইশিং অদুগী মবমদা মহাক্না চাউব চাউববা নোট কযামুক তৌশিল্লম্মী। চে অমগী মখাদা চে অমা থাবদুনা মহাক্না মখোয অদুগী মবমদা শুগাইনা ইবম্মী, শিন্দোক্লম্মী অমসুং তৌদবা যাওদ্রে। মখোয অদুদি চমমনৈ, অদুবু পাম্বা উৎশিন্নদুনা ঐনা মখোয অদু অদুম পাথৈ। মখোয অদুগী কান্নবগী মবমদা ঐহাক ৱাহং কযা হংগে নিংলম্মী অদুবু মদুগী চৎনবী লোন্দাদু খঙদবনা ৱা ঙাঙদনা তুমিন লৈবে। ঐহাক মিত্রং-যাদু তম্বীবা মফম অমদা লাইবিক তমজবক্লম্লবদি মী মখল মখলগা চপ চপ চাননা লোইনদুনা চৎমিন্নবা ঙম্লমগদবনি হাযনা ঐহাক খনখি। কনা অমতসু ঐহাক খঙদে হাযবদু তাবিবোই অমসুং বোজিনা তৌবগুম্না ঐবু তম্বীনবা অৱাবদু কবিসু লৌনিংলোই। মহাক্না হাযবিবদু ঐহাক মুন্না তাবম্মী। তোঙান তোঙানবা মওংগী লাইগী অমসুং হক্তুনা যেক্লম্বশিংগী মবমদা মহাক্না ঐঙোন্দা তাবিখ, প্রমান, অমগা অমগা মান্নবগী মতৌ মওং অদু উক্তুনা তাক্লকই। মহাক্না তৌবিবা পূম্নমক অদুনা পৃথিবী অসিদসু কবি কান্নবা পুবক্কদৌবিবনো হাযনা ঐহাক থৌনা ফনা হংলুবদি ঙমদ্রে।

ট্রে অমদা হাপ্লদুনা বোজিনা কোফি অদু পুবক্লবা মতমদদি (জোসেফকী খোঙথাং অদুগী লাম্বা তৌবা ঙম্লগনি হাযবগী মওংদা মহাক তপ্পা চঙলকই; ঐগী নাতোন মপাদা মহাক্না কপ অদু থাঙ্গৎলকপা উবদা ঐহাক ইপা পাখৎখ্রে), মহাক্না হাযবকই, "মসি ফোঙদোক্লবা মতমদদি ঐখোযনা হৌজিক লৌনবিবা চাউখৎপগী ইতিহাসকী মওং অসি পুমহোং হোংহনগনি। মফম অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা ফংখিবা নঙগী মতেংশিং অদুসু ঐহাক শোইদনা লাইবিক অসিদা ইদুনা হাপকনি।"

নুমিৎ নিনিগী মতুংদা অমুক ঐহাক মফম অদুদা চৎলে। মফম অদুদা ঐহাক নুমিৎ য়ুংবা মতমদা মার্কোনা শোইদনা শুরুংদা চৎলম্লগদবা মতম অদুদা রোজিগা মিকুপ খরদং উনবা ফংহৌনবা চৎলে। মখোয় বাংলা অদুদা লৈরমদে। মনিংগী কা অদুদা মখোয় হল্লক্লগা চাননবা চাক শেমদুনা জোসেফতু লৈরম্মী। মহাক্লা হায়রকই, "মখোয় চৎখ্রে, হৌজিক ফাওবা হল্লক্ত্রি।" জোসেফকী মায়থোংদা কমদৌ কমদৌনা চত্থনখিবগে হায়বদুগী খুদম অমতং ফংগদবোই নিংদুনা ঐহাক য়েংলুই। অদুবু মহাক্তি মদু নাম্থোকহৌরবগুম তৌই। ঐনা হরাও হরাও হংলম্মী, "করম করম তৌনখিবগে জোসেফ ?"

"য়াম্না ফরি, ইবুংঙো।"

"নুপা অদুনা নঙবুদি য়াম্না ফজনা হায়না !" ঐনা মহাকপু চিরোল তৌদুনা হায়রম্মী। অদুবু মদু মহাক্তি করিসু থওইদনা খন্দোকখ্রে। "মহাক্লা হায়রগা করি তৌনি। ঐসু ঐগী ইথৌ অদুম মতৌজরি। ঐগী থবক মতা অসিদদি কনানা শাপ তৌরমগনি, কনানা বর পীবীরমগনি, অদুবু ঐদি কনানা করি হায়রম্বগে হায়বদু করিসু নাচুংবিরুদে। হৌখিবা থাদা ঐবু লৈশাবী পুরকউ হায়বা য়াদে হায়দুনা ফুগে তৌবা কাংবু অমা লাক্লম্মী, অদুবু ঐহাক মদু খনবিবা মীরা ? মথংগী অয়ুক্তা মফম অদু থাদোক্কুনা চৎথোকখ্রো হায়না ঐনা হুকুম তৌখি। মফম অসি মী লৈফমনে। করিমতা নুঙাইতবা য়াওদনা ঐনা মখোয়বু নুংঙাইবা হায়বদু পীননবা হোৎনরিবনি। করি করিগুমবা মতমদনা ঈশিং পুল অমদা মখাই অমা পী, মখাদা কুমথখিবগা বস, লোরীনচিংবদা লৈজবা পাত্র ময়াম হাপখিদুনা মদু হল্লকপা ঙাইদুনা কয়া কয়া কুইনা লৈবদা তাখ্রবা– অদুবু থুংলরিবা মীশিং অদুদি অৱাবা অদু কৈদৌঙেদসু খঙলোই। মখোয়বু খঙবিয়ু হায়নসু খল্লুদে। মখোয়গী অপাম্বা পীবা হায়বসিনা ঐগী ইথৌনি, শেল পীরকপা হায়বসিনা মখোয়গী মথৌনি। মসিগী মতাংদদি চঙৎনদবা ফৈ। ঐনা ঐগী ইথৌ তৌই অতৈসু মখোয়গী মথৌ তৌসনু। অদুবু মখোয়না ঐবু দলালী চাবা মীগুম খল্লক্লবদি, ঐদি য়াম্না শাউরকই।"

"মহৌশানা, মদুদি কনামতসু পামলোই," মহাক মতোম্মতা ঙাঙলিবদু মরক থৎননবা ঐনা হায়রম্মী। "নুপা অসিনদি নঙবু করিগুম্বা হিরমদা অৱাবা পীদে হায়না ঐহাক খল্লি।"

"ও, নত্তে, মহাক্তি মনি মুক্তানি। অফবা মীনি; মহাক্কী নুপীনা মহাকপু মতোম্মতা থাদোক্কুনা থম্বীরম্লবদি অমুক্কা হেন্না ফগদবনি। মহাক য়াওদ্রবদি

মহাক যাম্না নুঙাইজনা উই, নঙনা কবিগীনো মহাকপু মনাক্তা পুবিবকলিববু ? মহাক অসিদি তমথিঙ্খ্রবী মবালদা গীবী অমগুম থোকই ।"

"যাম্না ফবে, ঐহাক মহাকপু মখাদা পুথখিদুনা নুপা অসিবু শান্তি ওইনা থম্নীবম্লগে," শুকং অদুদা চৎননবা খোঙ থাংলদুনা ঐনা হায়বম্মী ।

নাপী মথক্তা চৎলিবা লম্বী অদু ইকোক কোকলে অমসুং মার্কোগী মখোঙনা নেৎপদা ইস্তৌ ঙৌবে । ঐহাক মোংশোং অদু লাম্থোক্তুনা লৈঙোইলম অদু লাম্থোকপদা ঙাইবিঙেদা মহাক অতোপ্পা মাইকৈ অদোমদগী লাকপা উবম্মী । মহৌশাগুম মহাক মফী মবোল যাম্না শেৎলম্মী, খাউ অদুসু মখুৎনা কন্না পাযদুনা যাল্লম্মী । মহাক্কী মতুংদা খবা তপ্পা বোজিদু ইল্লকম্মী । মখোযগী শকফম অদুদগী ঐহাক কবিমতা খঙবা ঙম্লমদে ।

"হেলো !" হায়না ঐনা হবাও হবাও মহাকপু মাযোক্লদুনা কৌবম্মী । মহাক ঐঙোন্দা যেংখৎলকই, লেপ্পী, কবিনো ব্রা খবা হাযগে হাযদুনা মযা অদু কাথোবক্লগা অদুম ব্রাশিং অদু হাযদোবকখিদ্রে, ঐগা থেংনদনবা নাকন্দা থৈদোক্তুনা মাঙলোমদা অদুম চংখ্রে । বোজিদি তূম্না তূম্না চৎপদৌনা মহাক্কী মতুং ইল্লকম্মী । মহাক্তি ঐঙোন্দা ফাওবা অমুক্তা যেংলক্লবা লৈথোবক্তে । বোজিগী মতুংদা গজ খবা থাপননা ঐনা তুং থংলম্মী অমসুং বাংলা অদুদা ঐখোয় উট মপৈ অমগুম্না চংলে । মখোয়না তুমিন তুমিন লৈনদুনা ব্রা ঙাঙনদবগী খুদম অদু ঐসু ইনবনা অমসুং মখোযদৌনা ব্রাখল খন্দুনা অব্রাবা মতৌ উৎপনা খ্বাইদগী ফবনি হায়না ঐনা খল্লে । কাংবু অদু ওম্থোক্লা লাম্বা চানহল্লে মসিনা ।

প্লেট অমা তৈথোক্লদুনা জোসেফতু চাকশংগী থোঙদগী থোবকই । "নুংদাংগী কবি কবি লাংগদবা হাযবদু ঐহাক ঙাইজবিবনি ।"

(বোজিনা ব্রা অমতা ঙাঙলমদনা, সিডি অদু কাখৎখিদুনা মাঙ্গোল অদু যৌখিদুনা মহাক্কী কা অদুগী থোঙ অদু হাংদোক্তুনা মনুংদা চঙখ্রগা থোঙ অদু থিংজিনখ্রে । অসুম হাযনা ব্রা অমতা ঙাঙদনা পুমচিক চিকপসিনা ঐগী অকিবা চিংনবা পোকহল্লে । মসিদি শুকথা থাজকদবনি অমসুং ঐহাক ফিবমদুদা কবি তৌগদগে হাযবদু কবিমতা খঙলমদে ।)

মহাক ঐখোয অনিগা শোইদনা যৈনবা অমা, মবৈ যেৎনবা অমা নৎত্রগা কবিগুম্বা অমদি শোইদনা তৌনবা তাবে হাযনা ঐনা খল্লম্মী । অদুবু মতৌ মওং অদুনা ঐবু মপুং ফানা মাযথিবা পীবে ।

গফরনা ময়াদা চরু মচেৎ অমা চিক্লদুনা হংগদবগী চঙলকই, "করম্বা মতমদা ঐখোয় মখাদা হনগদৌরিবনো ?" মহাক্না মফম অদুদা চঙলকলিবা অদুগী অশেংবা মরম অদু মসি নত্তে ড্রামা অদু য়েংগদবগীদমক্তা লাকইবনি হায়বদু ঐহাক খঙলম্মী। জোসেফকা ব্বারেম ঙাওদুনা মহাক মতম লেল্লম্বা য়াই; অমসুং মখোয় অনিনা নুপী অসিগী মরমদা পাউ পূন্নমক লৌথোক্লরম্বসু য়াই। ঐনা হায়খি, "গফর, করিগীনো নঙনা অদুক তহ্া তহারিববু ?" অমসুং নুংশিদনা মখা তারুই," ফজরবা কুম্মে অমা য়েংননবা লৈরবদুবু।" ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা হায়রকই, "রাজু মসিদি ফৎত্রবনি। ঐখোয় চৎখ্রসি। মখোয়দা লৈজহৌরসনু। অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু মখোয় মতে মনাওনি; করম হায়না চান্নজগদগে হায়বদু মখোয়সু খঙজরমগনি। লাক্লো। নঙগী হান্নগী নথৌদু অমুক হন্না তৌরুরো। অদু ওইরবদি নহাক ঙম্মোক্লা নথ্াই নুঙাইরগনি, করিসু চিংনররোই অমসুং নুংঙাইবা মী ওইরগনি।" মসিদা ঐগী হায়নিংঙাই করিসু লৈতে। মহাক্না ঐঙোন্দা পীরিবসি য়াম্না চুম্বা পাউতাকনি। মতাং অদুদা ফাওবা ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা গফরগী পাউতাক অদু ইন্ননবা অচুম্বা ব্বাখল অদু পীবীরম্লবদি পূন্নমক পুমতোন তোঙাল্লমগদবনি। রোজিবু মহাক্কী ব্বাফম অদু মপুরোইবগা পাংথোক্লনবা থম্বীরম্লগা ঐহাক তুমিন হন্দুনা চৎলম্বা য়াবনি। মদুনা ঐগী পুন্সি অসিগী অকন অকনবা ইরে অমসুং চৈথেং কয়ামুকসু কনবিরমগনি। ঐনা গফরদা, "কার মনাক্তা ঙাইরম্মু, ঐহাক পাউ হায়বগে," হায়দুনা ঐগী অশাউবদু খোঞ্জেন্দদি য়াওহন্দনা হায়খি। মুরুম মুরুম শোল্লদুনা গফরদু চৎখ্রে। থুনমক ঙাইঙমদ্রবা বস দ্রাইভরশিংনা পেসেঞ্জরশিংনা লম্বীগী নাকন্দা লৈবা চা য়োনবা দুকান্দা চা থকপা চৎথোকপ্রবা মতমদা তৌবগুম্না মহাক্কী হোর্ন অদু খোঙলকপা ঐ তারম্মী। ঐহাক মদু থওইশিন্নরোই হায়না খল্লে। নাকন অমগী থোঙ অদু হাংদোরকপদা উরে। মার্কোনা মপানগী মাঙ্গোল অদুদা মশাদু থোরক্লগা হায়রকই, "ড্রাইবর, নহাক চৎনিংলবরা ?"

"হোই, ইবুংঙো," গফরনা খুম্লকই।

"অদু ওইরবদি ফরে, ফরে," নুপা অদুনা হায়রকই। মহাক্কী পোৎ ময়োম অদু পায়খৎলদুনা কার তান্না চৎপা হৌরক্লে। হোল অদুগী থোঙনাওগী মিংশেল থোঙবা অদুদগী মহাকপু ঐনা উরম্মী। মদুনা ঐবু ইঙক ঙকহল্লে। হোল অদু লাম্বোক্তুনা থোঙ অদুদা থোক্কে হায়দুনা ঐহাক হোৎনরম্মী অদুবু মদুসু পৌরোল থাজিল্লমলে। ঐ থুনা মায় লৈরক্তুনা সিড়ি অদু কুমথরক্লগা

গফবগী কাব অদুগী মনাক তান্না চৎলে। মার্কোদি হান্ননা ফমদুনা লৈবমলে। গফবনা মতম অদু ফাওবা ইঞ্জিনদি ষ্টার্ট তৌবমদ্রি। অতে অতোপ্পগী মবমদা ব্রা হংবসু মহাক কিবে অদুনা স্বিচকী শো অদু গ্রোং গ্রোং ওল্লদুনা মতম ঙাইদুনা লৈবম্মী। হোর্ন খোঙলুবদগী থোবক্লিবা ফল অদুদা মহাক পুমঙক ঙক্লমগনি। মহাক্লা কবিগী অদুম তৌরুবিবনো হাযবদু ঈশ্বরতদি খঙলমগনি; মহাক পরীক্ষা তৌদুনা যেংলম্বসু যাই নৎত্রগা তন্দে মান্দে তৌদুনা মবী লৈনবা মী পূম্নমক্তা মতম অসি হৌখ্রে হাযবদু নিংশিংনবগীদমক্তা তৌবম্বসু যাই।

"নঙ কদাইদা চৎকদৌবিবনো ?" ঐনা থৌনা ফগৎলদুনা কাব মনুং অদুদা ঙকসি থিংজিল্লদুনা মার্কোদা হংলম্মী।

"ঐহাক হোটেল অদুদা ঐগী হিসাব লোইশিন্নরুনবা চৎলিবনি।"

"কবিনোনে নঙনা হার্যবিবদুবু ?" ঐনা হংলম্মী। অকিবা ফংলবা মিৎযেং অমনা মহাক্লা ঐঙোন্দা হঙ্গৎহন্দা যেংদুনা লৈবে। "ঐহাক কবিসু তাকফম লৈতে। কা অদ্ ঐনা লৌরুবনি, মদুগী হিসাব লোইশিন্নবা ঐহাক চৎলিবনি, অসিমঙাই। ড্রাইবব নঙগীসু বিল থুনা হৌজিকমক পীবো। শেল অদু লৌবগে হাযববদি বসিদ অমা থৌবাং তৌদুনা থম্মো।"

"মী অতৈদি লাক্লবোইদ্রা ?" বাংলা অদুগী মাইকৈদা যেংলদুনা গফবনা থৌনা ফনা হাযথবকই। নুপা অদুনা চুম্নতা হাযবকই, "লাক্লবোই," অমসুং মথা হাযথবকই, "মী অতোপপা অতৈ লাক্লবদি ঐহাক লৈহৌগনি।"

"ড্রাইবব," ঐনা খঙহৌদনা শক্তি পাইবগী খোম্বাংদা হাযবম্মী। ঐনা মাবু "ড্রাইবব" হাযনা কৌবকপদুদা গফবদু ইপা পাখৎখ্রে। "নুপা অসি মহাক্লা চৎনিংবা মফমদা কোইপু পুক অদুগা হযেং কাব অসি ঐগী ইনাক্তা পুবকউ অদুগা নঙগী বিল পূম্নমক মহাক্কা শেংদোক্লবা যানি। ঐনা চৎপগী তোঙানবা হিসাব অমসু থম্মু।" কাব অদু ঐ ইতোম্মতগী থবক শীজিন্ননবা পুবকপনি অসিনচিংবা হাযদুনা হেন্না ঙক কনবগী মতৌ অদু উৎপা যাবম্বনি অদুবু মদু পূম্নমক অদু তৌরুবগা ঐহাক কবিসু কান্নবা ফংগনি হাযবা উদে। ঐনা মার্কোবু যেংদুনা লেপ্তুনা লৈবিঙৈদা ইখঙ খঙহৌদবা থুক লাউবা ব্রাখল অমনা ইশা ফাওবা খঙজদনা ফাওবকই। ঐনা কাবগী থোঙ অদু হাংদোক্লদুনা মহাকপু মপানদা চিংথোকলে। উপনিংবা টুপী অমসুং আনোক উপচববসু মহাক অসি ইশোন শোল্লি— ফক্লাংদা কা হেন্না খোক্তুনা অমসুং শুরুংদা তোইনা চৎমনবনা মহাক মযাং ইকং কংহল্লে। "কবিনো ? নহাক ঐবু ফুগে হাযবিব্রা ?" মহাক্লা লাউবকই।

"ঐহাক নঙগা ব্রা ভাঙননিংই। নহাক ব্রা খরা ভাঙলকপা পাম্মী। অসুম হায়না হেক্তা নহাক চৎখিবা য়ারোই।" ঐহাক মহাক্লা নুংশা স্বর থবেৎ থবেৎ হোনবদু উরে। ঐহাক তপথবদুনা খোঞ্জেল অদু মেংলপনা হায়রম্মী, "মনুংদা চঙদুনা চাক চাথোক্লরো অদুগা নঙনা হায়গদবসু হায়রো। ঐখোয় ব্রা ভাঙনখিসি, নৈনখিসি অদুগা নঙনা তৌনিংবদু তৌজখো। মফম অসিদা নঙগী নুপীবু হুন্দোক্লন্নগা অদুম হায়না নহাক হেক চৎখিবা য়ারোই।" ঐহাক গফরদা য়েংলদুনা হায়রম্মী, "নহাক য়াম্না থুরবরা ?"

"নত্তে, নত্তে। চাক চাথোকপীরুখো অদুগা লাকপীয়ু, ইবুংঙো। হৌজিকসু মতম য়াম্না লৈরিদা —।"

"জোসেফতা নঙগী চানবা পীয়ু হাযরুগে," ঐনা হায়রম্মী। ফিবম অদু খরা মাংজৌননা য়েংশিলহৌদ্রে হায়দুনা ঐহাক নুংঙাইতবা পোক্লক্লে।

"নহাক কনানো ?" মার্কোনা থুনমক হায়রকই, "নঙগী করি নথৌ লৈ ?"

"য়াম্না লৈ। ঐনা নঙবু মতেং পাংঙলকইবনি। নঙগী নথৌদা ঐহাক মতম য়াম্না মাঙলক্লবনি। হাপ্তা কয়ামুকসি নঙগীদমক্তা দায়ীত্ব পুদুনা লাক্লবনি।"

"অদুনা মিকুপ অসিদগী হৌনা ঐনা নঙগী নতেং লৌদ্রবনি।" মহাক্লা হায়রকই। "নঙগী বিল পীরক্লো অদুগা লোইনরসি।" মহাক্কী খ্বাইদগী শাউনিংবা, পিং লাউবা মতমদা ফাওবা মহাক ভাউচরগী ব্রা অসিদি ইকাউ কাউরোই। ঐনা হায়খি, "মনুংদা চঙদুনা ফম্মিন্নরগা ইংনা মদু পান-লাক্লরুবনা ফত্তা ? নঙনা হান্ননা পীখিবা শেলগী অরেম্বা খরসু ঐঙোন্দা লৈরি।"

"য়াম্না ফরে," মহাক্লা ঙংলদুনা হায়রকই। "ঐখোয় থবক পূম্নমক হেক্তা লোইশিন্নরসি অদুগা নঙসু ঐহাক উদনবা চৎগ্রো।"

"ইরাই লাইবা পোৎনি," ঐনা হায়রম্মী। "অদুবু য়েংউকো, বাংলা অসিদা চপ মান্না কা অনিখক লৈ, অদুনা ঐসু অমা ইকায় কায়দনা ব্রাইদুনা লৈবা ঙম্মী।" জোসেফতু থাক অদুদা কুমথরক্লে।

"ঙসি নুমিদাংসু চাক চাবিখিগদ্রা ?"

"চাররোই," মহাক্লা খুন্নকই।

"হোই, ঐদি চাবসু যাই," ঐনা খুমখি। "নহাক থুরবদি চৎখিবসু য়ারনি, জোসেফ। ঐসু লৈগদৌরিবনি, নঙবু কৌরক্কে। কা অতোপ্পা অমদু হাংদোক্কুনা ঐগী হিসাবতা ইশিল্লো।"

"হোই, ইবুংঙো।" মহাক্না থোঙ অদু হাংদোক্লদুনা ঐনা কা মনুং অদুদা মপু ওইবগী মওঙদা চঙলে। ঐনা থোঙ অদু হাংদোক্কুনা থনম্মী। মসি ঐগী কানি অদুনা ঐনবু পাল্লবদি থোঙ অদু শবাক ফাক্কুনা থম্বদা ঐগী ইনিংনি।

ঐহাক থোঙনাও অদুগী মপান্দা য়েংথোকলুই। নোংচুপলোমদগী য়ৈরকপা নুমিৎকী মঙাল অদুনা উপালশিংগী মতোল অদু সনা মচু মালহল্লি। য়েংবদা স্বর হোনবা কাউহনবা দৃশ্যনি। বোজিসু মদুমক উবমগনি হায়না ঐনা আশা তৌখি। মহাক্তি কা মনুংদা লৈ। মখোয়গী কা অদুগী মনুংদা চঙবগী খুদোংচাবদু ঐহাক মাঙজবে। ঐগী কা মনুংদা লৈবিবা উগী চৌকি অদদা ফমথদুনা কবি তৌশিগে হায়না ঙক্কুনা লৈবে। ঐনা হৌজিক তৌকবিবদুবু করিনো ? ঐগী অশেংবা প্রোগ্রাম অমতা লৈত্রে। ঐহাক্না নিংথিনা ঙমদুনা মহাকপু কাব মনুংদগী চিংথোক্লুই হায়বসি কবিসু চিংনফম লৈতে। অদুবু মদুনা ঐখোয অনিমক্তা করিসু কান্নহন্দে। মহাক চঙখিদুনা মহাক্কী কা মনুংদা পৌরোল থাজিন্দুনা লৈখ্রে, ঐসু ঐগী কা মনুংদা লৌবি। ঐনা মহাকপু মখাদা চৎহল্লম্লবদি, য়ামদ্রবদা ঐহাক রোজিবু শাউবা ফহন্দুনা মহাক মশাগী মবমদা ব্রা খরতসু তাথোকপা ফংবগী খুদোংচাবদু ফংলমগদবনি। অদুবু হৌজিক্তি ঐনা পূম্নমক মথোং মরম অমতা খঙহন্দ্রে। ঐবু মপাল থোক্কুনা নুপা অদু অমুক মহাক্কী কাদগী চেঙ্গোবক্লবা হোর্ন অদু খোংউ হায়কসিবা ?

অসুম তৌদুনা পুংখাই অমা হৌখ্রে। ব্রা ঙাঙনবগী নৎত্রগা চখোক চৎশিনগী খুদম মচেৎ অমা ফাওবা ফংদে। ঐগী কা অদুগী মপান্দা খুনিং কাংদুনা চৎলে। ঐহাক চাকশং তান্না চৎলে। জোসেফ চৎখিরমলে। পাত্রশিং অদুগী মখুম অদু হাংদোক্কুনা য়েংলুই। চানথক্লবা লৈরম্মী। কনা অমতসু মদু শোকউ-খোৎলুবগী খুদম উদে। মখোয় অনিমক চরা হেল্লে হায়বসি লাইতদি খঙলমগনি। নুপা অদুবু খঙনুং নুংশিবা অমা পোক্লক্লে। রোজিদি পূরাপূরী পুমচোক চোকথরম্লগনি। পুং অনি খুদিংগী কৈনো অমতা চাগে হায়বসি মহাক্কী হৈনবী মহৌশানি। হোটেল অদুদদি, ঐনা মাগীদমক্তা তোয়না ওর্দব তৌবি; মপান্দা চৎথোক্লগনা ঐনা লম্বীদা উঁহৈ-ব্রাহৈ নৎত্রগা অথুমঅহাউ লৈননবা হেক হেক লেপ্পী। তৌজিক্তি নুপীমচা অদূ শোযদনা পুমচোক চোকথবম্লগনি,

অদুগীসু মথক্তা অমুক শুকং অদু হঙ্গৎহন্দা চৎলুবা অদুসুনে। মহাক্কী ব্রা খল্লুবদা ঐহাক খংশাউ শাউনিংলকলে। কবিগীনো মানা চাথক্লিবসিবু নৎত্রগা মনাপংবা মবোল থোক্তবদৌনা তুমিন্না লৈথোক্নুনা অসিনি অদুনি হায়না ঐঙোন্দা হাযদ্রিবসিবু কবিগীনো ? হিংচাবদুনা মহাক্কী মবৈ অদু ককথৎপিখ্রবা ? ঐহাক চপচানা অকিবা অমগা লোযননা ইঙক ঙকলে। চান-থক্লবশিংদু ঐনা প্লেটতা হাপ্লদুনা ট্রে অমদা হাপচিল্লদুনা মখোযগী থোঙ অদু তান্না চৎলে। ঐহাক মিকুপ অমতং নিংজিং মাংজিনৈ— মিকুপ অমখক্তংনি— ঐহাক খবা কুইনা নিংজিং মাংজিং লৈববদি মনুংদা শুকচং চঙবা ঙল্লবোই হাযবসি ঐহাক খঙলম্মী। থোঙ অদু খোঙনা ইষ্লোকলে। ফমুং মগক্তা বোজিদু মমিৎ উইশিল্লদুনা হিপ্লুনা লৈবম্মী। (মহাক অসিবু ব্রাম্বববা জাৎলনে ? ঐহাক মিকুপ অমতং ইঙক ঙক্লুবে।) মমাঙদা অমুক্তসু মহাকপু অসিগুম্না মবাইবক থীববা ফিবম অসিদা উখিদ্রি। মহাক্তি চৌকিদা খুনিংনা টেবলদা শৌবদুনা, মখদাং অদুনা খুত্তুম মথক্তা থাঙ্গৎলদুনা ফমদুনা লৈবম্মী। মহাকপুসু মমাংদা অমুক্তা অসিগুম্বা ব্রাখল যাওদনা ঐহাক অহাংবা ফিবমদা উখিদ্রি। ঐহাক মহাকপু নুংশিবীবা পোকলে। ঐহাক ইশাবু মদুগীদমক্তা দাযীত্ত্ব লৌজবে। মসি পূম্নমক অসি কবিগীদমক্তা ঐহাক থাপ্না থমখিবা ঙমদ্রিবনো ? মহাক্কী মমাঙদা ট্রেদু থমলে।

“মীশিংসে ঙসিদি চাবথকপগা ইকাউ কাউনখ্রমাল্লে। নপুক্লিংদা নুংঙাইতবা অব্রাবগী পোৎলুম্না নল্লগা কবিগী চাবথকপা তৌবোইদবগী মবম কবিসু লৈতে।”

বোজিদু মমিৎ পাংথোক্লকলে। মমিৎ অনিদু ইপোম পোমখৎলে। মহাক্কীদি কোইবাউনববা, নোকমি নোকমিতা তৌদুনা লৈববা মমিৎ পাল্লি, অদুবু হৌজিক্তি মমিৎ অনিদুসু লাউবা হেন্দোবক্লে, ইপোম পোমখৎলদুনা অকিবগী মশক ওইবক্লে, ইতুক তুকথবদুনা ইঙাং ঙাংলে। হিবম খুদিংমক্তা মহাক অসি যেংবদা ইনুং নুংঙাইত্রে। মহাক্লা ফম্লম্বদগী হৌগৎলক্লদুনা ঐঙোন্দা “ঐখোযগা লৈমিন্নদুনা নঙগী মতম অমুক মাঙহল্লগনু। নহাক চৎখ্রো। ঐনা হায়গদবা হায়ববু মসিতনি”, হাযনা মচেৎ মচেৎ ওইবা, যাক্লবা, শেংশেং লাউবা খোম্বাংদা হাযবকই। ব্রা ঙাঙবদা মহাক্কী খোঞ্জেল অদু খবা নিক্লম্মী। “ঐনা হাযবিবসিনি। ঐখোয়বু হৌজিক্তি থাদোক্লমলো।”

নুপী অসিবু কবি তৌববনোনে ? মহাকপু মপুবোইবগা সন্ধি তৌনববা জাৎলা ? ঐহাকপু চৎথোকখ্রো হায়নবা মহাক্কী মথৌ অদুম মবৈ। ঐহাকপু

পুক্লিং থৌগৎতুনা হিরম পূম্নমক্তা তৌবম্বসিদা অপঙবসি উজরকপদা মহাক অনুতাপ তৌরক্লম্বসু য়াই। পাউখুম ওইনা ঐনা হায়বা ঙমখিবসি মসিতনি: "অহানবদা, নখোয চাক চাথোক্লখো। করি মরমগীনো নখোয়না চরা হেল্লিবসিবু ?" মহাক্না চুম্নতা হায়বকই, "ঐহাক নঙবু চৎহন্নিংলে।"

"নহাক মখাদা কুমথববোইদ্রা ?" ঐনা মার্কোদা তকশিল্লম্মী। নুপা অসি মবোলমরি থোক্রবা নাপংবগুম তৌরম্মী। ঐখোয় অনিনা ঙাঙনরিবা অদু মহাক্না তাবগী মওং অনত্তা উত্তে।

মহাক্না ইচম চম্না হাযবকই, "ঐখোয়বু থাদোক্লম্মো হাযরিবসিনি ঐনা নঙোন্দা। নহাক ঐনা হাযবিবসি তাবিব্রা ?"

মহাক্কী খোন্দা অসিদা ঐহাক ইশোন শোম্বরে অমসুং ইপং পংশিল্লক্লে। ঐনা মুরুম মুকুম শোনখি, "ঐনা হায়বদি নহাক্না মহাক্না অমা মখাদা কুমনিংলমগনি, কুমথনিংলবদি –।" মহাক্না তুক্কচনা মরৈ অদু চিক্লম্মী। "নহাক খঙবা ঙমদ্রবরা ? ঐখোয নহাকপু চৎথ্রো হাযরিবসিনি।"

ঐহাক শাউগৎলকলে। ঐগী শেগাদা কোন্দুনা পুং ৪৮ তগী মমাঙদা লৈরম্বী নুপী অসিনা হৌজিক্তি চাউথোকপা হৌগৎলকলে। ঐগী ইচিল অসিদা ইকাইবা পোক্লবা অমসুং মবালতনা থল্লবা ব্রা কয়া কয়া পন্দুনা লৈরক্লে। অদুবু অদুগুম্বা লুববা তাঞ্জা অসি ফাওবদা ঐহাক ঐগী ব্রাশিং অসি তিল য়োখদুনা ফাথগনি হায়বসি খঙই, অমসুং ইশা অসি ফিবম অসিদা খরা কুইনা লৈরুরবদি খুদোংথিনিংঙাইনি হায়বা খঙলদুনা তুং ওম্থোক্তুনা, কার অদু তান্না খোঙকাপ লাওনা লাওনা থাংদুনা চৎলে। "গফর ঐখোয় অনি চৎসি।"

"পেসেঞ্জর অমখক্তরা ?"

"হোই।" ঐনা থোঙ অদু গম লাউনা য়ৈশিল্লগা ফমফমদা ফমলে।

"মখোয় অনিদি কমদৌবা ?"

"ঐহাক খঙদে। খরা তপ্না মখোয়গা নঙগা শেম্বুমগী ব্রাদু লোইশন্নৌ।"

"মখোয়গা অমুক ব্রা ঙাঙননবা লাকপা তারবদি, মদুগী ভাড়াদি কনানা পীবীগনি ?" ঐনা লাইবক্তা খুত্তুমনা শুরে। "খিৎ চৎলোবা ইবুংঙো। পূম্নমক অদু খরা তপ্লপ্না ঙাঙনরবসু য়াগনি।"

মহাক্কী ফমফমদা গফরদু দার্শনিক অমগী শক্তমদা ফমথ্রে, কার অদু ষ্টার্ট তৌরদুনা চৎলকলে। ঐনা য়েংগে হায়দুনা লৈথোক্লুবদুদা মহাক্না ঐবু

থোঙনাওদগী যেংথোক্লমগনি হাযবগী আশা কযা তৌবম্মী। অদুবু অসিগুম্নদু ইবাইবক্তা থোক্তে। কাব অদু মখাবোমদা থৌথবক্লে। গফবনা হাযবকই, "নখোযগী অহল-লমন্না নঙগী কন্যা অমা থিবিবা মতম ওইবে।" ঐনা মদুগী পাউখুম ওইনা কবিসু খুল্লমদে, অমসুং মহাক্লা মমশিল্লক্লিবা মথক অদুদা হাযবকই, "বাজু, ঐনা নঙোন্দগী চহি হল্লি। নঙনা তৌবকইবা অসিনা খাইদগী ফবা থবকনি হাযনা ঐহাক খল্লি। অসিগী মতুংদগীদি নহাক হেন্না হেন্না নুংঙাইবক্লগনি।"

অদুবু মতুং তাবকপা নুমিৎশিং অদুদাদি গফবগী লাইফাওশিং অদু মপ্য ফানা থোক্লে। অসুক ব্লাববা পুন্সিগী শকক্তি ঐহাক অমুক্তসু মমাঙদা নিংশিংখিদ্রি। মহৌশাগী খুদমশিং অদুদি থাক্কেশেংনদি অদুম মবৈ চাবথকপগী মহাউ খঙলক্লে, নিংথিনা পোখাদুনা তৃম্বা ফংলক্লে, পুক্লিং অসি লৈতাদ্রে (ঐহাক মফম অমতদা তংতানা লৈবা ঙম্লক্লে); ব্লাখলদা শান্তি ফংলক্লে, ব্লাহে-খোনফমদা নৎত্রগা শাউনিংবগী ব্লাখলদা অথোৎপা-অমেংবা যাওদ্রে লৈত্রে, লৈত্রে, লৈত্রে, মশীঙ লাকঙমদনা লৈত্রবা ঙাক্তনি। থব্লাই যাওনা ঐগী হান্নগী ইথৌ অদুদা অমুক হঞ্জিল্লে। অদুবু পোৎ খুদিংমকসি অসুক যাম্না ওইদবা ওইনা থোকখ্রে। দুকান্দা লৈবিবা নুপামচা অদুগী মহুৎ শিনবিদুনা ঐনা দুকান অদুদা ফমদুনা লৈবে, পোৎ তম্মী, অমসুং শেল লৌশিল্লি, অদুবু মতম চুপ্পদা অপঙবগী থবকনিকো হাযবগী ভাব অসিমদি ইথা মথাদে। ট্রেন থুংলবা মতমদনা প্লেটফোর্ম অদুদা হঙ্গৎহন্দা চৎতুনা লৈ। ইশোয শোযবা নাইদ্রবা পোৎকুম্বা কোইপু পুদুনা য়েংহল্লুনবা মী অমদি হেক্তা মতম পুন্নমক্তা ফংলুই। "নহাক বেলব্রে বাজু হাযবদুবা?" "হোই," অদুগা অদুদগীদি মশামউ নোযববা ইমুংগী মপা অদুগা, মাগী নুপীনে অমসুং অঙাং অনিনে। "ঐখোয ... দগী লাকপনি; অমসুং সুম সুম্বা মীওইশিং অদুনা ঐখোযবু শোযদনা মতেং পাংবিবক্কদবা মীনি হাযনা নহাক্কী নমিং অসি তাক্লকই ...। ঐগী নুপী অসিদি সবযু তুবেলগী মক অদুদা অমুক্তং শেংনা লুপচবা পাম্বনি অদুগা ঐনা শামু শকপ নৎত্রগা নঙনা হৌদোক্লকপা অমা হেক যেংনিংই। অদুগনে, নুমিৎ হুমনিদনিকো কাউগনু। পুং অমা ফাওবা হেন্না ছুটি ফংবা পোৎ নত্তে; ঐহাক ওফিসতা ... কাবা তাই।" মখোযনা হাযবিবা মযামদু ঐহাক থোইনা নাচুংলুদে। মখোযগী লম্মেল অদু ঐহাক হান্ননা খঙদোক্লবনি; ঐনা হেক নাচুংবদি মখোযগী শিজিন্নজবা ঙম্বা মতম অমসুং মখোযগী শেলথুমগী মওং অদতনি। অকোনবগী

অসি ফাওবা কয়া পামদবা পোক্লকবনি। মসিদি পুক্লিংগী অপাম্বা থৌইনশিন ওইবদগী মেশিনগী থৌইনশিনগা হেন্না নক্লরে। ঐনা গফরবু কৌরদুনা মাঙগী সিটতা ফল্লদুনা কাংবু অদু পুদুনা চৎলি। নিউ এক্সটেন্সনগী লম অদু লাম্দুনা চৎপা কান্দা কোক ফাওবা লৈথোক্লনা ঐনা হায়খি: "সার ফ্রেদরিক লোলি –।" ঐখোয়না মূর্তি অদু লাম্দুনা চৎপা মতমদা "মূর্তি অসিদি কনানো ?" হায়বা ৱাহং অসিমক চপচানা হংলক্কনি হায়বসি ঐহাক খঙলম্মী। অদুগীদি ঐহাক মথংগী ৱাহং অদু কবম্বা মতমদা হংলক্কনি হায়বা খঙলদুনা পাউখুমসু শেমশাদুনা থমলে, "রোবার্ট ক্লাইভনা জিলা অসিবু ঙাকশেন্নবা থনম্বা নুপা। মহাক্না পুখ্রি কযা তৌহল্লদুনা, পল কয়া শাহল্লমদুনা জিলা অসিবু শেমগৎ-শাগৎপিবম্বনি। অফবা মীনি। অদুনা মূর্তি অসি য়ুংলিবনি।" বিনায়ক ষ্ট্রিটতা লৈবা ১০শুবা শতাব্দীদা শাবম্বা ঈশ্বর মন্দির, ঐনা চেকপলগী অকোইবা য়েক্লিবা ময়ামদু শন্দোক্লা তাক্লদুনা হায়বম্মী: "মহাক্না খবা নকশিন্না য়েংলবদি রামায়ণ পূন্নমক অদু ফক্লাংদা লাই ওইনা য়েকথোক্লনা লৈবা উগনি", অসিনচিংবা। মেমপীগী লৈচিল-নোংফাইনা ইকুপ কুপশিল্লবা ৱাংলবা চীংদোনদা লৈবিবা সরযুগী মরু অদুদা মখোয়বু পুবিবে, নুপী অদুনা হান্ননা কোম অদুদা লুপখ্রে, নুপা অদুনা মহাক্তি করিসু থৌওইবিদে হায়না ৱাশক্লল্লগা নুপী অদুগী মতুং ইন্দুনা মহাকসু লুপখিবদুসু উবে। ঐনা মখোয়বু অদুদগীদি মন্দির মনুং অদুদা পুশিল্লে, শিব মহাদেবনা গঙ্গা তুরেলবু মহাক্কী জটা তারবা মশম মরক অদুদা পুশিনখিবা উত্তুনা থাইনগী নুংগী মূর্তি অমা উখোং ময়াদা ঙারিবা অদু উহল্লে। ঐনা ঐগী হৌনবী ফী লৌহৌরে, গফর অমসুং অতৈ অতৈগীসু হৌনবী কমিশন ফংলদুনা মথংগী নুমিত্তা মখোয়বু থিন্দোকপীরুবে। করিগুম্বা পুক্লিংগী অপাম্বা অমতা য়াউদনা পূন্নমক অসি মেশিনগী মতৌগুম্না ঐহাক পাংথোকখি। তশেংনদি, মতম পূন্নমক্তা ঐহাক বোজিগী ৱাখল খল্লি। "নুপা অদুনা মহাকপু শিবা ফাওবা চরা হেলহনবিদুনা, মহাকপু ঙাওহনবিবমদুনা, নৎত্রগা কৈনা চাথোকখিনবা মহাকপু অহাংবা লমহাংদা হুন্দোক্লনা থম্বিরমদনকো," ঐহাক ইতোম্মতা হায়জখি। ঐহাক আশা লৈতনা, হৈনিংবা পোক্তনা উরে অমসুং ইমানা মদুগী মরম খঙননবা থিগৎপা হোৎনরি। মহাক্না হংলকই, "নঙবু নুংঙাইতবা করি লৈববগে ?"

"করিসু লৈতে" ঐনা খুমখি। ইমাদি ঐবু য়ুমদা তোইনা উবসি অসুক্কী মতিক হৈনদনা থোকখ্রদুনা মগাক ইশুক ঙক্লদনা, ইহৈ হৈনদ্রে। অদুবু মহাক্না

ঐবু ইতোম্মতা থাদোক্তুনা থম্বী। ঐহাক চাথকই, তূম্মী,' প্লেটফোর্ম মথক অদুদা কোইচৎ চৎলুই, লম যেংবা লাকপা মীশিংবু কোইপু পুবিরুই, অদুবু ইশা ইতোম্মতবুদি শান্তিদা অমুক্তা লৈহঞ্জবা ফংদ্রে। মতম পূম্নমক্তা ঐগী ব্রাখল অসি অব্রাবতা ওইদুনা লৈবে। মসিদি মহৌশাগী ওইবা মবাঙ মবাঙবা হাযবদুনি। কবিনো থোকলিবসিবু হাযবা ফাওবা ঐহাক খণ্ডদ্রে– ব্রা ইঙাং ঙাঙদনা লৈবিবা অমসুং মহৌশাগা ইমান মান্নদবা অচিকপা অসিনা কবি হাযবিবনো হাযবা ঐহাক খণ্ডদ্রে। মসিদি খ্বাইদগী হেন্না ইথা থাজরুদবা থৌওং অমনি। ঐহাক্না অসুম খন্দুনা শান্নজবদা, ঐহাক্কী মঙগুম্না নুংঙাইববা লম্বী অদুদা ঐহাক্না খঞ্জখি মহাক্না মাগী নুপী অদু খুদোনপোৎ ওইনা কৎলবদুনা ঐঙোন্দা হাযবগনি, "মহাকপু নহাক্না যেংবি-খোৎপি তৌবিদুনা মহাক্কী কলা অসিগী মবমদা পুক্লিং চংবিবসিদা ঐহাক নুংঙাইজবে, ঐহাক্তি ইতোম্মতা শুকং নৈনজবসিদা থাদোকপীবা পামজবে; ঐখোযগীদমক্তা মসি তৌবিগে হাযনা যাবিবিবা নহাক অসি ওম্বোক্না ফখ্রবা মীনি।" নৎত্রগা মবম অতোপ্পা অমদা, মহাকনা মফি ফুবিৎ খুদাংদু তাখত্তুনা ঐবু ফুগদবগী শেমশাবম্বসু যাই– অমা নৎত্রগা অমদি মথোক্লগনি, অদুবু ঐহাক্তি অসিগুম্বা খনফম খণ্ডব্রবা পো মকাং অসিগীদমক্তদি কৈদৌনুংদসু থোইনা খল্লুদে। অদুগা মসিদগী অমুক হেন্না নুংঙাইত্রিবদি মহাক অসি অসুক তমথিববা ফাওবদা নুপী অসিনা মহাকপু অসুম যাবিবা অসিনি। মহাক্কী থম্মোই অসি মশক অনি লোঙবা অসিদা ঐহাক কিবে। অচুম্বা হিবমশিং অসি খন্দুনা অমসুং মদুগী মবমদা খল্লুবদা ঐহাক হন্না হন্না অব্রাবা ফংজবে। হিবম অসি ইশানা অনিংবা অমগা লোইননা ঐহাক গফবগা হৌদোক্লুদ্রে। যাম্না কিনা ঐনা নুমিৎ খুদিংগী মহাক্না মখোযগী মবমদা কবিগুম্বা খবা হাযবকপা যাই হাযনা খন খন্দুনা লৈববসু, মহাক্না ঐগী পুক্লিংগী অনিংবা অসি খঙদুনা ব্রাফম অসি অমুক্তসু হৌদোক্লক্তে। কবিগুম্বা ঐনা মহাকপু দবকাব ওইবা নুমিত্তনা মহাক উনবা ইফং ফংদে। মতম অদুদা মহাক পিক হাউসতা চৎলমগনি হাযবসি ঐহাক খঙই। আনন্দ ভবনগী মনাক্তা চৎপদুসু ঐহাক তোকলে। কনাগুম্বা ঐবু থিবকপা মীনা হোটেলগী দবকাব লৈববদি ঐনা মহাকপু হৌজিক্তি তাজদা পুশিল্লে। মবম চাদনা ঐহাক মখোযগী মবমদা পংখন খল্লুদ্রে। মার্কোনা মখোযগী হিসাব অদু মশানা হেক্তা লোইশিঞ্জবগে হাযহৌবে– ফবে, মসি মহাক্না পাংথোকপা ঙম্লগনি হাযবসি নখোযসু অদুম মথাজবমগনি। গফবনা তৌবগুম্না মখোযগী মবক্তা অদুক ঐনা

য়াওকবসি কমিশন লৌহৌনবতনি। অদুবু মদু পূন্নমকসু ঐহাক থাদোক্লগে হায়না নীংলে। শেল তান্নিংবগী ব্রাখল অমতা পোক্ক্রে। ঐহাক্লা ইরাক্লদুনা লৈরিবা মন্নবা জগৎ অদুগী মনুংদদি শেলগী মফম করিসু লৈতে। শেল খরদি কদাইদনো মফম অমদদি লৈরমগনি হায়বসি ঐহাক খনখি। ইমাসু হান্নগুম্না অদুম ইমুং মনুং পুবা ঙমলি, দুকান অদুসু অদুম মরৈরি। গফবগী হিসাব অদুসু লোইশিন্নরম্লগনি হায়বা ঐহাক খঙই। মসি ফাওবদি ফরি। হৌখ্রবা পুন্সি অদুগী মরমদা অমুক হন্না নিংশিংবিরকপা পামজদ্রে ঐহাক।

খ্বাইদগী ইচম চম্বা পুন্সি লেনবা মওং অসিদা ঐহাক ওম্বোক্লা হৈনদবা অমসুং অকিবা পোকলে, ঐহাক্তি নুংঙাইবা, অপাম-নুংশিগী পুন্সিদা অসুক্কী মতিক হৈনরক্লবনি। মথং মথং টুরিষ্ট ময়াম কোইপু পুদুনা চৎপদু চাউরবা অমাঙবনি হায়না ঐহাক খঙলকলে। রেলৱে ষ্টেশন অদু থাদোকপা হৌরক্লে ঐহাক। পোৎ হোনবদুগী মচানুপাদুবু মখোয়গা থেংনহল্লে। মমাঙদসু হিরম অসিদা মহাক খুৎ থাদুনা য়েংখ্রবনি। তশেংনমক্তি, টুরিষ্টশিং অদুনা ঐনা ঙাঙবা ব্রাঙাং অমসুং তাকপা ময়ামদুদি ফংদ্রবনা, অদুবু ইকুই কুইদনা ঐহাক বুদ্ধি অসি ইফক ফকচিনখ্রে অমসুং মখোয়না অঙাং অদুবু য়ামদ্রবদা মখোয়গুম্না মফম অতৈ অতৈ য়েংবদা খঙনিংবা অমসুং অপাম্বা পোকপনিনা মহাকপুনা হেন্না পান্নম্বসু য়াই। রেলৱে রাজুগী মিং পল্লকপদা ফাওবা মহাকনি হায়না খুন্নমবা য়ারে।

নুমিৎ কয়ানি মতৌ অসুম্না হৌখিবসি চহি কুমজা কয়া কয়া ওইনা ঐঙোন্দা থোকখ্রবসু নুমিৎ কুম্ব্রানিখক্তনি। নোংমা নুমিৎয়ুংবা মতুংদা ঐখোয়গী য়ুমগী লৈমাই মথক্তা ঐহাক তূমদুনা লৈরম্মী। ঐহাক তংখাই অমদি মিকপ থোক্লে অমসুং মাদ্রাজ মেল অদু পুং ৪ তাবদা থাখিবদু মখোল তারম্মী। ট্রেন অদুগী চগ চগ লাউবা মখোল অদু অসুম অসুম শিথরক্লবদা থুংলবগী ইরাং লাংবা মখোল অদুদা তূম্বা য়ারমদবদু ঐহাক অমুক তূমথননবা হোৎনরম্মী। ইমা চঙলক্তুনা ঐঙোন্দা হায়রৈ, "কনানো অমা নঙবু হংলি।" মখা ব্রাহং অমুক হংথরক্লমদনা মহাক চাকশঙদা অদুম চঙখ্রে। ঐহাক হৌগত্তুনা থোঙ তান্না চৎলে। মখোঙ ময়াদা উপু ট্রঙ্ক অমা থন্নদুনা শেগাদা বেগ অমা য়েপ্পদুনা রোজিদু থোঙজিন ময়াদা লেপ্লম্মী। "রোজি, নখোয় থুংলগনি হায়বা পাউ করিগী পীরক্ত্রিবনো ? মনুংদা চঙলকউ, মনুংদা চঙলকউ। করিগী অদুদা লেপ্তুনা লৈরিবনো ?" মহাক ঐগী ইমানিনে।" ঐনা মগাক্কী ট্রঙ্ক অদু পুশিল্লে।

মহাক্কী মরমদা করি করিনো ফনা য়াম্না খনবা ঙম্লম্মী। মঙোন্দা ব্বা মখা তানা হংথনিংলুদ্রে। ঐহাক অতৈ ব্বা অমত্তা খঙনিংদবগুম তৌরে। মহাক্কী মবমদা মরাং-তুবাং পংখন খন্দুনা কোক অসি ইঙাও ঙাওরে। "ইমা!" ঐনা কৌরুই। "বোজিনি! মহাক ঐখোয়গী ইমুংগী অতিথি ওইবা তাবি।" চাকশঙদগী ইমানা থোবক্তুনা ওক্লবগী মওংদা হায়ফেৎ নোক্লকই। "ফক অদুদা ফম্বীয়ু। মিংবু করি কৌবা?" মহাক্লা নুংশিনা হংলকই, অদুগা "বোজি" হাযবা মিং অসি তাবদা হাইফেৎ চমন্নবে। মহাক্তি হেন্না খুন্নুং ওইবা মিং অমা কৌবমগনি আশা তৌবম্বনি। রোজি কৌবী নুপী অমবু কবম হাযনা মহাক্লা মযুমদা লৈহনগদবনো হায়বসি খনবদা মমলদুনা ঙাইহাক্তংদি মহাক ব্বানা উবে। ঐহাক তৌফম খঙদনা কোইচৎ চত্তুনা লৈবে। অয়ুক্তগী হৌনা ঐহাক কোই কোক্ত্রি; শমসু হাক্ত্রি; ঐগী ফৈজোম অদুসু ইমোৎ মোৎলে, ইকু কুশিল্লে; ঐনা লিৎলিবা ব্বাসকাৎ অদুসু নঙ্গন অমসুং থবাক্তা অহোবা কয়া য়াওবে। ঐহাক্লা ফনা কন্না হোৎনজরবসু মদুদগী হেন্না ফজবা ভাব অমা পোকহনবা ঙমদ্রে। ইশে শেগায়রবা ফক অদুগীদমক্তা ঐহাক ইকাইবা পোকলে— ঐখোযনা য়ুম অদু শাবা মতমদগী হৌনা মদু অদুম লৈবক্লবনি, ইমম মন্নবা হোল অমসুং মৈখু চেল্লবা ফক্লাং অদুসু খপড়া অদুসু। মিকুপ অমগী মনুংদা ঐনা ফনা কন্না হোৎনজখিবা মহাক্কী থম্মোইগী অপাম্বা অমা পেলহনগে হায়দুনা ব্বাখিবা ময়ামদু মাঙখ্রে। ঐগী পুন্সি অসি অসুম তৌনা লৈ হায়বসি মহাক্লা খঙলম্লবদি, মহাক কমদৌরক্লমগনি হায়বা ঈশ্বরদি খঙই। য়ুমদা অমসুং লৈবদা ঐগী মহৌশাগী হৈনজবী হকচাং অসি ফুরিৎ অমতা লিত্তনা ইহাং হাংনা লৈববুদি শেগাইববা ব্বাসকাৎ অদুতা ওইববসু লিৎলি হায়বদু খল্লুবদা ঐহাক নুংঙাইজে। ইমাদি ঐগী থবাক্তা তু ময়াম হৌবদু ইউবু উবা ফংদবনি অদুবু রোজিদি, ও —।

ইমাদি চাক-ঈশিং খোংননবা হোৎনবদা মথৌ চিল্লিবনি, অদুবু মী অমা লাকপগী হৌনবীদু তৌননবা ঙাইহাক্তং মপাল থোরক্লম্মী। অতিথি হায়বসিদি অতিথিনি, রোজি কৌবী ওইরবসু। অদুনা ইমাসু ফক অদুদা ব্বারী-ব্বাতাই শানিংবগী মওংদা ফমথরক্লে। মহাক্লা ইহান হান্না হংখিবা ব্বাহংদি মসিনি, "নঙদি কনাগা লোইননা লাকই, রোজি?" রোজিদু মমায় ঙাঙলকলে, চিংনরক্লে অমসুং ঐঙোন্দা য়েংলকই। মহাক্লা ঐবু মমি শামিতা উননবা ঐহাক তুংলোমদা খোঙকাপ অনি হন্দোকলে, ফি ইশে শেগাইবদু উদননবা।

ঐনা খুমলুই, "মহাক মতোম্মতা লাকপ্রা হায়না খল্লি ঐহাক, ইমা।"

ইমাদি ইঙক ঙকলে। "হৌজিক কালগী নুপীশিংসিনা ! নখোয় অসি কয়াদা থৌনা ফগ্রবনো ! থাইনা ঐখোয়গী মতম অদুদদি সড়ক ফাওবা চৎপদা মী লোইনদ্রবদি ঐখোয়দি চৎলক্কে। অদুগা রাজুগী মপানা হিংলিঙৈদা কৈথেন্দা পুন্সি অসিদা অমুক্তমক চৎচহৌই ঐদি।"

মমিৎ কুপ্পদুনা হায়রিবশিং অসিদা করি তৌগদগে হায়বা খঙদ্রদুনা ব্বা ঙাঙদনা তুমিন্না রোজি তাদুনা লৈরে। মমিৎ অদুতমক লাউনা পাংথোক্লক্কুনা পিশুম অদু হাইগৎলকই। ঐহাক মহাকপু মুন্না য়েংদুনা লৈরে। মহাক খজিক্তংদি মশাদু তাইশিন্না অমসুং ব্বানা উরে নহান উখিবা মমিৎ ইপোম পোম্বী মখোল ইকম লুম্বী হিংচাবীদুদি নৎত্রে। মহাক্কী খোঞ্জেল অদুদি হান্নগুম্না অদুম নুংশিরি। মহাক খবদি শোম্থনা উরে, অদুবু সংসাব অসিদা করি অমতসু ইথৌ থওইদবগুম উই। ইমানা হায়বকই, "ঈশিং শারে; কোফি লৌথোক্লুখিগে কোফি হৈনবিনিনা ?" ব্বারী ব্বাতাই অদু থাক অসিদা য়ৌরকপদা ঐহাক অব্বাবা খরদি ফরে। ব্বাহং অমুক হংথদুনা লৈবগী মহুত্তা ইমানা কলাগী মরমদা ব্বারী ব্বাতাই শাথরবদিকো হায়না ঐহাক খনখি। অদুবু মদুদি থোকলোইদৌরি। মথংদা মহাক্না হংলকই, "নহাক কদাইদগী লাকপনো ?"

"মাদ্রাজদগীনি", ঐনা শৎ হেক্তা খুল্লম্মী।

"করি থবক্কী লাকলিবনো ?"

"মহাক মব্লপমপাং খরা উনবা লাকলিবনি।"

"নহাক নয়ুমনকৈ পাল্লব্রা ?"

"পান্দ্রি", ঐনা থুনা খুন্নম্মী। ইমানা ঐঙোন্দা মিৎয়েং অমা উৎলকই। মদুদি অর্থ য়াম্না য়াওনা উই। ঐঙোন্দা য়েংলম্বদগী মিৎয়েং অদু থুনমক হোংদোকখিদুনা অতিথি অদুদা নুংশিনা হংলকই, "নহাক তামিল খঙদ্রা ?" ঐহাক হৌজিক্তি তুমিন লৈথোকপা য়ারে হায়বা খঙলে। ঐনা রোজিদা তামিলদা খুমহল্লম্মী, "হোই। ঐখোয়না য়ুমদা ঙাঙনবা লোননি।"

"নয়ুমদা মী অতৈ কনা কনাদি লৈ ?'

"খুরানে, ইন্দোয়ে অমসুং –।" মহাক লৈথোক্তুনা লৈখ্রে, ইমানা মঙোন্দা মথংগী অকিবগী মশক ফংলবা ব্বাহং অদু হংথবকই, "নঙগী বাজীগী মিংদি কবি কৌই ?" নুপীমচা অসিদদি মসিদি অকিবা ফংবা ব্বাহংনি। মহাক্তি

মমাগী মবমদতা খঙই অদুনা মাগী মবমদতা ৱা ঙাঙই। ঐহাক্তি মঙোন্দা মদুগী মবমদা অমুক্তা হংলুদে। নুপী অদু মিকুপ অমতং তুমিন লৈকবগা হাযবকই, "ঐগীদি বাজী লৈতে।"

ইমাদু খুদক্তা মীনুংশিনা পিক থনখ্রে অমসুং হাযবকই, "নবাইবক থীদা, নমাসু নপাসু লৈত্রবা। নঙগী খুবানদি লুনা তৌবিবিনিদনা। নঙবু বি.এ. বা?"

"হোই।" ঐনা চুমথোক্তুনা হাযবম্মী: "মহাক্তি এম এ. নি।"

"ফৈ, ফৈ, থৌনা ফবী নুপীমচানিদনা। অদুদি সংসাব অসিদা নহাক্কী কবিসু অৱাৎপা লৈতেদনা। ঐখোযগুম্বী লাইবিক হৈতবী নত্তে নঙদি। নহাক্তি মফম অমদা হেক্তা চন্নগনি। নঙদি বেলগী টিকেৎসু নতোম্মতা লৈজবা ঙমলে, মীনা থিনা তৌবক্লবসু পুলিশ কৌজবা ঙমলে, অদুগা শেলথুমসু তুংশিঞ্জবা ঙমজবেদনা। নঙদি কবি তৌগদৌবি? নঙবু সবকাবগী থবক তৌদুনা শেল তানগদৌবিববা? থৌনা ফৈনা নুপীমচাসিদি।" ইমাদি মহাকপু পংথা থাগৎখ্রে। মহাক হৌগত্তুনা মনুংদা চৎখ্রে অদুগা কোফি পুথোক্তুনা থোবক্লে। নুপী অদুনা মদু তৌবিমল খঙনা থকলি। কমদৌনা অমুক্তা নাম্বোকখিদুনা নিংথিনা ফিজোল শেত্তুনা শম-না হাৎলুসিগে হাযনা ঐহাক চমন্নবি। অদুবু তাঞ্জাদি ফংদ্রে। ঐগী বাজীগী যুম শাবগী হৈশিংবদুদি অচৌবা হোল অমগা চাকশঙ অমদগী হেল্লমদ্রে। অওইবদি মাঙগী পিযোল লৈবি, মদুদা অবাকপা মী পূন্নমক ফর্মনৈ। অদুবু কমদৌনা ঐনা বোজিবু মফম অদুদা চৎলু হাযকগদগে? মদুদি মীযাম উমনখ্রে— দুকানগী অঙাং অদুনে মহাক্কী অদুদা পোৎ লৈবা লাকপা মী পূন্নমকনে পুন্না লাক্তুনা মঙোন্দা মুন্না মুন্না যেংবিদুনা মহাক মযুম পাল্লববা হাযনা হংবিববা যাই। ঐঙোন্দদি অকবা ফিবম অমা ওইবে। হোল অদুদা মযাম পূন্না লৈমিন্নবদুদা ঐখোযদি হৈনখ্রবনি। পূন্না লৈমিন্নবসি মবিং মবাংবা ওইনা অমুক্তা থোকখিদে ঐখোয়দদি। মসিদগী হেন্না অতৈ অতোপ্পা অমতা ঐখোয় পাল্লুদে। বাজীনা দুকান্দা ফমদুনা লৈ, ঐনা উখাদা শান্নদুনা লৈ, কোয়বকপা মী লাক্লগা মপালগী পিয়োল অদুদা ফমহল্লি অমসুং মনুংগী কা অদুনা ইমাগী অদুগা নুপী অতৈ লাকপগী ওইনা থম্বিবম্মী। তূম্বা কান্দনা ইমুংদা চংই। ওলাংলগনা পিয়োল অদুদা তূম্মী। হোল অদুদি লম্বীসু ওই, ফীবোল শেৎফমসু ওই, মী তিনফমসু ওই, লাইবিক পাফমসু পূন্নমক পুংপুল পুল্লবনি। ঐগী কোই কোক্লনবা মিংশেলদু যোৎপী অমদা যান্দুনা লৈ, ঐগী খ্বাইদগী ফববনি হায়না থমজবিবা ফীবোলশিং অদু হুই অমদা

যাম্দুনা থম্মী, ইকুজনবগীদমক্তদি ঐহাক মনিংলোমগী মথক ইহাং হাংবা কা অমদা চেনশিন্দুনা কুহাদগী শোক্লুবদা ঙাইবিবা ঈশিংদু ইথক্তা ঋাই ঋাই চাইথে। ঐনা হঙ্গৎহন্দা চৎলদুনা থাউ-নুং তৈ অদুগা ইমানা চাকশঙদা অমুক চংই, অমুকসু থোবকই নৎত্রগা তূমদুনা লৈ, ফম্না ফম্না কা অদু বাই শিত্তোকই। ঐখোযদি অমগা অমগা উনবসি হৈনখ্রে অমসুং মদুগী মবমদা খজিক্তা ফাওবা নুংঙাইতবা তৌনদে। অদুবু হৌজিক্তি মফম অসিদা বোজিসু লাকশিল্লবনি।

ঐগী ফিবম চাদবসি খঙলবগুম্না ইমানা নুপী অদুদা হাযবকই, "ঐহাক কুহাদা চৎলুখিগে। নঙসু চৎলুসিবা ? নঙদি সহবদগী লাকপী নুপীমচানি। ঐখোযগী খুঙ্গংগী পুন্সি অসিসু খবা মখঙজিল্লু।" নুপীমচা অদু তুমিন্না হৌগৎখিদুনা মহাক্কী মতুং ইন্দুনা চৎখ্রে; কুহা অদুদা অমুক মহাকপু কোইহং হংবিবোই হাযনা ঐহাক আশা তৌই। মখোযনা মতুং হেক ওম্থোকখিবগা কোইচেন চেন্দুনা খদাং কোই অসি তহা তহানা কোকথোকলে, খবসু শোক্নুনা ঈ থোকলে, ইকুজথোকলে, শমনা হাত্তোকলে, খবা ফবা ফীবোল হোংদোকলে অমসুং মখোযনা কুহা অদুদগী হল্লকপা মতমদা ঐহাক অসি পৃথিবী অসিদা লৈবিবা নিংথৌমচা অপুম্বনা যেংলগদবগী ফিবমদা লৈবে। দুকান অদুদা চত্তুনা অঙাং অদু থাখিদুনা গফবদু কৌহল্লুবে।

"বোজি, ইকমাইথদুনা নফিনবোল হোংগে হায়বগা হোংলুবো। ঐহাক মপান্দা ঙাইগে। অদুগী মতুংদা কোযবা চৎসি।"

সুম কোযথোকপা চৎপগীদমক্তা গফববু নেকলুবিবসি চুমদ্রবা কেজনিংবগী ৰানি। অদুবু উপায অতৈদি ঐহাক উদ্রে। ঐখোযগী যুমদসু মহাক্না ৰাবী শাবা ঙমদে, অদুগা লম্বীদা মহাকপু কোইচৎ চৎহনবসু পামদে। মদুম হাযনা মমাংথৈদা ঐহাক তৌখ্রবসু ঙসিদি পুমখেন খেন্ননা উবে। মহাক্না লোইননা চৎমিন্নবা উখিবসি ঐহাক খবা ইকাইনা থোকলে।

ঐনা গফবদা হাযখি, "মহাক অমুক হল্লকলে।"

মহাক্না খুন্নকই, "ঐহাক খঙলে। মখোয অনি হোটেলদা লৈবম্বদগী নুপা অদু মাদ্রাজগী ট্রেন তোংদুনা চৎখ্রবনি।"

"নঙদি মদুগী মবমদা ঐঙোন্দা কবিমতা হাযদেনা।"

"কবিগী হাযকনি ? যেশা উপায় অমা তৌদুনা নহাক মদু খঙলক্কদবা লৈববদুবু ?"

"করি, করিবু তৌনখ্রবগে ?"

"নুপী মশা অদুদা হংউ, হৌজিক্তি মহাকপু নওগী ফুরিৎফাউদা থম্বা ফংলেদনা।" মহাক শাউনিংবগী খোন্দা থাই।

"ঐনা মহাকপু অশাউবা ফাথরদুনা হায়রম্মী, "ও, শাউগনুনে গফর ... নুমিদাংৱাই কার অদু খরা পাম্মীনে।"

"নওনা তৌ হায়বতা তৌজগে, ইবুংঙো। নওনা হুকুম তৌবা মফম অদুদা থৌননবগীদমক্তা নৎত্রবদি ঐহাক কবিগী টেক্সি লোইজকগনি ?" মহাক মমিৎ অদু কুপ্লকই অমসুং মহাকপু হান্নগী ইনুং নুংঙাইবা মোন্দা অদুদা উবদা ঐহাক অৱাবা খবা কোকলে। রোজিনা থোঙজিন্দা থোরকপা উবদা ঐহাক ইমুং চওশিন্দুনা ইমাদা হায়রম্মী, "ইমা, ঐখোয় ঙাইহাক্তুং মপান্দা কোইথোক্লুরগা হল্লক্কে।"

"কদাইদনো ?" গফরনা হংলকই, থোঙনাউ অদুদা যেংথোরক্লদুনা। ঐখোয়না চিংননা লৈরিঙৈদা মহাক্না হৈশিংনা হংলকই, "পিক হাউসতা থৌরোৱা ?"

"থৌনু, থৌনু", মদুগী মমিং হেক পল্লকপদা য়াম্না মশাদু খিংখিং লাউরক্তুনা রোজিনা লাউরকই। "মদুগী মহাও চপচানা খঙলে।" ফিবম অদুদা ঐহাক মখা তাথদ্রে।

তাজ হোটেল লাল্লকপা মতমদা ঐনা হংখি, "মফম অসিদা করি করি খরা চারুসিরা ?"

"নওগী নমানা কোফি পীথক্লক্কে; মদুনা ওক্কে। নওগী নমাসি কয়াদা ফথ্রবনো !"

"অৱাবদি মহাক্না নওগী নয়ুমনকৈ পানবগী ৱা হংই অসিতনি !" ফাগি অসিদা জ্ঞান মাঙনদুনা ঐখোয় অনিমক নোকমিম্নৈ।

"গফর, তুরেল লোমদা থৌ", ঐনা হায়খি, মীয়াম মরক অদুদা মহাক্কী হোর্ন অদু অরেপ্পা লৈতনা খোঙলদুনা কৈথেল তাবা লম্বী অদোমদা গাড়ী অদু থৌরে। মীয়াম তিনখৎনরকপা মতমনি। মী কাংবু কাংবু চৎনরি। থাউমৈ থাঙ্গৎনরক্কে। দুকান দুকান্দা থাঙ্গৎনরক্লিবা মৈশিং অদু ইবং ইবং লংলদুনা লম্বী অদু ইঙান ঙাল্লকলে। তেলি থাউযোনবা ময়াম লৈবা, সহর অদুগী মনুংদা

খ্বাইদগী কুইরবা, অঙাংশিংনা কোইশান শান্নদুনা লৈরিবা, শনশিংসু কুন্দুনা লৈবিবা, গধা অমসুং হুইশিংনা ইথিং থিংজিনখিদুনা অরাকপা কাবশিংনা লৈরিবা য়ুমশিং অদুগী ফকলাংদা হেকহেক খেত্তুনা চৎপা খুগ্রবা ইলামান ষ্ট্রীটতা মহাক খঙলৈ হেক লৈশিল্লক্রে। চৎফম অফবা লম্বী লৈরবসু গফরদি তুবেল চৎননবা লম্বীসি মসিতদা খন্দুনা চৎলি। মহাককী হোর্ন অদু খোংলদুনা শাশনশিং অদুনা কিবদুনা সড়ক অদুদা কোইচেন চেন্নবদু উবদা মঙোন্দা নুংঙাইবা পোকচৈ। লম্বীদা য়ুংলিবা থার্উমৈগী খুতি অদুনা লোইবা মফম অদুদা ইলামান ষ্ট্রীটসু লোইবে, অমসুং লম্বী অদুসু মফমমবাং খঙদনা লৈঙোই মবক অদুদা তিন্দুনা মাঙখি। ঐখোযবু কাব মনুং অদুদগী হেক হৈদোকপা যানা কয়া মহাক্লা ব্রেক অদু থার্উমৈ খুতি ইবোই লোইবা অদুদা ফাম। ঙসিদি মহাক মহৌশাগা ইমান মান্নদনা মথ্বাই যাম্না হবাউনা উই; মহাককী শাউনিংবা অমসুং ব্রাখল অদুদা মতোমতা থাদোক্তুনা থম্বীববদি মহাক অসি মিকুপ অমদা করি তৌরক্কদগে হাযবা কনানসু ঙমলোই। থার্উমৈ মখা অদুদা মহাকপু থনমলে। ঐনা হায়রম্মী, "ঐখোয কোইচৎ চৎকে।" মদুগী পাউখুম ওইনা মহাক্লা ঐঙোন্দা মরৌ লৈনা মমিৎ কুপলকই।

নুমিদাংব্রাই অদু অসুম অসুম মমশিল্লকলে। লৈঙোই মথক অদুদা ফমদুনা হৌজিকসু মী কাংবু খরদি লৈরি। ছাত্র খরসু হকচাং ফননবগীদমক্তা কোয়রি। অঙাং মচা মচাশিংনা শান্নরি অমসুং কোইলাউ লাউরদুনা ইকোই কোইশিন্না তান্নরি। তুরেল অদুগী থাক অদুদা মী খরনা নুমিদাংব্রাই ইরুজরি। অথাপ্পদা নালাপাগী লৈকোন অদুব্রাইদা শনশিংনা মঙক্তা য়াল্লিবা শবিক্কী মখোলগা লোইননা তুবেল অদু লাল্লি। থব্রানমিচাকশিংসু থোক্লকলে। তালুক ওফিসকী শরিক অদু তরেৎলক য়ৈশ্রে। চহি কয়া কয়াগী মমাঙদগী ওইরকপগুম্না মপুং ফানা নিংথিরবা নুমিদাংব্রাইনি। চহি কযা কয়া মতম অসিমক্তদা দৃশ্য অসিমক ঐহাক উবক্লবনি। অঙাংশিং অসিসু চাউবা ইহেন হেন্দ্রবরা ? ঐহাক ঐগী নাকান্দা লোইনরিবী অসিনা মরম ওইদুনা খরদি পুক্লিং অসি থুক লাউগল্লে অমসুং কবিদৌনা তৌরে। ইখঙ খঙহৌদনা ঐগী ব্রাখল অমসুং খঙবা ঙম্বগী শক্তি অসি খঙব্রাং হেক ব্রাংখৎলকপগুম তৌবক্লে। ঐনা ব্রারী শাবা হৌদোক্লনবা হায়খি, "ফজখ্রেদা ঙসিগী নুমিদাংব্রাইসিদি।" মহাক্লা শম্না খুম্লকই, "হোই"। হব্রা চাবা চৎলিবা ছাত্রশিং অদুদগী থাপ্না ঐখোয় মী চৎনদবা লম্বী অমা থিরে। ঐনা ঐগী রুমালদু তিংথোক্লদুনা হায়রম্মী, "ফম্মু, রোজি।" মহাক্লা রুমাল

অদু পাইখৎলগা ফমথরক্লে । অসুম অসুম মমশিল্লকলিবা অদুদি উপায়নি । মহাক্কী মনাক্তা নকশিন্না ফল্লদুনা ঐনা হায়রম্মী, “হৌজিক্তি ঐঙোন্দা অহৌবদগী অরোইবা ফাওবা পূন্নমক হায়রো ।” মহাক ব্রাখল তৌদুনা ঙাইহাক লৈরুরগা হায়রকই, “মহাক ঙসি নুমিদাংব্রাই ট্রেন তোংদুনা চৎগ্রে, অসিনা লোইরে ।”

“নঙদি মহাক্কা লোইননা করিগী চৎত্রিবনো ?”

“ঐহাক মরম খঙদে । অদুননি ঐহাক অসিদা লাকলিবসি অদুবু মসি মরম অদুম হায়না ওইরকপদি নত্তে । ফরে, মসি অসুম চুন্না ওইরকপা হায়বদুনি । ঐখোয় অনিদি পুন্না সঙ্গ ওইয়ু তমদবা হায়বদুনি ।”

“করিনো থোকখ্রিবদু ঐঙোন্দা হায়যুনে ?” নহান্না করিগীনো নঙ ঐঙোন্দা অদুক তথি তথি তৌখ্রিবনা ?”

“ঐখোয় অনিমক অমগা অমগা কাউথোক্লখিবনা খ্বাইদগী ফৈ অমসুং ঐসু মহাক্কী মনাক্তা লৈরুবনা ফৈ খনবননি ।”

করম হায়না মখা তাথদুনা থিজিনগদবনো ঐহাক খঙদ্রে । মমাংদা থোকখ্রিবা থৌদোক ময়াম অদু খঙদোক্লবগী ঐহাক্কী উপায় করিসু লৈতে । ঐহাক ইখঙ খঙহৌদনা ঐনা তৌরিবসি ইকান কান্নদে হায়বা খঙলকপা ফাওবা ঐহাক চনৈনরদুনা, ঙংলদুনা অমসুং ব্রাহং মথং মথং হংথরম্মী । ঐহাক্তি থোকখ্রিবা থৌদোকশিং অদু মথং মনাও নাইনা হায়থরকপা পাম্বনি অদুবু মহাক্তি মদু পীবা ঙমদবগুম তৌরে । মহাক মনিং মমাং কোইহাই হাইরদুনা মতেক মতেক ওইনা ব্রারী শারকই । ঐঙোন্দদি পূন্নমক অদু কিশিদৌনা থোকখ্রে । ঐহাক শাউনিংলকলে । ঐনা হায়রম্মী, “ঐনা হংলিবসি হৌজিক্তি, মথং মথং খুম্মো । ব্রাহং খুদিংমক্কী পাউখুম অমমম পীয়ু । ঐখোয়না খন্নখিবা ব্রাফম অদু মহাক্কা তান্নরুনবা নঙবু মহাক্কী মনাক্তা থনম্বনি । নঙনা মঙোন্দা করি হায়রুই ?”

“ঐখোয়না য়ানখ্রবা ব্রা হায়বদি মহাকসু জগোই শাবসি য়াগদবনি হায়বদুনি । ঐনা মদুগী ব্রা পল্লুদ্রি ফাওবা মহাক নুংঙাইনা লৈরম্মী । ঐহাক ব্রা অদু মঙোন্দা নুমিৎ চূপ্পা অদুমনে মথং নুমিৎকী অথেংবা ফাওবা হায়দে । মহাক মশাগী থবকশিং অদুগী মরমতদা ঙাঙহল্লি ঐনা । মহাক্লা শিন্দোক্লবা লাইশিং অদু ঐঙোন্দা উৎলকই, মহাক্লা শেম্বা নোটতু উহল্লি, অমসুং মখোয়শিং অদুগী অর্থগী মরমদা অহিং অথেংবা ফাওবা ঙাঙলম্মী । মহাক অসি ইতিহাস নৌহৌননা ইবগী দায়ীত্ব ওইরগনি হায়না মশানা হায়জে । মহাক্লা ইরিবা অদু

ফোঙদোক্লবগী মরমদা ব্রা কয়া ঙাঙলকই। মমৈথংদা মহাক মেক্সিকো অমসুং নোংপোকলোমগী অথাপ অথাপ্পা লমশিংদা চত্তুনা মদুগা মান্নবা বিষয়শিং অদু নৈনদুনা মহাক্কী লাইরিক অদুদা হাপচিনগনি হায়রকই। মহাক্না হায়রিবা পূম্নমক অদু ঐহাক লোইনা খঙলুবা ঙমদ্রবসু থব্রাইদি য়াম্না য়াওরুই। অদুগুম্বা চিক্লবা য়ুম অমদা, উপালশিংনা ব্রা ব্রা লাউরবা, লমহই অমসুং শাকৈনা কোইচং চংলিবা মফম অসিদা যেশা উপায় অমনা ঐখোয় অনিগী ইরক্তা ভাব তানদুনা য়ানবা অমা থোক্লরে হায়না ঐহাক খনখি, থাপ্পবা তম্পাক্কী লমদমদা করিগুম্বা মৈঙাল অমা উরক্লে। মহাক্না পুথোকপা ঈশৈগী খুদমশিং অদু য়েংলুনবা অয়ুক্তা মহাক্কা লোইননা ঐহাক শুরুং অদুদা চংলে। অচৌবা শুরুং অদু লান্দুনা ইতেক তেক্লবা কৈরাক অদুদা কাখত্তুনা ইকোই কোইবা য়ুমথক অমদা ঐখোয় চংলম্মী। ওষ্ঠোক্না কিখ্রবা, তমথিরবা মফমনি। অদুগুম্বা ইফুল ফুল্লবা, কিরবা, মল্লবা মফম অদুদা ঐহাকপু সংসার অসিদা লৈরিবা করিগুম্বা পোৎ অমতনা ইনশিন্দুনা চৎহনবা ঙমলোই। "মফম অসিদা খারৌ লৈরম্বা য়াই।" ঐনা হায়রুই। ঐগী অকিবদু মহাক থওইরুদে। "অদু ওইরবদি নহাক্তি হৈনরগনিদনা", মহাক্না হায়রকই অমসুং ঐখোয় অনি পুন্না নোকমিন্নরম্মী। অদুদগী মহাক্না লেন্টর্ন অমা চুখৎলদুনা শুনু খোত্তোকখিদুনা অনৌ অনৌবা লাই ময়াম পুথোরকপা ফক্লাং অদু থাঙ্গৎলদুনা উৎলকলে। মখোয় অদুদি মহৌশাদগী নোক্লিংবা পোক্লবা, থাইনগী মূর্তি কয়াদা য়েকপা লাইশিং অদুনি, অদুবু অকোয়বদা লৈরিবা ময়েকশিং অদু বানান তৌ তৌদুনা মহাক্তি পারম্মী অমসুং মদু ঈশৈগী খুদমনি হায়না ইশিল্লি। ঐদি মদু করিসু খঙদে নৎত্রগা মদুনা করিসু কান্নবা পুরক্কনি হায়না থাজদে। মখোয় অদু থাইনা মমাংঙৈগী ঈশৈগী নিয়মশিংগী মরমদা ইবা শৈরেংনি নৎত্রগা অদুগুম্বা পোত্তা অমনি। ঐনা হায়খি, "মখোয়শিং অসি জগোইগী ওইরবদি, ঐহাকসু হোৎনদুনা য়েংবা য়াইনা।" মহাক থুনমক মমায়দু য়েংখৎলকই। জগোই হায়বা ব্রাহৈ অসিনা মতম পূম্নমক্তা মঙোন্দা মমুনা থিনবগুম থোকই। ঐহাক ব্রা অদু মখা তাথনা ঙাঙগদবা কিরে। অদুবু মল্লবা লৈমাই মথক অদুদা চৎনা চৎনা, মিরাং অমসুং শেকপীশিং অদুগী মরক্তা, লেন্টর্নগী মল্লবা মঙাল অদুদা ঐহাক অমুকহন্না থৌনা লাকপগুম খল্লে। "নহাক ঐহাক্না জগোই শাবা য়ানিংব্রা ?"

পিশুম ইশুক শুক্লদুনা, হান্নগী শকফম অদুদা হঞ্জিল্লদুনা মহাক্কী পাউখুম অদু থুনমক পীরকলে, "করিগীনো ?"

"ঐহাক মদু তৌজবা ফংলবদি য়াম্না নুঙাইজগনি হায়না খঞ্জে। ঐগী পুক্লিংদা ৱাখল কয়ামুক লৈজে। ঐহাক অমুক্তং হোৎনদুনা য়েংনিংই। চুম্না নঙনা হোৎনরিবা অদুম হায়নতা।"

"ও, নঙ ঐগা লাম্বা তৌনিংলিবোইরে, অদুরা ? ঐনা তৌরিবা অসিদি মহৈগী মশা অমনি, লম্বীদা থৌরিদা জগোই শাদুনা চৎপগুমবা নত্তে।"

"নঙনা হায়রিবদু জগোই হায়বসি লম্বীদা থৌরি তিংদুনা জগোই শাবনি অসিরা ?"

"মদুগী মরম পূম্নমক অদু হৌজিক নঙগা ঐ ঙাঙননিংদে। থৌরি তিংদুনা জগোই শাবী মীদি মপুন্সি চুপ্পা অদুম তৌদুনা অদুম মরেনবনি; ফরে নঙগী জগোই অদুসু মদু মাল্লি। মদুগী মনুংদবু করি বুদ্ধি নৎত্রগা নশাগী হৈশিংবা য়াওরিবগে ? নখোয়দি মিত্রং অদুমক নপুন্সি চুপ্পা হন্না হন্না তৌদুনা অদুম লৈবতনি। য়োংনা জগোই শাবা য়েংলিবসি ঐখোয়দি ফজে হাযদুনা য়েংবা নত্তে, চুম্নতা য়োং অমনা শারি হায়দুনা য়েংবতনি।" ইকাইবা পূম্নমক অসি ঐহাক তিল য়োখদুনা খাঙলম্মী; হৌজিকসু ঐহাক মহাকপু মপুক্লিং ওলহনবা ঙমগনি হায়বগী আশাদু লৈরি। ঐহাক তুমিন লৈরে, মহাকপু মহাক্কী মথৌদু অদুম তৌহল্লে। ঐহাক্না হিরম অদু অতে অতৈদা ওহোক্তুনা মহাক অমুক হান্নগী ফিবম অদুদা তারক্লে। মদুগী নুমিদাং অদু চাক চারগা মহাক্না মাগী লাইহিক পাবদুদা চৎখ্রে, ঐনা মাঙ্গোলদা শা য়েংবদু চৎলে। মহৌশাগুম্না করিসু য়েংনিংঙাই লৈতে, অদুবু ঐহাক মফম অদুদা মাথা অসিদা মহাক্না হায়খিবা অমসুং ঐহাক্না হায়খিবা পূম্নমক অদু খন্দুনা ফল্লম্মী অমসুং করম হায়না পূম্নমক অসি পাংথোক্কদগে হায়না চমম্নরম্মী। ঐখোয় অনি য়াবু য়ানরবদি পূম্নমক পুমকাউ কাউনখিগনি হায়বগী ৱাখলদা ঐহাক ইকাইবা অমসুং অৱাবা পূম্নমক করিসু থওইরুদে। ঐনা মফম অদুদা ফমলিঙৈদা, মহাক্না ঐগী তুংদা লাক্তুনা মখুৎনা ঐগী লেংবান্দা থল্লদুনা হায়রকই, "হিরম অদুগী মরমদা ঐখোয় অনি অরোইবা য়ানবা ৱাফম অমদা লাক্লে হায়না ঐহাক খল্লি। নহাকসু মদু অমুক হন্না পল্লরোই হায়না ৱাশকখিবরা নৎত্রগা ৱাশকখিদব্রা ?"

তালুক ওফিসকী কাংশি অদুদা পুং ৮ য়ৈখ্রে অমসুং মীয়াম পূম্নমক ইতাক তাকশিল্লক্লে। লৈঙোই মথক অদুদা ঐখোয়তা মঙাইরে। অদুবু হৌজিক ফাওবা

ঐহাক রোজিগী মবমদা করিসু খঙদ্রি । গফরনা হোর্ন অদু খোঙ্গৎলকলে । থেংজিল্লক্লে, চুম্মী, অদুবু য়ুমদা হল্লবদি মহাক য়া ঙাঙবা ঙম্মোই । ঐনা হায়রম্মী, "ঐখোয় অহিংসি হোটেলদা লেক্লসিরা ?"

"লেকলোইসি । ঐ নখোয়গী য়ুমদা চৎনিংই । ঐহাক হল্লক্কনি হায়না নঙগী নমাদা হায়দোক্লমলে ।"

"ফরে, ফরে", ঐনা ঐগী শেল থুমগী ফিবম অদু নিংশিংদুনা হায়বম্মী ।

"ঐখোয় মসিদা পুংখাই অমতগা লৈথখিসি । হৌজিক্তি মখা হায়থরো ।"

"মহাক্কী খোঞ্জেল অদু", মহাক্লা হায়রকই. "য়াম্না নুংশিবিবগী খোনফমনি অদুনা ঐহাক ঐগী নিংজরম্বা ময়ামদু পুমথা থাদোক্তুনা লেল্লবসু করিসু নুংঙাইতবা তৌরম্লরোই । মহাক্লবু অসুম ফরগনি হায়রবদি ঐহাক অতৈ করিমতা পামজদ্রে ঐহাক মঙোন্দগী করিমতা হায়জবরোই হায়না পুক্লিং অসি চপ য়ুংনা লেপলে । অদুবু মহাক্কী খোন্দা অদুনা থৌনা পীবিরদুনা অরোইবা মিত্রং ওইনা ঐনা হায়খি, "ঐহাক নহাকপু শুপ্পগী মচেৎ মচা অমখক্তংদি ঐনা ইমাদগী হৈজরকপা অমতংদি য়েংহন্নিংই । মসিদি মানা শেমজবনি ।" ঐহাক হৌগত্তুনা মহাকপু কা তান্না মখুৎ পায়দুনা চিংদুনা পুশিল্লে । চৌকি অমসুং অতৈ অতৈ পোৎশিংদু নাকন্দা ইত্থোক্তুনা থমলে । ফীরোল শেমজিল্লে । ঐনা নঙোন্দা তৌখিবগুম্না মহাকপুসু ফমুংদা ফম্মু হায়দুনা নমদুনা ফমহল্লে । যমুনা তুরেলগী তোর্বান্দা নুংশিবা অমনা মহাক্কী নুংশিবী নুপী অদুগী মরম্বদা শকখিবা ঈশৈ অদু ঐহাক শকলে অমসুং মহাক্লা য়েংননবা মচেৎ অদু জগোই ওইনা শারে । মহাক্লা ঐবু থওইদনা শাউনিংনা য়েংলদুনা ফমদুনা লৈরম্মী । মঙাশুবা পরেং অদু লোইফাৎত্রিঙৈনা মহাক্লা হায়রকই, "তোকলো, ওকলে য়েংবা ।"

ঐহাক ইকাই ইকাইনা তোকলে । মহাক মদুনা শুমহৎখিদুনা পুন্সি চুপ্পা জগোই শাউ হায়রক্কনি হায়বসি ঐহাক শোয়দনা থাজরম্মী । অদুবু মহাক্লা হায়রকই, "রোজি, নহাক মসি কলা নত্তে হায়বসি খংঙুকো । নঙদি তমসু মতিক চানা তমদ্রি । মসি থাদোকলোকো ।"

অদুবু মতাং অসিদা ঐহাক অরানবা অমা তৌরুরে । ঐনা শাউনিংনা খুম্মুই,

"নহাক নত্তনা মী অতৈদি লোইনা পাম্মী ।"

"খুদমদি ?"

"ফরে, রাজুসু ঐহাকনা মসি শাবা উত্রবনি, মহাকসু ইশুম শুমহৎত্রবনি। মহাক্না করি হায়রকই নহাক খঙব্রা ?"

"রাজু ! মাগীদমক্তদি কদাইদা শাকই নঙদি ?"

"হোটেলদা।" অদুদগীদি মহাক্না "লাউ, সিদা ফমলো লাউ।" হায়না অনাবা য়েংলিবা ডাক্তর অমগুম্না চৌকিদা মখুৎনা থিল্লদুনা হায়বকই। মহাক্না ঐবু কুপনা হংলে। ঐনা খনবদা অহিং চূপ্পা হংখিমাল্লে নিংই। ঐখোয়না মহাক অসিদা হেক য়ৌরকপদগী কদাই কদাইদা চৎপা হায়বদু কূপ্না হংলকই, নহাক নুমিৎ খুদিংগী করম্বা মতমদা হোটেলদা য়ৌরকই, করম্বা মতমদা হনখি, কা মনুংদনা নহাক কদাইদা লৈ, কয়া কুইনা লৈ অসিনচিংবা; পূম্নমক অসি ঐহাক খুম্বা তাখি। ঐহাক খাঙবা ঙমদ্রদুনা কপথোকলে। ঐখোয়না তৌখিবশিং অদু মতিক চানা মহাক ঐগী পাউখুম অদুদগী খঙবা ঙমখ্রে। মমৈথংদা মহাক্না হায়রকই, "ঐদি মদুগী হোটেল অদু ফোং ফোং শারবা কলাবু পামজবা মীশিংগী ভাণ্ডারীনি হায়বা খঙলুদে। ঐহাক্না মীশিং অসি লৈবাকমচা য়াম্না তাই হায়না খল্লুবসি অপংবদা তারমলে।" অয়ুক ঙন্তা ফাওবা ঐখোয় মফম অদুদা ফমদুনা লৈনরে। মহাক্না ফমুং মথক্তা অদুগা ঐনা চৌকিদা। ঐদি তূমনিংবনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা কোক অসি টেবলদা ঙাথরুরে অমসুং ঐনা মিকপ থোক্লকপা মতমদদি মহাক্তি শুরুং অদুদা চৎলমলে।

জোসেফনা ঐগীদমক্তা কোফি খরা থম্বীরম্মী। ঐহাক ইশাবু শেমশারদুনা মহাকপু মখাদা থিবা চৎলে। ইপুন্সি অসিদা খ্বাইদগী চাউবা ইরাল অমা তৌরুরে হায়না ঐহাক খল্লে। ঐহাক্কী থবক খুদিংমক্তা ইশিং শিংদবগুম অমসুং ইরাল লানবগুম মঙোন্দা ৱা ঙাঙবদসু ঐহাক শিংহৌদ্রে। ঐহাক চাউরবা পাপ অমা তৌরুরে হায়বা খঙলকলে। মঙদা তৌবগুম শুরুং অদু তান্না ঐহাক চৎলম্মী। ঐগী পুক্লিং অসি ওন্থোক্লা ৱারে। মহাক্না শান্তি ওইনা লৈবদগী হেন্না ঐহাক পুন্সি অসিদা অতৈ করিমতা পামদ্রে। ঐহাক জগোই শাবা পামদ্রে। ঐহাক কোইঙাওনরে ... ঐহাক পংকিদা কিরে। ফমুং অদুদা অহিং চূপ্পদু লেংলাক্তনা ঐনা চৌকিদা ফমলিঙেদা মহাক্না ফমখিবদু নিংশিংলুবদা ঐহাক মহাকপু নুংশিবিবগী ৱাখল অমনা পুক্লিং অসি ইথন থনখ্রে। মহাক্কী মায়থোঙদা তাখিবা নিংবা কায়বা অমসুং অৱাবা নুংঙাইতবগী মমি অদুনা ঐবু কোইন ইন্নদুনা লৈরে। ঐহাক তম্পাকলোমদা ঐগী অকোইবদা লৈরিবশিং অদু ইউ উদনা

কুমথবে। করিগুম্বা কৈ অমনা ঐগী লম্বী মরক থৎতুনা লৈরবদি ঐহাক খঙলরোইদবনি ...। মহাক্কী কোপীশিং অদু য়েকথোক্লদুনা থুপতোক থুপচিন য়াবা ষ্টুল অদুদা ফন্নদুনা শুরুং অদুদা মহাক লৈবম্মী। ঐনা মনুংচংবা মতমদা মহাক্কী মনঙ্গল অদু চংফম অদোমদা ওম্ভোক্তুনা লৈবম্মী। ঐনা খরা খূবা চংফম অদোমদা চংলুবদদি মঙাল অদু খঞ্জিল্লুরমাল্লে মহাক মশাদু লৈথোরকই। ঐঙোন্দা শাউনা য়েংলকই। বারদা লেপলিবা ফাদোককুম ঐহাক লেপ্তুনা লৈরম্মী। “ঐহাক পুকচেল শেংনা নঙোন্দা লাল্লে হায়জগে হায়দুনা লাক্লিবনি। নঙনা হেক তৌ হাযবদুদা তৌজবগে হায়বা লাকলিবনি। ঐহাক অবানবা অমা তৌকরে ...।”

ব্রা অমতা ঙাঙদনা মহাক্কী মতৌ অদু অদুম তৌদুনা লৈ। মহাক মতোম্মতা ঙাইবদৌনা থবক অদু অদুম চংখে। ঐহাক ঙাইদুনা লৈরম্মী। মমৈথংদা, মহাক্কী নোংমদুগী থবক্তু লোইরগা, মহাক্কী খাউ অমসুং চেশিং অদু পায়খৎলদুনা চৎপা হৌখ্রে। মহাক খাংগী টুপী অমা উপ্লম্মী, অনোকসু উপ্লম্মী অমসুং ঐহাক অসি লৈত্রবদৌনা হেন্দোক্তুনা চৎখি। ঐনা খনবদা, মফম অদুদা ঐহাক পুং ৩ লোম লেপ্লম্মী। মহাক্লা ওনখোৎলদুনা শিনজিল্লি অমসুং টোর্চ লাইট অমা পায়বদুনা মুন্না য়েংই, অদুবু ঐঙোন্দদি খজিক্তা ফাওবা পুক্লিং চংবিরক্তে। মহাক্লা বাংলা অদোমদা চৎখ্রবা মতমদা ঐহাক মাগী মতুং ইল্লম্মী। মফম অদুদনি নঙনা ঐখোয়বু উখিবদু। ঐহাক মাগী কা তান্না চৎলে। মহাক্লা চৌকিদা ফম্মী ঐনা ফমুং মথক্তা। ব্রালান অমতা ঙাঙনদে, খোন ফাওবা থোক্লদে। নহাক অমুক কা অদুদা চঙলকলে। ঐহাক থব্রাই য়াউনা নহাক্লা ঐখোয়বু থাদোকপীরমদুনা চৎখিগনি অমসুং ঐখোয় অনি ঈশা ঈশানা অদুম শান্তি ওইনজবা ঙমগনি হায়না আশা তৌখি ...। নোংমা নোংমগী তৌদুনা অদুম হৌখ্রে। ঐদি আশা তৌদুনা ঙাইদুনা লৈরি। ঐনা শোক্লুরবদি মহাক চাউ-থকউ হায়বা য়ারোই হায়বসি ঐহাক খঙলম্মী। অদুনা ঐনা জোসেফপু মাগী সেবা তৌহল্লি। ঐহাক ইতোম্মতা চাকশঙদা চাবা-থকপা অদুম তৌই। ঐনা ফমুংদা হিপলুরবদি মহাক্লা লৈবাক্তা থাদুনা হিপখি। অদুনা ঐহাক লৈবাক্তা হিপলে অদুগা মহাক্লা ফমুংদা হিপখ্রে। মহাক ঐঙোন্দা য়েংসু য়েংলক্তে, ব্রাসু ঙাঙলক্তে। মহাক জোসেফকা তান্নদুনা অনিরকসু ঐবু ইতোম্মতা বাংলা অদুদা হুন্দোকপীরমদুনা মখাদা চৎলুই। ঐগী মরমদা করিমতা ব্রাবিদনা হল্লক্লগা মাগী মথৌ অদু অদুম চংখি। অদুবু নুমিৎ খুদিংগী ঐদি মাগী মতুংদা মাগী থৌজাল

ঙাইজবা হুইগুম্না কোইন ইন্নদুনা লৈজখি। মহাক্তি ঐবু শুকথৌ থওইবিদ্রে। অসুক য়াম্না মপুং ফানা মীওইবা অমনা কোইন ইঙ্গবা মীওইবা অমবু পুমকাউ কাউথোকপিগনি হায়বসি ঐহাক্তি অমুক্তা খনবা ঙমখিদে। ইশাগী চাউথোকচবা অমসুং ইজ্জৎ পূম্নমক হুন্দোক্কুনা মহাকপু ঐনা মিগুম্না মতুং কোইন ইগ্নে। মমৈথংদদি মহাক শোইদনা ফরকখিগনি হায়না ঐহাক আশা তৌখি। মহাক্কী কাদবু ওইববসু, শুরুংদবু ওইরবসু ঐহাক মহাক্কী মনাক্তগী মিকুপ অমা ফাওবা থাদোক্তে। পাকচাউরবা চিক্লবা মফম অদুদা ব্রা ঙাঙদনা লৈবা হায়বসি ওম্থোক্লা অব্রাবগী মশক্কি। ঐহাক ইশাসি লোল থোক্রুবোই খনখ্রে। জোসেফতদনি মহাক্লা অদুক লাকপা উবদা ব্রা অমতং ঐনা ঙাঙবা ফংলিবসি অদুবু মহাক অসিসু ব্রা পংঙাং ঙাঙবা মী নত্তে অদুনা ঐবু ব্রা ঙাঙনবগী থোইনা পাঙ্গল পীদে। মৌন ব্রত তৌদুনা চয়োল অদুমা মতৌ অসুম্না ঐহাক লেপ্লে। ঐহাক অমুক হন্না খাঙদুনা লৈবা ঙম্লক্তে। অদুনা নুংদাং অমদি মহাক্লা টেবলদা ফমলিঙৈদা ঐনা হায়রুই, "নহাক্লা ঐবু দণ্ডি মতিক চানা পীদ্রিবরা ?" ঐগী খোঞ্জেল অদু ঙকলপ থোকলে, চযোল কযানিমুক্কী মতুংদা তাবদুদদি ঐঙোন্দদি অতোপ্পা মী অমগীগুম খল্লুরে। অদুগুম্বা চিক্লবা মফম অদুদদি খোঞ্জেল অদুনা শেগাক শেগাইহনবগী মতৌ অমা ওইরুবে, মদুদা ঐহাক অকিবা পোকলুবে। মহাকসু খোঞ্জেল অদুদা খংপ্রেক খংই, লৈথোকলক্লুনা ঐঙোন্দা য়েংলদুনা হায়রকই, "মসিনা ঐনা নঙোন্দা ঙাঙগদবা ব্রাগী অবোইবনি। ঐঙোন্দা ব্রা ঙাঙলক্কনু। নহাক্লা অপাম্বা মফমদা নহাক চৎখিবা নৎত্রগা নঙনা অপাম্বা অদুমক তৌখিবসু য়াগনি।"

"ঐদি নঙগা লৈমিন্নজনিংই। নহাক্লা পূম্নমক কাউথোকপিখিবা পাম্মী। নহাক্লা ঐবু ঙাকপীবা পামজে ...।" ঐনা হায়খি। কবিননো ঐহাক মহাকপু য়াম্না পাম্বা হেঞ্জিল্লকলে। মহাক্লা ঐবু ঙাকপীদুনা অমুক হন্না লৌশিনবিবা মতিক চাবে হায়না খল্লে।

অদুবু মহাক্লা হায়রকই, "হোই, ঐহাক কাউথোকখিনবা হোৎনরিবনি ঐনা নঙবু ঐগী নুপী ওইনা লৌরুই হায়বা অসি ফাওবা। ঐহাক মফম অসিদগী ফাওবা চেন্নিংলবনি অদুবু ঐগী থবক অসিদদি লোইখিবা তাবি; অমসুং ঐহাক মফম অসিদা মদুগীদমক্তা লৈবিবনি। নহাক্লা অপাম্বা মফমদা চৎপা অমসুং অপাম্বতা তৌবদা অথিংবা লৈত্রবনি।"

"ঐহাক নঙগী নুপীনি অমসুং নঙগী ননাক্তা লৈরিবসিনি।"

"নঙনা মসিদা লৈরিবা অসিদি ঐহাক অসি নুংশি হৈতবা ডাকু নত্তে হায়বদগী লৈরিবনি। অদুবু নহাক্তি ঐগী নুপী নত্তে। নঙদি নঙগী অঙকপশিং অদু হায়জিন্দুনা থাগৎপিরগা হেক্তা হিপমিন্নসি হায়বা য়াবা নুপীনি। মসিনা লোইরে। ঐহাক নঙবু মফম অসিদা লৈবা পামদ্রবনি, অদুবু নহাক লৈগে হায়ববদি ৱা ঙাঙলক্কনু। মদুনা লোইরে।"

ঐহাক থৱাইসি য়ামনা শোকলে। ঐহাক ডিসডিমোনাদা ওথেলোনা তৌখিবদুনদুম হেন্না থৌজান হৈ হাযনা খল্লম্মী। অদুবু ঐহাক পূন্নমক খাঙলম্মী। অরোইবদা মহাক তেথরক্তুনা ঐখোয়না মফম অসি থাদোক্তুনা চৎপা মতমদা মহাক মপুক্লিং ওল্লকপস্ য়াই হায়বগী মঙাশুবা ৱাখল অমা লৈরম্মী। ঐখোয়গী য়ুমদবু অমুক্তং য়ৌথ্রবদি পোৎ পূন্নমক ইফ ফজগনি।

নোংমাদি মহাক্না পোৎচৈ য়োম্বা হৌগৎলকলে। ঐহাক মাগী মতেং পাংগে হায়না তৌরুই, অদুবু মহাক্না য়ারক্তে; অদুদগী ঐসু ঐগী ইপোৎ ইচৈশিং অদু যোমদুনা মহাক্কী মতুং ইল্লে। গফরগী কারদু থুংলরে। ঐখোয় অনিমক হোটেল অদুদা থুংলবে। নম্বর ২৮শুবা অদুদা অমুক হল্লকলে। হৌজিক্তি কা অদু ঐঙোন্দদি হৃগুম থোকপ্রে। হিসাব অদু লোইশিল্লদুনা মহাক নোংমা লৈরে অমসুং ট্রেনগী মতম ওইরকপদা পোৎচৈশিং অদু পুরদুনা ষ্টেশন্দা চৎপ্রে। ৱা ঙাঙদনা ঐহাক মহাক্কী মতুং ইল্লম্মী। খাঙবা কন্না ঐহাক ঙাইদুনা লৈবে। মাদ্রাজদা ঐখোয়গী য়ুমদা মহাক চৎকদৌরিবনি হায়বসি ঐহাক খঙই। ঐহাক য়ুমদা হন্দুনা য়ায়া চৎনিংলে। পোৎ হোনবা মীনা ঐখোয়গী ট্রঙ্কশিং অদু পুরে। ঐগী শরুক অদুদা থিল্লদুনা কুলি অদুদা মহাক্না হায়রম্মী, "মখোয়শিং অসিগী মরম ঐহাক খঙদেকো ঐগী নত্তে।" অদুনা কুলি অদুনা ঐঙোন্দা ঙাইহাক্তং য়েংলগা ঐগী উপুশিং অদু খায়দোক্তুনা থনমলে। ট্রেন থুংলরবা মতমদদি কুলিনা মহাক্কী শরুক অদুতা পুদুনা চৎপ্রে, কা মনুংদা চংদুনা মহাক মতোম্মতা ফমদোকপ্রে। করি তৌসিগে হায়বদু ঐহাক খঙদ্রে। ঐগী ট্রঙ্ক অদু পাইখৎলদুনা মতুং ইন্নরে। ঐনা কা মনুংদা চংগে তৌবদা মহাক্না হায়রকই, "নঙগী টিকেৎ য়াওদে", অমসুং টিকেৎ অমতমক উৎলক্লগা থোঙ অদু অদুম থিংজিনপ্রে। ট্রেন অদু চৎপ্রে। ঐনা নঙগী নয়ুমদা লাকলিবদুনি।

ঙাইহাক্তং হিক হিক কপ্পুনা লৈরে মহাক। ঐনা মহাকপু নুংঙাইহন্নবা হায়রম্মী, "নহাক অচুম্বা মফম অদুদা লাক্লবনি। নঙগী হৌখিবা পুন্সি অদু পুমকাউ কাউথোকপ্রো। লমচৎ নাইদবদু মথং মথং ঐখোয়না পাড়া অমা

তম্বিরক্কনি।" ঐহাক্না পুক্লিং হুরবা ৱা অমা লাউথোকখি, "অহানবদা, ঐনা নঙবু যুগ অসিগী খ্বাইদগী ইহেন হেনবী কলাকার অমনি হায়না মশক খঙহনগনি।"

মতম খরতগী মনুংদা ইমানা লোইনমক খঙলকলে। রোজিনা ইরুজবা চৎখ্রিঁঙেদা ঐবু চৈরদুনা হায়রকই, "অসুম্না কুইনা তৌবা য়ারোই রাজু মসি লোইশিনখিনবা তৌকো।"

"অওৎঅপা শাগনু ইমা। ঐহাক মপুং ফানা জ্ঞান তারবা মীনে। "ঐহাক্না তৌরিবসি করিনো হায়বা ঐহাক খঙই।"

"য়ুম অসিদা জগোই শাবী থম্বা য়ারোই। অয়ুক খুদিংগী জগোই শাবদুনা তৌরিবা পুম্নমক অসিবু কবিনো ! য়ুম অসিবু করি ওইরক্কদৌবিবনো ?"

ঐনা উৎসাহ পীবিদুনা রোজিদু প্রাকটিস তৌবা হৌরে। মহাক অয়ুক্কী পুং ৫ দা হৌগৎলি, ইরুজথোকই, ইমাগী ফক্লাংদা থেৎলিবা লাই অমদা খুরুম্লগা পুং অহুমলোম প্রাকটিস তৌবা হৌই। ইমুং অদু মহাক্কী খোঙজিগী মখোলনা পুমনিল নিনথ্রে। মহাক্কী অকোইবদা লৈরিবা পুম্নমক অদু মহাক ইকাউ কাউথোকপ্রে, মহাক্কী মপুক্লিংদি শাথেক অমসুং খোঙথাং অদুদা লুপ্তুনা লৈখি। অদুগী মতুংদগীদি মহাক্না ইমাগী মতেং পাংবী, কোল ফেংদোকপী, ফীরোল শুদোকপী অমসুং ইমুংগী পোৎচৈশিং লোইশিনবি। ইমাসু মহাক্না তৌরিবা অদুদা ইপেল পেল্লে অমসুং মঙোন্দা চানবিবগুম তৌরে। হৌজিক্তি ইমানা ঐঙোন্দা অরুবা হিরম অমতা থোকহল্লরোই হায়না ঐহাক খল্লুরে অদুবু হৌজিকসু মহাক লৈরি। ঐনা হায়রম্মী, "ইখঙ খঙহৌদনা নঙনা তৌরকইবসিবু করিনো ?"

ইমানা লেপ্লদুনা হায়রকই, "মসিগী মবমদা নহাক করিনো তৌগদবসি হায়বগী ৱাখল লৈরমগনি হায়না ঐহাক নিংলুই। অসুম হায়না অসুম চত্থবদি য়ারোই। মীনা করি হায়নরক্কনি ?"

"মীশিংদু কনা কনানো ?' ঐনা হংলম্মী।

"ফরে, ইবুংনে, নবাইশিংনে অমসুং ঐখোযগা খঙনবা মীশিং অদুনে।"

"ঐহাক মখোয়না করি হায়বগে হায়বদু করিসু নাচুংবিদে। অসিগুম্বা ৱাশিং অসিতা খন্দা থক খনবিরুরগনু।"

"ও ! নঙনা তৌবিবা হুকুম অসিদি অঙকপনিদা ইবুংঙো। ঐহাক মদু য়ানিংদে।"

ইকুজফম কাদা তপ্পা তপ্পা ঈশৈ ঙংবদু লেপখ্রে, বোজিনা ইকুজকবদগী তনৌ তনৌনা অমসুং পোমশাৎনবিবীগুম্মা থোবকপদু উবদা ইমাসু ঙাঙনবম্নদু তোকতুনা চৎখ্রে। মহাকপু উকববদি উকবিবা মীশিং অদু শোইদনা মহাক অসি সংসাব অসি কবিসু থৌশাদবা মীনি হায়না খনগনি। মহাক্তি মহাক্না হৌজিকমক তৌবিবা থবক অদুদা অদুম চপ চানা নুংঙাইবা পোকই, হৌখিবগীদমক্তা খজিক্তা ফাওবা নাচুংবিকুদে, তুংদা থোক্লগদবা অদুদা অকিবা ফংনা আশা তৌদুনা লৈ। মহাক অসি ইমাদা পূবা পূবী কৎথোকচবে।

অদুবু লাইবক থিবদগী ইমানা অদুক যাম্না নুংশিবা উৎলবসু মপুক মনুংদদি মবে তৌবা হৌবক্লে। মীনা ব্রাবেম ঙাঙনবদু মহাক তাকবে অদুনা মবমচৎ মাঙলবী নুপী অদুবু থম্বগী ভাব অসি ইখন খনবা ঙমদে। মহাক্না চৈবক্কনি হাযবসিদা ঐহাক পংকিদা কিবে, অমসুং মহাকপু ইতোম্মতা লৈবিঁঙদা খক উনদনবা হোৎনবে। অদুবু মহাক্না ঐবু তাঞ্জা হেক ফংবগা নাকোংদা তুমিন্না হাযবম্মী, "ঐনা হাযবিবসিনি, মহাক অসি অশেংবা লিন-নুপীনিকো। নঙনা মহাক্কী মমিং হেক পনখিবা নুমিৎ অদুদগী ঐদি মহাকপু ইপাম পামখিদবনি।"

ইমাগী বায অমসুং তৌশিন্নবা শাজৎ অদুদা ঐহাক হৈনবক্ত্রে। নুপীমচা অদুদি মবাল কবিমতা লৈজদনা ইখঙ খঙদনা নুংঙাইনা উই, কবিসু থওইদে অমসুং ইমাদা চপচানা মশাদু কৎথোকচৈ। ইমানা মঙোম্দা খংওন ওনশিন্দুনা ইফোং ফোংনা হেক্তা চৎখ্রো হাযকুগদ্রা হাযবগীদমক্তা ঐহাক যাম্না চিংনবা পোকলে। ঐগী লৌনম অদু ওম্ফোক্কুনা হাযবম্মী, "নঙনা হাযবিবদু চুম্মী, ইমা। অদুবু মহাক অসি মযুম-মকৈ লৈজদ্রবী মীচেন হাযবদুনিদো অদুনা ঐখোয কবিসু তৌবা ঙমদে। ঐখোযদি চঙজবকপা মীবু লুনা তৌবা তাই।"

"মপুবোইবগী মনাক্তা চত্তুনা মহাক্কী মখোঙদা তুজকদ্রিবা কবিগীনো ? ইপুবোইবগা লৈমিন্নবা হাযবসি হৌজিক কালগী নুপীশিং অসিনা নিংলিবা অসুম হাযনা তবাই তবাইবা ফাগিগুম্বা থবক নত্তেনে, নঙ খঙদ্রা। মতিক চাবা ইপুবোইবা হাযবা অসিদি পাউদবগা লিপষ্টিকতগনা হেক জয তৌবা যাবা নত্তে। নঙনা নঙগী বাজীবু হন্না হন্না মশক খঙখিদনা –।" বাজীগী ব্রাখল যাওদবা, মীনা ঙাঙবা লৌদবা মতৌ অদুনা ইমুং মনুংগী ব্রাফম অদুদা অব্রাবা থোকহনখিবগী থৌদোক অমসুং মহাক্না মদু কবম তৌনা থেংনখিবা হাযবদু

ৱারী ওইনা লিথরক্নে। মহাক্কী ৱারী অদুদা খাঙবা কন্না অমসুং থাগৎপগা লোয়ননা ঐহাক তারম্মী, মদুনা মহাকপু মতম খবদি মপুক্লিং অদু হোংহল্লম্মী। নুমিৎ খরনিগী মতুংদগীদি মহাক্না রোজিদা ৱা হেক ঙাঙবগা মতৈ-মনাউগী লৈনগদবা মরী অদুদতা পন পন্দুনা ঙাঙলে, অমসুং মতম চুপ্পা মপুরোইবা হায়বসিগী ৱাতা মপনখ্রে; অফবা মপুরোইবা, অঙাওবা মপুবোইবা, জ্ঞান তাদবা কাংবু, তমথিবা কাংবু, হায়ফেৎ ভাব চোইবা জাৎ, ৱাখলতা খন্দুনা লৈবা জাৎ অসিনচিংবা, অমসুং মতম পূম্নমক্তা নুপীনা মহাক্কী হৈশিংবা, খাঙবা কনবা, অইন কনবতনা মহাকপু পূম্নমক অসিদগী কনবা ঙম্মী। মহাক্না মমাংঙৈগী সাবিত্রী, সীতা অমসুং ময়াম্না খঙনববা থৌনা ফবী কয়াগী খুদম পীরকই। মসিদি মপাম্থোংদদি সাধারণ ওইবা ৱাবীনি, করিগুম্বা অমতগী মতাংদা হায়বা নত্তে, অদুবু ইমাগী পামলিবা ৱাখল অদুদি অদুম ইশেং শেংনা উবে। মহাক্না চওৎ-চনৈরদুনা ওম্থোক্না কোইনা ঙাঙখ্রে মীনা মহাক্না হায়নিংলিবদু করিনো হায়বদু হেক্তা খঙবা ঙমগনি। হৌজিক ফাওবা মহাক রোজিগী মবমদা করিমতা খঙদবগুম উরি অদুবু ৱাদি য়ৌনা য়ৌনা তিং তিং পান্না ঙাঙই। রোজিনা পাড়াশিং অসিদা কয়া য়াম্না হৈশিংলকপগে হায়বদু ঐহাক খঙই অদুবু মহাক্কীদি উপায় লৈত্রবনি। ইমাবু ঐহাক য়াম্না কিরে। ঐহাক রোজিবু হোটেল অমদা থম্বসু ময়াবনি অদুবু হৌজিক্তি ঐগী শেম্থুমগী ফিবম অদুবু খরা চুম্না খন্দুনা য়েংশিনবা তারে। রোজিনা ৱাবদু উবদা ঐহাক্কী উপায় লৈতে অমসুং ঐগী অমতা ঙাইরবা পোখাফমদি ঐসু মাগা লোইননা অৱাবদু খাঙমিন্নরি হায়বসিতনি।

ঐগী অৱাবশিং অদু অসুম অসুম হেঙ্গৎলকলে। দুকান্দা লৈরিবা অঙাং অদুসু মচিন থিবা হেঙ্গৎলকলে। বেলৱে প্লেটফোর্ম অদুদা পোৎ য়োনবা মী হেন্না হেন্না চংহল্লবনা ঐগী পোৎশিং অদুসু হন্থরে। শেঙ্গং ওইনা ফংবদুদি ময়েং তাথরক্নে শোংখিবনা অসুম অসুম য়ামশিল্লকলে। পুন্না পুন্না য়োনবা দুকান্দারশিং অদুসু ঐঙোন্দা বাকী পীবা তোকখ্রে। অঙাং অদুনা শুরিবা হিসাব মওং অদুসু য়াম্না মথোং মরম খঙখিদ্রে ঐগী কারবারদু চাউখৎলিবরা হন্থরক্লবরা ঐহাক খঙদ্রে। তহা তহানা শেলশিং অদু থম্ফমদগী হেক্তা থিদোরকই অমসুং দুকান অদুগী মনুংদা লৈরিব উপু অয়াম্বা ইহাং হাংলে। অঙাং অসিনা পৈশা লোন্না লোন্না হুরাল্লম্বা অমসুং অচাঅথকশিং অদু তুমিন্না চাথোক্লম্বসু য়াই। পুন্না থাবা দুকান্দগী বাকী হেক পীখিবদগী অপাম্বা অমতা ফংদ্রে হায়না মীয়াম্না

আপতি তৌনবক্লে। থুনমক বেলবেগী মীনা ঐবু চৎখ্রো হায়না নোটিশ পীবে। মমাংঙৈগী ষ্টেশন মাষ্টব অমসুং কুলি অদুদা ঐহাক হায়জকই, তৌইগুম্বসুং মখোযসু কবিসু তৌবিবা ঙমদ্রে; হুকুম অদুদি মথক্তগী লাকপনি। দুকান অদু অনৌবা ঠিকাদাব অমদা পীখ্রে।

বেলবেগা মবী ইথম থম্নদ্রবদি ঐগী ওইজবা মাঙগনি হাযবসিদা ঐহাক ওষ্খোক্লা নুংঙাইত্রে। ঐহাক ঙাওবকলে, শাউবকলে। ঐহাক অমসুং বাজীনা ফন্নম্বা মফম অদুদা অনৌবা মী অমনা ফমদুনা লৈবদু উবদা ঐহাক পি তাখি। ঐনা অঙাং অদৃবু মখজাইদা খুবাক্লা থাবে, মহাক কপখ্রে, মপা কুলী অদু লাক্কুনা হাযবৈ, "নঙবু নতেং পাংবিবগীদমক্তা ফংলিবসি মসিনিকো! অঙাং অসিদা হাযজবমগদবদু ...। মহাক নঙগী অবৈবা মীনাই নত্তেকো।"

"মহাকপু পৈশা পীনা হাযবা? মহাক্লা খুৎতা লৈবম্বা শেলসু, বাকীসু অমসুং দুকান মনুংদগী চাবা যাবা পোৎ পুম্নমকসু চাথোকখ্রবনি। মযাম অদু চাবদদা মশাদু নোইথোকলবনি! মহাক্লা মথিবোং লাউবদগী দুকান অসি পুংমুৎ মুৎপসিগীদমক্তা ঐঙোম্দদুম শেল পীগদবনি।"

"নঙবু মাঙহনবদি মহাক্লা নত্তে, মনুংদা লৈবিবী নঙবু অসুম হাযনা মাঙহল্লিবী সৈতান অদুননি।" মহাক্লা হাযবিবসি বোজিবুনি হাযবা ঐহাক শোযদনা খঙই, মহাক ঐখোযগী যুমগী থোঙ অদুদা লিৎথোক্কুনা মূনা মূনা যেংদুনা লৈবম্মী। ইমানা যাম্লা ব্রানা পিযোল অদুদগী যেংদুনা লৈবম্মী। যেংবদা খ্বাইদগী হেন্না মিৎ নাববা দৃশ্যনি। ঐহাক কুলি অদুনা পল্লকপা ব্রা অদু পাম্লমদে, অদুনা অশাউবা কবি কবিনো ব্রা খবা ঙাঙদুনা মাবু ফুংগে তৌকই। ষ্টেশন মাষ্টব অদু থোবক্কুনা হাযবকই, "মফম অসিদা নখোয ইবাং লাংলবদি, নখোযনা মফম অসিদা চংথোকচংশিন তৌবসি ঐহাক থিংবা তাবে।" অনৌবা দুকান্দাব অদু তৌবিবা পুম্নমক অদু তোঙান্না যেংদুনা লৈবম্মী। মচুবাদা মকোই ইহৌ হৌবদুনা মহাক্কী মপুক ফত্তনা যেংবা খুৎযেংদু ঐহাক হৈনদে। কুলী অদু হুন্দোক্লমদুনা মঙোম্দা ঐহাক শাউনিংনা ওনশিল্লদুনা লাউকই, "ফবে. নোংমদিনে নঙসু ফিবম অসিগা চপমান্ননা অদুম থোক্লগনি, কাউগনু। শোইদ্রে হাযনা পংখন খল্লুনু।" মহাক্লা মকোই অদু নাল্লদুনা হাযবকই. "নঙদৌনা মী খুদিংমক মবাইবক চপ মান্ননা থেংনগনি হাযনা নহাক কবম হাযনা খল্লিবনো?" মপুক ফত্তনা মমিৎ অদু কুপলকই, মদুদদি ঐহাক শাউবনা থুমহৎখিদুনা মঙোন তন্না চেনশিল্লে। হযিং হাৎপদৌনা মখুৎ অদুনা ঐগী নঙ্গন্দা পোপ থাদুনা

মহাক্না ঐবু ফুবকই মদুদা ঐহাক তুবে অমসুং মহাক্কী মপুন্সিদা অমুক্তসু তৌজদ্রিবী ইমানা প্লেটফোর্ম অদোমদা চেনশিল্লকপদুদা থেংজিল্লুবে। লাইবক ফবদগী ঐনা মহাকপুদি ইন্দি ইষ্টুকদে। ঐগী শেগাদা নপশিল্লক্তুনা লাউবকই, “লাকলো। লাকখিবোইদ্রা লাক্লগদ্রা ?” কুলী অদুসু, মকোই চোম্বা নুপা অদুসু অমসুং মী খুদিংমক্না ৱাশক্তুনা হাযনহৌই, “নহাক ঙসিদি ব্যবহাব তৌনফম ওইববী হনুবী অসিনা কনবীবে।” মহাক্না ঐবু যুম তান্না চিংদুনা পুবে; চে মচেৎ খবনে, বেজিষ্টাব অমনে, অদুগা থোইনা লুদবা দুকান্দা থম্বা পোৎ অমনিনে শেগাদা যেপ্লদুনা ঐহাক যুমদা চঙলকলে, অমসুং হৌজিক্তি ঐগা বেলৱেগা তিন্নবদু পুমলোই লোইবে হাযনা খল্লম্মী। মসিনা থম্মোই অসিবু ৱাহল্লি। ঐগী নাকন্দা লেপ্লদুনা ঐঙোন্দা মুন্না যেংলিবী বোজি ফাওবা থৱাই নুঙাইমনখিদবনা ঐহাক যেংলুদ্রে। হোল অদুগী কাচিন অমদা চঙশিন্দুনা হিপ্লগা মিং উশিন্দুনা লৈবে।

# ৮

**ঐগী** বাকী তৌফমদি মার্কেট বোডতা লৈবা পূন্না পূন্না লল্লোনবগী কারবাব তৌবা সৈত অদুনি। অদুদগী মতুংদা থুনমক মহাক ঐবু উনবা লাকলে। থোঙদা কক কক থিল্লক্লম্মী, মহাক ওইরমলে। ফক মথক্তা ফন্নদুনা ফক্লাংদা ঙাথরদুনা রোজিনা ঔরাইরিবদু মহাক য়েংদুনা লৈরম্মী। সৈত অদু ঐগী থোঙজিন্দা লেপ্লবা উবদা ঐহাক ইকাইবা পোকলে। মহাক কবিগী লাকলিবনো হাযবদু ঐহাক খঙই। অথাবা হিসাবকী বোই অমা ফি অশংবনা যোমদুনা মহাক্লা পুবকই। ঐগী ইথৌ অদুদগী চেনখ্রবদৌনা মহাক ঐবু উনবা ফংবদুদা মথ্নাইদু পেন্না উই। ঙাইহাক্তংদি ঐহাক কবি হায়গদবনো মফম মবাং খঙলুদ্রে। ঐহাক চমন্নবে হাযবদুদি উৎনিংলমদে। রেলবে ষ্টেশনগী থৌদোক অদুগী মতুংদগীদি পোৎশিং অসি ভাব তানা মরী লৈনবা ঙম্বগী ৱাখল অদু অমুক হন্না লৈবে। রোজিনা প্রাকটিস তৌরিবদু য়েংনা য়েংনা ঐহাক করি তৌগদগে হায়বদুগী অশেংবা ভাব অমা ফংলে। মহাক্কী খোঙজিগী মখোল, মহাক্লা ঙংলিবা ঈশৈ অদুগী শোঙ্খাংনবা খোঙ্খোক, মহাক্কী তাল অমসুং শাথেক পূন্নমক অসিনা মতেং পাংবিরে। ঐহাক অমুক হন্না মরুওইবা মী ওইরক্লে হায়না ঐহাক খল্লকই। ইরাইবক ফবদগী ইমানা ঙরাং নুমিদাংৱাইদগী ঐঙোন্দা ৱা মচেৎ অমা ফাওবা ঙাঙবিরক্তে, অমসুং মদুনা ঐবু ওঙ্খোকপা হৈনদবা অমসুং অৱাবদগী কনবিবে। ইমাদি বোজিদা ঙাঙদবা ইঙম ঙমদে; মহাক্কী য়ানিংদবা কয়ামুক লৈজরবসু তশেংনা নুপীমচা অসিবুদি মহাক পাম্মী অমসুং মহাকপু লুনা চান্না তৌদবা ইঙম ঙমদে। মহাকপু চাক পীজদনা চরা হেলহনবা ঙম্বা নৎত্রগা ৱারৌহনখিগদবা থম্মোই চেন্দে। মহাকপু পীজ-পীথক তৌননবা অমসুং চঙজফম পীননবা মতিক চানা তৌবি অমসুং মহাকপু মতোম্মতা থাদোক্তুনা থম্বী। রেলবে ষ্টেশন্দা থোকখিবা থৌদোক অদুগী মতুংদতদি ঐঙোন্দা ৱা ঙাঙবদা মহাক মশাবু থাজজদ্রে। ঐগী অঙাওবা শাজৎতুনা মহাক্কী মপুরোইবনা অদুক ৱানা শুজদুনা তাঞ্জরম্বা পূন্নমক অদু মাঙহল্লে হায়না মহাক্লা খল্লি হায়বসি ঐহাক খঙলম্মী। অদুবু লাইবক ফবনা মদুসু মরাইবক থীরবী নুপীমচা অদুদা তাইনবিরুদে অদুগী মহুত্তা মহাক্কী মহৌশা হৈনজবী পাউতাক অমসুং ধর্মগী ৱাশিংদু তাক্লগা অদুম মতোম্মতা থাদোকপী পূন্নমক অসিসু রোজিদি হরাও হরাও অদুম মরৌশিল্লি।

সৈত অদুদি মকোক্তা মচু কয়াগী কোয়েৎ য়েৎপা মশা ইপা পাবা মীনি। মহাক্তি বাকীদগী য়াম্না কান্নবা ফংখ্রবা ইনাক খুনবা কারবারব্রালানি, অদুবু থাঙ্গৈশেংনদি শেন্দোন অসি চপচপ চানা লোইশিন্নবা পাম্বা মীনি। মহাক ঐগী থোঙজিন্দা লেপ্লরে। ঐহাক করিগীনো হায়বা খঙই। মহাক লাকপদুদা ইরাং লাংশিন্নরদুনা ঐনা হায়রম্মী, "লেঙশিল্লকউ, লেঙশিল্লকউ। ফম্বীযু। কয়াদা তাঙনা ফংজপ্রবা নুঙাইবনো !" ঐনা মহাকপু চিংথোক্তুনা পিয়োলদা ফমহল্লে। মহাক্তি ঐগী চান্নখ্রবা মরাপনি অদুনা বাকী অদুগী মবমদা ঐঙোন্দা হৌদোকপদু চিংনরে। ঙাইহাক্তংদি তুমিন তুমিন লৈনরে; ঙাইহাক্তংদি রোজিগী খোঙজিগী শ্রিং শ্রিং লাউবা মখোন্দুতমক তারম্মী। মখোল অদু তারগা মহাক্না হংলকই, "কবিনো মসিবু ?"

"ও !" ঐনা শন্না হাযখি, "জগোই তমলিবনি।"

"জগোই ঔরাইরিবা !" মহাক ইঙক ঙকখ্রে। ঐগুম্বা মীগী যুনদা মহাক্না আশা তৌবসি মসিনা ইবোই লোইবা পোৎনি। অনিগা অনিগা তিনশিন্নবগুম্না মহাক ঙাইহাক্তংদি ব্রাখল খন্দুনা লৈখ্রে। মঙক অদুসু তপ্না হাইরকই। মনুংদা লৈরিবী সৈতানগী ব্রারীদু মহাক্কী মনাকোংদসু শোইদনা য়ৌরে। মহাক্কী মথৌ নত্তে হায়না খন্দুনা হংবাখোৎপা পূম্নমক নমথরগা মহাক্না হায়রকই, "রাজু নঙবু করি তৌরবগে ? নহাকপু ঐগী বাকীশিং অদু থা কয়ামুক চুপ্না শিংলক্রে, হান্নদি ফনা চাং নাইবগুম তৌরম্বনি হায়ববু !"

"কারবারগী ফিবম অসি ফৎচিল্লক্রে, হে অহল", ঐনা তৌশিন্নবা চংজবগী মওং অমদা অমসুং থব্রাই নুংঙাইতনা হায়রম্মী।

"নত্তে, মদু নত্তে। মশানা – ।"

"ও, ঐনা থাজকবা অঙাং অদুনা ঐবু মপুংফানা নমথাক তৌবমলে।"

"মী অতৈদা মরাল পীশিল্লুবগী কবি কান্নবগে ?" মহাক্না হংলকই। মহাক অসি নুংশিবা খঙদবা ঐবু ওৎকে হায়না খনবা মী মাল্লি। মহাক্কী নোটবুক অদু লৌথোক্লদুনা হাংদোরকলে অমসুং পরেং অমগী মখাদা মখুৎনা থিল্লদুনা হায়রকই, "লুপা লিশিং নিপান ! মসি পংকুই কুইনা পম্বহনবা ঙম্মরোই। মসিগী মবমদা কনিনো খরা নহাক তৌরো।" ঐহাক কবিগুম্বা অমগী মবমদা করিগুম্বা খরা তৌরো হাযবসিদা তানিংদ্রে, চোকথরে। ইমানা মসি নুপী অসিগী মতাংদা হাযবা হৌখি, কনাগুম্বা অতোপ্পা খরনা অতোপ্পা হিবম খরগী

মবমদা, নুপীমচা অসি ফাওবনা হাযবা হৌবক্লে, "ঐখোয কবিগুম্বা খবা তৌবা তাই", অমসুং হৌজিক্লা নুপা অসিনা অমুক; মহাককী পাউতাক অদুদা শাউনিংলদুনা শম্না খুমলে,

"ঐহাক মদু খণ্ডই।"

"মসিগী মবমদা নহাক কবি তৌগে হাযবিবগে ?"

"নঙগী শেল অদুদি শোযদনা শিংগনি।"

"কৈদৌঙেনো ?"

"মদুবু ঐনা কবম্না হাযবা ঙমগনি ? . নহাক খবদি ঙাইবা তাবে।"

"যবে। হাপ্তা অমগী মতম পাম্লা ?" মহাক্লা হংলকই।

"হাপ্তা হাযবা!" ফাগি অদুদা ঐহাক নোকনিংলকলে। মহাক মথ্বাই নুঙাইত্রমাল্লে। মতম অসিদদি মী খুদিংমক ঐনা ঙাঙলুবদা মথ্বাইদা পংশোক্তা শোক্লখ্রে।

মহাক মুন্না লুশিন্না হাযবকই, "মসিবু নোকনিংঙাই ফাগিনি হাযনা খনববা ? ঐনা লাকলিবসিবু নঙবু ফাগি তৌগে ল্যাকলিবনি নিংববা ?"

"কবিগীনো নঙনা নখোন্দু হাযগৎলকলিবদুবু সৈত ? ঐখোয অনি মকপ ওইবা কাযনগনুসি।"

"মকপ ওইনবনা মসিদা তৌনিংঙাই মথৌ কবিসু লৈতে", মহাক্লা মহাক্কী মখোল অদু নেমথবদুনা হাযবকই। মহাক্লা খোঞ্জেলদু কনখৎলকপা মতমদদি মনুংদা শ্রিং শ্রিং লাউবা মখোলদু তাবা ফংদে। অদুবু খোঞ্জেল অদু নেমথবকপা মতমদদি বোজিগী খোঙথাং অদু তাবা ফংই। মহাক্কী মূর্তি অদু ফক্লাংগী অতোপ্পা নাকল অদুদা উকবদা ঐগী চিম্বালদা হাযফেৎ নোকপগী মমি তাখিমাল্লে। মসি উবদা মহাক অমুক শাউগৎলকলে। "কবিনো ইবুংঙো, ঐনা পৈশা পাম্মে পীবো হায়বগা নহাক ফাক ফাক হেক মনোকই, মঙ মঙবদৌনা নোকমি নোকমিগা তৌবিবসিবু কবিগীনো ? নঙবু সংসাব অসিদা লৈবিব্রা নৎত্রগা স্বর্গদবা ? ঐহাক ঙসিদি নঙোন্দা কাববাবগী মওংদা ৱাবী ৱাতাই শানগে হাযদুনা লাকপনি, অদুবু ওইগোক্রে। ফবে, অমবু ওইববসু অবানবা শীগনুকো ...।" মহাক্লা হিসাবকী বোই অদু যোমশিল্লদুনা চৎকদবগী হৌগৎলকলে। "সৈত চৎখিনু। কবিগীনো নহাক নখ্বাই নুঙাইত্রিবব ?" এনা হংখি। ঐনা

হেক হাযকবা পূম্নমক ইকোমদা কোমনা থোকখ্রে। মহাক শুগৎলক্তুনা হেন্না লুশিনবা মতৌ তৌবকলে। মহাক্না পিশুম শুকপা হেঙ্গৎলকলিবা অদুক্কী মতিক ঐহাক ইশাবু থিংবা ইঙম ঙম্লক্ত্রে। অসুক যাম্না তান চানদ্রবা মতম অসিদা ঐঙোন্দা নুঙাইবগী তিক্রি হৎলিবসি কবম্বা লাই ফত্তবনা তৌবিবনো ঐহাক খঙদ্রে। নোকপনা ঐহাক তিনগকা ইতা তাবে। ঐহাক কন্না থিক থিক নোকনিংবদু খাঙলে। মহাক্না লুনা খঞ্জিল্লকপা অদুনা ঐঙোন্দা কবিনো অমা তৌদুনা মসি থোকহল্লিবনি। মমৈথংদা, মহাক্না শাউবনা পাখৎলদুনা চৎখ্রবা মতমদা, হিসাবক্কী বোই অদু শেগাদা কন্না চপলদুনা অমসুং মচুমবাং কযাগী কোৎযেৎ যেৎপা অপিকপা নুপা অসিগী চীংলেম্বা মতৌ অদু উকবদা ঐগাক ইঙক ঙক্লদুনা নোকপনা পোকখাইগদৌবে। মঙক অদু লৈশিল্লক্তুনা, ঐঙোন্দা হাযবপ যেংলক্লম্লগা চৎখ্রে। নোকমি নোকমি তৌবদুনা ঐহাক ইমুং চঙলে অমসুং ফক অদুদা অমুক হন্না ফমলুবে। বোজিনা ঙাইহাক্তং লেপ্লদুনা হংলকই, "কবিনো যাম্না নোকনিংলুববরা ? নঙনা নোকপদু ঐহাক তাই।"

"হোই, হোই, কবিনো অমা তৌদুনা নোকনিংলিবনি।"

"মহাকপু কনানো ?" মহাক্না হংলক্লম্মী।

"মকপনি", ঐনা খুমখি। অব্রাবশিংসি মহাকপু খঙহল্লুবা পামদে ঐহাক। মসিগী মবমদা কনাদসু কোক শাহনবা পামলুদে। কবিমতগী মবমদসু ঐগাক খল্লুবা পামদে। বোজিনা যুম অমতদা লৈমিন্নবিবা অসিনা ঐগীদি পুমওক ওকলে। ঐহাক পুন্সি অসি অতৈ অমুক পামলুবা লৈত্রে। ঐহাকসু অপঙবশিংগী স্বর্গদা অসুম অসুম চংশিনবা হৌবে। শেলগী মবমদা ব্রালান ঙাঙলুদবদুনা হিবম অসি পুমথা থাদোক্লবনি হাযনা খল্লুবে ঐহাক্কী পংখ্রবা ব্রাখল হাযবদুনি। বোজিগী মপান্দা লৈবিবা জগৎ অসিদি অসুক্কী মতিক ওইদনা থোকখ্রে মদুগী ব্রাখলতা খন্দুনা লৈবদসু অদুম মহিংবা যাবে ঐহাক। অদুবু কুইনদি হিংবা যাবোই।

হাপ্তামুক নৎত্রগা নুমিৎ ১০ নিমুক্কী মনুংদা ঐহাক্কী ব্রা কোর্টকী খন্নবা হিবমদা যাওবে। ঐনা ফাগি তৌশিল্লুবগী ভাব অদুনা সৈত অদুগা ইবানিগী মবী অসি পুম্মাং মাঙহল্লে, অমসুং মহাক্না কোর্টতা ধং হেক্তা চৎতুনা হিবম অদুগী অতাবি অমা খঙননবা হোৎনবকপনি। ইমাদি ব্রাজবনা ইঙাও ঙাওখ্রে। গফব নত্তনা সংসাব অসিদা ঐগী মকপ অমতা লৈখিদ্রে। নোংমা মহাকপু ঈশিং চাইবীগী অতোঙবা লেপফমদুদা থেংনদুনা ঐগী ফিবম পূম্নমক হাযবমলে।

ঐহাক কোর্টতগী হল্লকপনি। মহাকনা নুংশিবীবা পোক্লদুনা হায়রকই, "নঙগী উকিলদি লৈবরা ?"

"হোই। লশিংগী গুদাম লৈরিবদুগী অসোমথংবদা লৈবদুনি।"

"ও মহাক্তি য়েথোকপদা ওম্বোক্লা হৈনখ্রবনি। কেশ অদু চহি কয়া ওৎতুনা মহাক্লা চৎথহনবা ঙমগনি। অদুনা ব্লারুবনু। মদুবু দিব্লানী কেশবা ফৌজদারী কেশবা ?"

"ফৌজদারীনি ! মহাক্লা ঐগীদা অতোনবা শেল অদু থৌবা লাকপদা ঐনা মহাকপু ফুগনি হায়না কিহল্লকই হায়দুনা কেশ অদু থাঙ্গৎলিবনি। মদুম তৌজরম্লবসু ফগনি খল্লকলে !"

"ওম্বোক্লা নুঙাইখিদ্রেদা ! দিব্লানী কেশ ওইরম্লবদি চহি কয়া চথনদুনা লৈগদবা, অদুম চথনদুনা হেক লৈবিবমখৈ নঙোন্দা করিসু ফত্তবসু ওইবোইদবা। মহাক অদু ইমুংদা লৈরবরা ?" মহাক্লা কোচি থাংনা হংলকই। ঐনা মঙোন্দা অকিবা ফংলবা মিৎয়েংনা য়েংলম্মী অমসুং মহাক্লা হায়রকই, "নঙনা ওইরিবা ফিবম অদুগীদমক্তা ঐনা করম্না নুপী অমবু মরাল পীরুগদগে ? ... নঙ টুরিষ্ট লাকপা অমুক হন্না ওক্ত্রবদি কৈদৌরে ?"

"ঐ হৌজিক রেলৱে ষ্টেশন মনাক্তা চৎপা য়াদ্রে। রেলৱেগী থবক তৌরিবশিং অসি হৌজিক্তি ঐগী মায়োক্তা সাক্ষি পীদুনা ঐনা মী ফুই হায়বসি প্রমান তৌগদবগী লাক্লরি।

"অচুম্বরনে ?"

"উম। কুলি অদুগী মচানুপা অদুদা থেংনরবদি ঐহাক মাগী মঙক অদুদা লৈথৎকে খল্লিবনি।"

"অদুগুম্বা থবক্তু তৌগনু রাজু, মদুনা করিসু উপায় তৌরক্লোই। নহাক নতোম্মতা নশাদা মফম মরাং খঙদনা চনৈনহঞ্জরে। নশাবু অমুক্তা ভাব তাহঞ্জখো। করিগীনো নহাক চৎনবা য়াবা থবক তৌদ্রিবসিবু ?"

"ঐহাক হায়রিবসিদা মুন্না খল্লে। ঐনা হায়রম্মী, "ঐহাক লুপা ৪০০ দং লৈরবদি অনৌবা পুন্সি অমা হৌবা ঙমগনি।" ঐনা মঙোন্দা রোজিগী থবকশিংদু শিজিন্নরগা শেল তানগে হায়বগী প্লান অদু উৎলে। মহাক্কী ব্লাখল খল্লুবদা ইশাসি ইশা শাগৎলকলে। "মহাক্তি সনাগী খনিনিনে", ঐনা

হায়দোকখি। "হৌদোক্লবা শেল খরতংবু লৈরবদি – ও !" ভারত নাট্যম হায়বসি হৌজিক কালগীদি খ্বাইদগী চাউবা কলাগী কারবারনি হাযবা নহাকসু খঙইদনা। মীশিং অসি ওষ্ণোক্লা পাম্নখ্রে, খ্বাইদগী ফজবা জগোই উগনিবু হায়রবদি মীশিং অসি পীয়ু হায়বদা য়ারগদবনি। মসিগী মবমদা শেল লৈতবনা করিসু তৌরুবা ঙমদে ঐদি। গফব নঙবু ঐঙোন্দা মতেংগকা পাংবা ঙম্মরোইদ্রা ?" ঐনা হায়জবা অদুদা মহাক্তি নুঙাইরুরমাল্লে। নোকপা উবদা শাউনিংবসি হৌজিক্তি ঐগী পালি তাবক্লে। ঐনা হাযখি, "নঙগী কাববাব অসিগী ঐসু যাম্না তৌবিরেনা।"

মহাক্তি থম্মোই পানবা মীনি। ঐবু ব্রাখল খন্ননবা মহাক্লা হাযরকই, "ঐহাক্তি ইনাক খুনবা মী নত্তে, রাজু। কাব অসি ফাওবা হোৎননবগীদমক্তা ঐহাক মীঙোন্দগী শেল পুরিবনি হায়বা নহাক খঙলিবদুনি। লুপা ৫০০ বু লৈরবদি, পেসেঞ্জরশিং অসি খরা হেন্না ফবা টায়ারদা তোংহনগদবনি। নত্তে, নত্তে, রাজু ...।" ঐনা হায়রিবসি তাও। মহাকপু থাদোকখ্রো অদুগা ইচম চম্না শেংনা পুন্সি লেল্লু। কলাগী ব্রারী-ব্রাতাইশিং অসি শারনু। মসি ঐখোয়গী ইথৌ নত্তে।"

মসি তাবদা ঐহাক নিংবা কায়রদুনা মহাক্কী থম্মোয় শোকপা ব্রা খরা হায়রুরে। শকফম অদু হঞ্জিল্লদুনা মহাক্কী গাড়ীগী ফমফমদা চঙদুনা ফমখ্রে। "গাড়ী অসি হেক দরকার ওইরকপা মতমদা ঐবু কৌরকউ; ঐনা নঙোন্দা তেংবাংবা ঙম্বা হায়ববু অদু মঙাইরে। অদুগনে, হান্নগী বাকীদুদি ঐ নঙোন্দগী পীয়ু হায়ররোই, কাউগনু।"

"পিক হাউসতা চৎপশিং অদুগী নঙোন্দগী ঐনা ফংফম থোকপা কমিশন অদুগা অদুম ককশিন্নরো মদুদি," ঐনা শাউরপ্লা হায়খি।

"য়াম্না ফরে," হায়রদুনা মহাক কার অদু ষ্টার্ট তৌখ্রে। "কার অসি দরকার হেক ওইবা মতমদা হেক্তা কৌরকউ, অদুম লৈগনি। ঈশ্বরনা নঙোন্দা হেন্না অফবা ব্রাখল খলহনবিনবা ঐনা খুরুমজরি।" মহাক চৎখ্রে। অতোপ্লা মরুপ অমসু ঐগী পুন্সিদগী নাষ্ণোকখ্রে হায়বা ঐহাক খঙলম্মী।

লাইবক থিবনা মহাক্তনা অরোয়বা নৎলমদে। ইমাগী পালিসু থুনা লাকলে। ঐহাক রোজিনা জগোই শারিবী খোঙ (দ দানশিং ফিট) কৌবা জগোই মতেক অমা শাবা য়েংবদা মুনখ্রে। রোজিনা মহাক্লা খেন্নবা অনিখকসু হাপচিল্লে,

ঐগী মত করিনো হায়না হংলম্মী। হৌজিক্তি হিরমশিং অসিদা হৈশিংবা অমা ওইখৎলকলে। ঐনা মহাকপু লুনা কুপ্না য়েংলম্মী, অদুবু ঐনা য়েংলিবদুদি মফম অদুমক্তদা হেক কোনশিন্নিংবা পোকহল্লিবা মাগী শাথেক অদুতনি। অদুবু ইমাদি হঙ্গৎ হন্দা চৎথোক চৎশিন তৌদুনা লৈরে, হন্দক মরক্তি, ইবানীগী নুংশি মিৎয়েং অমসুং মিৎ চান্নবদুসু হুরান হুবান্দুনা তাঞ্জা চাদ্রবা মতমদসু তৌবা তারে– হায়বদি, ইমানা ঈশিং শোকপা চৎখ্রিঁঙেগুম্বদদা। মহাক কয়া কুইনা লৈরক্কনি হায়বা ঐখোয খঙই অদুনা তাঞ্জা অদু শিজিন্নরম্মী। পূম্নমক খুদোংথিনিঙাইনি অদুবু ওহ্বোক্লদি অনৌবা ওইনা থোকখ্রে অমসুং ঐগী অৱাঅনা পূম্নমক ইকাউ কাউহল্লি। মহাক্না কলা অদু ইথক হৌবগুম উৎলকপা মতমদা মী অমতা লৈবা উদ্রবদি, ঐনা মহাকপু কলাগী সমালোচক অমগী মিৎয়েংদগী য়েংগদবনি হাযববসু ঐনা তোইনা মহাক্কী জগোই অদু মবক হেক হেক থৎলি। মহাক্না “কৈদৌরক্লবগে তৌরিবসিবু নঙবু ?” হায়রদুনা ঐবু ইহ্বোকলকই। মহাক্তি কলাগীদমক্তা মশাদু পুমকৎ কৎথোকচববী কলাকাবনি, মপাহ্বোংগী নুংশিবগী অপাম্বা অদু অসুম অসুম ময়েং তাথবকই অমসুং মসিনা মহাক্কী অকাইবা অমা ওইহনবদু তোকলকলে।

ঐনা কনাদসু হায়দোক্লুদ্রবসু তুংশিন্দুনা থম্বা ঐগী শেল খরদি হৌজিকসু লৈরি। সৈত অদুনা লাক্লম্বা নুমিৎ নিনিগী মতুংদা বেঙ্কতগী শেল পূম্নমক অদু লৌথোকলুরে। ঐহাক মদুতদি মৎহননিংলমদে। মসিতনা ঐখোয়বু য়োকপীরিবনি। কোর্টতা ঐগী কেশ অদু চলাইবিনবা উকিল মচা অমসু লৈজে। ঐগী শেল অদুগী শরুক খরসু মঙোন্দা কোর্টকী ফীনচিংবা অতে অতে মরমগীসু ওইনা পীবা তারম্মী। মার্কেট রোডতা লৈবা লশিংগী দুকান অমগী মথক্কী কা অমদা মহাক্কী ওফিস ওই লাইরিক হাপ্পা উপদু অমগা, টেবল অমা, চৌকি অমা অমসুং মঙোন্দা চঙলকপা মীশিংগী ফম্নবা বেঞ্চ অমতংগা থাদুনা লৈ, মফম অদুদি স্বরগা ইফুন ফুঙ্গৎপা মফমনি। ইহান হানবা সমন পীরকপদুদা মিৎ অসি অকিবা ফংনা ঙাংশং ঙাংলদুনা কোইচৎ চৎলিঁঙেদা মহাক্না ঐবু অহানবা নুমিৎমক্তদা মশক খঙদুনা খন্দোক্তুনা থেংনখিবনি। ঐনা মাঙ্গোল অদুদা ঙাইদুনা লৈরিঁঙেদা মহাক মশানা হেক্তা চঙলক্তুনা ঐঙোন্দা হায়রবনি। মহাক্না হংলকই, “নহাক তশেং তশেংনা সৈত অদু ফুরুরবরা ? ঐঙোন্দদি অচুম্বদু হায়দোকউ।”

“ফুরুদে, ইবুংঙো। মীনম্বনি।”

"কেশ অসি থুজিনহন্নবগীদমক্তা ইশেং শেংনা মখোয়না হেক্তা ফৌজদারীগী ভাবতা পুরক্লবা হোৎনরেদনা। অদুদুম হান্না খৎনখিবা তাই, অদুদগীদি দিব্বানীদু খরা তপ্না পাইখৎপা তাবে, মতম য়াম্না লৈবিদা। করিসু ব্বারুনু। পূম্নমক অসি ঐহাক তৌগে। নঙগী ফুবিৎখাউদা পৈশা কয়া য়াওরি ?"

"লুপা মঙাখক্তং।"

"মদু পীরো।" ঐনা অনিখক্তা হায়বন্নবসু মহাক মদুতা লৌজবগা পেল্লম্বসু য়াবনি। মহাক্না মদু ফুরিৎখাউদা হাপচিনখ্রে, ঐগী সহি তৌননবা চেদিং অমা পুথোরকলে অদুগা হায়রকই, "ফরে। নঙগী ব্বাবম পূম্নমক মসিনা নিংথিনা লৌরগদবনি।" কোর্ট মনুংদগী ঐহাকপু ইখা খাজিনবা অমগী মনুংদা চংঙু হায়রে অদুগা জজ অদুনা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈরে। মহাক্কী নোটবুক অদু পায়রদুনা সৈত অদুসু লৈরম্মী, মহাক্কীসু উকিল লৈজে, ঐখোয় অনি মুন্না য়েংনবে। মহাক্কী উকিল অদুনা করিনো খবা হায়বকই, ঐগী লুপা মঙাগী উকিল অদুনসু ঐনা লৈরিবা মাইকৈ অদোমদা থিল্লদুনা করিনো খরা হায়রুই; কোর্টকী চপ্রাসী অদুনা নঙ্গন্দা পোপ পোপ থারদুনা ঐঙোন্দা চৎলো হায়রম্মী। ঐগী উকিল অদুনা ঐঙোন্দা মঙকতু হাইরক্লম্মী। ঐনা করিনো তৌবিবসি হায়বা অমতা খঙদ্রিঙৈদা অদুম ইরোই লোইশিনখ্রে। ঐগী উকিল অদুগা মপান্দা উন্নরে, "য়েথোক্লবা শিল্লবনি। খরা তপ্না মথংগী তারিখ অদু অমুক নঙোন্দা খঙহনগে। লশিংগী গোদাউন লৈরিবদু মথক্তা লৈরিবা ঐগী ওফিস অদুদা ঐগা উনবিম্মু নাকলগী লম্বীরোমদা লৈরিবা থাক অদোমদা কারকউ।" মহাক চৎখ্রে। মফম অদুগী ব্বারম অদু মসিমতা মওইরম্নবদি ইরাই লাইনা ঐসু মদু অদুম নাম্ভোক্লবা শিঙবা ঙম্নমগনি খল্লম্মী। ঐহাক্তি লাম্বা লৈত্রবা মীগী মখুত্তা তারুরে।

কোর্টতগী হল্লক্লগা ইমাদা হায়রুই, "করিসু ব্বানিঙাই মরম অমতা লৈতে, ইমা; পূম্নমক ইফ ফরি।"

"মহাক্না ঐখোয়বু য়ুম অসিদগী তাম্ভোক্লবা য়াই। অদু ওইরবদি নহাক কদাইদা চৎকনি।"

"ও, মদুদি মতম কুইনা চংখ্রগদবা পোৎনিদা। কান্নদবা ব্বাখলদুনা অরেম্বদা ব্বাহল্লুনু," ঐনা হায়রম্মী।

মহাক্তি নিংবা কাইনা ঐবু থাদোক্নুনা চৎখ্রে। "নঙনা তৌরকলিবসি করিনো খঙদ্রে। হন্দক মরক্তি নহাক করিগুম্বা পোৎ অমতা থওইনা লৌশিল্লক্ত্রে।"

"খনফম থোকপা, ৱাফম থোকপা ৱানা করিনো হায়বা ঐহাক খঙবননি; মসিতনি," ঐনা চাউথোক্লা হায়রম্মী।

হন্দক মরক্তি ঐখোয়গী ইমুংমনুংগী ৱাবী-ৱাতাইসু রোজিগী মমাংদা হেক্তা মতান্নবে। থোইনা অমুক লোন্না থুপ্লা তৌরুবগী দরকাব লৈত্রে; মহাক লৈরিবদু ঐখোয হৈনরক্লে। ইমুংমনুংগী ৱাশিং অসি ইতা তাদবগুম তৌই রোজিদি। মহাক্তি থোঙদা মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী নৎত্রগা লাইরিক অমখক্তী চেনাশিং অদুদা (ঐখোযগী দুকান অদুদগী ঐনা লৌথোকচহৌবা পোৎনি) য়েংলম্মী, মনা ইতা তাদবদৌনা হোল অদুগী কাচিন অমদা হেক্তা চৎখি। ঐগতা লৈমিন্নরবা ফাওবদা ঐখোয়গী ফিবম অদুগী মরমদা হংদুনা মহাক্লা চমম্নহল্লমদে।

ঐসি থেম্বা ইয়া য়াদ্রবা থৌনাইদবা কোইচৎ চৎপা ওইখৎলকপদুদা ইমাসু অদুম চুশিন্ননবা হোৎনরে অমসুং মহাক অদুদা চঙজরে হায়না ঐহাক খল্লম্মী। অদুবু মহাক্কীসু মহাক মশাগী ওইজবা ঐবু ৱারক্লবা উপায়দি অদুম লৈজরম্মী। নোংমা অয়ুক অমা ঐনা রোজিগী জগোই অদু য়াম্না থৱাই য়াওনা য়েংলিঙৈদা, ঐগী মামদু স্বর্গদগী বজ্র তারকপগুম ইখঙ খঙহৌদনা লাক্লম্মী। মহাক অসি ইমাগী মবুংনি, ইমাখোইগী মপাম অদুদা লৈবা শক্তি লৈবা থৌনা ফবা জমিদারনি, ইমাগী মমা মপানা থনম্বা লৌ ইংখোলদু ফংহৌই অমসুং ঐখোয়গী ইমুংমনুংগী ৱা পূন্নমক্তা তান্নবা য়াওবা অমসুং শিন্দোক শিঞ্জিন তৌবা নুপানি। লুহোং খোংদোংবা, শেলথুম, শিবানাবা, লৌ ইংখোল খৎনবা হিরম পূন্নমক্তা ঐখোয়গী শাগে-নাতে মরীমতা ইমানে, জিলা অদুগী তোঙান তোঙানবা মফমদা লৈখ্রবা মনাওনুপী অহুমনে পূন্নমক্লা মহাক্কা ৱা তান্নরম্মী। মহাক্তি ময়ামগী থৌ পুদুনা লুচিংবা ওইবগী থবক অসি চেনুং চৎনদুনা তৌবনা খুঙ্গং অদু থাদোক্নুনা মহাক্তি ইচৎ চক্তে। ইমাগা মহাক্কা পাউ চৎনৈ হায়বসি ঐহাক খঙই মঙোন্দগী কুংনা ইরবা পোষ্ট কার্ড অমা থা অমগী মনুংদা অমতং ফংলবদি চয়োল কয়ামুক মদুগী নুংঙাইবা অমসুং শান্তিনা ইথল থল্লি অমসুং অরেপ্পা লৈতনা মদুগী মরমদা ৱারী শাই। মহাক্কী মচানুপীনি ইমানা ঐবু লুহোংউ হায়রিবদু অদুবু হন্দক মরক তৌখৎলকলিবা ইরাং অসিদা লাইবক ফবদগী ৱা অদু মহাক্লা থাপ্পা থম্বীখ্রে।

নুপা অদু চঙশিল্লকলে, থোঙদা লেপ্লদুনা ঙংলবা খোনফমদা কৌরকই, "ইবেম্মা !" ঐহাক তহা তহা হৌগত্তুনা থোঙ তান্না চেপ্লোকলে। ইমাসু চাকশঙদগী তহা তহানা চেপ্লোরকলে। রোজিসু মহাক্কী প্রাকটিস অদু লেপখ্রে। নুপা অসি ফুট তরুক ৱাংই, লৌবুক্তা থবক শুরুবদগী নুংশানা মশাদু ইকা কাহৎলে, লৱাই লেস্ফুদা শিখা মচা অমসু খাকই; ফুরিৎ অমসু লিৎলি, ফী অমসু য়াল্লি, ফৈজোম অদু ৱাওথাংনৈ, টাউনগী মীগীগুম্না ঙৌদে। মখুত্তা লিমোন্না শাবা খাউ অমা পায়রকই। গান্ধীগী মূর্তি অমা অশংবনা মদুদা য়েকই। অপিকপা ট্রঙ্ক অমগা পায়রকই। চাকশঙ তান্না চুমদ্রিং চঙখিদুনা খাউ অদুদগী থবী অমনে, চম্প্রা খরনে, লফোই খরা অমসুং অশংবা উঁহে ৱাহৈ খরসু লৌথোরক্তুনা হায়রকই, "ঐখোয়গী ইংখোন্দা হৌবনি, ইচননুপীগীদমক্তা পুরকপনি।" মহাক্কী মচননুপীগীদমক্তা ময়াম অদু চাকশঙগী লৈমাই মথক্তা মহাক্না থমলে। মখোয় কমদৌনা থোং থাক্কদগে হায়বগী মরমদসু মহাক্না পাউতাক খবা পীরে। মহাক্কী মশক উবদা ইমাদি য়াম্না নুংঙাইজবে। মহাক্না হায়রকই, "ঙাইখো, কোফি লৌথোক্লুখিগে।" মহাক্না কমদৌনা বসতা লাকপা, ইমাগী চিঠি ফংবদনা মহাক কমদৌবা অসিনচিংবা ৱা ময়ামসি ঙাঙলদুনা মহাক লেপ্তুনা লৈরে। ইমানা মঙোন্দা লাকউ হায়না চিঠি ইরুই হায়বসি তাবদা ঐদি ইঙক ঙকখ্রে। মহাক্না ঐঙোন্দা মদু হায়দোক্তে। "মামদা নঙ চিঠি ইরুই হায়বা ঐঙোন্দদি শুকহায় হায়দোক্তেনা !" ঐনা হায়খি।

"করিগী তাকলুগনি হায়বগে ?" মামনা তনখুম হেক খুম্লকই। "নঙনা মাগী মপুদৌনা !" মহাক ঐঙোন্দা খৎনবা হৌরিবনি হায়বা ঐহাক খঙই। মহাক্কী ৱাখল অদু য়াম্না নেমথরক্লে, ঐগী ফুরিৎ খুদাং পাইদুনা চিংথরগা হংলকই, "নঙগী মরমদা মীনা ঙাঙনরিবসিবু করিনো ? ইবুঙো নঙদি য়াম্না মিংচৎ লৈরবা থবক তৌরেদকো। নঙবুদি মীনা চাউথোকচরগনি।" শৎ নাপ্লোক্লগা ঐহাক পিশুম শুকতোক্তুনা লৈরে। মহাক্না হায়রকই, "নঙবু করি তৌরিবগে ? নশাবু অচৌবা মীগুম খল্লেনে ? নঙগুম্বা চুমথোকপা য়াদ্রবা মীদৌনা ঐদি কিহনবা য়ারোই। শল লামচা লাকপা ঙমদ্রবা লৈরগা ঐখোয়না করি তৌই নহাক খঙব্রা ? ঐখোয়দি মশা হেক্তা ওপ্লোকই। নহাক ভাব তানা লৈগনি হায়বা খঙদ্রবদি নঙোন্দসু ঐখোয মদু তৌবা তাই।"

ঐখোয় অনিনা করি ঙাঙনরিবা হায়বদু ইতা তাদবগুম ইমানা ঈশিং অশাবদু য়েংখোক্তুনা লৈরম্মী। মহাক ঐগী ইতেং পাংবিরক্কনি হায়না ঐহাক

খল্লুই অদুবু মানা শীনবা ওইবনা ঐগী মতৌ থিরবা ফিবম অদুদা মহাক নুংঙাইজবগুম তৌরি। ঐহাক্তি তৌফম খঙদ্রে, শাউরকলে। মফম অদুদগী হৌগত্তুনা ঐহাক চৎলে। নুপা অসিনা থুংলবা মিনিট মঙাগী মনুংদা ঐগী ইয়ুমমক্তদা ঐহাকপু চৈথাংবা হৌরক্লবনি ! ঐহাক কা হেন্না শাউগৎলক্লে। ঐহাক্লা মফম অদুদগী থোরকপা মতমদা ইমানা মঙোন্দা লোন্না ৱা ঙাঙহৌবদু ঐহাক তাবকই। মহাক্লা হায়রিবদু করিনো হায়বদু ঐহাক ভাবনা শাবা অদুম মঙন্মী। থক থক নিক্লদুনা ঐহাক ফক অদু তান্না চত্তুনা ফম্লুবে।

রোজিদি মহাক্কী নিংদু অদু খরদং থাঙ্গৎলদুনা, মখুৎতুনা মৱাং মেৎলদুনা ঐনা মহাকপু থাদোক্লম্বা মফম অদুদা লেপ্তুনা লৈবম্মী। মহাক্কী ফিবম অসি মন্দিরশিংদা যেক্লিবা লাইশিং অদুদুম মাল্লে। মহাকপু হেক উরুবমক্তদা ঐঙোন্দা অবিবা, অমনবা মন্দির কয়া য়েংহন্নবগীদমক্তা ঐনা মী কয়াবু পুদুনা চৎখিবা মতম অদুগী নুংশিরবা ৱাখল অমনা ইথল থলহল্লে, অমসুং তোঙান তোঙানবা পুন্সি কয়া থেংনখিবা, মী কযাগা তিন্নরুবা অমসুং মখল মখলগী জ্ঞান কয়া ফংলকপা অদুগী মবমদা খল্লুবদা ঐহাক স্বর মপী হোল্লম্মী। বোজিদু হাইফেৎ মথৱাই নুংঙাইতনা উরে। "মহাকপু কনানোনে ?" মখোল তপ্না মহাক্লা হংলকই।

"মাগীদমক্তা করিমতা খল্লুনু। মহাক্তি মথোং চাবা মী নত্তে। নহাক করিসু ৱারুনিঙাই লৈতে।"

মঙোন্দদি মসিতনা ওকলে। ঐনা লমজিংবিরিবা অসিতনা ওকলে। করিগুম্বা চিংনবা অমতা য়াওদনা মহাক্লা মসি য়ারম্মী অমসুং অতৈ অতোপ্পা পূম্নমক পুমকাও কাওথোক্লম্মী। মসিনা ঐঙোন্দা অঙকপা ফংলবা ইশা ইতোম্মতবু থাজজবগী শক্তি অমা পীরম্মী অমসুং ইশাগী তৌবা ঙম্বা শক্তি অসি হেঙ্গৎহল্লকই। ঐনা মঙোন্দা হায়খি, "নঙগী জগোই লেপ্পগী দরকার করিসু লৈতে। মদু অদুম চত্থবা য়াগনি।"

"অদুবু, অদুবু – " মামদা থিল্লদুনা মহাক্লা হায়রকই।

"মহাক লৈ হায়বসি পুমকাউ কাউথোকখ্রো।" ঐনা হায়খি। ঐহাক ৱাখলসি মীগা য়েংখাইনরগেদা হায়দুনা লৈরে, অদুবু ইপুক্লিংদদি হৌজিকসু মামনা করি হায়রকপা য়াবগে হায়বগীদমক্তা খনবদা থক থক নিকলি। "ঐহাক্কী মরমদা নত্তনা অতোপ্পা মী অতৈগী মরমদা নহাক করিসু ৱাকনিংঙাই লৈতে,"

ঐহাক্না থুনা মপু ওইনা হায়রুই। (ঐনা অঙাং পিশক ওইরিঙৈদা ইতত্তত্তনা ঐবু কিহন্নবগীদমক্তা মামবু হেক হেক কৌরুই।) "মসি ঐগী ইয়ুমনি। ঐনা তৌনিংবা মফম অসিদা তৌই। ঐবু পামদ্রগা ঐগীসিদা লাকপীদ্রবসু য়াই, অদুমঙাইদনা।" ঐহাক ইশোন শোন্না নোক্লম্মী।

নুপীমচা অসিদা শীংনবগী ৱায়ামসি হৈজিনবিরুবিবা অসিবু কবিবু কান্নগদগে ? মহাক্কী জগোই অমসুং ঈশৈদু অমুক হন্না হৌবক্লে, ঐনা মহাক্কী ওঝাগুম্না থৱাই খরা হেননা যাওশিন্দুনা মহাকপু য়েংদুনা ফমদুনা লৈরে। মামনা চাকশঙদগী লোন্না লোন্না য়েংথোরকপদু ঐহাক উই অমসুং মরম অদুনা তৌগে হায়বগী মওংদা খবগা হেন্না ঐহাক ওঝা মান্না উহল্লে। ঐহাক্না বোজিদা হুকুম অমসুং পাউতাক পীরম্মী। মামনা চাকশঙদগী তৌবিবা মবিং মবাংবা থবকশিংদু য়েংলম্বদগী ইনাক্তা লাকলে। রোজিদি মহাক মশাগী কাদা তৌবগুম্না প্রাকটিস অদু অদুম চথুরি। মামনা মমিৎ অনিদু হঙ্গোই-তুক্কচবনা পোকখাইবগদবগুম লাউথোক্তুনা অমসুং য়ামনা নিন্দা তৌবগী মওংদা য়েংলবে। ঐহাক্তি মহাকপু করিমতা থৌশারুদে। মহাক্না মিকুপ অমতং যেংলগা হৌনা হায়রকই, "হুম! নঙবু নথৌ ওইনা থবক চিলহল্লিবসি মসিনিনে! হুম! হুম! ঐখোয়গী মরীমতাশিংগী মরক্তা কনা অমতসু জগোইশাবীগী মকমদা লোত্তুনা লৈবা মী ওইগনি হায়বসি মঙদা ফাওবা মঙলুদেদকো!"

মহাক্না খৎননবা চপচানা লেপত্রিঙৈদা অমসুং থৌনা খোমজিন্দ্রিঙৈদা ঐহাক ঙাইহাক্তংদি তুমিন লৈরম্মী। ঐনা তুমিন্না লৈবদু মহাক্না কিরবনি হায়না লান্না লৌদুনা অতোপ্পা মীচৈ অমসু কাপথোরক্লে। "নঙগী বাজীগী মথৱাই অদুনা নঙনা জগোইশাবী অমগী মখোঙদা তুদুনা লৈরিবসি উবদা হৌজিক্তি নুঙাইরল্লগনি!"

ঐবু শাউগৎহন্নবা মহাক লাকলিবনি। ঐহাক লৈশিন্দুনা হায়রম্মী, "নঙগী নচননুপী উনবা লাকপা ওইরবদি মনুং চঙদুনা মহাক্না ৱারীৱাতাই শাদুনা লৈক্বনা হেন্না ফগনি। ঐ লৈবা মফম অসিদা নহাক কৈদৌনা লাকলিবনো ?"

"অহা!" মহাক্না মথৱাই নুংঙাইরদুনা লাউরকই, "নঙোন্দা শক্তিদি লৈরি হায়বসিদা ওন্থোক্না নুঙাইরে। নঙগী মামমক্তদা ইহান হন্না চাং য়েংবগী দরকাব লৈত্রবসু নহাক্কী হৌজিকসু আশা খরা লৈরি। ঙাইহাক্তংগী মমাঙদা ঐনা নঙোন্দা শললামচা কমদৌনা লাকই হায়বদুগী মরমদা হায়খিবা নৎত্রা ?" কোফিদু থক্লদুনা লৈমাই মথক অদুদা মহাক হঙ্গৎহন্দা চৎলম্মী।

"লৈবাক মচা তাদবা তৌগনু," ঐনা হায়খি, "চহি মতাং অদুদবু !"

"হে, মৌনহা !" মহাক্না রোজিদা অঙকপা– অঙকপদগী হেনগ্রবা খোম্বাংদা কৌবকই। "হৌজিক্তিনে নঙগী ঈশৈদু তোকলো, শাথেক-নুংথেক পূন্নমকতুসু অদুগা ঐনা হায়রিবসি তাউকো। নঙবু ঐখোয়গী ইমুংমনুং অসিগী মীবা ?" পাউখুমগীদমক্তা মহাক ঙাইদুনা লৈরম্মী। মহাকসু জগোই অদু লেপ্লদুনা চুন্নতা মঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈরে। মহাক্না হায়রকই, "নহাকতি ঐখোয়গী ইমুংমনুংগী মী নত্তে। নঙবু ঐখোয়গী জাৎলা ?" মহাক অমুকসু হন্না মঙোন্দগী পাউখুম ঙাইরম্মী অদুবু মতোম্মতা খুমজরক্লে, "নত্তে। নঙবু ঐখোয়গী জাৎলা ? নত্তে। ঐখোয়গী কাংবুরা ? নত্তে। ঐখোয়না নঙবু খঙব্রা ? খঙদে। নঙবু য়ুম অসিগী মীরা ? নত্তে। অদু ওইরবদি নঙদি অসিদা কবিগী লাকলিবনো ? উম নহাক জগোইশাবীনি। ঐখোয়দি মখোয়বু ঐখোয়গী ইমুংমনুংদা চংহন্দে। খঙলবরা ? নহাক ফনা ফবী, ভাব তাবী নুপীমচা মাল্লি। অসিগুম্বা য়ুমদা লাক্তুনা নহাক কৈদৌঙেদা লৈগনুকো। কনাগুম্বা মীনা নঙবু হায়জ-লাকচদুনা লাকপ্রা ? নত্তে। হায়জলাকচরম্লবা ফাওবদা নহাক্কী হান্নগী মফম অদুদা অদুম মরৈগদবনি, মফম অদুদসু পংকুই কুইথবদি ফত্তে। ঐখোয়গী য়ুম অসিদদি মতৌ অসুন্না নহাক লৈথবদি য়ারোই। য়াম্না খুদোং চাখিদ্রে। নপুরোইব্দু হুন্দোক্লমদুনা অপঙবা নহাবু লান্না লমজিংবিগনু। নহাক ভাব তারিবরা ?" মমায় অদু মখুৎনা খুমজিল্লদুনা অসিগুম্বা মীচৈ অসিদা মহাক খাঙবা ঙমদ্রদুনা ফমথখ্রে। মহাক্না হোৎনজবদু মঙ্গল ওইবদুদা মামদু মশাদু চাউথোচব্বা পোকচরে অমসুং মহাক্কী ব্রাফম অদু হেন্না ভাব তাহন্নবা হায়থরকই, "ব্রাশিং অসিদা নহাক কপশিন্নগনু খঙলববা ? ঐখোয়না অসিগুম্বা ব্রাশিং অসি করিগী হায়রিবনো হায়বা নহাকসু খঙফম থোকই। মথংগী ট্রেন্দা নহাক চৎখ্রোকো। নহাক চৎকনি হায়না ব্রাশকউ। রেলগী টিকেৎ কক্লনবা নঙগী পৈশাদু ঐখোয়না পীবিগনি।" মসি য়ৌরকপদা মহাক হিক হিক লাউবা মখোল থোক্লকলে। মসিনা ঐহাক চপচানা ইঙাও ঙাওহনখ্রে। মামদা তনচেন চেনশিনখিদুনা মখুত্তা পায়বিবা কপ অদু লংথোক্তুনা ঐনা লাউরুই, "য়ুম অসিদগী চৎপিখ্রো।"

মশাবু শেমজিন-শাজিনজরদুনা মহাক্না হায়রকই, "নঙনা ঐবু চৎখ্রো হায়বা। মসি ওইরবোইরে ? হুইনাওমচা নঙবু কনানোনহে; ঐবু চৎখ্রোকো হায়রিবদুবু ? নঙদুম চংহনগনি। ঐগী ইচলনুপীগী ময়ুমনিসে। নঙ জগোইশাবীসিগা নুঙাইনা লেনবা পামলগা চৎখ্রো।"

ইমানা মমিত্তা ইবা চেল্লদুনা চাকশঙদগী চেষ্ণোবকই। হিক হিক কপলিবী বোজিদা চঙশিনখিদুনা মহাক্লা হাযবকই, "নখুৎমক্লা শিঞ্জবা থবক অসিদা হৌজিক্তি নহাক পেল্লববা হিংচাবী, বাক্ষসী। ঐখোযগী ইকা অসিদা নহাকপু মফম কদাইদগী থাদবিবকলিবনো ? নঙ লাকপিদ্রিঙৈদদি পোৎ খুদিংমক ইফদা ফবম্মী, ইংনা চিক্লা লৈজবম্মী; নহাক্তি মহু পুবা লিনগুম্না চঙবিবক্লবনি। বাহ! নহা অপঙবা অমদা অসুক শাথিনা মাঙতাকহনবসি ঐদি অমুক্ত সু উজখিদ্রি! কযাদা ফবমখ্রবা অঙাংনোকো! নঙোন্দা মমিৎ অসি হেক থল্লুবদগীদি মহাক পুমঙাও ঙাওখ্রবনি। মহাক্লা "লিননুপী" গী মবমদা হাযবা ভাখিবা নুমিৎ অদুমক্তদা ঐগী থম্মোয অসি অৱাবা পোকখি। মদুদগী কবিস্ সফবা থোবক্লোই হাযবসি ঐহাক খঙখি।" ইমানা ঙাঙবদু ঐহাক মবক থৎলদ্রে, মতম অসুক কুইনা খুমজিন্দুনা, যাজিন্দুনা থনমলিবা মাগী নুংঙাইতবা মযামদু মহাক্লা হেক অপাম্বমখৈ হাযদোকহল্লে। অদুদগীদি ঐনা তৌকবা অধানবা থবক মযামদু মথং মথং হাযথবক্তুনা হন্দক্তা কোর্ট কাকবা অদু ফাওবা লিথোক্লকলে অমসুং বাজীনা অদুক ৱানা শাজবম্বা যুম অদু যাওবা মাঙখ্রগদবনি হাযথবক্লে।

নুপীমচা অদুনা মমায অদু মপিনা ইচোৎ চোৎলদুনা হিক হিক কপ্পা কপ্পা হাযবক্লে, "ঐহাক চৎচবগনি ইমা। অদুক তমথিনদি ঙাঙবিগনু। অসুক কুইবসি নঙদি ঐবু লুনা তৌবিবকই।" মামনা হৌজিক্তি মচননুপীদা ৱা হাযননবা মবক থৎলকলে, "ইবেম্মা, মসি নঙগী নবান্নি। মবম অমদদি মৌনহা অসিনা হাযবিবসি চুম্মী। কবিগীদমক্তা নঙনা মহাকপু লুনা তৌকগদৌবিবনো ? অসিনি অসিনি হাযবদু হৌগৎলকপদা নহাক মঙোন্দা হাযদোকলমগদবনি।"

নুপা অসিবু নমথবা অমদি মহাকপু চৎহনখিনবা হোৎনবা অসি ঐহাক ইঙম ঙমদবগুম তৌবে। মহাক্তি মহাক্লা অপাম্বদুতা মঙাঙই, মহাক্লা লৈনিংবা মফমদুতদা লৈ। ঐহাক্লা মশামক পাযদুনা হেক ইম্বোকত্রিবমখৈদি মবাইবক থীববী বোজিবু কন্নবা উপায অমতা লৈত্রে; অদুবু ঐনা খুৎ থাকববসু মহাক্লা ঐবুদি ফুবকপা ঙমগনি। ইমাগী মথক মখা ওন্নবা মচৎ মবুংনি হাযদুনা হেক্তা খুদক্তা মহাক্লা হাযবদুদা তোংশিনখিবা অদুদা ঐহাক ওম্বোক্লা শাউনিংলে। ঐহাক বোজিগী মনাক তান্না চত্তুনা অনি অদুদগী ফংলকপা নুঙাইতবদু নেমথহন্নবা ঐগী পাম্বোম অনিদুনা মহাকপু কোনবিবে (মামনা লাউবকই, "মসিগী মী অসি ইকাইবা পূম্বা থাদোকলেদনা !") অমসুং মঙোন্দা লোন্না

হায়রুই, 'মখোয়না হায়রিবা ময়ামসি ননা ওইনা তারুনু। মখোয়না হায়নীংবতা হায়জসনু। ঙাঙবদতা মখোয় অদুম চোকথজসনু। অদুবু নহাক্তি চৎখিনু। ঐসু মফম অসিদা লৈগনি, নঙসু লৈগনি। তৌরিবা পূন্নমক অসি পামদ্‌বা মীশিং অদু থাদোক্লুনা চৎখিগে হায়বদা অদুম তরাম তরাম তৌগনি।"

অসুম তৌদুনা মখোয় মতম খরগা লৈথরে, অদুবু মখোয়গী হায়ফম ঙাঙফম লৈরক্লবদা চাকশঙদা চঙখ্রে। ঐদি ব্রা অমা ফাওবা ঙাঙলুদ্রে। না অসি মের্নশিন্দুনা করিসু তাশিন্নদবগী চাউরবা অরোনবা অমা ঐহাক তমলে, অদূগা ঐনা ত্তৌরিবা অদুদা পুমথা থাজদুনা বোজিদু কল্লবা চাংয়েং অসি খাঙবা ঙমলে হায়র্বসি উবদা ঐহাক নুংঙাইজরে। মহাক্লা মকোক অদু থাঙ্গৎলদুনা ইমুংমনুং অদু শাউনা য়েংলদুনা ফম্লদুনা লৈরম্মী। চাক লোইরবা মতমদা ইমানা ঐবু চাক চাননবা কৌরকই। রোজিসু চাক পীঁজে হায়বসি খঙননবা ঐহাক কন্না চেকশিন্না হোৎনৈ। মামবু মহাক্লা পুরকপা মনা মশিংশিং অদু মহাক্লা তাকপা মতুংইন্না থোংদুনা পীজবা লোইদ্রি ফাওবা ইমানা ঐখোয়বু কৌরক্তে। চাক তোক্লগা পিয়োল অদুদা চৎতুনা ইল্লিবা মফি অদু তিংথোক্লদুনা ক্বা চাদুনা ফম্লম্মী অদুদগী ইংলবা লৈমাই মথক অদুদা তূমননবা হিপথখ্রে। মহাক্লা নাখোকপগী মখোল অদু তাবদা ঐহাক অব্রাবা কোকলে। নোংনুংশিৎ লোইগ্রবদা ইংনা চিক্লা লৈবা হায়বদুদি শোয়দবনি। ঐখোয়দদি ইয়েং য়েংলক্তনা ইমানা ঐখোযগী চাননবা পীরে। যুম অদু ওঙ্খোক্লা চিকলে। নুমিৎয়ুংবা মতুং পুং ৩.৩০ ফাওবা অসুম্না লৈরে।

মরী লৈনবা মী পূন্নমক্তা ট্রেন থুংলগদবা পুং অমা ব্রাৎলি চৎকদৌরিবা মীদুবু শেমশাবা লোইববা হায়রদুনা অমুক হন্না নৌহৌননা খৎনবদু হৌগৎলরে। থোঙনাও মপাদা ফমদুনা লাইবিক পারিবী বোজিদা মহাক য়েংলকই। মহাক ওৎপিরবদৌনা য়েংখৎলকই। মদুগী নুংথিল অদু ঐহাক মহাকপু ইথা থাদোকপিদ্রে। মীনা হায়নিংবা হায়নজরবসু ঐহাক্তি মহাকপু মতেং পাংননবা মনাক্তদা লৈনিংই। টাউন অসিদা মামনা হেক লৈরিবমখৈদি শম্রি তৌদুনা শেন্নবা অসি ইথা থাদোকপা য়াদ্রবনি। মামসি করম্বা মতমদা চৎকদৌরিবনো হায়বদু খঙননবা ঐহাক হোৎনরমগদবনি। অদুবু মহাক্তি মনিংমখা তম্বা ব্রাখলতনা থনবা মীনি, অমসুং ঐনা পুক্লিং শেংনা চৎহন্নিংলে হায়বসিনা কবিসু নাচুংবিরমদে।

রোজিদু খবা নুংঙাইতনা উরে। মঙোন্দা মথৌনা হাপপিনবা ঐহাক্কী খুৎ অমা তিংথোকলুই। ইমানা মাগী কাচিন অদুদগী থোরক্নুনা রোজিদা নুংশিনা য়েংলদুনা হায়বকই, "ফরে, ইবেম্মা, নহাক লৈবদি নুংদি নুংঙাইখ্রে, অদুবুনে নঙসু খঙলিবদুনি, হৌজিক্তি নহাক চৎপা মতম ওইবে।" হৌজিক্তি মহাক রোজিনা চৎলু য়াবক্নবা অনৌবা থৌজাল হৈবা অমসুং তৌশিন্নবগী উপায শিজিন্নরক্কে। "রোজি, নুপীমচা, ট্রেনদি পুং ৪.৩০ দা লাকইকো। নপোৎ নচৈশিংদু য়োমশিনবা লোইরববা ? নফি নবোলদু কদাই কদাইদনো পংচাইদা চাইবা উরম্মীদা।" নুঙাইতনা বোজিদু মমিৎ কুপলকলে। কবম হায়না পাউখুম পীগদগে হাযবা মহাক খঙজদ্রে। ঐনা মবক থত্তুনা হাযবম্মী, "ইমা, মহাক মফম কৈদসু চৎলোই।" ইমানা ঐঙোন্দা হায়জরকই, "ভাব তাউ, বাজু। মহাক অসি অতোপ্পা মীগী নুপীনি। মহাক শোইদনা মহাক্কী মনাক্তা চৎখিগদবনি।" মহাক্না হাযবিবা অসিদা অচুম্বা ৱা কয়া যাওবি, ঐহাক কবিসু তৌনিঙাই লৈত্রে অদুবু মফমমরাং খঙদনা হন্না খুল্লুই, "মহাক মফম অতৈদা চৎপা যারোই, ইমা। মহাক মফম অসিদা লৈগদবনি।"

অদুদগীদি ইমানা মহাক্কী তাশকী বোং (ট্রমপ কার্দ) অদু পুথোক্লকলে : "মহাক চৎলোই হায়ববদি, ঐহাক য়ুম অসি থাদোক্নুনা চৎপা তাবে," মহাক্না হায়রকই।

মামনা হায়রকই, "মহাক অসি উপায লৈজদ্রবীনি, নঙোন্দা তাংদুনা লৈবীনি হায়না নহাক খল্লুরবরা ?" মথবাক্তা মখুৎনা যৈবদুনা হাযবকই, "ঐনা হিংদুনা হেক লৈরিমখৈদি, ঐহাক ইচল নুপীবুদি মীখা পোন্না খক লৈহল্লোই।"

ঐনা ইমাদা হায়জরুই, "ইমা নহাক চৎখিবা য়াদে।"

"অদু ওইরবদি মৌ নহা অসিগী ট্রঙ্ক অসি লংথোকখ্রো। রেলৱেরোমদা মহাকপু ইন্দুনা পুখ্রো অদুগা নমাসু মরাইনা লৈজগনি। মহাকপু কনানি হায়না নহাক খল্লুরবগে ? মখল খুদিংগী জগোইদা খাঙদুনা লৈবা ঙম্বী নুপীনি হায়না নহাক খল্লবরা ?"

"তুমিন লৈয়ু, মাম," ঐনা হায়খি, অমসুং ঐহাক ইশা ইতোম্মতগী থৌনা ফবগী মতৌ অদু উজবদা ইঙক ঙকলুরে। অঙাওবা শল্লামচা মশা ওনবগী ৱা অদু অমুক হন্না হায়রক্নুনা ঐবু কিহল্লক্কদ্রা হায়না ঐহাক অকিবা পোকলে। লাইবক ফবদগী মহাক্না হায়রকই, "ঐবু ৱা ঙাঙগনু, ঙাঙঙু হায়না

থৌদাগদৌরিবা হুইনাওমচা নঙবু কনানোনে ? ঐনা নঙবু মশক খঙই হায়না নহাক খনবরা ? নহাক ... মাবু ... মাবু ... চৎহনখ্রগদরা নৎত্রগা চৎহনখিরোইদ্রা ? মদুতনি ঐখোয়না খঙনিংবদি।"

"চৎহল্লোই; মহাক চৎলোই," ঐনা য়াম্না ইংনা হায়রম্মী। স্বব মপী অমতং হোল্লদুনা নুপীমচা অদুদা মুন্না য়েংলদুনা ইমাদা অমুকসু য়েংলগা হায়বকই, "ফরে, ইবেম্মা, অদু ওইরবদি নহাক নপোৎনচৈ য়োমশিনবা হৌরো। নুমিদাংবাইরমগী বস তোংদুনা চৎলসি।" ইমানা হায়রকই, "ফরে। হেক্তা থুনা মিনিট অমগী মনুংদা য়োমলুগে।"

"চৎখিনু, ইমা," ঐনা হায়জরুই।

"কযাদা মঙক কনখ্রবনো নুপী অসি য়েংঙুসে। পূম্নমক অসি মহাক্তি কযাদা ইংনা য়েংলিবনোনেসে।" মামনা হায়বকই।

বোজিনা হায়বকই, "ইমা, চৎখিনুবা।"

"ওহো !" মামনা হায়রকই, "নঙবুসু ইমা হায়না কৌবগী থাক অদু য়ৌরক্কবনিনে। মথংদদি ঐঙোন্দসু ইকুবোক হায়না কৌরক্কুনকো।" ঐঙোল্লোমদা অকিবা ফংনা খিগৎলদুনা ওনশিল্লক্কুনা মহাক্না হায়রকই, "তশেংনা নমাসি মফম অসি থাদোকপা দরকার ওইরে। মহাক্না হিংলিবমখৈদি য়ুম অসি মহাক্কীনি। মহাক্না তেংবাংলম্নবদি ঐহাক নঙোন্দা ফজরবা মিত্রং খরা উৎলমগদবনি। মহাকসু শিদ্রিফাওবা লৈরমগদবনি। ঐগী ইশেল নুপা অপঙবা মী নত্তে। মহাক্না নঙবু য়ুম অসিগী তংখাই অমতগী মপু ওইহল্লম্বনি — ।" অদুদগীদি ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্না আইনগী ব্রায়াম ঙাঙথরক্কে বাজীগী উইল অদুগা মরী লৈননা; মহাক্না ইমাগী ফিবম অসিদা লৈরম্নবদি কমদৌনা তৌগনি, মহাক্না শম্না মখৈ অমা ফাওবা থাদোক্তনা কেশ অদু করম হায়না সুপ্রিম কোর্ট য়ৌনবা অমসুং সংসার অসিদা কমদৌনা শাগৈনাতৈ ইমুংমনুংগী চৎনবী থৌশাদবা মপামপুনা ব্রানা তাঞ্জরম্বা লম্ভুমদি চাদুনা নুঙাইনিংবা চুমথোকপা য়াদ্রবা মীশিং অদুগা করম হায়না লোইনগদগে হায়বদু উৎকনি হায়রম্মী। মহাক্না আইন-কাননগী মরমদা চবেং চবেং লোল্লিবা মখৈ মতম খরতগী ওইরবসু মহাক রোজীবু কাউথোকখিবনা ঐহাক অব্রাবা কোক্লম্মী। লম লৈবা জমিদারগী চপচাবী ইশোয় শোয়নদনা মঙোন্দদি লৌ-ইংখোলগী মরমদা তৌনবা মোক্কদমা হায়বসি মপুক্লিং য়াম্না চংজবা বিষয় অমা ওইরম্মী। অদুবু মায়া অদু ইমা

চঙলক্লুনা, “ঐহাক থৌবাং তৌবা লোইবে,” হায়ববদা মাঙখ্রে। কদাই কদাইদনো তাবগ্বা ফী খবা মহাক খুনজিল্লে। মহাক্কী চাউববা ইস্পাতকী ট্রঙ্ক অমা চহি কয়া কাচিন অমদা থমখিবদগী শুকলেং লেংলুদ্রবদু মপোং মচৈ হাপচিল্লদুনা থাংদোক্কদবগী তৌবকলে। মনা পানবা থুম্মোক অমদা কোবি অমসুং শেঞ্জেংগা পাত্র খবসু হাপচিল্লে। মামনা হায়বকই, “মখোয়শিং অসিদি ঐখোয়গীনি, বাজীনা নুংশিববী ইচল নুপী অসি লুহোংবা মতমদা মহাক মশাগী ইমুংমনুং অমা হৌদোকচক্কনবা তম্মিখিবনি। মসিদি ঐখোয়না মঙোন্দা তমখিবা খুদোন্নি অদুনা মওং অদুম হায়না যেংলক্কনু।” ঐহাক লৈথোক্লুনা যেংলগা হায়বম্মী, “মহাক্লা হেক অপাম্বমখে পুক্তখিবা যাগনি। কনানসু কবিসু হায়বোই।”

“আহ, নহাক মদুগীদমক্তা চাউথোকচবিববা ?” মহাক্লা হায়বকই। “নমাদা ওম্ব্লোক্লা পুকচেল চাওথোকপিবেদা নঙদি, নৎ এনে ?”

পুন্সি অসিদা মহাকপু অসুক যাম্না মথ্বাই নুঙাইতবসি ঐহাক উখিদ্রি। ঐখোয়না অঙাং ওইবিঙৈদদি মহাকপু কিদুনতা লাকই অদুবু মপুং মবৈ ফাববা মী অমা ওইনা মহাক্কী মবমদা অসুক যাম্না খঙলকপসি মসিনা ইহান হানবনি। ইমাদি শাউবদি লাইবদুনা মথ্বাইদু ৱানা উবে, যেশা উপায় তৌদুনা ঐহাকপু কনবিনবগীদমক্তা শেমশাবে। মহাক্লা ঙাওলিবা মবক থক্তুনা মহাক্কী খোঞ্জেল অদুদা যাম্না খনবিবগী মতৌ উৎলদুনা মহাকনা হায়বকই, “ঐহাক কবিসু দবকাব লৈত্রে। মসিতনা অদুম ওক্লগনি।” লাইগী মূর্তি অদুগী মমাঙদা ফম্নদুনা ধ্যান তৌদুনা নুতিগী অযুক্কী চাক চাদ্রিঙৈদা মপুন্সি চুপ্পা পাবকপা ধর্মগী লাইবিক মচা মচাশিং কয়া খোমজিন্দুনা পুবক্লে। চহি কয়ামুক মহাকসু মমিৎ উইশিন্দুনা ফক্লাংগী লাই থেৎফম অদুগী মমাঙদা ফম্নদুনা লৈবা উবক্লবনি, অদুগা হৌজিক্তি মহাকপু অমুক হন্না উবা ফংলবোই হায়বদু খল্লুবদা ঐহাক অৱাবনা থনখ্রে। মহাক্লা মপোংমচৈ লৌথোক্লুনা যোমশিনবা মতম অদুদা ইমুংদা ঐহাক মহাক্কী মতুং কোইন ইন্নে। মামনা ঐবু যেংশিনগদবগী মওংদা ঐনা চৎলিবদু কোইন ইন্নবম্মী। ঐহাক্লা ইমাবু লৈহৌ হায়না হায়জিল্লুগদ্রা হায়না মহাক চিংনবম্বা যাই। মহাক্লা কুপ্পা শেন্ন শেন্ননা ঐনা হংখি, “ইমা নহাক কবম্বা মতমদা যুমদা হল্লক্কনি ?” মহাক খুম্ফম খঙদনা ঙাইহাক্তং চিংনকুবগা মমৈথংদা হায়বকই, “ঐহাক — ঐহাক — যেংসি।”

“লাইন যাবে হায়না টেলিগ্রাম হেক ফংবা খুদক অদুদা,” মামনা হায়থবকই, “ইচল নুপীবু অৱাবা পীগদবা মীতা নক্তে, কাউগনু। খুঙ্গং অদুদা

লৈবিবা যুম অদুদসু মহাক অদুম হনখিবা যাই, মহাকপু মীগী মখা পোন্না তোন্না লৈতননবা। যুম অদুদি ঐখোযগী ওইবা অদুম হায়না ইচনগীসুনি।" মহাক্না চাউথোক্না হাযবকই, "লাই থেৎফম অদুদা ধুপ থাউমৈ থাবা কাউগনু" ইমানা সিদ্দিগী কুমথ কুমখনা হাযবকই। "নশা নট চেকশিল্লু নাযেক্তননবা।" মামনা ট্রঙ্ক মদু পুবে, মহাক্না থুম্মোক অদু পুবে। থুনমক মখোযগী লন্বীগী অবোইবা যৌথিদনা কোনা অদুদা লৈশিনখ্রে। ঐদি সিডি মথক অদুদা যেংদুনা লেপ্পুনা লৈবম্মী। থোঙ মযাদুদনা বোজি লেপলি। ঐহাক পি তাদুনা কপ্লবনা লৈশিন্দনা মহাক্না মাযোক্লবদ কিবে। মবন খুদিংমক্তা ইবানী মতৈ মনাও ওইবো। পাজিনা চাক থোংই, ইমুংমনুং যেংশিল্লি। দুকান্দা পোংচৈ খবা লৈথোকপা লৈশিনবা তৌবা নত্তে ঐহাক মপাল ইথোক থোক্রে। নুমিৎচূপ্পা মহাক জগোই শাদুনা ইশৈ শকুনা লৈ। অবেপ্পা লৈতনা ঐনা মঙোন্দা নুংশিবা উৎলি অমসুং পাকনা শিনথুংলবা নুংশিবগী হবাং অমদা ঐহাক পুংলুপ লুপ্পুনা লৈখ্রে, মমৈদদি মহাক পুম্নমক অদু ইতন তন্দুনা চোকথবা মতমদদা ঐহাক হেক তোকই। থা খবগী মতুংদা মহাক্না হংলকই, "নঙগী প্লানবু কবি কবিনো ?"

"প্লান হাযবা!" তৃপ্লিবা মী অদুনা মিকপ থোক্লকদুনা হাযবকই। "কবম্বা প্লান ?" মসি তাবদা মহাক নোক্লকলে অমসুং হাযবকই, "নঙদি ফক অদুদা মতম পূম্নমক্তা হিপ্পুনা নৎত্রগা নখুৎ কাবল চন্দুনা ঐবু যেংদুনতা মবে। হৌজিক্তি ঐহাক প্রাকটিস মতিকচানা তৌবে – পুং ৪ গী শো অমদি উৎপা ঙম্নগনি যন্ত্রনুংত্রগা যাওববদি যাম্না হেন্না মতেংদি মওইগনি হাযববু –।"

"নহাক্কী মতম তাক্লনবা অমসুং অশোই-অঙাম যেংননবা ঐহাক লৈবেদনা। কবম্বা অতোপ্পা মী লোইনবীনবা অমুক পামলিবগে নঙবু ?"

"যন্ত্র খোংবা কাংবু অমা দবকাব ওই। ঐখোয ইমুংদা কুইনা মপান থোক্তনা লৈমল্লে," মহাক্না হাযবকই। মহাক মথ্মাই যাওনা হাযমনখ্রদুনা ঐহাক অমুক হন্না ফাগি তৌননবা শক্তি লৈত্রে।

ঐনা হাযখি, "ঐসু খল্লমলিবনি। থুনমক কবিগুম্বা খবদি ঐখোয তৌবা তাই।"

"বোজি হায়বা মিংসি অপঙবা মাল্লি," নুমিৎ নিনি কন্না খল্লববগী মতুংদা ইহান হানবা ওইনা ঐনা হাযবম্মী। "নঙগী অব্রাবদি, নখোযগী মীশিং অদু মহৌশানা জগোই শাবীগী কাংবু ওইবক্লবসু মখোযনা নঙবু কবি মিং

থোনবিগদগে হাযবসি খঙদে । মযাম্না খঙননবগীদমক্তা নঙগী নমিং অসি হোংদোকপা তাবে । মীনাকুমাবী কৌববদি কমদৌই ?”

মকোক অদু হাইবদুনা মহাক্না হাযবকই, “মদুদি ফত্তে। ঐগী মিং অসি হোংননবগী মবমবু ইবে লৈতেনে।”

“ইবেম্মা নুংশিবী নহাক খঙদ্রে। মিং অসি তাবদা থোৎনৌদে অমসুং মীনা ভাব তানগদবা মাম্দে । নঙগী হান্নগী মিং অসিনা অসুম ময়াম মমাং থোকপা তাববদি সডক্কী মতাইদা লোন্না লোন্না জুবাব শান্নবা কাংবুনা তৌবগুম মমল যাওদবা মিত্রং তৌবা মী ওইববোই নিংগনি। ক্লাসিকেল জগোই শাবীদি নমিংদু তাবদা হেক শৈবেংগুম অমসুং তিং লাউবা পোকহনবা ঙম্বা মিং কৌগদবনি ।”

ঐনা হাযবিবা অদুদা অচুম্বা খবা যাওই হাযবসি মহাক খঙলকলে, অমসুং চে, পেন্সিল পাইখত্তুনা মহাক্কী মকোক্তা হেক লাকপা মিং মখৈ ইবা হৌবক্লে। ঐনা খঙবমখৈসু হাপচিল্লি। মিংশিং অসি তাবদা কমদৌই অমসুং চেদা ইবগা কমদৌই হাযবদুসু ঐখোয অনি খঙনিংলম্মী। চে পাং পাং ইবদুনা হুন্দোকখ্রে। ফাগিদুম মাল্লকলে। ফাগি অদুদা নুংঙাইবিঁঙেদা ঐখোযগী মকওইবা থবক্তি কাউথোকপগুম তৌবে। মিং খুদিংমক মশা মশাগী তোপ তোপ্পা নোক্লিংবা অমমমসু লৈবম্মী, অমনা ফাগি মাল্লি, অমনা নাতৈ ইচা চানদে। অহিং অথেংবদা মহাক্না হৌগত্তুনা ফন্নগা হংলকই, “কমদৌই – ?”

“হিংচাবা নিংথৌ অমগী মমিংনি, মীনা তাবগা কিনগনি,” ঐনা হাযবম্মী। অদুগী মতুংদা নুমিৎ মবিনি ব্রানা খন্দোক খঞ্জিন তৌববা মতুংদা (ইথৌমক ওইনা হেক ব্রাহনবা থবকনি) অর্থসু থোকহনবা ঙম্বা, শৈবেংগী মগুণসু লৈবা অমসুং খ্বাইনা খঙনবা যাবা “নলিনী” হাযবা তেনসু তেনবা লাইনাসু নিংশিংবা য়াবা মিং অসি লেপ্পবে।

অনৌবা মিং অসি ফংবগা লোইননা বোজিসু অনৌবা পুন্সিগী খোঙথাং অমদা চৎলকলে। অনৌবা মিং অসিগী মতিক মযাইনা বোজিবু মহাক্কী হৌখিবা পুন্সিদা খাঙখিবা অব্রাঅনা পূম্নমক মযাম খঙনবম্বদগী মাঙখ্রে। মহাকপু বোজি ওইনা মশক খঙলিবা অমসুং বোজি হাযনা কৌবিবসু ঐহাক ইতোম্মতনি। সংসাবগী অতৈনদি মহাকপু নলিনী হাযনা খঙনৈ। ঐহাক খিং খিং লাউনা হৌগত্তুনা মপাল ইপাল থোক্তুনা টাউন্দা চখোক্তুনা মী উনবা হৌবে। তোঙান

তোঙানবা কাংবু কয়াগী মিটিং য়াওবা হৌরে— বিশ্ববিদ্যালয়দা, টাউন হোলদা, ক্লবতা, অমসুং তাঞ্জা অমতং ঙাইদুনা লৈরে। এলবার্ট মিশনগী অঙাংশিংনা মখোয়গী চহিগী অরোইবা উপলক্ষদা ঐনা মমাংঙৈদা পিয়ল স্কুলদা তম্মিন্নরম্বা হৌজিক্লা য়ুনিয়নগী কেরানী ওইরিবা নুপা অদুগী মপান্দগী থৌদোক অদুদা য়াওশিন্দুনা মঙোন্দা হৌদোকলুই, "মহৌশা হান্নগী শেক্সপিয়ারগী ট্রেজেডি তৌবগী মহুত্তা জগোই মতেক অমতং তৌদ্রিবা করিগীনো ? ভারত্তা কলা অসি নৌহৌননা ময়োল চোংলকপগী মরমদা ঐহাক্লা ওয়োক্লা কন্না ঙাওলুরে, মখোয়না ঐবু হেক ইহোকপা য়াদদুনা ঐনা হায়বদু তাবা তারম্মী। অসুক য়াম্না ঐনা ঙাঙবা হৈরুরিবসি কদাইদগীনো ঈশ্বরতনা খঙনি। ঐখোয়গী সংস্কৃতিগী মরুওইবা অমসুং মদুগী মনুংদা জগোইগী মফম অসিগী মরমদা শাংলবা লেকচর অমা ঐনা তৌবদু মখোয় করিমতা হায়দনা চুন্না য়াবতা মতাখ্রে। ছাত্রশিংগী সভাদবু ক্লাশিকেল জগোই চুনগদ্রা হায়বসি কনাগুম্বা খরদি য়ানিংদবা পোকই। ক্লাশিকেল জগোই হায়বসি মগুন ময়াম অদু খল্লুরগা খ্বাইদগী হেন্না লাইনা য়েংবা য়াবা কুম্মে অমনি হায়না ঐহাক প্রমান তৌরম্মী। ঐহাক্তি দূত ওইনা থারক্লবা মী অমনি। পার্টতুগা চাননবা ঐহাক থোংনৌনা ফীজেৎ লৈতেং তৌরম্মী— শিক্ষনা পৌরপ শাবা ফুরিৎ অমগা, মথক্তা ফি অমগা খুৎনা নাইদুনা খুৎনা শাবা ফৈজোম অমগা অমসুং ঐখোয়না ইহান হান্না উনবদা মার্কোনা পীখিবা খুদোনপোৎ মপান য়াওদবা আনোক অমগা উপলে। খুদাং ঘড়ী অমসু শিরে পূন্নমক অসিনা ঐনা খনবদা ঐনা হায়খিবশিংদুদা মখোয়না মথাই য়াওনা তাবা তাখি হায়রিবা অদুদা অনৌবা অমসু হাপচিল্লে। ঐহাক ইশাসু ওল্লে হায়বসি খঙলে; ঐহাক মমাংঙৈগী রেলবেগী রাজু অদু ওইদ্রে অমসুং ব্রোজিনা তৌখিবগুম ঐহাকসু অনৌবা মিং অমা হোংজদুনা ইশ্রা অসি ইকাউ কাউথোকপিখিবা য়ারবদিকো হায়বগী য়াম্না অপাম্বা পোক্লকল্লে। লাইবক ফবদগী মদুনা পংয়াম য়াম্না খেন্নহনবদি নত্তে। রেলবে কোলোনি মনাক অদুবাইগী মীশিং অদুনা তৌবগুম কনানসু ঐগী মরমদা থোইনা খনবিবা ওইনা উদে অদুগা মখোয়না করিগুম্বা খঙলবসু ঐগী থবক অমসুং মদুগী অকাঅকুম অদুগী মরমদা থোইনা খনবিরুদনা মখোয়গী হেন্না মরুওইনা খনগদবা হিরম কয়া লৈবগুম তৌরম্মী। সংস্কৃতিগী মরমদা ঐহাক অসুক য়াম্না লৈতোন শেংনা ঝা ঙাঙবা ঙমগনি হায়বসি অমুক্তা খনখিদে। রোজিদগী মমিং খরা তন্নকই, মদু খ্বাইদগী কান্নবা মওংদা শিজিন্নরে। (দ দানশিং ফিট ): জগোই শাবী খোঙ

হায়বদুগী মরমদা হায়দুনা, মদুগী অর্থদু ব্রাহে অমমমতগী হন্দুনা ইশামক্লা জগোই অদুমক শাদুনা উৎলমাল্লে। ময়া কানা মখোয়না ঐঙোন্দা য়েংলম্মী। কমিটি অদুদা অনৌবা মহাও খরগা অমুক হুঞ্জিল্লে। মখোয়না করিগুম্বা পাল্লবদি ঐগা লোইননা চত্তুনা মদুগী মওং অমা য়েংলুবসু য়াগনি হায়রুরে। মখোয় হরাও হরাও য়ারে। মহাকপু মতম খরগীদমক্তা কোইথোরকপী, মহাক্লা লৈরিবা মফম অদুদসু মমিং চৎচবী ইচল অমনি হায়না ময়ামদা হায়রে।

মথংগী অয়ুক অদুদা রোজিনা কা অদু য়েংবদা তরুতনান্না উনবগীদমক শেমশারে, অমসুং মফম অদু গোল্ড মোহর পাম্বী অমদগী লৈনা লৈতেংলে। লৈচরোং অদু পিথ্রাইগী গ্লাস অমদা হাপ্লদুনা কাচিন অমদা খিন্দুনা থম্লে; মদুনা ঐখোয়গী অপিকপা য়ুম মচা অদু মওং অমা ওইনা ফজহনখ্রে। মহাক্লা ঐখোয়না হিপ্লনবা ফমুংগী ফিরোলশিং, অতৈ অতৈ উপুশিং, ফালশিং অমসুং পোৎ মচেৎমরাং পূম্নমক কোনশিল্লদুনা থাপ্লা কাচিন মচি অমদা থমখ্রে, ফৈজোম অমনা মথক্তুদা কুপশিল্লে অমসুং মদুগী মথক্তা য়াম্না হৈশিংনা ফমুং মখাদা থানবা কার্পেট অরাংবা অমা চিংথোক্তুনা অমুকসু কুপশিল্লে। মসিনা য়েংবদা ইঙক ঙকহন্না উহল্লে। ফক অমনবদুসু শেগাইবা শরুক অদু উদনবা মদুমখৈ কোনশিন্দুনা থমলে। ব্রাউথাংনরবা, মনিল ফোং ফোং কারবা কোফি কপ কয়াসু শেমদুনা থমলে। পূম্নমক অসি মহাক্কী ওইনা মী খরা ফংজনবগীদমক্তা কন্না হোৎনজরিবনি। মীশিং অদুগী মরক্তগী অনিখক লাক্তুনা থোঙদা থিল্লরে। ঐনা থোঙ হাংদোকলুবা মতমদা মখোয় লেপ্তুনা লৈরম্মী। চাকশংগী থোঙ অদুদা লৈরোং নম্বা ফি অমা য়াম্ছরদুনা রোজিনা মদুগী মরুমদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঐনা থোঙ অদু হাংদোক্তুনা মীশিং অদু মফম অদুদা লেপ্তুনা লৈরম্বা উবদা, "ও, লাক্লবোইরে নখোয় !" হায়না ঐহাক মখোয় লাক্লরোই হায়না খল্লুবগী মওংদা হায়রম্মী। পূম্নমক অদু হেক্তা তাঞ্জা চারুদুনা ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ওইনা থোকলবগী মওংদা উৎপনা ফগনি হায়বসি ঐহাক খঙলম্মী। শোয়দনা নিংথিবা অমা উনবা ফংলগনি হায়বগী খঙলদুনা মখোয়না মতাৎ তৌদুনা ইপং পংনা নোক্লম্মী।

মখোয়বু ফক্তা ফমহল্লদুনা, মতম খরদং পৃথিবীগী রাজনীতিগী মরমদা ব্রা খরা ঙাঙলুরগা হায়রম্মী, "নখোয় মতম খরদংদি কাইথোক্তুনা ঙাইবা ঙমগনি হায়না ঐহাক খল্লি ? মহাক শংলবরা অমুক্তা হংলুখিগে।"

ঐহাক চাকশঙগী থোঙদা খল্লিবা ফিজং অদু ফাওদুনা মনুংদা চঙলে অমসুং মহাক মফম অদুদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঐহাক মঙোনদা য়া খিগত্তুনা নোক্লগা মিৎ খৎলম্মী। মহাক্তি ইলেং লেংদনা লেপ্লদুনা হন্না ঐঙোন্দা খিগৎলকই। অসিগুম্বা ষ্টেজ-মেনেজমেন্ট অসিদা ঐখোয় অনি নুংঙাইমিন্নজে; হান্নমা শো অমা উৎপা হৌখ্রবগুম ইবানিমক খল্লী। মহাকসু মশম অদু শমজি ওইনা পুল্লে, মবাইবক্তা সিন্দুর খজিক্তং নমলে, মমায়দা পাউদব পারপনা থারে অমসুং লংজমগী অতিয়া মচুগী সাড়ী অমগা শেৎলে পূম্নমক অসি কন্না হোৎনজবদুনা, শেমশাজবগা ফংজবা ইচম চমজবা উৎনবগীনি। মিনিট মঙাদং তুমিন্না ঙাইরগা, ঐনা ঙক অসি হাইরদুনা মহাকসু ঐগী তুং ইন্দুনা থোক্লকলে।

সেক্রেটরী অমসুং ট্রেজরব অদু ইঙক ঙক্লদুনা মযা কাথোক্তুনা য়েংদুনা লৈবে। ঐনা হায়খি, "মখোয় অসি ঐগী মরুপ মপাংনি। ফম্মু।" মহাক মোমোন তৌবকই, থাপ্লপনা হঙ্গোইজনা ফক অমদা মতোম্মতা ফম্লম্মী। খুদক অদুদা মহাক্কী মোমোন মিনোক অসিনা মহাক্কী মতুং পুন্সিগী "ওপন সিসেম" নি হায়বসি ঐহাক খঙলকই। ঙাইহাক্তং তৌফম খঙদনা তুমিন লৈরুরগা ঐনা হাযকই, মখোয় অসি ঐগী মরুপনি। কলেজ য়ুনিয়নদা মখোয় ভেরাইটি শো অমা উৎকদৌরিমাল্লে অদুনা নঙবু মদুদা মখোয়গীদমক্তা করিগুম্বা খরা তৌবিবা ঙমগদ্রা হায়জরিমাল্লে।"

মহাক্না হংলকই, "ভেরাইটি ?" অতৈ করি করি আইতেম উৎকদৌরিবা ?" অমসুং মহাক্না হেন্না মথক থোংবগী মওংদা পিশুম অদু শুকতোক্লকই।

মখোয়না চংজবগী মওংদা হাযবম্মী, "ফেন্সি ড্রেস আইটেম খরগা, মীগী মতৌ তমবা ফাগি খরগা, খবা অসিতনিদা।"

মহাক্না হাযরকই, "ঐগী প্রোগ্রাম অসিবু মদুদা কমদৌনা হাপচিনগদৌরিবা ? ঐঙোন্দনা মতম কয়া পীগদৌরিবা ?" মখোয়গী প্রোগ্রাম অদুগী থবক্তি মহাক্না লৌখ্রে।

মখোয়না য়াম্না তৌফম খঙদ্রদুনা হায়রকই, "পুং অমা, পুং অমগা মখাই— অদোম্না পাম্বীবা অমা হেক্তা।"

হৌজিক্তি মহাক্না মখোয়দা তাকপিবগী মওংদা হায়রকলে, "জগোইগী প্রোগ্রাম হায়বসিদি ভেরাইটিগুম্বা নত্তে, খঙলবরা, মসিদি শাগৎননবা মতম চংই। মী অমনা শারিঁঙেদসু য়েংলিঁঙেদসু অসুম অসুম শেমগৎপা তাবা পোৎ অমনি।"

মহাক্কী ভাব অসিদা মখোয় চপচানা য়ারে। ঐনা মরক থত্তুনা হায়রম্মী, "মখোয়না মফম অসিদা লাকলিবা অসিগী মরুওইবদি নহাক্না উনদুনা নওগী করম করম্বা আইটেম উৎপীবা ঙমগদগে হায়বদু খঙননবনি। মখোয়না হায়জরিবসিবু য়াবিরোইদ্রা ?"

মহাক মমায় অদু মওং কায়রে, মুরুম মুরুম শোল্লে, ইচিং চিংননা উরে অমসুং পাউখুম অমতা পীবক্তে।

"করিনো ?" মখোয়দি নঙোন্দগী পাউখুম অমতং ঙাইজরি। "মখোয়সু মথৌ চিনবা মীনি।"

"এ, চিঞ্জদেদা। ইবেম্মদা পংতক তকশিনবিরুনু। ঐখোয় ঙাইজবা ঙমগনি।"

"করম হায়না, করম হায়না হৌজিকপু কমদৌনা শিনগদগেনে – যন্ত্র খোংবগাসু অমতা য়াওদনা – যন্ত্র খোংবা, পুং য়ৈবা য়াওদ্রবদি ঐদি পামদে" মহাক্না হায়রম্মী। ঐনা হায়খি, "ও, ফুলড্রেশ শো তৌ হায়বা নৎতেদা – মতেক অমতং অদুক – অমবু ওইরে, অমবু ওইরে, ফুলড্রেশ শো তৌরবদি যন্ত্র-নুংত্রসু য়াওগনি – নওগীসিনা খ্বাইদগী মরুওইবা আইটেমনি।" ঐনা নমথাক তৌদুনা হায়জিল্লম্মী, "নখোয় অসুক য়াম্না য়েংনিংলবদি ঐহাক য়াদবা ঙম্মরোই। অদুবুনে শোয়রবদি ঐবুদি দোষ তৌগনুকো," হায়রদুনা য়ারে। অমুক হন্না পর্দাগী মরুমদা চঙখ্রে মহাক, প্লেট অমদা কোফি হাপ্তুনা পুথোরক্লগা থনমলে। ভদ্রলোক অনিদুনা হৌনবী ব্যবহার মতুংইন্না হায়রকই, "এ, করিগী কোফি তৌবিরুরিবনো ?" ঐনা মখোয়দা মদু থকউ হায়রম্মী।

মখোয়না কোফিদু থকলিঁঙেদা রোজিনা মশানা নেম্লপ ঙংবা ঈশেগী সুরগা লোইননা জগোই শাবা হৌরকলে। য়াম্না অখঙঅহৈ অমগুম্না খুৎ অসিনা তাল থারম্মী ঐনা। মখোয়সু ইশুম শুমহৎনা য়েংদুনা লৈরে। মহাক খংলেপ লেপখিদুনা মরাইবক্তগী হুমাং অদু তৈথোক্লদুনা, স্বর চনিং তানা হোম্বরগা অমুক শাবা হৌদ্রিঁঙেদা ঐঙোন্দা হায়রকই, "তাল থাগনু হেক ওন্নরকই !"

"ফরে," তৌফম খঙদনা ইখি খিগৎলদুনা শাউবদি মালহন্দনা ঐনা হায়খি। ঐনা লোল্লপ হায়খি, "ও, মহাকতিনে ওম্ভোক্লা কুপখ্রপোৎনি, খঙলববা ?" মখোয়না মঙক হাইরকই।

মহাক্কী জগোই মতেক অদু লোইরদুনা হংলকই, "মখা শাথখিসিরা। জগোই শাবী খোঙ (দ দানশিং ফিট) হায়বদু শাখিসিরা ?"

"হোই, হোই," ঐঙোন্দা তান্নরকপদুদা নুঙাইরদুনা ঐনা হায়রুই। "শাবো। মখোয়সু য়েংনিংগদবনিদা।"

ইশুম শুমহৎপা অদুদগী হনথবক্লবদা মখোয় অনিদুগী মরক্তগী অমনা হাযবকই, "ঐহাক ভারত নাট্যমবু অমুক্তসু থৌওইনা য়েংজরুদে অদুবু ইবেম্মসিনা শাবসি য়েংবদি মহৈমশিং তম্বগুম্বনি। মী অতৈনা মসিদা য়াম্না পামজকুবিবা করিগীনো হায়বদু ঐহাক হৌজিক্তি খঙজরে।" অতোপ্পা অমদুনা হাযরকই, "ইবেম্মসি ঐখোয়গী অদুদদি ইবেম্মতনা হেন্না ফমল্লগনি হায়বসিতনি ঐনা খঙবদি। অদুবু মদুদা থোইনা ৱারুনিঙাই লৈতে। মহাক্লা হেক পাম্বা মতমদু পীননবা অতৈ অতৈ আইটেমশিংদু খরা হম্বহল্লগে।" "মীয়ামগী অপাম্বা অসি হেঙ্গৎহন্নবা হোৎনবা হায়বসি ঐখোযগী মিশন ওইনা খনগদবনি," ঐনা হায়খি। "মীয়ামগী অপামবদু লেপ্পগা মদুগী মতুংইন্না হম্বনবা ঐখোয় হোৎনরোইদবনি। খ্বাইদগী ফবদুদা উত্তুনা অপাম্বদু ফগৎহন্নবা ঐখোয় হোৎনগদবনি।"

"ইন্টরভেল ফাওবদি ভেরাইটি অমসুং অপঙবগী মতৌ তম্বগাতু উৎপনা ফরে হায়না ঐহাক্তি খল্লি। ইন্টরভেল মতুংদগীদি ইবেম্মসিনা শো পূম্নমক্তু অদুম উৎপীরসনু। সেকণ্ড অমরোমদং মঙোন্দা য়ারবরা হায়বগী মওংদা ঐহাক য়েংদুনা লৈরুরগা হায়রম্মী, "থাঙ্গৈশেংনা নখোয়গী মতেং পাংজবদা মহাক নুংঙাইজগনি। অদুবু নখোয়না যন্ত্র খোংবগা পুং য়ৈবগদি থিরম্বা তাবে।" অমসুং অসুম্না মমৈথংদা যন্ত্র খোংবা পুং য়ৈবা ফংলদুনা বোজিনা কোইচেন চেল্লদুনা কম্না হোৎনখৎলকলে।

৯

**ঐগী** ইথৌসি থুনমক মশিং য়ামখৎলকলে। য়ুনিয়নগী থবকতুনা অহানবা অহৌবা ওইখি। রোকেৎকুম্না মহাক ৱাংনা পাইখৎলকলে। মহাক্কী মমিং অসি ময়ামগী মবলমথুম ওইনরক্লে। মীয়াম মরক্তা মহাকপু শন্দোক্না তাকলুবা অমসুং চুম্নতা মশক তাকপা ফাওবা হৌজিক্তি ঐঙোন্দা করিসু দরকার ওইদ্রে। মসিগী ৱাখল অসি ফাওবা নোক্নফমদু ওইরবনি। লম্বী ল্যান্না চৎলুই হায়বগী নত্তনা মহাক্না লোইননা চৎমিন্নবদগী ঐবু মশক খঙনরক্লে। মহাক্না মমিং চৎলক্লিবদি মহাক্কী মগুন লৈজে অমসুং মীয়াম্নসু মদু খঙবা তারম্মী। হৌজিক্তদা ঐহাক মদুগী মরমদা থোৎ নৌনা ৱা ঙাঙবা ঙমজরে। মতম অদুদদি কমদৌনা ঐনা মহাকপু শেমবিরকপগে হায়বগী ৱাখল অসিনা ঐহাক চাউথোকচরম্মী। হৌজিক্তি মার্কো ফাওবনা মহাকপু মতম চৃপ্পগী থিংদুনা থম্বা ঙমলরোই হায়বসি ঐহাক খল্লকলে; মতম অমদদি মহাক শোয়দনা ফাজিনখ্রিবা অদু থুদেক্কুনা ফাওদোরক্কনি। ঐহাক ইশাবু হৌজিক তোঙ্গনা, নোঞ্জনা খনবসিদা লান্না লৌবিগনু; মতম অদুদদি ঐহাক ইশা ইতোম্মতবু থাগৎচবগী ঙমখৈ লৈরমদে। ঐনা মহাকপু করিগুম্বা চাউরবা হোল অমদা মী লিশিং লিশিংনা মঙোনদা য়েংনবক্কবা মতমদা মীশিং অদুনা মখোয় মশেল অমগা অমগা, “মহাক অদু আদ লৈরেসে মহাক নৎলমদ্রবদি” হায়নৈ হায়বসিদা ঐহাক চিংনবা লৈতে; অমসুং অসিগুম্বা থাগৎ-ৱাহৈশিং অসিনা ঐগী নাকোংদা ইথকুম য়ৈরে। শো খুদিংমক্তা ঐগী অধিকার অমা ওইনা অহানবা পরেংগী ময়ায়থংবা সোফা অদুদা হেক হেক ফম্মী। ঐনা হেক চৎলুবা মফম খুদিংমক্তা মদু ঐহাক্কী ফমফমনি ঐহাক মফম অদুদা ফমদ্রবদি নলিনী জগোই শাবা ঙমলোই হায়না ঐহাক হায়রম্মী। মপুক্লিং থৌগৎপিদুনা ঐনা মফম অদুদা ফমদুনা লৈবদু মঙোন্দদি দরকাররনি। ঐনা ঙক অসি হৈশিংনা হাইরম্মী; করিগুম্বা মতমদনা খুৎশাশিং অসি পূন্না তানসু মথাই। মহাক্না য়েংথোরকপদু থেংনরুরগা, মঙোন্দা য়েংদুনা ষ্টেজরোমদা ঐহাক হায়ফেৎসু নোকফেৎ মতৌই। করিগুম্বা মতমদা মিৎনা নৎত্রগা খুদোম্বীনা মহাক্কী জগোই অদু অসুম হায়না শেমদোকউ নৎত্রগা মদুগী অফফত্তগী মরমদসু খুদম তৌদুনা উৎলি। থৌদোক অদুগী প্রেসিদেন্ট অদুনা ঐগা হেক থংননা ফমদুনা করিগুম্বা খরা ঐঙোন্দা হায়ননবগীদমক

ঙাথরকপা অদুসু ঐহাক পাম্মী। মখোয় পূম্নমক ঐগা ব্রারী শানদুনা লৈবদু উর্হন্নিংই। নলিনী মশামক্তা হেক ব্রা ঙাওনজবা ফংবগুম মখোয় চাউথোকচবা পোকই। ঐনা ঙক অসি হাইরদুনা, ফারপ ফারপ নোক্লদুনা কবিগুম্বা খরা পাউখুম ওইনা হায়রম্মী; খঙনিংবনা লাংতক্লদুনা কোয়য়েং য়েংদুনা লৈবিবা তুংগী ভাবকশিংদুদা তশেংনা হায়নবিবদুদি, "হোল অসি পিক থনবগুম তৌরে," হাযবসিদগী হেন্দ্রবসু করি করি ওইরমগদগে ঐখোয়না ঙাওনরিবদু হায়না অদুম মশা মশানা খঞ্জহল্লগা। মীযাম অদু কয়া য়াম্বগে য়েংগে হাযবগী মতাগুম হোল অদুগী আ খ্বাইদগী মনিংদা লৈদুনা হায়ফেৎ য়েংলগা ঐনা হায়রম্মী, "হোইনে, থল্লেনে," অমসুং থুনমক অমুক ঐহাক্কী চীংলেম্বা থাকতুনা মাঙলোমদা ওম্থোক্তুনা য়েংবা দরকার ওইবনা লৈশিল্লকই। ৱিংদগী মুনা মুনা য়েংলকলিবা মী অদুদা ঐনা ঙক হেক হায়দ্রিবমখৈ শো অমতা হৌদে — ঙক হাইরবতদা ফিজং অদুসু হাইগৎখি। পোৎ খুদিংমক শেমশাবা পুমলোই লোইবে হাযবা ইশানা হেক য়ানিংদ্রিবমখৈ ঐহাক খুদম অসি খক তৌদে। ঐনা লাইটকী মাইক্রোফোনগী মবমদা কোইহং হংলগা ঐহাক নুংশিৎকী অয়াংবা শক্তি, সিলিং অদুগী মপাঙ্গল অমসুং য়ুম্বীশিংদুনা ফিবমশিং অদুদা য়ুমথক অদু পুবা ঙমগদ্রা হায়বনচিংবা য়েংথোকপগুম কোইযেং য়েংই। পূম্নমক অসিনা ঐনা নলিনীগী মশিল অদুদা মতেং ওইবা য়াম্না চেকশিনবগী মতৌ অমসু উৎলম্মী। ফিবমশিংদু য়ারদুনা শো হৌপ্রবদি শিল্লাংজরিবশিং অদুদি অরুবা পোৎ অমা ফংজবগুম তৌই। তশেংনদি মখোয়না জগোই অদুগীদমক্তা শেল পী, মীয়ামসু ফমফমগী শেল পীরগা মদুম মফম্মি অদু ওইদুনসু ঐহাক্লা নাম্থোকপা য়াদ্রবা ৱাখল অমদি ঐনা মখোয়দা জগোই অদু উৎপিগে হায়দুনা য়াবিবদগী ওইরিবনি হায়বসিদি অদুম মপোকলে। ঐদি য়াম্না চেকশিনবা মীনি। ঐনা করিগুম্বা প্রোগ্রাম অদু শাংমল্লে হায়না খল্লবদি খুদাংদা ঘড়ীদা য়েংলুরগা ঙক অসি হায়ফেত্তং হাইখি অদুদগীদি নলিনীসু শো অদু মথংগী আইটেম অদুমা উৎলগা তোকপা তারে হায়বসি অদুম মখঙজে। কনাগুম্বা মী অমনা মথং অমতংগা হায়রক্লবদি ঐহাক চুম্না নোক্তুনা তাথোকই। করিগুম্বা মতমদনা হোল অদুগী মনিংদগী চে মচেৎকগাসু আইটেম অসি অসিতগা হায়রদুনা লান্নদুনা ঐঙোন্দা য়ৌরকই, অদুবু চে মচেৎ অমা ঐগী ইনাক্তা পুশিল্লকপদুদা ঐহাক পিশুম ইশুক শুকতোকই মদু উবদা মীশিং অদু ঐঙোন্দা অসিগুম্বশিং অসি পীরকপা ঙমদে। মখোয়না মহৌশানা হায়জরকই, "ঐদি খঙজদে। মনিংগী ফাল অসোমদগী কনাগুম্বা

অমনা ঐঙোন্দা হেক্তা পীরকপনিনে —।" পিশুম শুকতোক্নুনা মদু লৌশিল্লগা হৈনিংদনা পারদুনা সোফা অদুগী পাম্বোম অদুদা শ্রু শ্রু নৈশিল্লি; কার্পেট মথক অদুদা কনাসু খণ্ডবি-উবিদনা তাদুনা মাঙখি। অসিগুম্বা লৌনমশিং অসিদি খবা হুম্বা মীদা তৌগদবনি অমসুং ঐঙোন্দদি য়ারোই হায়না খঙহল্লি। ফিজং অদু থাদরক্কদবা মিনিট অমরোম ৱাৎলিঙৈদা ঐনা সেক্রেটরী অদুদা লাকউ হায়না ঙক অসি হাইরম্মী। ঐনা মঙোন্দা হংলম্মী: "কারদু লৈরবরা ? মীয়াম মরক্তগী খরা থাপ্পা অতোপ্পা থোঙ্গাল অদোমদা থাবিয়ু। মহাকপু ঐ ভুমিন্না পুজখিগে।" মসিদি অবানবা ৱানি। ঙকপনা ময়া কাথোক্নুনা য়েংদুনা লৈনরিবা মীয়াম মরক অদু লান্না মহাকপু তশেংনমক্তি ঐহাক পুদুনা চৎনিংবনি। শো অদুগী মতুংদসু ষ্টাব অদুবু অমুক্তং উজনিংবনা মী কয়াসু কোইন ইন্নদুনা লৈরি। হাক্লা ইথৌ থওইকন্দনা ঐহাক মহাক্কী মমাংদা নৎত্রগা নাকন্দসু চৎলি। শো অদুগী অবোইবদা মখোয়না মঙোন্দা চাউরবা লৈগী পবেং অমা পীরকই, ঐঙোন্দসু অমা। ঐগীদুদি য়েৎখোৎপা তৌরগা লৌই। "ঐগীদমক্তা লৈপরেং লেংদুনা শেল মাঙহল্লুবগী মরম কান্নবা কবিসু লৈতে," ঐনা হায়খি, ঐনা মদু ইথৌ থওইদনা পাম্বোমদা য়ানশিল্লি নৎত্রগা মীয়াম অদুক কুংগ্রবা মরক অদুদা ঙক্লা মদু নলিনীদা, "ফরে, তশেংনদি নহাক অনি ফংবা মতিক চারবীনি," হায়রদুনা পীশিল্লি অমসুং ঐগী ইহুত্তা মদু পায়দুনা মহাকপু পুহল্লি।

ঐখোয়না য়ুমগী অচিকপা অদু হেক ফংদ্রিবা ফাওবদি পূন্নমক অসি মপাম্ভোংদা উৎননবগীদমক্তা চৎপনি, য়ুম য়ৌরগদি পুংজা কয়া খাঙলুবা অমসুং ময়ামগী হৌনবী ঙাকলুবা পূন্নমক্তু থাদোক্নুনা, "ঐহাক মপোক তবেৎলক পোকচরবসু নহাক্কী লমন অসিদি শিংজবা ঙমলরোই," হায়রদুনা পামজনা পংকোনদা মকোল্লি। মহাক্লা হায়বিবদু তারগা ঐহাক চাউথোকচবনা ইশাসি ইফন ফন্দোকচে অমসুং হায়রিবদু ইশামক্কী মতিক চাবনি হায়না লৌজে। হৈশিংনা মহাক্লা লৈশিং অদু অচোৎপা খুঁদে অমনা ইতেক তেক্লা তনৌ তনৌনা লৈননবা য়োমশিনবা হৌগৎলকই।

প্রোগ্রাম লৈবা নুমিত্তদি নুংদাংগী চাক অদু নুংথিলদা থোংদোকই। ঐহাক পুজারী অমা ইবায় লাইনা থম্বা ঙম্মী অদুবু মহাক্লা ইতত্তত্তনা হায়, "মী অনিখক্তগীবু পুজারী অমা ইমুংমনুং অসিদা শলৈ তাদুনা লৈহনবদু দরকাব নত্তে। ঐহাকসু ঐগী নুপী ওইবগী ইথৌ অদু মরী থদৎপদি চুমদে।" নুমিদাংৱাইগী শো অদুগী মবমদা, শিন্দোক শিঞ্জিনগী মবমদা নৎত্রগা যন্ত্র

খোংবা, পুং য়েবগী মরমদা নৎত্রগা অদুম অদুম্বা মীশিং অদুনা ইনবা ঙমদে হায়বনচিংবগী মরমদা অফফত্ত কয়া চাকলেন চাবদা হায়। মহাক্তি নুমিদাংবাইগী শো অদুগী নিংশিংদুনা মদুদা হিংজরবনি। করিগুম্বা মতমদনা চাক তোল্লগসু মতেক অমগসু হেক মউৎথোকই। অদুদগীদি লাইরিক অমা লৌথোক্তুনা ঐখোয়না ফমুং চঙদুনা তূম্বা ফাওবা পাই। থা খবগী মনুংদা ঐহাক ঐগী হান্নগী অমনবা য়ুমদগী হোংদোকপা তারে। সৈত অদুনা আইনগী মতেং অমনা পূন্নমক অদু রায় হায়দোক্ত্রি ফাওবদি ফাজিন্দুনা থম্লবগী হুকুম ফংখ্রে। ঐগী উকিলদুনা ইনাক্তা লাক্তুনা হায়ররে, "মসিগীদমক্তা করিমতা য়ারুনু; মসিনা হায়রিবদি মহাক্লা য়ুমগী টেক্স থিগদবনি অতোনবসু য়াওনা করিগুম্বা তোল্লম্ববদি। নমাগী সহিদি চঙবা তাই, অদুবু মদুসু ঐহাক ফংননবা হোৎনরুরগে। মসিদি মঙোন্দা চুম্না য়ুমসি বন্ধক থম্বগুম্বতনি। নঙনা কবিগুমবা মসিদা লৈগে হায়রগনা ভাড়া - চুম্নগী মমিং ওইনা ভাড়া খবা পীবা তারে।"

"ইশাগী ইয়ুমগী ভাড়া পীবা!" ঐনা হায়খি। "ভাড়া পীবা তারবদি ঐহাক খরা হেন্না ফবা য়ুম অমা পামজরে।" নোংম নোংমগী ঐখোয় অসুম অসুম চাউখৎলকপদুগা য়ুম অদু মতিক চারক্রে। মপানগী মী অমতসু নিংথি- নুংঙাইনা ওকচবা ঙমদ্রে। অরোনবসু লৈত্রে। ফাল-নুং থানবা মফমসু লৈতে। বাজীনা য়ুম অসি দুকান্দার অমগী ওইনা শারম্বনি, অসুম অসুম চাউখৎলকলিবা, মিংচৎ ফংগৎলকলিবা, থাক য়াংখৎলকইবা মীগী ওইনা শারম্বা নত্তে।" অদুদসু নত্তনা মাগী প্রাকটিস তৌফমবু কদাইদা লৈরিবগে?" মহাক্লা য়ুম অদু থাদোক্লসি হায়বদুদা য়ানিংদবা উরদুনা ঐনা হংখি। যেশা মওং অমদা মহাক্তি মহাকপু ইহান হান্না চঙজফম পীবিখিবা য়ুম অসিদা ওল্থোক্লা অপাম্বা পোক্লুরমাল্লে।

উকিল অদুনা লবাইদা চৎলুদুনা ইমাগী সহিদু দলিল অদুদা তৌহল্লগা হল্লকলে। "মহাক অসিদা কমদৌনা তৌহৌই?" ঐহাক হংদবা ঙমখিদ্রে। "ফত্তনা খন্দেদা, ফত্তনা খন্দেদা," য়েথোকপদা হৈনরবদুনা হায়রকই। "ফরে, তশেংনদি, ঐখোয়না খনবগুম খরা অহল ওইবশিংদি খল্লি হায়বদি য়াদে। ঐহাক মরৈ য়েত্তুনা মঙোন্দা তক্লদুনা, নঙগী মামদুদি শাথিগ্রবা মী ওইরবসু হায়জদুনা য়াহনবা তাখি।" নুমিৎ ৪ নিগী মতুংদা ইমাগী চিঠি থুংলরে: মহাক্তি নাপু মচুগী চেদা পেনশিলনা ইরকই ... "ঐনা সহি তৌগ্রিবদু নুংঙাইদুনা য়ানিংদুনা তৌখিবা নত্তে, অদুবু মদু নৎত্রবদি উকিল অদু চৎলু হায়বা ইয়া

যাবোইদৌবি, অদুগা নঙগী মামনসু মহাকপু শান্তি ওইনা লৈহল্লোইদৌবি। পূম্নমক ঐঙোন্দদি ভাব ইতা তাদ্রে। ঐহাক পোৎ খুদিংমক অমতা যেংনিংলক্ত্রে - হৈনিংবা পোক্ত্রে। নঙগী মাম খঙহন্দনা মহাক্না ইংখোল চঙব্রিঙেদা উকিল অসি মশাদা কবিগুম্বা অশোক অপন যাওদনা চৎচখিনবা হাযদুনা সহি অদু তৌখিবনি। অদুবু কবিনো তৌবিবা পূম্নমক্তুবু ? নুপী অদুগীদমক্তদা নহাক অনৌবা যুম অমসু থিবি হাযনা হাযবম্মী। অদু ওইববদি ঐহাক ঐগী হান্নগী ইযুম অদুদা লৈবনবা লাক্লগে। অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু পুন্সিগী লেমহৌবিবা নুমিৎশিং অসিদি ঐহাক ইশাগী ইযুমদা লৈগে হাযনা নিংই।"
ইমানা অশাওবা থাদোক্তুনা চিঠি ইবিবকপসি অফবনি। মহাক্না হায়জবকপসিদা ঐহাক থম্মোয শোকলে। মহাক হল্লক্লগে হাযবসিদা ঐহাক অৱাবা কোকলে। ঐহাক মদু ভাবতি তাবা ঙম্মী অদুবু ৱাখল অদু ঐহাক অমুক খঙ্ছকুদনবা থিংলে। সৈত অদুনা যুম অদু পুমলৌ লৌখিদুনা মানা থোকপা অমা তৌজখিবনা খ্বাইদগী ফবে হাযনা খল্লে। তেক্তুনা তুগদৌববা যুমদা অসিবু কনানবু পাম্বীবগদবনো ? ইমাবু যুম অসিদা লৈহনবা তাববদি সৈত অদুদা ঐহাক ভাডা পীবা তাই। মহাকপুদি কনানা অমুক যেংশিন-খোৎচিনবিগনি ? ঐদি থবকসু ওন্থোক্লা চিল্লি। ওইবা যাবা হিবম খুদিংমক্তা ঐহাক অফবা ভাবতা পুথোক্তুনা মহাক্কী চিঠি অদুগী পাউখুম অমতা পীদনা লৈথোকলে। ঐহাক অতোপ্পা যুম অমদা হোংদোকলে, থবকসু চিল্লে অমসুং মবাঙ মবাঙবা মবক অদুদা পুক্লিংগী ইথিল অদুসু নেমথগ্রে। ঐহাক নুংদি নুংঙাইতে, অদুবু অফবা ভাবতা খন্দোকই: "যেশা ওইববসু মবুং অদুসু মাবুদি লুনা তৌবিবি, মহাক্লসু য়েংবি-খোৎপিগনি। মহাক কবিগী মফম অসিদা লাক্তুনা মতোম্মতা তবক তবক লৈবগদৌবিবনো ?"

নিউ এক্সটেন্সন্দা লৈবিবা ষ্টাইলনা হাববা যুম অদুদি ঐখোযগী ফিবম অদুগা থোইনা হেন্না চুশিন্নবে। মথোল অনিগী দোলাননি, চাউববা কম্পাউণ্ড অমসু লৈ, লোন, লৈকোন অমসুং গাডী থম্ফমসু লৈ। মথক্কী মথোল অদুদা ঐখোযগী তুম্ফম কা ওই অমসুং বোজিনা মহাক্কী জগোই ঔবাইজফম চাউববা হোল অমসু লৈ। মদুগী নাকল মচেৎ অমদা মহাক্কী জগোই শাফম নুংঙৌগী পাকচাউববা মফম খবা খাক্লগা শিক্কগী অথাবা অশংবা কার্পেট অমনা কুপশিল্লি। ঐনা কাচিল অমদা খবা তোংখৎপা মফম অমা শেমহল্লগা মদুদা জগোই শাবিবা নটবাজগী পিগ্রাইগী মূর্তি অমসু থমহল্লে। মসিনা মহাক্কী ওফিসনি। হৌজিক্তি

ঐহাক্কী মতম পুম্বদা লেঙদ্রবা ঈশৈ শকপা, যন্ত্রখোংবা মী কাংবু অমসু লৈরে মখোয় অদুগী মঙাখক্তি — অমনা বাঁশী খোংবনি, অমনা পুং য়েবনি অসিনচিংবা। ঐনা কোপালদগী থেংনরুবা মশানা থাইনগী পরম্পরা কাইদনা জগোই শাবদা লুপচরবা লব্বাইদা লৈবা জগোইগী গুরু অমসু মহাক্কীদমক্তা পুবিরক্লে। ঐনা মহাকপু কোইথি থিদুনা মালগুডীদা পুরক্তুনা ঐখোয়গী কম্পাউণ্ড মনুং অদুদা লৈবা য়ুম অমখক্তা লৈহল্লি। মখল খুদিংগী মীশিংনা ঐখোয়গী য়ুম অদুদা অতৎ-অখম লৈতনা লাকথোক-লাকশিন তৌই। ঐহাক্কী মীনাই থবক শুবিনবা ময়াম অমসু লৈরম্মী কার অদু থৌনবা ড্রাইভর অমা, লৈকোল অদু য়েংশিন্নবা মালি অনি, মখ্বাংদা থাঙ য়ানবা গুর্খা শক্তি অমা গেটতা অমসুং পুজারী অনী — মরমদি ঐখোয়গী মী পীজপীথক তৌবদুসু অসুম অসুম হেঙ্গৎলক্লম্মী। মখল মখলগী মী কয়া য়ুম অদুদা চংথোক চংশিন তৌই হায়না ঐনা হায়খিবদুনি। ঈশৈ তৌবা কাংবু — মখোয়গী মরুপ মপাংশিং, লেপ্লদুনা ঐগা উনবা লাকপা মীশিং, মীনাইশিং, মখোয়গী মরুপ-মপাংশিং অসিনচিংবা কয়া কয়া মখাথংবা কা অদুদনা ঐগী ওফিস ওইনা গ্রেজুয়েৎ পাশ তৌরবা মফম অদুব্বাইগী কলেজগী ঐগী ইথোকইশিনগী থবক তৌবা নহা অমা সেক্রেটরী ওইনা ঙাইদুনা লৈহল্লি।

ঐগা উন্নবা লাকপসি মী মখল অহুম মরিনি। খরনা ঐনা মাঙ্গোন্দা অদুম উনৈ; মখোয় অসিদি ঈশৈ তৌবা অমসুং আশা লৈরিবা ঈশৈ তৌখৎলকলিবা নলিনীগী মতুং ইঞ্জনিংবা মীতাশিংনি। মখোয় অসিদি ঐহাক থোইনা থওই ব্বাওইরুদে। নুমিৎ খুদিংগী অসিগুমবা মীসি তরামুক্তি ঐগা উনজগে হেক হেক হায়রে। মপানগী মাঙ্গোন অদুদা ঐঙোন্দা ব্বা অমুক্তং ঙাঙজবা ফংনবগী তাঞ্জা অদু ঙাইদুনা মখোয় ফমদুনা লৈরম্মী। মখোয় অদু ইউ উরুদনা ঐহাক হঙ্গৎহন্দা চখোক চৎশিন তৌই। ঐবু হেক উবদা মখোয় ইকাইখুম্ননা হৌগত্তুনা ঐঙোন্দা সলাম তৌই অদুগা মখোয়না করিগুম্বা মরক থত্তুনা ব্বা ঙাঙলক্লবদি ঐহাক মখোয়না ঙাঙলিবদু তাবগী মতৌ উৎতুনা হায়রুই, "নখোয়গী লৈফমদু কেরানীদা তাক্লমউ। করিগুম্বা তৌবা য়াবা লৈরবদি ঐহাক মঙোন্দা নখোয়বু কৌখৎলক্লবা তাক্লক্লে।" মখোয়না করিগুম্বা টেষ্টিমোনিয়েল ময়াম উৎলক্লবদি মদুদা ঙাইহাক্তং য়েংলুরগা ঐনা হায়খি, "ফৈ, ফৈ। অদুবু হৌজিক্তি ঐহাক করিসু তৌবা ঙমদ্রে। নমিংদু ওফিসতা পীশিল্লম্মু — " অসি হায়রদুনা ঐহাক চৎলম্মী। ঐগী মপানগী মাঙ্গোন অদুদি ফালনা ক্রক ক্রক ইন্ননা থারদুনা মী

কয়া ফন্নদুনা নুমিৎ চূপ্পা ঐঙোন্দা ৱা অমতং ঙাঙজনবগী তাঙ্গা ঙাইদুনা লৈনে। ঐনা মখোয় অদুবু থৌশাকদে। ঐগী টেবল অদুদা কবম্বা মতমদা ঐহাক থোরক্তুনা ফন্নগদগে হায়বসি মখোয়দা লাংতক্লনা খলহন্দুনা লৈহল্লি। করি করিগুম্বা মতমদা মশক মমিং তাদ্রবা ঈশৈ লেংবা মী কয়াসু অনৌ অনৌবা ঈশৈ নলিনীগী কান্নবগীদমক্তা লেংলদুনা পুদুনা লাকই। কবিগুম্বা মতমদনা ঐগী ওফিসকী টেবলদা ফমলিঙেদা, মখোযনা মূনা মূনা য়েংলক্তুনা ঐঙোন্দা ৱা ঙাঙগদবগী তৌবরা হায়বদুসু ঐহাক থওইকদে , অদুবু কবিগুম্বা চৌকি চিংশিন্দুনা ফমখ্রবসু থোইনা ৱারৌকদে। করিগুম্বা মহাকপু থাদোক্লগে খল্লবদি, ঐগী চৌকি অদু চিংথোক্তুনা মহাকপু সেক্রেটরীদা থিন্দোক্লনবা হায়বল্লগা তহা তহানা হেক্তা মনুংদা চংই। হোল অদুগী মিংশেলগী থোঙনাও অদুদগী মপান্দা মী ময়াম ঐবু ঙাইদুনা লৈরিবদুসু ঐহাক কবি করিগুম্বা মতমদা উই, অমসুং নাকলগী থোঙ অদুদগী হৈশিংনা মপান থোক্তুনা চুমদ্রিং গাড়ী থম্ফম তান্না চৎলগা গেট ফাওদুনা মীয়াম অদুনা উপায লৈতনা য়েংদুনা লৈহলহৌবগা গাড়ী থৌদোক্তুনা চৎলি। মী খুদিংমক্তগী ঐনা ইহেন হেল্লে হায়বসি ঐঙোন্দা কন্না ফাওরক্লে।

হায়জবা নিজবা লাকপা মীশিং অসিদা নত্তনা ঐঙোন্দা তশেং তশেংনা শো উৎপিয়ু হাযনা লাকপা মীশিং য়াওই। মখোয় অসিনা হেন্না ৱাংবা মখলগী উনবা লাকপা মীনি। মখোয় অসিবুদি ঐনা হোলগী সোফা থাবা মফম অদুদা উনে অমসুং কোফি পুরকউ হায়না বেলদু নমলুই। ঐগী খরা হেন্না মনুং ওইশিনবা মীশিং অসিদদি অয়ুক-নুংদাং অনিমক্তা কোফি পীথকই। কোফিতগী বিলনা থা অমদা লুপা চহুমদি ওইরম্মী– ময়ায় ওইবা ইমুং অমাদি নুংঙাইনা লৈজবা ওক্লবা শেলনি। হোল মনুং অদুদা উনবদুদি খরচ য়াম্না চংখ্রবা জাৎনি – শেঞ্জেংগী ট্রে, শামু ময়াগী শান্নপোৎ লৈতেং, নলিনীনা ময়ায়দা লেপ্পা গ্রুপ ফোটোগ্রাফ। হোল অদুদা ফমদুনা কোইয়েং য়েংজবদু ঐহাক থাক অসি য়ৌবা ঙন্নকলে হায়বগী পেঞ্জবগী নুংঙাইবা ৱাখল অমা পোক্লকই।

পূন্নমক অসি তৌরিঙেদা নলিনীদি কদাইদা লৈ ? মশককগা উবা ফংবা পোৎ নত্তে। ঈশৈ শকপা যন্ত্র খোংবশিং অদুগা মহাক্কী ওরাইফম কা অদুদা নোংমগী অয়াম্বা শরুকসি লেন্দুনা লৈ। মথক্কী কা অদুদা খোঙথাংগী অমসুং খোঙজিংগী শ্রিং শ্রিং লাউবা মখোলদু তাবা ফংগনি। যেশা ওইরবসু মহাক মশামক্লা ভাবনা শাজরম্বা মপুন্সি অদু লেনবা ফংজরে। উনবা, য়েংবা লাকপা

মীশিং অদুনা মহাক্না ইমুং মনুংদা চখোক-চৎশিন তৌবদু খজিক্তা ওইরবসু উজবা ফংগনি হায়না আশা তৌরম্মী। মখোয়না লোম্না লোম্না হুরান্দুনা মনুংলোমগী থোঙ অদোমদা য়েংলিবদু করিগীনো হায়বা ঐহাক ভাব তাই। অদুবু মহাকপু কনা কনামতনা উখিদনবা ঐহাক চেকশিল্লি। মহাক্কী মরমদদি ঐহাক ইতোম্মতগী ওইরবনি অমসুং অতৈ অতোপ্পা কনা অমতনা মহাক্না করিসু তৌননিঙাই লৈতে। কনাগুম্বা মীনা থৌনা ফনা মহাক্কী মরমদা হংলক্লবদি ঐনা খুন্নম্মী, "মহাক মথৌ চিল্লি," নৎত্রগা, "মহাকপু ব্রাহ্মবগী দরকার করিসু লৈতে। নঙনা ঐঙোন্দা হায়রেদনা, মদুনা অদুম লোইরে।" মহাক্না হাকথেংননা হেক উনগে হায়রকপা মী অদুদি ঐহাক ব্রারৌই। মহাক্তি ঐগী ইপোৎনি। ব্রাখল অসি ঐগী থম্মোইদা মরা তাবা হৌরক্লে।

অদুম ওইনমক, খরা হেন্না মনুং হুঞ্জিনবা মীশিং অদুগী মরক্তগীসু মথক্তা মহাক্না উনবা য়াবা মী খরসু লৈরম্মী। মখোয় অদুদি য়াম্না অখন্নবা কাংবুনি। মখোয় অদুদি ঐগা য়াম্না চান্নবা ওইবা তাই; মমাংঙৈদদি ঐগীদি মরুপ অমতা লৈজদে; হৌজিক্তি অতৈনা ঐগা তিন্নগদবগী কোইতান তান্নরে। জজ অনিখক্না ঐহাক্না নঙ্গন্দা খুপাক্লা পোপ পোপ থানবা য়ৌনা চান্নে, মমিং চৎলবা জিলা অদুগী মখোয়গী মব্রার্তনা করিগুম্বা হিরম খুদিংমক্তা মিংকুপ্তা হেক্তা ভোট ১০,০০০ পুরকপা ঙম্বা রাজনীতিগী লুচিংবা মরি, ফিগী মিল মপু অচৌবা অচৌবা অনি, বেঙ্কর অমা, মিয়ুনিসিপাল কাউন্সিলার অমা অমসুং হাপ্তাগী ফোঙবা "দি ক্রথ" হায়বা মরক মরক্তা নলিনীবু থাগৎপা ব্রাঁ ইরকপা চেগী ইডিটর পূম্নমক অসি ঐগী মরুপ ঙাক্তনি। মীশিং অসিদি ঐগী হোল অদুদা লেপ্পলাক্লবা তৌরুদনা লাকপা য়ারম্মী, কোফি পীয়ু হাযবা য়ারম্মী অমসুং ইলাউ লাউনা, নলিনী কদাইদা চৎপ্রে ? মথক্তা লৈবরা ? ফরে, মথক্তা ঙাইহাক্তা উনরুখিগে অদুগা চৎলগে, হায়বসু য়াই। মখোয় অসিদি মথক্তা কাখত্তুনা মহাক্না ব্রারী শানরুবা য়াই, কোফি পুরকউ হায়বসু য়াই অমসুং মখোয়না হেক লৈনিংলিবমখৈ লৈথবসু য়াই। মখোয়না ঐবু তোরোখাদাননা "রাজু" হায়না কৌই। ঐহাক মখোয়গা চামিন-থকমিন্নদুনা তিন্নতোৎনবসি পাম্মী মরমদি শেল পায়বা অমসুং তৌবা ঙম্বা মী ঙাক্তনি।

মখোয় অসিতা নত্তনা, করি করিগুম্বা মতমদনা ঈশে শকপা যন্ত্র খোংবা, লিলা য়াউবা মী অমসুং অতোপ অতোপ্পা জগোই শাবীশিংসু নলিনীগা উনদুনা পুং কয়া মহাক্না ব্রারীব্রাতাই শাদুনা লেপ্লম্মী। নলিনীদি মখোয়গা তিন্নবদু

ওম্বোক্লা পামথ্রে, অমসুং মখোয় অদু ইতত্তত্তনা ঐহাক মহাক্কী হোল অদুদা খরনা কার্পেট মথক্তুদা হিপ্লদুনা, খরনা ফম্লদুনা, পূম্নমক কোফি অমসুং অচা-অথক পুশিল্লকপা অদুদা পূন্না পূন্না নোকমিন্নরদুনা লৈবদু উবম্মী। মরক মরক্তা মথক কাখত্তুনা ঐহাক মখোয়গা ৱারী ৱাতাই শারুই থম্মোইদা মতম পূম্নমক্তা অদুগুম্বা কলাগী সঙ্গ অদুদা ঐহাক অহেঅপা শাবা মী অমগী ৱাখল অদু ইকোক কোক্ত্রবসু। করিগুম্বা মতমদনা মখোয় অসি অদুক নুংঙাইনা অমসুং মী উদনা লৈরম্বদু উবদা ঐহাক শাউনিংবা পোকলুই। ঐনা মতম অদুদা নলিনীদা তূমফম কা অদোমদা য়াম্না চাউখ্রবা, মরু ওইখ্রবা লোন্না ঙাঙনগদবা ৱা মরম অমগী ওইনা খুদম তৌদুনা কৌথোক্লগা লোন্না হংলম্মী, "মখোয় অসি কয়া কুইনা লৈখিগদৌরিবনো ?"

"করিগীনো ?"

"মখোয়দি অয়ুক-নুংথিল চূপ্পা অসুম লৈরক্লে— নুমিদাং ফাওবা লৈথগে হায়রক্কনিকো।"

"ফরে, ঐদি মখোয়গী সঙ্গ অসি পামজে। ঐখোয়বু উনবা লাকপীরিবসি মখোয় ওম্বোক্লা ফগ্রবা পোৎনি।"

"ও, ঐখোয়গী মী অতৈ উনবা লাকপা লৈত্রবদৌনা।"

"ফরে। মখোয়দা করম হায়না চৎলো হায়গদৌরিবনো। অদুগা মখোয়গা লৈমিন্নবসিসু ঐদি নুংঙাইরি।"

"নুংঙাইনি। ঐহাক মদু য়াদবদি নত্তে। অদুগনে নহাক পোত্থাবা তাই অমসুং ঐখোয় ট্রেন তোংদুনসু চৎকদৌরিবনি হাযবসিদি কাউগনুকো। পোৎচৈসু য়োমদুনা, প্রাকটিসসু হায়বসিদি কাউগনুকো। পোৎচৈ য়োমদুনা, আইতেম উৎকনি হায়না নশানা হায়দোকপ্রবনি হায়বসিসু কাউজনু।"

"মদুদি পংলু লুবা পোৎ নত্তেদা !" থোঙ অদু থিংজিল্লমদুনা মহাক্কী মরুপশিং অদুগী মনাক্তা চৎননবা লৈথোক্তুনা মহাক্লা হাযরম্মী। ঐদি ৱা ঙাঙদনা বৃ বৃ পাখৎলে। ঐহাক মহাকপু নুংঙাইনা লৈহনবদি পাম্মী — অদুবু ঐগতা লৈরগা নুংঙাইহন্নিংই। অদুবু অসিগুম্বা কলাগী মীরেম ময়াম অসিদি ঐদি য়ানিংদে। মখোয়দি ৱাবী-ৱাতাই পংশাদা মশাই অমসুং নলিনীনা মখোয়দা ঐখোয়গী কারবাব অদুগী অথূপ্পা-অবোনবশিং অদু হায়দোক্লম্বসু য়াই। মহাক শো মফম অমদবু লৈরবসু করিগুম্বা মতমদা অসিগুম্বা মরুপমপাংশিং অসিগা

তিন্নবদি থাদোক্লমদে। মহাক্লা হায়রকই, "মখোয়দি মহৈগী মবেম্মা সরস্বতীগী থৌজাল ফংলবা মী ওাক্তনি, মখোয় অফবা মী ওাক্তনি। ঐহাক মখোয়গা ৱারী শাবা পামজে।"

"নঙনা সংসার অসি মশক খঙদ্রেনে মখোয় অদু নঙবু কল্লকপা মী ওাক্তা ওইরম্বসু য়াই। অশেংবা কলাকার হায়বসিদি অমুক্তা পূন্না লৈমিন্নবা য়াদে হায়বা নহাক খঙদ্রা ? মীশিং অসি নঙোন্দগী নখা থাবা কাংবু ওইদুনা লাকলিবনি।"

"ঐদি ইথক থোংবা, ইখা থাবগী ৱারীসি খিজরেদা। ঐখোয়দগী অমুক ইথক থোংবা হায়বদুবু করিনোনে ?" মহাক্লা তশেংনা শাউনা হংলকই।

"ফরে, মখোয় পুল্লপ চামা পুনশিনবদগী নঙনা হেন্না থবক য়াম্না লৈ হায়বসি নহাক খঙইদনা," ঐনা হায়রম্মী।

"মদুদি শেল হেন্না ফংবা হায়বনিদনা," মহাক্লা হায়রকই, "অদুগুম্বা মখলগী ইথক থোংবদুগীদি ঐদি থোইনা করিসু খল্লুদে।"

অসুম অসুম ইবানীগী মরক্তা মরৈ য়েৎনবা হৌরক্লে অমসুং মদুনা ঐখোয় অনিগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অসিদা মতৈমনাও ওইবগী অরোয়বা মরামত ওইরম্মী। মহাক্কী সঙ্গসু অসুম অসুম পাকথোকলকলে। খ্বাইদগী ফবা অমসুং ময়ায় ওইরপ্পা মখলগী কলাকারশিং, ঈশৈগী গুরুশিং; টাউন অদুগী কলাবিদ্যা পাম্বা মীশিং, স্কুলগী থবকইংখাং থোরকপদা উৎপা য়ানবা হায়ফেৎ খরদং খঙনিংবী ছাত্রীশিং, মখল খুদিংমক্কী মীনা মহাকপু উনজগে হায়বা হৌরকলে। অয়াবা মফমদনা ঐনা মখোয়বু থাদোকখি, অদুগা মখোয়না লিৎশিনখিদুনা মথক য়ৌথ্রবদি, ঐহাক মদুদা করিসু তৌরুবা ঙমদ্রে। নলিনীনা মখোয়বু পুং কয়া চুপনা ফাদুনা থম্মী শুকচৎ চৎহন্দে।

মাইল চাম চাম থাপ্পা মফমদগী ঐখোয় বার্ত্তন ফংই। ঐখোয়গী ট্রঙ্ক অদু মতম পূম্নমক্তা পোৎচৈ হাপচিন্দুনা শেমশাদুনা মরৈরে। করিগুম্বা মতমদনা মালগুডী থাদোক্তুনা চৎপসিনা য়ুমদা থা মখাই অমরোম হল্লক্তে। ঐখোয়গী বার্ত্তন অদুনা খা ভারত পূম্নমক অসি কুমারিকা অন্তরিপ য়ৌনা মাইকৈ অমদা অমরোমদনা বোম্বে য়ৌনা অমসুং সমদ্রুগী মপানগী লমদম কয়া কয়া কোয়দুনা চৎলুরে। ঐহাক মেপ অমগা কেলেণ্ডর অমগা থমদুনা ঐখোয়গী বার্ত্তনশিং অদু শীন্দোকপা হোৎনৈ। বার্ত্তনশিং অদু য়েংদুনা খোঙচৎ অমুক্তদা শো কয়ামুক

পাংথোক্লম্বা য়াননবা তারিখসু ওহোক ওনশিন তৌরম্মী। মতম খুদিংমক্তা চৎননবা মাইকৈ শীন্দুনা প্রোগ্রাম লেপ্লসিসু ওহোক্লা ৱাপ্রে। ঐখোয় থা অমগী মনুংদা নুমিৎ কুন্নিমুক্তি টাউনদগী মপান্দা লৈ অমসুং মালগুডীদা লৈবা নুমিৎ তরানি অদুগী মনুংদা য়ুম ময়া অদুৱাইদা বার্তন অমা অনিসু ফংই অদুগা লেমহৌবশিং অদুদি মশিং চল্লুদ্রবসু য়ারে। ওহোক্লা চিনগ্রবা প্রোগ্রামনি, ঐনা হেক লৈরু লৈরুবা মফম অদুদা ঐগী সেক্রেটরী অদুনা নিতিগী থুংলবা চিঠিশিং অদুগী পাউ অদু অদুম পীরকই অমসুং করি করি তৌগদগে হায়বদুসু ফোন্দা ঐঙোন্দগী পাউতাক লৌই। থা অহুম হান্না ঐহাক বার্তন লৌশিল্লি। ঐনা চাউরবা কেলেগুর অমদা মুক অঙাঙবনা বার্তন লৈবা তাবিখশিং অদু কোইশিন কোইশিন্দুনা থম্লগা অহানবদা মহাক্কী জগোই ঔরাইফম কা অদুদা যান্দুনা থম্লুই অদুবু মহাক্লা শাউরকই, "য়েংবা নুংঙাইখিদ্রে। লৌথোকখ্রোবা !"

"নঙগী নমাংদা মথৎদা নহাক কদাইদা বার্তন লৈবগে হায়বদু খঙহনগে তৌবনি।"

"দরকার লৈতেদা," মহাক্লা লাউরকই, "তারিখশিং অসিদা য়েংলগা ঐহাক করি তৌগদৌরিবনো ?" মহাক্লা মদু কোনশিল্লদুনা ঐগী খুত্তা পীশিল্লকলে। "ঐঙোন্দা উৎলক্লনুকো। বার্তন অসুক য়াম্বসি উরগা ঐহাক ইপা পাখৎলিদা," মহাক্লা হায়রকই। ট্রেন লাক্লদৌরে থৌদাং লোইরো হায়রুরবসু মহাক হেক্তা থৌরাং লোই; ঐনা কুমথরক্লো হায়ববসু মহাক হেক্তা কুমথরকই; ঐনা হায়বা মতুংইন্না মহাক ট্রেন্দা কাখৎলি, কুমথে। মহাক করম্বা টাউন্দা লৈরিবনো, করম্বা সভাগী থবকনো নৎত্রগা কনানা শীল্লাংদুনা শো অমা উৎলিবনো হায়বদু মহাক খঙলমগনি হায়বসি ঐহাক খন্দে। পূমনমক অম্মানি হায়না অদুম মখল্লি – মাদ্রাজ সহরবু ওইরবসু, মাদুরাবু ওইববসু নৎত্রগা অরাপ্পদা লৈবা চীংগী টাউন ওটকমগুবু ওইরবসু। রেলৱে লৈতবা মফম অদুদদি, মফম অদুদগী ঐখোয় লৌননবা কার লাকই। কনাগুম্বা অমগসু প্লেটফোর্মদা থেংনদুনা ইখা খাজিনবা মী পংচং চংনদবা ৱেইটিং রুমদা পুশিল্লি অদুগা ঐখোয়বু হোটেলদা নৎত্রগা বাংলা অমদা কারদা পুদুনা চৎলি। ঐখোয়গা লোইনরকপা ঈশৈ শকপা, যন্ত্র খোংবশিং অদু পূম্না পুবিখিদুনা মফম অমদা নুংঙাইনা পোত্থাহল্লুই। মখোয়গী নুংঙাইনবগী মরমদা ইরাং লাংশিন্নদুনা মথাই নুংঙাইনা লৈহল্লি। "মখোয় অসি ঐখোয়গী যন্ত্র-নুংত্র খোংবা কাংবুনি, মখোয়গীসু নিংথিনা শিন্দোক শিঞ্জিন তৌবিররিগনি হায়না খল্লি।"

"হোই, হোই শীঙ্গরে, ইবুংঙো। মখোয়গীদমক্তা অচৌবা কা অনিখক রিজার্ব তৌদুনা থমজরে।" "ঐখোয়গী ইনাক্তা মখোয়বু পুরক্লবা খরা তপ্পা কার অমতা থাবিখো।" শো অমা হৌগদবা পুং অনি বাংলিঙৈদগী মখোয়শিং অদু শেমশাদুনা খুৎনা-শানা লাম্বা ফংবা মফমদা ঐহাক্না হেক হেক থমহল্লম্মী। যন্ত্র খোংবশিং অদুদি ওহ্ণোক্না মতম নাইখিদ্রবা যুগোৎ চাখিদ্রবা মীদা ঙাক্তনি; মখোয়দি তৃমদুনসু লৈথোকই, বাজারদা পোংচৈ লৈবসু কোইচৎ চত্তুনা হেক মরৈথোকলুই মতম হায়বসি ইয়েং য়েংদনা ফমদুনা জুবার শান্নদুনসু হেক মরৈথোকই। মখোয়বু লোইনবা হায়বসি বিদ্যা অমনি— মখোয় অসিদি মথ্বাইসু নুংঙাইনা লৈহনবা তাই; নৎত্রবদি শো অমা মখোয়না হা হৈনিংই হৈনিংদে হায়জিন্দুনা নৎত্রগা মরাইবক্তা কোক হেক তাইশিন্নদুনা পুম্মাং মাঙহনবা ঙম্মী। ঐদি মখোয়দু শেলথুম নিংথিনা পীরম্মী। মখোয়বু য়েংশিন-খোৎচিনবিবগী মওংসু ঐহাক উৎলি অদুবু ঐহাক মখোয়দগী তোথাইনদি লৈ। মখোয় অসি নলিনীগা তোরোৎ - খদানদনবা ঐহাক চেকশিন্না হোৎনৈ।

শো অদুনা করিগুম্বা পুং তরুক্তা হৌবা তারবদি, নুংথিল পুং ৪ ফাওবা ঐহাক মহৌশানা নলিনীবু পোথানবা হায়রম্মী। ঐখোয় কনাগুম্বা ইমুং অমগী অতিথি ওইরুরবদি মহাক্তি নুপীশিং অদুগা অরোই-অথম লৈতনা বারী শাদুনা হেক লৈথোকই। অদুবু ঐহাক মনাক্তা চত্তুনা য়াম্না অচেৎপা থৌজানগী ভাবকা লোইননা হায়রুই, "নহাক ঙাইহাক পোত্থারুবনা ফনি খল্লিদা; ঙরাং নুংদাংগী ট্রেন্দা তোংলকপদুদি য়াম্না নুংঙাইখিদ্রে," অদুগা মহাক্না মানম ঙাঙলিবা নৎত্রগা তারিবা বা অদু লোইশিল্লগা হৌগত্তুনা ঐগী তুং ইন্দুনা কা তান্না চঙলকই। ঐনা মরক থৎলবদুদা মহাক নুংঙাইতে : "করিগীনো নহাক লাক্তুনা ঐবু ময়াম মরক্তগী চিংথোক্লরিবসিবু ? ঐবু অঙাং মচাবা ?" ঐনা তৌরিবা অদু মহাক্কী ফনবগীদমক্তনি হায়না ঐহাক হায়রম্মী। মদুদি চুম্নগী খরমখৈতা মচুম্বনি হায়বসি ঐহাক খঙই। ঐনা ঐগী থম্মোই অসিদা হূমদুনা থিরুবদদি মহাকপু ঐনা কৌথোকলুরিবা অসি ঐহাক মহাক্না মী অতৈগা নুংঙাইনা লেনবদু পামদে হায়বসিনি। ঐহাক মহাকপু লানবন মনুংদা ফাজিন্দুনা থম্লিংলুই।

শো অদুগী মতুংদা করিগুম্বা ট্রেন তোংবা তারবদি, ঐখোয়বু ষ্টেশন তান্না থিলহন্নবা কার অমা ঙাইদুনা লৈহল্লি। ট্রেন মনুং অদুদা লুপাগী নৎত্রগা কোৎহিং কাদবা ইস্পাৎকী পুখমদা চাননবা পুশিলহল্লকতুনা ঐখোয়না তোংলিবা কা অদুগী অরোনবা মরক অদুদা নুংদাংগী চরা চায়। অদুবু মদুসু পংকুই কুইনা

পোখাবা নত্তে, অতোপ্পা ষ্টেশন অমদা অমুক কুমথদুনা শো অদু অমুক উৎলগা অমুক হন্না চৎপনিনা হান্ন হান্নগী অদু অদুম মহৌবকই । যাম্না মক ওইবা মফমদা চৎলুবা মতমদনা মহাক্না কবিগুম্বা মতমদা মন্দিব, দুকান নৎত্রগা চুম্না লমতু খবা যেংবা চৎলুসি হাযনসু মহায । ঐনা ইতত্তনা খুন্নম্মী, “হোই হোই । ঙম্ববা যেংসি ।” অদুবু হাযবিবসিদি কৈদৌঙৈদসু পাংথোকলুবা ঙমদে মবমদি ঐখোয অতোপ্পা ট্রেন অমা তোংদুনা চৎলগা অতোপ্পা শো অমসু পাংথোকলুবা তাবনা । নোংম নোংমগী ঐখোয অসুম অসুম থবক অসি মেছিনগুম্না তৌবক্লে — ষ্টেশন্দা হান্নগী অদুগুম্না অদুম ওক্লম্মী, ইবাং লাংবা ওর্গেনাইজব কযা, মী কযাগা উনবা অমসুং ব্রার্নিং, অহানবা পবেংগী মযাযগী সোফা, ব্রা ঙাঙনবা, অফ-ফত্ত তান্নবা অমসুং মোমোন মিনোক কযা, নোল্লুকপা ব্রাবী-ব্রাতাই কযা, লৈপবেং, ফ্লাশ-ফোটো, থাগৎ ব্রাঁহে অদুদগীদি ট্রেন নংনবা চৎপা— খ্বাইদগী মকওইবা পোৎ চেক লৌশিল্লকপা অসিনর্চিংবশিং । অসুম অসুম ঐহাক, “নলিনীনা ত্রিচিদা শো অমা উৎননবগীদমক চৎলিবনি,” হাযদুনা ঐহাক নোংমাইজিং নুমিত্তা ত্রিচিদা প্রোগ্রাম অমা লৈ, নিংথৌকাবদনা— অদুদগীদি, নখোযগী অদুদদি ঐহাক নুমিৎ ... অদুদা জগোই শাববা ঙমগনি, হাযবা হৌবকলে অমসুং ভাবতকী মনুংদগী খ্বাইদগী ইহেন হেন্না ফি যাম্না লৌবম্মী । শো অমতং উৎপিবো হাযজববা মীশিং অদু নোঞ্জববনি হাযনা ঐহাক লৌবম্মী, থাগী আয অসি অঙকপা ফংনা লাকলে, শেল কযাসু মীনাই অমসুং অক অহেনগীদমক্তা চাদিং তৌবে অমসুং ইনকম টেক্সসু ওম্বোক্লা যাম্না থিবে । অদুবু পূন্নমক অসি নলিনীনা কবিসু হাযজদনা ইখঙ খঙহৌদনা খংপেন পেনবগী মহুত্তা অদুম মহৌশাগী মহৌশা ওইনা লৌবম্মী । মামনা মহাকপু থীনা থীনা চৈবিববসু ঐখোযগী অমনবা যুম অদুদা মহাক ওম্বোক্লা নুংঙাইনা লৈজবম্মী ।

শো অদু হেক লোইবকপা খুদিংগী ফংলকপা লৈপবেং খুদিংমক যাম্না পামজনা নলিনীদি পুবকই । মহৌশানা মহাক্তি লৈপবেং অদু ককথৎলগা ঈশিং খিক্তুনা ঐখোয ট্রেন মনুংদা তোংলিঁঙৈদা ফাওবা চেকশিন্না থনম্মী । মহাক্না লৈপবেং মতৎ অমা মখুৎনা পায়খৎলদুনা নুংশিববা মনম অদু নন্নগা হায়বকই, “ঐখোয়না তৌকবিবা ময়াম অসিগী মনুংদগী ঐঙোন্দদি মসিনা খ্বাইদগী মমল যাম্না খঞ্জে ।” মহাক্না মসি হাযর্বিঙৈদা ঐখোযদি ট্রেন মনুংদা লৈ । ঐনা মঙোন্দা হংলম্মী, “কবিগীনো নঙনা অসুম্না হাযবিবসিবু ?”

"ঐদি মালিকাসি পামজে।"

"মদুগা লোইনরকপা চেকতুদি পামদবা ?"

"অসুক য়াম্বসিনা করি তৌগনি হায়বগে ? নুমিৎ চূপ্পগী হাপ্তা খুদিংগী নঙদি অসুম অসুম হেন্না হেন্না চেক খোমজিনবা লাক্লরি। অদুবু চেক অদু শিজিন্নদুনা ঐখোয়না নুংঙাইবা ফংলক্কদবা মতম অসিবু কৈদৌঙেনো ?"

"ফরে, নঙগী অচৌবা ইমুং মনুং অমসু লৈরে, অচৌবা কার – লৈতববু করি য়াওরিবগে – মসিবু পুন্সিগী নুংঙাইবা নৎত্রনে ?"

"ঐদি খঙদে," মহাক্না ব্রাখল মুন্না খল্লদুনা হায়রকই।" মীয়াম তিনবা মরক্তা ইশানা অমুক্তং চঙজদুনা, মরক অদুদা কোইচৎ চৎচদুনা, ভাবক ময়ামগী মরক্তা অদুক ফমজরবদি অমসুং ষ্টেজগীদমক্তা শেমশাদুনা ফিরোল শেৎপসি তোকথোক্তুনা নুমিদাংব্রাই অদুক কোয়থোকচরুনবগীদমক্তা চৎচরবদি কয়াদা নুংঙাইজগদবা !"

খুদোংথিনিংঙাই ওইরিবা চোকথবা ইতন তম্ববা অমনা মহাকপু ইফা ফাজিনবিবগুম তৌবকলে। পংহং হংজিল্লুদবনা্ খ্বাইদগী ফরগনি হায়না ঐহাক খল্লে। মহাক বার্ত্তনসি মশিং য়ামদনা পান্নম্বা তাই অদুবু ওইথোক্তে। ঐনা হংখি, "নখোঙ অদু নারে হায়বদি নত্তেদনা– নারবরা ?"

মসিনা নিংলম্বদুমক হেক থোকহল্লে। মসিনা মহাক্কী নাপল অদু থুদেকলুদুনা মহাক্না হায়রকই, "নাদেয়ে। শো খুদিংমক্তা ঐহাক পুং কয়া কয়া জগোই শাবা ঙমগনি। নঙনতনি ঐবু তোকলো হায়রিবা।"

"হোই, হোই, চুম্মী," ঐনা হায়খি, "মদু নৎত্রবদি নহাক নশাদু ইচোক চোকথরগনি হাযবনি।"

"অসিদসু নত্তেদা, মথং নোংঙাল্লগা ট্রেন তোংদুনা চৎপদা করিসু থোইনা মাঙনিংঙাই লৈতবদু নঙদি ট্রেন্দু হেক্তা নংহৌনবা চিংঙৈনা হোৎনৈ– করিনো খঙজদেদা ঐদি।" ব্রাহে পরেং অসি মহাক হায়বা লোইশিনহন্দে ঐহাক্না। ঐনা মহাকপু চিবোন ওইনা ওম্বোক্না মরৈমরা চাউখ্রবী নুপীনি হায়বি, ফাগি ওইনা লৌদুনা নুংঙাইনা নোকথোকই, মহাকপু অপাম্বা উৎলি অমসুং হিরম অদু মহাকপু কাউথোকহল্লি। মদুদি খুদোংথিনিংঙাই ওইবা ব্রাখল পবিংনি হায়না ঐহাক খল্লম্মী। ঐখোয়না হোৎনবা ঙমজবা অদুদগী তাথনা শেল

তানগদবনি হায়বসি ঐঙোন্দদি ঙক্লা থোকখি। ঐগী দর্শনদি হেক য়ারিবমখে শেল অসিদি অফংবমখে লৌহৌনবা হোৎনগদবনি হায়বসিনি। পৃথিবী অসিদা লৈরিবা শেল পুম্নমক দরকার ওই ঐখোয়দদি ঐহাক থোইনা ইরল-ইথুম লৈজরমদ্রবদবু কনানা ঐবু থৌশাবিগদগে ? হৌজিক ঐনা হেক মায় অসি লৈথোকলুবা মফম খুদিংমক্তা মোমোন মিনোক্লা ওক্লিবা অমসুং থংনবা চৌকিদা হেক ফমলিবা নুপা অদুদা ঐনা করিগুম্বা ব্রা খরা হায়রুবদা মহাক্লা ইকাইখুম্ননা য়াবিরকলিবসিবু কদাইদগী লৈরমগদবগে ? শেল লৈত্রবদি মসুম তৌগদবনি হায়বসি খল্লুবদা ঐঙোন্দা অকিবনা পিক থল্লি। "মতম অসিনা ফরিঙেদা থবক শুদুনা শেল তালহৌদ্রবদি পাপ লংশিল্লবনি ঐখোয়। মতম ফত্তবদা কনানসু ঐখোয়গী ইতেং পাংবিরকলোই।" হেক য়ারিবমখে থুনা ঐহাক শেল অসি চাউনা চাউনা পুথোক্লগে হায়না লেপলে ঐখোয়না খরদং শিজিন্নবদগী হেক লেম্বগা। লৈরিবা মরৈ অমসুং মী লাক্লগা পীজ-পীথক তৌরিবা মওং অদুনা ঐখোয়গী আয় পুম্নমক ইমাঙ মাঙহনখ্রে। করি করিগুম্বা মতমদা মহাক্লা হায়রকই, "লুপা লিশিং অনিবু থা অমদা ঐখোয় অনিখক্তা লৈবদা চঙবা। খরা হেন্না চমথোক্লা লৈবা য়াবা মওংসিবু লৈত্রবরা ?"

"মদুদি ঐ তৌগেদা; ঐখোয়না লুপা লিশিং অনি খরচ তৌরিবসি তৌনিংঙাই লৈদুনা তৌরিবনি। ঐখোয়গী থাক অমসু থম্বা তাই।" য়াম্না মুন্না খল্লুরবা মতুংদা বেঙ্ককী হিসাব অদু মহাক্কী মমিংদা থম্লে। শেল তোনখিবা মীশিং অদু অমুক হন্না ঐগা উনরুবা পাম্লক্তে। ঐগী য়েথোকপদদা হৈনজবা উকিল অদুসু মহাক্কী মফম অদুদা কেশ অদু অদুম চত্থরি, করিগুম্বা মতমদা সহি অমতং তৌননবা নৎত্রগা শেল লৌননবা লাকই অমসুং হিরম পুম্নমক ঐবু অমুক ব্রাহন্দনা মতোম্মতা অদুম চত্থরি। ঐনা সহি তৌ হায়বা চেকতু নলিনীনা হেক্তা সহি তৌই। ব্রা অমতংগা হায়হৌবা তাই; ঐনা করিগুম্বা টাউন্দা লৈবা মতমদদি পুং কুনমরিসি চুপ্পা মরুপমপাং ময়াম খোমজিল্লগা জুবার শান্নে। থবক অসিগীদমক্তা ঐহাক কা অমা শংদোক্তুনা থম্মী; ইশাগী মীনাই অনিখক্লা মরক মরক্তা চাননবা অমসুং কোফি পুশিল্লকই চাক ফাওবা মফম অদুদা পুরকই; মহী-মনাই থকপা য়াদে হায়না থিংবগী হুকুম লৈরবসু ঐখোয় লোম্না লোম্না মহী-মনাইসু থকই— মহী-মনাই থকপা য়াদে হায়বসি ঐগুম্বা তৌবা ঙম্বা ইব্রা চৎপা মীদদি পান্দবা জাৎনিদা। ডাক্তর সার্টিফিকেট অমা ঐহাক ইশাগীদমক্তা য়ু অসি দরকার ওই হায়হন্দুনা লৌথোকলুই। ঐহাক ইশামক্তি য়ু থকপসি কয়া

থোইনা পামলুদ্রবসু, ঐহাক হুইস্কি গ্লাশ অমা পুং কয়া চুপ্পা পায়দুনা থম্মী। "পার্মিট পায়বা" হায়বসি ঐখোয়গী লম অদুদা সমাজদা থাক অমা লৈজরবা ওইনা খল্লরম্মী অমসুং পার্মিট অসিদি ফংবা ৱানা থোকপনা মরু মরু ওইবা মী কয়া ইনাক্তা তিল্লে। পার্মিট পায়দবা কাংবুশিং অদুদা য়ু পিথকপা মতমদদি ঐহাক থোঙনাউ থিংজিন্দুনা আইনবু ব্যবহার উৎলি। মী মখল খুদিংমক্তা ঐবু রাজ হায়না কৌনে অমসুং নঙন্দা খুবাক্তা পোপ পোপ থাই। করিগুম্বা মতমদা ঐখোয় নুমিৎ কয়ানিমুক চুপ্পা গ্লাশ শান্নে: মদুগীদমক্তা ঐহাক লিশিং অনিগী চেক অমা কাইহল্লুই অমসুং মফম অদুদা লৈরিবা মী অতৈশিং অদুসু ঐগা চপ মান্ননা পুথোকপা ঙমগনি হায়না খল্লুই। মী মখল খুদিংমক্তা লুনা চান্না তিন্নবনা, ঐহাক সরকারগী অরোনবা থবকনা করিনো, বাজারদা করি তৌরি, দিল্লীদা, শগোল লমজেল তান্নফমদা অমসুং হাপ্তা অসিগী মনুংদা কনা করি তৌরি, কনা কনানা করি করি ওইরক্কদৌরি অসিনচিংবা পূন্নমকসি খঙবা ঙম্লম্মী। ট্রেনগী রিজার্বেসনদি মিকুপ অমদা হেক্তা ফংবা ঙম্মী, কনাগুম্বা মী অমবু কোর্ট কাথোক-কাশিন তৌবদগী কনবিবা ঙম্মী, থবক তোকলুরবা ওফিসার কয়া মফম হঞ্জিনহনবা ঙম্মী, কো-ওপরেটিভ ইলেক্সনগী ভোট ময়াম ফংহনবা ঙম্মী, কমিটিগী মেম্বর অমা খলহনবা ঙম্মী, মী অমবু থবক হাপ্পীবা ঙম্মী, স্কুলদা অঙাং মমিং চনহলবা ঙম্মী, মীনা য়ানদবা ওফিসার অমবু অতোপ্পা মফমদা থাংদোকহনখিবা ঙম্মী, পূন্নমক অসি মরু ওইবা সমাজগী সেবানি অমসুং চৎনরিবা বাজারগী মমল অদুদা লৈবা মতিক চাবা ইঁহেনি হায়না ঐহাক খল্লকই।

অসুম্না হিংবগী নুংঙাইবা মরক অসিদা ঐহাক মার্কো হিংলি হায়বসি ইকাউ কাউথোকলুরে। মহাক্কী মমিং অসি ঐখোয় ইপন পন্নদে। মহাক হৌজিক ফাওবা গ্লোব অসিদা হিংদুনা লৈরি হায়বসিদি ইখনবু খল্লুদনা চেকশিন্দবা য়াদবা মহাক্কী ময়ুম মনাক্তা শো উৎপা অদুদদি মচেকশিল্লে। মহাকপু অমুক হন্না মায়োক্লদুনা উনবগী অৱাবদু ঐহাক লৌনিংদ্রে। নলিনীগী মপুক্লিংদা করি খল্লবগে হায়বদুসু ঐহাক খঙলুদে। হৌজিকসু মহাক্কী ৱা নিংশিংলুবদা মহাক শাউনিংবা পোক্লমগনি হায়না নিংই অদুনা মাগী মরমদা নিংশিংবিরুদবনা হেন্না ফৈ। মহাক্কা তিন্নরম্বগী ৱাখল পূন্নমক ইমম মমশিল্লকলে, পুমওন ওন্থোকপা ঙমদনা মমি তাদুনা লৈহৌরে অদুনা মহাক লৈত্রে হায়না খল্লুই। মহাক্কী অনৌবা মিং অসিনা নলিনী অসি মশক মমিং নিংথিনা খঙবা ঙমলোই হায়নসু খল্লুই

ঐহাক অদুবু ঐনা খল্লুরিবা অদুদি অরানবা ওইরমলে। মালগুডীদা ঐখোয় চয়োল অমা পূরা শো উৎলে। ডাক পিয়ন্না নোংমদি লাইরিক অমা পুরক্লম্মী। মহৌশানা ঐদি চিঠি-নুংথি ময়াম ফংই— পূম্নমক অসি ঐগী সেক্রেটরীনা ফাক্তোক্তুনা য়েংলগা হৌনবী অদুম তৌখি। তামিল অমসুং ইংরাজীদা অয়েকপা লাই য়াওবা জর্নেল খরসু নলিনীগীদমক্তা থারকই। বার্ত্তন তৌরকপা চিঠিদা নত্তনা ঐহাক অতৈদদি ইয়েং য়েংলুদে, অমসুং লাইরিক্কা জর্নেলগদি শুকয়েংবু য়েংলুদে। ঐহাক্তি ইথৌ চিনবা মীনি, হৌজিক্তি লাইরিক অমা পায়দুনা ফমদুনা পাদুনা লৈবসি ওইথোক্ত্রে অদুনা ঐগী সেক্রেটরীদা মখোয় অদুগী মবমদা অমুক হ্রাহনগনু হায়না শিন্নরম্মী। অদুবু নোংমদি মহাক্না ময়োম অমা, "মসিবু য়েংবিনিংগদ্রা। মসিদি ফনা নুঙাইগদবা মাল্লি হায়না খঞ্জে," হায়রদুনা পুদুনা লাকলে। মহাক্না লাইরিক অদু হাংদোক্তুনা পায়খৎলকলে। ঐনা মদু মঙোন্দগী মুল্লম্মী। মদুদি মার্কোনা ইবা লাইরিকনি — অয়েকপা লাই অমসুং টিকানা পিক থন্না য়াওবা লাইরিকনি। "লামাই ... দা য়েংঙু" হায়দুনা পেনসিলনা অমসু চিংশিল্লকই। ঐনা হাংদোক্তুনা য়েংলুবদা মমিং থাদুনা য়াওবমলে, "মেমপী চীংগী লাইশিং।" অধ্যায় অদুগী মকোক্তা অশম্বা পবেং অমখক, "লাইরিক ইবনা মালগুডী রেলবে ষ্টেশনগী শ্রীরাজু হায়বদুনা পাংবিখিবা মতেং অদুগীদমক্তা লমন তোল্লে হায়জরি" হায়না য়াওরম্মী। লাইরিক অদু অইবা মী অদুগী পাউতাক মতুংইন্না বোম্বেদা লৈবা লাইরিক অদু ফোঙবা ফার্ম অদুনা মখোয়গী কমপ্লিমেন্টসকা লোইননা থারকপনি। মদুদি লুপা কুন পীবা য়েংবদা মিৎ হেক থকহনবা, আর্ট প্লেট কয়ামুক য়াওবা "খা ভারতকী সংস্কৃতিগী ইতিহাস" হায়বা বিষয় অসিদা ইবা লাইরিকনি। মদুগী বিষয় অসিগী মরমদদি অথোইবা লাইরিক ওইরম্বা য়াই অদুবু ঐগদি ওম্ভোক্না থাপ্নরে। ঐনা সেক্রেটরীদা হায়খি, "ঐহাক মসি থমগে। ফরে ফরে।" ঐনা চেনাশিং অদু ফাক্তোকলুই। অঙাং অসিনা মসিবু করিগী মহাকপু খঙলবা জাৎলা ? নৎত্রগা — ? ঝাখল অদু ঐহাক খল্লুদ্রে; মখুমগী অতিয়া মচুগা সনামচুগা অমসুং চেশিং অসি ফজবসিদা মহাক পাল্লম্বসু য়াই। ঐঙোন্দা মদু উহলহৌদ্রবদি কবিগী উক্তিবনো হায়না মরম হংলকপা য়াই হায়না মহাক কিজরম্বসু য়াই। মদুনা অদুম লোইরে। অদুনা ঐনা হায়রম্মী, "থেঙ্ক ইয়ু, ঐহাক মসি পাগে।" অদুদগী মসিগী মবমদা ঐহাক করি তৌসিগে হায়বদু খঙদ্রদুনা ওমদুনা অসুম লৈবে। মথক্তা নলিনীগী মনাক্তা পুদুনা চৎসিরা, নৎত্রগা — ? ঐহাক ইতোম্মতা হাযজরম্মী, "মঙোন্দা

করিগীদমক্তা মসিগী মরমদা অমুক ব্রাখল খলহল্লুগদগে যেশা ওইরবসু মসি মঙোন্দদি মতিক চানা তনবা পোকহনখ্রবা লাইরিক লাইশুগী থবকনি।" মনুং অদুদা চিঠিকা য়েপ্তুনা য়াওবরা য়েংগে হায়দুনা ঐহাক অমুকসু ফাক্তোক্তুনা য়েংলুরে। য়াওদে। মসিদি বিজুলিগী বিলগা চপ মান্ননা কনাদসু অপান্ননা হায়রকপা নত্তে। ঐনা লামাই ১৫৮ শুবদা হাংদোক্তুনা মহাক্লা ইরকলিবদু অমুক হন্না পারে। ঐগী ইমিং ছাপা তৌদুনা নম্লকপদু উবদা হায়ফম খঙদনা নুঙাইবা পোকই। অদুবু মহাক্লা অসুম্না তৌরকইবসিবু করিগীনো ? মহাক্কী ব্রাখল অদু লাম্লবা হোৎনবদা ঐহাক ভাবককা ইতা তাদনা ইঙাও ঙাওরক্লে। মসিবু মহাক্লা ব্রাশকখিবা অদু চুম্না ঙাক্লনবা তৌরকলিবরা নৎত্রগা মহাকনা ঐবু অসুক তরাই তরাইনা হেক কাউথোকখিদে হায়বসি উৎননবরা ? অমা অমা ওইববসু লাইরিক অসি মশক ইউৎ উত্তবনা খ্বাইদগী ফরে হায়না খল্লে। ঐনা মদু জুব্রার শান্নফম কাগা থংননা লৈবা ঐগী খ্বাইদগী অবোনবা য়ুম অদুগী মনুংদা চেকশিন্না ঙাকশেন্দুনা থম্বা মফম য়ুগী উপু অদুদা পুরে, মদুগী শো অদুসু খ্বাংদা পুল্লি, লাইরিক অদু উহন্দনা পুশিন্দুনা শো লোনশিন্দুনা থমলে। নলিনীদি মদুগী মনাক্তা অমুক্তা চঙলুদে। লাইরিক অদুগী মরমদা ঐহাক মঙোন্দা শুকতাক তাকলুদ্রে। ঐনা ইতোম্মতা হায়জখি, "মঙোন্দা মদুনা করি তৌগনি ? লাইরিক অসিদি ঐঙোন্দা থারকপনি অমসুং লমন তোল্লিবসু ঐগী ইতেং অদুনি।" অদুবু মদুদি অশিবা লোৎপগা চপ মান্নপ্রে। সংসার অসিদা করিগুম্বা অমতা লোৎপা নৎত্রগা নমথদুনা থম্বা য়াদে হায়বসি ঐহাক পোলোই ওইনা খঙলকলে। অসুম হায়না তৌরিবা পূম্নমক ছাতিন্না নুমিৎপু খনগে হোৎনবগুম্বনি। নুমিৎ হুমনিগী মতুংদা ইলষ্ট্রেটেড ব্রিকলি ওফ বোম্বেগী ময়ায়গী লামাইদা মার্কোগী ফোটো য়াওরক্লে। ইলষ্ট্রেটেড ব্রিকলি হায়বসি নলিনীনা পাজবা চে ময়াম অদুগী মরক্তগী অমনি– মসিদা লাই, ব্রারী অমসুং মহাক্লা পামজবা রচনা কয়া কয়া য়াওরম্মী। ফোটো অদুদি মহাক্কী লাইরিক অদুগী মশক তাকপগা লোইননা ফোঙদোকপনি, মদুদা হায়রি, "ভারতকী সংস্কৃতিগী ইতিহাসকী মবমদা খ্বাইদগী মরু ওইনা পুথোরকপা অমনি।" হোল অদুদা কনাগুমবা উনবা লাকপা মী অমতা উহন্দনা ঐহাক ঐগী হিসাবতু য়েংদুনা লৈরম্মী। ঐহাক কন্না চেনবা খোঙথাংগী মখোল অমা তারকলে। ঐনা লৈথোকলুবদা ইপা পাখৎলদুনা মহাক মখুত্তা মেগাজিন অদু পায়রদুনা লাকপা উরে। লামাই অদু ঐগী ইমাঙদা উহল্লগা

মহাক্না হায়রকই, "মসি উগ্রবরা ?" ঐসু চপচানা ইঙক ঙকপা উৎলদুনা মঙোন্দা হায়খি, "তপথখোবা। ফম্মু।"

"মসিদি তশেংনা অচৌবা থবকনি। মহাক্কী মপুন্সি অসি মসিগীদমক্তা মহাক থবক নোমখিবনি। লাইরিক অদুবু করি মাল্লমগদবনো ঐদি খঙনিংইয়ে !"

"ও, অহৈঅশিংগী বানিদা মদুদি। ঐখোয়না মদু খঙবা ঙমলোই। মসিগী মরমদা পামজবশিং অদুদদি নুংঙাইনা অদুম থোকলমগনি।"

"ঐদি লাইরিক্তু য়েংনিংলিয়ে ! ঐখোয় মদুবু ফংবা ঙমলোইদ্রা কদাই কদাইদনো ?" মহাক্না খুদক্তা ঐগী সেক্রেটরী অদু কৌরে মমাঙদা অমুক্তা তৌখিদ্রিবা থবকনি। "মনি," মহাক্না লাই অমা মহাক্কী মমাঙদা উৎলদুনা হায়রকই, "লাইরিক অসি নহাক লৈরকপা তাই শোয়দনা।" মহাক্না খরা নকশিন্না চঙশিল্লক্তুনা পরেং অদু পারগা ঙাইহাক্তং খল্লুরে অদুগা ঐঙোন্দা য়েংলক্লগা হায়রকই, "ফনি, ইবেম্মা।" ঐনা তহ্য তহানা মঙোন্দা হায়খি, "চিঠি অসি পুদুনা পোষ্ট ওফিসতা নশানা চৎলুচো অদুগা থেঙবগী দিয়ু হাপ্পা কাউগনু।" মহাক চৎখ্রে। মহাক্তি হৌজিক ফাওবা ফমদুনা লৈরি। মী উনবা লাকই থোরকউ হায়দ্রবদি মহক্তি মখাদা অমুক্তা কুমলক্তবনি। অসিগুম্বা মহৌশাগা মান্নদবা থবকশিং অসি থোকহল্লিবা ইরাং অসিবু করিনো ? ঐহাক ঙাইহাক্তং লাইরিকতু মঙোন্দা পুথোক্তুনা উৎলসিরা হায়না খল্লুরে। অদুবু উৎলুরবসু মহাক বা কয়ামুক হংথরক্কনি। ঐনা পূন্নমক অদু চুন্নতা নমশিন্দুনা থমখ্রে। মহাকসু মথক্তা মাগী কাদা হনখ্রে। মমৈথংদা মহাক্কী মপুবোইবা অদুগী ফোটো অদু ককথৎতুনা মাগী ড্রেসিং টেবলদা থমখ্রে হায়বসি ঐহাক খঙলকই। ঐহাক হায়ফেৎ থবাই নুংঙাইত্রে। ঐহাক মদু ফাগি ওইনা খন্দোকপা পান্নম্মী, অদুবু চপচানা বাহে অদু থিবা ফংদ্রদুনা অদুম তোকলে। ড্রেসিং মিরর অদু লান্না চৎপা মতমদা মিৎ অসি লৈথোক্তুনা চৎলি। টাউন্দা কুইনা লৈবা চয়োলনি; নৎলমদ্রবদি কোইচৎ চৎতুনা লৈবনা মদুগী ইলষ্ট্রেটেদ বিকলি অদুগী কোপী অদুমক ফংলমদবসু য়াবনি। হুমনি শুবা নুমিত্তুদা ফমুংদা লৈরিঙৈদা, মহাক্না ঐঙোন্দা ইহান হান্না হংলকপা বাহংসি মসিনি, "লাইরিক অদু নহাক্না কদাইদা থমখ্রবগে ?"

"নঙোন্দদি মদুগী মরমদা কনানা হায় ?"

"করিগীনো ? মসি নঙোন্দা য়ৌরকলে হায়বসি ঐহাক খঙই। ঐহাক মদু য়েংনিংই।"

"ফরে, ঐহাক মদু হয়েং নঙোন্দা উহনগে।" মনিনা শোয়দনা মসিগী দায়ীত্ব ওইবা তাই। ঐগী সেক্রেটরীনা মহাক্কী মনাক্তা মশানা হেক চংবা য়ারোই হায়বসি চৎনবী অমা ওইনা থল্লকপনি অদুবু চৎনবী অসিসু থুগাইখ্রে। মহাক্কী কা হেঞ্জিনবা অসিগীদমক্তা মতিক ওকপা লাক্লগে হায়না খল্লে মহাকপুসু। মোন অদুদা ঙাথরদুনা মখুত্তা জর্নেল অমা পায়দুনা মদু পাবা মালহল্লম্মী অদুবু তশেংনদি খৎনরগে হায়না মহাক শেমশারিবনি। ঙাইহাক্তুং পারুবগুম তৌশিন্নবগা খুদক্তা হংলকই, "করিগীনো নঙনা মদু ঐবু উহল্লোইদবগী অমুক লোৎখোক্তুনা তৌবিববু ?"

ঐদি মদুগীদমক্তা শেমশাহৌদে অদুনা হায়রম্মী, "হয়েং ঙাঙনবা যাদ্রববা ? হৌজিক্তি ঐদি য়াম্না তূমনিংলে।"

মহাক্তি খৎনবগে হাযদুনা থোরক্লবনি। মহাক্লা হায়বকই, "মদু করিগীদমক্তা তৌকবিবনো হায়বদু ৱাহৈ অমদা কোক হেক হায়দোক্লগা থুনা তূমজখিবসু য়াইদনা।"

"মরম অদুনা নঙবু নুংঙাইহনগনি হায়বা ঐহাক খন্দে।"

"করিগী নুংঙাইতনি ? যেশা ওইরবসু –।"

"নঙদি মহাক্লা তৌরিবা থবক পূম্নমক অসি অমুক্তা নুংঙাইনা লৌদে হায়না নহাক ঐঙোন্দা হায়খি।"

"হৌজিকসু ঐহাক হৈনদবদি য়াই। অদুবু মঙোন্দা করিগুম্বা অমা থোকই হায়বসিদি ঐহাক শোযদনা নুংঙাইগনি। ঐনা করি মরমগীনেনা হায়বদু খঙলুদ্রবসু মহাক হৌজিক্তি মমিং অমা লৈজরে হায়বসি তাবদা ঐহাক পৈঞ্জে।"

"থুনা নহাক মাগী মরমদা পামশল্লকপগুম তৌই, অদুতনি। অদুবুনে লাইরিক অদুদি ঐঙোন্দা থারকপনি – নঙোন্দা থারকপা নত্তে কাউগনুকো।"

"মদুনা ঐবু উহন্দনা লোৎশিন্নবগী চপ চারবা মরমলা ?"

"ইশাগী লাইরিক্তি ঐনা তৌনিংবা অপাম্বা মওংদা তৌবা য়াই - য়াদ্রা ? অদুতনি। ঐহাক তূমলগে। নহাক লাইরিক্তি পাদনা অসুম চোইত্রং পাত্রং ৱাখল খন্দুনা লৈগে হায়রগা থাউমৈ অসি মুৎথৎলগা অমম্বদা অদুম খন্দুনা লৈয়ু।" ঐহাক অসুক য়ামনা চেকশিন্দনা ঙাঙলুরিবসি করিগীনো খঙদ্রে। থাউমৈ অদু মুৎথৎখ্রে অদুবু মহাক্তি হৌগত্তুনা ফম্লগা অমম্বদুদা কপলি হায়বা

ঐহাক খণ্ডলে। মিকুপ অমতং ঐহাক মঙোন্দা লাল্লে হায়জদুনা মহাকপু নুংঙাইহন্নবা হোৎনরুসিরা হায়না খল্লুরে। অদুবু ঐহাক মদুসু তৌররোই হায়না লেপখ্রে। ঐঙোন্দদি হন্দক মরকসি মহাক নুংঙাইতবা কয়া ফোঙদোক্তনা মখুম খুমজিন্দুনা থন্নম্বগুম থোকখ্রে। ঐনা অমুক মরক থৎলুদ্রবসু মহাক মতোম্মতা লোইনমক হায়দোকহঞ্জরকপনা হেন্না ফরগনি। ঐহাক লৈথোক্তুনা তূম্বা শাজিন্নরে। পুংখাই অমা হৌখ্রে। ঐহাক থার্উমৈ অদু অমুক থাঙ্গৎলুরে অমসুং মহাক অদু ফাওবা তুমিন্না কপ্তুনা লৈরম্মী। "নঙবু করি তৌরবগে ?"

"অমা অমা ওইরবসু, মহাক ঐগী ইপুরোইবনি।"

"য়াম্না ফরেদা। নঙবু কপহন্নবা মবম করিসু লৈতে। মহাক্কী মগুন অদু তাবদা নহাক হরাওজফম থোকই।"

"ঐহাক হরাওজে," মহাক্না হায়রকই।

"অদু ওইরবদি কপ্পা তোকলো, তূমলুরো।"

"ঐনা মাগী ব্রা পল্লকপদা নহাক শাউরিবা করিগীনো ?"

ঐহাক তূমগে হোৎনবদু কান্নদ্রে হায়বা খঙলকলে। ঐহাকসু শীংনরকলিবা অদুদি মায়য়োক য়াবা তারে। ঐনা খুমখি, "মরম হংলকলিবরা ? নহাক মহাক্না নঙবু করম্বা মতমদা অমসুং কমদৌনা হুন্দোকপীরম্মী হায়বদু নিংশিংদ্রবরা ?"

"ঐহাক নিংশিংই, অমসুং মদুদগী তাথনা ফংবা ঐহাক মতিক চাদবনি। কনাগুম্বা অতোপ্পা মপুরোইবা অমা ওইরন্নবদি ঐবু মফম অদুমক্তদা খুদক অদুমক্তদা থৌরি মেৎখাইদুনা হাৎপু হাৎলমগনি। ঐনা তৌরুবা পূম্নমক অদু খঙলবা ফাওবদা মহাক্তি ঐবু থা অমরোম লোইনদুনা লৈবিরম্বা ঙম্মী।"

"থৌদোক অমগী মরমদা মাইকৈ অনি থোকনা নহাক ব্রা ঙাঙলে। করমবা মাইকৈনা অচুম্বনো হায়না খনফমবু খঙদ্রে ঐদি।"

"ঐসু খঙদে। ঐনা মহাক্কী মরমদা খঞ্জরিবা অসিদি লাল্লম্বসু য়াই। মদু ওইরবসু মহাক ঐঙোন্দদি থৌজাল হৈ।"

"মহাক্না নঙবু শোকপা ফাওবা শোকপিখিদবদুরা ?"

"নহাক ঐবু অদুম হায়না করেম্নরিবরা ?" মহাক ইখঙ খঙহৌদনা চঙজরকপগী মওংদা হায়রকই। ঐহাক মহাকপু মশক খঙবা ঙমদ্রে। মহাকপু খজিক্তসু মশক খঙদনা ঐহাক থা কয়া কয়া চূপ্পা চামিন্নদুনা, তূমিন্নদুনা অমসুং

লৈমিন্নদুনা লেল্লকলিবনি হায়বসি খল্লুবদা ঐহাক পংকিদা কিরকলে। মহাক্কী মপুক্লিংগী ফিবম অসিবু করি করিনোনে ? মহাক অসিবু ভাব তারিবা জাৎলা নৎত্রগা বুদ্ধি চোইরবা জাৎলা ? মহাক অসি লৌনম্বীরা ? মরাল পূম্নমক অসি মহাক্না ইবানী ইহান হান্না উনবা নুমিৎ অদুদা ঐবু মাঙহন্নবা মহাক্কী মপুরোইবদসু পীরমগদ্রা ? ঐহাক্না লৈমিন্নবসি ওক্লক্লদুনা হৌজিক্তি অতৈ অতৈ মরাল কয়ামুকসু মহাক ঐঙোন্দা পীশিল্লক্কদৌরিবরা— ঐবু অপঙবনি বুদুনি ফাওবা হায়দুনা ? ঐহাক শাউনীংলকলে অমসুং নুংঙাইরক্তে। মহাক্না ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্কী মপুরোইববু নুংশিরকলিবসি ঐহাক খাঙবা ঙমদ্রে। মঙোন্দা ইখঙ খঙহৌদনা খল্লকইবা ব্রাখলসিবু করিনো ? মহাক্কীদমক্তা ঐহাকসু ঐনা ঙমজবর্মখে তৌরি। মহাক্কী মশিল অসিদসু মহাক আ মতোল য়ৌনা ফাওজরে। হৌজিক ফাওবা মহাকপু ব্রাহল্লিবসিবু করিনো ? ঐহাক মরম অদু খঙদুনা মদু ফহন্নবা মরম অমতং খঙবা ঙমগদ্রা ? ঐখোয়গী ময়াই কারবা থবক্কী পুন্সি অসিদা হিংবা অসিদা ঐহাক পূম্নমক ইফ ফরে হায়না হেঞ্জিন্না খল্লুরে। "মফম কদাইদনো ঐখোয় ছুটি ওইনা কোয়রুবা তাইয়ে," হায়রম্মী।

"কদাইদনো ?" মহাক্না কারবারগী মওংদা হংলকই।

ঐহাক ইঙক ঙকলে। "কদাইদনো হায়বা ? মফম অমদা হেক্তা ! কদাইদনো অমদা — ।"

"ঐখোয় মতম পূম্নমক্তা কদাইদনো অমদদি চত্তুনা মরৈনা। মদুনা করি অমুক খেন্নবা পুরক্কদগে ?" "করিগুম্বা ঙাঙন-শিঙনবা বার্ত্তনগা লৌদনা ঐখোয়গা চৎলগা নুংঙাইরুগদবনি।" "ঐহাক নাদুনা নৎত্রগা ফৈগলগী শরু অসি তেক্ত্রিবর্মখেদি মদু ওইথোক্কনি হায়বসি খন্দে," মহাক্না মসি হায়রগা মরাল লৈনা ময়া খিগৎলকই।("থাউগী কোলুদা পাল্লিবা শল লাবদু মফম অমদা অহৌবা অমসুং অরোইবা অসুম কোয় কোয়দুনা চত্তুনা লৈরিবনি হায়বসি নহাক খঙদ্রা ?"

ঐহাক হৌগত্তুনা ফম্নগা মঙোন্দা হায়রম্মী, "হৌজিক্কী বার্ত্তনশিং অসি হেক লোইবগা ঐখোয় চৎসি।"

"থা অহুমদরা ?"

"হোই। মসি লোইরগা ঐখোয় স্বর হোন্দোক্লবা মতম খরসু লেপ্পা তাই।" মহাক অসি ওন্থোক্লা ভাব তাদনা উথ্রে মদুদা ঐনা অমুক.হায়রম্মী, "ফরে, নহাক বার্ত্তন লৌহন্নিংদ্রগা ঙম্মরোই হেক্তা হায়দোকউনা।"

"কনাদনো ?"

"করিনোনে, ঐঙোন্দনিদনা ।"

"হোই, নঙনা বার্ত্তনদু লৌশিন্দুনা বইনা হান্না লৌশিল্লুদ্রগা ঐঙোন্দা তাকপীরক্লবদি ।"

মঙোন্দা শাথিনা অৱাবা খবা লৈরে। ঐহাক মহাক্কী ফমুং তান্না চত্তুনা ফমলে খরতং ইশাগী ওইবা মান্নবা মহাকপু মরেংবান্দা পায়দুনা নোম্লগা হায়রুই, "নঙ করি তৌরবগে ? নঙবু নুংঙাইত্রবরা ?"

"করিসু তৌদে। ঐহাক নুংঙাইতে। নহাক মসিগী মবমদা করি তৌবা ঙমগনি ?" ঐহাক পামবোম অসিনা কোনশিল্লে। ঐহাক তশেংনা করিগুম্বা অমতা হায়বা ঙমজদ্রে। "ফবে, নহাক কবিগী নুংঙাইত্রিবনো হায়বদু ঐঙোন্দা হায়রবদি ঐহাক তেংবাংবা ঙমগনি। ঐহাকনা হেক খনবা ঙম্বদদি নহাক্কী করিসু নুংঙাইতনবা মরম লৈতে— নহাক নমিং চৎলে, শেল ফংলে, নঙনা অপাম্বদু নহাক অদুম তৌরে। নহাক জগোই শাবা পাম্মী, মদুসু নহাক অদুম মশাই।"

"মদুগী ৱাখল অদুমক্লা ঐবু হেক ইঁহে হৈনহন্দবা ফাওবা," মহাক্লা হায়রকই "ঐহাক্তি পোন্দা ফাজিন্দুনা থম্বিরবা খুঙ্গংগী মেলাদা কোইপু পুদুনা চৎলিবা তেনৱা নৎত্রগা মহাক্লা ইতত্তনা হায়বদৌনা জগোই শাবা কোইচৎ চৎলিবা য়োংগুম্বনি।" ঐহাক নোকথোকলকলে। খ্বাইদগী ফবা তুমহন্নবা হিদাক্তি ৱাহৈদগী নোকপনা হেন্না ফবে হায়না ঐহাক খল্লে। ৱাহৈ হায়বসিদি মথং ৱাহৈ অমমুক পোকথোকহন্নবগী মগুন লৈ অদুগা নোকপদি, নাসি হেক য়ৈশিনবমখে হৌনা নোকপসিদি পোৎ খুদিংমক পুময়োৎ হেক য়োৎশিনখিবা ঙম্বগী শক্তি লৈ। ঐহাক ইশা ইতোম্মতা অনোকপগী অহৌবা লাইনা লৈবা মীগুম তৌহঞ্জরে। মদু উবদা মহাক কুইনা ইশুক শুকথদুনা লৈবা ঙম্লক্রে। থুনমক মহাকসু লাইনা অদু লৌখ্রে তাৎ তৌদুনা মোমোন মোমোন নোক্লম্বদগী থিক থিক নোকথোকলকলে, মহাক্লা করিনা করিনো হায়বদু খঙবা ঙমদ্রিঁঙেদা মশা অদু নোকপনা ফেৎ ফেৎ হাইরকলে, মহাক্কী নুংঙাইতবা অমসুং অরানবা ৱাখল ময়ামদু নোকপদুদা কাইখ্রে। ঐখোয় পুক্লিং নুংঙাইনা তৃপ্তা চঙলে। মতম অদু নোংয়াই মতুং পুং ২ তারে।

অসুম হায়না খরদং নুংঙাইনরুদ্রবসিদগী ঐখোয় অনিগী পুন্সি অসি রুটিন অমগী মতুং ইন্না চত্থরকলে। নুমিৎ হুমনিগী মতুংদা নুমিৎ হুমনি অদুমক্তি

মহাককা ইথেং থেংনদনা ৱালান ঙাওনদনা ঐহাক জুৱারদা লুপতুনা লৈরুরগা অমুক থেংনবদুদি থোইনা পংকনসু কন্দ্রে। মহাক ৱাখল য়াম্না খনবগী মতাং অমদা লৈরম্মী অদুনা মহাক্কী লম্বী অদুদগী থাপ্না হন্দোক্তুনা লৈবা অমসুং অমুক হন্না মহাকপু শাউগৎহল্লুদবনা খ্বাইদগী ফবে। লাক্কদৌরিবা থা অহুম অদুগী বার্ত্তনশিং অদুদি, য়াম্না মরু ওইবা ঙাক্তনি— খা ভারতকী ঈশে অমসুং জগোইগী খ্বতু ওইবনা, মদুগীদমক্তা ঐহাক বইনাসু য়াম্না য়াম্না লৌশিল্লুরে। মালগুডীদগীনা অমুক মালগুডী তান্না হল্লককদবা মাইল লিশিং অনিরোম চৎকদবা প্রোগ্রাম অমা লৈরি, অদুগা ঐখোয় মদুবু চখোকলুরবদি মহাক্কী মথ্বাই নুংঙাইত্রিবদু ফগৎনবা মতম য়াম্না লৈরি অমসুং ঐনা অদুদগীদি মহাকপু অমুকসু অতোপ্পা থা অহুম অমসু বার্ত্তন লৌশিন্দুনা শিজিন্নবা য়ারি। প্রোগ্রাম অসি কোমথোকহনবগী ভাব ঐহাক্তি ইতৌ তৌদে। মদুদি ওহ্নোকনা দরকার ওইখিদ্রবা ইশা ইতোম্মতা মাঙহঞ্জবনি হায়না খঞে। চহি মচেৎ মচেৎ ওইনা ঐনা মহাকপু হেক ঙমজবমখে মথ্বাই নুংঙাইহন্দুনা থম্বসিতনি ঐগী উপায়দি।

থোইদোকপা থৌদোক অমতা থোক্তনা ঐখোয় প্রোগ্রাম অদু পাংথোকলুরে। মালগুডীদা অমুক হল্লকলে ঐখোয়। নুমিৎ নিনিখক্কীদমক্তা মনিদু ছুটি লৌখি, অমসুং ঐহাক ইশামক্তা টেবলদা পৈদুনা লৈরিবা চেয়াম অদু ফাঙ্গোক্তুনা যেংলুই। বার্ত্তনগীদমক্তা থারকপা চেশিং অদুনা নাকল অমদা ঐহাকনা পৈদুনা থম্মী। বার্ত্তনশিং অদু হেক্তা লৌশিল্লুবদু হান্নগুম্না ঐহাক খরা চিংনরে। পাউখুম পীদ্রিঙৈদা মহাক্তা হান্ননা ৱা ঙাওনহৌবনা ফগনি খল্লি। তশেংনদি মহাকসু বার্ত্তনশিং অদু য়ারক্কনি অদুবু ঐহাক মহাকপু তান্নবিরম্মী হায়বসিদদি খঙহন্নিংই। ঐহাক মখল মখল খন্দোকলে। থুনমক ঐহাক চিঠি "রোজি, এলিয়াস নলিনী' হায়না থারকপা অমখক থেংনকরে। মদুগী মথক্তা মাদ্রাজদা লৈবা উকিল অমগী ফার্ম অমগী মমিং থারম্মী। ঙাইহাক্তংদি মদুদা করি তৌসিগে হায়না ঐহাক ইঙক ঙক্তুনা লৈরে। মহাক্তি মথক্তা লৈবম্মী, মহাক্কী লোইবা লৈররোইদবা জর্নেল অমা পাদুনা লৈরম্বা য়াই। চিঠি অদু হাংদোক্লসিরা হায়না ঐহাক তৌফম খঙদনা লৈরে। মদু মহাক্কী মনাক্তা পুদুনা চৎলগে হায়না খরসু খল্লুরে— ইশাগী ভাব তারিবা শরুক অমনা হায়রকই, "মসিদি মহাক্কী মথৌ ওইজগদবনি। মহাকসু মপুং মরৈ ফারবা মীনি, মশাগী মথৌসু অদুম মরৈজবনি। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মসি মহাক্লা থোকপা তৌজসনু।" অদুবু মসিদি ঙাইহাক্তগী ওইবা অথুবা ৱাখলনি। চিঠি অদুদি

নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা রেজিষ্টার তৌদুনা থুংলবনি, মনিনা মদু লৌহৌরগা টেবলদা থনম্বনি। মতোল অদুদা চাউরবা চাজুম অমসু নমলি। মদুদা ঙাইহাক্তংদি তৌফম খঙদ্রদুনা য়েংদুনা লৈরে ঐহাক চাজুম অমখক্তা করিগী ঐবু কিহনগদৌরিবনো হায়না ইতোম্মতা হায়জরদুনা মদু হেক্তা হাংদোকলুরে। ঐনা মদু য়েংথোকলুবদুদা মহাক নুংঙাইবা তৌরোই হায়না ঐহাক খঙই। চিঠি অদুদি উকিল অমদগী থারকপনি অমসুং মদুদা ইরম্মী, "ইবেম্মা, ঐখোয়গী ক্লাইএন্টকী নিংবা মতুংইন্না নঙগী সহি তৌবিরক্লবা দরখাস্ত ফোর্ম অমখক মসিদা হাপ্তুনা থাজরি– মসি বেঙ্ক অমখক্তা থমলিবা সনা-লুপাগী উপু অমখক লৌথোক্লনবনি–, মার্ক তৌরিবা মফম অসিদা সহি তৌবিরকউ। মদু ফংলবা মতুংদা ঐখোয়না অতোপ্পা সহি অমদুসু লৌননবা হোৎনজগনি মবমদি থমলিবা পোৎ অসি নখোয় অনিগী অপূনবা মিংদা লৈরিবনি হায়বসি নহাকসু খঙবিরমগনি অমসুং নখোয় অনিগী ওইনা পূন্না লৌথোক্লগা মতম চানা ইন্সুরেন্স তৌদুনা মদু থাজরক্কনি।" ঐহাক নুংঙাইরে। মসিনা ঐঙোন্দা মহাক্কী ওইনা সনা লুপা হেন্না পুরক্কদৌরিবনিকো ? তশেংনদি মহাক্তি চাউথোকচগনি। অদুবু উপু অদুবু কয়া চাউরমগদবা ? মনুংদা য়াওরিবা অদুনা কয়ামুক্কী মমল ওইরমগবা ? মতম খরদি ঐগী থম্মোই অসি ইরাং হেক লাংহনবা ব্রাহংনি মসিনা। চিঠি অদুদা করিগুম্বা লংলা-লংজিন খরা ফংনবা ঐনা য়েংলম্মী; অদুবু উকিল অদুসু ব্রাহৈদি ওম্বোক্লা লিক্লা শিজিন্নরকপ্রে। চিঠি অদু পায়দুনা মঙোন্দা পীবীরুরগে হায়না ঐহাক চৎপা হৌরকলে। অদুবু সিড়ি অদুদা ঐহাক লেপলে। ঐগী কাদা অমুক হল্লক্তুনা ব্রাখল তৌদুনা ফমদুনা লৈ। "ফরে, মসিগী মরমদা ঐহাক খনখিগে। করিগী হাথু হাথু তৌগদগে ?" ঐহাক ইতোম্মতা হংজরম্মী। "মতম অসুক কুইবসি মহাক উপু অদুতা ঙাইদুনা লৈরক্লিবনি। নুমিৎ নিনিখক্তবু করি কায়বা লৈবগে ? মহাক মসিগী মরমদা শুকপন পন্দেনা, মহাকতি ইথৌ থৌওইরমদবসু য়াইদা।" চিঠি অদু ঐগী য়ু হাপ্পবা উপু অদুদা পুশিন্দুনা শো লোনশিন্দুনা থমলুরে। মনি লৈতবসিদদি ওম্বোক্লা ফপ্রে। নৎত্রবদি মহাক্লা অমুক্তোইবা মফম মরাং, ইখঙ খঙহল্লমলরোইদবনি। অসিগী মতুংদা উনবা লাকপা মী খবসু অমুক থেংনরে। ঐহাক মখোয়গা ব্রারী-ব্রাতাই খবা শারে অমসুং নুমিদাংব্রাইদনা মরুপ মপাং অমা অনি উনবা চৎলুরে। মাইকৈ কযামুক্তা পুক্লিং অসি চিংথোক্লবা ঐহাক লাক্লরম্মী অদুবু উপু অদুনা ঐবু অসুম খন্দুনতা লৈহল্লে। ঐহাক যুমদা থেঙনা

হল্লকই। মথক্তা কাখৎলুদ্রে। ঐহাক মহাক্কী খোঙজিগী মখোল তারম্মী অমসুং মহাক ওৱাইরি হায়বা খঙলে। য়ুগী উপু অদুদগী চিঠি অদু লৌথোক্লুনা অমুক ঐগী ওফিসকী টেবল অদুদা লাকলে। মদু চেকশিন্না হাংদোক্লদুনা অমুক হন্না পারে। মদুদা য়াউরক্লিবা দরখাস্থ অদুদা ঐহাক য়েংলুই। মদুদি ছাপা তৌবা ফোর্মনি; মহাক্কী সহি তৌরবা মতুংদা মার্কোগীসু তৌগদৌরিবনি। নুপা অসিনা মসিবু হৌজিক অমুক থারক্লিবসিনা করিগীনো ? মঙোন্দা অমনবা উপু অমা হন্না পীনিংলকপগী থৌজাল অসিনা করিগীনো? মহাকপু ফাননবা মহাক্লা লাং থাকলিবা জাৎলা নৎত্রগা করি ওইরমগবা ? নুপা অদুবু ঐনা মশক খঙজবনা– মসিদি মহাক্কী বাফম পূম্নমক চুন্না অমসুং তশেং তশেংনা লোইথোকচগে হায়বা নত্তনা মহাক্কী লাইরিক অদুদা ঐনা তেংবাংবিখিবা অদুগী লমন তোল্লে হায়রকপা অদুগুম্বা অতে অমা ওইরম্লবোই হায়না ঐহাক অরোইবা ওইনা খল্লে। মহাক্তি পুকচেল চন্না মেছিনগুন্না পুকচেল শেংবা ঙম্মী; মহাক্কী ভাইচবশিং অদুদি কায়দ্রি; রোজিগী উপু অদুগী মরমদা অমুক দায়ীত্ব লৌরুনবগী মবমসি মহাক লৈত্রে হায়না খল্লম্বা তাই। চুমসু চুম্বনি। রোজিগী উপু অদুগী চপ চাবা লৈফমদি মফম অসিদনি। অদুবু মদু করম তৌনা লৌথোরক্কদগে ? রোজিনা চিঠি অসি উখিবা থোক্লবদি করিগুম্বা ঈশ্বরতনদি মহাক্লা করি তৌরক্কদগে হায়বদু খঙগনি। মদু মহাক্লা কারবারগী মওংদা তপথনা য়েংবা ঙমলোই হায়বগী অকিবা অমা ঐঙোন্দা পোক্লকই। মহাক শাউবনা হেন্না মফম মরাং অমতা ইখঙ খঙদবা য়াই। মদুগী মরমদা অঙাউ অঙাউবা ভাব কয়া শাজিন্দুনা মহাক্লা লাউরক্কনি, "য়েংউসে, মহাক্তি কয়াদা পুকচেল চাউখ্রবা" অমসুং মশাবু অৱাবা পীজদুনা ঐগা খৎননবা হোৎনরক্কনি। হন্দক মরক্তি নোংমৈ তেংখল অসি করিনা থৈদোকখিগদগে খঙদ্রে। চুম্নতা ইলষ্ট্রেটেদ ৱিকলিদা মহাক্কী ফোটো য়াওরকপনা মহাকপু ইঙাও ঙাওহনখি– লাইরিক্কী থৌদোক অদুদগীদি ঐহাক য়াম্না চেকশিল্লে। ঐহাক মঙোন্দা লাইরিক অদু শুকউৎমক উত্ত্রে।

মথংগী নুমিত্তা ঐহাক মহাক্লা মদু যেংগে হায়রকপা ঙাইদুনা লৈবে, অদুবু মহাক মদুগী মরমদা হায়রকখিদ্রে। মতাং অদুদা মদু অসুম থম্বনা খ্বাইদগী ফরে হায়না খল্লে। ঐহাক চেকতি য়াম্না চেকশিল্লম্মী। ঐহাক মহাকপু মথৱাই নুঙাইহন্না অমসুং মথৌ চিলহন্দুনা থনম্মী, মদুতনা লোইরে; অদুবু ইবানীগী মরক্তা করিগুম্বা মওং অমগী ঈহে হৈনদবগুম্বা অমদি লৈবে হায়বসি ঐহাক ভাব তারদুনা য়াম্না হৈশিংনা ইশাসি তোখাইনা লৈননবা হোৎনরে। মতম

খরগা হেন্না হৌখ্রবদি মহাক পুমফ ফরগনি হায়বসি ঐহাক খল্লি। অদুবু মঙোন্দা চিঠি অসি উৎলুবা হায়বসিদদি ইতোম্মতা হাৎননবা হোৎনজবা ওইনা থোক্কনি হায়বসি ঐহাক খণ্ডই। মহাক্কী মপুকচেল্ল চাউবগী ব্রা নত্তনা মহাক অতৈ ব্রা অমতগী মরমদা ঙাঙনসি হায়বা য়াদবসু য়াই। নৎত্রগনা (কনানা খঙবনো) পোৎ খুদিংমক লংখাইরমদুনা মহাক্কী মনাক য়ৌনা চৎখিনবা মথংগী ট্রেন অদুগী মরমদদা পংঙাংতা ঙাঙদুনা লৈখিবসু য়াই। অদুবু চিঠি অসিনা তৌনগদবসিবু করিনো ? পুমকাউ হেক কাউথোকখিবা ফাওবা মসিতা হুইস্কি লিকলি মরক অসিদা অদুম তাদুনা লৈখ্রসনুদা. ঐহাক ইতোম্মতা হায়জদুনা শক হঞ্জিন্না নোকই। চাক চাবা মতমদা ঐখোয় মহৌশাগুম্না অদুম ফম্মিন্নদুনা মরী ইঁরে লৈনদনা নুংশিৎ-নুংশা, রাজনীতি অমসুং মনাম্মশিংগী মমল অমসুং ফিবমগী মরমদা ৱারী-ৱাতাই অদুম মশাই বিষয় অদু চেকশিন্না চাকখুমগী ৱাতা ওইনা ঙাঙননবা হোৎনৈ ঐনা। ঐখোয় অতোপ্পা নুমিৎ অমদগা চৎথরবদি ইফ ফরগদবনি। হুমনি শুবা নুমিৎ অদুদদি ঐখোয় অমুক চৎলগনি, অমসুং লম্বী চৎপগী নিনখোংবা ময়াম অদুনা ঐখোয় ইশা ইশাগী নুংঙাইতবশিং অদুদি ইকাউ কাউহনখ্রগনি। চাক তোক্লবা মতুংদা, হোলগী সোফা মথক্তা মহাক ক্বা চাগদবগী ফমলি, টেবলদুদা লৈরিবা জর্নেল অমা পায়খত্তুনা ফাক্তুনা য়েংলি অদুদগীদি মথক্তা কাখৎখ্রে। ঐহাক অৱাবা কোকলে। হরি বান্দোং কোইহাই হাইরম্বদু হৌজিক্তি চপ লেপ্তুনা মহৌশাগুম্না লৈবে। হিসাব য়েংদুনা ঐগী ওফিসতা ঙাইহাক্তং ফমলে। ইনকম টেক্সকী ষ্টেটমেন্ট অদু চয়োল অনিগী মনুংদা থাদোকখিবা তারম্মী। ঐহাক ইশাগী যাম্না লোনখ্রবা হিসাব অদুদা ঐখোয়গী ফিবম কমদৌরি অমসুং ঐখোয়গী খরচগী হিসাব অদু কমদৌনা থমগদগে হায়না য়েংদুনা লৈরম্মী। অসিগুমবা খঙবা ঙমদ্রবা হিরম অসিদা মিকুপ অমতং খল্লুরগা ঐহাক মথক্তা কাখৎলে। মহাকপু করিগুম্বা লাইবিক অমগী চেনাশিং অদু ফাক্তুনা পাজরম্নবা নৎত্রগা তুমজবম্নবা ঐহাক মঙোন্দা মতিক চানা মতম পীবীরে হায়বসি ঐহাক খণ্ডই। ৱাবী-ৱাতাই শাবা হৌবক্তবতনি হন্দক মরক্তি ঐহাক ইশা ইতোম্মতগী পুক্নিং অসি ফাওবা অরেপ্পা ইখঙ খঙদবগুম তৌরে। চিঠি অদুগী মরমদা কোক হেক হায়দোক্লুগদ্রা হায়না ইতোম্মতা চিংনজরে। কোক অসি মোন অদুদা ঙাদুনা ফোরমুলা অসি খল্লম্মী: "ঐহাক তূম্বা তারে হায়না খল্লি। নঙ লোইরগা থাউমৈ অদু খরা মুৎথৎপিরম্মু ?" মহাক্লা করি করিনো খরা শ্রু শ্রু নৈশিন্দুনা খুম্নকই। উপু অদুগী মনুংদা সনা লুপা কয়ামুক য়াওরমগদগে ? অদুবু মহাক্লা মঙোন্দা পীবা

নংত্রগা মমাগী খুদোনপোৎ ওইরমগদ্রা নংত্রগা করিবু ওইরমগদগে ? মহাক অসিবু করম্বা নুপীনোনে ! মসিগী মরমদা অমুক্তসু খল্লুবা তৌদে ! সনালুপাশিং অদু অরিবা, থাইনগী ওইরমদুনা মহাক থৌশারমদবসু য়াই অদু ওইরগা হৌজিক্তি য়োম্ছোল্লগা শেঙ্গং ওইনা ওম্ছোকপা য়াই, অদুগা কনাগুম্বা ইনকম টেক্সকী ওফিসার অনতনা মদু অল হায়বা ফাওবা মমঙদসু মঙলরোই। মদুগী অয়াম্বা শরুক্তি চেকশিন্না মীপোং উরোইদবা মফমদা থম্বা তাই। অদুবু কনানবু হায়বা ঙমগদগেনে— মার্কো হায়বদুসু মরিং মরাংবা মীনি অঙক অঙকপা থবকসু তৌথোরকপা য়াই। মহাক্তি করিসু মমল য়াওদবা ময়োম ফাওবা বেঙ্কতা থম্বা ঙম্বা মীনি মরমদি মদুনা তৌফম থোকপা অচুম্বা থবকনি— মদুনা তৌফম থোকপা অ-চু-ম্ব-নি ঐহাক কুমথরক্লে।

থুনা নোংয়াই মতুংদা ঐহাক মিকপ থোরকলে। মহাক্তি নাখোকলক্ষ্মী। ঐহাক ব্রাখল অমখক খল্লকলে। মদুদা অকক্লবা মতমগা ইরকপরা হায়বদু ঐহাক য়েংনিংলকলে। চিঠি অদু ঐনা অসুম লোৎশিন্দুনা থম্লগা করিগুম্বা শাথিবা থবক খরা থোরক্লে হায়না খল্লু। খুদক্তা কুমথদুনা ঐহাক দলিল অদু য়েংলুরগে নিংলে। অদুবু ঐহাক হৌগৎলুরবদি মহাকসু মিকপ থোরক্তুনা করি করিনো অমুক হংথরক্কনি নংত্রগা ঐনা মদু শুকউ হেক উশিন্নদ্রবদি, করি তৌরক্কনি ? উপু অদুদি চেকশিন্না অসুম লৈবা য়াই— নংত্রগনা— ঐহাক্লা চখোকখ্রিঁঙদা উকিল অদুনা মদুগী মরমদা অমুক থৌদোক কয়া কয়া থোকহল্লকপা য়াই। ঐনা অহানবা খল্লুবদুদগী হেন্না মসিনা শাথিনা ব্রাহল্লে। নুপা অদুনা তৌথোরকপা অমতা ইংনা চিক্লা নংত্রগা খ্বাইগী হৌনবীদা খক তৌরক্তে। মদুনা অমুক থাজবা ঙমদ্রবা মফম-মরাং খঙদ্রবা চনৈনবা কয়াদা পুশিনবিরক্লে। মসিগী মরমদা ঐহাক অসুম খনবসিদা ফুরিৎখাউদা পোকখাইনবা হিদাক দাইনামাইট য়াওরমাল্লে হায়বা ফাওবা খল্লকলে। ঐহাক তূমগে হায়না পুং ৫ তাবা ফাওবা তূমলে অদুদগীদি হৌগৎলে। ঐহাক থুনমক য়ু হাপ্লা উপু অদুদা প্রপ প্রপ চত্তুনা দলিল অদু চিংথোকলুরে অমসুং য়েংলুবে। কয়ারক হন্না দলিল অদু পরেং অমমমতা ওইনা ঐহাক চেকশিন্না পারে। উকিলশিং অদুনা হায়রকই, "ডাগতা হনবিরকউ," মদুমক্তি ঐগী নারবা পুক্লিং অসিদদি য়াম্না মক ওইখ্রবা পাউতাকনি হায়না খল্লুরে। মদু ওফিসকী ডেস্ক তান্না পুদুনা চৎলে। চে মচেৎ অমা লৌথোক্তুনা চেকশিন্না রোজিগী সহি অদু শাদুনা য়েংলে। নুমিৎ অদু ঐহাক মদু নিংথিনা খঙই। অদুদগী চেকশিন্না দরখাস্তগী ফোর্ম অদু

মাঙদা তিংথোক্লদুনা তাক্লকপা মফম অদুদা "রোজি, নলিনী" হায়না ইরে। মদু থুপচিন্দুনা পুঠক থাবা মখুম উকিলনা হাপলকপা অদুদা হাপচিল্লগা চাজুম নমশিল্লে অমসুং ঐখোয়গী এক্সটেন্সনগী ব্রাঞ্চ ওফিস অদু পুং ৭.৩০ দা হাংবদা থোঙনাওদা ইহান হান্না য়ৌরুবা নুপাসি ঐনি। পোষ্ট মাষ্টর অদুনা হায়রকই, "অসুক ঙন্না! ইশানা হেক্তা লাকপিরবোইবে!"

"ঐগী কেরানীদু নাবে। ঐহাক অয়ুক অসুম কোইথোকলুবনি। মসিমতা রেষ্টিজার খরা তৌবিয়ু।" গাড়ী থমফম গেরেজ অদু হাংদোক্লুববদি মহাক মিকপ থোক্তুনা হৌগৎলকপা য়াই হাযনা কিবদগী ঐহাক খোঙনা অদুম চৎলবনি।

সনালুপা হাপ্পা উপু অদু কৈর্দৌঙে নৎত্রগা কমদৌনা যৌবক্কদবগে হাযবা ঐহাক মুন্না খঙদে, অদুবু নুমিৎ খুদিংগী ঐহাক মদুতা য়েংদুনা লৈবম্মী। "ডাক মরক্তা পার্শেলগক্তা য়াওরকপ্রা মনি?" ঐহাক তোযনা হংলম্মী। ব্রাহং অসি হৈনবী অমদুম ওইরক্কদৌরে। মথংগী নুমিৎ নিনি অদুগী মনুংদা থুংলবা য়াই হায়না ঐহাক খল্লি। মদু যৌবকপগী খুদম অমতা উদে। টাউন্দগী ঐখোয় নুমিৎ ৪ নিগীদমক্তা মপান্দা চখোকপা তারে। চৎত্রিঙৈদা ঐনা মনিদা হায়রম্মী, "ইনসিওর তৌরবা ময়োম অমা লাক্কনি। ঐখোযনা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা হল্লকপা ফাওবা ডাকপিয়ন্দা মদু থনম্মু হায়য়ু। মখোয় অসিগুম্বা পোৎশিংসি থমলিনিনে, থমদ্রা?"

"হোই, ইবুংঙো। চুম্নগী রেজিষ্টার্দ পার্সেল ওইরবদি ঐনা সহি তৌদুনা লৌহৌরবসু য়াগনি।"

"নত্তে, নত্তে। ইন্নসিওর্দ তৌরবা পার্সেলনি অদুনা ঐখোয অনিগী মরক্তগী অমনা সহি তৌগদবনি। ডাক পিয়ন্দা মদু লৈবাকপোকপা নুমিত্তা অমুক পুরকউ হায়খো।"

"হোই, ইবুংঙো," হায়রদুনা মনিদু কোক হেক চৎখ্রে, নৎত্রবদি মহাক বিষয় অসিগী মরমদা করি করিনো ওষ্থোক্না য়াম্না হায়রক্লম্বা য়াবনি।

ঐখোয় লৈবাকপোকপা নুমিত্তা হল্লকলে। রোজিনা মথক হেক কাখৎখিবগা ঐনা মনিদা হংখি, "পার্সেলদু থুংলবরা?"

"লাক্তে, ইবুংঙো। ঐহাক ডাক পিয়ন্দু ঙাইজবনি অদুবু করিসু পুরক্তে মহাকসু।"

"ঐখোয় ইনসিওর্দ পার্সেল অমদি ফংগনি হায়না খল্লি হায়না নহাক মঙোন্দা হায়খিব্রা ?"

"হোই, ইবুংঙো, অদুবু অমতা পুরক্তে।"

"ঙকখ্রেদা !" ঐনা হায়খি। ডাক্তা থারক্কনি, হায়না উকিল অদুনা ইরকখি। মখোয় সহি অদুদা পান্নম্বা য়াই মদুতনা অদুম লোইরম্লবনি। উপু অদু মার্কোনা মশা মতোম্মতা লৌথোক্কদবগী তাং অসি তৌরম্বসু য়াই। অদুবু উকিল অদুগী চিঠি অদুনা ঐগী ইখুত্তা হেক লৈরিবর্মখেদি, ঐহাক মখোয়বু ফাঁসি তৌবসু ঙমগনি; মখোয়গী মতাং অদু অমতসু মঙ্গল ওইবা ঙমলোই। ঐগী য়ু থম্বা উপু অদুদা চত্তুনা চিঠি অদু অমুকসু হন্না পারুরে। মখোয় মশানা তশেং তশেংনা হায়জরক্লিবনি "ইনসুরেন্স কোভরদা থারক্লবা হোংনজগনি।" মসিনা কনাগুম্বা উকিল অমগী চিঠিদা কবিমতা অর্থ থোকহন্দ্রবদি কদাইদনো মসিনা অর্থ থোকহনগদৌরিবা মফমসিবু ? ঐহাক খরদি মঙকলে, অদুবু মদু মমৈদদি থুংলগনি হায়না ইতোম্মতা হায়জরে – বেঙ্ক অমসুং উকিলগী ওফিস হায়বসিদি তহা তহাবা হেক য়াবা নত্তে; মখোয়গীসু মখোয় মশাগী ওইজবা থবক্কী খোঙচৎ হায়বা অমা লৈজরিবনি, মখোয় মশাগী অতপ্পা চেতগী ওইবা হৌনবী কয়াসু মরৈজরিবনি। খঙবা তপ্পনা, চেতদা তাইনদুনা লৈবনা লৈপাক অসি মাঙ-তাকহল্লগদৌরিবনি হায়বসিদা থোইনা চিংননিঙাই লৈতে। ঐনা চিঠি অদু অমুর্ক হন্না থমজিল্লগা চেৎনা শো লোনশিল্লে। চিঠি অদু ঐনা পানিংলকপা খুদিংগী য়ু হাপ্পা উপু অদু তান্না চৎতুনা পারুররোই হায়না ঐহাক খল্লি; মীনাইশিংনা য়াওরিবদু খঙদদুনা ঐহাক মিনিট খুদিংগী হুইস্কি লুখাক থকপা চংলিবনি হায়না খনবা হৌখিবা য়াই। চিঠি অসিগী চপ চাবা মফমদি ঐগী ডেস্ক অসিনি, অদুবু মদুদসু মনিনা উখিগদ্রা হায়বগী চিংনবা অমদি ঐঙোন্দা পোকই; মহাক্না ঐবু চিঠি অদু তোয়না পাবা উখ্রবদি, ঐগী তুংদা লাক্তুনা করিনো হংজিন্নবা শাজিন্নরগা মহাক শোয়দনা মদু অমুক্তসু পাদুনা য়েংনিংলক্কনি। অকিবা পংনা হৈশিংখ্রেদকো ! মহাক্কী ফত্তবা করিমতা খঙবা ঙমদনা মহাক থা কয়া চুপ্পা ঐগী থবক তৌবক্লি, অদুবু হৌজিক্তি মহাকসু, লৈরিবা মী অতৈসু লোইনা মপুক ফত্তনা, হিংচা য়াইতম্বগুম অমসুং কক কক লাউনা শিংনা উরে।

নুমিদাং অদু মাইল হুম্ফু থাপ্পা অপিকপা কলিপেট কৌবা টাউন অমদা ঐখোয়গী শো অমা লৈরম্মী। শীল্লিবশিং অদুনা ঈশৈ শকপা, যন্ত্র খোঙবশিং অদুনা তোংননবা গাড়ী অচৌবা অমগা ঐগা নলিনীগা তোংননবনা প্লাইমাউথ

অমা পীরক্কুনা ঐখোয় শো অদু পাংথোক্কল্লগা নুংদাং অদুমক্তদা অদুম য়ুমদা হল্লকপা য়াননবা শীল্লম্মী। মেটরনিতি হোল অমা শাননবগীদমক্তা তৌবা শোনি মদু অমসুং মখোয় লুপা লিশিং হুম্ফু তরাদি ফংহৌই। টিকেৎ অমগী মমলদি অকে-অমৌগী মওংদা লুপা ২৫০ দগী অদুম হৌরে, অমসুং ওফিসারশিংনা কারবারবালা অমসুং ললোনবশিংদা দান তৌননবা হায়জরম্মী। কারবারবালাশিং অদুদি মখোয়গী ফমফম অদু অহানবা পরেংদা নক্লা পিগনি হায়না য়ানদুনা থোইনা বেরা-শরা তৌদনা শেল পীরকই। মখোয়দি জগোই শারিবী অদুগী হেক মনাক্তা য়ারিবমখৈ নক্লনা উবা ফংহৌবগী তাঞ্জা ফংননবা ফম্বা পাল্লম্মী। মখোয়গী বাখলদা নলিনীনা জগোই শারিঙৈদা মখোয়বু উহৌদুনা মমৈদা, "মমাঙগী পরেংদা ফম্বা অচৌবা মীশিং অদু কনা কন্যানো ?" হায়না হংবিগদবোই নিংলমগনি। পঙখ্রবা জীব ঙাক্তনিদকো, মখোয়দি নলিনীনা জগোই শারিঙৈদা ভাবকশিং অসি করি ওইনা উবগে হায়বদু খঙজদ্রিদকো। মহাক্লা তোয়না হায়রম্মী, "ঐনা হেক খনবদা মখোয় অসি উতুপ ঙাক্তা ওইনা উই। জগোই শারিঙৈদদি ঐহাক মীগী মমায় অমা ফাওবা ইউবু উদে। ভাবক ফমফম অসি ইমম মম্বা কুহা ওইনা উই মদুতনি।"

ওফিসকী মীশিংনা থরাই য়াওশিনবদগী মসি য়াম্না চাউখ্রবা শো অমা ওইখ্রে; অদুগা ওফিসারশিং অদুনা মথাই য়াওরিবনা মফম অদুগী মরুওইবা নুপা, শো অদুবু শিন্দোক শিঞ্জিন তৌরিবদুদি ষ্টেট কেবিনেৎ অদুগী মিনিষ্টর অমা ওইরম্বননি, অমসুং মফম অসিদা অহানবা থাকী মেটরনিটি সেন্টর অমতং হায়বসি মহাক্কী পুন্সিগী আশা ওইরম্মী। ফিবমশিং অদু খঙলদুনা শেলদি ঐহাক খরচকী ওইননবা হায়দুনা লুপা লুশিং অমতমক লৌগে হায়রে— মদুসু ইনকম টেক্সতি কোকপা তাই। যেশা ওইরবসু ঐসু সমাজগী মরমগীদমক্তদি দান তৌবা পাম্মী অমসুং তশেংনসু মদুদগী পংমাঙ মাঙবা হায়বদুসু ওইরোই। অদুবু মদুদি নলিনীদদি অমহাগী অমহা হায়বদুনি। ট্রেন তোংদুনা চৎপগী মহুত্তা ঐখোয় কার তোংলি, মসি মঙাইদনা। অহিং অদু ঐখোয় য়ুমদা অমুক হল্লকনি হায়বদুদা মহাক্তি য়াম্না হরাওজরে।

শো অদুদি পাক চাউনা বানা খন্দুনা অমসুং য়ুবী মনানা কুপ্তুনা শারবা য়ুম অমদা উৎলম্মী অমসুং ইরং লংলবা মচু কয়াগী ফি, ফিরান, লৈ-শু অমসুং মচু-মরাংগী থার্ডমৈনা লৈতেংলম্মী। ষ্টেজ অদু ফাওবা অসুক্কী মতিক ফজনা লৈতেংখ্রে। অরোইবদা ফংবা লৈ অদু নত্তনা অতৈদি করিসু থৌশাদবী নলিনী

ফাওবনা হায়রকই, "কয়াদা ফজথ্রবা মফমনো। মফম অসিদা জগোই শাবসিদি ওন্থোক্লা নুংঙাইজগ্রে।" মী লিশিং অমা খরা হেন্না শঙ অদুদা ফল্লম্মী।

মহৌশাগুম্না মহাক অহানবা শাথেক্তু ঐঙোম্দগী খুদম অমা ফংবগা হৌবক্লম্মী। শেঞ্জেংগী থাউমৈ অদু পুরদুনা শামু মকোক পানবা, তুবৈ-ঈবৈ চেনবা কোকহনবা গনেশ হায়বা লাই অদু থাগৎপগী ঈশৈ অমা শক্লদুনা মহাক মনুংদা অমুক চঙখি।

পুং অনি হৌখ্রে। মহাক মহাক্কী মঙাশুবা আইতেম মহৌশাগা মান্নদনা লিন জগোই হায়বদু শাবম্মী। ঐহাক মদু য়েংনিংই। আইতেম অসিদি ঐবু মতম পূম্নমক্তা নুংঙাইহল্লি। ঈশৈ শকপা যন্ত্র খোংবশিং অদুনা যন্ত্রশিং অদু সুর পাম্দুনা ফাউরবা লিনগী ঈশৈ অদু খোংলকপদা, নলিনীদু ষ্টেজ মথক অদুদা থেককোই থেক্কোই তৌদুনা থোরক্কে। মহাক্কী মখুৎকী খুৎশাশিং অদু তপ্পা তপ্পা খপ্লম্মী অমসুং মহাক্কী ভৌরোক ভৌরবা মথকলোমদা ওনখৎলিবা মখুবাক অদুদা হঙ্গামপান মচুগী মৈঙাল অদুনা য়ৈবদুদদি খারৌ মকোক কয়া মাল্লে; মসিগীদমক্তা মহাক লুহুপ অমসু উপ্লম্মী অমসুং মদুসু ইরং ইরং লংলম্মী। মৈ অদু ওনগ্রে, মহাক তপ্পা তপ্পা লৈমাইথক অদুদা ফমথখরে, ঈশৈ অদুসু অসুম অসুম তপথরকই, ঈশৈগী সুর— শিব মহাদেবমক্কী শম্বুল মরক্তা লৈরবা, মহাক্কী লোইনবী পার্ব্বতীগী খুদাংদা অমসুং মতম খুদিংমক্তা বসন্তদা ওইদুনা লৈরবা লাইশিংগী লৈফম কৈলাশতা লৈরিবা লিনশিং অদুদা জগোই শাউ হায়না ইনশিল্লি। লিন অদুবু থাগত্তুনা মহাক্কী খঙলুবা ঙমদ্রবা মগুনশিং অদু উৎথোকহল্লকপা ঈশৈনি, সুর অদুসু ইমুন মুলহনবা সুরনি। মসিমদি মহাক্কী খ্বাইদগী মকোক থোংবা জগোইনি। মহাক্কী মশা অদুগী মচেৎ খুদিংমক খোঙদগী তোন ফাওবা খারৌ অদুবু লৈবাক মনুংদা ময়াম লৈরম্বদগী মপান্দা থোকহল্লক্তুনা চিংলেম্নবা অমসুং লাইগী ওইবা জীব অমা ওইহন্দুনা লাইশিংগী লৈতেং ওইহল্লিবা ঈশৈ অসিগী সুরদা ঈথক হৌবগুম্না নিকলক্কে অমসুং হাইবক্কে। জগোই অসি পুন্না মিনিট নিফুমঙা চংই; ভাবকশিং অদু তুমিন্না ইশুম শুমহৎতুনা য়েংদুনা লৈগ্রে। ঐহাকসু মদুদা ইশুম শুমহৎখ্রে ...। তশেংনসু মহাক মসিদি পংশা শাদে। মহাক্না ইতত্ততুনা হায় মসি শাননবগীদমক্তা তোঙানবা পুক্নিংগী মওং অমা দরকার ওই অমসুং অদুক য়াম্না থেকখোৎপদুনা মশা অসি ইতেক তেক্তুনা নুমিৎ কয়ানিমুক চুপ্পা হৌগত্তুনা লেপ্পা ঙমদে হায়নসু ফাগি তৌই। ঐসু মদু ইহান হান্না উরুবদৌনা মুন্না য়েংদুনা লৈরে। ইহান হানবা নুমিত্তা

ইমানা হায়খিবা ৱাদু ঐগী পুক্লিংদা নিংশিংলকলে, "লিন নুপীনিকো ! চেকশিল্লু।" ইমাগী ৱা খল্লুবদা ঐহাক নুংঙাইরক্ত্রে। মসি য়েংবদা মহাক কয়া য়াম্না নুংঙাইরমগনি। ইরং লংবা ফিজোল শেৎলদুনা অমসুং লুহুপ উপ্লদুনা লৈরিবী রোজিসিবু হৌজিক উরবদি মহাক করি হায়রমগনি ? ইমাগা ঐগগী মরক্তা লৈরক্লিবা কায়নবা অদুগী খল্লুবদা ঐহাক য়াম্নমক নুংঙাইরক্ত্রে। মহাক্না মরক মরক্তা ঐঙোন্দা পোষ্ট কার্ডতা চিঠি ইরকই, ঐসু মরক মরক্তা মঙোন্দা শেল খরা খরসু থাবি অমসুং অনা-অয়েকসু য়াওদে হায়নসু চিঠিদা ইখি। মহাক্না তোয়না কৈদৌঙে মহাক্কীদমক্তা য়ুম অদু অমুক হন্দোক্কদৌরিবনো হায়না হংলকই– অদুবু মদুদি শেল য়াম্না চংপ্রবা ৱানি অমসুং মতম খরা হেক ফংবগা ঐহাক মদুগী মরমদা পুক্লিং চংলগে হায়না ইতোম্মতা হায়জরম্মী। অমা অমা ওইরবসু করিগী তহা তহারুগদগে ? লৱাইদা মহাকসু নুংঙাইনা লৈজরি– মবুং অদুনা মহাকপু য়াম্না নিংথিনা য়েংশিন খোৎচিন তৌবিরি। অদুগুম্বা মরু ওইপ্রবা নুমিৎ অদুদা মহাক্না রোজিবু তৌখিবা অদুগীদমক্তা ঐহাক মহাকপু ঙাকপীবা ইঙম ঙমদে। ফরে, অদুবু ঐখোয় হৌজিক্তি লুনদি তৌনরে অদুগা অমগা অমগা লাপ্পনা লৈবসিদি খ্বাইদগী ফবনি। ঐহাক নলিনীবুসু য়েংলি অমসুং মতম অদুমক্তদা ইমাগী মরমদসু খল্লি। মতাং অসিদা শীল্লাংলিবা মীশিং অদুগী মরক্তগী অমনা ইনাক্তা চঙলক্কুনা নোল্লুক্না হায়জরকই, "ইবুংঙোবু উনজনিংমাল্লে।"

"কনানো ঐবু উনগে হায়রিববু ?"

"জিলা অসিগী পুলিসকী সুপরিনটেন্দেন্টননি।"

"জগোই অসি হেক লোইবগা লাক্কে হায়য়ু মঙোন্দা।" মহাক পাউ অদু হায়দোকপা চৎখ্রে। পুলিস সুপরিনটেন্দেন্টনি হায়বা ! মহাক্তি ঐগা হেক হেক জ্বার শান্নমিন্নবা মরুপ অমনি। হৌজিকপু মহাক্না ঐবু উনসি হায়রিবসিবু করিগীনো ? তশেংনদি, ওফিসার পুম্নমক মফম অসিদা তিন্দুনা লৈরে মন্ত্রী অদু নত্তনা (সোফা অমা মহাক্কী ওইনা হাঙনা থম্লম্মী) মীয়াম অমসুং লম্বী চৎপশিং অদু শেন্ননবা পুলিশসু হেন্না থমলে। জগোই মতেক অদু লোইরগা পর্দ্দা থাদরকপদা বজ্র তাবগুম হৌরবা থাগৎপগী খোঞ্জেল কয়া তারকলে, ঐসু মপান্দা থোকলে। হোই, ডিষ্ট্রিক্ট সুপরিনটেন্দেন্টতু মফম অদুদা লৈরম্মী। মহাক্তি অচম্বা ফিজেৎ শেৎলক্লম্মী। "হেলো, সুপরিনটেন্দেন্ট সাহেব, ঐদি নঙ লাকই হায়বসি খঙলুদেদনা; ঐখোয়গা লোয়ননা কারদা লাকমিন্নরম্বা য়াবনি," ঐনা হায়খি। ঐখোয়বু য়েংদুনা মী ময়াম লৈরবদুদা মহাক্না ঐগী

ফুবিৎ খুদাং পাযদুনা নাকল ওইবপ্পা চিংথোকলে। ঐখোয অচিকপা মফম অমদা থার্উমে মখোং অমগী মখাদা চৎলগা মহাক্লা লোন্না হাযবকই, "ঐহাক ব্রা অসি হাযদোকপদদি হাযফম খঙদনা নুংঙাইত্রে, অদুবু নঙবু ফাবকউ হায়বা ব্রাবন্ট অমা ঐহাক ফংলে। হুকুম অসি মথক্তগী লাকপনি।" মহাক্লা হাযবিবদু খবা থাজদদুনা ঐহাক তৌফম খঙদনা নোকলে। মহাক ফাগি তৌবিমাল্লে হাযনা ঐহাক খল্লি। মহাক্লা চে অমা পুথোবক্লে। মান্নি, মদু মার্কোনা ব্রাকৎলক্তুনা ঐবু ফাউবকউ হাযবা অচুম্বা অশেংবা বাবন্টনি। ঐনা ব্রাখল খল্লদুনা লেপলিঁঙেদা সুপরিনটেন্দেন্টতুনা হাযবকই, "নহাক হন্দক মবক কবিগুম্বা দলিলগকা সহি তৌক-লাকলববা ইবেম্মা অদুগী মহুত্তগা ?"

"হোই, মহাক্তি মথৌ চিল্লি। অদুবু কবম হাযনা মখোযনা জাল তৌবনি হাযগদৌবিবনো ?"

"নহাক মহুতা ইখিব্রা নৎত্রগা চুন্না হেক্তা মহাক্কী মমিংতা মইখিববা ?" মহাক্লা ঐঙোন্দা ব্রাহং কযামুক হংথবকই। "মসিদি শাথিখ্রবা মবালনিনে," মহাক্লা হাযবকই, "নহাক নাম্ভোকপদি অদুম মঙমগনি অদুবু হৌজিক হৌজিক্কীদি, ঐহাক নঙবু কষ্টদিদা পুবা তাবে।" থৌদোক অদুগী অকবা শকফমদু ঐহাক খঙলকলে। ঐনা লোন্না হাযখি, "হৌজিকমক্তি মবাং মবাং তৌবিবনু। শো অসি লোইদুনা ঐখোয যুম য়ৌবা ফাওবদদি ঙাইবিবোদনা।"

"ঐহাক কাব অসিদা নঙগা লোইননা চৎকদৌবিবনি অদুগা ব্রাবন্ট অসি পাংথোক্লবা মতুংদা কেশ অসি পায়খৎত্রিবা ফাওবা নহাক সিওবিটি বোন্দ অমা তৌদুনা থম্বা যাগনি। মদুনা অদুম মবাইনা থাদোকচগনি, অদুবু অহানবদা নহাক ঐগা লোইননা মেজিষ্ট্রেটকী মনাক্তা চৎপা তাবে। মদুসু মহাক্লা সেংসন তৌগদবনি। ঐগীদি শক্তি কবিসু লৈতেনে।"

হোলদা ঐগী সোফা অদুদা অমুক চঙলে। মখোযনা ঐগীসু লৈপবেং পুবক্লে। কনাগুম্বা অমনা হৌগত্তুনা জগোই শাবিবী অমসুং মিষ্টব বাজুবু লুপা লিশিং হুম্ফুতবাগী মথক্তা ফংহনবিবগীদমক্তা থাগত্তুনা ব্রা ঙাঙলকলে। অসুম থোকউ হায়বদুনা মহাক্লা ভাবতকী জগোইশিং অসিগী মবমদা, জগোইশিং অসিগী থাক, দর্শন অমসুং মথৌগী মবমদা ব্রা ওম্ভোক্লা যাম্না ঙাঙলকলে। মহাক অসুম অসুম ঙাঙথবম্মী। মহাক অসি লম অদুগী হাযস্কুলগী খ্বাইনা ব্যবহাব তৌনবিবা প্রেসিডেন্টনি নৎত্রগা অদুগুম্বা মীতা অমনি। মহাক্লা ব্রা

ঙাঙবদু লোইরকপদা অকিবা ফংনা থাগৎনবগী খোল্লাউ কয়া লাউনরক্লে। ব্রা অঁতৈসু ঙাঙথনরক্লে। ঐদি ইপং পংথখ্রে, করিমতা তাখিদ্রে। মখোয়না হায়রিবদু করিনো হায়বা ঐদি থৌশারুদ্রে। মদু লোইরগা ঐহাক নলিনীগী ফি শেৎফম কা অদুদা চঙলে। মহাক মফি-মরোল হোংদোক্তুনা লৈরম্মী। নুপীমচা কয়ামুকসু মহাকপু ইকোই কোইশিল্লদুনা লেপ্তুনা লৈরম্মী, খরনা নলিনীগী সহি অমতংগী, অদুগা খরনা চুম্না মশক্তুদা য়েংজনবগীদমক্তনি। ঐনা নলিনীদা হায়খি, "খরা থুনা চৎপা তারে ঐখোয়।" মাঙ্গোন্দা লৈরিবা সুপরিনটেন্দেন্ট অদুগী মনাক্তা শকফম হঞ্জিন্না করিসু ইথৌ থওইদবা অমসুং থব্রাই নুংঙাইবা মালহনদুনা চৎলে। অহানবা পরেংদা ফল্লম্বা মী কাংবু কাংবুনা মখোয়গী থাগৎচবদু অমতা চিখ্দনা কুপনা তাননবা ঐবু ইকোই কোইশিনবিরে। "অঁতৈদগী মহাক্না হেনখ্রেদা," কনাগুম্বা অমনা হায়বকই। "ঐহাক জগোই য়েংলকপসি চহি ৫০ রোম শুরে– জগোই অমতং য়েংজনবা চাবা থকপা কাউথোকচদুনা মাইল কুন খোঙনা চৎপা অদুগুম্বা মীতানি ঐদি। অদুবু অসিগুম্বদি মমাঙদা অমুক্তসু উজখিদ্রি, অসিনচিংবা।" মেটরনিটি হোম অসিনা ইহান হানবা ওইগদৌরিবনি খঙবিরিনি। ঐখোয় য়ুমসি মিস নলিনীগী মিংদা থোনবা চুম্মী। নখোয় অমুকসু লাকপীবা ঙমখিবা য়াই খঁঞ্জে। মসি শঙ্গাবা নুমিত্তা নখোয় অনিমকপু উজবা পাম্মী। ঐখোয়দা মহাক্কী ফোটো অমতং পীবীরমবা য়াব্রা ? ... মদু এনলার্জ তৌথোক্লগা হোলদা থেৎচগেনে ...। মী অঁতৈ কয়ামুক্তা মদুনা উৎসাহ পোকফম ওইনগনি অদুগা কনানা খঙনি, য়ুম অসিগী মখাদা নঙগী মমিং চৎলবী নুপীগী মতুং ইনবা ঙমবী লাইপোক অমসু পোক্লবা য়াই।

মখোয়না হায়রিবদু করিনো হায়বদু ঐহাক থোইনা খোইজংলুদে। ঐহাক চুম্নতা ঙক নোমদুনা নলিনী থোরকপা ফাওবা মুরুম মুরুম শোল্লম্মী। মীশিং অদুনা নলিনীতবু নক্লনা উবা ফংহৌনবগীদমক্তা নৎত্রগা মহাক্না ব্রা অমতং ঙাঙনজহৌনবা ঐবু ইকোই কোইশিন্দুনা ব্রারী শারিবনি হায়বা ঐহাক খঙই। মহৌশাগুম্না মহাকসু লৈপরেং পায়রকই; ঐগীদুসু মঙোন্দা পীশিল্লে। সুপরিনটেন্দেন্ট অদুনা নোল্লুক্লা মপান্দা ঙাইরিবা প্লাইমাউথ অদু তান্না লমজিংদুনা চৎলে। ইকোই কোইশিন্দুনা খোইগুম্না ঙুং ঙুং ঙংলিবা মীয়াম মরক্তা ফাওদুনা ঐখোয় চৎলম্মী। ড্রাইবর অদুনা থোঙ অদু হাংদোক্তুনা পায়রি, "চঙলো, চঙলো." ঐনা ঙাইঙমদনা নলিনীদা হায়খি। মহাক্কী নাকন্দা ঐহাক ফম্মী। উপাম্বী অমদা থাল্লিবা গিয়াস লাইট অমগী মঙাল অদুদা মহাক্কী মমায়দু মচেৎ

অমা ইঙাল ঙাল্লম্মী। লম্বী চখোক-চৎশিন অদুদগী হাইগৎলকপা উফুল অদুনা পুম্মম মমথ্রে; গাড়ী পূন্নমক অদু কারসু, শনগাড়ী, জুটকাশিং পূন্নমক অমতা ওইনা চাকা অদু ক্রেক ক্রেক লাউনা অমসুং না য়েশিনবর্মখৈ হোর্নশিং অদু খোংলদুনা চৎনরক্কে। পুলিশমেন খরনা হৈশিংনা থাপলপ থাপলপ লেপ্পুনা ঐখোয়গী কার অদুনা চৎলকপদা সুপরিনটেন্দেন্ট অদুদা সলাম তৌরকই। ড্রাইবর অদুগা হেক থংননা মাঙদা মহাক ফল্লম্মী। ঐনা মঙোন্দা হায়খি, "ঐখোয়গী মরুপ ডিষ্ট্রিক্ট পুলিশ সুপরিনটেন্দেন্টসিসু সহরদা ঐখোয়গা লোইননা চৎলিবনি।" পুং অনিরোমগী লম্বীনি। নুমিদাংবাই অদুগী জগোই অদুগী মরমদা মহাক ৱাবী খরা শারম্মী। মহাক্না উৎখিবদুগী মরমদা ঐহাক ৱা খরসু হায়রম্মী। মহাক্কী লিন-জগোই অদুগী মরমদা মী অতৈনা করি করিনো হায়নহৌবা ঐনা তারকপা খরসু মঙোন্দা হায়বীরে। মহাক্না হায়রকই, "নঙদি মদু শুকপেন হেক পেন্দেদা," অদুদগীদি ঐখোয়গী কার অদুনা শনগাড়ী পরেং পরেং শরিক যাল্ল য়াল্লদুনা হুইস লাউনা হেঙ্গৎতুনা থৌরকপনা ঐখোযগী লমথুংফম অদুদা য়ৌবা ঙাইনা ঙাইনা মহাক তুমিন্না লৈখি অমসুং উইসু উইরকই। "মখোয়সি নঙগী খোঙজিগী মখোলদুম মাল্লি," ঐনা লোন্না ইনৈ নৈশিন্দুনা হায়রম্মী।

ঐখোয়গী য়ুম য়ৌবগা সুপরিনটেন্দেন্ট অদুদা মোমোন নোক্লদুনা মহাক্না হায়রকই, "গুড নাইট," মদুদগীদি ইমুংদা চঙখ্রে। সুপরিনটেন্দেন্ট অদুনা ঐঙোন্দা হায়রকই, "হৌজিক্তি ঐখোয় অনি ঐগী জীপ অসিদা চৎলসি।" মদু গেটতা ঙাইরি, ঐনা প্লাইমাউথ অদু থাদোকখ্রে। ঐনা হায়খি, "সুপরিনটেন্দেন্ট সাহব মতম খজিক্তগা পীবীখো হায়জরি। ঐহাক মঙোন্দসু ম্নসি তাক্লমখিগে।"

"ফনি, ফনি। থিনদি থিনবিরক্কনু। ঐখোয় খুদোংথীবদদি তাহল্লোইসি।" ঐহাক সিড়ি অদু কাখৎলে। মহাকসু ঐগী তুং ইল্লকই। ঐনা মাগী কা মনুংদা চঙখ্রিঁঙৈদা মহাক্না সিড়িগী থাক অদুদা লেপ্পুনা লৈহৌই। ঐনা হায়রিবদু মহাক নূঙগী য়ুম্বীদা ৱা ঙাঙবগা চপ মান্নবা তুমিন্না তারম্মী। হৌজিকসু ঐহাক মহাক্কী ফিবম অদু খঙননবা হোৎনবদা তথক তথক্লবা, ইফক ফকচিল্লবা, তৌফম খঙদ্রবা শকফম অদু নিংশিংলি। মহাক ৱাহুদুনা তুরক্লগদ্রা হায়না ঐহাক খনখি। মহাক্তি করিসু লৈতবা ৱা মচা মচাদসু হেক্তা জ্ঞান মাঙদুনা তুরকই অদুবু মসিদদি মহাক করিসু তৌদবগুম উই। মহাক্না চুম্নতা হায়রকই, "নহাক্না তৌরিবসি ইচুম চুমদ্রবনি হায়না ঐহাক খল্লকইবনি। মসিনি কর্ম হায়বদু। ঐখোয়না করি তৌবা ঙমগনি?" মহাক্না সিড়িগী থাক অদুদা থোরক্লগা ওফিসার

অদুদা হায়রকই, "মসিগী মরমদা ঐখোয়না তৌগদবসি কবি করিনো ইবুংঙো ? লম্বী অমতা লৈত্রবরা ?"

"হৌজিকমক্তি ঐগী ইশাগী শক্তি অমতা লৈজদ্রে, ইবেম্মা। মসি জামিন্দা থাবা য়াদবা ৱারন্টনি। অদুবু হয়েং ইবেম্মনা বোণ্ড অদু অমুক হন্না খন্নবিয়ু হায়না দরখাস্থ থাবিরবসু য়াগনি। অদুবু হয়েং ফাওবদি মসি মেজিষ্ট্রেতকী মমাঙদা পুথোক্লদ্রি ফাওবদি ঐখোয় করিমতা তৌবা ঙমজদ্রে।" মহাক অমুক হন্না ঐগী মরুপ ওইদ্রে; অকিবা ফংলবা হৈশিংলবা মী অমা ওইগ্রে।

# ১০

**ঐহাক** হাজত্তা নুমিৎ নিনি অতোনবা মরাল লৈরবা কাংবুগা লোইননা লৈবে। সেন্ত্রেল পুলিশ ষ্টেশন হেক য়ৌবদগীদি ডিষ্ট্রিক্ট সুপরিনটেন্দেন্ট অদু অমুক হন্না মরুপ ওইখিদ্রে। ষ্টেশন অদু পুরিবা ওফিসার অদুগী রুতিনগী মতুংইন্না য়েংশিন-খোৎচিনবগী থবক অদুদা মহাক্না ঐবু শিন্নথোকলে। বোজিনা ঐবু পুলিশকী হাজত্তা উনবা লাকই, মহাক কপ্পী, ইহান হানবা ওইনা মিৎ অসি হাজৎকী কা অদুগী কাচিন্দা লৈথোক্তুনা য়েংদুনা ঐহাক ফমদুনা লৈরে। ঙাইহাক লৈরগা ঐহাক ভাব তারক্তুনা মঙোন্দা বেঙ্কর অদু খবা উনরকউ হায়খ্রে। মহাক্না হংলম্বদি মসিতনি, "ও, ঐখোয়বু শেল ফনা য়াম্না লৈখিবদাইনে! পূম্নমক্তুবু কদাইদা চৎপ্রবগে ?"

নুমিৎ হুমনিগী মতুংদা ঐহাক য়ুমদা চৎলে, অদুবু হান্নগী মহৌশাগী য়ুমগী পুন্সি অদুদি মাঙখ্রে। য়ুম অদুনা মোঙফমগুম্না ইচিক চিকপগী শকফম অমা লৌখ্রে। উনবা লাকপা মীসু অমতা লাক্ত্রে। মনিদি মেছিনগুম্না মকোক অদু নোম্বরদুনা মহাক্কী কা অদুদা থবক শুরি। মহাক্কীসু তৌনিংঙাই থবক্তি করিসু লৈতে চিঠিসু ইরাক লাক্ত্রে। য়ুম অদুগী অকোইবদু মোঙফমগুম্না ইচিক চিকখ্রে। মথক অদুদসু নলিনীগী মখোঙ্গী নিলখোংবদুসু তুমিন লৈখ্রে। উনবা লাকপা মীসু অমতা লাক্ত্রে। মহাক লুপা লিশিং তরাগী জমিনগী দলিল অমসু ইনবা তাবি। খ্বাইদগী ভাব তাবা মীগুম্না খ্বাইদগী ৱাখল অসি খনবা মী অমা ওইনা লৈবন্নবদি শেল অদুসু ফংবা ইৱা ৱাবমলোইদবনি। অসুম থোকউ হাযবদুনা, ঐনা লেমহৌবা খরদুসু অপঙবা শেয়র সার্টিফিকেৎ কয়া লৈশিল্লুবে, মদুগীদমক্তদি বেঙ্কনসু শেল অমতা এডভান্স পীয়ু যাবোই অদুগা মদুদগী লেমহৌবা অদুনে, মতুংগী শো উৎনবগী এডভান্স ফাওবা য়াওনা ঐহাক মপাম্ছোংদা থোক মোক তৌদুনা লৌনবদা খরচ তৌথোকখিবনি। ঐনা রোজিদা হৌদোকলুই, "মথংগী লাকলিবা থা মরিসিদা নহাক কবিগী বার্ত্তন লৌদুনা শো উত্ত্রিবনো ? মদুগী ফি অদুগী শেল অদু ঐখোয় লৌশিনগদবনি।" ঐনা মহাকপু চাক চারিঙৈদা থেংনবনি, মরমদি হন্দক্তি মতম অযাম্বা ঐহাক মখাদদা লৈদুনা মহাকপু মতোম্মতা থাদোক্তুনা থম্বীরে। মহাক্কী কা অদুদা মতোম্মতগা মাইয়োক্নবা ঙম্বগী শক্তিদু ঐহাক যাওশিল্লক্ত্রে। হোলগী সোফা অদুদা ফাওবা

ঐহাক তূমদুনা লেললে। মহাক্তি কবিসু খুন্নক্তে। ঐনা অমুক হন্না ঐনা হংখিবদু হাযরে, মদুদা মহাক্না পুজারী অদুনা কবিনো খবা লৌথোকপা চৎখ্রিঙৈদা হায়রকই, "পুজাবী অসিগী মমাঙদা হেক্তা ঙাঙনবসিবা ?" কিনা কিনা তথি তথি তৌবকপদু ঐহাক খাঙলে।

যুম অসিদা হৌজিক্তি ঐহাক উতাংবী অমা ওইবে; মহাক্না ঐবু পুলিশকী মখুত্তগী থাদোকপীরকপা অদুদগী হৌনা মপুং ওইবগী শক্তি অদুদি মঙোন্দা চৎখ্রে। ইপুক মনুংদদি মদুগী খল্লুবদা প্রোক প্রোক চাকই। থৌদোক অদুগী অহানবা অৱাবদু নেমথখ্রবা মতমদা মহাক মপুকচেল কনখৎলকলে। মহাক্না মুক্তি পীবীববা কোইঙাওনরবা মী অমদা তৌবগুম্বদগী হেন্না মহাক ঐঙোন্দা ৱা ঙাঙদ্রে। মদুগীসু করিসু তৌনিংঙাই উপায লৈতে। ঐবু তেংবাংনবা মহাক মহাক্কী লৈজবা পূম্বা তাশন খোমজিন্দুনা হোৎনজবা তাবম্মী। মহাক্কী তেংবাং অদু ইনুং নুংঙাইতবা তৌদবা য়াদবা কাববারগী মওংদা চত্থবম্মী। ঐহাক তুমিন্না ৱা ঙাঙদনা চাথকই। চাথকপা লোইবগা হোল অদুদা ঙাইহাক্কুংসু লৈশিন্নবম্মী মহাকসু লাক্কুনা মফম অদুদা ফমলৈ। সোফা মনাক অদুদা নাকন্দা থ্বা শেমপাক অমসু থমম্মী মহাকনা। মদু ইম্থোক্কুনা ঐহাক মহাক্কী মনাক্তা ফমগে তৌকই। মহাক্কী মচিম্বাল অনিদু থ্বা মহিনা ইচু চুবদুন ইঙাং ঙাংলে। থ্বা অদুগী মযাইনা মমাযদুসু ইঙাং ঙাংলে। মহাক্না ঐঙোন্দা চাউথোক্না যেংলগা হংলকই, "হৌজিক্তি, কবিনো ?" ঐনা চিল অসি কাংথোক্ত্রিঙৈদা মহাক্না শমথরকই, "পুজাবী অসিগী মমাঙদা করিমতা ঙাঙগনু খঙলববা ? মীনাইশিং অসি ৱারেম ওম্থোক্না ঙাঙনবে। থা অসিগী অহানবা নুমিৎতা ঐহাক মখোয় অসিগী মরক্তগী অমা চৎহনখ্রগনি।"

"ঙাইখো, ঙাইখো। তহা তহাগনু," ঐনা হায়বা হৌরুই।

"ঐনা ঙাইগদৌরিববু করিনো ?" মহাক্কী মমিৎ অনিদু পিনা ইচোৎ চোৎলে, মনাতোলদু লাওথোরকলে। মদুগী মরমদা ঐহাক করিমতা তৌবা ঙমদে অদুবু য়েংদি ময়েংঙু। অদুবু মপু ওইবগী শক্তি অদুদি মঙোন্দা চৎখ্রে অদুনা মহাক্না কপনিংলে কপচবা হায়বসি হৌজিক্তি মহাক্কী মথৌনি। দরকার ওই হায়না খল্লগা মদু অদুম থিংজবা ঙম্বগী শক্তিসু মতিক চানা মঙোন্দা অদুম মরৈজে। থৱাই নুংঙাইহনবা দরকার ওইরিবদি ঐনি। ঐহাক ইখঙখঙহৌদনা ইশা ইতোম্মতবু নুংশিজবগী ৱাখল অমনা ইমুন মুনখ্রে। করিগীদমক্তা মহাক কপকদৌরিবনো ? মহাক্তি জেলগী থোঙ্গান্দা লৈরুবসু নৎত্রি। জগোই শাবী

অমখক্কীদমক্তা মফম খুদিংমক্তা কোইচেন চেনবিদুনা মিংচৎ ফংহন্নবা অমদি অয়াবা ভাবক ফংননবা হোৎনবা মীসু নত্তে; শুরুংদা য়েকখোৎপা ময়াম মদু তরং তবংনা য়েংদুনা লৈজবা মশাবু তংখাই অমা কাউথোকচরবা মার্কোগুম্বা নুপা অমনা হৈশিংনা মহৈ তৌদুনা লাং থাক্তুনা ফাবিরবী নুপীসু নত্তে মহাক্তি অদুবু তশেংনদি মহাক অসি মহু পুবী, লমন খুমগনগ্রবী মহাক্কী য়েক্লবদুবু ঙাইদুনা কুম্দুনা লৈবিবী খারৌগুম্বনি। মহাকপু য়োকচরুবসি হৌজিক্তি ঐহাক যাম্না লানখ্রবা ৱাখলনি হায়বা উজরকলে। অদুবু কবি উপায়দি তৌনিংঙাই লৈ মসিদা ? অসিগুম্বা ৱাববা মিকুপশিং অসিদা হিংদুনা লৈবা ঙমজরিবসি ঐহাক্কী অসিগুম্বা ফৎত্রবা ৱাখল পবিং অমসুং ইশাবু কাহেন্না নুংশিজবগী ভাব অসিতর্ননি; কনাগুম্বা মীসু অসিগুম্বা ফৎত্রবা লাকঙম ফাঙমদ্রবা ৱাখলশিং অসি কোইতাউ তাউদুনা হিংননবগীদমক্তা দবকাব ওই। ঐহাক ৱাখল অতৈ খল্লুবা মতম ফংদে। মহাক মশাগী অৱাবা অদুগী মরমদসু ঐহাক করিসু খল্লুবা ঙমদে– মহাকপু চিংশিন্দুনা পুশিনবিরিবা মথোং-মরম খঙদ্রবা হিরম অদুগী মবমদা, থা কয়ামুক্তা জগোই শাদুনা থবক শুদুনা শেল অদুক য়াম্না তাল্লগা শেল অমতা লৈবমদবা অদুগী মবমদা, মঙোন্দা পোকলকলিবা অঙকপা ঐঙোন্দা যাওদ্রিবদুগী মরমদা– করিবু কৌগদগে, অচুম্বা ৱাখল হায়গদ্রা ? নত্তে, মদুদি মসিদগী হেন্না তোনখ্রবা পোৎ অমনি। মযামগী হৌনবীসি, চৎনবীসি যাওদ্রবনি ! হৌজিক্তি পূন্নমক অসি ঐহাক তশেং তশেংনা উরক্লে, অদুবু মতম অদু ফাওবদা ঐহাক ইশাগী অৱাবদুতদা খন্দুনা লৈবম্মী অমসুং মহাক্কী অকিবা পঙনা অশাউবগী ৱাখলদু থোইনা খোইজংদনা অদুম য়েংদুনা লৈবা ঙম্লম্মী। মহৌশাগুম্না মহাকপু অদুম কপহল্লম্মী। মমিৎ অদু তৈথোক্লদুনা মহাক্না হংলকই, "ঐখোয়না চাক চারিঙৈদা নহাক কবিনো অমা হায়খি।"

"হোই, হায়খি; অদুবু নহাক্না অদু মখা তাহনখিদ্রে," ঐনা শাউনিংনা হায়রম্মী। "ঐদি নঙোন্দা করিগীদমক্তা যামদ্রবদা এডভান্স বইনা লৌশিল্লুববা গ্রোগ্রামশিং অদুদদি পাংথোকলোইদৌরিবনো হায়না হংবনি।" ঙাইহাক্তং ৱাখল তৌরুরগা মহাক্না হায়রকই, "করিগীনো ঐনা পাঙথোকলুগদৌবিববু ?" মরমদি ঐখোয়না লৌশিল্লুবশিং অদুগা ঐখোয়দা দরকার ওইরিবা পৈশা খুদিংগী ফংফম থোকপা যী অদুনি।"

"নঙসু খঙফম থোকই। হিসাবতি নঙগী নমিংদা লোইনা লৈবনি, অদুগা য়েংনিংলগা বেঙ্ক-বুকতু য়েংলবসু য়াগনি।" মসিদি হায়দোকপদা তমথিবা

ৱানি। কনাগুম্বা লাই অমনা ঐগী ইকোক মনুংসিদা চঙদুনা মরৈ অদু অসুম অসুম খত্তুনা লৈরমাল্লে। ঐনা মাগীদমক্তা অসুক য়াম্না তৌবিখ্রবা ফাওবদা মহাক ঐঙোন্দদি নুংশিনা তৌদে হায়বগী ৱাখল অসিনা ঐহাক পংশাউদা শাউনিংলকলে।

অসিগুম্বা মফম মরাং খঙদবা ৱাসি ঙাঙনবসি মহাক হৈনিংলক্রে। মহাক্না চুম্নদা হায়রকই, "করম করম্বা বার্ত্তননো হায়বদু ঐঙোন্দা তাকপীরো, ঐহাক মখোয় অদুগী শেলশিং অদু লোইনা হণ্ডখ্রগে।" মসিদি থৌনা ফবা ৱাঙাংনি হায়বদু ঐহাক খঙই। হন্দোকখিনবা শেল অদুনা মহাক্না কদাইদগী লৌরুগদৌরিবা ? "নঙনা করিগী হনগদৌরিবা ? জগোই অদু শারোইদবগী মরমসিনা করিনো ?"

"নঙনা খল্লিবসি পৈশাতগীরা ? ঐহাক মীয়াম অসি অমুক হন্না মায়োক্লজবা ঙমলরোই হায়বসি নহাক খঙদ্রা ?"

"করিগী ঙমদনি ? ঐহাকপু ফাখ্রবসু ফাখ্রেদনা; অদু মঙাইদনা। নঙবুদি ফাদ্রিদনা। হান্নগুম্না নঙগী নথৌদু করিগী পাংথোকলোইদৌরিবনো ?"

"ঐহাক ঙন্নরোই, মসিনা লোইরে। ঐ ৱা অতৈসু করিমতা হায়ফম লৈত্রে।" ঐনা শাউনিংনা হংলম্মী, "মতুংদদি নহাক করি তৌগে হায়না নিংলি ?"

"ঐহাক মহাক্কী মনাক্তা হনখিবসু য়াই।"

"মহাক্না নঙবু অমুক হন্না লৌশিনবিরমগনি হায়না নহাক খনব্রা ?"

"হোই, ঐনা জগোই শাবা থাদোক্লবদি।"

ঐহাক ইপুক ফত্তবা মওংদা নোক্লম্মী। "নঙ করিগী নোকলিবনো ?" মহাক্না হংলকই।

"জগোই শাবসিগী ৱাদা ওইরবদি মহাক য়ারকপা য়াই হায়বদুদা।"

ঐহাক মতৌ অসুম্না ঙাঙলুরিবসি করিগীনো ? ঐনা মহাকপু ওহোক্লা মথ্বাই শোকহল্লুরে, "হোই; হৌজিক্তি অসিগুমবা ৱাশিং অসি হায়বা য়াবা ফিবমদা নহাক লৈরেদনা। মহাক্না ঐবুদি থোঙজিন ফাওবা কাশিনহন্নিংলমলোই, অদুম তৌরবদি মহাক্কী থোঙজিন্দা থৱাই অসি হেক থাদোকপনা ইফ ফবনি।" মহাক ঙাইহাক্তুং ৱাখল তৌনা লৈরুরে। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মহাক্কী চাউথোকপা ৱাখল অদু নিংবা কাইনা মচেৎ মচেৎ কাইখিবা অদুদা ঐঙোন্দদি

হায়ফম খঙদবা নুঙাইবা অপেনবা অমা পোকলে। মহাক্না মখা শমথবকই, "খ্বাইদগী হেক ফবদিনে হিংদুনা লৈবগী কারবার অসি পুমথা হেক থাদোকপনি। ইবানীমকনি ঐনা হায়বিবসি। শঙ্গোম গিলাস অমদা নৎত্রগা অনিদা তূম্নবা গুলিদু ডজন অমতং হেক হাপচিনখ্রগা ইরায় লায়বা পোৎনি। শিমিন্নসি হায়না ৱাশক্লবগী ৱাসি তোইনা তারে। অদুবু ঐঙোন্দদি মসিদি ছুটি অশাংবদা কোয়রুবগুম ঙক্না থোকই। অহিং অমা ফম্মিন্নদুনা ৱারী-ৱাতাই শারগা শঙ্গোম গিলাস অদু থক্লগা তূমখ্রবদি ঐখোয় অৱা-অনা লৈত্রবা সংসাব অমদা মিকপ থোকলুবসু য়াই। ঐদি ৱাফম অসিদি নহাক্না মসি য়ানি হায়বা অশেংবা খঙলবদি হৌজিমক মিকুপ অসিদা তৌসি হায়রিবসিনি অদুবু ঐনা মাঙ থানা চৎখিদুনা হেঞ্জিনখিদুনা নহাকতি অরোইবা মিকুপ অদুদা নপুক্লিং অদু হোংলকপসু য়াই হায়না চিংনৈ।"

"অদুগা নঙ নশাদুবু নতোন্মতা তৌনিংবা মওংদা তৌজনবগী দায়ীত্ব অদু লৈজবরা?" ঐনা হায়রুই, অদুনবু মসিদি ঐনা হায়রিবা ময়াম অদুগী মরক্তগী খ্বাইদগী ফত্তবনি। ঐহাক অসুম হায়না হন্না হন্না হায়রুরিবসিবু করিগীনো? মহাক জগোই শাদদুনা মনিং তম্বী জীব অমা ওইখ্রগনি ঐনা জেলগী চেক্লা ওইদুনা লৈখ্রিঙৈদা হায়বসি খল্লুবদা ঐহাক থৱাই অসি ইনুং নুঙাইতদুনা শাউনিংলবরা হায়না খঞ্জরে।

ঐনা হায়খি, "অসিগুমবা তিঞ্জেল-লাইচেনবা ৱাখলশিং অসি খন্দুনা লৈববুদি জগোই শাবনা হেন্না ফৎত্রা?" মহাক্কী চার্জ অসি ঐহাক অমুক হন্না লৌবনা ফরে হায়না খল্লে। "নহাক করিগী জগোই শারোইদৌরিবনো? নঙবু কোইশেন শেন্নবিনবা ঐহাক লৈররোই হায়দুনা তৌরিবরা? নহাক অদুম নশা ইৎপা ঙমগনি হায়না ঐহাক খল্লি। অদুগা মসিসু মতম পংশাংদি শাংলোই ঐখোয়গী কেশ অসিদি করিসু লৈতেদা। অহানবা হিয়ারিংদা অদুম লোইরগদবনি। ঐনা হায়রিবসি নহাক থাজৌ। মসি অরানবা চার্জনি।"

"অওইবরা?" মহাক্না হংলকই।

"ঐগী মায়োক্তা মখোয়না করি প্রমান পীবা ঙমগদগে?"

আইনগী ৱাচোইশিং অসি মহাক চুম্নতা থওইরুদে অদুগা হায়রকই, "নহাকপু থাদোক্লবা ফত্তবা ঐহাক মীয়াম মমাঙ থোক্তুনা অমুক হন্না জগোই শাজররোই। সার্কসতৌন্না হিংবসি ঐহাক ইপাম পামজদ্রে।"

"মদুদি নঙ নশানা খঞ্জবনিনা," ঐনা হায়খি।

"সার্কসকী প্রুন্সি নত্তে হায়না খল্লুই। ঐদি মসি অতোপ্পা পুন্সি অমনি হায়না লৌরুই। নঙগী অহানবা নয়ুম অদুগা লোইননা পুম্নমক অসি মাঙমিন্নখ্রে!"

"ও!" ঐনা ৱানা হায়রম্মী। "অদু ওইরবদি নঙনা ঐবু পোত্থাহনগে হায়দ্রেদনা। নশাবু মীয়াম মমাঙদা থোকহনবিনবা ঐবু কন্না ইনশিল্লম্লগা নঙদি হৌজিক্তি মসি হায়রক্লবনিনে! ঐহাক খঙদ্রেদা, খঙদ্রেদা, নঙ অসিদি পেলহনবা ওম্বোক্লা লুখ্রে।"

"নহাক খঙদ্রে!" হায়বদুনা মহাক কপ্লদুনা হৌগৎলগা মথক্তা কাখৎখ্রে। থাক অমা অনি কুমথরক্কুনা হাযরম্মী, "ঐহাক নঙবু ইতেং পাংলোই হায়বা নত্তে। ঐগী লৈজরিবসিগী হেক অরোইবা ফাওবা পীথোকপা তাববসু নঙবু জেলদগী কন্ননবগীদমক্তা তৌরম্লগনি ঐহাক। অদুবু অদুম তৌববদি অমুক্তং ঐবু পুমথা থাদোকপীরো, মসিতনি ঐনা নিজবিবা। ঐহাক ইশানা পামজবা মতুং ইন্না শিবু শিজরবসু হিংবু হিংজরবসু তৌজরগে, মসিতনি।"

মহাক্তি হায়খিবা ৱা অদুগা চপচানা অদুম তৌরকই। থুনমক মহাক থবক অমনা পুনখ্রে। মনিগী মতেং লৌদুনা মহাক কোইচেন চেল্লকলে। মহাক্কী মনিমুক্তাশিং অদু য়োম্বোরক্লে। শেয়ার শেম্বং পুম্নমক মমলদগী তানা তানা য়োম্বোক্কুনা শেঙ্গং ওইনা লোইনা পাইশিল্লে। মনিবু কোইচৎ চৎহল্লম্মী। মনিদু মাদ্রাজ তান্না ঐগীদমক্তা অফাওবা উকিল অমা পুরক্লবা চৎহনখ্রে। শেলগী ইরাং অদু শাথিবা হেঞ্জিল্লক্লবা অমসুং মদু চাং য়াম্না পীবা তারক্লবদনা অমুকসু মহাক থবক্কী পোরম খঙবা হেঞ্জিল্লকলে। মশানা হায়দোকখিবা ৱাশিং অদু কাউথোকখিদুনা জগোই শারকলে, ঈশৈ শকপা যন্ত্র খোংবদু মতোম্মতা তৌরকলে অমসুং মনিগী মতেংনা রেলৱেগী শিন্দোক শিঞ্জিন অসিনচিংবা পুম্নমকসু তৌরক্লে। মহাক্লা কোইচৎ চৎপদু উবদা ঐনা করেম্নরুই, "খঙলেদনা, মসিনি ঐনা নঙবু তৌহন্নিংবসু।" বার্ত্তনগী অৱাৎপদি লৈতে। তশেংনদি মতম খরা ইংনা লৈরুরগা ঐগী হৌজিক্কী ফিবম অসিনা অমুকসু পাম্বসি শো অমা য়েংবতনি অদুগা ঐঙোন্দা করি তৌখ্রবগে হায়বসি মখোয়না কমদৌনা খনবিরুগনি? মহাক্কী মথৌ অদু তৌরদুনা, ঔরাইদুনা অমসুং ইথৌ থওইদনা শো উৎপা চৎপদু উবদা ঐহাক থৱাইসি নুংঙাইতে। মনিসি মঙোন্দা য়াম্না

উপায় ওইখ্রে, অদুগা বার্ত্তন তৌরবশিং অদুনসু মঙোন্দা মতেং পূন্নমক পীরম্মী। ঐহাক যাওদ্রবসু মহাক অসি মপা লৈতবা অমনি হায়বসি প্রমান তৌদুনা উৎনবতা মওইখ্রে। ঐহাক মনিদা হায়গে নিংখ্রে, "চেকশিঞ্জৌ। নহাক নশাসি কদাইদা লৈরিবগে হায়বা খঙবা ঙমজদ্রিঁদৈা নঙবু কোইচিং চিংদুনা মহাকনা পুজখিনি, অদুদগীদি ইখঙ খঙহৌদনা নহাকসু ঐগী ফিবম অসিদা তাজনি। লিন-নুপীশিং চেকশিঞ্জৌ !" ঐগী ব্রাখল অসি খ্বাইগুম্বা নৎত্রগা নিংথিনা খনবা ঙমদ্রে হায়বসি ঐহাক খঙলে। মহাক মশা মতোম্মতা থাজজবা অদুদা ঐহাক কল্লকপা পোকলে হাযবসি ঐহাক খঙলে। অদুবু মতম অদুদদি পূন্নমক অসি মহাক্লা ঐগীদমক্তা তৌরিবনি হায়বসি ঐহাক কাউথোকখ্রে। মহাক্লা য়ানিংদবা কয়া উৎশিন্নরবসু, মহাক জগোই শাবা ইরেপ লেপ্লরোইদ্রা হায়না ঐহাক কিবা পোকলকলে। মহাক্তি থিংবা ঙম্বী নুপীসু নত্তে। মহাক্তি অসুম অসুম মপাঙ্গল কনবা হেঙ্গৎলক্কনি। মহাক্লা তৌরিবা মওং অদু য়েংলুবদা ঐহাক জেলদা লৈরবসু লৈত্রবসু অদুম চত্থখিগনি; মহাক্কী মপুরোইবনা য়ারবসু য়াদ্রবসু। মার্কোগীসু ঐগীসু মশা মতোম্মতা হিংজবা ঙম্বগী শক্তি লৈজরবা অমসুং মহাক মশামক্লদি পূবা পূবী করিসু লৈতবনি হায়না লান্না লৌজরিবা মহাক্কী মপুন্সি অদুদা করিগুম্বা মফম মচেৎ অমা ফাওবা লৈতে।

ঐগী উকিল অদুসু মহাক মশাগী ওইজবা ষ্টারগী মমল খঙজবা মীনি। লৈবাক অসিগী শরুক অসোমদা লৈরিবা কোর্ট খুদিংমক্তা মহাক্কী মমিং অসি মিত্রংগুম্বা লৈরম্মী। মহাক্লা ঙক কয়াবু থৌরি কোঙ্গোয়দগী কনবা ঙম্বা মীনি (অমদগী হেন্না কনখ্রবনি) প্রজা মীয়াম্বু নমথাক তৌবা কয়াবুসু মীয়াম মমাঙদা অমসুং আইনগী মিৎয়েংদা লোইশিনখ্রবনি, আইন কায়না গুণ্ডাগী থবক তৌবা কয়াসু মরাল ইঁরে লৈজদবা মীনি পুলিশকী শরৌদা তারুবনি হায়না প্রমান তৌবা ঙম্বা মীনি। প্রোজিকিউসনগী ব্রানা মতম চংনা হোৎনজরক্লবা কেশ কয়া করিসু লৈতবা তাহন্দুনা, নোকনিংবা ব্রাী তাহন্দুনা মহাক্লা খ্বাইদগী চেকশিন্না থল্লবা মহাক্কী খুবী অমসুং খুদোনবীগী মরক্তগী সাক্ষি পুথোক্তুনা মদু শ্রু শ্রু নৈরদুনা অহাংবদা থাদোকপা ঙম্বী মীনি, শক্তাদি মতমগী মীতা মানদে, কোর্ট অশাংবা অমা লিৎলি, খুন্নুংগী মানবা ফৈজোম অমা শেৎলি, কোয়েৎ অমা য়েৎলি, মদু পূন্নমক্কী মথক্তা মহাক্কী অমুবা উকিলগী ফুরিৎ অচোনবদু লিৎশিল্লি। মহাক্লা কোর্টকী বারদা লেপ্তুনা ব্রা হেক ঙাঙবা হৌরকপদা মহাক্কী মমিৎ অনী অদু নুংঙাইবা অমসুং থাজবগী মমিনা ইরং লংখৎহল্লকই। জজ অদুগী মমিৎ

অদুনা মহাক্কী টেবলদা লৈরিবা চে অদুদা হেক থমখিবগা য়াম্না মতৌ লৈনা স্নফ খজিক্তুং মনাতোন্দা হেক চিংশিল্লি। মতাং অমদদি মহাক ঐখোয়গী কেশ অসি লেপ্লীয়ু হায়বা য়াররোইদ্রা হায়দুনা ঐখোয় চিংনবা পোকলুরে কেশ অদু মঙোন্দদি করিসু লৈতে হায়না খনখিদুনা, অদুবু লাইবক ফবদগী মহাক্না মসি ষ্টার অমনা ষ্টাব অমদা তৌফম থোকপা কনসেসননি হায়না নলিনীগীদমক্তা খনবিদুনা লেপ্লীগে হায়না য়ারে। মহাক্না কেশ অদুগী অশম্বা ৱারী অদু তাবিহৌরে হায়বা পাউ অসি তাবদা (মসিদা মঙোন্দগী ফংননবা হোৎনবদা ঐখোয় লুপা লিশিং অমা তিংখি), পুলিশনা ঐগী মাযোক্তা থাঙ্গৎলকলিবা কেশ অদু খুদোংচাদবা থোকহল্লিবা পূম্নমক অদুগী ঙাকপীযু হায়না চঙজবগা লোয়ননা অদুম তোকখ্রবোই খল্লুরবনি। অদুবু মহাক অসিদি শেল চংবা উকিলনি— তান্নরুবা খুদিংমক শেল নগদ ওইনা থিবা তাই। মহাকসু মাগী হৈজনবী লম অমদদি "য়েথোকপদা হৈনুবা উকিল অমনি।" মহাক্কী মখুত্তা তাখ্রবা কেশ অসিদি তল হৌননবা তোৎলবা য়ামগুম্বনি; মহাক্না মসি তাদুনা নোইদুনা হঙ্গৎহন্দা চিংথোক চিংশিন শান্নবা ঙম্মী। কেশ অমবু অকুপ্পা মচেৎ মচেৎ থোক্লা মহাক্তি খাযদোকই অমসুং নুমিৎ কয়ানিমুক কুপ্পা, মুন্না য়েংননবা দরকার ওই। মহাক্তি কোর্ট অসি চাক চানবা ফাওবা হৌগৎহন্দনা ফ্র ফ্র হাইদুনা থম্মী ৱাহৈ পরেং অমা হায়বা লোইদ্রিঙৈদা ইশম হেক শম্নমা মখা পংঙাঙদা ঙাঙবা ঙম্মী; স্বর হোনবা ফাওবা লেপ্তুনা ৱাহৈসি অমগা অমগা কোইশম হেক শম্নমা ঙাঙবা ঙম্বগী শক্তি লৈরম্মী। মহাক অয়ুক্কী ট্রেন তোংদুনা লাক্লগা নুমিদাংৱাইগী ট্রেন তোংদুনা হনখি, মতম অদু য়ৌদ্রি ফাওবদি মহাক্না নুমিৎ চুপ্পা কোর্টকী কা অদুদগী চথোক্তে নৎত্রগা কেশ অদুসু মখা চথহন্দে— জজ ফাওবনা নুমিৎ চুপ্পা অদু কমদৌদনা লেনখিবনো হায়বসিদা ঙকপা পোকলম্মী। অরোইবদা ওইজরকপা ফল অদুনা অমা ওইহল্লগা মতৌ অসুম্না মহাক্না মরাল লৈরবা মী অমবু অফংবা মতমগী মনুং অদুদা মনিং তম্না লৈজবদু কুইনা ফংজনবা হোৎনবি। কেশনা ননবিরবা লাইরবা মীশিংগীদি খরচ হেন্না চংহনবা হায়বসি মসিনি— মহাক্কী ফিদি নুমিৎ খুদিংগী লুপা চাতরেৎ য়াংখৈ চাতরেৎ য়াংখৈ পীবা তাবনা, অদুগা মহাক্কী রেলগী অমসুং অতৈ অতৈ খরচশিংসু পীবা তাই অদুগা মহাক্তি মতেং পাংবা মহাক্কী মীসু য়াওদনদি খক লাক্তে।

ঐগী কেশ অসি মহাক্না এক্ট অহুমখক্তা শান্নবা কোমেদি অমা ওইনা উৎলে— মসিদা সভ্যতাগা লোইননা লৈবগী য়েক্লবা ওইনা মার্কোনা মরু ওইবা

ফত্তবা মী (ভিলেইন) অমা ওইনা উৎলি। নুমিৎ অদুগী মার্কো অসি কেশ অদুগী ইহান হানবা সাক্ষীনি অমসুং ঐগী ষ্টার উকিল অদুনা মঙোন্দা হেক হেক কোৎ কোৎতুনা হংলকপা খুদিংদা মহাক ইহে হৈনদনা ইশু শুগৎলদুনা হোল অদুদা লেপ্তুনা লৈবদু ঐহাক থাপ্লপ উই। কেশ তৌরুদনবা মহাক অসি অপং থৌনা লৈজরমদ্রবদিকো হায়না মহাক শোয়দনা খঞরমগনি। তশেংনদি মহাক্কীসু মশাগী উকিল য়াওজরকই, অদুবু মহাক অদুদি ইশোন শোনখ্রে অমসুং কিনা উরে। কোমেদি অসিগী অহানবা শরুক্তি ভিলেইন অসিনা মহাক্কী নুপীবু ঙাওদুনা কোইচৎ চৎহন্নিংই হায়বসিনি; অনিশুবা শরুক্না নুপী অসি অসিগুম্বা ওৎনৈবসি খাঙবা ঙমদুনা হিংজরে অমসুং অব্রা অনানা থল্লদুনা শিজরগে তৌরবদা মীওইববু নুংশিবা খঙবা মহাক্কী মতম অমসুং মশিন ফাওবা নুপী অসিবু কন্নবগীদমক্তা থাদোকখ্রবা রাজু কৌবা নুপা অমনা কনবিদুনা মহাকপু কলা বিদ্যাগী জগত্তা অসুক যাম্না ৱাংনা পুখৎপা ঙমহল্লকই হায়বসিনি। মহাক্কী মপুন্সি অসিদি ঐখোয়গী জাতিগী ইজৎ অমসুং সংস্কৃতিগী পরমপরাদা দান অমনি। জগৎ পূম্নমক্না ভারত নাট্যমবু খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈনরক্লবদা মহাকপু করিসু কান্নদবনি হায়না ইহোক্তুনা নুপা অসি লৈরম্বনি, অদুগা মশানা হোৎনজদুনা মমিং লৈজরক্লবসিদদি কনাগুম্বা অমগী কল্লকপা মিহৌবা অদুসু হেঙ্গৎলকলে। কনাগুম্বা অমনা উপায় লৈজদ্রবী নুপীমচা অমনা কনাগী মতেং য়াওদনা মতোম্মতনা শেমগৎচরকপা পুন্সিগী মশিলগী ফুরা দলান ময়াম অসি থুগাইনবা শিনবা পাম্মী, ইয়োর ওনর। অদুদগীদি থৌরাং অসি শিল্লিবা মী অদুনা দলিল অসি পুথোরকপনি– চহি মতম অসুক কুইনা কাউদুনা লোৎতুনা থমখ্রবা দলিল অসি। নুপী অসিদা দলিল অসি সহি তৌহনবিবগী মরম অতৈ খরসু লৈরি– মরৈ অদুগী অকোনবা শরুক্তা মহাক্না মসি হায়গনি। (করিগুম্বা খরা ফত্তনা উহনবসি মহাক্কী হৈনজবী উপায়নি; মদুদা অমুক হন্না হায়কনবগী খুদোংচাবদু মহাক মমৈদদি ফংদে। অসুক কুইবা চহিশিং অসি লোৎশিন্দুনা থম্লুরবা দলিলবু করি মরমগীদমক্তা অমুক হৌজিক পুথোরক্কদৌরিবনো ? অসুক কুইনা করিগী মহাক্না মসি হুন্দোক্তুনা থম্লুবগে ? করিগুম্বা টিকা অমতা তৌদনা হৌজিক হৌজিক্কীদি ৱা অসি মতাং অস্বাইদা অদুম থনম্মী। মহাক লমহুই লৈফম মনম নমলবা হুইগুমখ্রে। দলিল অসিদি ইয়োর ওনর, সহি তৌদনা হল্লকপনি। মদুগী ভাবতি ৱাফম অসি ইয়াও য়াওরুদনবা তৌজবনি, নুপী

অসিদি সনালুপানা নমদুনা ফাবা য়াবী নুপী মখল অদু নত্তে; মসিদদি মহাক্তি করিসু থওইদবা মীনি। অদুনা দলিল অসি সহি তৌখিদনা হনখিবনি, মবুকচেল চাউবা রাজু হায়বা নুপা অসিমক্না মশানা মদু পুদুনা পোষ্ট মাষ্টরনা হায়বগুম্না শোয়দনা থাখিনবা হায়দুনা পোষ্ট ওফিসতা লাকপনি। অদুনা লৌতুনবগী থবক অদু তৌরিবা মী অদুদদি দলিল অসি সহি তৌদনা হল্লকপদু উরুবদা য়াম্না নিংবা কায়খ্রবনি। অদুনা মখোয়না অতোপ্পা লৌনমগী উপায় অমা খন্নরকই— কনাগুম্বা অমনা নুপী অসিগী সহি অসি চে অসিদা শিনজিল্লগা পুলিস ষ্টেশন তান্না য়ৌননবা পুরকপনি। মদুদি কনানা তৌরমগদগে হায়বদুদি মহাক্কী মথৌ নত্তে; মহাক্তি মদুদা করিসু খঙনিংবা পোকলুদে। মহাক্তি মসি মহাক্কী ক্লাইয়েন্টনা তৌবা নত্তে হায়বসি শোয়দ্রবা, লেঙদ্রবা ৱানি হায়বা অসিতনি মহাক্না হায়নিংলিবদি; অমসুং করিসু চিংনদনা হৱাও হৱাও মহাক্তি মহাকপু খুদক্তা থাদোকপীদুনা দোষ মরাল পূম্নমক অদু কোকপীনবা হায়জবি।

অদুবু প্রোজিকিউসনগী কেশ অদুসু য়াম্না কল্লম্মী য়েংবদা মিৎ ইথক থক্রুবসু। অদুবু মখোয়না মনিদু বোক্সতা পুখৎতুনা মহাক্না ঐহাক ৱানা নুমিৎ খুদিংগী ইন্সিওর তৌরবা পার্সেল অমা ঙাইদুনতা লৈ হায়দোরকপা ফাওবা পংহংতা মহংখ্রে; পোষ্ট মাষ্টর অদুসু পুথোক্কুনা হংবদা ঐহাক মহৌশাগা মান্নদে হায়না হায়দোকখ্রে অমসুং অরোইবদদি মদু শোয়দনা ঐগী খুৎইনি হায়বসি প্রমান তৌদুনা উৎখিবদি হেন্দরাইটিং এক্সপার্ট অদুননি চেক্কী মনিংদা ইরিবা ময়াম, রসিদতা অমসুং চিঠিদা ইরিবা ময়াম অদুদগী মহাক মপুং ফানা প্রমান কয়া ফংলম্মী।

জজ অদুনা ঐবু চহি অনিগী মিয়াদতা জেলদা থম্নবা রায় তারে। ঐখোয়গী ষ্টার উকিল অদুদি চাউথোকচরি— আইনগী মতুং ইন্নদি ঐহাক চহি তরেৎ চপ চানা মিয়াদ তাগদবনি, অদুবু মহাক্কী লৈতোন অদুনা ঐহাক খরদি চেকশিঞ্জরবসু চহি মঙা অমদি ককথবিরবনি হায়বসিদা।

ষ্টার উকিল অসি পূম্নমক অসি খুদক্তা হেক ফংবা নত্তে, থা কয়ামুক চংলিবনি মদুগী মনুংদা নলিনীনা হান্নদগী হেন্না কন্না উকিলদুসু ফংনবা ঐখোয়গী ইমুং মনুংসু ঙম্নবা থবক কন্না নোমলিবনি।

ঐহাক অসি মতৌ তম্নফম ফাদোক অমা ওইনা খন্নখি। হৌজিক্তি মী পূম্নমক্তা ঐবু ভাব চোইবা অমসুং মমল য়াওদ্রবা মীগুম খন্নরে, ঐহাক মিং

অসিমক মতিক চারে হায়দুনা তৌবদি নত্তে, মতম পূম্নমক্তা মখোয়না ঐবু অরানবা মফমদা থেংনৈ হায়বগীনি। ঐবু মশক খঙনবগীদমক্তি, মখোয় সেণ্ট্রেল জেলদা লাক্তুনা ঐবু য়েংলবনা চুম্বনি। ঐগী চত্থোক চৎশিনদা অথিংবা খরদি লৈরে হায়বসি চুম্মী ঐনা মহৌশা তূমবা পুংশিং অদুদগী পুং অমদি ঙন্না হৌগৎপা তাবম্মী, কোয়দুনা লৈথোকপা য়াবা মতম অদুদগীসু পুং অমদি ঙন্না হঞ্জিনবা তাই হাযবদি অয়ুক্কীনা পুং ৫ নুংথিলগীসু পুং ৫। অদুগা পুং অনি অসিগী থবক অসিদি ঐনা তৌনিংবতা তৌদুনা পূম্নমক্কী মপু ওই। থৌজাল হৈবা সুপবভাইজব অমগুম্না জেলগী শঙ খুদিংমক ঐহাক চং চংদুনা য়েংলুই। ৱার্ডরশিং পূম্নমক্কা ঐগা লুনা চান্না লোইনৈ; অতৈ ফাদোকশিং অদু শন্ত্রি তৌদুনা য়েংবা তাববদা ঐনা মখোযবু মখোয়গী মথৌ শিনবি। ফি শারিবা সেক্সন অদুসু ঐহাক য়েংলুই, উশুবগী শঙ অদুসু। মী হাৎলুবা মীবু ওইববসু, লুট-পাৎ তৌবা মীবু ওইরবসু ঐনা হায়বদু মখোয় মথ্বাই য়াওনা তাবম্মী অমসুং ঐদি মখোযদা মখোয়গী মথ্বাইদু খ্বাইদগী নুংঙাইতবা মতমদা ৱাবী শাবসু ঙম্মী। পোত্থাবা মতমদনা ঐনা মখোয়দা ৱাবী কয়া লিবি, দর্শনগী ৱা কয়া ঙাঙলম্মী অমসুং অতৈ অতৈসু। মখোয়না ঐবু বাদ্যার- হায়বদি ওঝানি হায়না লৌনরক্লে। মনুং অদুদা ফাদোক চামঙা লৈরম্মী অমসুং মখোয় অয়াম্বগা ঐহাক্তি লুনা চান্না ফনা পাকচাউনা তিন্নৈ হায়জবা ঙম্মী। ওফিসারশিং অদুগসু ঐহাক্তি অদুম চান্নৈ। জেলগী সুপবিনটেন্দেন্ট অদুনা ইনস্পেকসন চৎপা মতমদা ঐহাক অসিসু মহাক্কী মতুংদা চৎচবা ফংবা অমসুং মহাক্না ঙাঙবদু তাজবা ফংবা থৌজাল ফংবা মীশিং অদুগী মরক্তা অমনি; অদুগা মহাক্কী পাউ মচা-মশুগাসু পুদুনা ঐহাক চৎলি মদুনসু ঐবু মহাক্না নুংশিবি। মহাক্না চুম্নতা হায়ফেৎ মহাক্কী ওইথংবা নাকন্দা য়েংবোইদা তৌবদা ঐহাক মানা পার্ম্লিবদু করিনো হায়বদু হেক্তা খঙই। ঐহাক প্রপ্ প্রপ চেনদুনা মানা কৌগে হায়না নিংলিবা ৱার্ডর অদু হেক্তা কৌরুই; মহাক মিকুপ অমতং চিংননা হেক লেপ্পদা ঐহাক লম্বীদা তারিবা নূং মচা মচাদু খুন্দোক্তুনা লংথোকখো হায়রিবনি হায়বা অদুম ভাব তাই। মসিনা মহাকপু হায়নিংঙাই লৈতনা পেলহনখ্রে। অসিগী মথক্তা ঐহাক মাংজৌননা চৎখৎতুনা ৱার্ডরশিং অমসুং অতৈ অতৈ মখাগী মীশিং অদুদা মহাক লাকহৌবে হায়না পাউ তাকপীরুই অমসুং মদুনা মখোয় ঙাইহাক্তুং উইজরুবদগী মিকপ থোকচদুনা কোৎয়েৎ-নুংয়েৎকগাদু শেমজিঞ্জনবগী মতম পীবী।

সুপরিনটেন্দেন্ট অদুগী ময়ুম অদুগী মনিংদা লৈবা লম মচেৎ অমখক্তা ঐহাক মনা মশিং লেপ্তুনা থাদুনা লৈরম্মী। ঐহাক লৈবাক্তু তৌই, গুহাদগী ঈশিং হোল্লদুনা মনা মশিংশিং অদু চেকশিন্না চাইবি। তিংখং পানবা উশা ব্বাশানা শাশন চংদুনা চাথোকখিদনবা হায়দুনা শম্বল খাজিল্লম্মী। ঐনা চাউর চাউরবা খামেন থারম্মী, হব্বাই উরীসু, কোবীসু। মখোক অদুদা অপিকপা অপোম্বা মপাল মচা মচা ওইনা থিন্দোরকপদু উবদা ঐহাক নুংঙাইবনা ইপা পাখৎলি। ঐদি মখোয় অদু অসুম অসুম চাউখৎলকপা, মওংমরিন নাইবকপা, মচু ওল্লকপা, হান্নগী শরুকশিং অদু কেনখিবদু য়েংদুনা লৈরম্মী। হেকপা মতম য়ৌরক্লগা মপাম্বীদুদগী লুনা নুংশিনা ঐনা মখোয়বু হেকই, চামথোকই, ঐগী জেলগী ফুরিৎ অদুগী মতোন্না তরং তরংনবা তৈথোকই, ব্বানা শেমদুনা শারবা ট্রে অমদা নিংথিনা মখোয়দু হাপ্পী (ঐনা ফি শাফমদগী অমা লৌরুই) অমসুং মখোয় অদুবু চিংলেম্না পুদুনা চৎলি। ইরং লংলবা খামেনশিং, মনামশিং অশংবা অমসুং কোবিশিং অদু উবা মতমদা সুপরিনটেন্দেন্ট অদুনা ঐবু নুংঙাইবনা কোনবিগে তৌই। মহাক্তি মনামশিং পামজবা মীনি। হৌফম থোইনা থিরুদনা মহাক্তি অফবা চিঞ্জাক পামজবা মীনি। ঐদি থবক অসিগী মচেৎ খুদিংমক পামজে, শংবানরবা অতিয়া অমসুং নুংশা মঙাল, ঐনা ফমদুনা থবক শুজরিবা য়ুম অদুগী উরুম, অইংবা ঈশিং অদুগী তইং তইংবা পুন্নমক অসি ঐঙোন্দদি অকেঅমৌগী ভাব অমদুম পোকহল্লি। ও, হিংদুনা লৈজরগা পুন্নমক অসি থেংনজবদি অসুক য়াম্না নুংঙাই নৌনা তৌথোকপদা ঙাইরিবা লৈবাক্কী মনম অদু ঐঙোন্দদি খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইজবা অমা পোকই। জেলগী পুন্সি হায়বদুবু মসি ওইরবদি করিগীনো মী ময়াম অসিদা লৈনিংদ্রিবসিবু ? মীশিংনদি মসিবু নম্বর থাদুনা, পুন্দুনা থম্বা অমসুং নোংঙানবদগীনা নুমিদাং ফাওবা ফুদুনতা থম্বা মফম অমনি হায়না থক থক নিক্লা খঁয়ে। ময়ায় ওইবা যুগকী ব্বাখলনিদা ! অঁতে মফম অমতনা মসিদগী হেন্না নুংঙাইরমলোই; নহাক্লা নিয়মশিং অদু ঙাক্লবদি মফম অসিদদি জেলগী ফক্লাং মরি অসিগী মপান্দা ফাওবা নহাকপু থাগৎনবদু ফংবা ঙমগনি। ঐহাক ঐগী চাননবা অদুম ফংই, অঁতে ফাদোকশিং অমসুং জেলগী থবক তৌরিবা মীশিং অদুগা লোইনদুনা অসুম ঐহাক সামাজিক পুন্সি লেল্লি, একর য়াংখৈরোমগী লম অমদা ঐহাক অদুম ইনিং তম্না কোইচৎ চৎল্লি। ফরে, মদুসু অদুম খন্নরুরবদি পাকচাউরিবা লমনি, মীওইবা হায়বসিদি মহৌশানা খজিক্তনসু হেক্তা মপেলগল্লি। "ফক্লাং খারি হায়বসি কাউথোকখো

অদু ওইরবদি নখোয় অদুম নুংঙাইগনি,” অহানবগী নোংমা নিনিদুদি ব্রাখলনা ইফক ফকচিল্লদুনা ইতৈ হৈনিংনা উদবা নৌনা থুংলবা মী খরদা ঐহাক্না হায়খি, জেলগী ব্রা খল্লুবদা ইপা পাখৎপা অপংবা মীশিং অদুগী মরমদা খল্লুবদা ঐহাক নোক্তুম নোকনিংলকলে। ফাঁসী তৌদুনা হাৎকদৌববা মী ফাওবদা রাখল অসিমক খল্লমলোই হায়বা য়াই, নৎত্রগা মীখা পোনবা হৈতবা, শাউগনবা মীশিংসু অদুবু মসি ব্রাৎলবা মী অতৈশিং অদুদদি মফম অসিদা অদুম নুংঙাইজগনি। চহি অনিগী মতুংদা মফম অদুদগী ঐহাক থোবকপা তাববদা ঐহাক পিনা মিৎ অসি ইথুম থুমহৎখি অমসুং ঐখোয়গী উকিল অদুদা পীথোক্তুনা শেল মযামদু মাঙ্তঙ্গবমদ্রবদি হায়না ঐহাক খঞ্জখি। জেল অসিদা পুন্সি চূপ্পা লৈজবনা ঐহাক নুংঙাইজবমগদবনি।

সুপরিনটেন্দেন্ট অদুনা ঐবু মহাক্কী ওফিসতা মহাক্কী মশাগী মনাই ওইনা ওহ্বোকপীরে। ঐনা মহাক্কী মফম অদুগী চার্জ পুই, মুক নিংথিনা হাপ্পী, কলম শেংদোকপী, পেন্সিল মচিন ইংপী অমসুং মহাক্না থবক শুরিঁঙৈদা অতোপ্পা মী অমতনা মহাকপু থুগাইবিদনবা থোঙদা লেপ্তুনা লৈ। মহাক্না মপুক্লিংদা ঐবু খন্দা হেক খল্লকপদা ঐহাক মনুং চঙদুনা মহাককী মমাঙমক্তদা হেক লেপলুই, ঐহাক য়াম্না খিং খিং লাউনা হৈশিংলে। মহাক্কী মপানগী ওফিসতা পুননবা ঐঙোন্দা ফাইলগী বোক্স অদু পী মখোয়না পীরকপা ফাইলশিং অদুসু মহাক্কী টেবলদা পুরক্তুনা থনম্মী। মহাক্না চখোকখ্রিঁঙৈদা খবর লাকই। ঐনা মদু পায়রদুনা মঙোন্দা পীশিন্দ্রিঁঙৈদা চেনাশিং অদু ফাক্তোক্তুনা য়েংহৌই। মহাক মদুদা ব্রারৌদে হায়না ঐহাক খল্লি: মহাক্তি খবর পাবসি ফমুংদা অয়ুক্কী চাক মতুংদা নুংথিল তূনমদাইদা পাবনা হেন্না পান্নম্মী। ঐনা তুমিন্না পৃথিবীগী রাজনীতি হৈরবশিংগী ব্রা অদুদা হায়ফেৎ য়েংই, চহি মঙাগী থৌরাংদসু, মন্ত্রীশিংনা থোং শঙ্গাবা মনা য়েহ্বোকপগী মরমদা, নিউক্লিয়ার পোকখাইবগী - ব্রাদা অমসুং পৃথিবীগী লুখ্রবা তানফম কয়াগী মতাংদসু। পূম্নমক অসিদা ঐহাক চাউয়েং য়েংথোক্লম্মী।

অদুবু ইরাইগা নোংমাইজিং নুমিৎকদদি ঐহাক “হিন্দুগী” অরোইবা লামাই অদুদা খুৎ অসি থক থক নিক্না হাংদোকলুই— অমসুং অরোইবা কলম অদুগী জগোই শাগদৌরিবা মফমগা টিকেৎ মমলগা হেক হেক হাপলকই। হন্দক্না খা ভারতকী কাচিন অসোমদা, হন্দক্না অদোমদা, মথংগী চয়োলদনা সিংহলদা,

অতোপ্পা চয়োল অমদনা বোম্বেদা নৎত্রগা দিল্লীদা। মহাক্কী সম্রাজ্য অসিদি ময়েং তাশিল্লকপদি লাইরদুনা পাকপদুম হেঙ্গৎলকই। ঐ য়াওদনা মহাক চৎলিবনি হায়বসি খল্লুবদা ঐহাক শাউনীংলকই। হৌজিক্তি ময়ায়গী সোফা অদুদা কনানা ফমলিগবা ? শো অদুনা ঐগী খুনাউবীগী খুদম ফংদনা করম্না হৌরমগনি ? করম্বা মতমদা লেপকদগে হায়বদুনা মহাক কমদৌনা খঙলমগনি ? ময়াম অদুনা মহাকপু ইরোই লোইশিনহনগে হায়দদুনা অসুম অসুম পংশাদ শাথহন্দুনা লৈহল্লম্বসু য়াই। শো লোইরকপা খুদিংদা মহাক ট্রেন তোংবা ফংহৌদদুনা লৈরমগদ্রা হায়না খল্লুবদা ঐহাক শ্রু শ্রু নৈশিন্দুনা ৱা ঙাঙথোকফম খঙদ্রে। খবর অদুগী লামাই অদু মহাক শো কয়া য়াম্না পাংথোক্লুবা অমসুং শেলনা কয়া য়ামনা তাল্লম্লগদগে হায়বদু য়েংনবগীদমক্তা ঐহাক ফাক্তোকলুবনি। মহাক্না হিসাব অদু খরা খন্না ইহৌদ্রবদি মশা অদু থেক্তুনা থুদেক্তুনা অসুক ৱানা তাঞ্জরিবা পূম্নমক অদু অমুক সুপরটেক্স হাপচিনবিরক্তুনা লোইনা লৌথোকপিগ্রগনি ! মনিনা ঐবু ময়াম উনবা লাকপা নুমিৎ অমদা ঐনা জেলদা লৈবা হৌগৎলকপগী থা ইয়াম য়ামদ্রিঙৈদা উনবা লাক্লমদ্রবদি মহাক্না ঐগী ইফম অদুমক শিল্লবরা হায়না চিংনরমগনি অদু ওইরবদি ঐঙোন্দদি খাঙবা ঙমদবা নুংঙাইতবা কয়া হেন্না পীরগনি।

জেলদা লৈরিঙৈদা ঐবু উনবা লাকখিবসি মনিতনি; মরুপমপাং শাগৈনাতে অতে পূম্নমক্তি ঐবু কাউবিগ্রবগুম তৌরে। ঐগী পুন্সিগী খোঙচৎ অদুদা নুংঙাইতে অদুনা মহাক্তি লাকপনি। মহাক্না ঐবু ঙাইরদুনা লৈরম্বা মতম অদুদা মহাকসু চপ মান্ননা মায়থোং অদুদা অৱাবা অমসুং থৱাই য়াওবগী মমি তাই। অদুবু ঐনা মঙোন্দা, "মসি পংফৎ ফত্তবা মফম নত্তে। ঙম্লবদি নঙসু মফম অসিদা লাক্লনবা হোৎনৌ," হায়রুবদগী মহাক ইপা পাখৎনা উরদুনা মতুংদা অমুক হন্না ঐগা উনবা লাকখিদ্রে। মিনিট কুম্রাদং ঐগা লৈমিন্নরিঙৈ মতম অদুদা মহাক্না পাউ পূম্নমক শিং শিংনা তমদুনা তারে। নলিনীদু টাউন অদুদগী মপোৎমচৈ য়োমদুনা চৎখ্রে। মহাক মাদ্রাজদা লৈখ্রে অমসুং মশা মতোম্মতা অদুম নুংঙাইনা লৈনবা শিঞ্জরি। মহাক্না টাউন অদু থাদোক্তুনা চৎখিবা নুমিৎ অদুদা মনিদা লুপা লিশিং অমা খুদোন ওইনা পীরম্মী। রেলৱে প্লেটফোর্ম অদুদা মঙোন্দা লৈপরেং চাম চাম পীখি। মহাকপু থিন্দোক্লুবগীদমক্তা মীনা কয়া য়াম্না তিনখ্রবা ! মহাক্না থাদোক্তুনা চৎখিদ্রিঙৈদা নিয়ম নাইনা শেন্দোলশিং অদুগী লিষ্ট কয়া শেম্লগা লোইনা শিংদোক্লম্মী; ফাল-নুং, উপু-নুংপু, ফমুং-কাংথোল পূম্নমক

অদু নিলাম তৌবা মী অমদা লোইনবা য়োম্ছোক্লম্মী। য়ুম অদুগী মনুংদগী মহাক্না হেক পুখিবসি লাইরিক অদুতনি— মদুদি মহাকনা য়ুগী উপু অদু থুদেক্কুনা য়ু লিকলি ময়াম অদু হুন্দোকখিবা মতমদা থেংনখিবনি। মহাক্না লাইবিক অদু মনুংদা নপশিন্দুনা লৈরম্বা থেংনখি, মদু পায়খত্তুনা চেকশিন্না পুদুনা চৎখি। "মদুদি ঐগী লাইরিকনি। মহাক্না মদু করিগী পুখিদৌরিবনো ?" ঐনা অঙাংদৌনা হায়খি। ঐনা মখা হায়থখি, "মসি চাউরবা লীলা অমনি হায়না মহাক্তি খল্লেনে, চুমদ্রা ! ... মসিনা মহাকপুদি পেলহনববা ? নৎত্রগা মসিগী করিগুম্বা কান্নবা ফল লৈ লাকপ্রা ?" ঐনা পুক ফত্তনা হংখি। মনিনা হায়রকই, "কেশদুগী মতুংদা, মহাক কার অদুদা তোংদুনা য়ুমদা হল্লি, মহাকসু মহাক্কী কারদা তোংদুনা বেলরে ষ্টেশন তান্না চৎখি মখোয় অনি উনখিদে।"

"রা অসিমতদি তাবদা ঐহাক নুংঙাই," ঐনা হায়খি। "মহাক্কীসু হোৎনদুনা মহাক্কী মখোঙদা ফাওবদি অমুক হন্না তুজকদনবা মশাগী ইজ্জৎতি লৈজবিদনা।"

চৎত্রিঙৈগী মমাঙদা মনিনা হায়থরকই, "নঙগী ইমাদু হন্দক্তা উখি। মহাকসু লরাইদা নুংঙাইনা অদুম লৈরি।" কোর্টতা লাক্লম্বনি। কেশ অদুগী অরোইবা নুমিৎ অদুদা হেক লাক্লম্মী, ঐগী য়ুম অদু তংখাই অমা সৈত অদুদা পীথোকখিবগী কিশি থাংখ্রবা অমসুং কুইখ্রবা হিরম অদুগী মরক্তা ইমাবু তাইনবিদুনা মহৌশানা মহাক্না ইমা অমসুং ঐ ইবানীগী মরক্তা ওইবিবগীদমক্তা ঐখোয়গী লম অদুগী "য়েথোকপদা হৈনজরবা" উকিল অদুবু ঐহাক থাগৎখি। ঐখোয়না তাজগী খ্বাইদগী ফরবা কাদা লৈহনবা মমিং চৎলবা মাদ্রাজগী উকিল অদু থুংলবদগী মহাক ব্রাহৈনা ফোঙদোকফম খঙদনা মশাসি ইরাং লাংখ্রে। ঐখোয়গী অপিকপা উকিল অসি ইপা পাখৎলদুনা কোইচেন চেঞ্জরম্মী। মহাক লরাইদা কুমখিদুনা ইমা ফাওবা লৌরুই মতোম্মতা মরমদি করিগীনো হায়বদু মহাক মতোম্মতনা খঙজরমগনি। ইমাদি ঐনা কোর্টকী ফাদোকশিংগী ফমফম অদুদা ফমদুনা লৈবা ফিবমদু উবদা ওছোক্লা নিংবা কাইরে; মাঙ্গোল অদুদা বোজিনা মঙোন্দা করি করিনো খরা হায়জগে হায়না চঙজরুবদা মহাক্কী মমিৎ অনিদু ইরং লংখৎলদুনা হায়রকই, "হৌজিক্তি নহাক মঙোন্দা তৌবিরিবসিদা পেল্লবরা ?" নুপীমচা অদু মহাক্কী মনাক্তগী অদুম নাছোকখ্রে। মসি ইমা মশামক্লা ঐঙোন্দা কোর্টকী পোত্থানবা মতম অদুদা ঐনা উনগে হায়দুনা চৎলুবদা হায়রকপনি। ইমাদি থোঙজিন্দা লেপ্লম্মী। মহাক্তি কোর্টকী মনুংদু অমুক্তা

উজদ্রিবনি অমসুং মশাগী মথৌনা ফবদুগী ব্রাখল অমনা খুদুম চনখ্রে। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রকই, "নশাদসু নঙনা খঙনচান্নবা পূন্নমক্তসু কয়াদা ইকাইখ্রবা থবক্নো নঙনা তৌরিবসি ! ইমাদি ইবুঙো নঙ চয়োল কয়ামুক থবোম্বী নাবা মতম অদুদা শিজরন্নবদি খ্বাইদগী ফবা ওইরমগনি হায়না তোয়না খল্লকলে; হৌজিক্তি ঐহাক হিংদুনা লৈরগা পূন্নমক অসি খাঙদুনা লৈববুদি ...।" মহাক্কী ব্রা অসি লোইশিনবা ঙমখিদ্রে, মহাক নিংবা কাইনা মাংগোন অদু লাম্বোক্তুনা ঐখোয় অমুক হন্না রায় হায়দোকপদু তান্নবা চঙদ্রিঙৈগী মমাঙদা মপান্দা অদুম থোকখ্রে।

# ১১

**রাজুনা** লিরিবা ৱারীদু য়েন খোংলকপদা লোইশিল্লে। বেলান্না মশাদু শুকলেং লেংদনা, মনঙ্গল অদুনা মল্লবা সিড়িগী নাকন্দা খাজিল্লিবা নুংগী রেইলিং অদুদা ঙাদুনা ৱারী পুন্নমক অদু তাদুনা লৈরম্মী। অহিং চুপ্পদু লেপ্পা লৈতনা ৱা ঙাঙলকপদুদা মখনাউদু ইকং কংখ্রে। হৌজিক ফাওবা খুঙ্গং অদু মিকপ থোক্তুনা পুম্সিগী শিনফমদা খোঙদানদ্রি— বেলানসু হকাম অমা লাওনা চল্লে অদুগা তুমিন্না অমুক লৈখ্রে। রাজুনা হেক পোকপদগীনা জেলগী থোঙ্গাল অদুদগী থোবকপা অদু ফাওবগী অকৃপ্পা মরোল পুন্নমক অমতা চিংখদনা লিথরক্লে। মহাক্তি বেলানদু তুক্কচনা হৌগৎলক্তুনা ৱাশক্তুনা হায়রক্কনি হায়না নিংলম্মী, "অসুক কুইবসি ঐখোয়না নঙবু অচৌবা পুকচেল চাউবা মীনি হায়না খল্লম্মী! নঙগুমবা মীনা তপ তৌরবদি, ঐখোয়না তাবকপা য়াই হায়না খঞ্জরিবা নোংখবা অদু ফাওবা তাম্লোকপিখিবা তারে। চৎখো চৎলো— নহাক- ঐখোয়না নঙবু নমদুনা তাম্লোকহন্নিংবা পোল্লক্ত্রিঙৈদা। নঙনা ঐখোয়বু অপংবা শীবে।" রাজুনা ৱাহৈশিং অসি ফাঁসিগী দণ্ডিগী হুকুম পহ্নহন্নবা ঙাইজবগুম ঙাইরম্মী। বেলান তুমিন্না লৈরিবদুদা মহাক জজ অমগী রায় অমুকসু হন্না ঙাইবগুম্না খঙনিংবা অমসুং লাংতক্লবগা লোয়ননা য়েংদুনা লৈরম্মী। মফম অসিগী জজ অসিদি মহাক্না কোর্টকী হোল অদুদা থেংনখিবা অদুদগী হেন্না কনবা, হেন্না চেৎপা উফমগী মীতানি। বেলানদু হৌজিক ফাওবা ৱা ঙাঙদনা তুমিন্না লৈরি— অসুক্কী মতিক তুমিন লৈখ্রে রাজুনা মহাক তূমখ্রবরা হায়নবু চিংনরক্লে।

রাজুনা, "হৌজিক্তি নহাক ঐগী ৱারীসি লোইনা তারেদনা?" হায়না উকিল অমনা জজ অদু মপুক্লিং চংদ্রে, থওইদ্রে হায়না চিংনরদুনা হায়রকপগুম্না হায়রকই।

"হোই, স্বামী।"

হৌজিক ফাওবা "স্বামী" হায়না মহাকপু কৌরকপদুদা রাজুদু ইঙক ঙকপনা থেংখ্রে।

"ৱারী অসিগী মরমদা নহাক করি খল্লি?"

অসিগুম্বা ব্বাহং অমা খুম্বা তাবসিদা বেলানদু ব্বানা উরে। "নঙনা ঐঙোন্দা পূম্নমক অসি করিগীদমক্তা লিবিরিবনো হায়বদু ঐহাক খঙদে, স্বামী। করিসু লৈজদ্রবা তোল্লবা ননাইদা অসুক য়াম্না তাকপীরিবসি ইবুংঙোগী থৌজাল্লি।"

"নুপা অসিনা শিজিন্নবিরকপা ঙাঙলকপা ইকাই খুম্নবগী ব্বা খুদিংমক্লা রাজুদা তেন্না থারকপগুম তৌখি। "মহাক অসি ঐবু ইতোম্মতা থাদোকলোইদৌরেসে," রাজুনা থোক্লবা লাক্লবা হায়বদুনি খল্লকই। "নুপা অসিনা ঐহাক ইশাবু কদাইদা লৈজরিবগে হায়বা খঙদ্রিঙৈদা ঐ লোইশিনখিবা তারেদকো।"

য়াম্না লুনা খল্লুরবা মতুংদা জজ অদু মাগী ফমফমদগী হৌগৎলকলে। "খুঙ্গংদা ঐহাক ঐগী অয়ুক্কী ইথৌ পাংথোকলুখিনবা চৎলুখিগে। ঐহাক অমুক হল্লক্কনি। অদুগা ঐনা তাজবিবা পূম্নমক অসিগী করিগুম্বা অমতা কনা অমতদসু করিগুম্বদসু হায়দোকচরোই।" মহাক্লা মথবাক অদুদা ঙক্লা খুদুমনা পোপ পোপ শুজরে। "ব্বারী অদু মসিদা চঙখ্রবনি অমসুং মদু অদুদা অদুম লৈবগনি।" মসি হায়রগা মহাক থব্বাই য়াওনা লুনা দণ্ডবৎ তৌদুনা খুকুম্নগা সিড়ি অদু কুমথখিদুনা লৈঙোইনা থল্লবা তুবেল অদু লানদুনা চৎখ্রে।

কোইচৎ চৎপা খবরগী পাউ পীবা নুপা অমা খুঙ্গংদা লাক্লুনা পাউ অদু লৌখ্রে। সরকারনা নোং তাদবা অদুগী খুদোংথীবা ফিবমশিং অদু য়েংশিন্দুনা মদু কোক্লনবা উপায় পুথোরক্লবা কমিশন অমসু শেমদুনা থারক্লে; মখোয় অদুগা লোয়ননা প্রেসকী পাউ পীবা মী অমসু লাকলে। অসুম কোইচৎ চৎলিঙৈদা মহাকসু স্বামী অদুগী পাউ তাদুনা তুরেল লাম্বোক্লুনা মন্দির তান্না লাক্লম্মী অমসুং ভারতকী সহর খুদিংমক্তা থুংনা পানবা মহাক্কী খবর অমখক্তা হাপ্লনবা পাউ অদু টেলিগ্রাম তৌখ্রে। "অশেংবা সাধু অমগী নোং তাদদুনা কংলিবসি কোক্লনবা তপস্যা" হায়না মকোক্তু থারদুনা অদুদগীদি মদুগী শন্নপ্পা পাউ অমসু ইরি।

মসিনা হৌফম ওইখি।

মীয়ামগী খঙনিংবদুসু পোকহনখ্রে। খবরগী ওফিস অদু পাউ হান্না ফংনিংবনা ইকোই কোইশিনখ্রে। পাউ পীবা রিপোর্টর অদু অমুক হন্না চৎলো হায়না থাখ্রে। মহাক্লা অনিশুবা টেলিগ্রাম অমা, "চরা হেনবগী মঙানি শুবা নুমিৎ" হায়রদুনা থারকই। দৃশ্য অদুসু শন্দোক্লা তাক্লকই মহাক্লা। স্বামী অদুনা তুরেলগী মপান্দা লাকপা তুরেলগী হৌরকফম মরু অদোমদা মমায় ওন্দুনা লৈবা, মচিন্দা করি করিনো খরা শোল্লদুনা অয়ুক্কী পুং ৬ তগীনা ৮ ফাওবা

খুকউ য়ৌবা ঈশিংদা লেপ্পুনা লৈবা, মমিৎ অনিদু উইশিল্লদুনা, মখুৎ অনিদু ঈশ্বরদা খুরুমজবগী মওংদা জুর তৌরদুন্না লৈবা পূন্নমক হায়রকই । খুকউ য়ৌনা লুবা ঈশিং থিবসি অব্রাবা ওইরবনি অদুবু খুল অদুগী মীশিং অদুনা লৈঙোই ভ্রদু খোত্তোক্তুনা খুৎনা কোম অমা তৌথোকলে, মদু থনবা ঙমদ্রগনা অথাপ অথাপ্পা মফমদগী ঈশিং হোল্লক্তুনা নুপা অসিনা মতম পূন্নমক্তা লেপ্পনবা খুকউ য়ৌনা ঈশিং লৈননবা থলহল্লি । সাধু অদুনা মফম অদুদা পুং অনি অনি লেপ্পী অদুদগী তপ্পা তপ্পা সিড়ি অদুদা কাখৎখি, মন্দির অদুগী হোল মনুং অদুদা থাবিবা ফক অমদা হিপ্পী অদুগা মহাক্কী শিষ্যশিং অদুনা লেপ্পা লৈতনা মহাক্কীদমক হুমাই হুমদুনা লৈরম্মী । মীয়াম পূল্লদুনা চিন্দুনা লৈরম্বসু মহাক কনাগুম্বা অমতবু যেংদে, মশক খঙদে । মহাক পূরা পূরী করিমতা চাদ্রবনি । মহাক হিপথদুনা মহাক্কী তপস্যা অদু মঙ্গল ওইননবা হায়দুনা মমিৎ অনিদু উইশিন্দুনা লৈ । মদুগীদমক্তা মহাক্না মহাক্কী লৈজবা শক্তি পূন্নমক অদু খোমজিন্দুনা হোৎনরি । মহাক্না ঈশিং অদুদা লেপ্পুনা লৈতবা মতমদা মহাক কন্না ধ্যান তৌদুনা লৈ । অসিগুম্বা মহাপুরুষ অসিগী মনাক্তা মতম পূন্নমক্তা লৈজনবা খুলগী মী পূন্নমক মখোয় মখোয়গী মহৌশাগী মথৌ থাদোক্লদুনা লাক্লরবনি । মহাক্না তূমলিঙৈদনা মহাকপু ঙাক শেন্দুনা মখোয় মফম অদুদা অদুম মরৈ, অমসুং মফম অদুদা মী ফনা য়ান্না তিল্লবসু চেকমোক লাউদনা তুমিন্না লৈনরম্মী ।

অদুবু নুমিৎ খুদিংগী মীয়াম অদু অসুম অসুম য়াম্বা হেঙ্গৎলক্লে । চয়োল অমগী মনুংদা মফমদুদা অতৎপা লৈতনা ঙুং ঙুং লাউবা খোঞ্জেন্না থল্লকলে । অঙাংশিংনা কোইরাউ লাউরদুনা তান্নদুনা শান্নরি, নুপীশিংনা থুম্মোক্তা কোললিক, শিঙ, থোং-থাক্লবা পোৎচৈ পুরক্তুনা মব্রা-মপুরোইবা অমসুং অঙাংশিং অদুগী চাননবা থোং থাকলি । অপিক অপিকপা মৈখুগী খোই খোইবা মরি মরিনা তুরেল খোঙবানগী মফম পূন্নমক্তগী, অসোম থংবা তোর্বানগী অঙম্বদগী অমসুং অসোম থংবা তোর্বান্দগীসু কাখৎলকপা উরি । ইরং লংবা মচু শেৎপী নুপীশিংগী সাড়িনা নুংশা মঙালদা ইরং ইরং লংলদুনা অমসুং নুপাশিংসু উৎসব মেলাগী অফবা ফিরোল শেৎলদুনা লাকপা পিকনিক কাংবু কাংবুশিংনা মফম অদু পুমনোম্ নোমম্ত্রে । উপালগী মখাদা লৈরিবা চরু অদু চানা চানা গাড়ীগী পোৎপুদগী থাদোকপীরবা শললাবশিং অদুগী শরিকশিং অদুনা শ্রিং শ্রিং লাউবা মখোল থোক্লকই । অপিক অপিকপা ঈশিং থোকফমশিং অদুদা মীনা চয়োম শাখ্রে ।

হোল অদুদগী রাজুনা মমিৎ হেক হেক পাংথোরকপদা মখোয় ময়ামদু উরম্মী। মৈখু অদুনা করিনো হায়বদুসু মহাক খঙই; মখোয় চাথক্তুনা নুঙাইনা হরাওতয়াম তৌরিবনি হায়বসু মহাক খঙলম্মী। মহাক্না খল্লম্মী মখোয় চেংগা কুংকুমগা তোৎনরগা ঘীদা থোংদুনা চারমগনি অদুগা মনামশিং য়েনশাংদুনা করি করি ওইরমগনি ? নোং তাদদুনা কংবা অসিদা মনামশিংসু অমতা হৌরমদবসু য়াই। দৃশ্য অদুনা মহাকপু ওৎনৈবিরে।

নুমিৎ অদুদি মহাক্না চরা হেনবগী মরিনি শুবা নুমিৎনি। মবাইবক ফবদগী, অহানবা নুমিৎ অদুদা মহাক্না মমাঙগী নুমিৎতুদগী লেমহৌবা চাক খরগা মাখয়ে, অমসুং মনা মশিং খরনে এলুমিনিয়মগী পাত্র অমদা খ্বাইদগী মনুং থংবা কাদা নুংগী য়ুম্বী অমখক্কী মরুমদা চজিক খরা লোৎশিনজহৌই। মরাইবক ফবদগীসু, অহানবা নুমিৎ অদুদদি মহাক নোংমগী মমৈদা লাই শোল্লুরবা অমসুং তপস্যা তৌরুরবা মতুংদা অহিং অথেংবদা ঙাইহাক্তংসু লোন্না থুপ্না লৈজহৌবা ফংলম্মী। মতম অদুদদি মী অসিসু অদুক য়াম্লমদে। বেলানসু ময়ুমদা থবক লৈদুনা অতোপ্পা নুপা অনিখক্তা স্বামী অদুগী সেবা তৌননবা থনম্লগা চৎখি। স্বামী অদুনা হোল অদুদা থারিবা ফক অমদা হিপ্লদুনা নুপা অনি অদুনা মঙোন্দা য়েংল য়েংলদুনা চাউরবা কোনাগী হুমাইদু মমাইদা হুমদুনা ফমদুনা লৈরম্মী। নুমিৎ অদুমা চাক চাদবদুদা মহাক ইচোক চোকথরক্লে। মহাক্না মখোয়দা থুনা হায়রকই, "তূমনিংলগা তূম্মুদনা; ঐ অমুক লাক্কে," অমসুং কারবারগী মওংদা হৌগৎখিদুনা মহাক্কী মনুংগী কা অদুদা চঙখি। "মীশিং অসিদা ঐহাক করিগী চৎলিবনো, কদাইদনো, কয়া কুইনা চৎকদগে, হায়বা পূম্নমক অমতা হায়ররোই।" মহাক ব্রারৌরক্লে। মহাক্কী লোন্না থুপ্না তৌজবা পুম্বা ইমাঙ মাঙশিল্লকলে। মী পূম্নমক্না মতম পূম্নমক্তা মঙোন্দা কোইয়েং কোইয়েং য়েংলদুনা মুন্না মুন্না য়েংলদুনা, মমিৎতু ওম্বোক্না থৌরদুনা মহাকপু হুরানবগুম য়েংদুনা লৈরি। মনুংগী কা য়ৌরগা মহাক্না কন্না, থুনা ফক্লাংগী পোংচৈ থমফম অদুদা মখুত্তু থিংজিনখিদুনা মহাক্কী এলুমিনিয়মগী পাত্র অদু চিংথোরক্লে। ফম্বাক অদুগী মরুমদা ফমদুনা মহাক চানবদু হেক য়ারিবমখৈ মখোল থোকহন্দনা চখোম অচৌ অচৌবা অহুম মরি কিৎ কিৎ নমদুনা য়োৎহৌরে। চাক চজিকনি, ইকং কংলবা চৈমুক কল্লবা নুমিৎ নিনি শুরবনি; মহাউদুসু শাথিনা হাউখিদ্রবনি অদুবু মদুনা মহাক্কী অরাম্বদুদি কোকহল্লে। ঈশিংনা শেংনা চামথোকলে।

মনিংলোমদা থোক্তুনা মচিন অদু মখোল হৌহন্দনা তেংথোকলুরে– মহাক্কী ফক অদুদা অমুক হন্না চৎপা মতমদা মহাক চাক ঈশিংগী মনম নমহননিংলমদে।

ফক অদুদা হিপ্পা হিপ্পা মহাক ধ্যান তৌরম্মী। তৌরিবা পূম্নমক অদু উরুবদা মহাক অনাবা পোকলে। মীয়াম অদুমনা ঙুং ঙুং লাউনা খাইদগী য়াম্না তিনখৎলক্রুবা মতম অদুদা অৱাংবা ফম্পাক অমদা কাখত্তুনা মহাক লাউরুবা য়াদ্রা, "নখোয় লোইনমক চৎপিখ্রো, ঐবু ইতোম্মতা থম্বীরম্মো, নখোয়বু কনগদবা মীদু নত্তে ঐদি। নখোয় শাপ ফংলবদা পৃথিবী অসিদা লৈবিবা করিগুম্বা শক্তি অমতনসু কনবিবা ঙমলোই। কবিগীনো নখোয়না ঐবু চরা হেলহনবিদুনা অসুক কন্না থিংদুনা ৱাহনবিরিবসিবু ?" মদুনদি করিসু উপায় ওইবোই। মখোয়না মসি ফাগিনি থিংদুনা ৱাহনবিরিবসিবু ?" মদুনদি করিসু উপায় ওইরোই। মখোযনা মসি ফাগিনি হায়না লৌদুনা তোকখিনি। মহাক্কী মনঙ্গল অদু ফক্লাংদা হেক থেংলে মদুদগী হেন্না হন্দোকফম লৈত্রে। মসি খঙলকপদগী মহাক্কী তপস্যাগী নিনি চনবা নুমিৎ অদুদদি মহাক চাংয়েং অদু খবা হেন্না কান্নররোই হায়না চঙজদুনা খাঙবা ঙমজবে। অমুকসু হন্না মমায়দু চীংলোমদা ওল্লদুনা মুরুম মুরুম শোল্লদুনা মফম খুদিংমক্তা হরাও তয়াম্না লৈরিবা পিকনিক কাংবু কাংবু অদু য়েংলদুনা ঈশিংদা লেপ্তুনা লৈরে। নুংদাংদনা মহাক বেলানবু ঙাইহাক্তুং হন্দোক্লমদুনা মহাক্কী এলুমিনিয়মগী পাত্র অমদা লেমহৌবা চানবদু লোন্না হুরান্দুনা লৈরিবরা য়েংনবা চেনশিল্লুই– থাঙ্গৈশেংনদি মদুসু নিংবা কায়রবা থবকনিদা। মমাংগী অহিং অদুদা পাত্র অদু মহাক্না ফেংদোকলমলে হায়না মহাক তশেংনা তশেংনা খঙলিবনি। অদুবু হৌজিকসু অঙাং মচাগুম্না মহাক করিগুম্বা অঙকপা অমা থোরক্লদ্রা হায়না আশা তৌরম্মী। "মীযাম অসিনা ঐঙোন্দা অঙকপা থৌওং কয়া পাংথোকহন্নিংলবদসু করিগীদমক্তা ঐগী এলুমিনিয়মগী পাত্র অসিদগী হৌদুনা য়েংলোইদৌরিবনো ?" মহাক্না মথাই চাক্না খল্লম্মী। মহাক মশাদু ইশোন শোম্বুরক্লে। মহাক্কী অচাঅথক থমফম অদু ইহাং হাংলম্বদুদা মহাক শাউনিংলকলে। ঙাইহাক্তুংদি মহাক বেলানদা অরোইবা ওইনা অমুক্তুং আশা কায়রদুনা মহাকপু চাক পীজবীরো, মহাক্না অদুক নুংশিবিরবদি মহাকপু কনবিবা ঙমগনি হায়না হায়জরসিরা হায়না খল্লুরে ! বেলানসু খঙফম থোক্লবনি, অদুবু অপঙবা অদুসু মহাক কনবিগদবা মীনি হায়না খনবসি তোক্ত্রি। এলুমিনিয়মগী পাত্র অদু শাউদুনা লংখাইরম্লগা মহাক্কী ফক অদু তান্না অমুক লাকলে। পাত্র অদু কাইজগ্রবসু করি তৌগনি হায়বগে ?

মদুদি করিসু থোইনা দরকার লৈররোই। করিসু য়াওদ্রবা অহাংবা পাত্র অমবু য়োক্তুনা থম্লুবগী করি কান্নগদগে ? মহাক্না ফমথরক্লবদা বেলাননা নোল্লুক্না হংলকই, "মখোল অদুবু করিনো, ইবুংঙো ?"

"অহাংবা পাত্র ওইরমাল্লে। নহাক ময়াম্না হায়নবা অহাংবা পাত্রদি মখোল য়াম্না হৌই হায়বা পাউরৌদু তাদ্রিবরা ?"

বেলাননা মতোম্মতা নোল্লুক্না নোকচরদুনা য়াম্না থাগৎচবগা লোয়ননা হায়বকই, "ইবুংঙোগী কোক অদুদা অফবা ব্রাখল অমসুং দর্শন কয়া য়াম্না পৈশিন্দুনা থম্বীব্রবনো !"

রাজুনা মঙোন্দা অকিবা ফংনা য়েংলকই। মহাক্না হৌজিক ওইরিবা ফিবম অসি নুপা অসিমখক্তনা থোকহল্লিবনি। মহাক থাদোক্তুনা চৎখিদুনা করিগীদমক্তা মহাকপু মতোম্মতা থম্বীরমদ্রিবনো ? মহাক্না তুরেল অদু লাল্লিঙৈদা গুম্ভীব অদুনা মহাকপু লাকখ্রবদি কয়াদা অশিংবা থৌরাং ওইগবা ! অদুবু অদুগুম্বা করিসু লৈত্রবা, ব্রারী শিংবুন ওইনা লৈরক্লবা পোৎ অসিদি মহাও য়াওদ্রবা কংলবা পোৎ অমা ওইনরক্লে। মদুগী মপুক অদু শেগাইদুনা হাংদোক্তুনা মখোয়না য়েংলুবদা লুপা লিশিং তরাগী মমল ওইগদবা মনি-মুক্তা য়াওরম্মী। মসিনা হায়রিববু গুম্ভীরদি চুম্না নুপী হায়বা জাৎ অসিতা চাবা মহৈনৈ হায়রিবরা ? নত্তে, নুপানা শিজিন্নবা স্নব উপু খরগা নাইল খরগসু মনুং অদুদগী ফংলম্মী। মতম অদুদা খন্নখিবা ব্রাফমদি মসিনিঃ মনি-মুক্তা ময়াম অসি কনানা ফংফম থোকই ? খুলগী মীশিং অদুনা ব্রাফম অদু অদুম তুমিন্না লোইশিন্নখ্রে। মখোয়না মদুগী মরমদা সরকারনা মনম খজিক্তং ফংখিদুনা মখোয়না লোক্তুনা থম্বা লম্ভুমগী মরমদা তৌবগুম্না কোইন ইন্নদুনা মদু লৌননবা হোৎনবদু পামদ্রে। অশেংবদি মবুক অদু খায়দোক্লবা নুপা অদুদি চাউরবা মরাইবক্না পীবীবা অমা ফংখ্রবসু মখোয়না চুম্না করিসু মমল য়াওদবা লিক পরেং অনিখক্তা মনুং অদুদা য়াওরম্মী হায়না হায়নরম্মী। মহাক্কীদি মপুন্সিগী লেমহৌরিবা চহিশিং অদুদদি করিসু ব্রানিংঙাই লৈখিদ্রে। গুম্ভীর অদু মঙোন্দা কনানা মবুকতু খায়দোকউ হায়না হুকুম পীরুরিবনো ? কনানা হায়বা ঙমগনি ? অসিগুমবা ফিবম, তাঞ্জাসিদদি হুকুম অমুক থোইনা ঙাইনরুদে। অসুম তৌনা গুম্ভীরদুনা শিদুনা লৈরম্বা থেংনরুবদগী মীশিং অদুগী মরক্তা ব্রারী অদু অসুম্না লিনখি।

বেলাননা হুমাই হুম্লদুনা, মহাক তূমথখ্রে— মহাক্তি মখুত্তা হুমাই অদু পায়রদুনা মহাক্কী ফমফম অদুদা ফম্না ফম্না শরুক অনি হেন্না হুমগৎলকলে।

মিকপ থোক্তুনা লৈরবা রাজুনা মপুক্লিং অদু কাতু-কারন কোইচং চংতুনা পংখন খল্লুরে, লাইনা পক্লবা অমসুং ভাবনা পংশা শাজিনবা ব্রাখলগী অরুবা মফম কয়াসু য়ৌনা শোকলুই। মহাক্কী ফমফমদা কাখত্তুনা মথক্তা তোংখংলকলিবা নুপা অসি উবদা মহাক মথ্বাই নুঙাইরক্তে। উপায় লৈজদ্রবা, মরাইবক থীরবা নুপা অসিনা ইপা পাখংচরদুনা মশা মতোম্মতা তপস্যা অসি মঙ্গল ওইননবা হায়দুনা মহাপুরুষ অসিগী নুংঙাইননবা হিরম খুদিংমক তশেংনা চাবা থকপদি তৌহন্দনা কন্না হোৎনজরি। মরাইবক থীববা হিংচাবা অসিনা হোৎনদুনসু ফনা তৌদুনসু চাবা থকপদি ফংলরোইদবা অদুগী মহত্তা করিগী খুদোংচাবা অমা পীরোইদৌবিবনো হায়না রাজুনা মশা মতোম্মতা হায়জরম্মী। চাবা থকপগী ব্রাখলদু অরেপ্পা লৈতনা খল্লকপদুদা মহাক শাউনিংবা পোকলকলে। লমন খুমগে হায়বগী ব্রাখল অমদা মহাক্না মতোম্মতা হায়জখি, "ঐহাক চাবা থকপগী ব্রাখল পূন্নমক তাম্বোকপ্রগনি। মথংগী নুমিৎ তবানি অসিদি ঐহাক লৈ অমসুং চাকখাউগী ব্রাখল পূন্নমক ঐগী ব্রাখল অসিদগী মরু ফুক্তুনা লংথোকপ্রগনি।"

অসুম্না মপুক্লিংদা লেপখিবা অসিনা মঙোন্দা থোইদোক হেন্দোকপা পাঙ্গল অমা পীবীপ্রে। মহাক ব্রাখল পরিং অসোমদা চংখপ্রে: "চাদ থক্তবনা ঐনা উপাল ব্রাপালশিং অসি নৌনা পোমশাৎনুহনবা ঙম্লবদি, অমসুং নাপীশিংবীশিং অসি অমুক হৌহনবা ঙম্লবদি, করিগীদমক্তা থবক অসিদা মপুংফানা তৌরোইদৌরিবনো ?"।মহাক্কী মপুন্সিদা ইহান হানবা মহাক মথ্বাই মঙামক য়াওনা হোৎনজরক্কে, ইহান হানবা ওইনা শেল অমসুং নুংশিবগী ব্রাংমদা চপ চানা শিজিন্নবগী নুঙাইজবদু ফংজরকলে, ইহান হানবা ওইনা মহাক মশামক্লদি পামজরুদবা থবক অমা মহাক পাংথোক্লবা পায়খৎলকলে। মহাক ইখঙ খঙহৌদনা মথ্বাই খংয়াও য়াওশিনবা অমা পোকপ্রে- মদুনা মহাকপু অব্রাবগী চাংয়েং অদুদা অনৌবা পাঙ্গলগা লোয়ননা খাঙজবা ঙম্বগী শক্তি পীবিপ্রে। মহাক্না চরা হেনবগী মরিনি শুবা নুমিৎ অদুদদি মহাক করিমতা কায়দনা অদুম খিং খিং লাউনা উরম্মী। মহাক তুরেল অদুদা অদুম কূমলুই, মমিৎ অনিদু উইশিল্লদুনা ইচেল অদুগী মথকলোমদা মমায়দু ওন্দুনা ঈশিংদা লেপলুই অমসুং ময়াম পূন্না অদুম লাইশোন শোনর্মিম্নে। মদুদি মথকলোম্নদা স্বর্গদা নোং তাহনবিরকউ অমসুং মীওইববু কুনবিয়ু হায়জবা নত্তনা অতৈ করিসু নত্তে। মদুদি অকক্লবা তাল অমদা সুর পান্দুনা থীবনি, অদুনা মহাক্কী ইন্দ্রিশিং অমসুং খঙবা ঙম্বগী শক্তি পূন্নমকতু অসুম অসুম শুমহৎলক্তুনা মহাক্না মদু হন্না হন্না

শোল্লিঙৈগী মনুং অদুদদি মহাক্কী অকোইবদা লৈরিবা জগৎ পূন্নমক অসি পুমহাং ওইনা কবিসু লৈতবা অমা ওইনা হৌরকই। মহাক্তি ঈশিং অইংবা মরক অদুদা কুইনা শম্নদুনা লৈরুবদগী মখুউদা ইশি শিথবা ফাওবা নত্তুনা মপাম্ভোংগী শোকপা-পনবগী খঙবা ঙম্বা শক্তি পূন্নমক পুম্মাং মাঙখ্রে। চাদ-থক্তবদুনা মঙোন্দা নুংঙাইজবা কোইতাউ তাউদুনা চৎপা থোইদোকপা ৱাখল অমা পীবীখ্রে, ৱাখল অসিমসু মনুংদা খঞ্জখি, "অসিগুম্বা নুংঙাইজবা অসিদি বেলাননা ঐঙোন্দগী মুন্দুনা লৌখিবা ঙম্নবোইদবা মনুংঙাই অমনি।"

অকোইবদা লৈবিবা, তিল্লিবা মীযাম অদুগী ঙুং ঙুং নিনবা মখোন্দু হেঙ্গৎলকলে। ওন্নতৈনবা চাং অমদা মহাক্কী অকোইবদা লৈবিবা পূন্নমক অদু খঙবা ঙম্বগী শক্তি অদুসু অসুম মযেং তাথবকখি। মহাক্তি মদুদি খঙজদ্রে, অদুবু পৃথিবী পুম্বনদি অসুম অসুম কোইশিন্দুনা তকশিল্লকই। কোইচৎ চৎলিবা জর্নেলিষ্টকী কলমতনা মিত্রং অদু ওইহল্লকলিবনি। মদুদগী থক্তোক্লবা ঈপোম অদুদি পাকচাউনা শন্দোকখ্রে। তকশিল্লকপা, ইনবকপদু ইহান হান্না থেংনদুনা খঙখিবদি রেলৱেনি। মালগুডীদা চৎলিবা মীযাম অদু হোন্ননবা মখোয ট্রেন মশিং হেন্না চেনবা তাখি। গাডীগী কাথোক কাশিন তৌফম খোঙ থাফমদা তোংদুনা অমসুং শগোলগাড়ী শনগাড়ীদা তোংদুনা মী কয়া কয়া চৎনবম্মী। পিকখ্রবা মালগুডী ষ্টেশন অদু মীনা ইফুন ফুনখ্রে। ষ্টেশনগী মপান্দা, "মঙ্গলা য়ৌবা স্পেসিয়েল থাগদৌরে। থুবীরক্লো। থুবীবকলো" হায়না কন্দক্টবশিংনা বস থারদুনা লাউরি। ষ্টেশনদগী মীয়াম অদু বস অদুদা চেনশিন্নবক্তুনা অমগা অমগগী মথক্তা পংফমদা ফমজিন্নরক্লে। গফবগী টেক্সি অসি নোংমদা হঙ্গৎহন্দা তৌদুনা তরানিথোইলকক চেল্লম্মী। মীয়াম মঙ্গলাগী তুবেল খোঙবান অদুদা পৈখৎলকলে। মীনা কাংবু কাংবু নাইনা তুবেলগী লৈঙোই হারবা তোর্বান অদুসু ফুন্না হেক মশাদুদা ইনশিন্দুনা চঙখিবা য়াবা মফম পূন্নমক্তা পংফমদা ফম্নখ্রে। অসুক য়াম্বা মীয়ামদি লৈবাক অসিগী অসিগুম্বা শরুক অসিদা অমুক্তসু তিনবা উখিদ্রি। অহিং অমতদা মিত্রংগী মতৌগুম্না মরী মখোঙ য়ুংলদুনা ইনা কুপ্লদুনা, মচু মচুগী সোডা ৱাটর লিকলি ময়াম, লফোই চরোং চরোং অমসুং যুবী মিঠাই পরেং পরেং লেংনা থন্নদুনা দুকান কয়া কয়া ফম্নরক্লে। চা প্রোপেগণ্ডা বোর্ডনা চাউরবা চা দুকান অমা ফমখ্রে অমসুং মখোয়গী শংবান চীংগী চীংচেপ্তা য়েকপা চা থাবগী অয়েকপা লাইদু মন্দিরগী ফক্লাং অকোয়বদা ইনপ নপশিনখ্রে। (মাইকৈ অসোমদদি মীশিং অসি চাদগী কোফিনা হেন্না থকনৈ।) চাগী দুকান

হাংদুনা কপতা চাদু মীয়ামদা লেমনা য়েল্লি চা য়োনফম মীয়াম্না হয়িং শঙ্গু শঙ্গুগুম্না ইকোই কোইশিল্লকলে অমসুং হয়িংশিং অদুনা অমুক কপ অমসুং চিনি হাপ্লবা পাত্রশিং অদুদা ইয়োম য়োমশিল্লি। হয়িং য়াম্না লৈবদু উবদা হেলথ ডিপার্টমেন্টনা মী ময়াম তিনবা মফম অদুদা ঈশিংসু লৈতবদু উবদা লৌনগনবা লাইনা থোরকপা য়াই হায়না চিংনদুনা মিৎয়েং চংলকলে। খাকি শেৎপা হেলথ ইন্সপেক্তরশিংনা মফম অদুগী ইঞ্চি অমা ফাওবা খাক্তনা দি.দি.টি. কাপথ্রে অমসুং মখুত্তা য়েত্তুম পায়রদুনা কোলেরা, মেলেরিয়া অমসুং অতৈ অতৈ লাইনানসু নাদননবা হিদাক কাপ্পু হায়না মীয়াম অদু থেমলি। নহা খরনা কুম্মৈ ওইনা নুংঙাইনবগীদমক্তা মশলশিং অদু ইহাং হাংনা পুথোক্লদুনা মী ময়াম অমসু তিল্লদুনা লেপ্তুনা য়েংনরি। মন্দির অদুগী কোয়শিল্লিবা মনিংগী ফক্লাং অদুগী মনাক্তা ইহাং হাংবা লম মচেৎ অমখক লৈবিবদু তনান তনান শেংদোক্লদুনা মমশিল্লক্লগা ফিল্ম শো য়েংবা মী ময়াম ফম্লনবা শেমলে। মফম অদুদা কংশিল্লক্লবা উপাম্বীশিংগী মতোন্দা লাউদ স্পিকর পানশিন্দুনা মীয়াম্না পাম্লরবা ফিল্মগী ঈশৈশিং অদু প্রামাফোন্দা পানশিন্দুনা শককৎতুনা মী কয়া কয়াসু চিংশিল্লি। কাঙগী, মেলেরিয়া, প্লেগ, টিয়ুবরক্লোশিস অমসুং বি.সি.জি. কাপ্পগী মরমদা উৎলিবা ফিল্মশিং অদু নুপী, নুপা অমসুং অঙাং ময়াম য়েংননবা হোৎচিন্নরকই। কাঙ অমগী নকশিন্না লৌরবা অচৌবা ফোটো অমখক উত্তুনা মদুনা মেলেরিয়ানা নাহনবগী মরমনি হায়না উৎলকপদা লৌমী অমখক্লা হায়বদু তারকই, "কাঙবু অসুক অসুক চাউবা! মখোয়শিং অসি লৈবা মফমশিং অদুদদি মেলেরিয়ানা মী নানৈ হায়বসি করিসু ঙকফম লৈতে। ঐখোয়গী স্বাইদা লৈরিবা কাঙশিং অসিদি পিকখ্রপোৎনিদা, মখোয অসিদি করিসু তৌজবা ঙমদবা জাৎনিদা," মসি তারুবদা মেলেরিয়াগী মরমদা লেকচর তৌরম্বা নুপাদু মথাই নুংঙাইতনা নিংবা কায়রদুনা মিনিট তরাদি ঙাঙবা লেপ্তুনা তুমিন্না লৈরম্মী। হকচাং নাদয়েক্তনবগী উৎপদু লোইরগা মহাক্লা ভারত সরকারগী ফিল্ম খরা দাম, রিভর ভেলি অমসুং অতোপ অতোপ্পা থৌরাং কয়াগী মরমদা মন্ত্রীশিংনা ৱাসু কয়া কয়া ঙাঙবা য়াওনা উৎলে। থাপ্পা খাজিল্লিবা অদুগী মপান্দা, নুপা অমনা চৈ মখোঙ অমদা থেৎলদুনা জুৱার ওইনা অপাকপা বোর্ড অমদা মচিল তূম্বা চৈ অমনা লংদুনা শান্নবগী বোর্ড অমসু থেককৎলকলে, অদুগা কয়াদি পাঙদবা তোংদুনা লৈনবা মেরি-গো-রাউন্দ অমসু হাপচিল্লক্তুনা মদুনা নুমিৎ চুপ্পা উরু উরু লৈদুনতা মরৈরম্মী। মখল খুদিংগী পোৎ হাদুনা য়োনবা মী কয়াসু বেলুন, শিংনাংগী তৌদ্রি, বাঁশী অমসুং মিঠাইনচিংবা য়োন্নবা হঙ্গৎহন্দা হঙ্গৎহন্দা কোইচৎ চৎলি।

মীয়াম অমসু মতম পূম্নমক্তা ইকোই কোইনা লেপ্পদুনা সাধু অদুবু য়াম্না ভক্তিগা লোইননা য়েংদুনা লৈরম্মী। মখোয়না মহাক্কী মখোঙদা লুপলিবা ঈশিং অদু শোল্লুরগা মদু অমুক মকোক্তা চাইখৎনৈ। মখোয়দি অরোই-অখম লৈতনা থৌদোক অদুগী শিন্দোক-শিঞ্জিন তৌরিবা বেলাননা খর খরদং চখোকপীয়ু হায়জরক্ত্রি ফাওবা লেপ্তুনা লৈরম্মী। "চৎপিগ্রো। স্বামিজী অশেংবা নুংশিৎ খরদং ফংহনসি। দর্শন ফংবিরবদি চৎপিগ্রো অতৈ অতোপ্পা অমুক ফংজরসনু। ইশা ইশাগীতা য়েংবিগনু।" অদুদগী মীয়াম অদু চৎপা হৌনরক্লে অমসুং করি করিনো ফাগি জোগাই তৌনরদুনা নোকখেরম্মী। হোল অদুদা স্বামী অদুনা ফক অদুদা হিপলক্লবা মতম অদুদা, মখোয় ময়াম অদু অমুক হন্না লাক্তুনা বেলাননা চৎগ্রো চৎগ্রো হায়রক্ত্রিফাওবা লেপ্তুনা ইকোই কোইনা লৈরম্মী। মী খরদি মহাপুরুষ অসিগী ফক মচিন্দা য়াম্না নক্লনা ফমজবা ফংবগী খুদোং চাবদু ফংজরম্মী। স্বামী অদুবু মঙ্গল ওইসনু হায়না আশা তৌদুনা লৈবাক অসিগী মফম খুদিংদগী থাজিল্লকলিবা টেলিগ্রাম অমসুং চিঠি ময়াম অদুগী থবক পুবা স্কুল মাষ্টর অদুসু মখোয়শিং অদুগী মরক্তা অমনি। হান্নদি, মহৌশাদি মঙ্গলাদা লৈবা পোষ্ট ওফিস অদু চয়োল অমদা ডাক পিয়ন অমখক অমুক্তমক থারক্লম্বনি; অদুগা করিগুম্বা টেলিগ্রামগকা লাক্লবদি তুরেল অদুগী মতুংইন্না মাইল তরেৎ চথরগা লৈবা খরদং হেন্না চাউবা অরুনা হায়বা খুল অদুদা থুংলৈ অমসুং কনাগুম্বা মঙ্গলা তান্না চৎপা মী অমা থেংনদ্রিবা ফাওবা অদুম থনম্মী। অদুবু হৌজিক্তি অপিকপা টেলিগ্রাফ ওফিসতু পোখাবা লৈত্রে— অয়ুক-নুংথিল নুংদাং মতম পূম্নমক্তা "স্বামিজী" হায়নতা থাদুনা পাউ কয়া কয়া থাজিল্লকই। পুং খুদিংগী মখোয় অদু অসুম অসুম পৈখৎলক্লুনা পাউ চৎপা স্পেসিয়েল মী থাবা তারম্মী। পাউ থাজিল্লকপা অদুদা নত্তনা পাউ কয়া কয়াসু থাদোকখিরম্মী। পৃথিবী শিনবা থুংনা মখোয়গী পুং পুং খুদিংগী বারীনা মখোয় মখোয়গী খবরদা হাপ্তুনা শন্দোকহনত্রিবা প্রেস রিপোর্টর কয়া কয়াসু মফম অদুদা শঙ্গু শঙ্গু লাকই। মখোয় অসিদি ওন্থোক্লা কা হেনগ্রবা মী ঙাক্তনি অমসুং অপিকপা টেলিগ্রাফ মাষ্টরদু মখোয়বু উবদা ইকি কিগ্রে। থোঙনাওদা দং দং থিল্লদুনা মখোয়না লাউরম্মী, "অথুবনি।" মখোয়না ময়োম ময়োম, লংনা য়েৎশিল্লবা ময়োম অতৈসু, ফোটোগ্রাফ কয়াসু পুথোরক্তুনা মদু মঙোন্দা খুদক্তা থাখো হায়রম্মী। মখোয়না হায়রকই, "অথুবনি, অথুবা ! ময়াম অসি ঙসিমক ওফিস য়ৌদ্রবদি– " অমসুং মদুদগী অকিবা ফংবা বা কয়া থোরকপা য়াই অমসুং কির

কিরবা ৱা অতৈ কয়াসু হায়জিনবিরম্মী। "প্রেসকী অথুবনি ! প্রেসকী অথুবা !" নুপা অদু জ্ঞান পুম্মাং হেক মাঙদুনা তৌফম খঙদনা লৈরবা ফাওবা মখোয়না লাউশিল্লকই। মহাক্না মচামশু অঙাংশিং অদু স্বামিজী দর্শন তৌরুনবা পুবিগনি হায়রুই। অঙাংশিং অদুনা হায়রক্লম্মী, "মরুপ অমনা হায়বিবা আলি বাবাগী ফিল্ম অমসু উৎকনি হায়।" অদুবু নুপা অদুদি মহাক্কী অঙাংশিং অদুদা মহাক্না হাযদোক্লুবা ৱা অদু ঙাক্লনবা মতম খজিক্তা ফাওবা পীবীরমদ্রে। প্রেসকী মীশিং অদুনা মহাকপু পোত্থাহনবিরবা মতম অদুদসু টেলিগ্রাফকী কি অদুদা থাজিল্লকপা পাউনা ক্রাক ক্রাক ক্রাক ক্রাক হেক্তা থিল্লকই। মতম অদু য়ৌরমদ্রি ফাওবদি মগাক ফনা নিংথিনা শান্তি ওইনা লৈজরম্বনি, অদুনা হৌজিক্কী অৱাবা মগামসিদদি মহাক মশাদু ইচোক চোকথখ্রে। মহাক্না স্বর খজিক্তং পোত্থাদুনা হোন্দোকচবা ফংবা মতমদা মহাক্কী মথক থোংবা ওফিসারশিংদা "সেভ আৱার সোল" (অবাবদগী কনবিরো) হায়বা পাউ অসি হেক্তা থাখি। "ঙসিতদা পাউ চনি ফংই। মতেং অমতং পার্মজে –।"

লম্বী পূম্নমক মীনা, শনগাড়ীনা, বস অমসুং একাগাডীনা, যুগ যুগ কয়াগী জীপ অমসুং হৱাগাড়ীনা ক্রক ক্রক ইন্ননা ফুনখ্রে। খোঙনা চৎপা মীনা পরেং পবেং থুম্মোক অচৌ অচৌবা অমসুং মচা মচা পুরদুনা ককচেং শঙ্খ শঙ্খ চিনি মতুম অমদা ওমশিনবগুম লৌবুক অদু লান্না চৎলম্মী। হারমোনিয়ম অমসুং তবলা য়াওনা ঈশ্বরগী নাম শক শোন্নবদুদা মতেং পাংননবা হায়দুনা স্বামী অদুগী মনাক্তা ফমলিবা অখন্নবা মীওই খরগী সুর অদুনা অতিয়া অসিসু ইথন থনখ্রে।

মফম অসিদা শ্বাইদগী থবক চিনবা নুপাদি বুশ শার্ট লিৎপা লশিং ফিগী অথাবা খোংগাউ উপ্পা আমেরিকাদগী নুপা অমনি। মহাক ট্রেলব পানবা জীপ অমদা থুংলবনি, মশাদু উফুলগী উফুল ঙাক্তা নানসু নান্দে, মশমদুনা শুমজিৎতৌনা ইফা ফাই; চরা হেল্লকপগী তরানি শুবা নুমিৎ অদুগী নুংথিল পুং অমরোম তাবদা থুংলরগা থুনমক হেক্তা মথৌ পায়খৎপা হৌখ্রে। মহাক মাদ্রাজদগী মরোল হন্দোক্লবা মী অমা পুরক্লগা লেপলাক্তনা মাইল চহমগা হম্ফুতরা মঙা চুমদ্রিং হেক্তা থৌদুনা লাকপনি। লৈরমলিবা পূম্নমক অদু লোইনা ইছোক্তুনা থনল্লগা দৃশ্য অদুগী থবকতু মহাক্না পায়শিনখ্রে। মন্দির অদুগী মনিংদা তেরা পাইবী ময়াম হৌরিবা অদোমদা মহাক্কী জীপ অদু থৌজিনথ্রগা ঙাইহাক্তং কোইয়েং য়েংদুনতা মরৈরম্মী মহাক। মহাক ফন চোংথরক্তুনা

লৈরমলিবা মী খুদিংমক্তু হেন্দোক্লমদুনা লাক্লগা হোল অদু তান্না হেক্তা চঙলকই। হিপ্তুনা লৈরিবা স্বামী অদুগী মনাক তান্না প্রপ প্রপ চঙখিদুনা মখুৎ অনিদু লোন্নরদুনা মহাক্লা ভারত্তা হেক যৌরকপা মিকুপ অদুদা তমখিবা ভারতকী খুরম্বগী মওং "নমস্তে" হায়বদু মচিন্দা শোল্লকই। লম অদুগী চৎনবী হৌনবী পূন্নমক অদু মহাক প্রপ প্রপ হৈদোকলে। রাজু মঙোন্দা মথ্বাই য়াওনা য়েংলি— ইপাক পাকপা গুলাব মচুগী মায়দা তাবা নুপাদুনা থুংলবদুদি নিতিগী তৌনরিবা রুটিন অদুদগী অনৌবা অহোংবা অমা ওইখি। স্বামী অদুগী মনাক্তা ফমলিবা স্কুল মাষ্টর অদুদা গুলাপ মচুগী কুচু মানবা নুপা অদুনা হংননবগীদমক্তা কুম্থরকই, "মঙোন্দা ঐ ইংরাজীদা ব্রা খরদং হংজবা য়াগদ্রা ?"

"য়ানি। মহাক ইংরাজী খঙই।" নুপা অদু নোম্থরক্তুনা ফক অদুগী মচিন্দা লৈমাই মথক্তা ভারতকী চৎনবী মওংদা মখোঙ কারল চন্দুনা ফমথরক্লে। স্বামী অদুদা য়াম্না নকশিন্না চঙশিল্লক্তুনা মহাক্লা হায়রকই "ঐহাক্কী ইমিং জেমস জে. মেলোন কৌই। ঐহাক কালিফোর্নিয়াদগীনি। ঐগী ইথৌদি ফিল্ম অমসুং টি.ভি. গী শো পুথোকচবনি। বিষয় অসি ফিল্ম লৌজরগা মদু ঐখোযগী লৈবাক্তা পুজরগা ঐখোয়গী প্রজা ময়ামদা উৎচরুনবা ঐহাক লাকচবনি। থবক অসি পাঙথোকপদা য়াবীরে হায়না নিয়ু দিল্লীদগী চে অমসু ঐগী ফুরিৎফাউদা য়াওজরি। অদোমগীসু ঐহাক ফংজবা য়াগদ্রা ?"

রাজুনা মদুগী মরমদা খল্লুরগা ইংনা চীংলেম্না য়ারে হায়দুনা মঙক হায়রকই।

"ফরে, নুংঙাইজরে। ঐহাক অদোমবু থোইনা অব্রাবা পীজরোই— অদুবু অদোমগী ফোটো খরদং কাপচবদি য়াবিগদ্রা ? ঐ থোইনা অকাইবা পীজরোই। মসিদগী পোৎশিং অসি ঐহাক খরদং থাংদোক-থাংজিন তৌজরগা মরি-মরাংগা খরা তিংদুনা থাউমৈগা খরা পাঞ্জগে হায়ববু নুংঙাইতবা তৌবিগদ্রা ?"

"তৌরোই; নহাক নথৌ অদুম তৌবা য়াগনি," সাধু অদুনা হায়রকই।

নুপাদু কন্না থবক চিনখৎলক্লে। মহাক ফন ফন চোংদুনা চৎলকলে, ট্রেলর অদু মফম চানা চিংশিল্লে অমসুং মহাক্কী ইলেকট্রিক জেনেরেটর অদু থাবা হৌখ্রে। মদুগী মখোল অদুনা মফম অদুগী অতৈ অতৈ মখোল পূন্নমক নমহক্তুনা পুমথন থনখ্রে। কুম্মৈ অদু য়েংননবা নুপা, নুপী অঙাং মচা মচা মীয়াম অমসু অমুক তিলহল্লরে। মফম অদুগী অতৈ অতৈ য়েংননবা পোৎশিং অদু মশা ওইনা থোকখ্রে। মেলোননা মরী-মরাং অদু অসুম তিংথোরকপদা

মীযাম অমসু মহাক্কী মতুং ইল্লকই। মহাক্না মখোয় অদুদা ব্যবহারবদি কাযদনা মযাদু খিগৎলকই অমসুং মহাক্কী মথৌ অদু অদুম তৌথবম্মী। মীযাম মবক অদুদা বেলানগা অতোপ্পা মী অমা অনিগনা কোইচেন চেন্দুনা লাউবকই, "তৌবির্বসিবু ঙাযোনফমলা ? মফম অসিদা থবক লৈতবমখৈদি লোইনা চৎখ্রো।" অদুবু মহাক্কী হুকুম অদুনদি কনাবুসু চৎথোকহল্লমদে। মীশিং অদুনা যুম্বী, লৈতোং অমসুং অফং অফংবা মফম কযাদা খুদোংচাবা মফম ফংহৌনবা হাযদুনা পংকাদা কাখৎনথ্রে। কবিমতা উলাক্তনা মেলোনদি মহাক্কী মথৌ অদু তৌবি। মমৈগংদা, মৈ অদু শেন্না লোইববদা মহাক কেমেবা পুশিল্লক্তুনা মীযাম অদুগী, মন্দিরগী অমসুং স্বামী অদুগী ফোটো কযা তোংঙান তোংঙানবা মফম অমসুং অবাপ্পদগী লৌবকলে। "মৈঙাল অসি কনমনগ্রববা কবিনো ঐহাক নুংঙাইজদ্রে।" ফোটো মযামদু লৌবা লোইবদুনা মহাক্না মাইক্রোফোন অমা পুশিল্লক্তুনা স্বামী অদুগী মনাক্তা থল্লদুনা হাযবকই, "ঐখোয রাবীরাতাই খবা শাসি, যাবিববৰা ? মফম অসিদা লৈবিবসি কবম হাযনা খনবিবগে তাকপীয়ু ?"

"ঐদি ঐগী তৌফম থোকপা অদুতা মতৌবনি; অদুতনিনে। ঐগী অপাম্বা পামদবা অদুদি কবিসু লৈতে।"

"হৌজিকপু চাদথক্তনা লৈবিবর্কলিবসিবু নুমিৎ কযানি শুবিববগে ?"

"তবানি।"

"চোকথবগা ফাওবিববা ?"

"হোই।"

"চবা হেল্লিবসি কৈদৌঙৈ তোকপিগনি ?"

"তবানিথোইনি শুবা নুমিত্তা।"

"মতম অদুদদি নোং তাবক্কনি হাযনা আশা তৌবিববা ?"

"কবিগী ওইবোই।"

"চবা হেনবসিনা লান পূম্নমক মুৎথৎতুনা পৃথিবীগী শান্তি পুবকপা ঙমগদ্রা ?"

"হোই।"

"মী খুদিংমক্কী ওইনা চবা হেনবসি যাবিনিংববা ?"

"হোই।"

"জাৎ খায়দোক-খায়জিন তৌরিবসিগী মরমদদি করি মত লৈবিবা ? মসিবু লৈরোইদ্রা ?"

"উম।"

"অদোমগী অঙাং ওইরিঁঙৈগী পুন্সিগী মরমদা করিগুম্বা খরা তাকপিবা য়াব্রা ?"

"নহাক্লা ঐবু হায়হন্নিংলিবসি করিনো ?"

"আ – হায়বদি অদোমবু যোগী ওইদুনা অদুম লাক্লবরা ?"

"হোই – য়াম্নবু নৎত্রগা য়ামদনবু ওইরবসু ?"

স্বামী অসি ইরেপ লেপ্তুনা ৱারী অসুম শাথরদুনা লৈবসি ওহোক্লা ৱানা থোক্লম্মী। মহাক চোকথরক্লদুনা হিপথগ্রে। বেলানদু মথ্বাই নুংঙাইতনা উরে। স্কুল মাষ্টরদুনা হায়রকই, "মহাক চোকথরে।"

"ফরে, ঐখোয় মহাকপু ঙাইহাক্তুং পোথাহনবনা ফগনি হায়না খঁজে। নখোয় ময়ামবু ৱাহনবগীদমক্তা ঐহাক নুংঙাইত্রে।"

মমিং উইশিল্লদুনা স্বামী অদু হিপথগ্রে। সরকারনা মহাকপু য়েংননবা অমসুং মদুগী পাউ পীরক্লবা থারকপা ডাক্তর অনিখক্লা স্বামী অদুগী মনাক্তা চঙদুনা মহাক্কী মিহুল য়েংলুরে, থম্মোই অদুসু য়েংলুরে। ফক্তা শাংনা মহাকপু মখোয়না তিংথোকহল্লে। মীয়াম অদু চেকমোক লাউদনা তুমিন তুমিন লৈনগ্রে। বেলাননা হুমাই অদু হান্নদগী হেন্না কন্না হুমগৎলকলে। মহাক ৱাবনা ফুম্বংনরে মথ্বাই ৱানা উরে। তশেংনদি, মহাকসু মীনুংশি ওইনা চরা হেনবদগী হৌজিক্তি নোংমা নোংমা লেপ্লগা থুম থাক্তবা অথোংবা মনামশিংতা চাদুনা লৈরবনি। মহাকসু ইচোক চোকথনা উরে। মহাক্লা স্কুল মাষ্টর অদুদা হায়রকই, "নোংমগা ৱাৎলি। মসিবু করম্না লেনগদৌরিবনো হায়বা ঐহাক্তি খঙদ্রে। অতোপ্পা নুমিৎ অমসু করম হায়না লেনবা ঙমগদগে হায়বসি ঐদি অকিবা পোকলে।" মেলোনসু ঙাইদুনা লৈগ্রে। মহাক্লা ডাক্তর অদুদা য়েংলদুনা হংলকই, "মহাকপু কমদৌরিবগে ?"

"অদুক য়াম্না পংফ ফবদি নৎত্রে; ব্লড প্রেসরদি সিষ্টোলিক ২০০ নি। কিডনি অনিসিগী মরক্তা অমদি শোক্লমাল্লে হায়না চিংনরে। ইউরেমিয়াসু য়াওশিল্লকলে। সেলাইনগা গ্লুকোজগা খরা খরদং পীগে হায়না ঐখোয় খল্লি। মহাক্কী মপুন্সি অসিদি লৈবাক অসিদা মরু ওইগ্রপোৎনি।"

"মহাক্কী মশা অসিগী মরমদা করিগুম্বা খরা হায়বিয়ু, "মেলোন্না মহাক্কী মাইক্রোফোন অদু মাঙদা থাংজিল্লক্তুনা হায়রকই। মহাক হোল অদুগী সিড়ি অদু লৈতেংদুনা থমলিবা হক্তুনা শাবা শামু অমগী মকোক্তা ফন্নম্মী। ডাক্তর অনিদু ইপা পাখৎনা য়েংনরদুনা হায়রকই, "সোরি। ঐখোয়দি সরকারগী থবক তৌবা মীনি — মদুদি ঐখোয় হুকুম ফংদনদি তৌবা ঙমজদে। ঐখোয়গী রিপোর্ট অসিদি হেড কার্টরসদগী ফোঙগদবনি। পাউশিং অসি ঐখোয়না হকথেংননা পীবা য়াদে। সোরি।"

"ফবে। ঐহাক নখোয়গী চৎনবীদুদি থুগাইজরোই।" মহাক্না মাগী ঘড়ী অদুদা যেংলগা হায়রকই, "ঙসিগীদি মসিনা অসুম লোইরমাল্লে হাযনা খল্লে।" মহাক্না স্কুল মাষ্টর অদুগী মনাক তান্না চৎখিদুনা হায়রুই, "মহাক হযেংগী করম্বা মতমদা তুরেলদা কুমগদগে অমুক্তা ঐঙোন্দা হায়বিয়ু।"

"অয়ুককী পূং তরুক্তা।"

"অমুক্তা থোরক্তুনা মফম অদু ঐঙোন্দা তাকপীবা য়াগদ্রা ?"

স্কুল মাষ্টরদু হৌগৎলক্তুনা মহাকপু চিংদুনা পুরকলে। নুপা অদুনা হায়রকই, "অমুক্তা ঙাইবিখো, ঙাইবিখো। ঙাইহাক্তা মাগী মতৌদু তম্বিয়ু হায়ববু য়ারোইদ্রা ? মহাক কদাইদগী হৌরকপা, কমদৌনা হৌগত্তুনা চৎপা, কদাইদা লেপপা অমসুং করম্না লেপপা হায়বদু অমুক্তা ঐঙোন্দা উহনবিয়ু।" নুপা অদুনা তৌরো তৌরো হায়না তক্করম্মী। "লেংলকলো, মতেং পাংবিয়ু। মদুদা কবিগুম্বা খুদোংথীবা লৈরবসু ঐ শেন্নজগে।" ওঝা অদুনা ফম্বাক অৱাংবদুদগী চৎপা হৌরকলে। "মহাক মফমসিদগী চৎপা হৌই। হৌজিক্তি ঐগী তুং ইল্লকলো। তুরেন্দু য়ৌবা লম্বী পরিংদু মহাক্না উহল্লে। ঈশিংদা পূং অনী লেপ্তুনা স্বামীনা লাই খুরুম্বা মফমদু উহল্লে। মীয়ামদুনা থৱাই য়াওনা নক্না ইন্নরম্মী অমসুং ময়ামদুগী মরক্তগী কনানো অমনা ফাগি তৌরকই, "ও ! মাষ্টরশিসু তপস্যা তৌদুনা চরা হেল্লগে হায়রবোইবে।" মখোয় লোইনমক নোকলে। মেলোনদু মখোয়রোমদা মরক মরক্তা য়েংথোরকই, মখোয়না হায়নরিবদু করিনো হায়বা খঙদ্রবসু। মফমদু কোনা কোনা কয়াদগী মহাক্না ওল্লম্মী, জেনেরেটর খিল্লিবদুদগী অরাপপদু ওল্লম্মী, স্কুল মাষ্টরগী মখুৎতু শোক্লল্লগা জীপতা অমুক কাখৎখ্রে। "হয়েং অয়ুক অমুক উনজবগে।" মহাককী জীপতুনা লৈকুৎ-লৈতোং, কোম কয়া কয়া লান্না ঙংলদুনা, খোংলদুনা তেরা

পাইবী ময়াম হৌরিবদু লানথোকখিদুনা লম্বী অচৌবা য়ৌদ্রিফাওবা থৌদুনা চৎখ্রে।

তরামাথোইনি শুবগী অয়ুকনি। নুমিত্তুদি চরা হেনবদুগী অরোইবা নুমিৎ ওইবনা অহিং চূপপা মী পংলাক্তা লাক্লুনা হান্না তিল্লম্বা মীয়ামদুদগী শরুক অহুমলোমদুম হেংগৎলকলে। অহিং চূপপা অদু মীগী খোঞ্জেন অমসুং গাড়ীশিংনা লম্বীদা চৎপগী ক্রোক ক্রাক লাউবা মখোল অদুদা মতাম্রে। বেলানগা মাগী মতেং পাংবা মী কাংবু অমগনা থৌরি তিংলদুনা মীয়ামদু চঙহন্দনা হোল অদুগী মপান্দা লৈহনখ্রে। মখোয়না হায়রম্মী, "স্বামীজীনা শোর হোন্নবা অশেংবা নুংশিৎ ফংহনবা তাই। মহাক্লা চারিবসি হৌজিক্তি মসিদা মঙাইববনি। নুংশিৎসি ইফুন ফুনজিনবিগনু। মী খুদিংমক তুরেন্দা দর্শন ফংবিগনি। ঐনা হায়জরিবসিনি, হৌজিক্তি চৎথোকপিরো। মহাক পোৎথারিয়ে।" অহিং চূপপা শেন্নখ্রবনি। শম্বলশিং, উপাল অমসুং ফকলাংশিং অদুদা থাল্লিবা লেন্টর্ন অমসুং থার্উমে ময়ামদুদগী থোরকপা মৈঙাল অদুনা কাতু-কারল তৌদুনা অঙক অঙকপা মমি কয়া তাহল্লকলে।

অয়ুককী পূং মঙামখাই তাবদা ডাক্তরশিংনা স্বামীদু অমুক য়েংলে। চে অমা ইরগা সহি তৌদুনা পীথোরকলে, "স্বামীগী ফিবম অসি য়াম্না লুরে। গ্লুকোজ অমসুং সেলাইন ময়েং তাথরকলে। চরা হেনবা খুদক্তা তোকপা তাই। তৌফম থোকপদু তাকপিরকউ।" নুপা অমা পাউ অসি মখোয়গী হেদ কারটর্সতা য়ৌরুনবা চেন্না চেন্না থাখ্রে। মদুদি সরকারগী খ্বাইদগী হেন্না অথুবা টেলিগ্রামনি, অমসুং পাউখুমসু পূং অমগী মনুংদা পুদুনা লাকলে। "স্বামী কনবা হায়বসি তৌদবা য়াদ্রবনি। তেংবাংনবা ঙম্বমখৈ হায়জৌ। পুনশি অদু খুদোংথীবদা তাহল্লোইদবনি। গ্লুকোজ অমসুং সেলাইন পীনবা হোৎনখো। স্বামীদা চরা হেনবদু খরা তপ্পা অমুক তৌবিয়ু হায়জৌ।"

মখোয় স্বামীগী মনাক্তা ফম্লগা টেলিগ্রামদু মহাক তাননবা পারে। মরোলদু তাবদা মহাক মোমোন তৌরকই। মহাকনা বেলানবু মনাক্তা চঙশিল্লরুবা কৌরকই। ডাক্তরশিংদুনা হায়জরকই, "মহাককী মশাসি কন্দবা য়াদে হায়বিয়ু। নঙনা অঙম্বমখৈ হোৎনবিরো। মহাক য়াম্না শোল্লবনিকো। বেলাননা স্বামীগী মনাক নকনা কুনথরদুনা হায়রকই, "ডাক্তরশিংনা তাকপিরি ...।" মদুগী পাউখুম ওইনা রাজুনা মহাকপু নকশিল্লকউ হায়রগা লোন্না হায়রকই, "ঐবু অমুক্তা খোঙনা লেপখৎনবা তৌবিয়ু।" মাগী মপামবোমদু কোনশিন্দুনা

মতোম্মতা কাংখৎচবকলে। মখোঙনা লেপখৎলকলে। নাকল অমমমদা বেলানগা অতোপপা মী অমগনা মাবু শৌবা তাবম্মী। চেকমোক লাউদনা মীযামদু মাগী মতুং ইল্লকই। মী খুদিংমক চীংলেম্না তুমিন্না ইন্নবকই। নোংপোক থংবা অতিযাদু ঙাঙলৈনবকলে। কেমপ অদুগী মী অযাম্বদি হৌজিকসু তূমনবি। বাজুদু মখোঙনা চৎপা ঙমদ্রে অদুবু মহৌশাগুম মহাক মশাদু চিংবা লাক্লবি। চৎনবা হোৎনবদুদা মহাক শোব থবেৎ থবেৎ হোললে। মখোঙ থাংবা খুদিংগী শোব হোন্ননবা লেপ্লদুনা তুবেলগী সিডিদুদা মহাক কুমথবকলে অমসুং মমৈদা ঈশিং তুংফমদুদা যৌবকলে। মহাক মদুদা কুমথগ্রে, মমিৎ উইশিল্লদুনা মচিন্দা লাইশোল শোল্লদুনা চীংলোমদা মমায ওনশিনগ্রে। বেলানগা অতোপপা অমগনা মহাককী পামবোম নাম নামদা পাযবম্মী। হৌজিক্তি অযুককী নৃমিৎসু থোবকলে, অকোযবা পূম্বদ্ চাউববা মঙাল অমনা ইবং লংহল্লকলে। মহাক তুগে তুগে তৌবদুদা মখোঙনা অসুম লেপহন্দুনা পাযবদু অৱাবা অমা ওইবে। অঙাংমচাগুম্না মখোযনা মহাকপু পাযবম্মী। বাজু মমীৎ পাংথোবকলে, কোইযেং যেংলকই, "বেলান চীংদদি নোং তাবকলে। ঐগী খোঙপাক মখাদা অমসুং খোঙদা মদুগী খুদম ফাওবকলে" অমসুং মাস হাযনা হাযনা মহাককী মশাদু ইকোন কোনথবকলে।

লোইববা

লাইরিক ফংফম :

১। রাজেশ বুক ষ্টোর,
গবর্নর রোদ
ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১, মণিপুর

২। ট্রানসলেটরগী য়ুম :
নিংথেমকোল, কাকৈথেল
ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১, মণিপুর

মমল : লুপা ১০০.০০